# CLEOPATRA

## The queen of Egypt

(H. Ridder Haggard)

# রানি ক্লিওপাত্রা



# ক্লিওপেত্রা

# CLEOPATRA

*By*

**H. Rider Haggard**

ইজিপকী রানি - ক্লিওপত্রা

*ফোংদোকচরী* : কুমারী শরোদা দেবী মাইবম

*অনুবাদ* : শ্রী মাইবম ইবোচৌবা সিংহ, ললাম্বুং

*অহানবা ফোংবা* : ওক্তোবর ২০০৬

*কোপি মশিং* : ১,০০০

*মমল* : লুপা ১০০/-

*নম্বকপ* : B.C.P.W. 85 PDA Complex Lamphelpat

# ৱাহৌদোক

ক্লিওপত্রা হায়রিবা নোভেল অসি ইতিহাশকা মরি লৈননা ইখিবা অইচ রাইডর হার্গাদনা মহাক্কী মমাদা কৎথোকচরম্বা লাইরিকনি। মহাক্না মসি ইরগা জানুৱারি তাং ২১-১৮৮৯ ইংদা ফোংখি।

য়াম্না ঙক্লীবদি চহি লিশিং অনিগী মমাংদা থোকখিবা অঙকপশিংদু হার্গাদনা অমুক হিংগৎহন্দুনা ঐখোয়গী মাংদা উৎলিবা অসিনি।

লাইরিক অসিবু অনুবাদ তৌথোক্কুনা মণিপুরি সাহিত্যগী লৈকোলদা মথেল অমা ওইনা হাপচিনবা হায়বশি ঐহাক্কী অনিংবা অপাম্বনি। অদুবু লাইরিক অসিদি চহি ২০০ গী মমাংদা ইখিবা ওইবনা লাইরিক কোপিদু লাইরিক য়োনফম শিংদা ফংবা ঙমখিদে। অকোনবদা Web site তগী কোপি অমি লৌথোক্লগা অমনা ঐহাক্কী অদুগা অমনা Archieve কাংবুদা পিখৎখি।

অদুবু লাইরিক অসিদি, ঐগী অনিংবা অপাম্বদু য়াম্না চাওজববসু থাইনগী পোৎ ওইবনা, অরুবা ৱাহৈ ৱাতা কয়ানা অয়েৎপা অথিংবা পিবমই। হৌজিক মতমগী লোনগা থাইনগী লোনগা শন্নবা ইয়া যাদবা, ফোংদোকফম খংদবা ৱাহৈ, প্রমান পানথৈ অমসুং মশাগী লোন ওইবনা গ্রাম্মার ফ্রি ওইবা মওং ময়মশিনা ঐহাক্কি হোৎনজবা পূম্বা অবেম্বা তারগদ্রা পূক্নিংদা চিংনবা পোকখি।

অদুম ওইনমক, ঐগী পূক্নিংগী অনিংবা অপাম্বদুনা পূক্নিংদা ৱাহং কয়া থোরকখি - ১) লাইরিকশিংগী ফজবা ৱাহৈ ৱাতা, ফজবা সাহিত্যগী ওইবা মচাক কয়াশি ফোংদোক্কুনা তোক্লগদরা? ২) ইজিপ্তকী প্রজা পুম্নমক্না নিংতম্বা ফংনবগী লান্দা থৱাই থাত্নবা লুচিংবা কয়া অমদি চহি ২০ চংনা শাগৎচখিবা মখোয়গী খুজিন থৌরাং পূম্বা অরেম্বা তাখিবা। নিংতম্বা হায়বশি কয়াদা মমল য়ামখ্রবা! ৩) কমদৌনা ক্লেম লৈবাক্না মৈরি চাওনা চাকখৎলকখিবা? চহিচা কয়াগী মমাংদগী পিরামিদনা ৱাংনা চাওনা লেপ্পুনা অৱাংবদা পাইরিবা লৈচিনবু থিনগাইদুনা অহাংবা নুংশিৎতা শৈথাদুনা লৈরি "The Glorious days of Cleopatra" ৪) ইজিপ্তকী মতমদুগী অঙকপা থৌদোকশিং অমসুং নাইল তুরেলনা ঈশিং ইচাও লাকপগুম অঙকপা অহোংবা ময়াম অমা খংহৌদনা লাকখিবা পূম্বা পাবিরগা খংবিগনি।

নুপা অমনা, লাইরিক লাইশু ফন হৈদুনসু, লাইগী শক্তিপূম্বা ফংলবা মী ওইদুনসু অমদি পৃথিবীদা খ্বাইদগী কনবা নুপা ওইদুনসু, নুপিবু মশক খংদবা নুপা ওইরবদি পূম্নমক অরেম্বনি মাগীদমক্তি।

পাবিরগা খংবিগনি - করম্না ইজিপ্তুনা মখোয়গী নিংতম্বদু মতম পূম্বগী ওইনা মাংখিবা অমসুং হর্মাচিশনা ক্লিওপত্রাগী মথক্ত লমন খুমখিবা অমদি মতৌ করম্না ক্লিওপত্রা অমসু এন্টোনি অনিনা মরুফংনা মাংখিবা পাবিরগা খংবিগনি।

*নোম্লুক্না খংহনজরিবা*
**ইবোচৌবা সিংহ মাইবম**
ললাম্বুং

# কৎথোকচবা

নুংশিরবী ইমা,

ইমা নহাক্কী নফমদা ঐনা ইজবা লাইরিক খরা কৎথোকচগে হায়না ঐনা মতম কুইনগী মমাংদগী আশা তৌজখি। চিৎথ-নান্থবা খরা য়াওজরবসু অমদি অচুম-অরান কয়া য়াওজরবসু, হৌজিক ঐহাক্না ইজবা "ক্লিওপত্রা" ইমাগী মফমদা কৎথোকচরি। নচানা আশা তৌজরি, ইমানা লাইরিক অসিবু হরাও হরাও লৌবিগনি হায়না।

নচানা য়াম্না কন্না থাজে মদুদি ঐহাক্না য়াম্না ৱানা শাগৎচখিবা ইতিহাসকী ওইবা ৱারি - "ক্লিওপত্রা" অসিদগী ইমানা পূক্নিংদা ফাওরকপা ৱাখল - নুংঙাইবা, অপেনবা পোক্নুনা ক্লিওপত্রাগী নিংথিবা শক্তম অদু ফংবিগনি।

মমাংঙৈগী ওইবা অমসুং অঙকপনা থল্লবা ইজিপকী রানি অসিগী হাক্তক্তা ইজিপ লৈবাক্কী মিংচৎ অমসুং শক্তি পূম্না মাংখিবদু ইমানা পারগা অপেনবা, নুংঙাইবা পোক্কনি।

নহাক্কী নুংশিজরবা অমসুং মথৌ মশক খংবা নচানুপা,

আইচ রাইডর হাগার্দ

জানুৱারি ২১-১৮৮৯

## আইচ রাইডর হ্যাগার্দকী
# মাংজৌননা ব্রাহৈ খরা

এন্টোনি অমসুং ক্লিওপত্রা মখোয় অনিনা লৈখা তাখিবগী ইতিহাসনা মখোয়গী মতমদুগী ছাত্রশিংদা অকনবা শাফ্ অমা পিগ্রবনি। মখোয় অনিগী অচেৎপা নুংশিনবদু, থুংনদনা শিখিবদু খ্বাইদগী ফোঙদোকফম খংদবা অমদি হায়ফম খংদবা অঙকপা অমা ওইনা লৌনখি।

মখোয় অনিনা চাওখৎকদবা, চৎকদবা নুংঙাইবগী লম্বী পুম্বা, কল্লকপা মিহৌবা অমসুং মখোয় মশেল হায়বা ঙমদবা তুক্কচবা কয়ানা থিংদুনা লৈরমই। মখোয় অনিগী অচুম্বা লম্বী পুম্বা উবা ঙমখিদে। করি মরমদগী অচুম্বা লম্বী উবা ঙমখিদবনো ? করিগী ক্লিওপত্রানা অক্তউম য়ৌনবা চেল্লকখিবনো? করিগী এন্টোনিনা ক্লিওপত্রাগী মতুং ইন্নরকখিবগে ? করিগী এন্টোনিনা মাগী লান্মী পুবা জহাজ পূম্নমক থাদোক্লম্লগা ক্লিওপত্রাগী মতুং ইন্নরকখিবগে? কমদৌনা মাগী লান্মী পুবা জহাজ পূম্নমক মাংখিবগে?

মথক্কী ব্রাহংশিং অসিগী পাউখুম পিবা ঙমনবা অমদি মখোয় অনিগী নুংশিনবদু অরোইবা পম্লুং য়ৌঙমখিদবগে হায়বগী মরম পিবা ঙম্নবা তৌজখিবনি।

ব্রারি অসিবু পাবিরিবশিংনা কাউবিরোইদৌবা অমনা, ব্রারি অসি ইজখিবনি হৌজিক্কালগী মিৎয়েংদা নত্তবা, চহি ২,০০০ গী মমাংদা ওইখিবা মওং মতৌদু ইজিপকী পাখং অমগী মচিন্দগী থোকখিবা ব্রাহৈশিংদগী ওইখিবনি। মহাক থম্মোই কাইরবা, মরৈবাক নিংজবা নিংথৌ মচা অমা ওইরমই। মহাক চুম্নগী শাবু পুজা তৌবা মীদি ওইরমদে, অদুবু প্রিয়েষ্ট অমদি ওইরমই। য়াম্না ঙকপা মওংদা ঈশ্বরনা পাউতাক কয়া পিরবা পাখং অমা ওইরমই।

মহাক্কী ক্ষেম লৈবাক্কী লাইশিংদু অশেংবা লৈ হায়না য়াম্না কন্না থাজবা মীশক্নি। মহাক্না লাইশিংদুগা লৈমিন্নবা, শিবা লৈত্রবা পুন্সি অমদা মনা মথুম ফংবা অমসুং দণ্ডি ফংবা পুন্সিনি হায়না য়াম্না কন্না থাজরমই।

মহাক্না ওশিরিয়ান ধর্ম্মবু করিসু নত্তে নিংলমই, লাইগী অশেংবা মফম্বু, অরোন অথুপশিংদু খুমদুনা থম্বা অশেংবা ফি অমগুম খল্লমই।

ধর্ম্মগী ওইবা মিৎয়েংদা অমসুং ভাপ্না শাবা ব্রাখলদা অচুম্বনি হায়বসি করম্বনা হেনবগে খন্নরকপদা অসিগুম্বা নিংথৌমচা হার্মাচিশবুসু অচৌবা ধর্ম্মশিংগী পরিংদা অমনি হায়নরি - মাগী মমিংসু য়াওই। মোংফমদা লৈবা ফুরাদা মাগী মমিংসু হক্কুনা থমলম্বা থেংনগনি।

ইজিপকী লাইবু নিংজবা অমদি ইরাৎচবশিং মখোয় অয়াম্বনা মসি খংদবা নত্তে। মসি আইশিস নিংজবা কাংবুশিংনা হেন্না ফজনা খংঙি।

লাইবক থিবদগী অসিগুম্বা মখলগী লাইরিক অসি ইবা ঙমদবনা, মদুদা য়েক্তনা খোৎতনা পুথোকপা ঙমদবনা চহি কয়ামুক্কি মমাংদা শিখ্রবা মীওইশিংদু অমুক হিংগৎহন্দুনা পুথোকপা ওইথোক্তে, পাবিরিবশিংগী মাংদা।

থাইনগী ওইবা ব্রারিশিং অমসুং থৌদোক ব্রাথোকশিংবু, ইজিপকী ধর্ম্মগী মমা ওইরিবা, ধর্ম্ম কর্ম্মদা পূক্নিং চংদবা মীওইদা ঐনা হায়জনিংবদি মখোয় অহানবদা থৌরি হাইবী (Skipping) হান্না তম্বীরগা অকোনবদা লাইরিক অসি পাবিবা।

ক্লিওপত্রানা হৃ থকপদগী শিখিবা মতাংদু ইংরেজি লোন অসিদা পুথোরকপদুনা হেন্না পাম্লে। প্লুর্তাচ কী মতুং ইন্না রানিসিনা হৃ থকখিবগী মতাংদু তশেংনা হায়বা ঙমদে। অদুবু ময়াম্না ঙাংনবদি আশপ হায়বা লিন্দুনা চিকপদগী শিখিবনি হায়নখি। (ইজিপকী মহু য়াম্না কনবা লিন ASP)।

অদুম ওইনমক, শিরমদাই মিকুপ খরদুদা মহাক্কী য়াম্না থাজবা মাইবা - ওলিমপশনা হায়বদু মহাক্না ইনজখি অদুবু মাইবা অদুনা রানিদু শোইদনা শিনবা হৃ থাখিবনি হায়বসি চিংননিংঙাই ওইদে। মসিনা পনবা যাই মদুদি পতোলেমি ইপিফানিশনা পাল্লিঙৈ মতমদা লমদমদুগী নিংথৌগী ঈ-নি হায়বা তৌশিন্নবা কয়ামরুম অমা ইজিপকী নিংথৌ ঐনা ওইগদবনি ঐনা ওইগদবনি হায়না ক্লেম তৌবা চঙশিল্লকখি। মখোয়দুগী মরক্তা হার্মাচিশ হায়বা পাখংশিসু অমা ওইরমই।

মসিগী মথক্তা তুংগী লাইফাও ওইনা তৌবা লাইরিক অমসু লাই-সেবা তৌরিবা প্রিয়েষ্টশিংগী মরক্তা পানরমই।

লাইরিক অদুনা লাইফাও তৌরিবদি গ্রিক জাতিশিংগী তুংদা লাই ওইরিবা হারশেফিনা "খ্বাইগী মকোক" তুংদা লাক্কদবা অদু পুথোক্কনি, ইতিহাসনা শাক্কি ওইদ্রবসু মসি উবা ফংলগনি। মরমসিনা মদু উবা ফংলগনি মদুদি অচৌবা খুজিন থৌরাং অদু মেশেদোনিয়ান (লেজিদা গ্রিকনা পানবগী) অদু লৌথোক্লগা হার্মাচিশ হায়বা পাখংদু শিংহাসন্দা থাংগৎপসি ওইথোকপা যাদবা তৌরোই। অশেংবমক, মসি ওইথোপা য়াই মরমদি মতমসিদা ফত্তবা খুজিন থৌরাং কয়ামরুম ইজিপ্তা তৌরমই মরমদি মরৈবাক নুংশিবা ইজিপশিয়ান কয়ানা মীরৈবাক্কী মী - গ্রিক অমসুং রোমানশিংগী মখুৎতা মীনাইগুম লৈরকপদু খাংবা ঙমলমদে। মখোয়না খাংবা ঙমলক্তবদগী প্লোৎ কয়াদু তৌখিবনি।

আইশিস লাইরেম্বীগী মন্ত্র শোনবা, ক্লিওপত্রাগী ঈশৈ চেনাশিং অসিদা য়াওরিবা অসি মিঃ এন্দ্রুলাংনা অমুক হন্না ইথোক্লম্বনি। অদুগা চার্মিয়োন্না শকখিবা ঈশৈশিংদুসু চপ মান্নবা খুৎইদা অনুবাদ তৌথোক্লম্বনি গ্রিক্কী শৈরিয়ান মেলেয়াগরদগী।

# ব্রারীশিগী হৌরকফম

অবিদশ সহর অমদি আইশিস লাইরেম্বীগী লাইশঙগী মনিংদা লিবিয়ান চীংজাওশিংগী মনাক্তা য়াম্না পাক-চাওখ্রবা অহাংবা লমহাং অমা লৈ। লমহাংশিদা য়াম্না শেংলবা ওশিরি ফুমখি হায়না ময়াম্না থাজনৈ। মসিদা অচৌবা ফূরা অমা ইকুই কুইদনা ময়াম্না পুথোরকখি অমসুং খঙনরকখি।

হায়রিবা ফূরাদুগী মনুংদা মীশিংনা থিব-হন্নগী থবক তৌরুবদা য়াম্না ঙকপা পাপিরশ (চে) মকোল অমা থেংনরমই। মদুগী পাপিরশ মকোলদুদগী ইতিহাস অসি ইখিবনি।

অচৌবা মোংফম ফূরাসি লম য়াম্না মরাং কাইনা, পাক-চাওনা কল্লগা শারম্বনি। মসিগী ফূরা অসি অচৌবা পুখ্রি অমা ফুট ৮৯ হেন্না লুথনা তৌরগা শাখিবনি হায়না থাজনৈ। মসি অঙকপা অমনি। মসি চপ য়ুংনা মখাদা কুমথবগী মওংনি।

মসিদা কুমথগদবা মফম্না হিয়ুন কেপ্তুগীনি। কুমথফমসি মতম অমদা শিখিবা মীগী শাগৈ-নাতৈ অমদি মরুপ মপাং পূম্নমক্না ধর্ম্মগী ওইবা লাইনিং লাইশোল তৌফমনি।

মসিদা কু-দুনা লৈরিবা মফমদু চপ য়ুংনা ফুট ৮৯ লুথবা অকুৎপনি। মখাদা কূ অহুমদগী হেন্না থম্বা তৌদে। অহুমদগী হেন্না থোইনা থম্বা য়ারবসু। কূ অনিদি প্রিয়েষ্ট অমেনেমহৎ অমসুং মাগী নুপী অদুগা অহুমশুবদু হার্মাচিশকীনি। হার্মাচিশ হায়রিবসি লাইরিক অসিগী হেরোনি। ইকাইবা খংদবা আরবশিংনা মখোয়শিংসি থেংনরুবদা লোইনা থুগাইরম্বনি। হুরানবা আরবশিংনা মনুংদা য়াওরিবা অকংবা হকচাংশিংদু লোইনা থুগাইরমই।

মখোয়গী ধর্ম্ম য়াওদবা, শেংদবা মখুৎশিংদুনা শেংলবা অমেনেমহৎ অমসুং মাগী নুপীবু থুগাইরগা অমদি শেগাইরগা থম্বীরমই। মফমদুদা ইরম্বদগী খংবদি অমেনেমহৎকী নুপীদা হেথোরশগী থব্রাই য়াওখ্রবনি। অদুবু মখোয় আরবশিং অদুনা মখোঙ মখুৎ মচেৎ-মচেৎ থোক্লা ককথৎলগা স্না অমসুং মনি-মুক্তা য়াওব্রা থিবদা লোইনা চাখাইরমই। অদুগা আরবশিংদুগী চৎনবী অমসুং খংনবী অমনা মখোয়না শরুমচেৎশিংদু পুরোহিৎ নৎত্রগা লাই সেবা তৌরিবশিংদা মমল তাংনা য়োনবা অসিনি। মখোয়না করি করি কদাইদা থুগাইবা য়াগদগে থিরকপদা করিসু খঙজদবা পুরোহিৎশিংদুদা শরুশিংদু য়োনবনি। নুংঙাইতবা ব্রাফম অমনা ইজিপ্তা মতমদুগী মীশিংনা লৈনুংদগী ফংলকপা পোৎশিংদু য়োল্ল-য়োল্লগা মখোয়গী চারা তান্নরমই।

লাইরিক অসিবু ইরিবা ঐইচ রাইডর হাগার্দকী মরূপ, থবক্লা ডাক্তর ওইবা অমনা তান-চারুবদগী, নাইল তুরেল তোর্বান্দা অবিদুশফাওবা লাকপদা ফত্তবা থবক তৌরিবা নুপাশিংদুগা থেংনরমই। অকোনবদা মহাক্কা আরবশিংদুগা য়াম্না খঙনরকখি। মখোয়না ডাক্তরদুদা মোংফম মনুংগী অরোনবশিংদু ব্রারি তৌরমই। মখোয়না মঙেন্দা অচৌবা ফূরা অমদি মখোয়না শোক্ত্রি-পায়দ্রি হায়রমই। ডাক্তরদু অসিগুম্বা মমাংঙৈগী ফূরা অমদি মোংফমদা য়াম্না খংনিংবা থব্রাই য়াওজবা মীনি। মখোয়না হায়রমই - মদুগী ফূরাদু কনাগুম্বা মরাইবক থিবা অমগী ওইরমগদবা মাল্লি। মখোয়না মদু থুগাইরুবদা মতম য়াম্না চংগদবনা মদু শোক্লমদে।

রাইডরগী মরূপ ডাক্তরদু, পূক্লিংদা য়াম্না খঙনিংবা ব্রাখলনা হেনখিদুনা আরবশিংদুদা, মাবু মফমদুদা পুরগা য়েংহল্লু হায়না পৈশা পিজরমই।

মহাক্লা রাইডরদা চিঠি ইরকপগী লোন্দা অদুমক মখাদা পিজরি :-

(চিঠি)

"অহিং অদু ঐ শেতিগী লাইশঙগী মনাক্তা তুমলমই। নোং ঙানগদবা খরা ব্রাৎলিঙৈদগী হৌনা ঐনা শেম-শাবা হৌরমই অমসুং অঙনবা অয়ুক্তুদা খোঙশাল্লমই। ঐহাক্কা লোয়ননা চৎমিন্নরিবা নুপাদু মমিৎতু ক্রোশ মানবা তাকু অমগা চৎমিন্নরমই। মাগী মমিংনা অলিবাবা কৌরমই। হায়রিবা অলিবাবা অসিদগী ফংবা খুদোপ অসি মরূপ নঙোন্দা থারক্লিবনি। মসি পিক্তি পিকই অদুবু অলিগী হুরানবা মরূপশিংদুনা য়াম্না পাম্নবা পোৎনি। অয়ুক্কী নুমিৎ থোকপদগী পুং অমরোম চৎলগা হায়রিবা লমদম অদু য়ৌরমই। হায়রিবা লমদমদুদা মোংফম ফূরা লৈ।

মফমদু মী-পোং অমত্তা চংনদ্রবা নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবফাও নুংশা মঙালনা চাকথেক্তৌবগুম শাবা মফমনি। নুংশা মঙালনা পোৎ পূম্নমক তাঙ্গোই ওলহনগদবগী মতৌগুম শাবা মরম্না নুমিৎ তারবা মতমদনা মফমদুদা লৈবা চীংদুমশিং, অচৌবা নূঙ শাবনা খুৎনা শোকপা কনাসু ঙম্নদে।

নূঙজাওশিংদু উৎ মচু ওইরগা ইচাই চাইনা শন্দোক্তুনা লৈ। অশাবা মৈগী মতৌগুম শন্দোক্তুনা লৈরিবা লৈঙোইদু খোঙনা শোকপা কনাসু ঙম্লোই। শামনখিদুনা খোঙনা চৎপা ঙমদবনা গধা তোংলগা চৎলমই। মফমদুদা লাক্লিবা হায়ববু অথাপ্পদা লংজা খরা পাইরকপদু নত্তনা জিব অমত্তা য়ৌরকখিদে।

অকোনবদা ঐখোয় অচৌবা নূঙজাও অমগী মনাক্তা য়ৌরমই। ঐখোয়গী মাংদা লৈরিবা নূঙজাওদু চহি লিশিং চংনা অকনবা নুংশাগী মৈশানা অমসুং অশাবা লৈঙোইনা তকপদা ইরং লংলে - ইনান নাল্লে।

মফমদু য়ৌবদা অলিবাবানা হায়রমই - 'মোংফম ফূরাশিংদুদি অরংবা অচৌবা নূঙদুগী ময়াদা লৈ।' মরমসিদগী ঐখোয় গধাদগী কুমথরমই। ঐখোয়না গধাশিংদু লৌউবগী মচানুপা অমদা শিন্নরম্লগা চীংদুমদু তান্না চঙশিল্লমই। নূঙজাওদুগী মখাদা

অহোবা মখূল অমা থেংনরমই। নুপা অমনা পাকথদুনা চংবা য়ারোইদৌবা মখুল ওইরমই। অশেংবমক মখূল অদু অহিংদা কৈশালশিংনা হোৎতোক্লম্বা মখূলনি, মখোয় চংথোক চংশিন য়ানবা। চীংনুঙহুৎতুগী শরুক খরদি নূঙ, লৈঙোই অমসুং ঈশিংনা পুশিল্লক্কুনা মেনশিনখিরমই। কৈশালনা হুৎলম্বা মখূল অদুদা চঙলগা হায়রিবা মোংফম ফূরাদু ঐখোয়না ফংখিবনি। ইহান হান্না অলিনা মখোঙ মখুৎ তাশিন-খোমজিন তৌরগা কৈশাল মখূল অদুদা চংলমই।

ঐসু অলিগী মতুংদা চংলমই অদুবু মপানগী অশাবদু মনুং চংলগা হকচাংদা ইংবা ফাওরমই। অদুবু মপান্দা নুমিৎকী মঙালদা ইরং লংবা অদুগী ওন্ন-তৈনবদা মনুংদদি হায়ফম খংদনা মমলমই।

মনুংদা ঐখোয়না কেন্দল চুখৎলমই। অখন্নবা হুরানবা কাঙবুদুসু মনুং চঙলক্লগা ঐনা মখোয়বু চাংয়েং তৌরমই। ঐখোয় মনুংদা অচৌবা কা অমদা লৈবগুম তৌরমই। অকোইবদা লৈরিবা ফক্লাংগুম্বশিংদুদা অয়েকপা ধর্ম্মগী লাই লৈবদু থেংনরমই।

অয়েকপা ধর্ম্মগী ওইবা লাইশিংগী মরক্তা য়াম্না চীংলেম্বা, অহল ওইরবা অমসুং অশাংবা খদাং কোই য়াওবা নুপা অমা অকোনবী চৌক্রি অমদা ফম্লগা মখুৎতা যন্ত্র খোঙবশিংনা পাইনবা মকোক্লা চৈ মানবা - লিচৈসু মানবা অমা পায়রগা লৈবা উরমই। নুপাদুগী মাংদা প্রিয়েষ্টশিংগী ওইবা খোঙচৎ অমসু য়েক্কুনা থমলমই।

মোংফম ফূরাদুগী য়েৎথংবা কাচিন্দা অশিবগী কূ ময়াম লৈরিবদুগী চংফমদা তেঞ্জৈ মানবা অমা লৈ। অমুবা অচৌবা নূঙদা কক্কুনা চুথেক নাইনা শেমখিবা মওংনি। থোম হায়বা উগী উ মপূম অমা ঐখোয়না পুশিল্লক্লগা অরুবা কোমদুগী মচিন্দা উদু ফৈজিল্লমই। অদুগা উদুদা থৌরি অমা পুনশিল্লগা মখাদা থাদরমই।

অদুগী তুংদা অলিবাবা, অচুম্বা তৌগদবা নুপাসি থৌনা য়াম্না লৈবা হুরানবনি। মহাক্লা থৌরি অদু পায়রগা, মশাদা কেন্দল খরা য়াওহল্লগা, খোঙউপ য়াওদবা মখোঙনা গুহাগুম্বা অদুগী ফক্লাংদা নেৎলগা মখাদা কুমথরমই। মহাক য়াম্না থুনা অমম্বদা মাংখিরমই। থৌরিদুনা হেক হেক নিকপদুনা হায়রিবদি মখাদা অলিবাবা করিগুম্বা খরা তৌরি তাকপনি। মমৈথংদা থৌরিদু হাইবা নিকপা লেপখিরমই। মখাদগী অশোনবা খোঞ্জেল অমনা মথক্তা লাউখৎলকখি। খোঞ্জেলদুনা হায়রক্লিবদি অলিবাবা করিসু অশোয় অঙাম য়াওদনা মখাদা ফুট ৮৯ লুবা মফমদা য়ৌরে হায়রকপনি। মনুংদা য়েংথবদা অথাপ্পা অতিয়াদা অপিকপা মৈদু উবগুম তৌরমই। মহাক্লা কেন্দল অদু চুখৎচখিবনি। কেন্দলদুগী মৈরিদুনা শেকপি মশিং লাকঙমদনা মপান্দা পাইথোরকখি। শেকপিশিংগী থৱাইশিংনা মপান্দা পাইথোরকপগুম তৌরমই।

অমুক হন্না থৌরিদু মথক্তা চিংখৎলমই। হৌজিক্তি ঐ মনুংদা কুমথবগী পাল্লি থোক্লমই। অদুবু, থৌরিদু শেন্নরিবা মী অদুবু ঐহাক্লা থাজরমদে। মরমসিনা ঐ মখাদা কুমথবদু অহানবদা য়ারমদে।

থৌরি পায়দুনা কুমথবগী মওংদু য়াম্না খুদোং থিনিংঙাই ওইরমই। মসিগী মরমদি ফুট ৮৯ লুবা কোম মনুংদা মম্বনা মিৎ উইশিনবমুক মল্লবা অমসুং শেকপি ময়াম্না পিক থন্না লৈরবা অমদি কোইপাই পাইদুনা লৈরবা মনুংদা চংবদু খুদোংচাদবা অমনি।

অকোনবদা মখোয়না ঐগী খ্বাংদা থৌরিদুগী অরোইবা মচিন্দুনা পুনশিল্লমই অদুগা ঐগী হকচাংসি মনুংদা চংহল্লমই।

ঐগী হকচাংসি মনুংদা, মম্বনা খম থেংলবা অমদি অমুবা শেকপি ময়াম মরক্তা, লৈখা য়ৌনবা অসুম অসুম নেমথরমই। কুমথরিবা কোম মনুংদু ঈশ্বরগী ওইবা অশেংবা মফমনি। থৌরিনা খ্বাংদা লাকশিল্লগা মখাদা কুমথরিবা মওংদু শিগদ্রা হিংগদ্রা নিংনা য়াম্না ৱানা কুমথরকখি। করিগুম্বা মথক্তা থৌরি শেন্নরিবা মখোয়না অরানবা মওংদা থোকখিবদা ঐদি মখাদা মচেৎ-মচেৎ তাদুনা মিকুপ্তা শিগনি। শেকপিশিংদুনা মাইদা হকচাংদা হন্না হন্না পাইশিল্লক্তুনা থেংগাইরকখি। ঐগী কোক্কী শমদা মচিন্না চিল্লগা য়ান্দুনা অদুম লৈবা য়াওরমই। মসিগী মথক্তা ঐহাক্তি শেকপিশিংবু য়াম্না হঙ্গোইবা অমসুং তুক্কচবা মীনি।

অকোনবদা মিনট খরগী তুংদা থৌরিদু হাইবা থক থক লেংবগী নুংঙাইতবশিংদু থেংনরবা তুংদা ঐ মখাদা অলিবাবাগী নাক্তা য়াম্না খুবা মফম অমদা লেপ্পমই। শ্বর থবেৎ-থবেৎ হোল্লগা ঐগী হকচাং পুম্বা শেকপি ময়াম্না য়োল্লগা অলিগী মনাক্তা লেপ্পমই।

ঐগী খুউ, ঙকশম অমসুং খুৎ অনি হুবাৎখিবগী হকচাংদা অনাবা ফাওরমই। ঐগী তুংদা অতোপ্পা নুপা অমসু থৌরি অদুমক্লা কুমথরকখি। মাদি মখুৎনা (Hand over hand) তৌদুনা জহাজদা হি হোনবশিংনা তৌবগুম ইরাই লাইনা মখা য়ৌরকখি।

মথক্তা অতৈদি কুমদ্রবসু য়ারে হায়না লাউরপদগী মখাদা ঐখোয় থবক তৌবা হৌনবা শেম শারমই।

অহানবদা অলিনা মৈ ঙাল্লিবা কেন্দল অদু পায়রগা মাংদা, মাগী তুংদা ঐখোয়সু কেন্দল অমমম মৈ চুরগা অলিগী তুংদা চৎলমই।

মনুংদা য়াম্না পাক-চাউনা ইমম-মম্না লৈরমই। অদুবু অৱাংবদগী অনেম্বা মফমদা মথং-মথং কুমথরকই। ফুট মঙামুক ৱাংবা অমদগী কুমথরগা অহাংবা মফমদু অমুক হেন্না পাকথোক্লমই। খরদং চংশিল্লগা ঐখোয় অহানবা অশিবগী ফূরাদু য়ৌরমই। ঐহাক্লা খনখি পুন্সিদা খ্বাইদগী শাবা মফম অমসুং খ্বাইদগী অচিকপা মফমদা অহানবা ওইনা থেংনবনি। মফমদু য়াম্না রিজিদ ওইবা হাইদোক হাইজিন য়াদবা অমনি। অশিবগী কূ-শিংনা লৈরিবা কাদু মরাক ময়ুং চপ মান্নবা মফমনি। অচৌবা চীংদুম অমদা হক্লগা শেমখিবা কা অমনি। মনুংদা লাই য়েকপা অমদি হকপা খোৎপা অমত্তা তৌরমদে।

ঐনা কেন্দল অমা পায়রগা কোইনা লৈদুনা য়েংলমই। মনুংদুদা কূগী মখুম লংথোক্তুনা ইচাই চাইরমই। আরবশিংনা থুগাইরম্বা অমসুং চাইখাইরল্লবা মরক্তা অশিবা হকচাং অনিদি ফজনা অমুক য়োমশিল্লগা তাদুনা লৈবা থেংনরমই। অহানবা অদুগী কূদা ফজনা য়েক্লবা ঐনা লোন্দু খংজদ্রবসু ফজনা থারিবদুদি ঐনা উরমই।

অদুবু ঐনা মখোয়শিংদু করি হায়রিবনো হায়বদি খংলমদে। য়োম্লবা ফি মানবা পোৎশক অদুগা ঐনা অমুক্তা উদ্রিবা থৌরিগুম্বা পোৎশকশিং ইচাই চাইনা তাদুনা লৈরমই। ঐনা কোইনা য়েংবদা নুপাগী অশিবা হকচাং অমা অমসুং নুপী অমগী হকচাংগা উরমই। নুপাদুগী হকচাংদগী মকোক্কী শরুক্তু ককথৎলগা লংথোকপা মাল্লমই।

ঐনা মকোক্তু লৌখৎলগা মুন্না য়েংলমই। মদু য়েংবদা শিরবা মতুংদা মকোইশিংদু লোইনা ফান্দোকখিবা মাল্লমই। ময়ামগী মিৎয়েংদা ঐনা হায়নিংবদি নুপাদুগী মাইথোংদু ম্লানা শাবা উনাশিংনা লৈতেং তৌরুবদগী মাইথোংদু শেপ তাখিদবনি।

অদুবু, মদু ওইদুনসু মাইথোংদু উনশা অমদি মতোংগী শরুক্তু নমথখ্রবসু - কুৎথখ্রবসু ঐনা হেক উরকপদগী নুপা অসিগী মাইথোংনা খ্বাইদগী হেন্না ফজৈ নিংলমই। মদু অহল ওইরবা নুপানি। মাগী মাইথোংদা য়াম্না চিংলেম্বা অমদি ইং তপ্পগী মমি তারমই। অদুবু অব্রাবা-নুংঙাইতবা শকফমসু য়াওরমই। ঐনা অশিবা হকচাংশিং য়াম্না থেংনরকপা অমসুং উরকপা মরম্না মসি খংবা ঙম্বনি। ঐনা পংনা থাজবগী ব্রাখলদা নুপাদুগী মকোক্তু মখাদা খংথম থম্লমই। অনিশুবা অশিবা হকচাংদু য়েংবদা মমাইদা খুমজিল্লিবা ফিগুম্বদু লৌথোক্তনা খরা অদুম লৈরমই। ঐনসু মখোয়শিংদু লৌথোক্লমদে। অদুগা নুপীদু মাগী মতমদা য়াম্না ব্রাং চাওবী নিংথিজবী অমা ওইরমগনি নিংলমই।

ঐনা মসি অমেনেমহৎকী হকচাং ওইরমগনি হায়না লৌরমই। চিংননিংঙাই লৈতে অনিদু অমেনেমহৎ অমসুং মাগী নুপীগী হকচাংশিংনি।

অলিবাবানা মখুৎ থিল্লগা হায়রমই - "অদুদা লৈরিবা কৃ অনিদু য়াম্না থৌশাদনা কাচিন অমদা লংথোক্তুনা মখুম ফাওবা হাংদনা থম্বীবা মাল্লি।"

ঐনা অলিগী মনাক্তা চৎলগা কৃশিংনা লৈরিবদু য়াম্না চেকশিন্না য়েংলমই। মদু য়াম্না ফজনা শিদর উনা শেমখিবনি। অদুগা মদুদা ময়েক্লা থাবা নৎত্রগা হকপা খোৎপা অমত্তা য়াওরমদে। অলিনা হায়রমই - "অসিগুম্বা অমা মমাংদা অমুক্তা উখিদ্রি! মদু য়াম্না থুনা ফুমজিল্লো ! মহাক মফিশসু নত্তে ফিনিজসু নত্তে। মাইকৈ অমদা থাদরগা থম্মো!"

ইচম চম্না শেম্বা কৃ অদু ঐনা মুন্না য়েংলমই অদুগা পূক্লিংদা অমুক হেন্না য়েংনিংবা পোক্লমই। ঐনা শিখ্রবা মীদুগী শরূশিংদু য়েংলুবদা অসুক্কী মতিক নুংঙাইতবা পোক্লমই মদুদি ঐ অতৈ কৃশিংদু পায়ররোই পূক্লিংদা লেপ্পলমই। অদুবু হৌজিক য়াম্না খঙনিংবা ব্রাখলনা লাকহৎখিদুনা ঐখোয় থবক তৌবা হৌরমই।

অলিনা পাইজা অমগা নৃঙথং মচা অমগা পুরকখি। কৃ অদু ফজনা চুম্না থম্লবা তুংদা মহাক্লা কৃ থুগাইবদা য়াম্না হৈ শিংলবা নুপা অমগুম থবক তৌবা হৌরমই। অদুদগী মহাক্লা অতোপ্পা কৃ অমদা মখুৎনা থিন্দুনা তাক্লমই।

কৃ অয়াম্বা প্লাই মানবা উনা শেম্বনা ফাজিল্লি। নাকল অমদা প্লাই মানবা অনি অনি, অকোনবদা অকনবা উনা অমুক অরোইবদা কন্না ফাজিল্লি। অদুবু মসিগী কৃ

অসিমদি অতৈগা মান্নদনা প্লাই মানবা মশিং নিপালনা ফাজিল্লমই। মদুনা তাক্লিবদি কৃ অসিমদি য়াম্না চেংনা অমসুং ফজনা থম্নিংবা মওংনি। অকোনবদা য়াম্না কন্না হোৎনরবা তুংদা কৃ অদুগী মখুম অথাবদু লৌথোক্লমই। মখুমদু ইঙ্কি অহুম থারমই। মনুংদা ঐখোয়না অমুক্তা উদ্রিবা ফি মানবা অমনা ফজনা কুপশিল্লমই অদুবু মঙোন্দদি অঙকপা ওইরমদে। মসিগী অশিবা হকচাংসি মরম কয়ামরুমদা অতৈগা মান্নরমদে।

অতৈ অশিবদি মনঙ্গলনা মখাদা মাইথোংনা মথক্তা লৈ। অদুবু মসিগী অশিবা হকচাংসিদি চেপ্লগা লৈরমই। মখুম কুপ্লবা য়াওদুনসু মখুমদু খরদং কোনশিল্লগা লৈরমই। মসিদগী হেনবদি স্নাগী মাইখুম অদু পতোলেমেক মতমগী নোম্নাদা হাপ্লমই। মদু মকোক্তু লেংদনবা হাপখিবা মাইখুমনি।

মখোয়শিংসি য়েংলগা ঐখোয়গী মাংদা লৈরিবা অশিবা হকচাংদু কৃ মনুংদা হাপ্লমদাইদা অশিবা হকচাংসি য়াম্না য়ানিংদনা লেংবা খোৎপা তৌখি হায়বা তাক্লি। অদুগা মসিগী হকচাংসি য়াম্না নোক্লীংই। মহাকসি মাফিশসু নত্তনা করম্বা মতমদা মফমসি য়ৌরকখিবনো খংনিংলমই।

অলিনা হায়রমই - "জ্ঞান য়াওদবা ! মথা য়াওদবা ! কৃ মনুংদা লৈরম্বা হকচাংনা অহিংবা মী ওইরকপা কনা য়াওখ্রবগে" ?

ঐখোয়না কৃ মনুংদগী অশিবা হকচাংদু থাংদোক্লমই। অশিবা হকচাংদু উফুলনা ইথা থাগৎলমই। উফুল ময়ামদু শেংদোক্লবা তৌবদা ঐখোয় শ্বর ফুন্দুনা শিরমগদৌরমই। অকংবা অশিবা হকচাংদুগী মখাদা লোৎতুনা থমজরম্বা পাপিরশ (চে) মকোলদু ঐখোয় অহানবা ওইনা ফংলমই। পাপিরশ মকোলদু য়াম্না চেকশিন্দবা মওংদা অশিবদুগী মশাদা ফিগুম্বা অমদা য়োমশিল্লগা ফাজিল্মই। অশিবদু কৃদা হাপ্লগা মখুমদু অমুক খুমজিল্লমই।

ঐখোয়না ফংলিবা পাপিরশ মকোল অদুদা অহুমশুবা লোইশিন্দ্রিবা ইতিহাস লাইরিক্তু য়াওই। অতৈ মকোল অনিদু অতৈনা তৌনবগুম ফজনা ফাজিল্লগা লৈরমই। মকোল অহুম্মক খুৎই অমত্তনা ইরম্বনি। মখোয়দু দেমোতিক ময়েক্তা ইরম্বনি। মফমদুদা চংলক্লিবা পূম্নমক য়াম্না কল্লক্লা পাপিরশ মকোল অহুমদু মুন্না য়েংনরমই। অদুবু ঐনা মখোয়দগী মুল্লগা ঐগী ফুরিৎখাওদা হাপচিল্লমই। মসিগী মরম অমনা ঐখোয় হান্না য়ানখিবা মতুং ইন্না মনুংদা ফংলকপা খুদিং ঐনা লৌবা য়াই।

অদুদগী ঐখোয় অশিবা হকচাংদুদা য়োল্লমলিবা অদু ফক্কাইদুনা নত্রগা শেগাইদুনা লৌথোক্লমই। হকচাংদু অপাকপা বেন্দেজগুম্বা অমনা কোইনা য়েৎশিল্লমই। য়েৎলিবা মওংদু য়াম্না থানা অমসুং কনথা কলেংনা কন্না ফাজিল্লমই। করিগুম্বা তাঞ্জাদনা ইচম চম্না কিশি কিরগা য়াম্না থুনা তৌবা মওং মাল্লমই।

অশিবা হকচাংদুগী মকোক্তা মওং তাদবা ময়োম নত্রগা মতুম অমা থেংনরমই। য়াম্না থুনা বেন্দেজ অদু হন্দোক্তুনা লৌথোক্লমই অদুগা লাইবক ওইরপ্না অনিশুবা পাপিরশ মকোল অমসু থেংনরমই। ঐগী খুৎনা মদু লৌথোক্লগা কন্না চিংলমই অদুবু থোক্লকউ য়ারমদে। অসিনা তাকলিবদি মকোল অদু মশাদা ফাজিন্দুনা চেংনা থম্বনি হায়রিবনি।

মদু হকচাংদা ফাজিন্দুনা - পুনশিন্দুনা থম্বদু লৌউবনা মশাদা থাঙ্গোল য়েপ্পগুম তৌরমই। অশিবদা য়েৎপা ফিদু মশা পুম্বা খোঙ য়ৌনা য়েৎলমই।

য়েৎলিবা ফিদু খোইরু ফজনা তৈরবা অমসুং য়াম্না থানা তৈবা অমনি। ঐনা কেন্দল অমা লৌরগা পাপিরশ মকোলদু য়াম্না কুপ্না য়েংলমই। অদুবু পাপিরশ মকোলদু মশাদা নপশিন্দুনা লৈরম্বনা মদু শেগাইদ্রবদি লৌথোকপা য়ারোই খঙলমই। পাপিরশকী মপান থংবা শরুক্তু পুরা শেগাইদ্রবদি মদু লৌথোকপা য়ারোই।

মসিনা অনিশুবা মকোলগী অরোইবা চেনাগী অহোবদু মসিনা ওইহল্লি।

অকোনবদা উপায় লৈত্রদুনা ঐনা লৈথৎলগা লৌথোক্লমই অদুগা ঐগী ফুরিৎখাওদা অতৈদুগা লোয়ননা হাপচিল্লমই। অদুদগী ঐখোয় ব্রা ঙাংনদবিদা তুমিন-তুমিন অকিবা থবকশিংদু চৎথরমই। ঐখোয় য়াম্না চেকশিন্না মমিশিংদু শেগাইদুনা অমসুং ফক্কাইদুনা বোরা মানবা ফিশিংদু শেগাইরমই। অকোনবদা নুপা অমগী অশিবা হকচাং অমা ঐখোয়গী মাংদা লৈবা উরমই। নুপাদুগী মখুউ অনিগী কারক্তা অহুমশুবা পাপিরশ মকোলদু লৌথোক্লগা মুন্না য়েংলমই। ঐনা কেন্দল মৈদু মখাদা নেমথরগা মুন্না য়েংলমই। অশিবগী মমাইদা মুন্না অমুক্তং য়েংবদা ডাক্তর অমা ওইনা কমদৌনা শিখিবনো খঙবা ঙমলমই।

অশিবা হকচাংদু মপুং ফানা কংদ্রিবা ওইরমই। মদুনা তাকপদি লমদুদা শেম্বা সোদা মহিদু নুমিৎ ৭০ ফাদ্রি হায়বনি। মাইথোংদুনা অমসুং শক্তমদু মাংহন্দনা থম্বনা হেন্না ফৈ খনবা মাল্লমই।

হকচাংদুগী মনুং মপান য়েংদ্রবসু, ঐনা মসিমতং হায়গনি মদুদি ঐ অমুক হন্না অদুগুম্বা মাইথোংদু উবা ফংলোই। আরবশিংফাওবা মাইথোংদু য়েংলুবদগী কিদুনা অমসুং ঙক্তুনা খরা হন্দোক্লগা মচিন্দা লাইশোল শোল্লমই।

অতৈ লেমহৌবা কৃশিংদু ওইরোমদা হাংদোকপগা অতৈদা তৌবগুম তৌরমদে। য়াম্না ফজনা তেক্ত-কাইদনা চহি ৪৫ মুক ওইগদবা অমা থেংনরমই। মশমদু পোক হৌজরবসু মহাক মাগী মতমদা য়াম্না শক্তি লৈবা মী মাল্লমই। মরেংবান্দু কা হেন্না পাক্লমই। মদু ঐনা মতম ফংদবদগী চংশিন্দুনা য়াম্না কৃপ্না য়েংবা ঙমখিদে।

মিনট ৫-৬ কী মনুংদা অশিবা হকচাংদুদগী লৌবা য়াবা, য়েংবা য়াবা অমসুং কান্নগদবা পোৎ অমত্তা য়াওরমদে খংলমই। শম খরা, অকংবা মকোক অমসুং অচৌবা শরূশিংদু নত্তনা অতৈ করিসু কান্নগদবা য়াওরমদে। ঐনা য়েংবদা খুৎ অমা, মদু ওইরা য়েৎলা কাউখ্রে মদু থুদেক্লগা মনুংদা য়াওরমই মওং ইতা তাদনা। মদু অতৈ খুৎশিংদগী ইঞ্চি অমা হেন্না তেনবা ওইরমই। মদুগী তুংদা ঐখোয় করিসু কান্ননিংঙাই ওইবা পোৎ অমত্তা ফংলমদে। ঐখোয়গী পূক্নিংদা য়াম্না লাংতক্লবা, য়াম্না খংনিংবা পোকখিবশিং পূম্নমক লোইরবগুম তৌরমই।

ঐ মনুংদুদা ওমচাক্লবগী, মনম নমথিবগী অমসুং অমম্বদা অশিবা ময়াম য়েংলুবগী ঐসু অশিবগুম অমদি থব্রায় য়াওদ্রবা হকচাংগুম শ্বর থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা য়াম্না ব্রানা খাংলমই।

*ঐ চিঠি য়াম্না শাংনা ইবদা চোকথরে। চিঠি অসিদা ঐ কংফান্দা লাকপগী ব্রা ইজখিবনি। সমুদ্রগী লাপথ্রবা শাংলবা ঈশিংগী শরুক লাম্থোক্তুনা ঐ লাক্লে - লন্দন য়ৌরক্লগনি। মরূপপ্না চিঠিসি ফংলবা মতুং নুমিৎ ১০নিগী মনুংদা ঐ লন্দন য়ৌরক্কনি।* অদুগা ঐনা নঙোন্দা ঐগী অৱাবা নুংঙাইরবা থৌদোকশিংদু পাউদমগনি। ঐনা অশিবা থল্লিবা মোংফমদা কাখৎতুনা থেংনরকখিবশিংদু নঙোন্দা হায়গনি।

করম্না ফৎত্রবশিংগী নিংথৌমচা (অলিবাবা) অমসুং মহাক্না লোয়নরকপা হুরানবশিংনা ঐবু কিননবা হোৎনখিবা ঐঙোন্দা পাপিরি অদু শিননবা মতমদা। অদুগা ঐনা মখোয়বু করম্না থিনা চৈ-থাংখিবা পূম্নমক নঙোন্দা তমগনি। অদুদগী ঐনা নঙোন্দা করম্না পাপিরি অসি অনুবাদ তৌথোক্তুনা ফোঙবা ঙমগনি। ঐনা আশা তৌরি - মখোয়শিংসি অতৈনা তৌনবগুম লোইনা য়াওই (Copies of the Book of the Dead) অদুবু অতোপ্পা খরসু য়াওরি।

হায়দ্রবসু য়ারে ঐনা ইজিপ্তা চৎলুবগী থেংনরকপদু পাউদম্বদি নত্তে। ঐ বাউলাক ম্যুজিয়মগী মীশিংদু ঐনা লাকপগী লম্বীদা থেংনগনি। গুদ বাই ! 'মাফিস ফিনিশ' অলিবাবানা ঙৈহাক লৈতনা হায়বগুম।"

নুমিৎ খরা লৈরগা মহাক্কী চিঠি অসিবু ইরকপা ঐগী মরূপ ডাক্তরদু লন্দন্দা থুংলরে। মথংগী নুমিৎতা ঐখোয় অনিগা খংনবা লাইরিক লাইশু য়াম্না হৈবা, হিয়াবোগ্লিফিক অমসুং দেমোতিক খুৎই পাবা ঙম্বা নুপাদুগী য়ুমদা চৎলমই। মহাক্না পাপিরশ মকোলদু লৈপাক্তা বুপ লাউনা থাদরগা মকোল অমা লৌখৎলমই। মহাক্না অনোক হাপ্তুনা অঙকপনা থল্লবা পাপিরশ অদু য়েংলমই। ঐখোয় অনিনা য়াম্না লাংতক্ল না মাগী নাক্তা ঙাইদুনা লৈরমই।

"হ্-ম" মহাক্না হায়রমই, "মসি অমা ওইরবসু অমা ওইরবসু, অশিবগী লাইরিক্কী কোপিদি নত্তে।"

জর্জনা হংলকই - "মসিদি করিনো ? ক্লিওপত্রা - ক্লি-ও-পত্রা করিগীনো সার, ঐ হৌজিক হিংলিবা মী অমা ওইনা, মসিদি শিখ্রবা কনাগুম্বা অমগী ইতিহাসনি। ক্লিওপত্রাগী মতমদা লৈরম্বা মীনি। ক্লিওপত্রা অমসুং এন্টোনিগী মিংসু য়াওরি। ঐগী মাংদা লৈরিবশিং থা তরুক্কী থবকনি। মসি য়ামদ্রবদা থা তরুক চংগনি।"

ঐখোয় অনিনা য়াম্না হরাওনা আশা তৌজরিবদুদা মহাক মশানা মশাবু লাকশিনবা ঙমদনা মাগী কাদুদা ফন-ফন চোংলমই।

অদুদগী মহাক্না ঐখোয় অনিদা হরাওনা খুৎ শোক্লমই। মহাক্না অমুক্কসু খুৎ শোক্লগা হায়রকই - "ঐ মসি অনুবাদ তৌথোক্কনি - অনুবাদ তৌথোক্কনি মসিনা ঐবু হাৎলবসু অদুগা ঐখোয়না ময়ামদা ফোঙদোক্কনি। ঐনা লৈরিবা ওশিরিস য়েংলদুনা হায়রি, ইউরোপ্তা লৈরিবা ইজিপ্তোলোজিষ্ট পূম্নমক কল্লক মিহৌবগা লোয়ননা অমসুং নুংঙাইবদা ঙাওহনগনি ! ওহ, কয়াদা মমল য়ামখ্রবা ফজবা পোৎনো নখোয়না ফংলকলিবা !"

ও, নখোয়গী মীৎনা উখ্রবা চেনাশিংসি অনুবাদ তৌখ্রবনি, শাপ্লা নমখ্রবনি। মফমসিদা লৈরে ময়াম্না খংনদ্রিবা লমদম - নখোয়না নিংতম্না কোইবা - চাৎপা য়ারবা।

ময়াম্না কাউনখ্রবা চীংনুংগী মোংফমদগী হার্মাচিশনা নখোয়দা ব্রা ঙাংলক্লি। মতমগী ফক্লাংশিংদু কিন্থদুনা লৈমাইদা তাখ্রে। থাওমৈনা মঙাল পিরক্নুনা হৌখ্রবা মতমদুগী ব্রারিশিংদু অয়েকপা লাইগুম ঐখোয়দা উহল্লি অমসুং যুগ কয়াগী অমম্বদুনা ফ্রেম চনশিনবগুম ঐখোয়দা উহল্লি।

মহাক্না ইজিপ্টু অনিথোক্লা উৎলি। পিরামিদনা তুমিন্না লেপ্তুনা চহি কয়ামুক্কী মমাংদগী মখাদা য়েংথরকপগুম য়েংদুনা লৈ।

চহিচা কয়াগী মমাংদগী পিরামিদনা তুমিন্না লেপ্তুনা গ্রিক্কী ইজিপ্টু য়েংলি, রোমানশিংগী ইজিপ্টু য়েংলি। পতোলেম্মীগী ইজিপ্না লৈখা তারবা, হিয়ারোফেন্তকী ইজিপ, মমাংঙৈগী ইজৎ অমসুং মিংচৎ পূম্বা মাংখ্রবা ইজিপ !

হার্মাচিশনা নখোয়দা হায়রি - কমদৌনা মৈরি থোক্তনা চাক্লম্বা ক্ষেম লৈবাক অসি, মহাক্না শিদ্রিঙৈ মমাংদা মৈরি চাওনা চাকখৎলকখিবা অমদি করম্না মমাংঙৈ মতমদা ধর্ম্ম অনি থোক্লা ওনশিনখিবা, মদুদা অচৌবা ঈহৌ অমা লাকখিবা-নাইল তুরেলনা ঈশিং ঈচাও তৌরকপগুম। মদুগী ঈশিং ঈচাওদুদা ইজিপকী লাইশিং পূম্নমক ঈশিংদা লুপখিবা।

মফমশিদা মাগী চেনা লামায়শিংসিদা আইশিস-লাইরেম্বীগী মগুণ অমদি মঙালগী মরমশিংদু ফজনা তাক্লি। মসিগা লোয়ননা ক্লিওপত্রাগী পর্দার মরুমদা "Thing of flame" অদুসু খঙবা ঙমগনি। মাগী অপাম নুংশিনা লাকহৎখিদুনা মাগী শমরাইয্যনা করম্না লৈখা তাখিবা অদুসু খঙগনি।

কমদৌনা চার্মিয়োন্না লমন খুন্বগী ব্রাখলদা মাবু হাৎখিবা অদুসু পাবিরগা খঙগনি।

মফমসিদা, লৈখা তাখ্রবা ইজিপশিয়ান - হার্মাচিশ শিগদৌরিবা মতমদা নখোয়দা শেলুৎ তৌরি। ব্রারিসিদা, নিংবা কাইরবা লৈখা তাবগী মৈখুনা মম্লবা মতমদা মহাক্না নখোয়দা উৎলি, নখোয়না মাগী মতৌগুম করি তৌবা য়াই। মানা মখোল থোক্লা কপ্লগা মমিংতা মুশি মুশি উখিবা অমেথি, করম তৌনা মাগী লাইবক্তা তমলকপদুদা চংজখিবা, করম্না মানা লৈখা তাখিবা অমসুং মরাইবক থিনা তমলকপা, মাগী ঈশ্বরবু কাউথোকপা, মাগী মিংচৎ অমসুং মাগী লৈবাক মাংখিবা।

# বুক অহানবা
## চেপ্টর অহানবা

(হার্মাচিশ পোকপা, হেথোরশশিংগী লাইফাও অমসুং মরাল করিসু লৈজদবা অঙাং অমা হাৎপা)

(অবুথিশদা লৈবী ওশিরিসবু য়েংলগা ঐ অচুম্বদুতা ইজবনি।)

হার্মাচিশ হায়বা ঐহাকসি তুংদা লাইশঙগী পুরোহিত ওইরগদবনি। ঐবু লাই ওইরবা শেথিনা য়োকপিরকপনি। ঐহাক মতম খরা লৈরগা ইজিপকী নিংথৌ ওইরক্কনি। ওশিরিসনা কোনবা লমদম অমেনতিদা ঐগী লৈফম ওইরমই। হার্মাচিশ হায়রিবা ঐহাকসি ঈশ্বরনা পীবিরকপা অধিকার, ইজিপ লৈবাক্কী অনেম্বা অমসুং অৱাংবগী নিংথৌগী অশেংবা ঈনি। হার্মাচিশ হায়বা ঐহাকসি লৈরাং লৈকানা হাইদোরকপগুম ইজিপকী আশা ওইরিবা অদুদগী থৈদোক্কুনা লাকপা অমসুং লৈবাকসিগী অফবা মীংচৎ পুরক্কদবা লম্বীদুদগী লৈথোক্কুনা লাকপা নুপানি। হার্মাচিশ হায়বা ঐসে নুপীগী নুংশিবা খোঞ্জেল তাবদা ঈশ্বরগী পাউতাক পূম্নমক কাউথোকপা ঙম্বা মীনি।

ঐহাকসি লৈখা তারবা মীনি, ইজিপকী অৱা-অনা পূম্নমক ঐঙোন্দা মরাল শিজিনখিবা ঈশিংগী ঈচেল পূম্নমক মরুভুমিদা লৈবা গুহা অমদা চেনশিল্লকপগুম তৌখিবা। ঐহাকসি অদুগুম্বা হার্মাচিশ অদুনি শংসারগী ইকাইবা পূম্নমক ফংখ্রবা, নমথাক তৌবশিংনা নমথাক তৌবিখ্রবা, লৈবাক অসিনা ফংজগদবা মিংচৎ পূম্নমক ঐনা মরম ওইদুনা মাংহনখ্রবা। ঐহাক পূম্নমক মাংজখ্রবা মীনি।

ও, ইজিপ, ক্ষেমগী নুংশিরবা লমদম নহাক্কী নথানুংদা ঐহাকপু চাওনবা য়োকপিরক্লবী অদুগা ঐনা নমথাক তৌবিখ্রবী ! ও ওশিরিস - আইশিস - হোরুশ ! ইজিপকী লাই পূম্নমক্কী মফমদা ঐহাক্না নমথাক তৌখ্রে। লাই পূম্নমক্না খংজিনবিয়ু ঐনা অচুম অচুম্বদুতা ইজবনি।

ঐনা মসি ইরিঙৈদফাও, লৈহাও চেল্লবা লৌবুকশিংসিগী ব্রাংমদ, নাইল তুরেলনা ঈগুম অঙাংবা ঈশিং চেল্লি। ঐগী মাংদা নুমিৎকী মঙালনা অথাপ্পদা লৈরিবা অরাবিয়ান চীংশাংদা ঙাল্লি অমসুং য়েরুরি। চীংসিনা মথং মথং নিংখাইরক্লুনা অবুথিশতা তারক্লি। অদু ফাওবদা পুরোহিতশিংনা লাইশঙনুংদ লাইশোন পাঙথোক্লি। মখোয়না ঐহাকপু কাউথোক্লবা অমদি নিংশিংবা তৌদ্রবা ওইরি অদুগা মখোয়না লাইরেম্বী মমাংদা পূজা কৎলি।

ময়ামগী লাইশোলদু অব্রাংবা য়ুমথক য়ৌনা প্রথিধনি তৌই অমসুং ঐনা জেল মনুংদা মখোয়গী লাইশোলশিংদু তাবা ফংঙি।

ঐনা ইকাইবা নংখিবা অমসুং নিংবা কায়বা মরক্তা অবুথিশকী ফর ফর হাইবা ফিরালশিংদু য়েংলি। মন্ত্র শোন্না শোন্না শাংলবা ময়ামগী খোঙচৎতু অশেংবা মফম অমদগী অমদা চৎলি।

অবুথিশ ! মাংলবা অবুথিশ ! ঐহাক্কী থব্রাইনা নহাক্কী নাক্তা চৎলি। মরমদি নুমিৎ অদু শোইদনা লাক্লনি মরুভুমিগী লৈঙোইনা নহাক্কী শেংলবা মফমশিংদু লোইনা কুপশিনখ্রনি অমসুং খুমজিনখ্রনি। নহাক্কী লাইশিংসু লোইনা লৈখা তারে। ও, অবুথিশ ! অনৌবা ধর্ম্মনা ফাগিগুম নহাক্কী শেংলবা মফমশিংসি থল্লগনি। রোমানগী কম্মান্দ দরশিংনা নহাক্কী লানবন মনুংদা চংথোক চংশিন তৌররনি। ঐ কপলি - ঐনা কপলি ঈগী পি তারদুনা মরমদি ঐনা তৌখিবা পাপশিংদুনা অসিগুম্বা ফত্তবা মাং তাকহনবগী মরম ওইখিবনি।

অবুথিশ হায়বা মফমসিদা ঐহাক পোক্লমই। ঐবু পোকপা ইপাসি শেথি লাইশঙদা খ্বাইদগী ব্রাংবা পুরোহিৎ অমা ওইরমই। ঐ পোকপা নুমিৎ অদুমক্তদা, ইজিপ লৈবাক্কী মহারাণি ক্লিওপত্রাসু পোক্লমই। ঐহাক্কী নহা ওইরিঙৈ পুন্সিদি মাংদা শন্দোক্লা লৈরিবা লৌবুক লমহাংদা মতম লেল্লমই।

ইচম চমজবা অনেম্বা থাক্কী লমচৎ চৎপা মীশিংগা লোয়ননা মতম লেল্লমই। মখোয়শিংদু লাইশঙগী অকোইবদা থবক শুরিবা মী অমসুং নিংতম্না চথোক চৎশিন তৌরিবশিংদু ঐনা য়েংলমই। ইমাগী ব্রাদি ঐ করিসু খংলমদে মরমদি ঐনা খোম থক্লিঙৈ অঙাং ওইরিঙৈদা ঐগী ইমাদু শিখিরমই।

অদুবু ইমানা শিদ্রিঙৈ মতম পতোলেম্মীনা ইজিপ্তা পাল্লিঙৈ মতমদা, ইমানা ইজিপকী নিংথৌগী শিমবোল ওইবা স্নানা শাবা লিন অমা ঐগী লাইবক্তা থল্লমই। ইমানা তৌরিবদু উরগা মী অতৈনা থাজরমই মদুদি ইমাশি লাইনা শাওগনি। ইমানা ঙাওখিদুনা খুমলমই ইজিপ্তা মেশেদোনিয়ান্না পানবা লোইরবগুম্বনি। মরমসিনা ইজিপ

নিংথৌগী শিংহাসন ইজিপ মচাশিংগী মখূৎতা তারগনি। শিংহাসন শিন্নগদৌরিবশি নিংথৌগী ঈ ওইবা নিংথৌমচাশিংদা শিন্নগনি।

অদুবু ঐগী অহল ওইরবা ইপা অমেনেমহৎ চংলকপা মতমদা, করি পাপ তৌবগীনো হায়বদি খঙদে, ইমাদা চৈবিরমই।

ঐহাকশি ইপাগী অমত্তা পোকপা মচানুপানি। ঐগী ইপানা মনুংদা চংলকপা মতমদা শিরমদাই মতমদা ইমানা তৌরিবদু উরমই অমসুং মখূৎ অনি মথক্তা থাঙ্গৎলমই অদুগা শকউদবা ঈশ্বর মাবু নিংজরমই। মহাক্না হেথোর্শ লাইবু নিংজবদুদা ইমানা মাইবীগুম লাইফাও তৌরকখি। মানা হিপলিবা কাংথোলদগী হৌগৎলগা ইঙাও ঙাওনা তুংদা ওইরক্কদবা লাইফাও তৌখি। মহাক্না ইঙাও ঙাওনা ঐনা তুমলিবা নাউশুমদুগী মনাক্তা অহুমলক হন্না লোংনা লৈবাক্তা অমুক হিপ অমুক হৌগৎ তৌরমই। মানা মখোল থোক্লা কপ্লগা ঐগী লাইবক্তা চুপ্লিরমই।

‘নহাকপু হরাও তরাম্না ওকচরি, ঐগী পুক্তগী পোক্লকপা অঙাং নহাকপু হরাওনা ওকচরি। নিংথৌগী ঈ ওইবা হরাওনা কৌশিনজরি। নোংমদি শোইদনা ইজিপ লৈবাক্কী ফারাওহ ওইরগদবা! নংবু হরাওনা কৌশিঞ্জে! লৈবাক অসিগী মপূ ওইনা পাল্লগদবা ইবুংঙো! ঈশ্বরনা অবতার ওইনা লাকপা, লাইরেম্বী আইশিসনা থাবিরকপা ইবুংঙো! নহাক শেংনা লৈবিয়ু! নহাক্না লৈবাক অসিদা শাসন তৌদুনা পাল্লগদবনি। মীরৈবাক্কী মখূৎতগী ইজিপ লৌথোক্লগা নহাক্না লেংদনা লৈবাকশিদা পাল্লগনি। অদুবু নহাক্না মাই পাক্তবদি নঙনা কন্না হোৎনবা মতমদা, অদুম তৌরবদি পূন্নমক্লা নঙোন্দা শাপ তৌবা ওইশনু। ইজিপকী লাই পূন্নমক্লা নঙোন্দা চংবা ওইশনু। ইপা ইপুশিংনা শাপ তৌবা ওইশনু।

নহাক্কী মমাংদা পানখিবা ইপা ইপুশিংনা শাপ তৌদুনা নহাক য়াম্না ৱানা ফত্তবা মী অমাগুম হিংবা ওইশনু। নঙনা শিরবা মতমদসু ওশিরিস লাইরেম্বীনা লৌশিন্দবা ওইশনু।

অদুগা অমেনতিগী বিচার পতিশিংনা বিচার লাউথোপদা নঙগী মাইয়োক্তা তৌবা ওইসনু। শেৎ অমসুং শেখেৎনা নঙবু মতম খূদিং ওৎ নৈবা ওইশনু নঙগী পাপাশিংদু কোকত্রিফাওবা অমদি ইজিপকী লাইশিংসি অমুক হন্না লাইশংদা খুরুম্নদ্রি ফাওবা।

ঐখোয়বু ওৎ নৈরিবা রোমগী মী শিংনা কাইদ্রিফাও নঙ ৱানা লৈবা ওইরশনু। মীরৈবাক্কী মী শিংনা ইজিপ থাদোক্তুনা চৎখিদ্রিফাওবা। নঙগী অশোনবা অমসুং অশোয়বনা মসি তৌনবগী মরম ওইহনখিবনি।

মহাক্না মসি হায়বা লোইরকপদা মহাক্কী লাইফাও তৌবা ঙম্বগী শক্তিদু অহাংবদা মাংখিরমই। মানা ঐগী নাউশুম অদুদা ফৈনা তুথরক্কুনা শিখিরমই। নাউশুম অদুদা তুথরকপদুনা ঐ মিকপ থোরক্কুনা কপ্পা হৌরমই।

অদুবু ঐগী ইপা অমেনেমহৎ অৱাংবা পুরোহিৎ ওইবদুনা মশা থক-থক নিকলমই অমসুং য়াম্না অকিবা পোকলমই মরমদি লাইফাওদুগী ৱাহৈশিংদু হেথোরশনা ইমাগী মচিন্দা তোংলগা ফোংদোখিবনি। মতমদুগী পাল্লিবা নিংথৌ পতোলেম্মীগী মাইয়োক্তা ৱা ঙাংখিবা অদুননি। ইপানা খংলমই মদুদি, করিগুম্বা পতোলেম্মীগী মীনা ৱাশি তারবদি ফারাওহনা (নিংথৌ) শিফাই ময়াম থারক্কুনা অঙাংশি হাত্তোকখিনি।

মরম অসিদগী ঐগী ইপানা থোঙ পূম্নমক লোইনা লোনশিল্লমই। কিবদগী মফমদুদা য়েংলম্বা, তারম্বা মী পূমনমক ইপানা লাইশংদা পূশিন্দুনা উদে খঙদে হায়না ৱাশকহল্লমই।

হৌজিক তিল্লরিবা মী শিংগী মরক্তা অহল ওইরবী নুপী অটৌৱাসু য়াওরমই। মহাক্তি ইমাগী শেবা তৌবিনি। মানা ইমাবু য়াম্না লুনা নুংশিনা মতম শাংনা শেবা তৌবিরকখি। হায়রিবা মতমশিদা, ঐনা খংজদ্রবসু, করম তৌনা মমাঙদা করি করি ওইখিবা অদুগা তুংদনা করি ওইরকপা য়াবা অহল ওইরবী অটৌৱাদি লোইনা খঙলমই।

মদু ফন ওইদুনসু, নুপিগী মচিন মেনবা ঙম্বা ৱাশক অমত্তা লৈতে। মরমসিনা, মতম্না অসুম হৌখিদুনা অটৌৱাগী পূক্লিংদা তাখিবা হায়দোকপা য়াদবা অরোনবা ৱাফমদু হায়বদি ইমাগী লাইফাওশিংদু মহাক্না তুমিন্না মচানুপিদা হায়রমই। মতমদুদা ঐহাক্তি মচানুপিদুগী খোম থক্কুনা হিংবা অঙাংনি। ৱাফমশি অটৌৱাগা মচানুপিগা লৌবুক্তা ময়ানুপাগী চাক থিনবা চৎপদা হায়খিবনি। ময়ানুপাদু মরুভুমিদা নুঙদা লাই হক্কুনা শেম্বা নুপানি। মানা মচানুপিদা হায়রমই - য়াম্না চেকশিন্না নুংশিনা অঙাংদু য়োক্কদবনি। অসিগী অঙাংশি নোংমদি শোইদনা ইজিপকী ফারাওহ ওইরক্কনি অদুগা পতোলেম্মীবু ইজিপ্তগী তাম্থোক্লগনি। ঐহাক্কী নর্শ ওইরিবা মচানুপীনা য়াম্না ঙক্না ৱাদু তারমই। অদুবু অঙকপা অরোনবা ৱাফমদু মাগী পূক্লিংদা কুইনা থম্বা ঙমলমদে। মহাক্না অহিং অথেংবদা মাগী মপুরোইবা হৌদোক্কুনা অরোনবা ৱাফমদু মরিক চুম্না তম্লমই। মাগী মপুরোইবদুনা অমুক মাগী মমান্নবদা মথং মথং তমলমই। মমৈথংদা ৱাফমশি ফারাওহ ওইরিবা পতোলেম্মীগী নাকোং য়ৌরমই। মপুরোইবদুগী মমান্নবদু নিংথৌগী অরোনবা পাও পিবা শিফাই ওইবনা নিংথৌনা মসি খঙখিবনি।

হৌজিক পাউ অদুনা ফারাওহগী পূক্লিং খোইরাং খোইশাওনবা অমসুং লাংতক্লবা পোকহল্লমই। মহাক্না য়ু ঙাওরবা মতমদা ইজিপকী লাইবু করেম কথাইবা মওংদা ৱা

ঙাংলমই। মহাক্না মদু লাই নত্তে হায়রমই। মাগী লাইদি মহাক্না মকোক নোম্থরগা খুরুমলিবা রোমানগী শিনেৎনি। মানা হায়রমই মদুদি মহাক য়াম্না কিবা পোকই মাগী মাইবদগী পাও অমা তাবদা।

মহাক মথন্তা অহিংদা অঙাওবগুম কন্না লাউগনি অমসুং কপকনি অশেংবা লাই নত্তবা অচৌবা শেরাপিশবু কৌরগা। মহাক্না খনজরমই মদুদি মাবু হাত্তোকপিরগা মাগী থৱাইদু মীওৎপা কাংবুদা শিন্নথোক্লমগনি হায়না। অদুগা মাগী শিংহাসনদুগি মখাদা থক থক নিকলকপা মতমদা মানা অথেনপোৎ ময়াম অমা লাইশংদা থারমই। অদুগা মহাক্না লাইশংদা লৈবা ওরেকলশিংদা শিংহাসন নিকপগী মরম হংলুগনি। মরমসিনা হাই প্রিয়েষ্টগী নুপিনা শিদ্রিঙৈ মমাংদা অঙকপা লাইফাও তৌখিবদু পুরোহিংকী মচানুপানা ইজিপকী ফারাওহ ওইগনি হায়বদু নিংথৌনা তারমই। পাওদু তারগা মহাক য়াম্না কিজবা পোকলমই।

মরমসিনা মাগী থাজরবা গার্দ শিফাইশিং (গ্রিক শিফাই) হি তোংদুনা নাইল তুরেলগী ঈশিংদা লাকলমই। নিংথৌনা (ফারাওহ) শিফাইশিংদা য়াথং পিরমই হাই প্রিয়েষ্টকী মচানুপাদু মকোক কক্লগা পুরকউ। অঙাংদুগী অককপা মকোক্তু থুমোক অমদা হাপ্লগা পূরকউ হায়না য়াথংসু তৌরমই। অঙাং মকোক য়াওবা থুমোক্তু নিংথৌদা শিন্নগদবনি হায়না য়াথং তৌরমই। অদুবু শিফাইশিংদুনা তোংলকপা হিদু য়াম্না লুম্না চিংলমই। নাইল তুরেলগী অচৌবা ঈথক ইপোমদুদা হিদু হোনবা য়ারমদে। হিদু তোর্বান্দ লৈখোম মরক্তা লৈরমই। অৱাংলোমদগী হুমলকপা অঙাওবা নুংশিৎনা কন্না হুমদোক্তুনা হিদু লুপকদৌরমই। মখোয়না লৈবিবা মফমদগী অবুথিশ চৎনবা লম্বীদু ওন্নরমই।মদুদা য়াওরিবা শিফাইশিংদুনা তোর্বান্দা চৎচবা মীশিংদা মখোয়বু মতেং পাংলনবা কৌবমই। হিদুদা চেনশিল্লকপা ঈশিংদু শিৎতোকলোলাও হাযরমই। অতৈ হি মচা পূবক্লগা মখোয়বু মখোয়গী হিদগী লৌথোক্লবসু হায়রমই।

অদুবু মীশিংদুনা থওইনা তারমদে অমসুং য়ারমদে মরমদি ইজিপকী মীশিংদুনা গ্রিক্কী শিফাইশিংবু নুংশিরমদে।

অদুদগী শিফাইশিংদুনা লাউনা হায়রকখি- 'ঐখোয় ফারাওহগী থবক তৌবা লাকপনি।' অদুম্না হায়রফাওবদা ইজিপকী মীশিংদুনা তেংবাংঙু য়ারমদে। মখোয়না শিফাইশিংদুদা হংলমই- 'করিনো ফারাওহগী থবক হায়ববু?' গার্দশিংগী মরক্তা রানিশিংগী পাওখোল্লোই অমা য়াওরমই। মহাক্না য়ু ঙাওরগা কিনা কিনা ইজিপকী মীশিংদুদা হায়রকই - 'ঐখোয় হাই প্রিয়েষ্টকী অঙাংদু হাৎলুনবা থারকপনি, মরমদি লাইফাও তৌরকপদা অঙাংদুনা চাওরগা অলেকজেন্দ্রিয়াগী ফারাওহ ওইগনি হায়রকপদগী। অদুগা গ্রিকপুমনমক তানথোক্কনি হায়না লাইফাও তৌরকপদগী।'

অদুদগী মীশিংদুনা মফমদুদা কুইনা লেপ্পা কিরদুনা হি মচা লৌরুদুনা গ্রিক্কী শিফাইশিংদু মতেং পাংলমই। মখোয়গী পূক্লিংদা করি থোক্লগদগে অকিবা পোক্লমই। অদুবু মখোয়শিংদুগী মরক্তা লৌউবা নুপা অমগা কেনেলগী ওভরশিয়ার অমগা য়াওরমই। মখোয় অনিমক ঐবু পোকপী ইমাগা মরি মতা থোক্লবা মীওই ঙাক্তনি। মখোয় অনিমক ইমানা লাইফাও তৌবদা ইমাগী নাক্তা লৈখিবনি। মখোয়না য়াম্না থুনা চেল্লক্তুনা ঐনা হিপলিবা য়ুমদুদা লাক্লমই। ঐনা হিপলিবা লাইশংদু অৱাং থংবা ফক্লাং য়াওরমদে। হৌজিক, তান চারুবদগী ঐগী ইপাদু মফমদুদা লৈরমদে। ফারাওহগী শিফাইশিংদু নিংথৌগী য়াথং য়াম্না লুনা লৌবা অদুগা মিনুংশিদি য়াওদবা মখোয়দু মফমদুদা য়ৌরক্লমই।

অটৌৱাগী মচিন্দগী থোকখিবা ৱাহৈনা ফত্তবা থবক অসি থোরকখিবনি। মানা হায়রমই - কমদৌনা শিফাইশিংদুনা ঐবু হাৎনবা চংশিল্লকখিবদু। মখোয় মশেল ঐবু হাৎত্রিঙৈ মমাংদা, অমগা অমগা য়েংনরমই। মফমদুদা লৈবা নুপীশিংনা ঐবু তুমিন্না মফম অমদা লোৎতুনা থমলমই।

থোংজিন্দা লেপ্লগা য়েংদুনা লৈবা নুপাদুনা খজিক্তং হন্দোক্লগা লৈবা মফমদা শান্নদুনা লৈবা অঙাং অমা উরমই। মহাক্না লাউনা অটৌৱাদা হংলকখি - "নুপী! অঙাংদু কনাগী মচানো?" অটৌৱানা খুমলমই - "অঙাংশি ঐগী ইশুনি! ইচানুপিগী মচা!" অঙাংদু নিংথৌমচা হর্মাচিশগা হৌমিন্নীরকপা মরি মতাদি থোক্লদবা।

গার্দ শিফাইদুনা হায়রকই "নুপী! নঙগী নথৌ খংঙিকো। তৌরো পাংথোকলো নঙগী নথৌ!" মহাক্না অমুকসু হন্না মখুৎনা থিন্দুনা তাকলমই- "ঐনা নঙোন্দা য়াথং তৌরি - নথৌ পাংথোকউ ঈশ্বরগী মিংখৈ শোল্লগা!"

অটৌৱাদি কিবা পাখৎপদগী মশা পূম্বা কা অমা হেন্না নিক্তুনা লৈরমই মরমদি হায়রিবা অঙাংদু মহাক্না মরি অমা থোক্লরমই। অদুবু, নুংশিবা অমদি মরি থোক্লবা পূম্বা থৈদোক্তুনা থল্লগা অটৌৱানা অঙাংদু তাপ পাইখৎলগা ইরুজবিরমই অদুগা শিঙ্ককী অঙৌবা ফি অমনা য়োমশিনবিরগা ঐগী নাউশুমদুদা হিপহল্লমই। অদুদগী ঐবু লৌখৎলগা লৈখোম তৈশিন্দুনা ঐগী কুচ্চু কুমেন লোইনা মাংহল্লমই। ঐগী ফিরোল লৌথোক্লগা লৈপাক্তা ওনথোইনা শান্নহল্লমই। মহাক্না তৌরিবশিংদু ঐদি হরাও হরাও অদুম য়ারমই।

য়াম্না থুনা শিফাইশিংদুনা অটৌৱাগী মনাক্তা চংশিল্লগা হংলমই "মসিগী য়ুমশি হাই প্রিয়েষ্টকীরা?" অটৌৱানা খুমলমই "মসি হাই প্রিয়েষ্ট অমেনেমহৎকী য়ুমনি।" মহাক্না শিফাইশিংদু চংলক্লবা হায়রমই। নুপীদুনা শিফাইশিংদুদা শঙ্গোম অমদি

খোইহিনচিংবা পিরম্মই।

অদুগী তুংদা পাউপিবা নুপাদুনা নাউশুমদা লৈরিবা অঙাংদু অমেনেমহৎকী মচারা হংলম্মই। নুপীদুনা খুমলম্মই মদুদি অঙাংদু অমেনেমহৎগী মচানুপানি।

অদুগী তুংদা মহাক্না মখা তারম্মই- " অঙাংদু তুংদা অচৌবা ফারাওহ ওইরক্কনি হায়না লাইফাও তৌখি, চুম্মইকো?" অদুদগী মখোয় শিফাইশিং হৌনা নোকলম্মই। মখোয়গী মরক্তগী অমনা হৌগৎলগা অঙাংদু লৌখৎলগা থাংনা মকোক ককলম্মই।

পাউপিবা নুপাদুনা ফারাওহগী য়াথংদু ময়ামদা খংহল্লম্মই। মহাক্না অটৌব্রাদা হায়রম্মই- "নহাক্না প্রিয়েষ্ট অমেনেমহৎ লাক্লগা মাগী মচানা ইজিপকী ফারাওহ ওইরগনি অদুবু মকোক্তি ঐখোয়না পুরে হায়বিয়ু।"

অদুদগী শিফাইশিংদুনা অঙাং মকোক্তু থুমোক অমদা হাপ্লগা মফমদু থাদোক্তুনা চৎখিরম্মই।

মিকুপ খরগী তুংদা অঙাং মমাদু কৈথেল চৎলুবদগী য়ুমদা হল্লক্লম্মই। মহাক্না মাগী মপুরোইবগা লোইননা অটৌব্রাবু হাংকে তৌরম্মই। ঐগী ইপাসু মফমদুদা চংশিল্লকখি অদুগা অচুম্বা ব্রারিদু খংলম্মই। মহাক্না নুপাদুগা নুপীদুগা লাইশংগী মফম অমদা অমম্বদা কনাসু উদনবা লোৎতুনা থমলম্মই।

অদুবু ঙসিদি ঐনা হায়নিংঙি নুমীৎতুদা থোকখিবশিংদু ঈশ্বর মহাক্না ওইহনবা অমসুং তৌহনবা ঙাক্তনি। মরাল করিসু লৈজদ্রিবা অঙাংদু থনম্লগা ঐহাকপু ওইনা হাংলম্বা য়াবনি।

# চেপ্টর অনিশুবা

(হার্মাচিশগী হায়বা ইন্দবা, অচৌবা নোংশা অমা হাৎপা অমসুং অটোৱাগী অরোইবা পাউতাক)

থৌদোক্কুগী মতুংদা ফারাওহ ওইরিবা পতোলেম্মীনা ঐখোয়দা মখা তানা য়েৎপা খোৎপা অমদি নুংঙাইতনবা তৌরকখিদ্রে।

পাউপিবা নুপাদুনা অঙাংদুগী অককপা মকোক্কু থুম্মোক্তা হাপ্লগা পতোলেম্মীদা পিশিল্লমই। ফারাওহনা মার্বলনা ইরং লংলবা অলেকজেন্দ্রিয়া কোনুংদা শাইপ্রিয়ানগী য়ু থক্লগা মাগী রানিশিংগী মমাংদা নুংশিনা বাশি খোংলদুনা লৈরমই।

নিংথৌনা হায়বগী মতুং ইন্না পাউপিবা নুপাদুনা অঙাং মকোক্কুগী মশম পাইরগা ৱাংনা থাঙ্গৎলমই নিংথৌদুনা উনবা। অদুদগী মহাক্না হৌনা নোক্লমই। মহাক্না মখোংদা তোংবা খোঙউপ্না অশিবা অঙাংদুগী খজাইদা শেৎ শেৎ লাউনা থারমই।

নিংথৌনা লৈশাবী অমদা থৌদারমই মদুদি অককপা অঙাং মকোক্কুদা লৈ পরেং মতৎ অমনা লুহুপ উপিবগুম তৌ হায়রমই। লৈশাবীদুনা নিংথৌদা খুরুম্লগা অঙাং মকোক্কু য়েংলগা নোক্লমই। লৈশাবীদুনা হায়রমই - "মসিগী অঙাংসি তশেংবমক ফারাওহ ওইরে। মাগী মমিংদি ওশিরিস অদুগা মাগী শিংহাসন্না শিবা!"

নিংথৌদু ফত্তবা মী অমা ওইবনা অমেনতিদা চঙবা কিরমই। মরমসিনা মহাক্না লৈশাবীদু শিবগী দণ্ডি পিরমই। মরমদি মহাক্না ফত্তবা ও মঙ্গলগী ৱা ঙাংখিবগীদমক।

নিংথৌদুনা মনম নুংশিবা য়ু থক্লমই। অদুবু অলেকজেন্দ্রিয়ানশিংনা মসিগী মতাংদু ঈশে ওইনা লম্বী শোরোক্তা শক্লরমই। মসিনা ঈশৈদুগী অহৌবনি।

পতোলেম্মীনা বাশি খোংঙি
অশিবশিং ১দি শিগদৌরবা শিংবু শৈথাদুনা
মাগী বাঁশি ফজনা খোংঙি
শোইদনা বাশিদু শেমখিবা ওইগনি
ঈশিংদা হৌবা চোৎ চোৎ লাউবা পাম্বীনা
অশিবশিংগী লমদা চেনবা তুরেল
মফমদুদা নুপী মচিন মনাও অহুম
নুমীৎ কয়ানিমুক মা বাঁশি খোংগদ্রা
হঙোইনা মাগী য়ু পিবা মীনাই ওইগদ্রা
মাগী য়ুদু লৈবাক্কুগী ঈশিংনা ওইগদ্রা
পতোলেম্মী, বাঁশি খোংঙি।

অসিগী তুংদা চহি কয়ামরুম হৌখিরমই। ঐনা অঙাং ওইবনা ইজিপ্তা অচৌবা থৌদোক ৱাথোক করিসু খংলমদে। ঐহাক্কা মরি লৈনবা থৌদোক অদুতমক ঐ হায়গনি।

মতমনা অসুম হৌখিবনা ঐগী ইপা অমসুং ওঝাশিংনা ঐঙোন্দা পাউতাক কয়া পিরমই। মমাংঙৈগী মী শিংনা কমদৌনা লাইরিক লাইশু তম্বা হৌখিবগী মওংদা ঐবুসু তম্বীখি। ঈশ্বরগী মরমদা খংগদবশিংদু ঐঙোন্দা ফজনা তাকপিরমই। অসুম্না ঐহাক পাঙ্গল য়াম্না কনবা পাখং অমা ওইরকখি। ঐগী শমদু লাই ওইখ্রবা নাউট গী মশমগুম মুশিন মুরমই। ঐগী মীৎ অনিসু শাৎত্রিবা থম্বালগুম শংত্রিক শংলমই।

অদুগা ঐহাক্কী কুচ্চুনা লাইশং মনুংগী অঙৌবা ফক্লাংগুম ঙৌরোক ঙৌরমই। অবুথিশ হায়রিবা লমশিদা ঐগা লাম্বা তৌবা ঙম্বা, ফুনবা ঙম্বা পাখং কনাসু লৈরমদে। ঐনা লংবা তাগুম্না কনাসু শান্না লংবা ঙম্বা য়াওরমদে। ঐনা য়াম্না তোইনা নোংশা তানবা অমসুং হাৎপা চৎলমই। মসিগুম্বা নোংশা তানবা চৎপশি ঐগী ইপানা তৌদনবা হায়রমই। মসিগী মরমদি ঐগী পুন্সিসি ওন্থোক্না মমল য়ামই হায়রমই। ঐগী ইপানা পাউতাক ওইনা হায়রমই পোৎ পুম্নমক মাগী মাগী মতমদা ইরং লংবা, ফজবা অমদি মপাঙ্গল কনবা ওইখিবা ঙাক্তনি। করিগুম্বা ঐনা শা তানবা চৎলবদি ঐনা কৈশালতমক হাৎলমই।

নোংমা ঐনা ইপাগী নাক্তগী শাওনিং শাওনিং থোরকপদা, নহা পাখং অমা থেংনরমই। মহাক্না ঐবু কৌরগা লংনরমই। মহাক্না ঐঙোন্দা লৈবাকসিগী মী শিংবু খংনবা হায়রমই। মানা ঐঙোন্দা অচৌবা নোংশা অমা পাৎথি কোমথি মরক্তা, কুংনা হৌবা পাম্বী মরক্তগী থোরক্লগা তুরেল তোর্বান্দা অসুম চৎখি হায়রমই। হায়রিবা

নোংশাদু হাৎপদা মঙোন্দা মতেং পাংবিগেরা করেম্নবা মওংদা ঐঙোন্দা হংলমই। অদুগা ঐবু ফমদুনা লৈয়্যু মহাক নোংশাদু হাৎকে হায়নসু করেম্নরমই।

মহাক্কী অদুম্না করেম্নবা ৱাহৈশিংদুনা ঐবু অশুক্কী মতিক শাওহল্লমই মদুদি ঐগী ইপানা হায়বদু কাউথোক্তুনা ঐ ইথন্তা নোংশাদু হাৎকে নিংলমই। ঐনা মহাক্কা লোইননা চৎলগা নোংশাদু থিরমই। মহাক্কা চৎলগা লিরুং-তেন অমসুং অথৌবা অশাংবা থাং অমগা পুরক্লমই। ঐদি অরুম্বা তা অমা খুৎতা পাইরমই।

ঐখোয় অনি ৱা ঙাংনদনা লম্বীগী নাকন নাকন্দা চৎলমই। ঐখোয়না নোংশা লৈরিবা মফমদু য়ৌবা মতমদা নুমীৎ তাগদৌরমই। ঈশিং কেনেলগী তোবান্দা নোংশাগী মখুল নৎত্রগা চংফমদু থেংনরমই। নোংশাগী চংফমদু শিংনাং পাম্বীনা য়াম্না কুংনা হৌরমই।

ঐনা মঙোন্দা হায়রমই- "হৌজিক, য়াম্না থাজগনবা! শিংনাং কুংনা হৌরিবা অসোমদা নহাক্কা লমজিংগেরা নৎত্রগা ঐনা লমজিংগুরা?"

ঐনা লমজিংগদবগী শেম শারকপদা মহাক্কা য়াদে হায়না পাউখুম পিরকখি। মহাক্কা লাউনা ঐঙোন্দা হায়রকখি - "অঙাওবা মীগুম তৌগনু! নোংশানা চোংশিল্লক্তুনা নকোক্তু লাক্লগা মচেৎ মচেৎ থোক্লা শেগাইদুনা চাখিনি! য়েংঙু শিংনাং মরক্তা, ঐ তেন কাপকে! মহাক তুমলম্লবদি মসিনা মাবু মমিৎ পাংহনগনি!"

অদুদগী মহাক্কা লিরুং তেন্দু চিংদুনা কাপ্পবা তৌরমই। ঐনা লাউরমই- "লিরুংদু তৌরগা কাপ্লো! থুনা কাপ্লো নৎত্রবদি মহাক চোংথোকখ্রনি!"

অদুবু য়াম্না হৌনা লাউরম্লগা মহাক মমাই লৈরগা চেনখিরমই। মিকুপ্তুদা নোংশাদু থোরক্তুনা ঐগী লম্বীদা লাক্লমই। ঐনা চেল্লোই খন্দুনা ঙাইরিঙৈদা নোংশাদু মথন্তা পাকথরমই। মিকুপ খর পাকথরম্লগা ঐঙোন্দদি শোক্লমদনা নোংশাদু ঐগী কোক লাম্না চোংখিরমই। নোংশাদুনা নহা পাখংদুগী মনঙলদা চোংশিল্লমই। মহাক্কী অচৌবা খুবাম্না নুপাদুদা য়ৈরমই। মহাক্কা য়ৈখিবদু অসুক্কী মতিক কল্লমই মদুদি নুপাদুগী মকোক্তু এরুম অমা নুঙদা য়ৈশিনবগুম পুমতোই তোইরমই। মহাক শিরদুনা লৈমাইদা তুথরমই।

অদুদগী ঐ ঙকপনা অঙাওবগুম তৌরমই করি তৌনি খংদনা ঐগী অচৌবা তাদু পাইরগা লেপ্তুনা লৈরমই। ঐনা কন্না লাউরগা নোংশাদু তম্না চেনশিল্লমই। ঐনা নোংশাদুগা থেংনবদা মাদি ঐগী কোক্তোন্দা চোংখৎলকখি। মানা মাগী খুবাম অচৌবদুনা ঐঙোন্দা থারকখি। মিকুপতুদা ঐনা ঐগী পাঙ্গল অরোইবী থাদুনা চোংশিল্লমই। ঐগী অপাকপা তাজিন্দুনা নোংশাগী মখনাওদা থুম্না থিংজিল্লমই। মহাক নামনখিদুনা মতুং

ওইনা তুথরমই। চৈনাখোল খাংবা ঙমদদুনা নোংশাদু য়াম্না হৌনা লাউনা খোংলকখি। মানা মী মরেপমুক ব্রাংনা অনিরক চোংখৎলকখি। মাগী অচৌবা খুবাম অনিনা তা অদুবু কোল্লগা তুথরমই। মহাক ঈ য়াম্না থোরক্তুনা মশা চোকথরমই। ঐনা কিবদগী হুকচাং নিক্লা নিক্লা নোংশাদুগী মনাক্তা লেপ্লমই। ঐনা অশিবা পাখং অদুদা অমুক য়েং নোংশাদা অমুক য়েং তৌরমই।

মিকুপ্তুদা নুপী অমখক ঐগী নাক্তা লাক্লমই। লিবিয়ানগী চীংজাওশিংদা অমসুং মরুভূমিদা নত্তনা নোংশা অমত্তা লৈত্রবা মতমনি। নুপীদুনা ঐবু হাঁমাচিশনি হায়বা খংলদুনা নোল্লুক্লা খুরুমলমই।

অদুবু ঐনা মাবু ব্রাখল খর বেরা লৈবা নুপীনি খংলদুনা হংলমই- "নঙনা ঙাংখিবশিংদু করিনো?" ঐনা মখা তানা হংলমই- "মসিবু অচৌবা মীনা ঙমনদবা থবক্নী খনবরা? ঐনা নোংশা অমা হাৎলগা নিংথৌগুম ব্রাংনা থাঙ্গৎপা য়াবরা? নোংশা হাৎপা ঙম্বা নুপা য়াম্না লৈ। লাইগুল্লবা অমেন-হেতেপ মখুৎনা নোংশা কয়ামরুম হাৎখিবা নত্রা? অদুনা নঙনা করিগী ঐবু অদুম্না ঙাংলিবা? অপংবী!" অদুবু নুপী অদুনা........ ঐঙোন্দা ব্যভহার তৌবদি তোক্লমদে।

"ও, নিংথৌগী ঈ ওইবা। নঙগী ইমানা য়াম্না শিংনা লাইফাও তৌখি! ঐখোয়গী ক্ষেম লৈবাকসি নহাক্লা নিং তমহনলগনি। নহাক অফবা, পাঙ্গল য়াম্না কনবা নুপা অমা ওইবিয়ু। ঈশ্বরনা পিবিরকপা য়াথংগী মতুং ইন্না য়েক্লবা পূম্বা তাম্হোকপা ঙম্বা ওইসনু! ও, ইচানুপা, ক্ষেম পূম্বগী অশা ওইরিবা ইবুংঙো, নহাক নুপীগী মফমদা য়াম্না চেকশিনগদবনি। ফজবা নুপীনা মিকুপ্তা নঙবু মাংহনবা ঙমই-লৈখা তাহনবা ঙমই। ঐদি মতম শাংনা য়াম্না ব্রারক্লবিনি। ঐদি লাইরবী নুপী অমনি। ঐদি হায়বা য়াদবা ব্রা ঙাংলুবগী পাপ তৌরবী নুপী অমনি। ঐনা তৌখিবা পাপ অদুগীদমক ঐনা পোকচবা ইচানুপাবু নহাক্নী মহুৎ শিন্দুনা গাঁদশিংদা হাৎহনখিবনি!"

নুপীদুগী ব্রাহৈশিংদুদা ঐহাক ইঙক ঙকলমই। মহাক্লা ঐবু খোং অদুগী অরোইবফাও লমজিংলমই। মফমদুদদি ঈশিংদু য়াম্না লুনা অতিয়া মচুগুম নিংথিজরমই। নুপীদুনা হায়রকই - "ঐ য়াম্না পংবী নুপীদি নত্তে। নোংশা অমনা খোৎপা নৎত্রগা শোকহনবা হায়বসি হু চেনবা-লাইজৌগনবা অমনি, হু চেনবা লিন অমদা শোকলুবগুম ফত্তে।"

নুপীদুগী লাইফাওদু তাগদবগী অমদি অশিবা নোংশাদু য়েংগদবগী মীয়াম তিনবা হৌরমই। ঐনা য়েংখৎলুবদা পোক হৌবা নুপা অমা মীয়াম তিল্লিবশিংদুগী মরক্তা য়াওরমই। মহাক্লা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলকখি। কোন্নথংদা নুপাদু ফারাওহদা তুমিন্না পাও পিবা মীদুনি হায়বা ঐনা খংলমই।

অটৌৱানা হায়রমই - "পাখং অসিনা হাৎপা নোংশা অসি য়েংঙু! মহাক্কী তা অসিনা থিল্লগা হাৎখিবা নোংশা! নোংশা অসি য়াম্না চাওরবনিনা য়াম্না তমথিবা অমনি। য়েংঙু মাগী অটৌবা ময়াশিংসে! হৌজিক মমশিল্লকলে লাকও চৎলশি। অশিবা পাখং অসি ময়ুমদা পুরোইদ্রা? অদুগা অশিবা নোংশাসি আদা পুরোইদ্রা? অদুগা হার্মাচিশ, মনা মশিং থোম্বদু লৌথোক্কনু, মদুনা নাবা থুনা ফহনগনি। ঐসে অঙাওবী মানজরবসু ঐনা খংজবা অমা অনি লৈ। অশেংবা ফারাওফাওবা নোংশা অমা হাৎপা ঙমলোই।" পাও পিবা নুপাদুনা মচিন্দা মুরুম মুরুম শোল্লগা খুমলমই - "নঙ য়াম্না মুন্না খংমনখ্রে, ৱা ঙাংবসু য়াম্না ঙাংমনখ্রে। ফরে, মহাকসি থৌনা ফবা পাখংনি! শিদা লৈরিবা অশিবসি অবুথিশ তান্না পুনবা তৌ। অদুগা নখোয় খরনা নোংশা অসি মউন খোকপদা মতেং পাংঙু। নহা পাখঙ! ঐখোয়না নোংশাগী মউন অসি নহাক্কী নাক্তা য়ৌহল্লক্কনি। নহাক মতিক চাবা নপাঙ্গল কনদ্রবদি তুংদা নোংশা হাৎপা তৌরুনু!" অদুবু ঐহাক্কী ওইনদি ইঙক ঙক্না য়ুমদা হল্লকখি।

# চেপ্টর অহুমশুবা

(অমেনেমহৎনা মচা হার্মাচিশবু চৈবা, হার্মাচিশনা লাইশোন তৌবা অমসুং শেংলবা লাইনা পিবা চেগুন্বা অমদা শহি তৌবা)

ঐনা যুমলোমদা চৎনা চৎনা ঐগী অশোকপদা অটৌৱানা থোম্বীরকপা মনামশিংদুনা ঐবু হকচাং তেকখৎহল্লমই। য়াম্না থুনা অশোকপ মফমদু নাবা ফরবগুম তৌরমই। নুমিৎ নিনিগী মতুংদা ঐগী অনাবদু মপুং ফানা ফরমই। মতুংদা শোকখিবগী মফমফাওবা মাংখিরমই।

অদুবু ঐ ইথন্তা নুংঙাইরমদে - ঐশে ইপানা হায়বা ইন্দবা মচানি খনবদগী। ঐনা ঙসিফাওবদা হাইপ্রিয়েক্ট অমেনেমহৎনা হেক পোকপা মচানি খৎলমদে। ঐগী পূক্লিংদা অকিবা অমসুং নুংঙাইতবা পোকলমই মরমদি অহল ওইরবা অমেনেমহৎনা য়াম্না শাওনা লৈবা উবদগী। মানা য়াম্না ইংনা অমসুং য়াম্না শিংনা ৱা ঙাংলমই। অদুম ওইনমক মনুংদা চংলগা মাগী মাংদা ঐ লানখ্রে হায়না হায়নিংলমই। মহাক্না ঐহাক্কী ইরালগী মতুং ইন্না পিবা দণ্ডিদু লৌগে নিংলমই। মরমসিনা ঐগী খুত্তগী ঈ তৈবা তা অদু পাইরগা অমদি থবাক্কী অশোকপদু উৎলগা ইপাগী নাক্তা চংনবা তৌরমই। ঐনা চাওরবা লাইশংদুগী মপান থংবা কাদু ফাওদুনা মহাক্না লৈবা কাদুদা চংলমই। অমেনেমহৎনা লৈবা কাদুদি য়াম্না চাওবা কানি।

অকোইবদা লৈরিবা ফক্লাংশিংদা লাইশিংগী মুর্তি ফজনা য়েকলমই। অয়ুক নুংথিলদা নুংশা মঙাল ফংবা কানি। অদুবু অহিংগী মতমদদি পিথ্রাইনা শাবা থাও মৈশিং থানগৎলি।

ঐনা চংলকপা থোংদু মপূং ফানা থিংজিল্লমদে মখোল থোক্তনবা হোৎনবদা।

ঐনা মনুংদা চংলগা য়াম্না কিনা, থবাই ৱানা অমসুং থবাক্তা মিহুন দং দং চোংলগা লেপ্তুনা লৈরমই।

মমশিল্লক্লদুনা থাউমৈশিংদু মৈ চুখৎলমই। মৈঙান্দুদা হাই প্রিয়েক্ট অমেনেমহৎ, শমু ময়াগী চৌকি অমদা ফমদুনা লৈবদু উরমই। মহাক্কী চৌকিদু নুঙ অঙৌবগী তেবল মনাক্তা থাবনি। নুঙ অঙৌবগী তেবল মথক্তা "শিবা অমসুং হিংবা" লাইরিক্কী চেনাশিং ইচাই চাইনা তারিবদু ঐনা উরমই। অদুবু মহাক তুমথখিবা মরম্না লাইরিক্তি পারমদ্রে। মহাক্কী শাংলবা অমদি ঙৌরবা খদাং কোইদু তেবলদা তারগা তুমলমই। মদু উরগা অশিবগী খদাং কোই মাল্লমই। থোংলবা থাওমৈ মৈঙালনা মাগী মাইথোংদা য়ৈরমই।

পাম্পিরশকী চেনাশিংদুদা অমসুং মখূৎতা শিবা লংলবা খুদোপ্তুদা থাউমৈ মৈঙান্না ইরং লংনা নিংথিজরমই। অদুবু অকোইবদা লৈরিবদুদি অমম্বা মমি তারমই। মহাক্কী শম য়াওদ্রবা মকোক্তু মৈঙান্দা ইরং লংলমই অদুবু মতম শাংনা প্রিয়েক্ট ওইরকপগী শক্তম, মাগী লিচৈ, নোংশাগী মখোঙ পানবা শমু ময়াগী চৌকি ময়ামশিনা মহাকপু মগুণ য়াম্না লৈবা অমসুং শক্তি লৈবা নুপানি হায়বদু তাকলি। মাগী নিংথৌগুম্বা চিংলেম্বগী শক্তম, ঙৌরবা পিশুম অনি, মুরবা নিংথিবা মিৎ অনিদুদা ঐহাক্না মুন্না য়েংলমই। ঐনা ইপাগী শক্তমদুদা য়েংলুরগা ঐগী হকচাংশি তনিক তনিক্লমই। মঙোন্দা মগুণ কয়ামুক য়াওরমই। মাদি লাইশিংগা লোনদিন্নবা চহি কয়ামরুম লৈরক্লবনি। মহাক্কী ৱাখল পূম্নমক লাইশিংগী মরমদা মতম চুপ্পদা খন্দুনা লৈ।

ঐহাক লেপ্তুনা মাবু য়েংদুনা অদুম লৈরমই। ঐনা লেপ্তুনা লৈরিঙৈদা মহাক্কী মমিৎ অনিদু পাংথোক্লকখি অদুবু ঐঙোন্দা য়েংলকপদি নত্তে। অদুগা মমাইসু লৈথোরকখিদে। অকোনবদা মানা ঐবু উরমই। মহাক্না ঐঙোন্দা হায়রকই- "করিগী নহাক্না ঐনা হায়বা ইন্দ্রিবনো, ইচানুপা? ঐনা হায়বা ইন্দনা নহাক্না নোংশাদুগা কদাইদা কমদৌনা থেংনরুবগে?"

"কমদৌনা খঙবিবগে ইপা ইবুংঙো?" ঐনা কিনা কিনা ইপাদা হংলমই।

"করম্না খংঙি হায়বা? ৱাখলদগী হেনবা জ্ঞাণ ফংনবা অতৈ উপাই লৈত্রবরা? অহ! য়াম্না খংদ্রিবা অঙাংনি নহাক্তি! ঐগী থৱাইবু মুন্না খংদবা! নোংশাদুনা নহাক্না লোইনবা পাখংদুদা চোংশিল্লকপা মতমদা নঙবু ঙাকথোক্লবা শোক্তনবা ঐনা লাইশোন কয়া শোনখিবা নৎত্রা? নঙনা নোংশাগী খনাওদা তানা থিংজিল্লকপদু ঐনা শোইদনবা লাই নিংখি!"

মদুগী পাখংদুনা ঐবু করেম্নরমই অমসুং লংনরমই।" ঐনা ইপাদা খুমলমই। অমেনেম - "হোয়, ঐ মদু খংলে, নহাক্না নহা ওইবগী ঈ শাগৎতুনা মদু তৌরুবনি। মদুগী য়েংলগা নঙবু ঐনা ঙাকপিরবনি। অদুবু হৌজিক ঐনা হায়বসি অমুক্তা তাও।

ঐনা হায়বশিংসি নঙগী থম্মোইনুংদা চংবা ওইশনু। ঐনা হায়বশি তাও - নঙোন্দা য়াম্না চাওথোখিবা পাখংদু নহাক্কী নাক্তা ঐনা থাখিবনি নঙগী নপাঙ্গল চাংয়েংনবা হায়দুনা। নহাক মতিকচানা নপাঙ্গল নথৌনা লৈরবরা? লম্বীদু নঙগীদমক শেংনা ফজনা হৌজিকসু থমলি। অদুবু, নঙদি ফেল ওইরে, নঙগী মতমদি হেন্দোক্লুনা লৈরে।"

"হুই থব্রান মিচাক্লা মশক উৎলকপশি নাইল তুরেলনা পাথোক্লুনা চেনগনি হায়বা তাকলিবনি।" ঐনা পাউখুম পিরমই- "ইপা ইবুংঙোনা হায়বিরিবদু ঐহাক খংজদ্রি, ভাপ তাবা ঙমদে।"

"ইচানুপা, অদু ওইরবদি অহল ওইরবী অটোব্রানা নঙোন্দা হায়খিবশিংদু করিনো খোং লৈবদুগী তোর্বান্দা?"

ইপানা মখা তারকখি - "অহল ওইরবী অটোব্রানা হায়খিবশিংদু ঐহাক্লা হায়খিবা ঙাক্তনি। অদুগা হার্মাচিশ থাজরিব্রা"? ঐনা খুমলমই - "নত্তে, ঐ থাজদে, ঐনা করম্না অসিগুম্বা ব্রারিবু থাজগদগে? নুপীদু শোইদনা অঙাওবী ওইগনি। মী পুমনমক্না মাবু অঙাওবিনি হায়না লৌনে।" ইপানা অহানবা ওইনা মরুমদা লেপ্পীবা ঐবু মুন্না য়েংলকখি। "ইচানুপা!" মহাক্না লাউনা কৌরমই। "নঙনা হায়রিবদো লাল্লে। মহাক অঙাওবী নত্তে। নুপীদুনা অচুম্বদু হায়খিবনি। মহাক্না মশাগীওইবা ব্রা অমত্তা ঙাংখিদে অদুবু মাগী থম্মোইনুংদগী থোরকপা মিনম্বা য়াওদবা অদুতা ঙাংথোকখিবনি। মসিগী মরমদি অটোব্রা হায়বী নুপীশি অশেংবা লাইফাও তৌবী অমনি। হৌজিক নহাক খংঙু, ইজিপকী লাইশিংনা নঙোন্দা পিরকপা লম্বীদু নহাক্কী অশোনবা অমত্তং য়াওবদা নহাক হৌগৎপা ঙমদনা লৈখা তাগনি।"

ইপানা মখা তানা অমুক হায়রমই- "ঐনা হায়রিবসি তাও, নহাকসি মফম অমদগী পুরক্লুগা ঐগী য়ুমসিদা চাওনবা য়োকলকপা নত্তে। নহাক ঐনা হেক পোকচবা ইচানুপানি - ঐগী নুপীগী গর্ভদগী পোকখিবনি। অদুবু হার্মাচিশ, মসিদগী হেনবসু নঙোন্দা য়াওরি- নঙোন্দা অমসুং ঐঙোন্দা ইজিপকী নিংথৌগী ঈদু য়াওরি।

নঙ অমসুং ঐ ইজিপকী নিংথৌগী ঈনা মথং মথং শমথরকপনি। মখোয়শিংদু পর্শিয়ান কাংবুনা ইজিপ্তুগী তানথোরকপনি অদুগা পার্শিয়ানশিংদু ইজিপ্তা লাকখিবনি অদুগা কোন্না চংখিবনি। পর্শিয়ানশিংগী মতুংদা মেশেদোনিয়ানশিং অমুক লাকখিবনি। মখোয় অখুবা লম্বীদা লাক্লুগা ক্ষেমগী লৈবাকসিদা লাকপনি। মখোয়না মফমসিদা লৈবা লাইশিংবু থৌশাদনা লৈরমই । হায়রিবা ব্রারিসি নঙসু খংজিল্লু। পতোলেম্মী বাঁশি খোংবনা শিদ্রিঙৈদা মাগী অঙাং ওইরিবা মচানুপাবু শিংহাসন্দা থাঙ্গৎলমই। অদুগী তুংদা নুপামচাদুগী মচে ক্লিওপত্রানা, য়াম্না শাথিবী অমসুং মশক মতৌ য়াম্না ফজবী অদু শাইরসতা চেল্লমই অদুগা মহাক্না মফমদুদগী লানমী ময়াম খোন্নগা মাগী মৌপা

পতোলেম্মীগী মথক্তা লান তারমই। মরমদি মপানা শিরমদাই মতমদা উইল অমা ইরমই মদুদা মচিন মৌপ্পা দবল ক্রাউন তৌরগা পাল্লু হায়রমই। অদুগা মসিমসু খংজিল্লু, বোমানগী ফিরাল ব্রাংনা পাইরমগনি। মসিগু খংজিল্লু - ইজিপকী মী পূন্নমক্লা মীরৈবাক্কী মীনা ইজিপ্তা পানবশি য়াম্না পাম্নদে - য়ানিংদে। মখোয়না পর্শিয়াশিংবু নিংশিংলুবা তুক্কচনৈ। প্রাজাশিংগী থম্মোইনুংদা তুক্কচবনা নারবনি, হঙ্গোইবনা লোইরবনি। অলেকজেন্দ্রীয়াগী কৈথেলশিংদা "মেশেদোনিয়াগী নুপাশিং" হায়না থারিবদু উরগা তিন শিৎনরবনি।

মী পূন্নমক শাওনিংবা অমসুং তুক্কচবনা মচিন্দা মুরুম মুরুম শোল্লবনি গ্রিক অমসুং রোমানশিংগী মখাদা লৈবসি য়াম্না থিনা তুক্কচরবনি।"

ঐনা হংলমই - "ঐখোয়বু ওৎপা নৈবদি তৌদ্রা? ঐখোয়গী মরাল লৈজদবা অঙাংশিংবু থাংনা য়ান্দুনা হাৎপা খোৎপা তৌব্রা? মখোয়না কল্লক্তুনা ঐখোয়গী পৈশা নমদুনা মুনব্রা? ঐখোয়গী লাইশংশিং মখোয়না মাংহন তাকহনবা তৌব্রা? ইজিপকী প্রাজাশিংসি নিংতম্বা পিযু হাযনা লালহৌদ্রা? ইমা লৈবাক ক্ষেম অবেশ্বদা কপ্তুনা লৈরবরা?"

ইপানা হায়রমই - "নত্তে, নত্তে, নঙগীদমক্তি ইচানুপা! য়াম্না ব্রারবা প্রাজাশিংবু অব্রাবা কোকহল্লু, নিংতম্বা ফংহল্লু। নঙঙোন্দা ঐগী নিংথৌ ওইবগী অধিকাবদু ইচাদা শিন্নববনি। ঐহাক্লা মফম খুদিং নঙগী মিং তুমিন তুমিন শন্দোকখ্রবনি অবুদগী অথুফাওবা। পুরোহিত পূন্নমক অমদি মশক নাইবা মী পুন্নমক্তা ব্রাফম অসি খংহনখ্রবনি। অদুবু ঐনা খনখি নহাক অঙাং ওইমল্লি মতম চাদ্রি হাযনা।

অদুবু ঙসিদি নহাক চাংযেং তৌখ্রে। অদুবু হার্মাচিশ, লাইশিংবু শেবা তৌগদবা মহাক্তু মঙ্গল ওবোইদৌবা থবকশিংদি থৈদোক্তুনা থমগদবনি। লংনবা নৎত্রগা করেম্ন বা ব্রাহ্মেশিংনা মাবু মুকপা য়াবোইদৌবনি। নহাক্কী তৌগদবা থবক্তু য়াম্না চাউবা য়াম্না ব্রাংবা অমনি মসি নঙনা খঙজিনগদবনি। মদু নঙনা তমদ্রগদি নহাক শোইদনা অরেম্বা তাগনি। অদুম তৌরবদি ঐনসু নঙোন্দা শাপ তৌগনি। ইজিপ পুমনমক্কী মীশিংনসু অমসুং তেক কাইরবা ইজিপকী লাইশিংনসু নঙবু শাপ তৌগনি।

মসি নহাক্লা খংজিল্লু শিবা নাইদ্রবা ইজিপকী লাইশিং ফাওবা, মখোয়গী পাউখোল্লোই ওইগদৌরিবা নঙোন্দা ঙাথরক্কনি, হায়বদি নঙগী নতেং লৌরক্কনি। লানগী মতমদদি অব্রাবা অমদি খুদোংথিবা পূন্নমক থাংদোন্দা থমগদবনি। মরমসিনা নহাক্কী থম্মোইদু অশেংবা ওইনবা তৌ। অব্রাংবা অমসুং পাঙ্গল য়াম্না কনবা নুপা অমা ওইয়ু মরমদি নহাক মিচম অমা নত্তে।

মহাক্লা মিকুপ খব তুমিন্না চপ লেপ্তুনা লৈবমই অদুদগী অমুক মখা তাবমই।

"ঐনা হাযখিবশিংসি নঙ কোন্না ভাপ তাবকখিগনি। মসিগী মবমদা নহাক্লা তমগদবা অমদি খংজিনগদবা যাম্না লৈবি। হযেং ঐ নঙোন্দা চিঠি ইবগা পিগে। নঙ নাইল তুবেল মবিলদা হি তোংলগা চৎকনি। অসুম হি হোনথখিবদা অন্নুদা লৈবা অঙৌবা যক্লাং খাবা মেমফিজ অদু লান্দুনা চৎকনি। নঙ মফমদুদা মতম খব লৈগনি। মফমদুদা ঐখোযগী থাইনগী ওইবা লৌশিং জ্ঞাণ তমশিনগদবনি। শেংলবা পিবামিদ মকমদা অদুগুম্না থাইনগী ওইবা অবোনবাশংদ্ খংজিনগনি। মদুদা নঙনা নহাকসি হাইপ্রিযেষ্টকী অতবাধিকাবান হাযবা খংজিনগনি।

শিদা লাও, ইচানুপা, ঐগী লাইবক্তা অমুত্তা চুপ্পিবমউ। মসিগী মবমদি নহাক্লা ঐখোয পূম্নমক্কী অশানি, ইজিপ পুম্নমক্কী ওইবা অশানি। অচম্বগী তৌ, অচুম্বা ছাংদ্ ইগল উচেক্লা বাংনা পাইখৎপগুম নঙ্মু পাইখৎপগুম তৌ, নঙ মঙ্গল শোইদনা তৌগনি। নঙনা ওইদবা অবানবা তৌববা অমসুং মদুনা লৈখা তালবা নঙমদা ঐনা নঙোন্দা তন শিংকনি। অদুম তৌবগা মযাম্না নঙব মবাল ওনবা মানা লৌগনি। নঙগা থবাইনা বান্দ ওইনা লৈবগনি ফত্তবনা অফবা ওইবকপাফাও, ইজিপ্পা নিংতম্না ফংদ্রিফাও।"

ঐনা মনাক্তা চংশিল্লগা চকচাং থক থক নিক্লা মহাক্কী লাইবক্তা চুপলমই। ঐনা হাযবমই - "পাবমসি ঐগী লাইবক্তা লাকপা ওইসনু অমসুং মদুদগী খব হেন্না ঐনা কানগুম্না মঙদ ওতদ্রবা, ঐবু পোকপা ইপা ইবুংঙো।"

"নত্তে," মহাক্লা হাযবমই "ঐনা নত্তে অদুবু মখোযগী অপাম্বা অনিংবদু ঐনা নঙোন্দা ফোংদোকপনি। অদুনা হৌজিক চৎলো হচানুপা' নঙনা অমুক্তা মুন্না খল্লুখো। নঙগী অথুপ্পা থম্মোইগী কাচিন্দা ঐনা হাযখিবশিংদ্ খন্থুদুনা যেংলুচো। নহাক্লা তৌগদবশিংদ্ খন্থুদুনা যেংঙু। অদুগা নহাক্কী বুধি লৌশং পূম্নমক খোমজিল্লগা শোক্লগদৌবিবা লানফম অদুগীদমক শেম শাকবো। নহাক্কীদমক কালস্ কিবনু। নহাকপু ফত্তবা পূম্নমক্কী ঐনা ঙাকথোকলিবনি। ফত্তবা অমত্তা নঙোন্দা লাক্কবা ওইযু এনা হযাববশিনি।"

অদুদগী ইপাগা বা ঙাংনববা তুংদা ঐ থোবকলমই পূর্ক্লিং লুম্না অমসুং অশা চাওনা। অহিং অদু যাম্না চিকপা অমা ওইবমই। লাইশংসংগী অকোইবদা কনাসু লৈবা উবমদে। অদুবু লাইশংসং লৈবিবা অদোমদা ঐ লাকলমহ অদুগা অৱাংবা লাইশংগী চংফমদু যৌনবা। অদুদগী ঐনা অচিকপা অমসুং অহাংবা মফম পামদুনা পাইলোনগী শিডি থাক থাক চাম্মাদু লোইনা কাখৎলমই। মদুদা লৈবা ফক্লাংদা থবাক্লা উপশিল্লগা মাংলোমদা যেংদুনা লৈবমই। ঐনা অসুম্না যেংদুনা লৈবিঙৈদা পুর্ণিমা থাজনা ইঙৌ

ঙৌনা অমসুং ইরং লংনা থোরক্লমই। অরাবিয়ান চীংদোন্দগী থাজনা অশংবা অতিয়াদা হাইগৎলকপদু পূক্লিং হুনা নিংথিজরমই। থাজা মাগী অমেংবা অঙৌবা মঙালনা ঐনা ঙাথরিবা অনেম্বা ফক্লাংদুদা য়ৈরমই। থাবল মঙালদুনা লাইশংগী ফক্লাংশিংদসু অদুগা মপান্দা লৈরিবা লাইগী মুর্ত্তিশিংদসু ঙৌরোক ঙৌনা য়ৈরমই। ফজনা খোইদোক্লবা লৌবুকশিংদসু থাজ মহাক্কী অইংবা মঙালনা পাক শন্না ঙান্থোকলমই। আইশিস লাইরেম্বীগী লাইশংদু অঙৌবা উনগী চীংদুমগুম ঙৌরোক ঙৌনা ঙাল্লমই।

ক্ষেম লৈবাক্কী শিহোর তুরেল অঙৌবা থাবলগী মঙালনা লুপা মহিগুম নিংথিজরবা ঈশিং ইপাক সমুদ্রা তম্না চেনথরি। হৌজিক থাজগী অরংবা মঙালনা সমুদ্রাগী" ঈশিং ইপাক্তা ওনথোইনা শান্নবগুম উরমই। য়াম্না লেম্না লৈরিবা অৱাংবা চীংজাও, অনেম্বা লৈতেম মান্নবা লমদমশিং, পাকলবা তুরেল, লাইশংসিং অমসুং সহর ওইরিবা মফমশিং, পূম্নমক থাবলগী ইপাক্তা লুপশিনবগুম তৌরমই।

মরমদি ইমা ইবেম্মা· আইশিসনা হৌগৎলক্তুনা মহাক্কী অঙৌবা ফিজোলদু পৃথিবী অসিদা লংশিল্লকপগুম তৌরমই।

মখোয়শিংদুগী ফজবা ময়ামসি মংদা উবগুম তৌরমই। অশুক য়াম্না ফজবা নিংথিবা অহিং ঐনা মমাংদা অমুক্তা উখিদ্রি। অদুগুম্বা নিংথিবা লাইশংসিং, ফজরবা লৌবুক লমহাংশিং, মী য়াম্না লৈবা সহরগী লমদমশিং অসিনি ঐনা শাসন তৌগদবা লমদম।

ঐনা শেংলবা লাইশংসিং ফজনা ঙাক শেন্দুনা থমগদবনি অমসুং লাইশিংসিগী মগুণ ফজনা শক শোনবা তৌগনি। পতোলেম্মীবু তানথোক্লগা ইজিপ্পু নিংতম্বা ফংহনগদবনি। ঐগী শিংলিদা অদুগুম্বা কন থৌরবা নিংথৌশিংগী ঈ চেল্লবদি। অদুগুম্বা ইপা ইপুশিংদুনা অমুক হিঙ্গৎনবগী নুমিৎতু ঙাইদুনা লৈরমগনি।

মখোয়না হেবেশ লমদা মোংফম ফুরাদা তুমদুনা ঙাইরমগনি। ঐগী থৱাইসি ৱাখলশিং অসিনা অনৌবা থৌনা পাঙ্গল পিরকপগুম তৌরকখি। অনেম্বা ফক্লাংদুদা ঙাথরগা খূৎ অনি কোনশিন্দুনা, ঐনা মমাংদা অমুক্তা লাই খুরুমদবগুম লাইনিংদবগুম লাইশিংগী মকোক্তুদা খুরুমজরমই। অদুগুম্বা লাইশিংগী মকোক্তু ময়াম্না মমিং কয়ামুক থোন্নে।

হে ঈশ্বর, পূম্নমকপু য়েংবিবা ঙম্বা, নহাক্না ঐনা খুরুমদুনা হায়জবশি তাবিয়ু:-

ও অমেন - ওশিরিস, ঐখোয়বু অচুম অরান য়েংলগা কৎথোকপা ঙম্বা, নুংশিৎ শিংগী মবুংঙো ওইরিবা, যুগ খুদিংগী লৈঙাকপা, নেংচুপ লোমদা লৈবা লাই অমসুং অমেনতিদা খ্বাইদগী চাওবা লাই ওইরিবা ইবুংঙো নঙনা ঐনা হায়জবসি তাবিয়ু!

ও আইশিস, নতিক নগুণ লৈবী, ইমা লাইরেম্বী হোরুশগী মমা ওইরিবী, অঙকপনা থল্লবী ইমা, নঙোন্দা খুরুম্লগা হায়জবশি তাবিয়ু। অশেংবমক ঐবু অখন্নবা ঈশ্বরগী পাউখোল্লোই ওইরবদি, ঐঙোন্দা ঈশ্বরগী খুদম অমদি পিবিয়ু হৌজিকমক। নখোয়গী খূৎ তিংথোরক্তুনা ঐঙোন্দা মঙ্গল ওইনবা থৌনা হাপ্পিয়ু! মাইখুমফিদু হাংদোক্তুনা নখোয়গী মিংচৎ অমদি থৌনা পূম্নমক ঐঙোন্দা খংহনবিয়ু!

ঐহাক্কা খুউ লৈতানা খুরুম্বা তানজাদা লৈচিন অপাবা অমা পাইশিল্লক্তুনা লংলবা থাজগী মাইথোংদু খুমজিনখিরমই। অদুম্না লৈচিন্দুনা খুমজিনখিবদা অহিংদু মমশিল্লমই। অদুবু অকোইবদদি ইচিক চিক্লমই। অথাপ্পদা সহরদা লৈবা হুইফাওবা খোংবগী মখোল তারমদে। অচিকপদু অশিবগা মান্ননা লৈরমই। থম্মোইনুংদা ঐগী থৌনা পাঙ্গল লাকপগুম তৌরকখি। ঐগী কোক্তা হৌরিবা শমশিং চপ চপ য়ুংখৎলকপগুম তৌরমই। অদুদগী ইখঙ খঙহৌদনা লাইশংগী চংফমগী ফক্লাংশিংদু নিংথাইরক্তুনা ঐগী খোঙয়াদা তারকখি। অকনবা নুংশিৎ অমা শিৎলক্তুনা ঐগী লাইবক্তা য়েরকখি।

অদুদগী ঐগী থম্মোইনুংদা অপিকপা খোঞ্জেল অমনা ৱা ঙাংলকখি। "খুদম অমা য়েংঙু! অখাং কনবা মী অমা ওইয়ু, ও হার্মাচিশ!"

খোঞ্জেল অদুনা ৱাহৈশিংসি হায়রবা তুংদা, অইংবা মখুৎ অমনা ঐগী খুৎতা পাইরকখি। করিগুম্বা অমা খূৎতা পিরমই। অদুদগী মাবু কুপশিন্দুনা থমলম্বা অপাবা লৈচিন অদু হাইদোকখিরমই। নুংশিৎনা মখোয়দু হুমদোকখিরমই। লাইশং চংফমগী ফক্লাংদু নিকপা তোকখিরমই।

থাবল মঙালনা অমুক ঙানথোরকপদা, ঐনা ঐগী খূৎতা পিরম্বদু মুন্না য়েংলমই। মদু শাৎথ্রবা লৈরাং থম্বালগী থমচেৎ নাপু মচুদুনি। অদুদগী নুংশিরবা মনম অমা নাতোন্দা নমলকখি। ঐনা থমচেৎ নাপুদু মুন্না য়েংলিঙৈদা খূৎতগী নাম্থোক্লগা মফম খংদনা মাংখিরমই।

# চেপ্টর মরিশুবা

(হার্মাচিশনা ময়ুম থাদোক্নুনা চৎখিবা, মহাক্কী মখুরা শেপানা মিটিং তৌবা, হাইপ্রিয়েক্ট অন্নু এলরা - মাগী অন্নুদা লেনবা পুন্সি অমসুং মখুরা শেপ্পাগী ব্রাহৈশিং)

মথং নুমিৎকী নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরকপদা ঐবু লাইশংগী পুরোহিৎ অমনা হৌদোকলমই। মহাক্না ঐবু লমশাংদু চৎননবা শেম শাননবা হায়রমই। হান্না ঐগী ইপানা লম্বী অশোমদা চৎকদবনি অদুনা চৎলোইদবনি তাকখ্রবনি। তুরেলদা হি তোংলগা অন্নু য়ৌবা লম্বীদা চৎলমই। হৌজিক মসি গ্রিকশিংগী হেলিও পোলিজ ওইরে।

পতাহ্গী মেমফিজদগী লাকপা পুরোহিতশিংদুগা চৎমিন্নবা তারমই। মখোয়দি অবুথিশদা মখোয়গী অচৌবা মী অমা শিরদুনা মদু অবুথিশদা মোংফম ফুরাদা থম্লবা লাকখিবনি।

মখোয়না ওশিরিজ লাইশংগী মনাক্তা থম্লবা শেম শাখ্রবনি। মরমসিনা নুমিদাংব্রাইরম অদুমক্তদা ঐনা চৎনবা শেম শারমই। ঐগী ইপাগা কাইনরমদাই মতমদা লেংগোন্নরমই। অদুদগী লাইশংগী অকোইবদা লৈবা ঐবু লুনা নুংশিনা তৌবা মীশিংগা মথং মথং লেংগোন্নরমই। ঐনা খুরা শেপাদা পিরুগদবা চিঠিনচিংবা য়াওরগা শিহোর তুরেল তোর্বান্দা লাক্লমই।

ঐখোয়গী হিদু খারোমদা শিৎপা নুংশিৎকা ইরোইননা চৎলমই। হিমাই চুমলিবা নুপাদুনা লেপ্লা লেপ্লা মখুৎতা নৌগুম্বা অমা পাইরদুনা হি হোনবশিংদা থৌদারমই তোর্বান্দগী য়োৎলিদু লৌথোকউ হায়না।

অহল ওইরবী অটৌব্রানা তোর্বান্দা লেপ্লগা মঙ্গল অর্শিবাদ পিরমই। ঐনা কুইনা থমজরক্লবা চাচন্দলগী উ অদু মহাক্লা ঐগী তুংদা মঙ্গল ওইনবগীদমক লংশিল্লকখি।

অদুদগী তুরেলদুদা ঐখোয় নুমিৎ ৬নি চুপ্পা হি হোন্দুনা চৎলমই। অহিংদা ঐখোয় মফমচাবা য়েংলগা অহিং লেকলমই। অদুবু; ঐনা নুতিগী উবা পোৎ অমসুং মফম অমদি লাইশংশিং মথং মথং মাংখিদুনা অমুক্তা উদ্রিবা, খংনদবা মী উবা হৌরমই। অদুগুম্বা খংনদবা মীশিংগী মরক্তা ঐ ইথন্তা তোঙান তারমই।

ঐগী পূক্নিংদা শাওনিংবা অমদি হৈনদবা পোক্লমই। ঐনা ইকাইবা খংদবা ওইরম্লবদি মখোয়গী মাংদা কপ্লমগনি। ঐনা উখিবশিংগী মরক্তা ঐনা খ্বাইদগী ঙকখিবদুদি ঐনা মফমসিদা ইজররোই মরমদি মদু ঐঙোন্দা অনৌবা ওইজরবসু অতৈনদি মদু অঙকপনি হায়না লৌবা তৌরোই।

ঐহাক্কা লোইনরিবা পুরোহিৎশিংদু ঐঙোন্দা ব্যভহার য়াম্না তৌনা ঐখোয়না উরিবশিংদু মখোয়না শন্দোক্লা ফজনা তাকলমই।

নুমিৎ ৭ নি শুবা নুমিৎতা ঐখোয় মেমফিজ হায়বা মফমদুদা থুংলমই। মেমফিজ হায়রিবা মফমসি হৱাইট হোল হায়না খঙনবা সহরনি। হায়রিবা সহরসিদা, শাংলবা লমশাং লাকপগী অৱাবা চোকথবদু ফনবা নুমিৎ হুমনি পোথারমই। পতাগী অঙকপা পুরোহিৎ শিংদুনা সহরদুগী ফজবা নিংথিবশিংদু য়েংহল্লগা ঐহাকপু নুংঙাইনবা অমসুং পেন্নবা তৌবিরমই।

মফমদুগী হাই প্রিয়েক্ট অমসুং অতোপ্পা প্রিয়েক্ট অনিগা লোইননা শেংলবা লাইশং অপিশ মনুংদা পুশিন্দুনা য়েংহল্লমই । মদুদা পতানা মী মরক্তা কাও ষণ ওল্লদুনা লৈরিবদু য়েংহল্লমই। লাই অদু অমুবা মচুনি অদুগা মরাইবক্তা চুথেক নাইবা অঙৌবা মচু অমসু য়াওরমই। মদুগী মনঙ্গলদা ইগল উচেক মানবা অমসু য়েকলমই। মাগী মরৈগী মখাদা নুঙথংগুম্বা অমসু য়েকলমই অদুগা মমৈদা মতু অনিখক হৌবা উরমই। অদুগা মচি অনিগী কারক্তা স্নাগী পুখম অমসু লৈরমই। লাইশংদুগী মনুংদা ঐনা চংলগা খুরুমলমই। ঐনা পোথাদুনা লৈবা নুমি মিরিনিশুবা নুমিৎতা অন্নুগী প্রিয়েক্টশিংদু লাক্লগা খুরা শেপ্পাগী নাক্তা চৎনবা লম্নজিংলমই।

অসুম্না মেমফিজগী মীশিংদু অরোইবা বিদাই তৌরম্লগা তুরেল লাল্লমই। অদুদগী ঐখোয় সগোল গাড়ি তোংলগা অয়ুক অমগা নুংথিল অমগা খুঙ্গং কয়ামুক ফাওরগা চৎলমই। খুঙ্গংশিংদুদা লৈবা মীশিংদু য়াম্না লাইরবা উপাই লৈতবা ওইনা উরমই। মরমদি পাল্লিবী রানিগী মীনা খাজনা চাওনা চাওনা খোমগৎপদগীনি। ঐখোয়না চৎনা চৎনা অচৌবা পিরামিড, হোরেমখু অমসুং শফিংজ (গ্রীকশিংনা হার্মাচিশ হায়না কৌরম্বা) উবা ফংলমই।

ঐখোযনা চৎনা চৎনা ইমা আইশিসকী অৱাংবা মুর্ত্তি, মহাবানি মেমনোনিযা, ওশিবিজগী লাইশং, ইবুংঙো কেশাতৌগী লাইশং অমসুং লাই ওইববা মেনকাউ বানচিংবা উবমই। অদুবু মতমসিদা অহুমশুবা পিবামিডতা স্না লুপা কযাম লোৎতুনা থম্বগে হাযবদি ঐ খংলমদে।

অদুদগী ঐখোয অন্নু উবা ফংলমই। অন্নুদি মেমফিজদগী চাওবা হেনবদি নত্তে। অদুবু অন্নু হাযবিবশি অৱাংবা মফমদা শেমখিবা সহবনি। মদুদা ফজববা পাৎ অমা কেনেল অমনা ঈশিং ব্রাৎতনা পিবা লৈ। সহব অসিগী মনিংদা বা হাযবা লাই অদুগী খাজিন্দুনা থম্লবা লৌবুক লমহাং লৈ।

ঐখোয লাইশংগী চংফমদা কুমথবমই। ঐখোযগা নুপা অমগা থেংনবমই। নুপাদু যাম্না ৱাং চাওবা মীদি নত্তে অদুবু পুকচেল যাম্না চাওবা মী মাল্লমই। মাগী মকোক্তু মক কোল্লমই। মহাক্না মমিৎ তোইনা কুপ্পদু অথাপ্পদা থৱানমিচাক্না তৌবগুম তৌবমই।

"ঙাইখো!" অহৌবা অচৌবা খোনফমদা নুপাদুনা লাওবক্লমই। "ঙাইখো! ঐহাক শেপানি, লাইশিংগী মচিন কাথোকহনবা ঙম্বা!"

ঐনা হাযবমই, " অদুগা ঐ-ঐ হর্মাচিশ হাযবা অমেনেমহৎকী মচানুপানি, শেংলবা অবুথিশ সহবদা পাল্লিবা! ঐ চিঠি অমসু খুবাদা পিনবা পুজবকই, ও খুবা শেপা!"

মহাক্না হাযবমই - "চঙ্ঙকউ!" মমিৎ তগুপ তগুপ কুপ্লদুনা মহাক্না ঐবু মুন্না যেংলমই।

মানা হাযবমই - "লাও চঙ্ঙকউ, ইচানুপা!" মহাক্না ঐবু অচৌবা কা অমদা লমজিংদুনা পুশিল্লমই। মানা কাদুগী থোংদু লোনশিল্লগা পৌবোল থাজিল্লমই। ঐনা পুবকপা চিঠিদু পাবগা হৌগৎতুনা ঐবু চেৎনা কোল্লমই। "নঙবু কৌশিনজে! নহাকশি ঐগা পোকমিন্নবা ইচেনা হেক পোকপনি - ক্ষেম লৈবাক্কী অশা! নহাক লেম্না মাংদবা ওইশনু। ঐনা লাই নিংলিবনি নঙবু অমুক্তা উবা ফংজগে হাযনা। ঐনা খংজবা লৌশিং অমসুং জ্ঞাণ নঙোন্দা পিবা ঙম্বা ওইজগে হাযনা লাই নিংলিবনি। ঐনা নঙোন্দা তম্বীবা তাকপিবা যাই। অদুবু নহাক্কীদি অচৌবা লমথুংফমনি অদুগা নহাক্না ঈশ্বনাতাকপিখিবা পাবাশিংদু তানবগী নাকোং লৈগনি।" খুবা শেপানা হাযবমই।

মহাক্না অমুকসু হন্না কোনবিবমই। অদুদগী মহাক্না ঐবু ফজনা ইকুজথোক্লগা চানবা থক্লবা হাযবমই। মহাক্না নুমিৎ অদুমা পোত্থাবগা মথংগী নুমিৎতা উনশি হাযবমই।

ঐনা নিংলমই অৱাবা কযা নংলবসু খুদোংথিবা কযা মাইযোক্লববসু খুবা

শেপানা হায়বা খুদিং তৌগে হাযনা। ঐনা খুবাদা 'হাযগদবা অমদি হংগদবা কযামুক লৈববসু মখোযশিংদু হায়নবা মতমদি ফংলমদে।

মসিগীদমক ঐহাক্কী লমচৎ শাজৎ শেমদোক শেমজিন তৌবা তাবমই। ঐনা নুতিগী ওইনা অযুক অঙনবদা হৌগৎলমই। নুতিগী লাইশংদা লাই খুকন্বা যাওবমই। অদুগা নুতিগী ওইনা ধর্ম্মগী লাইবিক পাবমই। ঐনা ধর্ম্মগী ওইবা মন্ত্রা শোনবা - থিবা তমলমই। মখোযশিংদু অর্থ খংনবা অমসুং নৈনবা তৌবমই। ঐনা ঈশ্বরশিংগী হৌবকফম অমসুং সর্গ ওইবা অহৌবশিং খঙজিল্লমই -তমশিল্লমই। ঐনা সর্গদা থব্রানমিচাকশিংগী খোংচৎসু তমশিল্লমই। অদুগা থব্রানমিচাকশিংগী মবক্তা পৃথিবীনা কবম্না লৈনা চৎপগে হাযবসু তমলমই।

মখোযনা ঐঙোন্দা থাইনগী ওইবা জ্ঞাণ অমসুং লৌশিং কযাসু তাকলমই। মসিবু মেজিক হাযনা কৌনবমই।

মখোযনা ঐঙোন্দা মঙগী অর্থ কবম্না হন্দোক্কনি হাযবসু তাকলমই। মখোযনা তাক্লমই কমদৌনা ঈশ্বরগী মনাক্তা ংকশিনগনি। মখোযনা ঐঙোন্দা খুদম্মাশংনা কবি হাযবি কবি ফোংদোক্লি হাযবা তাক্লমই। মখোযনা মপানগী ওইবা অমসুং মখুংগী ওইবা ব্রাখলদুসু ঐঙোন্দা হাযবমই। মখোযনা ঐঙোন্দা মুন্না খংহল্লমই মর্দদ মতম খুদিংদা লৈহৌবগদবা অফবা অমসুং ফত্তবগী আইন। ঐনা পিরামিডকী অবোন অথুপসু ফজনা তমলমই।

হান্না খংলমদবা অবোনবা কযাসু ঐনা মখোযদগী তমলমই। তৌখিবা চহি কযাদা থমলম্বা বিকোঁদ কযা ঐনা পাবমই। থাইনগী নিংথৌশিংনা তৌবম্বা খবরশিং, মখোযনা ঙাংলম্বা মকওইবা ব্রাহ্মেশিং ঐনা মথং মথং পাবমই।

নিংথৌ হোকশনা পাল্লিহৈংগী মতমদগী হৌনা মথং মথং ঐনা পাম্নেকলমই। মখোযনা ঐবু লৈবাক্কী ওইবা খুৎশা হৈবা, লৌশিং অমসুং পোৎ চৈ শাবা খোৎপগী জ্ঞাণনচিংবা খংজিল্লু হাযনা তাকলমই। পৃথিবীগী চৎন লোন কযাসু খংজিল্লমই। ঐহাক্লা গ্রিক্কী ইতিহাস অমসুং রোমগী ইতিহাস কযাসু পাবমই। ঐনা গ্রেশিযান লোন অমদি রোমান লোনসু তমলমই। ঐনা মফমদুদা চহি মঙা লৈববা তুংদা ঐশে খুৎশা শিংবা, জ্ঞাণ লৈবা অমসুং থম্মোই শেংবা নুপা অমা ওইবমই। লাইশিংগী মমাংদা নৎত্রগা নুপাশিংগী মাঙদা ফত্তবা অমত্তা তৌবমদে। ঐনা লেপ্পা লৈতনা হোৎনদুনা অদুগুম্বা জ্ঞাণ অমদি লৌশিং তানশিল্লমই।

অসুম্না লাইবক্তা তমলকপা মহে অদু ফংনবা ঐনা কন্না শেম শাবমই।

ঐবু পোকপা ইপানা অনৌবা চহি হৌব খুদিংগী অনিরক ঐঙোন্দা চিঠি ইরকখি। অদুগা ঐনসু পাউখুম ওইনা ইপাদা হংলমই থবক শুবগী মতম লেপ্পা নৎত্রগা তোকপা মতম ওইরব্রা হায়না।

অসুম্না ঐহাক্কী লমচৎ শাজৎ য়েংনবগী মতমদু হৌখিরমই। ঐগী থম্মোইনুংদা চোকথবা অমসুং শোনথবা মতমদু ফাওবা ঐনা অৱা অনা থিদনা কন্না হোৎনরমই।

হৌজিক্তি লাইরিক লাইশু হৈরবা অমসুং মপুং ফারবা নুপা অমা ওইরদুনা নুপা অমগী পুন্সি হৌনিংবা মতমদু ঙাইরমই। অদুগা ঐনা তোইনা অঙকপা পোক্লমই - ৱা ঙাংলিবা লাইফাও তৌরিবা পোৎ অমগী মবমদা হায়রিবদু, নুপাদুগী মকোক্তুগী পোকলকপা মঙদুনি, মহাক্কী অপাম্বা অনিংবদু মহাক্কী ৱাখলগী মাংদা থোরকপা মতমদা।

ঐহাক অশেংবমক নিংথৌগী ঈনি নিংথৌ মচানি। ঐগী খুরা শেপা প্রিয়েক্টনা অরোনবা রির্কোদশিংদু ঐঙোন্দা উৎলমই - তৎপা লৈতনা নিংথৌ মথং মথং লাকপগী ৱারি কয়া লিরমই। মপাদগী মচাদা নুঙদা হক্তুনা মুশি মুশিবা ময়েক্লা শিয়েনেগী নুঙদা তাকলমই।

নিংথৌমচা ওইনা পোক্লবসু, অধিকার ফন ওইদুনসু হোৎনবা ৱাৎলবদি করিসু কান্নরোই। ইজিপ্তা ঐনা ফংজগদবা (হেবিটেজ) অদু মীনাই য়োৎহলিং থাংদুনা মেশেদোনিয়ানশিংগী পেন্নবা, নুংঙাইনবা অমসুংমখোয়না অকে-অমৌদা তাউদুনা লৈহল্লে। ইমা লৈবাক ইজিপ্তা অরৈবা মীনাইগুম মতম অসুক শাংনা লৈরক্লবা মতমদা প্রজাগী অৱা-অনা কয়ানা মাইকৈ খুদিং শিনবা থুংখ্রে অমদি অৱাবদু পন্দোল লোমলে। মতম শাংনা ৱানা লাকপনা কমদৌনা মীনাই য়োৎহুিংসি থদৎকদগে হায়বা ইজিপকী মীশিংনা কাউখ্রে!

অদুগা ইজিপকী মীশিংনা অমুক্তং হন্না পৃথিবীগী লৈবাক অতৈনা নিংতম্বা ফংবগী নুংঙাইবা মিৎয়েংদু য়েংবসু কাউরম্লগনি।

অদুদগী ঐনা অবুথিশগী চংফম গেৎতা অৱাংবা দলান মতোন্দা লাইশোন তৌখিবদু নিংশিংলকখি অমসুং লাই খুরুম্বগী পাউখুম ওইনা ফংখিবদু নিংশিংলকখি। ঐনা ঙক্লা খল্লমই, মদুসু মঙ অমরা?

অদুগা অহিং অমা, লাইরিক পাবদগী চোকথরদুনা ঐনা শেংলবা হৈরা পাম্বী হৌরিবা অদোমদা অসুম চৎথোক্লমই। মদুগী মফমদু লাইশংগী লৈকোলনি। ঐনা খুরা শেপাগা থেংনরমই। মহাকসু অসুম মফম অদোমদা চৎথোক্লকপনি।

"ঙাইখো!" মহাক্লা মখোলজেন চাওনা ঐঙোন্দা কৌরকখি। "করিগীনো নমাইদু

ইমক মকশিন্না লাকলিবা হর্মাচিশ? ঐখোয়না অরোইবদা নৈনখিবা অদুনা নঙোন্দা মথা শাহল্লব্রা?"

"খুরা! নত্তে, ঐহাক করিসু মথা শাবা অমত্তা লৈতে। ঐগী অৱাবা অমসুং নুংঙাইতবা অমদি লৈ অদুবু ঐখোয়না নৈনখিবা প্রোব্লেমদুগীদমক্তি নত্তে। ঐগী থম্মোইশিদা অৱাবা অমত্তংদি লৈ মদুদি মফমসিদা লৈবা অসি অতৈদা হায়দোক্তনা লৈবসি ৱারে - চোকথরে৷ মফমসিদা ঐনা ফংজখিবা জ্ঞাণ - লৌশিংনা ঐবু চপখাইবগুম ৱাহল্লে।" খুরানা পাউখুম ওইনা হায়রকই - "এ: হর্মাচিশ, নহাকতি য়াম্না ঙাইঙমদে। মসি পাথং ওইবগী অপঙবা ৱাখলনি! নঙনা লানফমদা তৌগদবদু চাংয়েং তৌবগুম্বনি। নঙনা য়েংবদা চোকথরন্নগনি ইথক ইপোমশিংনা সমুদ্রাগী তোর্বান দা লৈঙোইশিং থুগাইবদু য়েংবদা! মরমসিনা, হর্মাচিশ, নঙ চৎলগে নিংলবরা? উচেক্লা মকোন্দা পাইশিনগনি মখোয় চাওরক্লগা। শেম্বাংশিংনা লাইশং মতোন্দগী পাইথোরক্কনি। অদুনা নঙসু অপাম্বগী মতুং ইন্না নঙ চৎপা তারে। মতম য়াম্না লৈরি। ঐনা খংজবা অমদি তমলকপশিংদু ঐনা নংঙোন্দা তম্বীখ্রে। ঐনা খনবদা ছাত্রা ওইবা নহাক্লা ওঝা ওইরিবা ঐঙোন্দগী হৈবা হেন্দোকখ্রে!"

মহাক্লা লেপ্পগা মাগী অমুবা মিৎ অনিদু তকথোক নাম্থোকলমই। মরমদি ঐ চৎলগনি নিংবদা মথৱাই নুংঙাইরমদে।

ঐনা হংলমই - "খুরা! অশেংবমক ঐ মফমসি থাদোক্তুনা চৎলগদরা?" ঐনা মথা তানা খুরাদা হংলমই - "ঐহাক অবুথিশদা হল্লগা ঈশ্বরগী অঙকপশিংদু নৌনা থৌনা হাপ্তুনা নৈনরুগদরা?" খুরা শেপানা হায়রমই - "এ: নহাক অবুথিশদা চৎলগা, অবুথিশদগী অলেকজেন্দ্রীয়া অমসুং অলেকজেন্দ্রীয়াদগী ইপানা থম্লম্বা শিংহাসন্দা কাখৎলু, হর্মাচিশ! হৌজিক্তি ঐনা হায়বা তারো মসি অসুম্না তৌবনি, নহাক্লা খঙলে ক্লিওপত্রা রানিনা শাইরিয়াদা করিগী চেল্লি মাগী মৌপ্পা পোথিনশনা মপানা থমলম্বা উইল অদু মাংহল্লগা ইজিপকী ফারাওহ ওইখিবা। নহাক্লা মসিমসু খঙলে, কমদৌনা ক্লিওপত্রানা অমুক হল্লক্লগা মাগী অচৌবা লাম্মীগা লোইননা রানি অমগুম পেলেশিয়োমদা য়ৌরকখিবা।

হায়রিবা তাঞ্জাসিদা পৃথিবীদা খ্বাইদগী কল্লবা শিজরনা মাগী অশোনবা লান্মী খরগা লোইননা অলেকজেন্দ্রিয়াদা য়ৌরকখি। মহাক ফারশলিয়াগী মফমদগী য়াম্না কন্না পোমপেবু ফংনবা তান্নরকখিবনি। অদুবু পোমপেদি অকীলাজনা হাৎলগা থমলমলে। নঙনা মসিসু খঙজিল্লু মদুদি শিজরনা অলেকজেন্দ্রীয়াদা থুংলবদা ইজিপকী প্রাজা পূম্নমক অৱাবা অমসুং খুদোংথিবা কয়ামুক মাইয়োক্লখি। ইরাং লাংবা মরক্তুদা কনানা

ইজিপ্তা নিংথৌ ওইগদগে কনাসু খঙলমদে। অদুবু ক্লিওপত্রানা মাগী দিষ্ক অদু মখোযদা লংশিল্লমই। মদু যাম্না থৌনা লৈবী অমনি হায়না লৌনবমই। মবমদি মহাক্লা মাগী লান্মীনা পেলুশিওমদা লংথোক্কুনা থনম্লগা নুংদাংব্রাই অমম অঙান শিন্নবা মতমদা মহাক্লা অলেকজেন্দ্রীযাগী হি থাংফমদা মথন্তা লাকলমই।

মহাক মথন্তা শিসিলিযান এপোল্লোদোরুশগা লোইননা চঙঙকলমই। অদুদগী এপোল্লোদোরুশনা ক্লিওপত্রাবু যাম্না ফজববা যুবীফিদা গুপ্না অমদা যোমশিন্দুনা মকোল অমা ওইনা কোনশিল্লগা মদু শিবিযাদা শাবনি হায়না শিজবগী মফমদা খুদোল ওইনা পীবমই। অদুগা যুবীফিদা মকোলদু শিজবগী মনাক যৌববা মতমদা ওন্থোক্লগা যেংলমই। মনুংদা পৃথিবীদা খ্বাইদগী মশক মতৌ ফজবী লৈশাবী, খ্বাইদগী লৌশিং শিংবী অমসুং খ্বাইদগী লাইবিক হৈবী ক্লিওপত্রা ওইবমই।

ক্লিওপত্রাগী মশক মতৌ ফজবদা অমদি লাইবিক হৈবী ওইবদুদা শিজবদু শুমহৎলমই ঙাওবমই। পৃথিবীদা খ্বাইদগী কন থৌববা, লানফম ১০০গী মথক্তা জয ওইদুনা লাক্লবা শিজব, লৈশাবী ওইবিবী ফজবী ক্লিওপত্রাদা চংজবমই অমসুং মাগী মখা পোল্লমই।

মহাক্লা লৈবাক কযা জয তৌরুববা অদগা মাগী অচৌবা লাম্মী কাঙবু কাঙবুদুনা লানফম চাম্মা হেন্না লানথেংনরবা লান্মীশিংদুনা শিজববু ক্লিওপত্রগী মখুৎতগী কনবা ঙমখিদে।"

ঐনা মবক থৎলগা হায়বমই "অপংবা' মহাক্লা মাপু অচৌবা নিংথৌনি অমসুং পৃথিবীদা খ্বাইদগী কনবা নুপানি কবলা কৌবিব ' নুপাদবু কার মবমগী মতিক মগুণ লৈবা অচৌবা নুপানি হায়গদৌবিবা? মহাক্কী কবিগী মখোঙ অনিনা নুপিদগী মমাংদা মাইযোক্লনা লেপ্পা ঙমদ্রবনো।"

কনথৌববা শিজবগী বাহৈ অমনা পৃথিবী পূম্না মশক ওলহনবা ঙম্বা, মহাক্কী বাহৈ অমনা লেজন নিফু লান চংশিনবা ঙম্না, মহাক্কী বাহৈ অমনা পৃথিবীগী মী পূমনমক্কী মনাইবক ওন্থোকপা ঙম্না অমসুং অথাপ্পদা নত্রগা তুংদা কবি ওইবক্কদগে খঙবা ঙম্বা অথৌবা মহাক নিংথিজবী ক্লিওপত্রাগী মাঙদা অমুনবা উহৈনা লৈপাক্তা কেনবগুম নুপীদুগী তম্পাক্তা লোংনা তাবমই।

অদুবু খুবা শেপানা ঐঙোন্দা মুন্না যেংলমই অদুগা মকোক হাইবমই। মান' হায়বমই - "হাঁমাচিশ' থবক খুদিং হাথু হাথু তৌগনু অমসুং যাম্না চাওথোক্লা বা ঙাংগনু। নুপীগীদমক্তি, মাগী শোনজবা অমসুং থোৎ নৌবদুনা সংসাবশিদা খ্বাইদগী অকনবা শাফুদু পিবা ঙমই। মাগী ফজবা থোৎ নৌবদুনা নোংনুংশিৎকী মতমদা অমুবা

লৈচিন্না অৱাংবা চীংদোনবু কুপ্তুনা থম্বগুম মীওইবা পূম্বমক খুমদুনা থম্বা ঙমই।

মসিনা মওং কয়ামুক নত্রগা শেপ কয়ামুক্কী শক্তম লৌরগা মীগী থোঙ কয়ামুক্তা থোঙ থিল্লগনি। মহাক্তি য়াম্না থুনা তৌগনি অমসুং অখাং কনবী ওইগনি। মহাক্কী অপাম্বা নুংশিবদু, নুপাগুম্না লাকশিন্দুনা থম্বা ঙমদবদি নত্তে। অদুবু মহাক্না য়াম্না ইংনা তপ্না লানগী সগোলগুম মানা পাম্বা লম্বীদা পুবা ঙমই। মহাক্না শগোলগী চুপলিগুম থবক তৌই। মাদি পুম্নমকপু লুচিংবা ঙম্বী মমিৎ পাল্লি। মাগী নুপাশিংবু লাকথুবা অমসুং লাকশিনবা ঙম্বী থৌনা লিংজেল লৈ। নহাক পাখং ওইবগী ঈ শাগৎপরা? মাদি নহাক্কী যৌবন ওইবগী অপাম্বা নুংশিবদু লংথোকপা ফোইদৎপা লাইনা ঙমই। মহাক্না চুপ্পদু মাদি কৈদৌনুংদা চোকথবা তনথরকপা তৌরোই।

নহাকপু আশা য়াম্না চাওবা পাখংলা? মহাক্না নঙগী থম্মোইবু হাংদোক্কুনা থম্মোইনুংগী অরোনবদু খংদোকপা ঙম্বী নুপীনি। মহাক্না নহাক্কী মিংচৎ ফংনবা লম্বীদু তাকপা ঙম্বী নুপীনি। নঙবু ৱারবরা - চোকথবববা? মহাক্কী নিংথিজবী থবাক্তা নুংঙাইবা অমদি নুপাবু মপূংফানা পেলহনবা ঙম্বদু যাওরি। নহাক লৈখা তাববা মীরা? মহাক্না য়াম্না লাইনা মথক্তা অৱাংবদা চিংখৎপা ঙম্বীনি। মহাক্না অৱাংবা মীংচৎ অমসুং শনমান ফংহনবা ঙম্বীনি। এহ, হার্মাচিশ, হাযবিবশিংসি মহাক্না তৌবা ঙম্বী নুপীনি মবমদি মহৌশা লাইবেম্বীনা নত্রগা অফবতা মাগী ওইনা তম্বীবক্লবা বিধাতানা মাগী মিচংদা মতম খুদিং লেপ্তুনা লৈ।

মহাক্না থবকশিংসি তৌবা মতমদা মানা মিনম্বা ঙমই অমসুং অবোনবা খুদি, মানা মওং তানা শেমদোক শেমজিন তৌবা ঙম্বীনি।

অসুম্না নুপীশিনা পৃথিবী পূম্বা মহাক্কীনি অমসুং নিংতম্না হাইনা হুম্না রানি ওইনা পাল্লিবনি। মাগীদমক নুপাশিংনা লান তৌবিবা, মখোযগী থৌনা পাঙ্গল পূম্নমক বানি অসিগীদমক স্না লুপা অমসুং ওইজ ওইথক ফংনবা থবক তৌবি।

মাগীদমক অকল অথৌশিংনা অফবসু ফত্তবসু লোইনা তৌই অদুগা মাবু অচৌবা রানি ওইনবা তৌই। অদুবু মহাক্না মাংদা লৈবিবা শফিংস গুম ফমদুনা লৈ অমসুং মোমোন নোক্নুনা লৈগনি। নুপা কনাসু মাগী মোমোন মিনোক্কুগী অর্থ খঙনবা তৌবোই। অদুগা নুপা কনামত্তনা মাগী অঙকপা থম্মোইনুংগী অরোনবা ৱাফম খঙলোই।

নোক্করুনু। নোক্করুনু। হার্মাচিশ, মরমদি নুপীগী শক্তি অমসুং তৌবা ঙম্বদুবু য়ানিংদবা মহাক অদু অশেংবমক অচৌবা মী ওইগনি। মদুনা মহাক্কী অকোইবদা অকনবা শাফুদু উবা ঙমদবা নুংশিৎকুম্না পিরবসু অচৌবা মী ওইগনি।"

ঐনা য়াম্না হৌনা লাউনা নোক্লমই অদুগা খুরাদা হায়রমই - "খুরানা অশেংবদু ফজনা হায়বিবনি!" ঐনা মখা তানা হায়রমই - "কনাগুম্বনা হায়গনি নুপীদুগী লাংদা থুরে অমসুং মাগী অনিংবা অপাম্বনা পুদুনা চৎলে। ফরে, ঐগীদমক্তি ঐনা নুপীদুবু কিরুদে। মাগী লৌশিং অমদি তাৎ তৌরকপনা ঐ করিসু ঙাওবিগদবা পংথগদবা নত্তে। ঐনা মদু খংবসু পামজদে। ঐনা হায়নিংবদি, শিজর হায়রিবা নুপাদু অপংবা নুপা অমনি। ঐনা করিগুম্বা শিজর হায়রিবদু ওইরল্লবদি ইকাই খংদবী লৈশাবী য়াওবা শামতুগী ফি মকোলদু শিড়ি মখাদা ইন্থরগা তুরেল তোর্বান্দা লৈখোম মরক্তা লংথোক্লমগনি!"

"ফরে, তোকলো তোক্লো!" খুরানা হৌনা লাউরক্লমই। "অসুম্না ঙাংবসি ফত্তে। ঈশ্বরনা ফত্তবা খুদমদগী থৈদোকপিবা ওইশনু। নহাক্না পাঙ্গল কনবা লৌশিং শিংবগী চাওথোকচবদু লেংদনা লৈবা ওইশনু! ওহ, নুপা নহাক্তি খঙদে, নহাক্কী থৌনা পাঙ্গল অমসুং নুপা অমা ওইনা ফজবা নিংথিবদু কনাগসু চাংদম্নবা য়ারোই। নহাক্না তমলুবা মহৈ মশিং অমসুং ব্রা ঙাংথোরকপদা থুম্বা অমদি মীনা তানিংবা পোকপা নহাক নশানা খঙজদে। নহাক্না তিন্নরুগদবা মীশিংদুনা লৈবা মফমদু অশেংবা লাইনিংফম নত্তে আইশিস লাইরেম্বীগী মফম অসিগুম্বা।

অদুবু মফমদুদা ঈশ্বর খুরুম্মু। নহাক্কী থম্মোইগী উন মপাক্তু শৌদোক্তবা ওইশনু। নঙ মতম খুদিং অচৌবা অমসুং নুংঙাইবা মী অমা ওইনবা হোৎনৌ। ইজিপপুম্বা নিংতম্বা ফংহনবশি নঙোন্দা লৈরে। হৌজিক ঐগী ব্রারিদু মকা তাহল্লু হর্মাচিশ!

অসুক ব্রাখ্রবা ব্রারি অসিদা নুপীসিনা মাগী শত্ব পিয়ু হায়না ক্লেম তৌখি। অঙাং ওইরিবা পতোলেম্মী ক্লিওপত্রাগী মৌপ্পা অসিনা শিজরগী মখুৎতগী নাম্থোক্লুনা চেনথোক্লমই। অঙাং ওইরবসু মহাক্না নমথাক তৌদুনা শিজরবু অলেকজেন্দ্রীয়াদগী তাম্থোক্লবা তৌরমই। অদুদগী শিজর অমসুং মিথ্রিদেৎশ মখোয় অনিনা পতোলেম্মীগী লানফমদা কেম্পতা লান্দারমই। অদুবু পতোলেম্মীদি অচৌবা তুরেল লাল্লগা চেনখিরমই। অদুবু মাগী হিদু শিফাইশিংনা নমথবদগী ঈশিং ইয়াইদা লুপখিরমই।

অসুম্না পতোলেম্মী য়াম্না ব্রানা ঈশিং ইয়াইদা শিখিরমই। অদুদগী ক্লিওপত্রা শিজরগী ওইনা মচানুপা অমা পোকলমই। হৌজিক শিজরনা মচানুপা অদুবু অনৌবা পতোলেম্মী ওইনা হাপলমই।

মচানুপানা মমিংতা ওইনা অদুগা ক্লিওপত্রানা রানি ওইনা শাসন তৌরমই। শিজরনা মমিংতা ওইনা লৈরমই। শিজর মতম খর লৈরল্লগা রোমদা চৎলমই। মহাক্না লোইননা মশক ফজরবা নিংথৌমচা আরশিনোসু মপাগা লোইননা রোমদা লাকলমই।

অদুবু জুলিয়শ শিজর কনবা থৌবদা মপা লৈখিদ্রবা, লানফম ১০০দগী হেন্না জয় তৌরক্লবা নুপা অসি ইখং খংহৌদনা রোম সহরদা শিখিরমই।

অদুবু হৌজিক ক্লিওপত্রা রানিনা মাগা পুন্না শাসন তৌমিন্নগদবা অমসুং মমিংতা ওইনা মপুরোইবগী মহুৎ শিনবা শিরিয়োনবুসু হ্ পিজদুনা হাৎলমই অদুগা রোমান শিফাইশিংগী মতেংগা লোইননা য়াম্না শক্তি লৈবী রানি অমা ওইনা পাল্লিবনি।

অদুবু, হঁমাচিশ, লৈবাকশিংগী মী পুমনমক শাওখিবনা মৈ হৌরমই অমসুং ক্লিওপত্রাগী মথক্তা হৌরমই। লৈবাক শিনবা থুংনা ক্ষেমগী ব্রা ঙাংবা ঙম্বা অঙাং খুদিং লোইনা হাৎলমই। হঁমাচিশ নহাকসু মখোয়গী মরক্তা অঙাং অমনি।

হৌজিক থবক পাইখৎপা হৌবগী পুংফমদু য়ৌরে। চৎলো হার্মাচিশ অবুথিশতা অদুগা ঈশ্বরগী অরোইবা অমসুং অরোনবা পাউতাকশিংদু তমলুরো - খংলুরো। লালহৌগদবা থৌনাফবা মখোয়শিংদু উনরুচো। অদুগা হঁমাচিশ, ঐনা হায়খিবা মতুং ইন্না থবক তৌ। রোমান অমসুং গ্রিক্কী লান্মীশিং তানথোকপা তকথোকপা ঙম্বা ওইয়ু। নহাক শিংহাসন্দা কাবা ঙম্বা ওইয়ু। মসিগীদমক নহাক লৈবাকসিদা পোকখিবনি, ও, নিংথৌমচা হঁমাচিশ!”

# চেপ্টর মঙাশুবা

(হার্মাচিশনা অবুথিশদা হল্লকপা, আইশিস লাইরেম্বীগী মমাংদা অঙকপা মন্ত্রা থিবা অমসুং অমেনেমহৎকী মচানুপাদা অকনবা পাউতাক পীবা)

মথংগী নুমিৎতা ঐহাক্না খুরা শেপাগা য়াম্না নুংশিনা কোন্নরমই। থম্মোইনুংদা অনৌবা অশাগা লোইননা অন্নু হায়বা লম অদু থাদোক্লম্লগা অবুথিশ তম্না লাক্লমই। তেনশিন্না হায়রবদা ঐনা মফমসিদা অশোই অঙাম য়াওদনা চহি ৫ থা ১ থাদোক্লুনা চৎলুরগা হল্লকপনি। ঐ হৌজিক্তি নুপা মচা অমা ওইদ্রে, মপুং ফারবা নুপা অমা ওইরে। নুপাশিংগী জ্ঞাণ পূন্নমক লৌশিল্লগা, ইজিপকী মমাংঙৈগী হৈ শিংবা জ্ঞাণ পূন্ন মক লৌশিল্লগা অমসুং পূক্লিংদা হানজিল্লগা লাকলবনি।

ঐনা লাইশং খাজিল্লিবা মদুগী মনাক্তা লাকলমই। মফমদুদা লৈরম্বা পুরোহিৎশিং অমসং মীয়াম্না ঐবু হরাও তয়াম্না কৌশিল্লমই।

মখোয় ময়ামদুগী মরক্তা অহল ওইরবী অটৌৱাসু য়াওরমই। অটৌৱানা লাউরকখি "লা লা লা" মহাক্না লাউনা হায়রকই - "নঙ লাকলেদনা! ঐহাক্কী মশক ফজরবা শবান নিংথিরবা নুপামচা, হান্নদগী হেন্না মশক ফজথোক্লবা নুপা মচা লা লা! কয়াদা নিংথিবা নুপা অমা ওইবদা! অদুবু নহাক তাইফেৎ তাইনা উরে। অন্নুদা ইবুংঙো নঙবু চরা হেলহনব্রা? নহাকপু উবা ফংবসি য়াম্না হরাওবা নুংঙাইবা পুংফমনি, চংঙকউ!"

মৈঙান্দা মানা ঐবু কোল্লমই। অদুবু ঐনা মঙোন্দা হংলমই - "ঐহাক্কী ইপা কদাইদা লৈ?"

অহল ওইরবী অটৌবানা খুমলমই - "মহাক ফজনা লাই নিংলি! মহাক্না মাগী কাদা নঙবু ঙাইদুনা লৈরি! সোমদা চৎলু!"

ঐনা হরাও হরাও ইপাগী কাদুদা থুনা চংলমই। মনুংদা, হাই প্রিয়েক্ট অমেনেমহৎ তেবল মনাক্তা ফমদুনা লৈরমই। ঐনা ইপাবু খর হনুশনবা ওইনা উরমই। ঐনা মাগী নাক্তা চংলগা নোম্বদুনা খুরুমলমই অদুগা মাগী মখুৎ চুপলমই। ইপানা ঐবু মঙ্গল অর্শিবাদ পিবিরমই।

মহাক্না হায়রমই - "নমাইদু খজিক্তং থাঙ্গৎলু ইচানুপা! অহল ওইরবা ঐগী মিৎ অনিনা নঙবু অমুক্তা ফজনা য়েংহল্লু - নঙগী থম্মোইদা করি লৈবগে খংনবা।"

মরমসিনা ঐনা মাই থাঙ্গৎলমই অদুগা মানা ঐগী মাইথোংদা য়াম্না কুইনা য়েংদুনা লৈরমই।

ঐনা নঙগী মাইথোংদু মুন্না য়েংলে। নহাক লৌশিংদা জ্ঞাণদা অশেংবা কনথৌরবা নুপা অমা ওইরে। ঐনা নঙবু মিনন্না ওইদবদি তৌহনখিদে। হৌজিক ঐঙোন্দা হায়রো - অন্নু হায়বা মফমদুদা করম্না লেল্লি, করি করি তৌখিবগে। নঙগী চিঠিদদি করিসু থোইদোকপা হায়রকখিদে। মপা অমনা মচাগী পাউ তানিংবনা খৌরাংনা ঙাইদুনা লৈরি হায়বা নঙদি খঙলমলোই।

ঐনা ইপাদা মরিক চুম্না পাউ তমলমই অমসুং অহিং য়াম্না থেংনা ফল্লদুনা ৱারি তৌরমই। ইপানা ৱারিশিংদু তারবা তুংদা ঐঙোন্দা থৌদারমই - "নঙ হৌজিক থবক অদু তৌননবা শেম শারো! অখন্নবা ঈশ্বরগী অঙকপা থৌদোকশিংদুগী মরমদা!"

মরমসিনা ঐহাক ইশানা থা ৩ গী মতমদা শেম শারমই।

ঐহাক শা ঙা চারমদে অদুগা মতম অয়াম্বদা ঐ লাইনিংফমদা লৈরমই। ঐনা গ্রেৎ শেক্রিফাইশশিংগী অরোন অথুপশিং পারমই অমসুং হোল্লি মাদরগী অৱাবশিংদুসু পারমই। লাইগী ফম্বাক্কী মমাংদা ঐনা লাই নিংলমই। ঐনা ঐগী থৱাইবু ঈশ্বরগী মাংদা থাঙ্গৎলমই অমসুং মংদাফাও উরমই। শকউদবা ঈশ্বর মহাক্কা ৱারি শারমই। ইমা পৃথিবীগী অনিংবা অপাম্বদু ঐঙোন্দগী থোরকপগুম তৌরমই। ঐ মখা তানা মিংচৎ পামলকখিদ্রে মরমদি ঐগী থৱাইনা মথক্তা য়ান্দুনা লৈবগুম তৌরমই। ইগল হায়বা উচেক্কুনা মশা অনি তিংথোক্কুনা লৈবগুম তৌরমই।

অহাংবা অতিয়াদা হোংবা য়াররোইদৌবা থৱানমিচাকশিংগী খোংচৎ অদুম চৎলি। মখোয়গী তুংদা মীওইবগী লাইবক্না ইন্নে। মতম অমদা অশেংবা নাইশিংনা মৈ হৌরবা শিংহাসন্দা ফমলগা লাইবক্কী চকা নৎত্রগা কাংখ্রোংনা লৈবদু য়েংলমই। য়াম্না

শেংনা লাইনিং লাইশোন তৌবা অমসুং ঈশ্বরগী ৱাখলদা লুপলুবা অদুনা মাগী মাইথোদু মখাদা লুকথবা অমুক হন্না পামগনি। পাপকী মশক ওইবা নুপীগী ফজবা নিংথিবা অদুনা ঐখোযবু চিংথোক্লুনা লৈখা তাহল্লি।

লমচৎ চাংযেং তৌবগী থা শিংদু মথং মথং হৌখিবমই। হৌজিক অশেংবা নুমিৎ অদু নকশিল্লকখি ঐনা জগৎ শংসাবগী ইমাগা পুনগদবা।

নুমীৎ ৭ নি চুপ্পা হবাও কুম্মৈ পাংথোক্লমই ইবুংঙো ওশিবিজগী অৱাবশিংদু নিংশিংনবগী। অদুগা ইমা আইশিসগী অৱাবশিংদু ঈশৈ ওইনা শক্লগা ফোংদোক্লমই। দিবাইন চাইল হোকশনা লাকপদা মিংচৎ পুবক্লে থাজনবমই।

কুম্মৈ অদুগী থৌবম পূম্নমক থাইনগী চৎনবী যন্ত্র মন্ত্র শোনবগী মতুং ইন্না পাংথোক্লমই। হি মযাম অশেংবা পাৎতুদা হোল্লমই। পুবোহিৎ মযাম লাইনিংফম মমাংদা মশানা মশাবু চৈনা কনজবমই অমসুং অহিংদা লম্বীদা মুর্ত্তি পুখোক্লুনা পবেং ওইনা চৎলমই।

অদুদগী নুমিৎ ৭ নি শুবগী নুমিৎ তাবকপদা অচৌবা মীযামদু অমুক হন্না পুল্লদুনা আইশিসগী অৱা অনাশিংদু ঈশৈ ওইনা শকপা শোনবা তৌবমই। অদুম্না তৌবদুনা তাকলিবদি কবম্না ফত্তবদু লমন শিংসিগে হাযবনি। ঐখোয মযাম ৱা ঙাংনদনা পবেং ওইনা চৎলমই লাইশংদগী চৎপনা সহবগী লম্বী যৌবাফাও। লম্বীদু শেংদোকপা অদুনা অহানবদা ঐগী ইপানা অনিশুবা ওইনা পুরোহিৎ ওইবা ফিজোল শেৎলগা শিদব ঊগী অকোনবা লিচৈদু পাইবগা। ঐহাক্না তোঙানবা ফিজোল শেৎলগা ইপাগী তুংদা ইথন্তা চৎহল্লমই। অদুগা ঐগী তুংদা অস্তৌবা ফিজোল শেৎপা পুবোহিৎশিংদু চৎলমই।

মখোযনা ফিবালগুম্বদা লাইগী মুর্ত্তি যেকপদু মখুৎতা পাইবমই। পবেং পবেংশিংদু মীৎনা যেংবদা তামখ্রবা মফমফাওবা শন্দোক্লমই। ঐখোয সহবগী লম্বীশিংদা তুমিন্না ৱা অমত্তা ঙাংনদনা চৎলমই। অকোনবদা অচৌবা লাইশং অমগী মনাক্তা অমসুং অকোইবদা চৎলমই।

ঐগী ইপা অমেনেমহৎ চংফমদুগী মখাদা চংলকপদা নুংশিববা অমদি থুল্লবা নুপীগী খোজ্জেল অমনা ঈশৈ শকপা হৌবমই। মাগী ঈশৈদু অশেংবা লাইবু শিংথাদুনা শকপা অমনি।

"ঐখোযনা ঈশৈ শক্লী ওশিবিজ শিবে
তেংথাবি লৈখা তাববা মকোক
মঙাল পূম্বা মফমসিদগী চৎখ্রে, তাইবঙসি ৱাউথাংনবে।
থৱানমিচাক্লা লংলবা অতিযাসি লাম্থোক্লুনা

অমুবা শেকপি শঙ্খু শঙ্খু পাইরি
অদুগা আইশিস কপ্পী ওশিরিজ থব্রানমিচাকশিং শিখ্রে
মীৎতগী শিন্থুরকপা পি ময়াম, থব্রানমিচাকশিং
এ; তুরেলশিং, ফজরবা মফমশিং
কপ্পু, নাইল তুরেলগী মচাশা, কপ্পু মরমদি নখোয় নবুংঙো শিখ্রে!"

নুংশিনা ঈশৈ শকপী নুপীদু ঙহাক তুমিন্না লেপখিরমই। অদুদগী য়ামখ্রবা মীয়ামদুনা নুপীদুগী ঈশৈদু লৌখৎতুনা শকলমই। ঐখোয়না থোৎনা ইংনা খোঙনা নেৎলমই - খোঙথাং তপ্পা থাংদুনা লাইশোল তৌফম শেবেন ফোলদ মনুংদা। থোৎনা ইংনা অশিবগী মথক্তা ঐখোয়না কৌরিবা "হল্লকখো, নঙবু খুরুমজবা মখোয়দুদা"

ময়ামগী ঈশৈ শকপদু লেপ্পা মতমদা নুপীদুনা অমুক ঈশৈ শকপা হৌরকখি।

ঈশ্বরগী লাইশং মনাক্তা
শেবেন ফোলদ অশেংবা লাইশংদা
ঐখোয় চৎপা ফক্লাংদগী প্রতিধ্বনি তৌরকপা
শাংনা তেংথাবদু অমুক হন্না
অব্রাবগী মখোলদু তারকখি
য়াম্না শান্না, অমাং অতা লৈতবা মনুংদা
অমগা অমগা খূৎ পাইনরগা ইচল ইচেশিংনা কপ্পা
আইশিস অমসুং নেপথিজ হৌগৎতনা তুমলিবদুদা

অদুদগী ময়াম পুন্না ঈশৈ অমুক খুমলমই।

ঐখোয়না থোৎনা নৌনা খোঙনা নেৎলি -ওল্লবা খোঙথাং
লাইশোন তৌফম শেবেন ফোলদ মনুংদা
থোৎনা নৌনা অশিবগী মথক্তা ঐখোয়না কৌজবা
হল্লকখো ওশিরিজ, নঙগী ইংলবা লৈবাক্তগী
হল্লকখো, নঙবু পূজা তৌজবা মখোয়দুদা

ময়ামগী ঈশৈদু লেপ্লমই অদুগা অমুক হন্না নুপীদুনা ঈশৈ শক্লমই।

ও, নোংচুপ্পা লৈবা
নুংশিবা অমসুং পুম্নমক্কী মবুংঙো
নহাক্কী নুংশিবা, নঙগী নচে আইশিস, নঙবু য়ূমদা কৌশিনজে
নহাক্কী ব্রাউথাংনবা কাদগী লাক্নো
নহাক্তি অঙানবা নুমিৎকী মপুনি

নহাক্কী উকম লাংবা কা মখাদা লৈবা
নহাক্কী চোকথরবা নশাসিংগা লোইননা
সর্গদগী ফাওদোক্কুনা
নোরোক্কী অমম্বা খুদোং থিবা কয়া ফাওদোক্কুনা
নহাক্না ইনাক্তা নকশিন্না লাকপিনবা থিজরি
থৱানমিচাক অমদগী কোইচৎ চৎপা থৱানমিচাক তম্মা
অশিবশিংগা নিংতম্মা লৈমিন্নবা, অমেন্তিদা লৈবা
নুমিৎ তারকপা মতমদা মন্ত্রা শোনবা লেপ্পমই।

হাই প্রিয়েক্টতুনা লাইগী মুর্তিদু থাঙ্গৎতুনা মীয়াম মমাংদা কোইনা চৎলমই। মীয়ামদু লাইশংগী অহাংবা মফমদা লেপ্তুনা য়েংলমই। অদুদগী মীয়াম্না খোঞ্জেল য়াম্না হৌনা হরাওনা লাওরমই।

"ওশিরিজ - ঐখোয়গী অশা - ওশিরিজ - ওশিরিজ !" মীয়ামদুনা অঙৌবা ফিজোলবু য়োমশিল্লিবা অমুবা ফিদু শেগাইরমই অদুগা মনুংদা শেৎপা অঙৌবদু জোল জোল লাউবা ফিজোলনা ময়ামগী মাংদা উৎলমই।

মীয়ামদুনা অমত্তা ওইনা ঈশ্বরদা খুরুমলমই অদুগা চা থকপদু লোইশিল্লমই।

অদুবু, শিরোমোনি লোইশিনবা অসি ঐঙোন্দদি অহৌবনি। মসিগী মবমদি অহিং অসিনা ঐগী থবক হৌনবগী মতমনি। মনুংগী কোর্টকী কাদু থাদোক্লন্নগা ঐ ইরুজবমই অদুগা অশেংবা ফিরোল অমা হোংদোক্লমই। অদুদগী ঐ লাইনিংফম কা মনুংদা চংলমই।

ঐবু চাংযেংগদবা অসিদা ঐঙোন্দা পাঙ্গল থৌনা অমসুং লৌশিংপূম্বা পিবিনবা ঈশ্বরদা পূক্নিং চংনা খুরুমজরমই।

মী চিক্লবা লাইশং মনুংদা পুংদি মথং মথং হৌখিরমই। অকোনবদা থোংদু হাংদোরক্কুনা ঐগী ইপা অমেনেমহৎ মনুংদা চংলকখি অঙৌবা ফিরোল শেৎলগা। মহাক য়ূম পাল্লবা নুপা অমা ওইবনা হোলি ইমাগী কা মনুংদা চংলকখিদে। ঐনা লেপখৎলগা মখোয়দা নোল্লুক্না খুরুম্নমই।

মখূত্তা লেমপ অমা পাইরদুনা প্রিয়েক্ট অমনা ঐঙোন্দা হংলকখি - "নহাক শেম শাবা লোইরবরা?" মাগী লেমপকী মৈঙান্দুনা ঐগী মাইশি ইঙান ঙানথোক্লমই। "ময়াম্না খল্লবা পাখং, নহাক শেম শাবা লোইরব্রা, মিংচৎ পিবা ঙম্বী লাইরেম্বীগা মাই মাই ওনশিন্নবা য়ানবা?" ঐনা নোল্লুক্না খুমলমই - "ঐ শেম শাবা লোইজরে!"

মহাক্না য়াম্না চেকশিন্না হায়রকই - "নিংথৌমচা হার্মাচিশ, য়েংঙু মসি অপিকপা পোৎতি নত্তে। নঙনা নঙগী অরোইবা অপাম্বসি পূবা ঙমলবদি, মদুদি অহিং অসিমক্তা নঙ মিকুপ খর শিগদবনি। করন্না মতমদা নংগী থৱাইনা শকউদবশিংদা য়েংগনি? নঙনা শিরবদি, ফত্তবা অমত্তং নঙগী থম্মোইদা ফাওরকপদা, হার্মাচিশ হিংনবগী নুংশা শ্বর হোনবা ঙমলরোই। অদুগা হকচাংদু অরেম্বদা মাংলনি।

হার্মচিশ নঙবু শেম শারবরা ইমা লাইরেম্বী থবাক্তা কোনখিনবা? মানা য়াথং তৌরিবদি নহাক মতম খুদিং নুপীগী ফজবশিংদগী য়াম্না থাপ্না লৈগদবনি। নহাক ইমাগী মিংচৎ ফংনবা কন্না হোৎনগদবনি, মমৈথংদা নঙগী থৱাইদু ইমাগী থৱাইদা তিনখিনবা।

ইজিপকী ধর্ম্মগী মতুং ইন্না নুপাসি শরুক মরি থোকই - হকচাং, থৱানমিচাক্কী মওং - থৱাই - মৈরিক (ঈশ্বরগী মকোক্তগী কাপথোরকপা)।"

ঐনা খুমলমই - "ঐ ওইরে, লমজিংবিয়ু।" "বিদাই তৌরি, ইচানুপা!" ইপানা ঐঙোন্দা হায়রমই। "চংখিবদা হনবা তৌগনু! নহাক্কী থৱাই অমদি পূক্নিংনা থবক খুদিং নঙনা ঙম্বা ওইয়ু। সংশারসিদা পানগদবা মহাক্তু পূম্নমক্কী মথক্তা লৈগদবনি। মহাক অদু ঈশ্বরগী মনাক্তা লৈগদবনি। মহাক অদু ঈশ্বরগী মনাক্তা লৈগদবনি অদুগা ঈশ্বরগী অঙকপা অরোনবশিংদু মহাক্না তমশিনগদবনি। অদুবু য়াম্না চেকশিল্লু। ঈশ্বর মহাক্না থৌদারিবা মহাক অদু মাগী য়াথং তৌরিবা মফমদা চংবা ঙমগদবনি। মখোয়বু হেন্না থৌবা আইন্না পুনগদবনি অমসুং হেন্না লুম্বা য়োৎচৈনা ফুদুনা দন্দী তৌগদৌবনি। অদুম তৌরগা মখোয়গী মিংচৎতু মখোয়না ইকাইবা নঙখিবগুম ফংগনি।

মরমসিনা নঙগী থম্মোইদু হেন্না কনবা, থৌনা লৈবা অমা ওইরো - নিংথৌমচা হার্মাচিশ। অহিং অসি লোইখিদুনা, অশেংবা মফমদা চংবা মতমদা নিংশিংগদবদি খুদোল অসিবু পিবিরক্লীবা মহাক অদুবু নিংশিংলগা খুদোল অদু অমুক দরকার ওইরক্কনি।

হৌজিক, নহাক্কী পূক্নিংদা লেপ্পবদি চৎলো! ঐনা মিকুপ খর মাগী অরুবা অমসুং অরুম্বা ৱাফমশিংসি অরুম্ন অয়াং ওনবগুম তৌদুনা য়েংলমই।

ঐনা ঙম্বা মখৈ খূৎ হাইদুনা বিদাই তৌরমই। অদুবু ঐহাক্কী থম্মোইদা ঈশ্বরগী মনাক্তগী থাপতোরকপগুম নুংঙাইতবা ফাওরমই।

ঐনা খঙলমই ঐঙোন্দা ফত্তবা অমত্তা য়াওদে, অফবা অমদি অচুম্বদুতা তৌগে নিংলমই।

ঐনা খোঞ্জেল হৌনা লাউরমই - "লমজিংবিয়ু অশেংবা প্রিয়েক্ট, নঙনা ঐবু লমজিংবিয়ু!" অদুদগী ঐখোয় চংলমই।

# চেপ্টর তরুকশুবা

(হৰ্মাচিশনা থবক্তু তৌনিংলকপা, মাগী মমীৎতা উখিবসিং, অশিবসিংগী লৈবাক্তা চৎলুবা, আইশিস লাইরেম্বীনা পাউতাক পিরকপা অমসুং পাউপিবা মী)

ঐখোয় তুমিন্না আইশিস লাইরেম্বীগী লাইশঙ মনুংদা চংলমই। মনুংদা ইমম মন্নমই অমসুং ইহাং হাংলমই। অপিকপা থাউমৈগী মঙালদগী লাকপা অশোনবা মঙালনা ফক্লাংদা লৈবা অয়েকপা লাইশিংদু ময়েক ইশেং শেংদনা উহল্লমই। ইমা আইশিসনা অয়েকপা লাই ওইনা অঙাং অমদা খোম পিথক্লী।

ঐগা চংমিন্নরকপা প্রিয়েক্ট অদুনা থোঙ লোনশিল্লমই অদুগা পৌরোল থাজিল্লমই। মহাক্লা ঐগী নাক্তা লাক্লগা হংলকই - "হৰ্মাচিশ, নহাক শেম শারবরা?"ও ঐনা অমুকসু হন্না খুমলমই - "ঐ শেম শাবা লোইরে!" মহাক্লা হায়রকই - "হৰ্মাচিশ, নমাংদা য়েংঙু!" লাইশংদুগী মনুংদা মহাক্কী খোঞ্জেলদু হোরো হোরো লাউবগুম তৌরমই।

ঐনা মাংলোমদা য়েংলমই অদুবু করিসু উবা ঙমলমদে। অদুবু অৱাংবা ফক্লাংদগী লোৎতুনা থল্লীবা কনানসু উদ্রিবা মফমদগী মখোল অমা তাবা ফংখি। মখোলদু য়োৎচৈ অমনা শিতারগী তরাশিংদা থেংবগী মখোলগুম তারমই। ঐনা শিমবোলদুগী অকোইবদা য়েংলমই। মদু অমম্বদা মৈনা য়েকখিবগুম তৌরমই। মদু ঐগী কোক্তোন্দা ঙান্দুনা লৈরমই। মদুদগী লৈথোরকপদা ঐনা ইমা আইশিসকী নিংথিজবী মাইথোংদু উরমই। অদুবু মাইথোংদু নাকল অমদদি ইমম মম্না অহোবগুম তৌরমই।

মদু তপ্না তপ্না লৈথোরক্লগা ঐগী কোক্তোন্দা জগোই শাবগুম হাইদুনা লৈরমই। অকোনবদা মৈঙান্দু মুৎখিরমই। মখোলদুসু মিকুপ্তা লেপখিরমই।

অদুদগী কাদুগী অরোইবদু ইঙান ঙানথোরকখি। ঐনা য়েংলমই অয়েকপা লাই অমগী মথংদা অমদা।

ঐনা থাইনগী মতমদা নাইল তুরেলনা শারবা মরুভুমি ফাওদুনা সমুদ্রাগী ঈপাক্তা তিনখিবদু মুন্না য়েংলমই। তুরেলশিগী তোর্বান্দা মী লৈনরমদে, মী খুন্দাবগী খুদমসু ফংলমদে। লাইশংনচিংবসু অমত্তা উরমদে। লমলক্কী উচেকশিংনা শিহোর তুরেলদা কোইনা পাইবা উরমই। তমথিরবা লাই হিংচাবাশিংনা ঈশিংদা থরো থরো ওল্লমই অমসুং লুপথরমই।

নুমিৎনা য়াম্না চিংলেম্না লিবিয়ান মরুভুমিদা লুপথরমই। ঈশিংগী মচুনা ইঙাং ঙাংলমই। ব্রাংলবা চীংজাওশিংনা ইংনা চিক্লা লৈজবা অতিয়াদা মতোলশিংদু থিনগৎলকপগুম অমদি ব্রাংখৎলকপগুম তৌরমই। অদুবু ব্রাংলবা চীংজাওশিংদা, পাক্লবা মরুভুমিদা অমসুং পাক চাওরবা তুরেলদা তাইবঙমী লৈবগী খুদমদি উরমদে। ঐনা খঙলমই মদুদি পৃথিবী অসিদা মী তাদ্রিঙৈ, মতমদুগী অহাংবা পৃথিবীদু উবা ফংলে হায়না।

মদু উরুবদা ঐগী পূক্লিংদা অচিকপা পৃথিবীগী অঙকপদু মমি তারমই। অতোপ্পা অয়েকপা লাই অমদা শিহোরগী পাক্লবা তোর্বান্দশিংদু উরমই। তুরেলদুগী মপান মপান্দা অঙকপা মমাই পানবা জিবা কয়া মরুম উরমই। মখোয়গী মরক্তা য়োং অমসুং মী মরাম মানবা কয়ামরুমসু উরমই। মখোয় মশেল অমগা অমগা ফুন্নরমই অমসুং হাত্তোক্লরমই। লমগী উচেকশিংদুনা শিংনাংনা কুপ্পা য়ূম মৈ চাকলকপদা কিদুনা ব্রাংনা মথক্তা পাইখৎলকখি। য়ূমশিংদু য়েক্লবা মীনা থাবনি। মখোয়না মীগী মপোৎ মচৈ হুরানবিরমই। মরান লৈতনা নুপী অঙাং কয়াসু শিংজংনা য়ান্দুনা হাৎলমই। অতোপ্পা লাই অমদা শিহোরগী তোর্বান্দশিংদা ফজ ফজরবা সহরশিং, মচু মখল মখলগী লৈ শাৎপগুম ফজনা উরমই। মনুংদা অমসুং মপান্দা লৈবা লম্বীশিংদা মী চৎপা থোৎপসু উরমই। অদুবু গার্দি নত্রগা শিফাইশিংদি অমত্তা উরমদে। সহরগী মনুং মপান ফাওনা নুপা নুপীশিংনা চৎথোক চৎশিন তৌবা অমদি লৌবুক্তা মহৈ মরোং থাবগী নুপা নুপীশিংনা চৎপা - হল্লপদু উরমই।

মদুদা চৎথোক চৎশিন তৌরিবা মীশিংদু লৌশিং য়াম্না লৈরবা মী মাল্লমই। মখোয় চাবা থকপা ব্রাৎতনা, শান্তি লৈনা অমসুং মরা তপ্না লৈবা মাল্লমই।

অসুম্না ঐনা য়েংদুনা লৈরিঙৈদা জোল জোল লাউবা ফিজোল শেৎপা নুপা অমা লাইশঙগী চংফমলোমদা লাকলমই। নুপাদুগী মাংদা যন্ত্রা খোংলমই। মহাক্না শমু ময়ানা শাবা সিংহাসন্দা কাখৎখিরমই। মাগী সিংহাসন্দু কৈথেলগুম্বা অমগী ময়াইদা

থাবমই। মহাক্লা ফন্নীবদু ঈশিংগা মাইযোক্লবমই। নুমীৎ তাবকপদা মহাক্লা মীযামদু কৌশিল্লগা লাই খুকমসি হাযবমই। মযামদু খোঞ্জেল অমত্তা ওইনা লাই খুকমলমই। মদুনা তাকলিবদি মমাংঙৈদা লাইশিংনা কনম্না সংশাবসিদা পাল্লম্বগে হাযবদু মযেক শেংনা উৎলি। হাযবিবসি মেনেশগী মমাংদা ওইখিবনি।

ঐনা উবিবসিং অদুদা অহোংবা অমা লাক্লমই। ফজববা সহবদুদা নুপাশিংদুনা কল্লকপা মিহৌবা, ফত্তবা বাখল মখোযগী মাইথোংদা যাওবমই। মখোযদু অচুম্বা থবক তৌনিংদবা পাপকী থবক্তা পূক্নিং লুপচববা মী ঙাক্তনি।

নুমীৎ তাম্রবদা নুপাদুনা মাগী শমু মযাগী সিংহাসন্দা কাখৎলমই। মানা মীযামদু নোন্থবগা লাই নিংনবা হাযবদা মখোয কনাসু মকোক নোন্থৌ হাযবা যাবমদে। মখোয মযামদুনা খোঞ্জেল অমত্তা ওইনা লাউবকখি "ঐখোয নঙবু উবগা ব্রাবে অমসুং চোকথবে! ফত্তবা অমবু নিংথৌওইহল্লুবা, মহাকপু হাৎলু - মাবু হাৎলু, ফত্তবগী থৌবিদু কোম্নবা!"

অদুদগী মগুণ লৈববা নুপাদু হৌগৎলকখি অদুগা যাম্না ইংনা তপ্না ফত্তবা মীশিংদুদা যেংলকখি। "ঐখোযনা হংলিবদু কবিনো হাযবা খঙদে!"

ঐনা উবিবশিংদু লাইগী ওইবা অফবগা ফত্তবগা মুক্লবা খৎনবনি হাযবা খঙলমই। ঐনা উবমই মর্দুদি লাইনা মীওইববু শেমলকপনি ফত্তবা থবক তৌননবা অমসুং মশাগী ওইজবা থিকনবা।

মসি ওশিবিসকী অঙকপা থৌওং অমনি। ঐনা মাঙদা লৈবিবদু যেংলিঙৈদা অতৈ মখোযশিংদু তশেং তশেং মযেক লাবা তৌবমই।

অশিবা শত্তুমদা খুমলিবা ফিদু মখাদা তাবমই। ঐনা ধর্ম্মগী ওইবা অবোনবশিংদু খঙলমই। অযেকপা লাইশিংদু মথং মথং যেঙলিঙৈদা ঐবু লমজিংলকপা প্রিযেক্ট অদুনা ঐঙোন্দা ব্রা ঙাংলকখি।

"হর্মাচিশ, নঙোন্দা যেংনবা পিবিবশিংসি নঙ খঙলববা?"

ঐনা খুমলমই - "হোয খংজরে। শোনগদবশিংদু লোইবব্রা?"

মানা হাযবমই - "নত্তে, মখোয় লোইবা নত্তে, হৌবতা ঙাইবি! নঙগী তুং ইনগদবশিংদু যাম্না অখাংকনবা তাই। ঐনা নঙবু যেংননবা থাদোক্লী। ঐনা নঙবু নোংঙাল্লকপদা হল্লক্লবা থাদোক্লী। অমুকসু হন্না ঐনা নঙোন্দা চেকশিন ব্রা হাযবি। কনাসু উবোইদৌবা অদু নহাক্লা যেংলি।

ঐনা মঙোন্দা হায়রমই - "নহাক চৎলো, ঐগী পূক্লিংনা লৌশিং জ্ঞাণগীদমক য়াম্না লাংতক্লরে। ঐ মদু ঙমগনি!" মহাক্কী মখূৎনা ঐগী লেংবান্দা থমলগা ঐঙোন্দা মঙ্গল ওইনবা বর পিবিরমই। মহাক থোকখিবগী থোঙ থিংজিল্লম্বদু ঐনা মখোল তারমই। মহাক্না চৎখিবগী খোঙথাঙ মখোলদু তপ্না তপ্না মাঙখিরমই।

অদুদগী ঐ ইথন্তা লাইশঙদুগী মনুংদা লৈহৌরমই। অহিংদুগী অমম্বদু অচিকপা অহিংদা লৈচিলনা থাজগী মাইথোংবু খুমজিনখিবগুম তৌরমই।

লৈচিলশিংদু ঐগী কোক্তা পাইশিল্লকপগুম তৌরমই। অহিংদুগী অচিকপা অদুদা ঐনা লাউরমই অদুবু ঐনা লাউবদু ফক্লাংশিংদগী প্রতিধ্বনি তৌরকখি।

ইথন্তা হংজরমই - করিবুনো ঐনা হৌজিক যেংগদবশি? ঐহাকপু শিরগদরা? হৌজিক নহা অসুক ওইনা শংসারশি থাদোক্লগদরা? অদুগা ঐঙোন্দা কির কিরবা চেকশিন ৱাহৈ কয়াসু পিবিরে।

ঐংাক ইথন্তা লাইগী মকোক্তগা অচিকপা লাইশঙ মনুংদা লৈরমই। অদুবু ঐগী থম্মোইদি ইশেং শেংলমই অদুগা ঐগী পূক্লিংসু শেংলমই। ঐ শিরবফাও অঙকপা অকিবশিংদু মাইয়োক্লগনি।

ঐনা খুরুমলমই - "আইশিস, হোলি ইমা, আইশিস সর্গ লাইগী চান্নথোইবী, নঙনা ঐগী নাক্তা লাকপিয়ু - লেংদনা লৈবিয়ু, শোল্লবা ঐবু মতম পূম্বদা থাদোকপিনু!"

খঙহৌদনা ঐগী অকোইবদা নুংশিৎ শিৎপা হৌরমই। নুংশিৎ শিৎলকপদু উচেক অচৌবনা মশা খপ্না হৌরকপগুম তৌরমই। অরংবা মমিৎশিংনা ঐবু মুন্না যেংলমই। তুমিন তুমিন ৱারি শাবদুনা ঐগী থম্মোইনুংদা তনিক তনিকপা পেকলমই।

অমম্বা মরক্তা অঙানবা মশাং মশাং তারকখি। মখোয় মঙালশিংদুনা মাঙদা অমুক চৎ তুংদা অমুক হন তৌরমই। মদুনা করি হাযরিবনো ঐ খঙলমদে। মঙালশিংদু মিকুপ খরগী তুংদা তপ্না তপ্না পাইথোকখিরমই।

হৌজিক ঐ মিংচৎকী সমুদ্রা মথক্তা তাউদুনা লৈবগুম তৌরমই। ইথক ইপোম ময়াম্না ঐবু ৱাংনা থাঙ্গৎলমই অদুগা অনেম্বদা অমুক পুথরমই।

য়াম্না থুনা মঙালদু তাইফেৎ তাইবা হৌরমই। মরক মরক্তা অমুবা মমিনা অঙানবদু মচেৎ মচেৎ থোক্লা খাইদোকপগুম তৌরমই। অথাপ্পদা অৱাবগী যনত্রাগী মখোল তারমই। মখোলদু মাংখ্রবা তুংদা ঐগী পাঙ্গল অমদি থৌনা পূম্বা শোম্বুরমই। ঐনা নিংলমই ঐগী পূন্সি লোইরে, শিগদৌরে হায়না। অশিবগী লাইনা ঐগী নাক্তা চংশিল্লকপগুম তৌরমই। লাই অদুগী শক্তমদি "অচিকপা"। মাগী মখূৎ অইংবদুনা ঐঙোন্দা শোক্লকপদা ঐ জ্ঞাণ মাংবগুম তৌরমই।

অশিবগী লাইনা ফাজিনবদুদা ঐ লাই নিংনবগী মতম ফংলমদে। ঐনা তুমথবগুম শিরমই। অদুদগী তুমলুবদগী মিকপ থোক্লকপগুম ঐ অমুক হিংগৎলকখি। অদুবু হান্নগী পুন্সিগা হৌজিক্কীগা য়াম্না খেৎনরমই। হান্না অমম্বা কা ওইরম্বদু হৌজিক অয়ুক নুংথিলগী মতৌগুম ইঙান ঙাল্লমই। অদুবু হান্নগী হর্মাচিশ অদুদি ওইদ্রে মরমদি ঐগী খোঙদা হান্নগী হর্মাচিশগী অশিবা হকচাংদু তাদুনা লৈরমই। ঐহাক্না অশিবদু য়েংনা য়েংনা পুক্লিংদা অঙকপা পোক্লমই।

ঐহাকপু মৈরিগী মশাগুম্বা অদুদা থন্নগা য়াম্না য়াংনা পাইদুনা চৎলমই। অহাংবদা মখাদা অমুক তারমই। মওং মখল কয়া ঐগা উননবা হোৎচিন্নকখি অদুগা ঐবু মখাদা পুথরক্তুনা ঐশে অতোপ্পা গ্রহ অমদা লৈবগুম তৌরমই। অহৌবা খোঞ্জেল অমনা হংলকখি "কনানো লাক্লীবদু?" মিৎতা উবা শক্তম অদুনা খুমলকই - "হার্মাচিশ।"

মাগী মওংদু ঙহাক লৈতনা হোংদুনা লৈবনি। "হর্মাচিশ, মহাক্কী মায়থোংবু য়েংনবা পৃথিবীদগী কৌরকপনি, হর্মাচিশ - পৃথিবীগী অঙাং!"

মহাক্না ঐগী লেংজুমদা মখূৎ থন্নগা মঙ্গল ওইনবা হায়রমই। "চংফম গেৎতু লাউনা হাংদোকউ!" অৱাবা খোঞ্জেলদুনা হায়রকখি। ঐনা মথক্তা য়েংখৎলমই। "নঙনা থাদোক্লন্নবা পৃথিবী অমুক্তা য়েংঙু! অদুগা নশাদু নিকউ!"

অদুদগী ঐবু ৱা ঙাংদনা তুমিন্না লৈহল্লমই। খোঞ্জেলদু লেপখিবগা মফমদু ইচিক চিকলমই।

অচিকপদু থুগাইদুনা অমম্বদা সমুদ্রগী ইথক ইপোম লাকপগুম মখোল অমা তারমই। ইমা ইবেম্মা আইশিসগী ফম্বাক মথক্তা অমুবা লৈচিন মচেৎ অমা য়ান্দুনা লৈবা উরমই। অমুবা লৈচিন মচেৎ অদুদা মৈগুম্না ঙাংলবা লিন অমা কাখৎপা উরমই। মিকুপ খরগী তুংদা অমুবা লৈচিন মচেৎতু মখাদা কুমথরক্তুনা লাইগী ফম্বাক্তুদা লৈরমই অদুগা লিন অদুনা তিংথোরক্তুনা ঐঙোন্দা শোক্লমই। মৈরিগুম্না ঙাংলবা লিন্দুগী মরৈনা ঐগী লাইবক্তা শোক্লন্নগা লিন্দু মাংখিরমই।

মাঙদা উরিবা লৈচিন্দুদগী অনেম্বা য়াম্নদি চীংলেম্বা খোঞ্জেল অমনা হায়রকখি :-

"চৎলো, এ মন্ত্রিশিং! ঐনা কৌরুবা ইচাশিগা ঐখোয় অনিতা লৈহৌরগে!"

অদুদগী লিরুংদগী তেনজৈ কাপথোখিবগুম মৈরিগুম্বা অঙাংবদু লৈমাইদগী পাইথোকখিরমই। অদুদগী ঐঙোন্দা খোঞ্জেলদুনা হায়রকখি - "ও, হার্মাচিশ কিগনু! ঐহাক নখোয়না খঙনবা ইজিপকী লাইরেম্বী আইশিস হায়বিদুনি। নঙনা নত্তে

তমগদবসি, ঐনা কন্না হোৎনগদবনি। মদু নহাক্কী থৌনা পাঙ্গলগী ৱাংমদা লৈবা থবক্কী। মসিগী মরমদি পূম্নমকসি ঐনি, পুন্সি অসিনা ঐগী থৌনানি অদুগা মহৌশা লাইরেম্বীনা ঐগী ফিজোলনি। ঐসি বাবেগী নোকফম্মী, নুপীগী নুংশিবসু ঐহাক্কী। ঐসি মমানা চুপ্পিবদুনি। ঐসি অঙাংনি অমসুং ঈশ্বরগী মিনাইনি। ঐ লাই অমা ওইজদ্রবসু, ঐনা আইনসু ওই, লাইবক ফবা-লাইবক থিবসু ওই।

নুংশিৎ শিৎলকপা মতমদা অমসুং সমুদ্রগী ঈশিং ইরাওখোলনা ঙ্রুং ঙ্রুং ঙংলকপা মতমদা অতিয়াদা নঙ য়েঙখৎলু ঐগী মওং মতৌ উনবা! ঐদি সমুদ্রাগী ইথক ইপোম মরক্তা চাওরকই। ঐদি নুমীৎ থোক্লকপগা লোইননা হৌগৎলি। নোংনুংশিৎ তৌরকপদা ঐদি ঙানথোকই। ঐনা লৈবা য়াবা য়ুম অমাফাও লৈতবা মফমদা কনাসু চাওমনবা অমদি পিকমনবা লৈতে।

ও হর্মাচিশ, নঙোন্দা ঐ লৈবনি অদুগা ঐঙোন্দা নহাক য়াওরিবনি। নঙো দা থবক তৌনবা য়াথং তৌরকপদু ঐঙোন্দসু থৌদারকপনি। মরমসিনা ঐনা চাওজরবসু, নঙনা পিকচরবসু নঙ করিসু অকিবা তুজুংবা পোক্কনু। মরমদি পুন্সিনা ঐখোয়বু পুনশিল্লি।

ঐনা কোক নোন্না খুরুমলমই অদুবু ৱা ঙাংবদি ঙমলমদে কিবনা। মহাক্না হংলকখি - "ইচানুপা! নহাক থাজবগা লোইননা ঐগী থবক তৌবিখিবরা? নঙনা মতম কুইনা নিংজরকপদগী অমেনতিদা নঙগা ঐগা মাই মাই ওনশিন্নদুনা ৱারি তৌবা পাম্বদগী ঐ লাকখিবনি। নঙনা থৌনা লৈনা ঐগী নাক্তা চংঙক্লুনা বর নিখিবনি। মরমদি ঈশ্বরশিংনা মখোয়দুবু নুংশি, মখোয়না ঈশ্বরশিংবু থাজবগা লোইননা খুরুমজবা অদুদা।

ঐহাক লাই ময়ামগী লাইরেম্বীনি অদুনা ঐনা নঙবু মফমসিদা পুরকখিবনি। নঙগা ঐগা অবুথিশগী লাইশঙ মথক্তা ৱারি শাখি। ঐ মফমদুদা লাক্লমই। নঙগী খূৎতা লৈরাং থম্বাল মনুংদা য়াওবা থমচেৎ নাপুদু পিরম্বদু ঐননি। মরমদি নঙোন্দা নিংথৌমচাগী ঈ চেল্লি। ঐবু যুগ কয়াগী মমাংদগী শেবা তৌজরক্লবা নিংথৌশিংনা পোক্লম্বা মচানি।

নঙনা থবক মঙ্গল ওইরবদি নিংথৌগী সিংহাসন্দা শোইদনা ফমগনি। অদুম তৌরগা মমাংঙৈদগী চৎনরকপা ঐবু নিংজবা অদু অমুক হনজিল্লক্কনি। অদুবু, নঙনা থবক মঙ্গল ওইদ্রবদি ইজিপ্তা আইশিস লাইরেম্বীবু নিংশিংবতা ঙাইহৌরনি।"

খোঞ্জেলদু ঙহাক লেপ্লিঙৈদা ঐনা ঐগী থৌনা পুন্না খোমজিল্লগা হৌনা ৱা ঙাংলমই।

ও, ইমা ! ঐঙোন্দা হায়বিয়ু ঐহাক থবক মঙ্গল ওইরোইদ্রা?

খোঞ্জেলদুনা পাউখুম পিরকখি - "ব্রাহংদু ঐঙোন্দা হংগনু!" মদুগী পাউখুম পিবদু অইন্না য়াদবা অমনি। অদুমকপু ঐনা পাবা ঙমই নঙোন্দা ওইরক্কদবশিংদু। ঐনা পাবদা নুংঙাইতবা অমদি লৈ - মসিদা ঈশ্বরদা করি কান্নবা পিরি। লৈশাৎ তমদ্রিবা লৈরাং অমবু শাৎলবা মতমদা লৈরাংদুগী ফজবদু য়েংগনি হায়না খৌরাংনা ঙাইবদুগা মান্নে।

হর্মাচিশ, মসি খংঙু - ঐনা নহাক্কী তুংদা ওইরক্কদবশিংদু ঐনা শিন্দোক শিনজিন তৌনিংদে। তুংদা লাক্কদবশিংদু নহাক্কীনি ঐহাক্কী নত্তে। মসি শকউদবা মাগী আইন্নি অমসুং মাগী অপাম্বনি। অদুম ওইনমক নঙনা তৌনিংবা তৌবা য়াই। নঙগী মঙ্গল ওইবা নথৌনাগী মতুং ইন্না নঙ মাইপাকপা য়াই নৎত্রগা মাইথিরকপসু য়াই। ওইরক্কদবশিংদু ঐনা চুমথোক চুমশিন তৌরুবা ঙমদে। হৌজিক ঐনা হায়বসি তারো-ঐ মতম খুদিং নহাক্কী নাক্তা লেংদনা লৈগনি, ইমাগী ইবুংঙো হর্মাচিশ! ঐনা নঙবু নুংশিখিবদু লৌথোকপা য়ারোই।

নঙনা জয় ওইরবা, নঙনা ফংগদবা মনা মথুমদু য়াম্না চাওগনি, অদুগা নঙনা করিগুম্বা মাইথিরবদি নঙনা ফংগদবা দন্দি য়াম্না চাওগনি - নঙগী নশাদা পিগদবা অমসুং অমেনটি হায়না কৌবা লৈবাক্তুদসু দন্দি ফংগনি।

অদুবু নঙগী নুংঙাইবা, অব্রাবা, ইকাইবা নঙবা অমসুং মাইথিবদু অহৌবা অমদি অরোইবদি ওইরোই।

নঙগী অচুম্বা অদুদগী লৈখা তারকপা মতমদা নহাক্কী নিংঙম্মক্তবা অদুনা নঙগী থম্মোইবু লাকশিন্দুনা লম্বী অমা ফংবা ওইয়ু - তমথিরবা লম্বী অদুনা অব্রাংবা মফমদু অমুক হন্না কাখৎপা ওইয়ু।"

নুংশিবা খোঞ্জেলদু লেপখিরমই অদুগা অমুবা লৈচিন লাইগী ফম্বাক্তা লৈরম্বদু অঙৌবা মওংদা ওন্থোরক্তুনা অপাবা ফিনা খুমজিল্লবী নুপী অমগী শক্তমদা ওল্লমই। নুপীদুগী থবাক্তগী স্নাগী লিন অমা থোরক্তুনা লেং লেং চৎলমই।

হৌজিক য়াম্না হৌনা লাউনা অব্রাবা ব্রাহে হায়রম্লগা মনিল ওইনা মাংখিরমই।

ঐনা তুথরকপদা হোল অদু পোখাইরক্তুনা মচেৎ মচেৎ তারবগুম তৌরমই। ঐহাক্কী অকোইবদা মৈ চাকলমই। অকনবা নুংশিৎ শিৎলকখি অমসুং য়াম্না হৌবা মখোল অমসু তারমই। অদুদগী ঐ জ্ঞাণ মাংলমই।

# চেপ্টর তরেৎশুবা

(হার্মাচিশ জ্ঞাণ তারকপা, মহাকপু ইজিপকী মথক অমসুং মখা অপুনবগী ফারাওহ ওইবগী লুহুপ উপ্পা অমসুং নিংথৌ ওইরবা হার্মাচিশতা ময়াম্না খুদোল পোৎ পিবা)

ঐ অমুক হন্না জ্ঞাণ তারক্লমই অমসুং হৌগৎলমই। ঐগী নাক্তা অহল ওইরবা প্রিয়েষ্ট অদু লেপ্তুনা লৈরমই। মাগী মখূৎতা থাওমৈ অমা পাইরমই।

অহল প্রিয়েষ্ট অদুনা নোম্বরগা ঐগী মাইদা মুন্না য়েংলমই। মহাক্না ঐঙোন্দা হায়রমই - "নঙ নৌনা অমুক পোকপা নুমীৎতু ঙসিনি! নঙ মদু য়েংননবা হিংলিবনি, হার্মাচিশ!" মহাক্না মখা তারমই - "ঐ নঙবু থাগৎলি! নিংথৌ মচা হার্মাচিশ, হৌগৎলু! নুংশিরবা হোল্লি ইমাগী মচানুপা হৌগৎলু! মাঙদা চংশিল্লকউ - নৌনা পোকপা ইবুংঙো!"

ঐনা হৌগৎলগা য়াম্না শোন্না চৎলমই। ঐগী পূক্লিংদা অঙকপা ৱাখল ময়ামদুগা লোইননা ঐনা লাইশঙগী অমম্বাশিংদু লাম্থোক্কুনা থোরক্লমই। ঐনা ঐগী কাদা চংলগা তুমথরমই অদুবু মঙদি অমত্তা মংলমদে।

ঐগী ইপানাফাও ঐনা কিরবা অহিংদুদা উখিবশিংদু হংলমদে। রাজনিতিগী ওইবা পাউতাক কয়াসু ঐঙোন্দা হায়রমই। মাইকৈ কয়াদগী তুমিন্না ঐবু উনবা লাক্লমই। মখোয়না ক্লিওপত্রবু পামদে তুক্কচৈ হায়না ৱারি তৌরমই। ইজিপকী মথক অমসুং মখা অপুনবগী ফারাওহগী সিংহাসন্দা কাখৎনবা ঐবু কৌরকখি। ইজিপকী অচৌবা মীশিংনা পুনশিন্নরগা মী কুন্থ্রাতরেৎ (৩৭) ওইরমই। মখোয়দু শকওং মখল মখলদা লাকলমই - খরনা প্রিয়েষ্ট ওইনা, খরনা তির্থ চৎপা শাদুনা অমসুং খরনা চাকনিবা মী শারগা

লাকলমই। মখোয়শিংদুগী মরক্তা ঐহাক্কী খুরা শেপাসু য়াওরমই। খুরা শেপাদি কোইনা চৎপা ডাক্তর অমা শারগা লাক্লমই।

মী লোইনা পুল্লবা মতমদা লাইশংগী অকোইবদা লৈবা চংফম গেৎ পূম্নমক লোনশিল্লমই। মী কুনথ্রাতরেৎতু নত্তনা কনাসু মনুংদা চংহল্লমদে।

ঐগী ইপা অমেনেমহৎ, ঐবু লমজিংলকপা পূরোহিৎ অমসুং অহল ওইরবী অচৌবা মনুংদা চংলকখি। অতোপ্পা পূরোহিৎ মঙা অমসু য়াওরমই।

মখোয় ময়াম অচৌবা লাইশঙদুগী অনিশুবা হোল মনুংদা পুল্লমই। অদুবু ঐদি অঙৌবা ফিজোল শেৎলদুনা ইথন্তা লৈরমই। অয়েকপা লাই মযাম লৈবা মফমদু মৈ লৈতবনা ইমম মল্লমই। অকোনবদা ঐগী ইপানা থাওমৈ অমা পাইরগা ঐগী নাক্তা লাকলমই। মহাক্লা ঐগী মাঙদা মকোক নোন্থবগা ঐবু খূৎ পাইদুনা লমজিংলমই অচৌবা হোল অদু তম্না। অচৌবা যৃম্বী মখোঙ শুদিং মৈ ঙান্না থাল্লমই। মৈঙান্দা মুর্ত্তি পরেং পবেং লৈরিবদু ফজনা উরমই।

মফমদুদা তিল্লিবা মীয়ামদু ঐহাক চংলকপা ঙাইদুনা লৈরমই। মখোয় ময়ামগী মাংদা লাইগী ওইবা অশেংবা মফমদা সিংহাসন অমা ফজনা থমলমই। সিংহাসন অদুগী অকোইবদা পূরোহিৎশিংনা ইকোই কোইশিল্লমই। মদুদা লৈরম্লীবা অঙম অথৌ পূম্নমক অমদি পূরোহিৎ পূম্নমক চপ মান্ননা হৌগৎলমই অদুগা ঐঙোন্দা খুরুমলমই। মখোয পূম্নমক ৱা মচেৎ অমাফাও ঙাংলমদে। ঐবু ঐগী ইপানা খূৎ পাইদুনা লমজিংলগা সিংহাসন্দা কাখৎহল্লমই।

অদুগী তুংদা মহাক্লা ময়ামদা ৱা ঙাংলমই। "ক্ষেম লৈবাকসিগী অঙম অথৌ পূম্নমক, প্রিয়েক্ট পূম্নমক অমসুং মমাংঙৈগী নিংথৌমচাশিং পূম্নমক মফমসিদা লাকপিরে ঐনা কৌজখিবগী পাউখুম ওইনা। ঐনা হায়জবসি অমুক্তা তাবিয়ু। ময়ামগী মফমদা ঐহাক্লা লান্থোকচরি নিংথৌ মচা ওইবা থাইনগী ফারাওহ ওইনবগী। হ্যমাচিশ হায়বিবসি আইশিস লাইরেম্বীগী অঙকপা ময়ামদু খঙলবা মী ওইরবনি। মহাক পিরামিডকী হেরেদিতেরিনি। নখোয়গী মবক্তা য়ানিংদবা য়াওরবদি য়েৎপা য়াগনি - হায়নিংবা হায়বা য়াগনি।"

মহাকনা ঙহাক তুমিন্না লেপ্তুনা লৈমরই। খুরা শেপানা মাগী চৌকিদগী হৌগৎলগা ৱা ঙাংলকখি - "ঐখোয়না মাগী লমচৎ শাজৎ পূম্বা য়েংলে। কনাসু য়েৎকদবা লৈতে - অমেনেমহৎ! মহাক অশেংবমক নিংথৌগী ঈনি, নিংথৌ মচানি, মাগী হৌরকফমসু অশেংবা নিংথৌগী ঈনি।"

ঐগী ইপানা অমুকসু হংলকখি - "কনা কনা য়েৎনিংবা য়ানিংদবা য়াওব্রা?" মহাক্না মখা তারমই - "নিংথৌ মচা হর্মাচিশ অসি লাইরেম্বী আইশিসতগী য়াথং লৌরক্লবনি হায়বসি য়ানিংদবা কনা লৈ- কনা য়াওরি? মহাকসি পিরামিডকী হেরেদিতেরি হাই প্রিয়েক্টনি হায়বদা য়ানিংদবা কনা কনা য়াওবগে?"

অদুদগী অহল ওইরবা পুরোহিৎ অদুনা হৌগৎলগা হায়রকই - "ঐহাক্না হর্মাচিশবু শেংলবা আইশিস লাইশঙদগী মাগা লোইননা লাকমিন্নবনি। ও, অমেনেমহৎ! কনাসু য়েৎকদবা থিংগদবা লৈতে, ঐগী ৱাখলদা মসি চুম্লবনি!"

অমুক্কসু হন্না ঐগী ইপানা ময়ামদা হংলকখি - "নখোয়গী মরক্তা হর্মাচিশবু ফারাওহ ওইবদা য়েৎকদবা য়ানিংদবা য়াওব্রা? য়ানিংদবা নৎত্রগা য়েৎকদবা মী লৈত্রবদি ঐখোয় ময়াম্না মাবু লৈবাকসিগী ফারাওহ ওইনা নিংথৌ ওইবগী লুহুম উপ্লসি!"

অদুদগী মেমফিশগী নিংথৌমচা অহল ওইরবা অমা হৌগৎলগা হায়রকই - "মসিগী মতাংদা ঐখোয় মুন্না থিজিল্লুরে। মসিদা হর্মাচিশনা ফারাওহ ওইবদা য়েৎপিনবা কনাসু লৈত্রে, ও অমেনেমহৎ!"

"অদু ওইরবদি ফরে!" ঐগী ইপানা হায়রমই। "হর্মাচিশগী মশাদা করিগুম্বা অৱাৎপা অমত্তা লৈত্রে। অদুনা অটোৱা কৌবী অহল ওইরবী অদুনা ময়াম মাঙদা লেপহল্লগা ঐগী নুপীনা শিরমদাই মতমদা, হেথোরশগী থৱাই য়াওনা তৌখিবা লাইফাও, হর্মাচিশকী মরমদা হায়খিবশিংদু হায়হল্লো লাও!"

অদুদগী অহল ওইরবী অটোৱানা ময়াম মরক্তগী থোরক্লুনা ঐগী মাঙদা চংশিল্লকখি অদুগা থম্মোই শেংনা হায়রকখি ঐবু পোকপী ইমানা শিরমদাইদা লাইফাও তৌখিবশিংদু।

ঐগী ইপানা হংলমই - "নহাক্কি তাখ্রবনি, ঐগী নুপীনা - লাইরেম্বীনা ঙাংবা শকপগুম ৱা ঙাংখি হায়বা নঙ থাজব্রা?"

"ঐখোয় থাজে!" মখোয়না খুমলমই। হৌজিক খুরা শেপানা হৌগৎলগা ৱা ঙাংলকখি - "নিংথৌমচা হর্মাচিশ, ঐখোয় ময়াম মফমসিদা পুল্লরিবসি নঙবু নিংথৌ ওইবগী লুহুপ উপনবগীদমক্নী। নহাক্না ইজিপকী মথক অমসুং মখা অপুনবগী ফারাওহ ওইরে। নঙবু পোকপা হাই প্রিয়েক্টনা লাউথোখ্রে মদুদি নঙনা লৈবাকশিগী ফারাওহ ওইবগী অধিকার পুম্বা লৈ হায়না। ক্ষেম হায়বা ঐখোয়গী লৈবাকসি গ্রিকশিংগী মখাদা মতম য়াম্না শাংনা ৱানা খাংলক্লবনি। রোমানশিংগী তাগী মমিদা থক থক নিক্না খাংলক্লবনি। অদুগা ঐখোয়গী থাইনগী ওইবা লাইনিং লাইশোল পুম্নমক অমত্তা

তৌহন্দনা লৈরকপা কুইরবনি। লৈবাকশিগী মী পূম্নমক ওৎপিবা নৈহৎপিবগা ৱানা খাংলকপা মতম কুইরে। অদুবু ঐখোয়গী অৱাবা কোকপগী মতমদু লাকলে হায়না ঐখোয়না থাজে। ইজিপকী লাইশিঙগী অপাম্বা অদুনা নঙবু নিংথৌমচানি হায়না লৌরগা ঐখোয়গী নিংতম্বা ফংনবগী খূৎলাই - থাং ওইনা লৌই।

তাও হর্মাচিশ! অফবা অমসুং হায়বা ইনবা নহা নুপা লিশিং কুন নহাক্কী য়াথং ঙাইদুনা লৈরি। নহাক্না মখোয়দা ইঙ্গিৎ অমত্তং পিবদা মখোয় চপ মান্ননা হৌগৎতুনা মাংলোমদা চংশিল্লগা গ্রিকশিংবু থাংনা য়ান্দুনা লোইশিনবা ঙমগনি।

মখোয় শিখিবগী ঈ মবক্তা ক্ষেম লৈবাক্তা অনৌবা সিংহাসন অমা শেমলগা নহাক্না (হর্মাচিশ) কাখৎকনি অমসুং নিংতম্না ফারাওহ্ ওইনা পাল্লনি। নহাক্কী অদুগুম্বা য়াথংদুনা নুপা য়াম্বীনুপী - ক্লিওপত্রবু শোয়দনা হাৎকনি। হর্মাচিশ, ক্লিওপত্রা হাৎপদু অমুক্তা খন্থদুনা - ওনদুনা য়েংঙু! মাবু হাৎপগী ঈনা নহাকপু ইজিপকী ফারাওহ্ ওইগদবনি।

ঐখোয় পূম্নমক্কী অশা তৌরিবা - ও, হর্মাচিশ, নঙ য়ানিংদবা লৈব্রা? লৈবাকসিগী লাই পূম্নমক্কী অপাম্বদু নঙগী থম্মোইদা চঙবা ওইরসনু।

নঙগী নচিন্দগী কপ অদু লৌথরগা মতম কুইনা মিনাই ওইরকপগী চিনবান কংলবাশিংদা পিথকপা ঙমলোইদ্রা? নহাক্কী অমদি ঐখোয় ময়ামগী থৱাইসিংদুগা নিংতম্বগা ওন্নগদবনি! অদুবু, কৈদৌরবা হর্মাচিশ? পুন্সি অসিবু য়াম্না নুংশিবরা'? ঐখোয়পূম্বা নুঙগী ফম্মুংদা মোনপাক ওইদুনা কয়া কুইনা ৱানা লৈখিগনি'?

ঐখোয় নিংতম্না স্বর হোনবা য়াবা মফমদু লৈতবা য়ারোই। মফমসিদা ঐখোয়গী কবি লৈরি, অচৌবা অশাদু নত্তনা। মফমসিদা ঐখোয়না করি উরি মীরৈবাক্কী মীগী মমি নত্তনা? ও, হর্মাচিশ, নহাকতমক ময়াম্না মঙ্গল পিরবনি নিংথৌগী লুহুপ উপ্লবা।

ক্ষেম হায়বিবা লৈবাকসিদা নঙবু হর্মাচিশ হায়না মিংথোল্লি। অদু ওইরবদি লাকও, নিংতম্বা পিগদবা নহাক্তি হোরুশকুম্না চোংখৎলু, ইমাদা পুল্লিবা য়োৎথ্লিং থদৎলু, মাগী য়েক্লবশিং চখাইযু অদুগা ফারাওহগী সিংহাসন্দা ফম্লগা ফারাওহ অমগুম লৈবাক ঙাকউ।"

"য়ারে - মতিক চারে - য়ারে!" ঐনা লাউনা হৌনা লাউরমই। অদুদগী ময়াম লাউনা থাগৎলমই অমসুং হরাউনা লাউরমই। শেপানা খুমলমই - "ফজনা হায়খ্রে, ফজনা হায়খ্রে!" মহাক্না ঐঙোন্দা ওনশিল্লগা হায়রকই - "হৌজিক অহল ওইরবী অটোৱাগা লোইননা চংলো, মহাক্না নঙগী নখূৎ নশাদু শেংদোক্কনি শেংলবা মুর্ত্তিদু শোকত্রিঙৈ মমাংদা!"

ঐনা অটৌব্বা য়াওদনা অতোপ্পা কা অমদা চংলমই। অটৌব্বানা মচিন্দা মন্ত্রা মুরুম মুরুম শোল্লগা অশেংবা ঈশিংদু ঐগী খূৎতা হৈরমই। স্নাগী অপাকপা পাত্রা অমদা ঐগী খূৎশা চামথোক্লমই।

"ও নুংঙাইরবা ইজিপ - নুংঙাইরবা নিংথৌমচা! নহাকপু ইজিপ্তা নিংথৌ ওইনবা থারকপনি। ও নিংথৌমচা পাখং, পূরোহিৎসু ওইরবা! ঐ কয়াদা নুংঙাইবা! নঙবু কন্ননবা হোৎনবদা ঐগী থব্বাইফাওবা থাদোক্কনি তৌখিবা! ও নিংথৌমচা, মশক মতৌ নিংথিজবা হৰ্মাচিশ!"

"লেপখো!" ঐনা হায়রমই, "ঐবু নুংঙাইবা নিংথৌমচা হায়রক্কনু নঙনা ঐগী অরোইবদু খঙদ্রিফাওবা! ঐঙোন্দা নুংশিবগী ব্বা হায়রক্কনু মরমদি নুংশিবনা অব্বাবা পিরক্কনি। ঐগী লম্বীদি অব্বাবা অমনি।"

"এ: এ:" নঙনা অদুম্মা হায়রিব! নুংঙাইবসু নুংশিবগা লোইননা লাকই। নুংশিববু য়াম্মা লাইনা ঙাংগনু - ঐগী নিংথৌ! পূম্নমক অসি নুংশিবনা পূরকপনি। অলেকজেন্দ্রিয়াদা পাউরৌ অমনা হায়রি - কাংঙানা পাইখৎলগা গুমভির য়েংলগা নোকই। অদুবু কাংঙাদুনা তুমলিঔদা ঈশিংদা গুমভিরনা কাংঙাবু য়েংলগা নোকই হায়নৈ। অদুবু নুপীশিংসি ফজবা গুমভির নত্তে!"

ঐ কা অদুদগী থোরক্লমই অদুবু অপঙবী অটৌব্বাগী ব্বাঙাংশিংদু নাকোংদা অদুম ঙংদুনা লৈরমই। ঐ থোরকপদা মফমদুদা তিল্লম্বা অঙম অথৌ অমদি পূরোহিৎ পূম্নমক লেপখৎতুনা ঐবু ব্যভার তৌরমই অমসুং নোল্লুক্লা খুরুমলমই। অদুদগী ঐগী ইপানা ঐগী নাক্তা চংশিল্লক্লগা স্নানা শাবা ইমাগী মূর্ত্তি অমা ঐঙোন্দা পিরমই। মদু অচুম্বগী লাইরেম্বীনি। স্নাগী মূর্ত্তি লাই অমেন-রা অমসুং লাই খোনশগী মূর্ত্তিসু ঐগী খূৎতা পিরমই।

"নহাক ইমা লাইরেম্বীগী মাংদা, অমেন-রা অমসুং লাই খোনশগী মমাঙদা ব্বাশকউ!"

"ঐ ব্বাশক্লে!" ঐনা হায়রমই।

"নঙ ব্বাশকউ, শেংলবা ক্ষেম লৈবাকসিবু য়েংলগা শিহোর লাইশিংগী লাইশঙশিং অমসুং পিরামিডশিংয়েংলগা ব্বাশকউ!" "ঐ ব্বাশক্লে!"

নহাক্কী ময়াম উহন্নিংদবা মাইথিবা নৎত্রগা লৈখা তারবা মফমদুদা নঙনা ব্বাশক্লি নঙনা উপাই অমা তৌদুনা ইজিপ পূম্বা সাসন তৌগনি, থাইনগী চৎনবী মতুং ইন্না, নঙনা লমদমসিগী লাইশিংবু তেক্তা কাইদনা থম্নবা তৌগনি, নঙনা অচুম্বা বিচার তৌদুনা

পানগনিঅমসুং প্রজাবু ওৎপা নৈবা তৌরোই হায়না। নঙনা ময়ামদা নমথাক তৌরোই, কৈদৌনুংদা রোমানশিংগা মিচং ওইরোই অমসুং গ্রিকশিংগা কৈদৌনুংদা মিচং ওইরোই। মীরৈবাক্কী লাইশিংবু হন্নাফাও য়েংলোই অমসুং ক্ষেম লৈবাক্কী নিংতম্বা ফংনবা হোৎনবদা থব্রাইফাওবা কৎথোক্কনি হায়না ব্রাশকউ!”

“ঐ ব্রাশক্লি!”

“য়াম্মা ফরে! সিংহাসন্দা কাখৎলু! নহাক্কী অঙম অথৌশিংগী মমাংদা নঙবু ঐখোয় ময়াম্মা ফারাওহ (নিংথৌ) হায়না কৌজরগে।”

ঐনা সিংহাসন্দা কাখৎলমই। সিংহাসনগী মখোঙ অদু সফিংনশ ওই অদুগা কেনোপিনা মশা খন্দোক্তুনা ইমাবু খুমজিল্লি। অদুদগী অমেনেমহৎনা অমুকসু হন্না ঐগী নাক্তা চংশিল্লক্তুনা ঐগী লাইবক্তা শেন্ট (Pshent) অদু উপশিল্লমই অদুগা ঐগী কোক্তা দবল ক্রাউন অদু উপশিনবিরমই।

মহাক্না হৌনা লাউরমই - “নিংথৌ হর্মাচিশ - খুদমসিং অসিনা অবুথিশগী বা-মেন মাগী লাইশঙগী খ্বাইদগী ব্রাংবা প্রিয়েক্ট ঐনা নহাকপু ফারাওহগী লুহুপ উপ্লবনি। ইজিপকী মথক অমসুং মখা অপুনবগী লৈবাক্কীনি - ক্ষেম লৈবাক্কী অশা!”

“নুংঙাই য়াইফনা নিংথৌ ওইনা পানবা ওইরসনু!” ময়াম্মা য়াম্মা হৌনা অমসুং চিং লেম্না চাওরবা কাদু ইনিল নিলনা লাউরমই)

মখোয় পূম্নমক অমমম্ ওইনা নিংথৌদা তৌগদবা মথৌ পাংথোক্কনি হায়না ব্রাশক্লমই। ব্রাশক লৌবা লোইবদুনা ঐগী ইপানা ঐবু খূৎ পাইদুনা লমজিংলগা শোলেম ওইবা খোঙচৎ অমা চৎলমই অদুগা রা-মেন মাগী লাইশঙ তম্না লাকলমই। মখোয় অমমম্না ঐঙোন্দা খুদোল পোৎ পিরমই।

ঐহাক নিংথৌ অমনা শেৎকদবা ফিজোল ফজনা শেৎলমই। মখোয় খুদিংনা হোরুশকী লাইশঙদা খুদোল পিরমই। মখোয়না আইশিস লাইরেম্বীগী লাইশঙদা, ওশিরিজগী লাইশঙদা, অমেন রাগী লাইশঙদা, হোরেমকুগী লাইশঙদা অমসুং পতাহগী লাইশঙদা খুদোল পিরম্লগা নিংথৌনা লৈগদবা কাদা ঐ চংলমই।

মখোয় খুদিং কাদুদা চংঙক্লগা ঐঙোন্দা খুদোল পিরমই, ঐবু লাইগুন্নবা ফারাওহ অমনি খঙনা।

মতাঙসিদা ইহান হানবা অমসুং খ্বাইদগী পিকপা পাপিরশ মকোলদু লোইরে।

## বুক অনিশুবা

# চেপ্টর অহানবা

(হার্মাচিশনা লৈখা তাবা, অমেনেমহৎনা হার্মাচিশতা বিদাই তৌবা হার্মাচিশনা অলেকজেন্দিয়াদা লাকপা, শেপানা হার্মাচিশবু হরাও তয়াম্না কৌশিনবা, ক্লিওপত্রানা আইশিস লাইরেম্বীগী ফিজোল শেৎলগা থোরকপা অমসুং হার্মাচিশনা ময়াম মমাংদা কল্লবা গ্লেডিয়েতর অদুবু থাঙ্গৎতুনা লাক্কুনা লংবা)

ঐগী শেম শাবা মতমদু লোইরদুনা থবক অদু তৌনবা ঐঙোন্দা ইনশিল্লমই। মীচম প্রাজানা খংদনবা চুমনগী আইশিস লাইরেম্বীগী পুরোহিৎ অমগুম চৎপা তারমই।

ঐনা থবক অদু পাঙথোক্লীংবনা পূক্লিং লাংতক্লরমই। ইজিপ্ত অমুক্তং নিংতম্বা লৈবাক অমা ওইহনবদু ঐগী অচেৎপা ৱাশক্লী। ঐহাক্কী ওইফম থোকপা অমদি ফংফম থোকপা ফারাওহ (নিংথৌ) ওইগনি।

ঐনা মিংশেলদা য়েংজবদা অরোইবা লান অদুদা ঐনা শোইদনা ঙমগনি হায়বদু লাইবক্তা তাকলমই। তুংগী লম্বীদা ঐনা মঙ্গল ওইগনি হায়বদু খংলমই। ঐগী মঙ্গল ওইবগী মঙালদু নুমিৎতা শিহোরনা ঙানবগুম ইরং লংলমই।

ঐনা ইমা লাইরেম্বী আইশিসগী নাক্তা চংলগা চিরোল তৌরমই - মঙ্গল অর্শিবাদ নিজরমই। ঐনা অনৌবা লাইশঙ কয়া শাগে হায়না নিংলমই। ঐনা ঐহাক্কী প্রজাগী নুংঙাইনবা য়াইফনবা অমদি নিংতম্না লৈনবা ৱাখল তৌরমই।

অদুবু অবুথিশদা লৈরিঙৈদা ঐগী শম অমুক শাংগৎলমই অমসুং ক্বাক্কী মতুগুম মুশিন মুরমই। ঐগী খুরা শেপা অন্নু থাদোক্কুনা অলেকজেন্দ্রিয়াগী য়ুম অমদা লৈরমই।

মহাক্না অচৌবা মিউজিয়মদগী খঙজিনবা য়াবা - তম্বা য়াবা তমশিল্লমই। মহাক্না ক্লিওপত্রাগী কোঁতা করি করি চৎথরি খঙদোক্লবা তৌরমই। হান্না থৌরাং তৌনরগা ঐহাক খুরা শেপাগী মনাক্তা চৎকদবানি। মরমদি মফমদুদা ঐখোয়না তৌশি হায়বা থবক্তু পাংথোকপা ঙম্নবা শিনবনি। পূম্নমক শেম শাবা লোইরদুনা খুরা শেপানা ঐবু মাগী নাক্তা লাক্লবা হায়রকখি। ঐনা ইপাগী নাক্তা মাগী কাদা চংদুনা মাগী মঙ্গল অর্শিবাদ নিজরমই।

অহল ওইরবা হাই প্রিয়েক্ট মখূৎতা কলমগুম্বা অমা পাইরগা তেবলদা মাগী অঙৌবা খদাং কোইদু থম্লগা লৈরমই। ঐনা হেক চংখিবগা ঐগী ইপানা ঐঙোন্দা খুরুমগে তৌরমই। ঐনা ইপাগী মখূৎ পাইদুনা খামলমই। ইপানা লাউনা - "হেল - ফারাওহ!"

ঐনা হায়রমই - "মসি উনবা নত্তে, পাবুং!" মানা হায়রকই - "মসি উনবনি, মদুদি ঐনা ফারাওহ উনবদা খুরুমগদবনি অদুবু নহাক্না হায়বদুমক ওইরসনু! নহাক চৎপা তারে! ঐ নঙবু মঙ্গল ওইরকউ হায়না অর্শিবাদ তৌরি - নমাই পাকলকউ। ও, ইচানুপা ঐনা নিংজরিবা লাইশিংনা নঙবু মঙ্গল পিবিবা ওইরশনু। ঐনা শিদ্রিঙৈদা ইচানা সিংহাসন্দা ফারাওহ ওইনা ফম্বদু ঐবু উহনবিয়ু হায়না লাই নিংজরি! ও, হর্মাচিশ ঐনা মতম কুইনা লাই নিংদুনা অমদি থিজিন খোৎচিন তৌদুনা ইচাগী তুংগী পুন্সিদা করি ওইবক্কদগে হংলুবদা মদু খংবা ঙমদে।

মদু ঐঙোন্দা লোৎতুনা থম্বগুম তৌই। অদুবু নঙগী লম্বীদা অৱাবা খুদোংথিবা লৈ। অদুগুম্বা অৱাবা খুদোংথিবদু ফজবা নুপীগী শক্তমদা ওইগনি। মসি নহাক কাউগনু। মসি ঐনা খঙবা কুইরবনি। মসিগীদমক ঐনা নঙবু আইশিস লাইরেম্বী খুরুম্বানা ফগনি। মহাক্না নঙগী পূক্লিংদা চংদুনা নুপীগী ৱাখল লাকহন্দবা ঙমই। ওহ, নুংশিরবা ইচানুপা, অলেকজেন্দ্রিয়াগী হেলোইশিংদগী য়াম্না চেকশিল্লু নত্রবদি মখোয়দুনা নঙগী পূক্লিংদা তুমিন্না চংখিদুনা নঙগী নথৌপূম্বা লোইনা কাউখিনি।"

"কিবিরুনু পাবুং - ঐবু পোকপা!" ঐনা পাউখুম পিরমই। "ঐগী ৱাখল পূম্বা অতোপ্পদা থমই। মখোয়গী অঙাংবা চিনবান অমসুং মোমোন নোকপদু উদনবা তৌগনি।" অমেনেমহৎনা হায়রমই - "মদু য়াম্না ফরে! মরমসিনা অদুমক ওইরশনু। অদুনা হৌজিক কাইনরসি! মথংদা ঐখোয় অনি উনবা মতমদা, অবুথিশগী অৱাংবা অনেম্বা অপুনবগী পিয়েক্ট পূম্নমক কৌরগা নঙবু ইজিপকী ফারাওহ ওইনা ওকচবা ওইগে!"

অদুদগী ঐনা ইপাবু চেজেৎ কোনশিল্লমই। পূক্লিংদদি ঐনা ইপাগা অমুক উনগনি হায়বা করিসু খল্লমদে।

অসুম্না ঐনা অমুক হয়া নাইল তুরেলদা হি তোংলগা ময়ুম মকৈ লৈজদবা অচম্বা নুপা অমা শারগা লাকলমই। অদুবু মী অতৈনা হংবদা ঐনা হাইপ্রিয়েক্টগী অয়োকপা মচানি খুমলমই। অদুগা পূরোহিৎকী শিনফমদা হৌরকপা পাখঙনিসু হায়রমই। অদুবু মমৈথংদা লাই তিনগী থবক্তা অসুম তৌবদু তল্লক্তুনা থাদোকপনি হায়রমই। অলেকজেন্দ্রিয়া হায়বা মফমদুদা ঐগী লাইবক য়েংলুগে চৎপনি হায়না খুমলমই।

নুমীৎ ১০নি শুবগী অহিংদা, নুংশিৎনা হুমদুনা পুবা হিদুনা চাউরবা সহর অলেকজেন্দ্রিয়াদা য়ৌরমই। সহবদুদা থাউমৈ লির্শিং লির্শিং কয়ানা ঙাল্লবা ফজরবা মফম অমনি। অৱাংবা দলানগী মতোলশিংদুসু থাউমৈনা ইঙাল ঙাল্লমই।

ঐনা হিদগী কুমথবগা তোবান্দা লেপ্পগা সহবদুগী ফজবা নিংখিবদু মথং মথং য়েংলমই। সহরদুগী মী শিংনা তোংঙান তোংঙানবা লোল ঙাংনবদু তাবগা ঐ ঙাওবমই।

তোঙান তোঙানবা মফমদগী লাক্লগা মীশিংনা পুল্লগা লৈবা মাল্লমই। ঐনা ঙক্লা লেপ্লিঙৈদা পাখঙ অমনা ইনাক্তা চংশিল্লক্লগা ঐগী লেংবান্দা পাইরকখি। পাখংদুনা ঐঙোন্দা অবুথিশতগী লাকপরা হংলকখি। মানা ঐগী মিং হার্মাচিশ কৌবরা হায়নসু হংলমই।

ঐনা পাখংদুদা খুমলমই - "অং, চুমই, ঐগী মিং হার্মাচিশ কৌই।"

পাখংদুনা ঐঙোন্দা মকোক নোঙ্গুরগা খুরুমলমই অদুগা তুমিন্না নাকোং ময়াদা - অরোনবা ৱাহে খর হাযরমই।

পাখঙ অদুনা কুল্লি অনিখক কৌরগা ঐগী পোৎ জহাজদা য়াউবশিংদু লৌথহল্লমই। মখোয়না পোৎশিংদু পুরগা মীয়াম্না কুক কুক ইন্নববা লম্বীদা চৎনবা তৌরমই। ঐনা পাখঙদুগী মতুং ইন্ননা লম্বী অদুদা কুমথরমই। চৎলিবা লম্বীদুগী মনাক নক্লা নুপা কয়ামরুম পুল্লগা য়ু থকলমই অদুগা চৎলিবা জগোই শাবীশিংদুদা মুন্না মুন্না য়েংনমরই। নুপীশিংদু খরনা পরেং ওইনা খরনা মচোই মচোই চৎলমই।

থাউমৈনা ইরং লংলবা বিলদিংশিংগী মরক্তা চৎলগা অকোনবদা অচৌবা হিথাংফম অমগী তোর্বান্দা ঐখোয় য়ৌরমই। অদুদগী য়েৎলোমদা লৈরগা অপাকপা লম্বী অমদা অমুক চৎলমই। লম্বীদু ফজরবা গ্রেনাইত থাবা অমনি। মদুদা থাউমৈগী মৈঙান্না য়ৈবদা ইরং লংনা ফজরমই।

লম্বীগী নাক য়েৎতা ব্রাংল ব্রাংলবা বিলদিং পরেং পরেং ওইনা লৈরমই। বিলাদিংশিংদুগী অকোইবদু য়োৎনা ফজনা খাজিল্লমই।

অমুকসু হন্না য়েৎলোমদা লৈশিল্লগা সহরদুগী অচিকপা মফম অমদা ঐখোয় য়ৌরমই। মী খর খর লম্বীদা চৎলিবদু নত্তনা মফমদু ইচিক চিকলমই। ঐবু লমজিংলকপা পাখংদু য়ুম অমগী মপাদা চপ লেপ্পমই। য়ুমদু অচৌবা নুঙনা শাবা লৈতেং য়াম্না তৌবা অমনি। ঐখোয় মনুং চংলগা শুমাংগুম্বা অমা লাম্থোক্লমই অদুগা য়ুমদুগী কা অমদা চংলমই। কা অদু মৈ ইঙান ঙান্না থাল্লমই। অকোনবদা ঐগা খুরা শেপাগা উনরমই। ঐনা অশোই অঙাম য়াওদনা মফমদু য়ৌরকপদা খুরা শেপানা য়াম্না হরাওজরমই। খুরানা ঐঙোন্দা হায়রমই - "পূম্নমক ফজনা চৎথরি অমসুং কোঁতা ফত্তবা থৌদোক ব্রাথোক অমত্তা থোকত্রি।" মহাক্লা মখা তানা হায়বমই - "রানি ক্লিওপত্রগী নাকোংদা অন্নুগী পূরোহিৎতু মফমসিদা লাক্কুনা লৈবি হায়বা পাউশি য়ৌখ্রে!" "রানিনা মী থাবক্কুনা মাবু কৌরমই অদুগা য়াম্না কুপ্না ব্রাহং কয়ামকম হংলকখি। ব্রাহংশিংদু ফত্তবা প্লোৎ তৌবগীদি নত্তে। চুম্নগী অচৌবা পিরামিডতা সনা-লুপা ময়াম অমা লোৎতুনা লৈ হায়বসি অচুম্বরা হংলকই।" খুরানা মখা তাবমই: - "হৌজিক্কী ওইনা রানি ক্লিওপত্রসি সনা লুপা য়াম্না পামই! বানিনা পিরামিড হাংদোক্কে খল্লি হায়রকই। মদুদা ঐনা নোক্লমই অদুগা খুমলমই পিরামিড লাই ওইখ্রবা "খুফু" ফুমখিবা মফমনি অমসুং মদুগী অবোন অথুপশিংদু ঐদি খঙদে।"

"অদুদগী রানি শাওরমই। মানা শাওরপ্না হায়রকখি ঐনা ইজিপ্তা রানি ওইদুনা পাল্লিঙৈদা ঐনা মসিদগী নুঙ ময়ামসি অমমমতা ওইনা লৌথোক্কুনা থুগাইগনি অদুগা মনুংদা কবি অরোনবা লৈবগে খঙদোক্কনি। অদুদগী মহাক নোক্লমই অদুগা হায়রকখি - চীংজাওশিংনা নিংথৌশিংদগী কুইনা শাংনা লৈবা হেল্লি! মসি ইজিপকী পাউরৌ অমনি! মহাক্কী অশিংবা পাউখুমদুদা রানি ক্লিওপত্রা নোক্লমই।"

অদুদগী খুবানা মখা তারমই - "নঙ হয়েং রানি ক্লিওওপত্রগা উন্নৌ মরমদি হৰ্মাচিশ নঙগী পোকপা নুমীৎকা ক্লিওপত্রাগী পোকপা নুমীৎকা মান্নে নুমীৎতু হয়েং থোকই। রানি ক্লিওপত্রানা আইশিস লাইরেম্বীগী ফিজোল শেৎলগা লৈবাক মীয়াম মমাঙদা থোরক্কনি। মানা লাক্কদবসি মাগী কোনুংদগীনা শেরাপেউম ফাওবা লাক্কনি, লাইশঙদা করিগুম্বা খর কৎপা লাক্কদবনি।"

অদুদগী খুরানা করম্বা ফিজোল শেৎলগা অমদি কমদৌনা রানিগী লৈফমদা চংগদগে ঐঙোন্দা তাক্লমই।

অদুদগী ঐ ব্বারদুনা অমসুং চোকথরদুনা ফম্মুংদা চংলগা পোথাবমই। ঐ তুম্বদি য়ারমদে মবমদি মফমদুগী অঙকপা থৌওংশিং অমদি অমুক্তা উদ্রিবা দৃশ্যাশিংদুনা লম্বীদা লাংবা ময়ামদুনা পূক্লিংদা ইংনা চিক্লা লৈবা যাবমদে। অতোপ্পা অমনা ঐ হযেং রানি ক্লিওপত্রগা উনগনি খনবা ব্বাখল অদুনি।

মমলিঙৈ অয়ুক অঙনবদা ঐ ফম্মুংদগী হৌগৎলমই অদুগা শিড়ি কাখৎতুনা য়ূমথক্তা মপুংফানা ঙানথোবকপদু ঙাইদুনা লৈবমই।

অয়ুক্তা নুমীৎকী মঙাল লাকপদু তেনজৈ কাপথোবকপগুম তৌবমই। অঙৌবা মবিলনা লৈতেংলবা ফাবোজদা নুমীৎকী সনা মচুগুম নিংথিববা মঙালনা যৈবকপদা কযাগী মতিক ফজখি হাযফম খঙখিদে।

হৌজিক অবংবা নুমিৎকী মঙালনা লোচিয়াশকী কোনুং ক্লিওবত্রনা হিপ্লিবা মফমদা যৈবমই। মদুনা মথং মথং ঙানথোক্তুনা বানিগী মফম অতৈদু মাণ মুক্তাগুম অমুবা অইংবা মসুদ্রাগী ইমাইদা ঙানথোবক্লমই। মঙালদু যাম্না শান্না কাপথোবক্তুনা শোমাগী অশেংবা অলেকজেন্দবগী মোংফমদা শোকলমই। মঙালদুনা অব্বাং অব্বাংবা বিলদিংশিংগী মতোন লিশিং লিশিং অমসুং লাইশঙ লিশিং কযাগী ফজববা মতোলশিংদুসু শোক্লমই। মন্দিবদুদা শমু মযানা শাবা অকোনবা শেবাপিজ লাই অদুসু ঙানথোকলমই। অকোনবদা নুমীৎকী নিংথিবা মঙালদু পাকচাওববা অমদি অব্রাবগী শক্তম পুববা নেক্রোপোলিশদা মাংখিবগুম তৌলমই।

নুমীৎনা খব ব্বাংখৎলকপা মতমদদি অলেকজেন্দ্রিযাগা মফম খুদিং নুংশা মঙালনা ইঙান ঙানথোকলমই। অঙাংবা মচুনা বং তৈবগুম ফজন উরমই। ইতেশিযানগী নুংশিৎনা অব্বাংলোমদগী শিৎলকখি। অব্বাংলোমদগী শিৎলকপা নুংশিৎতুনা সমুদ্রাগী তোবান্দ ঈশিং মনিল কাবকপশিংদুগা লোইননা ব্বাই শিৎতোকপগুম হুমদুনা খুখিবমই। অদুম তৌবদুদা ঐনা সমুদ্রাগী অতিযা মচুগুম্লবা ঈশিং ইপোমশিংদু উবা ফংলমই। ইথক ইপোমশিংদুনা জহাজশিংদা থেংজিন ব্বাইশিন তৌবদু ঐনা উবমই। ঐনা হেপতাষ্টদিওমসু যেংলমই। ঐনা লম্বী মশিং খংদনা চৎলিব, ময়ামদুসু য়েংলমই। অলেকজেন্দ্রিযাগী ফজবা নিংথিবা মযামসি উবগা পূক্লিংদা অপেনবা পোক্লমই। ঐনা ইমা আইশিসবু শোল্লগা মথক্তগী মখাদা কুমথবকখি।

ঐনা খুরাদা হায়রমই - "ঐ ঙসাইদগী অয়ুক্তা অলেকজেন্দ্রিযাদা কবম্না নুমীৎ থোকপগে য়েংলুবনি!" মহাক্লা ঐঙোন্দা হংলকখি - "নঙ অলেকজেন্দ্রিয়াসি যেংলগা করি খনবগে?"

"ঐনা খনবদা মসিগী সহরসি লাইশিংগী মফমনি!" মহাক্না শাওরপ্না হায়রকই - "এ সহরশি লাইশিংগী ওইবা অপিকপা মফমনি অদুবু করপশন্না থল্লবা অমদি পাপকী থবক্না প্রিক প্রিক শৌববা, ধর্ম্ম লৈতবা, থাজবা লৈতবা অমসুং অরানবা তৌবনা থল্লবা মফমনি। সমুদ্রাগী উচেকশিংনা লাক্না লাক্না খোংঙি। অঙাওবা নুংশিংনা ফত্ত হাওদি ময়ামশি হুমদুনা চৎলি সমুদ্রাগী মেরেওতিজ ফাওবা! ও, হর্মাচিশ অলেকজেন্দ্রিয়াগী অকে অমৌশিং অসিনা নঙগী পূক্লিংবু হ্ কামশিনবগুম তৌরুনু। মবমদি মফর্মশিদা থাজবা হায়বদু মাংখ্রবনি অমসুং ধর্ম্মগী ওইবা থবক থৌরমশিং মফমশিদা শন্দোকপা ঙমলোই। নঙনা ইজিপকী ফারাওহ্ ওইনা পাল্লবা মতমদা নঙগী শিংহাসনদু মেমফিজগী অঙৌবা ফক্লাংশিংনা লুমশিনবা মফমদা শেম্মু। ইজিপ যেংলগা অলেকজেন্দ্রিয়া অসিদি মাংলবা মফমগী চংফম গেৎকুম্বনি।"

ঐনা পাউখুম অমত্তা পিবমদে মবমদি খুবানা হাযবিবাশিংদু অচুম্বা ঙাক্তনি। অদুম ওইনমক সহর অসিদি পূক্লিং হুনবগী মশক্লী।

ঐখোয়না চাবা থকপা লোইরবা মতমদা ঐগী খুরানা ঐঙোন্দা হায়রমই - "হৌজিক ক্লিওপত্রা থোবকপা মতম ওইবে, নঙ চৎনবা তৌবো। মহাক শেবাপিজগী লাইশঙদা লাক্কদবনি। মহাক নুংথিল পুং অনি তাদ্রিফাওদি থোবকলোইদবা ওইববসু, অলেকজেন্দ্রিয়াগীমী পূম্নমক ঙন্তানা য়েংগদবগী ঙাইদুনা লৈরমগনি শোরোক্তা। মবমশিনা ঐখোয়সু হান্না যেংফম কন্নবা থোক্লশি।"

মীয়াম মরক্তা কন্না নমখাইববা তুংদা মনুংদা লম্বী মতাইদা চংলমই। অকোনবদা উনা ব্রাংনা চনখৎপা অদুদা ঐখোয়সু কাখৎলমই। মফমদুদা ঐখোয় বেঞ্চকুম্বা অমদা ফমথবমই।

ঐনা ময়াম্ন' হবাওনা ঈশৈ শকলিবা, লাউবিবা অমসুং হৌনা হৌনা ব্রা ঙাংলিবদু য়েংলমই।

অকোনবদা শিফাইশিং লাক্তুনা লম্বীদা লৈরিবা মীশিংদু তকথোকলমই অমসুং তানখাইরমই। শিফাইশিংদু রোমানশিংগী ফিজেৎ শেৎলমই। থবাক্তা য়োৎলি য়াওনা খুমজিল্লমই।মখোযগী তুংদা বানিগী ওফিশাবশিং লাকলমই। ওফিশরশিংদু মীয়ামলোমদা ওনশিল্লগা লাউরকখি - "বানি লাকলে - রানি লাক্লে - রানি লাক্লে!" মখোয়গী তুংদা শিলিসিয়ান লিশিং অমা, গ্রেশিয়ান লিশিং অমা, মেশেদোনিয়ান লিশিং অমা অমসুং গাউলশ লিশিং অমা মশাদা খুৎলাই য়াওনা লাকলমই। মদুগী তুংদা শগোল তোংবা শিফাই ৫০০ লাকলমই। মখোযশিংগী মতুংদা মশক ফজবা পাখঙশিং অমসুং লৈশাবীশিং ফজবা ফি-রোল শেৎ চাবগা লাকখি। মখোয়দা অয়ুক নুংথিল অমসুং

অহিংগী মুর্তি যাওবমই। মখোযশিংদুগী মতুংদা মশক যাম্না ফজববী নুপীশিংনা মনম নুংশিববা চা-চন্দন লম্বীদা চাই চাইদুনা লাক্লমই। অদুগা অতে নুপীশিংনা ফজববা অশাংপা লৈ খুজোক খুজোক চাইবমই।

অদুদগী মযাম হৌনা লাউনা - "ক্লিওপত্রা - ক্লিওপত্রা!" হাযনা লাউবকখি। ঐনা শ্বব হোন্দবমখে মাংলোমদা নোম্বুবগা ক্লিওপত্রাবু উনবা - যেংহৌনবা তৌবমই। ক্লিওপত্রানা আইশিস লাইবেম্বীগী ফিজোল শেৎ চাবমই।

ঐগী মাংদা লৈবিবা মীযামদু অশুক্কী মতিক থানা কুংশিল্লকখি মদুদি মিকুপ্তা ঐনা ক্লিওপত্রাবু তশেং তশেংনা উবা ঙমখিদে। মবমস্নিনা যাম্না ফজনা যেংনিংবদগী ঐনা উগী শগাইদুদগী চোংথবমই। যাম্না কন্না নমখাইবদা ঐগী লম্বী ফংদুনা মাংদা লেপলিবশিংদুগী মবক্তা ঐসু যাওবমই।

তানজাদুদা নুবিযান মীনাইশিংদুনা মখুৎত অচৌবা চৈ পাইদুনা, মাই ভি মনানা লুহুপ উপ্লদুনা লেপ্লীবা মীশিংদু ফু ফুবদুনা ঐখোযলোমদা চেনশিল্লকখি। নুপা অমা খক্তি, মশা ফবা যাম্না ব্রাং চাউবা হিংচাবা মানবা, যম্না হাযন খোৎনবা যাবোইদবা অদুনা মখুৎতগী অচৌবা চৈদুনা মবম ইবৈ লৈনা মীশিংদুদা কন্না কন্না ফুথবমই।

ঐগী নাক্তা লেপচবী নুপী অমখক, মশক্তু যেংবদা ইক্তিপকী নুপী মানবী, মখূৎতা অঙাং অমা পল্লদুনা লেপ্লীদৌদা অকনবা হিংচাবা মাল্লবা নুপাদুনা নুপীদু মপাঙ্গল শোনবিনি খঙলদুনা মাগী অচৌবা চৈদুনা নুপীদুগী মকোক্তা যাম্না শায় কন্না কনথবমই। মিকুপ্তা নুপীদু ব্রাম্বুদুনা লৈপাক্তা তুথবমই। মনাক্তা লেপ্লীবা মীশিংদুনা শাওনা মুকম-মুকম শোল্লমই। নুপীদুনা অশিবগুম লৈপাক্তা তুনিবদু উবগা ঐগী ঈ শাগৎলমই ইখঙ খঙহৌদনা ঐনা ঐগী খূৎতা ওলিবকী উ অমা পাইবমই। মদু শাইপ্রশতগী যংতকপনি।

নুংশি হৈতবা হিঙ্চাবদুনা অশিবগুম তদুনা লৈবিবী নুপীদুবু যেংলগা হৌনা লাউনা নোক্লমই। অপিকপা অঙাংদুনা লৈমাইদা ওল্লগা কপ্লুনা লৈবমই। ঐনা ঐগী চৈদু মথক্তা থাঙ্গৎলগা নুপা-হিংচাবা অদুদা কনথবমই। ঐনা শাওনা কনথবদু অসুক্কী মতিক কল্লমই মদুদি নুপাদুগী লেংবান্দু যাম্না থিনা শোক্লমই। মাগী মশাদু ঈনা ইঙাং ঙাংলমই। মহাক্না নামনখিবদগী অমসুং শাওবদগী ঐঙোন্দা চোংশিল্লকখি। ঐগী অকোইবদা লেপলিবশিংদু খব খব তুংলোমদা হন্দোকনবমই। হৌগৎপা ঙমদ্রবী নুপী অমসুং অঙাং অদুতমক ঐহাক্কী মাঙদা লৈবমই। মযাম্না ইকোই কোইবগা ঐগা নুপাদুগা ঐখোয অনিতমক ঙাইবমই। মহাক্না অঙাওবগুম ঐঙোন্দা হোৎচিল্লকখি। ঐনা মাগী মমিৎ অনিগী কাবক্তা খুৎতুম্না কন্না থাজিল্লমই। মহাক মকোক ঙাওবদুনা হাইবং তুবং

তৌরমই। মাগী মওংদু পূরোহিৎ অমগী শিংজংনা য়াম্নবা ষণলাবা অমগুম তৌরমই। ফুনবদু নুংঙাইবগী মওংদা মীয়ামদু কন্না লাউরমই। নুপাদু ময়াম্না গ্লেদিয়েতর হায়না খংনবমই। মাগী থৌনা অমুক লাক্লদুনা মহাক্কী অচৌবা চৈদু মথক্তা লৈরম্লগা ঐগী কোকতম্না হাইথরকখি অদুবু কবিগুম্বা ঐনা লৈথোক্লমদ্রবদি ঐ শোয়দনা শিরমগনি। অদুবু মাগী খুৎলাইদু লৈপাক্তা য়েথবমই।মানা য়েথবদু অসুক্কী মতিক কন্না য়েরমই মদুদি মাগী অচৌবা চৈদু মতেক মতেক তেক্লমই। মদু উবদা মীয়ামদু অমুক হন্না লাউরমই।

হিংচাবা নুপাদু শাউমনখিদুনা ঐহাকপু নত্তনা মমাংদা করিসু উরমদে, ঐবু হাৎকদবগী হোৎচিল্লকখি। অদুবু ঐনা লাউবগা মঙোন্দা চোংশিল্লগা মখৌবি মেৎলমই।

মহাক মশা মউ যাম্না ফবা, লুম্বা মীশক ওইবনা ঐনা মাবু থাঙ্গৎতুনা লংবা ঙমলোই নিংখি। ঐনা নুপাদুগী মখৌবী মেৎলিঙৈদা কন্না কোর্নাশিল্লমই অদুগা ঐখোয় অনি কোইনা কোইনা লৈবমই। মহাক্না ঐঙোন্দগী নাম্থোক্লবা কন্না হোৎনবকপা ম্নিকুপ্তা ঐখোয অনি লৈপাক্তা থবো থবো ওনমিন্নবমই। মহাক্না মখা ঐনা মথক থংলমই, ঐগী খুউনা মাগী থবাক্তা নমদুনা থমলমই অদুগা শাওমনখিবদগী মাবু হাৎকে তৌকবদা ঐগী খুবা শেপা অমসুং অতৈ মী খবগা ঐহাকপু চিংথোলমই।

তাল্লকশিদা, ঐনা খংদ্রবসু, বানি ক্লিওপত্রানা তোংলিবা দোলাইদু নোংশা অমনা লমজিংবা অদুগা শামুশিংনা চিংবা দোলাইদু ঐখোয় মনাক য়ৌশিল্লকখি। ঐখোয় খৎনবা অমসুং ফুনবগী মী ময়াম য়োমর্শিনবদু উবদা রানিগী দোলাইদু ঐখোয় মপাদা লেপ্পমই। ঐনা ঐগী ফি অঙৌবদুদা ঈ ইতৈ তৈরবা ফিভমদা অহানবা ওইনা ঐনা রানি ক্লিওপত্রাবু নর্কশিন্না উরমই। মাইগা মাইগা ওনশিন্ননা মপুং ফানা ঐনা মাবু উরমই। মহাক্কী দোলাইদু সনা ঙাক্তনা শাবনি। মাগী ফজরবা দোলাইদু মশা যাম্না খিংবা অঙৌবা শগোল মবিনা চিংবনি। মনুংদা মশক মতৌ য়াম্না ফজবী লৈশাবী অনিনা ক্লিওপত্রাগী মনাক নক্লা ফম্লমই। লৈশাবী অনিমক গ্রিক্কী ফিজেৎ ওইনা তৌরমই। মখোয় অনিনা মনিমুক্তানা ইরং লংলবা হুমাই অমমম পাইরগা বানিবু শেবা তৌরমই। মখোয় অনিদু রানিগী য়েৎ ওইদা শেবা তৌবমই। বানিগী মকোক্তা লাইরেম্বী আইশিসগী লুহুপকা চপ মান্ননা উপ্পি। স্নানা শাবা ষণ মচিগুম লোংবা অনিগী কাবক্তা থাগী মকোইগুম কোইবা অমসু য়াওরমই। মদুদা ওশিরিজগী শিংহাসনগী এনব্লেমসু য়াওরমই। হায়রিবা এনব্লেমদুগী মখাদা স্নানা শাবা লংজাগী তুপ্পি মানবা অমসু য়াওরমই। লংজাদুগী মশা অনিমক হিগোক মচু ইনামেল ওইরমই। লংজাগী মমিৎ অনিদু জেমশ ওইনা হাপ্পমই।

রানিগী কোইরপ তৌবা ঙকশমদা স্নাগী অপাকপা কোলার য়াওরমই। মরক মরক্তা ইম্মরেল অমসুং কোরেলনা লৈতেং ওইরমই। রানিগী মখূৎ নাম্মনা শেংলবা

ক্রোশ অমা পাইবমই। অতোপ্পা মখূৎ নাম্মানা স্নাগী বোড ওব বোযেলতি পাইবমই।

বানিগী মখূৎতা অমসুং পাম্বোমদা খুজি অমদি পাম্বোম ফাবি স্নানা শাবগী মথক্তা ইস্মবেল অমসুং কোবেলশিংনা লৈতেং তৌবমই। মাগী থবাক্তি ইহাং হাংলমই অদুবু অপাবা ফি ফজবদা স্নানা লৈতেং ওইনা খুমজিল্লমই। মখাদা মাগী স্কর্ট অদু স্নানা লৈতেং তৌবমই। স্কর্প অমনা তঙ্খাই খুমজিল্লমই অদুবু মচি খব তাবক্লুনা মহাক্কী শেন্দলদা শোকলমই। স্কর্প অদু অচৌবা পিযালশনা লৈতেং তৌবা ওইবমই। মদুনা মাগী ঙৌবোক ঙৌবা অপিকপা খোঙদু খুমজিল্লমই।

পূম্নমকসি ঐনা অমুক্তং যেংবদা উখিবা ঙাক্তনি। অদুদগী ঐনা মমাইদা যেংখৎলমই।

কবম্না নুপীবু পাঙ্গল শোনবী কৌবিবা? মাগী নিংথিবা মাইথোং, নুপাশিংবু ঙাওহনবা ঙম্বী মিযেং অমসুং শুমহৎনিংঙাই ওইবা শবান মুর্ত্তি অদুদা পৃথিবী জয তৌবা ঙম্বা জুলিযাশ শিজব, লানফম ১০০ দগী হেন্না জয তৌবক্লবা, পৃথিবীগী নিংথৌ পূম্নমক মকোক নোন্না চংজখিবা মহাক অদু বানি ক্লিওপত্রাগী ফজবা নিংথিবদা ঙাওখিদুনা বানিদা চংজখিবা অমসুং মাগী লৈজবা পূম্বা বানিদা পিথোকখিবা।

মদুদা নত্তনা, নিংথৌ কযা মাগী ফজবী শক্তমদা ঙাওখিদুনা লৈখা তাখিবা। কন থৌবদা মপা লৈত্রবা বোম শমবাইয্যগী নিংথৌবেলগুম্বা ত্রিউমবিব ওইবা এন্টোনি বানি ক্লি ওপত্রগীদমক লৈখা তাখি। মহাক্কী হাক্তক্তগী ইজিপ হাযবিবা লৈবাকশি অমুক হৌগৎপা ঙমদনা লৈখা তাখি।

ঐনা যেংবদা মাগী মাইথোংদু গ্রেশিযান ষ্টাইলদা কা হেন্না নিংথিজবমই। মহাক্কী কোইবপ তৌবা খদাং, মপূং ফাববা চোৎ চোৎ লাউবা অঙাংবা চিনবান অনি, অযেকপা লাইগুম নিংথিজবী নাতোন, নাকোং অনি ফজববা থবোগুম অমসুং নেমতক তৌবা লাইবক যেংবদা যাম্না নুংশ্রিবা পোক্লমই।

মহাক্কী অমুবা শমযামদু সমুদ্রগী অমুবা ঈশিংগী ইথক ইপোমগুম নিংথিজবমই। তেনজৈগুম নিংথিজবী মাগী পিশুম অনি অমসুং শাইপ্রশগী ভাইওলেৎ লৈবাংগুম নিংথিজবী মিৎ অনি যেংবদা চাংদমনিংঙাই লৈতনা ফজবমই।

মখোযশিংসি অশিতা নত্তে, ক্লিওপত্রাগী তৌবা ঙম্বা পাঙ্গল থৌনা যাম্না লৈবি। মহাকসি অচাকপা মৈগী মৈবিগুম কন থৌবিনি। মহাকুম্বী নুপী মমাংদসু ওইখিদ্রি মতুংদসু ওইবকলোই। মাগী থোৎ নৌববা নুংশিবা খোঞ্জেল ব্রা ঙাংথোবকপদা কন থৌবনা কযাবু শুমহৎপা ঙম্বী, লাকশিনবা ঙম্বী খোম্থোক্লী।

মিকুপ অমা অনি ঐগা ক্লিওপত্রাগী মমিংকা য়েংনদুনা লৈরমই। মহাক্লা য়াম্না হৌনা লাউনা ঙাংনরিবদু করিনো খঙনবা মমাই নোস্থরকপা মতমদা ঐঙোন্দা য়েংলকখি। মাগী মিয়েংদু সমুদ্রাগী ঈশিংনা ইথক ইপোমদা মচু হেক হেক ওনবগুম মাগী মমিৎ অনিদু অহানবদা ইংবা তপ্পগী, অনিশুবদা অশাওবগী মিয়েং, অহুমশুবদা ইতন তনথরকপগী মিয়েং তৌরমই।

মহাক্লা মশা মউ য়াম্না ফবা ঐনা ফুখিবা গ্লেদিয়েতর অদুদা রানিনা মুন্না য়েংলকখি। মাগী গ্লেদিযেতর অদু উরগা করিগুম্বা খর থোকলে খঙলমই। মহাক্লা মাগী মমিৎতু ইনৌ নৌথরমই। মমাই লৈশিল্লক্তুনা মহাক্কী র্গাদশিংদা করিগুম্বা ৱা খর হায়বমই। মখোয় র্গাদশিংদু ঐগী নাক্তা চংশিল্লকখি অদুগা ঐহাকপু ক্লিওপত্রাগী মনাক্তা পুশিল্লমই।

মতমদুদা মীয়াম পূম্নমক ঐবু হাৎপদু য়েংনবগীদমক মিৎ কুপতনা তুমিন তুমিন ঙাইদুনা লৈরমই। ঐ রানিগী মাঙদা লেপলমই। ঐনা ঐগী খৎ অনিমক থবাক্তা থমলমই। মহাক্কী মশক ফজবা নিংথিবদু য়েংলুদনা ঐগী থম্মোইনুংদা মাবু তুক্কচরমই - মসিগী নুপীশিনা ইমা আইশিসকী ফি-রোলকা শেৎলদুনা ঐনা ফমগদবা শিংহাসন্দা রানি ওইনা ফমলিবনি । নুপীশিনা মীরৈবাক্কী মতেংনা হিংলিবনি অমসুং মহাক্লা ইজিপকী ম্না-লুপা লন-থুম পূম্নমক মাংহল্লবনি।

রানিনা ঐবু খোঙদগীনা তোন ফাওবা য়েংলবা তুংদা মানা ক্ষেম্মী লোন্দা ঐঙোন্দা হংলকখি - "নহাক কনানো? কবি তৌবি ইজিপশিয়ান অমনা ইজিপ প্রাজাগীদমক? ঐনা ঐগী সহর অসিদা চৎপা মতমদা নহাক্লা ঐগী মীনাই গ্লেদিয়েতর অমবু ফুদৎখ্রে হায়বা খঙলে।"

ঐনা থৌনা লৈনা খুমলমই - "ঐগী মিং হর্মাচিশ কৌই। ঐ পাঞ্জি তৌবা মীনি। ঐহাক অবুথিশগী গোর্বনর ওইবা হাই প্রিয়েক্টকী অযোকপা মচানি। ঐ মফমশিদা থবক ফংনবা লাইবক য়েংগে লাকচবনি। ও, রানি! ঐনা নহাক্কী মীনাই গ্লেদিয়েটর অদু ফুরুরে, মরমদি মরম করিসু লৈতনা মহাক্লা নুপী অমবু য়াম্না থিনা ফুবিখি! মদু উহৌবা মীযামদা হংবিয়ু, ইজিপকী রানি!"

মহাক্লা হায়রমই - "হর্মাচিশ! মিং অসি য়াম্না ৱাংবা, মগুন য়াম্না লৈবা অমনি। নঙবু য়েংবদা য়াম্না মগুন লৈবা মী মাল্লি!"

অদুদগী মহাক্লা পূম্নমকসি উহৌবা শিফাই অমদা থৌদারমই করি তৌগদগে হায়বদু। শিফাই অদুনা ঐঙোন্দা মকুপ মপাং ওইবগী মওংদা লুনা চান্না তৌরমই। অদুদগী ক্লিওপত্রানা মনাক্তা ফমলিবী লৈশাবী, রানিদা হুমাই হুমলিবী, মশম খোইবী

ইকাই থিবী, অমুবা মমিৎ পানবী, যেংবদা যাম্না ফজবী অদুদা ব্রা ঙাংলমই। লৈশাবী অদুনা পাউখুম ওইনা কবিগুন্না খব হায়বমই। অদুদগী ক্লিওপত্রানা মীনাই গ্রেদিযেতব অদু মাগী মাংদা পুশিল্লকউ হাযনা থৌদাবমই। মবমশিনা মীনাই গ্লেদিযেতবদু ব্রান্থুকবদগী ম্রব অমুক হোল্লকপা অদুগা নুপীদুগা বানিগী মাঙদা পুশিল্লকখি।

বানি ক্লিওপত্রানা হাযবকই- "হুই নঙ, নঙ পাংদবনি নশা ফবা মী ওইববসু' নঙনা কবিগী নুপীশিবু চৈনা ফুবিবা? নঙদি পাংদবনিনা নহা পাখঙশিনা নঙবু থাঙ্গৎতুনা লংবিবে অমসুং ফুবিবে। যেংঙু, নঙোন্দা লমচৎ অহুম তন্বীগে' নহাক্না নুপীশিবু ফুবদা নখুৎ ওইদু যাওদনা ফুবমগনি। হো গার্দ, মসিগী অমুবা নুপাশি ফাও অদুগা মাগী যেৎথংবা মখুৎশি ককথৎলু।"

ক্লিওপত্রানা মাগী যাথং পিবল্লগা মহাক্কী স্নাগী দোলাইদা ঙাথবগা লৈখিবমই। অদুদগী মাগী মাইথোংদু ইমক মকশিন্না শাওবগুম তৌবমই। অদুবু গার্দশিংনা অমুবা নুপাদু ফাবমই। অমুবা নুপাদুনা যাম্না কপ লাউদুনা মাগী মবালদ্ অমুক্তা ঙাকপিনবা বানিদা হাযজববসু গার্দশিংদুনা মহাক্কী যেৎ থংবা মখুৎতু ককথৎলমই। উ অমদা শদন ওইবগা থাংশাং অমনা মাগী মখুৎতু ককথৎলমই। মখুৎ কক্লবা তুংদা মাবু মফমদুদগী শিফাইশিংনা পুথোকখিবমই।

অদুগী তুংদা মখোযগী খোংচৎতু অমুক মখা তানা চৎপা হৌবমই। বানিগী মনাক্তা হুমাই পাইবী লৈশাবীদুনা মমাই লৈথোবকপদা ঐগা মিৎ-চানবমই অদুগা মহাক্না ঐঙোন্দা মোমোন নোক্লকখি।

বানিগী মনাক নক্লা চৎলিবশিংদুনা হবাওনা লাউবা খোংবা তৌবমই অমসুং ফাগি ফবাং তৌবমই। মখোযনা হাযবমই মদুদি ঐহাক যাম্না থুনা বানি ক্লিওপত্রগী কোনুংদা পাঞ্জিগী থবক তৌবগনি। যাম্না থুনা ঐগা খুবা শেপাগা মযাম মবক্তগী নাম্ভোক্লগা ঐখোযগী যুমদুদু হল্লকখি।

খুবানা লম্বীদা চৎনা চৎনা ঐবু হাথু হাথু থবক তৌকবগীদমক চৈবমই। অদুবু যুম যৌববা মতমদা অমদি মাগী কাদা চংলবা মতমদা মহাক্না ঐবু চেজেৎ কোনশিনবিবমই। খুবানা হবাও হবাও নুংঙাইবা ফোংদোক্লমই মবমদি মশা কল্লবা গ্লেদিযেতবদু ঐনা ইবাই লাইনা থাঙ্গৎতুনা লংবা ঙমখিবগীদমক। অদুগা ঐঙোন্দা শোকপা পনবা যাওদনা অমুবা নুপাদুবু ফুবা ঙমখিবগীদমক খুবানা হবাওবা ফোংদোক্লমই।

# চেপ্টর অনিশুবা

(চার্মিয়োন লাকপা অমসং শেপানা শাওবা)

অহিংদুমক্তদা, ঐখোয়না নুংদাংগী চাক চারিঙৈদা ইমুংদুদা থোঙদা দং দং থিল্লকখি। থোঙদু হাংদোক্লুবদা নুপী অমখক ক্লোক অমনা খোঙদগীনা তোনফাওবা খুমজিল্লগা ইমুংদা চংলকখি। মাগী মওংদু মাগী মাইথোংদু কনানসু উদনবা-খঙদনবা তৌবা মাল্লমই।

খুরা শেপাদু হৌগৎলমই অদুগা চংঙক্লিবী নুপীদুনা খুরাদা করিগুম্ব অরোনবা ৱা খর হায়রমই। "ঐ লাকলে, পাবুং!" নুপীদুনা য়াম্না নুংশিবা অমসুং তশেং তশেংবা খোনফমদা হায়রমই, "অচুম্বগীদমক্তা ওইরবসু, লালহৌবশিংনা রোয়েল পেলেশতগী নাম্থোক্তুনা চেনবা হায়বশি অরাইবা নত্তে। অদুবু ঐনা রানি ক্লিওপত্রাদা হায়রমই মদুদি লম্বীদা নুংশাদা লালহৌবশিংনা লাউবা খোংবা ময়াম্না ঐবু অনাবা ওইহল্লে। অদুদগী মহাক্না ঐবু চৎলো হায়রকখি।"

"মদু ফরে!" খুরানা খুমলমই। "মাইখুমদু লৌথোক্লো, শিদদি কনাসু লৈতে, করিসু তৌররোই!"

মহাক্না অৱাবগী স্বর অমা হোন্দোক্লগা ঙকশমদা ফাজিল্লিবা কিশিদু থাদোক্তুনা মখাদা ফি-রোলশিংদু তাহল্লমই। মহাক্কী মশক মতৌ নিংথিজবী মাইথোংদু ক্লিওপত্রাগী মনাক্তা হুমাই হুমখিবী লৈশাবীদুনি হায়বা হেক য়েংথোরকপদা ঐনা লাইনা খঙলমই। মরমদি মহাক য়াম্না নিংথিবী অমসুং নুপাশিংবু শুমহৎপা ঙম্বী নুপি ওইবনা গ্রেশিয়ানগী ফিজোলদুনা হকচাংগী নিংথিবা কয়াৎশিং লৈরাং অপোম্বগুম উবা ফংলমই। য়াম্না নুংশিনা মাংলোমদা তারকপা অমুবা শমলাংদু স্নাগী শমফাবী অমনা ফাজিন্দুনা থমই।

মাগী মখোঙ তনৌ তনৌবীদু ম্লানা য়োল্লবা শেন্দল মবিগী মতোন্দা উবদু য়াম্লা ফজরমই। মাগী খজাই অনিদু শাৎপদা ঙাইবিবা অঙাংবা অতর গুলাপকুম নিংথিজরমই। মহাক্কী নিংথিবী মমিৎ অনিদু ইকাইদনা লুকথরমই। মাগী ইকাইনা লুকথবা অদুদা মোমোন নোক্লকখি অদুগা তঙাং তঙাংলবা চিনবান অনিদু তনিক তনিক খাংলমই।

চংঙক্লীবী লৈশাবীদুগী ফিবোল শেৎলিবা মওংদু যেংলগা ঐগী খুবানা যাম্লা হৈনদবা মওং অমা তৌরকখি। খুরানা শাউরপ্লা মঙোন্দা হংলকখি - "চার্মিয়োন, করিগী অসিগুম্বা ফিবোলশি শেৎলগা লাকলিবনো?" "নহাক্কী নমানা শেৎখিবা ফি বোলশিংদু নঙগীদমক অফবা নত্তে নিংবরা? নুপীশিংগী চাওথোকচবা মফম মতম নত্তে। নহাক কনাগুম্বা অমবু জয তৌবা লাকপা নন্তে, হায়বা ইনবগীদক লাকপনি!"

"নত্তে, পাবুং শাওবিগনু!" চার্মিয়োন্না থোৎনা ইংনা খুমলকখি। "পাবুংনা খংলমদবসু যাই, ঐনা থবক তৌবিবা বানিদুনা ইজিপকী চৎন-ফিরোলশি হৌজিক চৎনদ্রে-পামদ্রে হায। অদুনা ঐ হাথু হাথু বানিগী কোর্টতা ইজিপকী ফিরোল শেৎলগা চংলুবদা মখোয়না ঐবু চিংনৈ!" মহাক্লা ব্রা ঙাংনা ঙাংনা মিৎচিনা যাম্লা নুংশিনা ঐঙোন্দা তোইনা যেংলকখি।

ঐগী খুরানা খুমলমই - "ফবে ফবে!" অসি হায়না মহাক্লা চার্মিয়োনগী মমাইদা যেংলমই। "নংঙোন্দা অচুম্বদু হাযবনি চার্মিযোন! মতম খুদিং কাউগনু - নিংশিংঙু নঙগী ব্রাশক, লৈশাবী! মবম অদুগীদমক নহাক্লা ব্রাশকখিবা! নপুক্লিংদু তযাং তশোইবা তৌগনু। ফজবদু কাউথোক্লবা ঐনা নঙোন্দা শিন্নখি।মদুগীদমক নঙবু মাংনবা শ্যাপ তৌবিখিবা! চার্মিয়োন, ঐখোয়দা মঙ্গল ওইদবা ওইববা অদুবু খজিক্তংদি - লমন খুম্বগী থবক নঙোন্দা তাগনি - নুপাদুগী লমন অমসুং লাইশিংগী লমন!" খুবানা শাউরপ তৌনা অমুকসু মখা তারমই অদুবু খোঞ্জেল হৌনা অপিকপা কাদুদা লাউরকই "নহাকপু পিজ পিথক তৌদুনা চাওনবা যোক্লকপনি ঙসি ফাওবদা। নঙোন্দা ফজনা পাউতাক কয়া পিখ্রে অমসুং মফম চানা থবক তৌহনখ্রে। মফমদুদা নঙনা থবক তৌরিবদুগী নাকোংদা য়াম্লা লাইনা য়ৌহনবা ঙম্বগী থৌনা লৈবা ঙমগনি। য়েংঙু নঙনা কাউরোইবা অমা রানিগী নাক্তা লৈবগী অকে অমৌ ময়ামদুনা নঙনা তৌগদবা থবক অমসুং নঙগী তুংগী অশাদুবুদি কাউরোইদৌবনি, চার্মিয়োন!"

খুরানা খূৎশা তিংথোক্তুনা লৈশাবীদুগী মনাক্তা খব চংশিল্লগা মখা তারমই "চার্মিয়োন, ঐনা হাযবদি ঐনা নঙবু থাজদে হায়বনি। ঐনা নঙবু মঙদা মরুভুমীদা লেপ্তুনা লৈবা উরমই। মঙদুদা নঙনা অহাংবা অতিয়াদা নখূৎ থাঙ্গৎলগা নোকপদু ঐনা উরমই। অদুদগী ঈগী নোং চুথরমই অদুগা ক্ষেম লৈবাক্তা তারকখি। করিগী

অদুম্না মঙদা উহল্লিবা অমসুং মদুগী অর্থনা কবি হায়বিবনো? ঐদি কৈদৌনুংদা নহাক্কী মাইযোক্তা লৈখিদে। নহাক ঐগী অঙাং ওইনা যাম্না নুংশি! নঙগী থৱাইবু ঈশ্বরনা যাম্না ওৎ নৈবিবনি।"

মহাক্না ঙহাক লেপ্তুনা লৈবমই। ঐনা পূক্লিংদা ইথন্তা খনজবমই - কযাদ লুনা লৈবিবা মাগী থম্মোইনুংদা! মপান্দনা ইচম চম্বা মী অমা ওইনা উবা! মাগী পূক্লিংদা কযাদ শাথিববা পুকচেল ওইবিবা! মহাক্কী অশা অমসুং অনিংবদা চপ যুংনা লেপ্পা ঙম্বা নুপানি। লৈশাবীদুগী ওইনা হায়ববদি মহাক অকিবা তুজুংবগা লোইননা খুবাগী মনাক্তগী খবদং লৈথোবকখি অদুগা মখূৎ অনিনা ফজববী মাগী মাইথোংদু খুমজিল্লগা কপ্পা হৌবকখি। মহাক্না কপ্পা কপ্পা হায়বকই - "নত্তে, অদুগুম্বা ৱাদু হায়বিগনু, পাবুং! ঐনা কবি অবানবা তৌখিবগীদমক অদুম্না ঐঙোন্দা তাকপিবিবা? নহাক্না মঙদা উখিবশিংদু ঐদি কবিসু খঙদে। ঐদি তুংগী লাইফাও তৌবা ঙম্বী মাইবীসু নত্তে। মঙদা পাবুংনা উখিবশিংদু ঐনা ফল হায়বা ঙম্বীসু নত্তে। ঐনা নহাক্কী অপাম্বা অমসুং অনিংবদুগী মতুং ইন্না থবক খুদিং তৌজখিবা নৎত্রা? আকবগী মশক ওইবা ৱাশক অদুবু নিংশিং নিংশিং থবক তৌজখিবা নৎত্রা? ঐনা লোন্না পাউ লৌবা মী অমগুম লোন্না পাউ লৌবগা নঙোন্দা পাউদমজখিবা নৎত্রা? ঐনা বানিগী থম্মোইবু লাকপিন্দুনা জয তৌজখিবা নৎত্রা? মহাক্না ঐবু মনাওনুপী অমগুম তৌবিনবা অমদি নুংশিবিনবা তৌজখিবনি! ঐনা তৌখিবা পূম্বা মহাক্না যাখিদবা যাওখিদ্রি। নহাক্না অদুম্না কবিগী কিহনবগে?"

চার্মিযোন্না অমুক ইনৌ নৌনা কপ্পা হৌবমই। মাগী মশক্তু অৱাবদা কপ্পানা হেন্না থোইনা ফজবা হেল্লকখি। খুবানা খুমলকই - "ওকযে, যাবে - যাবে! ঐনা হায়বদি ফিজেৎ অদুনা ঐখোযদা মখা তানা ইকাইবা পিবনু! নঙ অমুক্তা খল্লু ঐখোযনা পামলিবদি ইজিপ্তনি অদুগা ঐখোয পূম্নমক ইজিপকী লাইশিংদা কৎথোকপনি! লৈশাবী, যেংঙু নহাক্কী নবুঙ অমসুং নহাক্কী নিংথৌ!"

চার্মিযোন্দু কপ্পা তোক্লমই অদুগা মমিৎতগী তাবকপা পিশিংদু মফিনা তৈথোক্লগা ঐঙোন্দা যেংলকখি। মহাক্না হায়বকই - "ঐনা খল্লি - নিংথৌ ওইববা হার্মাচিশ অমসুং নুংশিজববা কোজিন!" মহাক্না ঐঙোন্দা নোল্লুক্না খুকন্নগা ৱাহৈশিংসি হায়খিবনি, - "ঐখোয অনি হান্না উনগ্রে - খংনগ্রে!"

ঐনা খুমলমই - "হোয ঐ নহাক্কী নবুংনি!" যাম্না ইকাইবা হঙ্গোইবা তৌদনা মবমদি মশক ফজবী লৈশাবী অমদা অসুম্না ৱা ঙাংবা মমাঙদা অমুক্তা তৌখিদ্রি।

"নহাক বানি ক্লিওপত্রাগা ঙসি দোলাইদা তোংমিন্নখিবা নৎত্রা ঐনা নুবিয়ান্দুগা ফনবা খৎনবা মতমদা?"

চার্মিয়োন্না মোমোন নোক্লগা ফজরবী মমিৎ অনিদুনা ঐঙোন্দা য়েংলগা হায়রকই- "মদু য়াম্না থৌনা ফবগী মওংদা ফুনবনি! নহাক্না থৌনা ফনা অমুবা শা অদুবু থাঙ্গৎতুনা লংখিবা অদু ঐ ফজনা উখি, ঐনা নঙবু মশক খংদ্রবসু। ঐননি বানি ক্লিওপত্রাগী পূক্লিং থিংজিনখিবা অমসুং ফুনবদু উহনখিবা! হৌজিক ঐনা নহাকপু খঙলবনিনা নুপাদুগী মকোক ককথৎনবা হায়গনি!" মহাক্না মমাই থাঙ্গৎলগা মোমোন নোক্লগা ঐঙোন্দা মিৎয়েং অমা য়েংলকখি।

খুবানা হায়রকই - "য়ারে যারে, মতমদু হৌখ্রে! নহাক্কী থবক্তু হায়রো অদুগা চৎখ্রো!"

"ফারাওহবু মাগী লৈশাবিনা হায়বদু তাহনবিয়ু। ঐ ফারাওহগী মখুরাগী মচানুপিনি। মবমশিনা ঐগী শিংলিদসু নিংথৌগী ঈ চেল্লি। অদুগা ঐদি থাইনগী ধর্ম্মদা কন্না থাজবা মীনি। ঐসু গ্রিকশিংবু যাম্না তুক্কচৈ। নহাক্না শিংহাসন্দা ফম্বদু উজবা ফংবা ঐহাক্কী অশানি। মসিবু ফংনবা, চার্মিয়োন ঐনা ঐগী রেঙ্ক চাওবা পিকপগী ব্রাদু থল্লগা, ক্লিওপত্রাগী থবক তৌবী অমা ওইনা, বানিগী কোর্ত্তা মফম অমা ফংনবা ঐনা শিনগনি।

অবোনবা খুজিন থৌরাংদি অসিনি - নঙ বানি ক্লিওপত্রাগী কোর্ত্রা অমসুং মাগী লৈফমদা চংনবা হোৎনগদবনি। মখোয়গী অরোন অথুপ পূম্না খঙদোক্লবা তৌগদবনি। অদুগা রানিগী মনাক্তা লৈবী নুপীশিংদা শেল পিজবগা ফত্তবা থবক তৌনবা ইনশিনগনি। মসি পূম্নমক মপান্দগী শেম শাগদবনি অদুগা নহাক্না ক্লিওপত্রা হাৎকদবনি।

অদুগা ঐনা ঐগী মীশিংগা লোইননা নঙবু মতেং পাংগনি। চংফম গেৎশি লাউনা হাংলগা ঐখোযগী মী ময়ামদু চংহল্লক্কদবনি। মখোয়দি মতম কুইনা তানজাদু ঙাইদুনা লৈরক্লবনি। ঐখোয়গী ওইবা শিফাইশিংদি থমহৌগদবনি। লাংলিঙৈদা ব্র চিয়াম শিংদুদি ফাগদবনি। মদু লোইবগা নঙোন্দা ব্রাশক তৌখ্রবা মখোযশিংদু খূৎলাই পাইহল্লগা লান তৌহনগদবনি। ইজিপ্তা লৈবা মী খুদিংমক্তা পাউ অসি য়ৌহনগদবনি। ক্লিওপত্রা শিরবা মতুং নুমীৎ ১০নিগী মনুংদা নহাক তশেংবমক ইজিপকী ফারাওহ হায়বদু ওইগনি। মসিনি ঐনা পিজগদবা পাউজেল! রোয়েল কোজিন, ঐনা তৌগদবা থবকশিং খঙবিরে!"

ঐনা হায়রমই - "খুরাগী মচানুপী, নঙগী ব্রাদো ঐ খঙলে!" পূক্লিংদা ঐনা ঙক্লমই - অসুক অঙাং ওইরিবী চহি ২০ খক্তা ঙাইরিবী লৈশাবী অমনা য়াম্না লুখ্রবা প্লোৎ অমবু থৌনা লৈনা শেম্লিবা! অদুবু মতমদুদা ঐনা চার্মিয়োনগী মরমদা করিসু খঙলমদে। ঐনা মঙোন্দা হংলমই - "ঐ করম্না ক্লিওপত্রাগী কোর্ত্তা থবক চংবা য়াগনি?" চার্মিয়োন্না খুমলমই- "মদু য়াম্না লুবদি নত্তে, কৌজিন। রানি ক্লিওপত্রাশি, ফজবা নুপাবু

যেংবা যাম্মা পামজবীনি। বোযেল কৌজিন নঙগী মাইথোং অমদি শবান মুর্ত্তি যাম্মা ফজে। ঙসি মানা মপূক্লিংদা নঙগী ফজবশিংদু থমজিনখ্রবনি। থৌদোক অদুগী তুংদা মানা ঐঙোন্দা হংখি - পাঞ্জি তৌবা নুপাদু মফম কদাইদা ফংগনি। নুবিযান গ্লেদিযেতব অমবু থাঙ্গৎতুনা লংবা ঙমখিবা পাখঙদু কদাইদা লৈবমগনি? মহাক শোইদনা তুংগী লাইফাও তৌবা ঙমগদবা মী মাল্লি।

ঐনা মঙোন্দা হাযবমই মদুদি ঐ পাঞ্জিদু থিজবক্কে। অদুনা নিংথৌ ওইববা হর্মাচিশ মখা তানা তাবিযু। বানিশি নুমীৎ যুংবা মতমদা, মাগী মনুংগী কাদা তুম্মী। মাগী কাদু সমুদ্রা মপান্দা লৈবা ইঙ্খোলদুগী মনাক্তা লৈবনি। হযেংগী অদুগুম্বা পুংফমদা কোনুংগী গেৎ মনাক্তা ঐগা উনশি। থৌনা নৈনা শিফাইশিংদা হাযবিযু - লেদি চার্মিযোনগা উনগে হাযনা। ঐনা বানি ক্লিওপত্রাবু নহাক্কী থবক হাপ্পগী যাথং তৌহনগে। মহাক্কা নঙগা উনবা যানবদু ঐ শিনগে। মদুগী মখা তাবা থবক্তি নহাক্কীনি।

বানিনা মিত্রংগী অঙকপা থৌওংশিংদু মাদি যাম্মা খংজনিংঙি। মাদি অহিংচুপ্পা অতিযাদা থৱার্নমিচাকশিং যেংদুনা লৈ অদুগা মখোযগী খোঙচৎপুম্বা খঙবা পামজবিনি। ইকুই কুইদনা দাইওশবিদ মাইবাবু তাপ্পোকখি মবমদি অপঙবদুনা থৱার্নমিচাক অনি নকশিন্নবা অদু যেংলগা কাশিউশনা মার্ক এন্টোনিবু মাইথিবা পিগদৌবি হাযকৃবর্গীদমক। মাগী লাইফাও অদুগী ওন্না তৈনবদা এন্টোনিনা কাশিউশপু ইবাই লাইনা মাইথিবা পিবমই। অনিশুবদা এন্টোনিনা ব্রুতশবুসু মাইথিবা পিবমই। দাইওর্শাবদ তানথোকখ্রবা তুংদা মাগী মহুৎতু হাপ্তুনা হাংদুনা লৈবি হৌজিকসু।

নহাক্কা মাগী মহুক্তা থবক চংবা যাগনি। অদুম তৌববদি ঐখোয তুমিন্না অবোনবা থবক কযা তৌবা ঙমগনি।"

ঐনা যাম্মা ঙক্কা চার্মিযোন্দা অমুকসু যেংলমই। মাগী মাইথোংদু অশংবা উনাশিংদা নুংশা মঙাল যৈবকপগুম ইঙান ঙানথোবকখি। মশক মতৌ ফজবী নুপী অমদা অদুম্না ঙানথোবকপা - ফজববা মমিৎ অনিদু ঐদি অমুক্তা মমাঙদা উখিদ্রি।

ঐখোয অনিনা ঙাংনবিবদুগী মবক থৎলগা খুবানা হাযবকই - "এহ্! ঐনা চাওনবা যোকচবকপা চার্মিযোন, ঐনা পামদবা ফিবোল শেৎপি, মনম নুংশিবা এশেনস চাইবী! লৈবাক নিংবগী ৱাখলদা থাজবা থম্মু। ইকাইনিংঙাই ওইবা ফি-বোলদু অমুক শেৎচিল্লু। নঙনা হাযখিবা মফমদা হর্মাচিশ লাক্কনি! হৌজিক কাইনবশি!"

চার্মিযোন্না মকোক নোল্লগা হর্মাচিশবু খুকমলমই অদুগা মাগী মফিদু লৌখৎলগা মখা তানা ৱা অতৈ ঙাংলমদনা চৎখিবমই। মাগী তুংদা খুবানা হাযবকখি - "অঙকপা নুপীনি, খ্বাইদগী অঙকপা নুপী অমা - মথোং খঙদবা!" ঐনা খুবাদা খুমলমই

"ঐসু নিংলিবনি, খুরা!" -"অদুবু মরম অমত্তা লৈতবদি নত্তে। হর্মাচিশ, চার্মিয়োন হায়বী লৈশাবী অসিগী মফমদা য়াম্না চেকশিল্লু! মহাকশি য়াম্না শাওগনবী হিংচাবীগুম্বীনি। ঐবু মহাক্লা শেরান্নবা লম্বীদা লমজিংখিগদরা অকিবা পোকই। মহাকসি লাক্লবা ঙমদ্রবা শগোলগুম্বীনি। মহাক্তি মানা নুংঙাইগদবা লম্বীদা হেক্তা চৎকনি। মহাকশি য়াম্নদি শিংবী অদুগা য়াম্নসু শাউগনবী নুপীনি। মহাকশি ঐখোয়না তৌরিবা থৌরাংশি য়াম্না পামজবী অমনি। অদুবু মাগী অপাম্বগী মতুং ইন্না মাইগা মাইগা ওনশিন্নদুনা ঙাংনবদি য়ারোই। মঙোন্দা শিন্নখিবা থবক মা শিরবসু চংলবসু তৌবা ঙম্বী নুপীনি।

মরমসিনা ঐনা মাবু কিজবা পোকলে ঐগী শক্তিগী ৱাংমদা মহাক হেন্দোক্লুনা চৎখিগদ্রা খল্লে। ঐনা নঙোন্দা হায়রিবশিনি, নুপী অসিগী মখূৎতা ঐখোয় পূম্নমক্কী থৱাই লৈরবনি। মহাক্লা ঐখোয়দা অরানবা ওইদবা তৌরবদি ঐখোয় কমদৌবা তাবগে?

অৱাবনি, অৱাবনি! ঐনা ইচেগী মচানুপী চার্মিয়োনবু য়াম্না কিজৈ। মহাকসি মশক মতৌ ফজমনখ্রে। মাদি লৈশাবী ওইবগী অপাম নুংশিগী অশাবা ঈ শিংলিদা চেল্লি।"

"এ, ঐখোয়গী মরমসিগীদমক অৱাবদি নুপী অমগী থাজবদা য়ূম্ফম ওইবদুনি। মরমদি নুপী হায়বসি মহাক্লা নুংশিবা মীশক অদুতমক থাজবা থমই। অদুগা মহাক্লা নুংশিরবা মতমদা মানা থারজরমদবদু থাজবা ওইরকই। নুপাশিংনা লেংদবদু নুপীশিংদি লেংদবা তৌদে। মখোয়দি হেন্না হেন্না ৱাংখৎলকই অদুগা অমুকসু খম থেংনা নেমথরকই। মখোয়দি মপাঙ্গল কল্লি অমসুং হোংবা তোইগল্লি সমুদ্রাগী ইথক ইপোমগুম।

হার্মচিশ, চার্মিয়োগী মফমদা য়াম্না চেকশিনগদবনি মরমদি মহাসগরগী ইথক্লুম নঙবু তাওতোক্লুনা নয়ুম য়ৌহনবা ঙমই নৎত্রগা সমুদ্রাগী ইথক্লুম নঙগী হিদু ঈশিং মনুংদা নমশিনবসু ঙমই, ইজিপকী অশা ওইরিবা নহাকপু!"

# চেপ্টর অহুমশুবা

(রানি ক্লিওপত্রাগী কোনুংদা হৰ্মাচিশ লাকপা, মহাক্না করম্না পাউলশপু ক্লিওপত্রাগী গেৎ তম্না চিংথোবকপা অমসুং মহাক্না বানিদা মাগী মিত্রং যাদু শিংদু উৎখিবা)

মথংগী নুমিৎতা ঐ চৎননবা শেম শারমই ইচোন চোনবা ফিবোন মেজিক তৌবা নৎত্রগা পাঞ্জি তৌবা নুপানা শেৎকদবা ফিজোল শেৎলদুনা ঐনা তুপ্লি অমসু কোক্তা উপশিল্লমই। ঐগী তুপ্লিদুদা অতিয়াদা থৱানমিচাকশিংনা লৈবগুম লোনবা খোৎপা তৌরমই। অদুগা ঐগী খ্বাংদা ফানবা পেতিদা লাইয়েকপা নুপা অমা , য়েকনবা বোঁড অমা অমসুং চে মকোন অমসু য়েকলমই। য়েকলিবশিংদু মেজিক তৌবগী খুদম কয়াসু য়াওরমই। ঐগী খূৎতা অমুবা উনা শেম্বা লিচৈগুম্বা অমা পাইরমই। লিচৈদুগী মকোক্তু শমু ময়ানা লৈতেং তৌবমই।

হায়রিবশিংসি তৌবগা ঐশি নিংথৌ নৎত্রগা বানিগী য়াম্না থাক ৱাংবা অঙম অথৌ মাল্লমই। ঐনা অন্নুদা তমলকপা মন্ত্র যন্ত্রা পূম্নমক নিংশিংলদুনা চৎলমই। ঐনা ব্রচিয়োম ফাওরগা কোনুং য়ৌনবা লাক্লমই। চৎলিবদু ঐগী খুরানা লমজিংবিরমই। শফিংজ ময়াম লৈবিবদু লাম্হোক্লগা অঙৌবা মৰ্বলঙাক্তনা লৈতেং তৌরবা ফজরবা ক্লিওপত্রগী কোনুংদু য়ৌরমই। চংফম গেৎতু লংলবা পিথ্রাইনা শেম্বা ওইরমই। মফমদু য়ৌশিল্লকপদা খুবানা ঐবু থনম্লগা মহাক্না হনখিরমই। মহাক্না হনখিবদা ঐবু অশোই অঙাম থোক্তনবা লাইশোন য়াম্না শোল্লমই অমসুং মঙ্গল ওইবক্লবা লাই খুরুমখি।

অদুবু ঐহাক্তি ইরাই লাইনা গেৎ অদুদা চংশিল্লমই। অদুবু মনুংদুদা গেলিক শন্ত্রীশিংনা চংবা য়াদে থিংলমই। মখোয়না ঐগী মিং করি কৌবগে করি মরমগী মনুংদা চংবা পামলিবনো হংলকখি। ঐনা মখোয়দা পাঞ্জি তৌবা হৰ্মাচিশনি খুমলমই। ঐনা

মখোয়দা লেডি চার্মিয়োনগা উনগে লাকপনি হায়রমই। মহাক রানি ক্লিওপত্রাগী চান্নথোইবীনি হায়রমই।

গার্দশিংদুনা ঐবু চংহল্লগে তৌরকপা মতমদা গার্দশিংগী কেপতেন্না থোরক্লগা ঐবু চংহল্লকপা য়াদে থিংলমই। কেপতেন্দুগী মমিং পাউলশ কৌবমই। মহাকসি য়াম্না ৱাং চাউবা, মশা মউ ফবা অমসুং নুপীদৌনা মাইথোং পানবা নুপানি। মহাক্না ঐবু মশক খঙলমই। মহাক্না মাগা লাকমিন্নবা নুপাদুদা লেতিন লোন্দা লাউরকই "করিগীনো মসিগী নুপাশিনি, ঙরাং মহাক্না নুবিয়ান গ্লেদিয়েতরবু ফুদুনা লাক্কুনা লংখিবদু! নুবিয়ান নুপাদু হৌজিক মখূৎ ককথৎপিখিবগী কপ্পুনা লাউদুনা লৈবি!"

পাউলশনা মখা তাবমই - "নঙনা লেদি চার্মিয়োন উনগে হায়বা? নত্তে, অদু ওইরবদি নঙ মনুংদা চঙবা যাদে! হৈ নুপা, লেদি চার্মিয়োনবু ঐখোয়না ইবাৎচবগুম নিংঙৈ, মদুগী মনা ওইনা মহাক্না ঐখোয়বু খূপাক্লা হেক হেক থাবি! নঙনা পাঞ্জিনি হায়বগা হেক্তা চংহনগনি নিংববা? লেদি চার্মিয়োন থোবকখিসনু।" ঐনা নোল্লক্লা পাউলশতা হায়রমই - "সাব! চানবিদুনা লেদি চার্মিয়োন্দা পাউ অমত্তা থাবিয়ু, ঐগী থবক থেংদনবা।"

অতোপ্পা ওফিসার অমনা হায়বকই - "মহাকসি পাঞ্জিনি অদুগা মেজিকসু হৈবা মীনি!" অতোপ্পা শিফাইশিংনা মনুংদগী লাউশিল্লকখি - 'এ, মাবু মিত্রংগী শো অমা তৌ হায়য়ু, অদুম তৌববদি মনুংদা চঙবা য়াগনি।"

ঐনা খুমলমই, পাউলশকা লোইরনরকপা অদুদা - "নহাক, অৱাবা নংঙু হায়বা লৈ! ঐনা হায়বসি নঙগী মাইথোং অমদি মীৎতা য়াওরি!"

অসুম্না মখোয় ময়ামগা ঙাংনরিঙৈ মতমদা লেদি চার্মিয়োন, মার্বলনা লৈতেং তৌরবা লম্বীদুদা থোরক্লমই, মতুংদা গার্দ শিফাইশিংনা মতুং ইল্লদুনা। মখূৎ অনি তুংদা থল্লদুনা অদুগা মাগী মিৎয়েংদু অহাংবদা য়েংলদুনা থোবকখি। মানা থোরকপদা ওফিসারশিং অমদি শিফাইশিং লোইনা মকোক নোল্লমই অদুগা লম্বী পিরমই। ঐনা অকোনবদা খঙলমই চার্মিয়োন অসি কোনুংদুদা রানি ক্লিওপত্রাগী হেক মথংদা মতিক মগুণ চাওরবী নুপীনি হায়বা।

চার্মিয়োন্না হংলকই - " ব্রেননুশ! অসিদা ময়াম ইরাং লাংলিবসি করিনো? নখোয় খঙদে, হৌজিক রানি ক্লিওপত্রা তুমলি! করিগুম্বা মাগী তুম্বা কাইবা তৌরবদি নখোয়না পাউখুম পিগদবনি!"

শেনচুরিওন্না খুমলকই - "নত্তে, ইবেম্মা! ঐখোয় মফমসিদা লৈজরি! য়াম্না বেরা লৈবা মিত্রং তৌবা নহা অমখক ইবেম্মাগা উনগদবা লৈ মনুংদা চংহনবিয়ু হায়!"

চার্মিযোন্না ইথৌ থৌশাদনা যেংথোবকপদা ঐবু উবমই - "এ. ঐ নিংশিংলো! বানিনা মাগী মিত্রং অমসুং মেজিক যেংগনি হায়বনি!" মহাক্না পাউলশতা তুক্চবা মিৎযেং অমা যেংলগা ঐঙোন্দা হায়বকই - "ইবুংঙো, মেজিকশিযান, লাও ঐগী তুং ইল্লকউ! ব্রেননুশ, নঙগী ওইনা নঙগা মীশিংসে তুমিন্না লৈথু হাযযু!"

মহাক্না বানিগুম মকোক নোমলমই অদুগা ঐবু লমজিংলমই। মানা ঐ অমদি শিফাইশিংদুদগী খব থাপলপ চৎলমই।

মনুংদা অঙৌবা মার্বলনা লৈতেং তৌধবা লম্বীদুদা ঐখোয চৎলমই। লম্বীগী নাক-যেৎতা মাবলগী ফজ ফজববা মুর্তি লৈবিবদু ঐনা যেংলমই। মমৈথংদা ঐখোয ফজববা মফম অমদা যৌবমই। মফমদুদা গ্রেশিযান ষ্টাইল তৌবা লৈতেং কযামকম ঐনা মথং মথং যেংলমই। মফমদুদা শিফাই গার্দ মশিং যাম্না হেন্না লৈবা থেংনবমই।মখোযনা লেদি চার্মিযোনগী লম্বী পিবমই। অদুদগী ঐখোয চংফম হোল অমদা যৌবমই। মফমদুদা ঈশিং চাইবী অমদগী ঈশিং চাইথোবকপদু থেংনবমই। অনেম্বা চংফমদু লাল্লগা অচৌবা অনিশুবা কা অমদা ঐখোয চংলমই।

অচৌবা কা অদুগী মমিং অল্লাবশতব হোল কৌই। মদু খ্বাইদগী ফজবা কানি। যুমথক্কী শকক্তু অমুবা মার্বলনা লৈতেং তৌবমই অদুবু ফক্ল ংশিংদু অল্লাবশতবনা লৈতেং তৌবমই। কাদুদা গ্রিক্কী অকল অথৌশিংগী মুর্তি নুঙদা ফজনা হক্তুনা থমলমই। মনুংদুদা শমু মযা অমসুং স্নানা শাবা চৌক্রি পবেং পবেং লৈবমই।

মখূৎতা খূৎলাই পাইবা শিফাইশিংদুদা চার্মিযোন্না থোঙজিন মযাদা লেপ্পবা থৌদাবমই। পদাবগী মনাক নক্না মখাদা থাং শৎতোক্লগা গার্দ অনি লেপ্তুনা লৈবমই।

"ঐ যাম্না নুংঙাইজদে, মাই লোর্ড।" চার্মিযোন্না খেগ্ঞেল নেম্না ঐঙোন্দা হায়বমই। গেত্তা নহাক গার্দশিংগা শোযদনা মুক্লবা শাওনবা তৌবমগনি। অদুবু মফমদুদা কমপেনিগী ওফিশাবদুদা ঐনা যাথং তৌখিবনি - নহাকপু থাদোবকউ হাযনা। বোমান ওফিশাবশিংদু য়াম্না ইকাই খঙদবা, মীঙোন্দা ইকাইবা পিগনবা ঙাক্তনি। মখোযনা খল্লি - ইজিপশি মখোযগী শান্ন পোৎনি। অদুবু মখোয লানবদি নত্তে মবমদি মখোযশি পঙনা থাজবা ঙাক্তনি। মবমশিনা মখোযনা নহাকপু শোইদনা কিগনি। ঐ হৌজিক বানিগী কাদা চংলগে। মহাক্না তুম্বা হৌগৎলবদি ঐ নঙবু কৌবক্কে।"

মিকুপ খবগী তুংদা মহাক অমুক থোকলক্লগা ঐঙোন্দা হংলকই - "পৃথিবীদা খ্বাইদগী ফজবী নুপী অমনা তুম্বদু যেংগেবা?" মহাক্না তুমিন্না নাকোং মযাদা হংলকপনি। "যেংগে হায়ববদি ঐগী তুং ইনবিবকউ! কিবিগনু! মহাক্না মিকপ থোবকপদা মাদি নোকপতমক তৌবক্কনি। মবমদি মহাক্না ঐঙোন্দা নঙবু শোইদনা পুবকউ হায়বদগীনি।"

অশুম্না ঐখোয় অনি ফজরবা কাদুদা চংলমই। থোংজিন ময়াগী গাদি অনিদুনা ঐগী লম্বীদি থাদোক্লমই অদুবু চার্মিয়োন্দী মাগী থবাক্তগী করিগুম্বা অমা পুথোক্লগা মখোয়দা উৎলমই। মখোয়না ইরিবদু পাবগা মখোয়না নোল্লুক্লা খুকমলমই। ঐখোয়না চংখিবদা অথাবা পর্দার অমসু খল্লমই। মদুগী পর্দাবদু স্নানা মপান মপান্দু লৈতেং তৌবমই। ক্লিওপত্রনা তুমলিবা কাদু হায়নিংঙাই লৈতনা ফজরমই। মনুংদা মচু মখল মখলগী মার্বলনা লৈতেং তৌবমই। শম্ভ ময়া অমসুং স্নানা শাবা লৈ কয়ামরুম উবা ফংলমই। মনুংদুদা থেৎলিবা লাইশিংদু অসুক্কী মতিক অশেংবা মাল্লমই। নুপীগী শক্তম অমসুং নুপাগী কল্লকনিংঙাই ওইবা শবান মূর্তি কয়াসু য়াওরমই। ঐনা অমুক্তা উখিদ্রিবা ফজরবা কাপেৎশিংনা লৈতেং তৌবমই। মনুংদা হৈ লৈগী নুংশিবা মনম নমলমই।

মিছুৎথোংদা সমুদ্রাগী ঈশিং ইবাওখোল অমসুং ইথক ইপোমশিংনা থেঙ্গাইনবগী মখোল তাবমই। কাদুগী অবোইবা মফমদা মোল্লবা শিলক্কি ফম্মুং অমদা, শিলক্কী কাংখল মা হৎপ, মনুংদা ক্লিওপত্রা তুমদুনা লৈবমই। ফজবা ফম্মুংদুদা বানিনা হিপ্পদু, নুপা অমনা য়েংবদা সংসাবসিদা খ্বাইদগী ফজবা পোৎ অমনি! মঙদা উবদগী হেন্না ফজবা পোৎশক অমগুম নিংথিজবমই।

মাগী মুবা ফজবা শমশিংদুনা মাগী তৌবোক তৌবা হকচাংদা ইচাই চাইবি। পুপ পুপ লাউববা তৌবোক ত্নোবা মখূৎ নাম্মানা মকোক থম্বগী মোন ওইনা হিপলমই। অদুগা অতোপ্পা মখূৎ নাম্মানা ফম্মুংদগী লৈপাক লোমদা থাদবগুম তৌবমই। মাগী চিনবান অনিদু খজিক্তুং কাথোকপগুম তৌবমই। মাগী চিনবান অনিদু খজিক্তুং কাথোকপগুম তৌপদু মোমোন নোক্লকপগুম মাল্লমই।

শিলক্কী পাববা ফি অদুনা মাগী ফজবা মখোঙ মখূৎ অমসুং থনাক্কী ফজবশিংদু উবমই।

ঐনা ইওক ঙক্লা লেপ্লগা বানিগী হকচাংগী ফজবশিংদুনা ঐহাকপু মাংলোমদা চংশিনগনি হাযবা কাউহল্লমই। ঐগী ব্রাখল অমসুং থৌনাপূন্বা মাগী ফজবা নিংথিবদা ঙাওখিদুনা লোইনা মাংখিবগুম তৌবমই। ঐগী থম্মোইনুংদা অৱাবা চৈনাখোল অমা ফাওবমই সংশাবসিদা খ্বাইদগী ফজবা পোৎশক অমা ঐনা হাৎকদৌরিবনি খল্লুবদা।

ঐনা ফজবশিংদুদগী মাই লৈথোরকপদা চার্মিয়োন্না মাগী অথুবা মিৎয়েং অমনা ঐবু হুরান্দুনা য়েংলকখি। মাগী মিৎয়েংদু ঐগী পূক্লিংদা করি খল্লিবগে খঙনবা য়েংবা মাল্লমই অদুবু চপচাবা অথদি খঙলমদে। মাগী মীৎযেংদুনা ঐগী পূক্লিংদা লৈবিবা ব্রাখলদু খবদি খঙবা ঙমলমগনি নিংখি।

মহাক্লা তুমিন্না ঐগী নাকোং মযাদা হাযবকখি - "এ: মসি যেংবদা যান্না নুংশি, নুংশিদ্রানে, হর্মাচিশ?" নুপা অমা ওইনা ঐ ইথন্তা খনজখি, নহাক্লা থৌনা লিংজেল লৈজবা পূম্নমক থবক অসিগীদমক দবকাব ওইগনি।

মাগী তুমিন্না হংলকপা ব্রাহংদুনা ঐনা হৈনদবা মওংদা পাউখুম পিদনা মিকুপ অনি অহুম তুমিন্না লেপ্তুনা লৈবমই। পূক্লিংদা ইথন্তা কবম্না খুমশিগে খল্লমই। অদুবু ঐনা পাউখুম পিদ্রিঙৈদা মাগী মখূৎনা ঐঙোন্দা তপ্না শোকলকখি অদুগা বানি ক্লিওপত্রদা মখূৎনা থিল্লমই।

বানিগী মাইথোংদা অহোঙবা অমা লাক্লমই। মাগী মখূৎ অনিমক কোনশিল্লমই তুমলুবদগী অতবগুলাপকুম তঙাং তঙাংলবা মাইথোংদু কিবগী লৈচিন অমা পাইশিল্লকপগুম তৌবমই। মাগী স্ববসু থুনা থুনা হোল্লমই। মহাক্লা কনাগুম্বা অমনা ফুবকপদা ঙাকথোকপা মান্না মখূৎ অনিমক থাঙ্গৎলমই। অদুদগী নাহেবগুম তৌবগা মমিৎ অনিমক পাঙথোক্লমই। মাগী মমীৎ অনিমক অমম্বা অহিংগুম ইমম মল্লমই। অদুবু মঙাল ফংলবা মতমদা হিগোক মচুগুম্না নিংথিজবমই অতিযাগী ফজবগুম নোং ঙাল্লকপদা।

"শিবিওন!" বানিনা হাযবকখি, "ঐগী ইচা নুপা শিবিওন কদাইদা লৈ - অদু ওইববদি ঐগীসি মঙলা? ঐনা মঙ মঙলমই - শিখ্রবা জুলিযশ অদু ঐগী নাক্তা লাকলমই। ঈ তৈববা মাইখুমফি অমনা মমাইদু খুমজিল্লমই। মহাক্লা মখূৎ অনি তিংথোবক্লগা মাগী অঙাং লৌগদৌবগী তৌবমই। ঐনা মঙদুদা ঈ মবক্তা ঐ শিবে হাযনা তৌবমই - এ নুপাদু কনানো?" "তপথবিযু - ইংথবিযু, ইবেম্মা বানি!" চার্মিযোন্না হাযবমই। "মসি মিত্রং হৈবা হর্মাচিশদুনি, ইবেম্মানা ঐঙোন্দা ঙসি পুবকউ হাযবীখিবদু!"

"এহ! মিত্রং হৈবা হর্মাচিশ হাযবদো! নুবিযান গ্লোদিযেতববু থাঙ্গৎতুনা লঙবা ঙমখিবা মহাক্তো? ঐ নিংশিলকলে হৌজিক! মাবু তবাম্না কৌশিনজে। মিত্রং হৈবা মেজিকশিযান, নহাক্কী মেজিক্কী শক্তিনা ঐগী ঙসিগী মঙ অসিগী ফল অমসুং মবম হাযবিবা ঙম্বা? নত্তে তুম্বা হাযবসি কযাদা ঙকখ্রবনো! ঐগী পূক্লিংসি অমুবা ফি অমনা যোমশিন্দুনা থম্বগুম থম্নগা মহাক্লা ওইহননিংবা মওংদা ওইহল্লি। অদুগা অকিবা শক্তম কযাসু ইমাংদা লাকই। মতম চাদনা নুমিৎযুংবা মতমদা থা থোবকপসু উহল্লি। নিংশিংবগী কাদগী থোবক্লগা কনানা মখোযবু অসুম তৌনবা শক্তি পিবিবা! হৌখ্রবা মতমগা হৌজিক্কী মতমগা অনি থেঙ্গাইনবদুনা শক্লোন কযা মীৎতা উহল্লি। অদু ওইববদি মখোযবু পাউ পিবা লাইগী দুৎলা? মখোযবু তঙ্খাই তুমথবা মতমদা ঐখোযগী কোক মনুংদা চংহৌবা জাৎলা? অদুমক শিবিওন্দা থোক্লমই।

ঐনা হংজরি ঐগী নাকন্দা লেপ্লম্বশিংদু কনানো, ফিনা মচিন খুমলগা ঐবু কিহল্লম্বা ? ঐনা নিংশিংবদি ঙমদ্রবা মীনি। ঐগী পাউখোংগুম্বা অসি পারগা য়েংবিয়ু ইজিপকী মেজিক হৈবা! অদুগা ঐনা নঙোন্দা হেন্না লংবা লম্বী অমা উৎকনি মীগী লাইবক্তা তমলকপদু লাইনা খঙনবা।"

ঐনা পাউখুম পিরমই - "খ্বাইদগী শক্তি লৈবী রানি, ঐ অফবা পুংফমদা লাকচবনি। ঐনা থিজিন হুমজিন তৌজরুবদা তুম্বদা মঙ মঙবা অদুগী মনমদা খং জবা লৈ। ইবেম্মানা চুম্না হায়বিখিবগুম, ওশিরিজগী মনাক্তা পুনশিন্দুনা লৈবা মখোয়না মীওইবগী পূক্লিংদা মতম মতমগী ওইনা হেক চংলকখি। খুদম পিরগা নৎত্রগা ব্রাহে ওইনা ফোংদোকপা লৈ। অদুগা হৌখ্রবা থৌদোকশিংদু অমুক উহনবসু লৈ। হোয়, তুম্বা হায়বসি কাখৎ কুমথ য়াবা শিড়ি অমনি। মদুদা ময়ামগী মমা মপা ওইরিবা লাইশিংনা শিড়িদুদা কুমথরক্তুনা মখল মখলগী মশক ওন্দুনা পূক্লিংদা উহল্লি।

ও রানি, পূম্নমকসিগী শো পাইরিবদুনা মঙ অসিদা ঙাওজবা অদুনা মঙলিবা মঙদুগী থবক অমদি মরম পূম্নমক ফজনা উৎপা ঙমই অমসুং শোইদনা হায়বা ঙমই। ইবেম্মা নহাক্না নচা শিরিওনগী মফি মরোল ঈ ইতে তৈনা মঙদা উরমই হায়ববিদাই।

হৌজিক তাবিয়ু উবিখিবদুগী ফল অমদি মরমশিং। মদু শিরিওন মশামক্লি ইবেম্মানা উখিবদু। মহাক অমেনতিদগী লাক্লগা নহাক্কী নাক্তা মশক লোৎতুনা লেপ্লবনি অশেংবদু খঙনবা। মহাক্না অঙাং শিরিওনবু খুদম অমা পিনবগী কোনশিনখিবনি মহাক্কুম্না অচৌবা মী অমা ওইনবা অমসুং নুংশিবগী। মহাক্না শিরিওনবু লমজিংদুনা পুরিবদু ইজিপ্তগী পুরক্লগা রোমগী কোনুং তম্না পুবনি। মাবু নিংথৌ ওইবগী লুহুপ উপ্পিনবা পুবনি। লৈবাক পূম্নমক্কী নিংথৌরেল ওইনবা তৌবনি।মসিগী মখাদি ঐহাক খঙজদে।"

মতাংসিদা রানি ক্লিওপত্রা ফম্মুংদগী হৌগৎলমই। মহাক্না মাগী ফিদু লংথোক্লগা মাগী ফম্মুং মচি অমদা ফমথরমই। মাগী ফজরবা মমিৎ অনিদুনা ঐগী মাইথোংদা মুন্না য়েংলমই। মহাক্কী স্না অমদি মনিমুক্তনা লৈতেং তৌরবা খূৎকী খূৎশাসিংদু শান্ন শান্নমা ঐবু মুন্না য়েংলকখি।

"অচুম্বনি"মহাক্না হায়রমই, "নহাক্না মিত্রং তৌবা যাদুব্রাল্লা পূম্নম্তগী খ্বাইদগী ফবা নুপানি মরমদি নহাক্না ঐগী পূক্লিং অমসুং থম্মোইবু খঙবা ঙমই। নহাক্না ফত্তবা মরক্তগী অফবা লাইফাও তৌবা ঙমই।"

"এহ! ও রানি" চার্মিয়োন্না হায়রকই। ঐনা খনবদা চার্মিয়োনগী থোৎলবা ব্রাহৈশিংদুদা অকনবা অর্থ লৈবা য়াওরমই। ক্লিওপত্রনা মখূৎ অনিদু লুখম লোমদা থল্লগা তুংলোমদা ঙাথরগা মমীৎ অনিদু তস্থাই অমা পাংলগা ঐগী মাইদা মুন্না

য়েংলকখি। মহাক্না হায়রকই - "চংলকউ অদুগা নহাক্কী মিত্রংশিংদু ঐখোয়দা উৎলোলাউ, ইজিপ্তুগী লাকপা মীত্রংব্রাল্লা?"

মহাক্না মখা তারমই - "মপান্দদি য়াম্না শাই! হেন্নু এম্বাশাদরশিংনা হেরোদ অমসুং জেরুশেলমগী ব্রা ঙাংবদু ঐদি য়াম্না তানিংদে!

নহাক করি করি তৌবা ঙম্বগে? নঙগী অনৌবা মিত্রং লৈব্রা? শেরাপিশগী মতেংনা, নঙনা হায়জরবদি অমসুং লাইফাও ফজনা তৌবা হৈরবদি ঐগী কোর্ত্তা নহাক্কী মফম অমা লৈগনি - লৈফম চাফম তলবনচিংবা লোইনা ফংগনি।"

"নত্তে" ঐনা খুমলমই, "মিত্রং পূম্বা অরিবা ঙাক্তনি অদুবু মিত্রং খরদি লৈ মখোয়দু য়াম্না তাংনা শিজিন্নৈ, কনাগুম্বনা য়াম্না কন্না হায়জবদগী। মখোয়শিংদু ইবেম্মাগী মফমদদি অনৌবা ওইনা লৌবা য়াগনি।"

"ঐ করিসু কিবিদে, মখা তানা হায়বিরকউ অমসুং তৌগদবদু তৌবিয়ু। চার্মিয়োন, লাকও ঐগী নাক্তা ফমলোলাও! অদুবু ঙাইখো, অতৈ লৈশাবীশিংদু কদাইদা লৈখ্রবগে - ইরাশ অমসুং মেরিরা? মখোয়সু মিত্রং মেজিক য়েংবা য়াম্না পাম্বনি।"

"অদুমনদি নত্তে", ঐনা হায়রমই। "মিত্রং-যাদু অসি মী য়াম্লবদি বেরা তৌই। হৌজিক য়েংবিয়ু!" ঐনা মখোয় অনিদা য়েংলগা ঐনা অমুবা ঐগী লিচৈদু পাইবগা মর্বলগী ফক্লাং য়েংদুনা চিন্দা করিগুম্বা খর শোল্লমই। মিকুপ অমরোম ইচিক চিকলমই অদুদগী ঐনা চিন্দা করিগুম্বা খর শোল্লিঙৈদা ঐগী লিচৈদু মথন্তা লৈবা-লেংবা হৌরমই অদুগা মথন্তা লেপখৎলকখি অমসুং চৎপা হৌবমই। চৈদু মথন্তা ফৈনা লৈরগা লিন অমা ওল্লকখি অদুগা খু খু কাম্বা হৌরকখি।

"ইকাইদ্রা নঙবু?" ক্লিওপত্রানা লাউনা হায়রকখি, মাগী মখূৎ অনিদু পাইশিল্লগা, "নঙনা মদুবু মিত্রং কৌবরা? করিগী মদুদি কুইরবা ত্রিক্কী, মদুদি লম্বীদা চৎপা অমনসু হেক্তা তৌবা ঙমই। ঐদি মদুগুম্বাশিং কয়ারক হন্না উখ্রে!"

ঐনা খুমলমই - "ঙাইবিখো রানি!" "ইবেম্মানা লোইনা উবিদ্রি!" ঐনা ৱাহৈশিংসি হায়রিঙৈদা মাংদগী লিন অদু মতেক মতেক তেক্লমই। অদুদগী মতেক অমমম্না অশাংবা লিন অমমম ওইরকখি। অদুদগী অশাংবা লিনশিংদু অমুক মতেক মতেক তেক্লগা অশাংবা লিন ময়াম ওইরকখি। মতম ঙৈহাক্কী মনুংদদি রানিগী অচৌবা কাদু অশাংবা লিন ময়াম্না পিক থল্লমই। লিন ময়ামদু থেক্লা খোইনা চৎলগা খু খু কামলমই অমগা অমগা পংয়েৎতা য়েৎশিন্নরমই।

অদুদগী ঐ স্বর অশাংবা অমা হোন্দোক্লমই। লিন ময়ামদু য়েৎনরগা ঐগী নাক্তা পুনশিল্লমই। মখোয় অমগা অমগা য়েৎনরগা ঐগী হকচাংদা কাখৎলকখি। ঐগী মাইদি শোক্তনা ঐগী হকচাং পূম্বা লিন ময়াম্না য়োমশিল্লমই।

"ও অঙকপনি, অঙকপনি!" চার্মিয়োন্না রানিগী স্কার্ত্তা মমাই খুমজিল্লগা কন্না লাউরকখি।

"নত্তে, য়ারে য়ারে মিত্রংব্রাল্লা!" ক্লিওপত্রনা হায়রমই। "নহাক্কী মিত্রংনা ঐখোয়বু পাখৎহল্লে!"

ঐনা লিন ময়ামদু খূৎনা খোমজিল্লমই অদুগা মিকুপ খরগী তুংদা লোইনা মাংখিরমই। ঐগী খোঙ মনাক্তা ঐগী লিচৈ অমুবদু তাদুনা লৈবমই!

রানি ক্লিওপত্রা অমসুং চার্মিয়োন মখোয় অনি অমগা অমগা য়েংনদুনা লৈরমই মপূক্লিংদা অঙকপনা থল্লবগুম তৌরমই। ঐনা তাদুনা লৈবা লিচৈদু লৌখৎলগা খূৎ লোন্নদুনা লেপ্লমই। মখোয় অনিগী মাঙদা ঐনা নোল্লুক্লা হংলমই - ইবেম্মা রানিনা ঐগী মিত্রংশি পেনবিবনা?"

"এ: ঐ পেল্লে, নুংঙাইজৈ, ইজিপকী নুপা! অসিগুম্বা মখলগী মিত্রং অসি ঐ অমুক্তা উখিদ্রি! নহাক ঐগী কোর্টকী পাঞ্জিগী ফমসি ঙসিদগী ওইববনি মতুংফা ওবা। নহাক রানিগী মাংদা অমদি রানিগী কোর্টতা চংবা ফম্বগী অধিকাবদু পিবর্বনি। নহাকপু কৌরকপা মতমদা মসিদগী হেনবা মিত্রং যাদু হৈবিব্রা?"

"মসিদগী হেনবা মিত্রং লৈজৈ অদুবু কা অসি খবদং মমহনবিরবদি ঐনা ইবেম্মাদা উচ্চগে।"

মরম অসিদগী পাঁদাব চিংশিল্লগা কা অদু নুমীৎ তাখ্রবগুম মমলমই। ..' মাংলোমদা চংশিল্লগা ক্লিওপত্রাগী নাকলদা লেপ্লমই।

"অদুদা য়েংবিয়ু১" ঐনা শাওবপ তৌনা হাযরমই। ঐনা লিচৈদুনা হান্না থমলম্বা মফমদুদা থিন্দুনা তাকলমই। "অদুগা পূক্লিং চংনা মফমদুদা য়েংবিয়ু!"

অদুদগী মিকুপ খর তুমিন তুমিন লৈরমই। ঐনা ফমলম্বা মফমদুদা মখোয় নুপী অনিদু মুন্না য়েংদুনা লৈরমই। মখোয় অনিনা মুন্না যেংলিঙৈদা অঙৌবা লৈচিন অমখক মখোয়গী মাংদা পাইশিল্লকখি। লৈচিলদু মওং অমা ওল্লকখি। মওংদু নুপা অমগী শক্তম ওইরকখি। মিকুপ খরগী তুংদা নুপা অমগী শক্তমদু শৌদোবক্কুনা ঐখোযগী মাংদগী মাংখিগদৌবগুম তৌরকখি।

অদুদগী ঐনা খোঞ্জেল হৌনা লাউরমই - "স্পিবিট, ঐনা হাযজরি নশক উৎলমখো!"

ঐনা লাউনা হায়জবদুদা, মওং অদু শৌদোকপা তোক্লগা ঐখোযগী নিংথৌমচা শিরিওনগী শক্তম লৌরগা মাঙদা লেপ্লমই। মাগী মাইখুম ফিদু লৌথোক্লমই। মাগী

মশাদা ঈ থোকখিবগী অশোকপা চান্মারোম ঈ থোরকপদু উরমই। মিকুপ অমা অনি মুর্ত্তিদু রানিগী মাঙদা লৈরমই।

অদুদগী ঐনা ঐগী লিচৈ অমুবদুনা হাইবদা মাংদগী মুর্ত্তিদু মাংখিরমই।

ঐনা ফম্মুংদা ফমলিবী নুপী অনিদুদা ওনশিন্দুনা য়েংলমই। রানি ক্লিওপত্রা য়াম্না ঙক্লা ফম্বা উরমই মহাক্কী মশাপূম্বা থক থক নিকলমই।

"নুপা! নঙবু কনানো, নহাক্কী করম্বা মিত্রংনা শিন্নবা মীবু ঐখোয়গী মাঙদা পূবকপা ঙমলিবা?" রানি ক্লিওপত্রানা য়াম্না ঙক্লা হংলমই।

"ঐ রানি ক্লিওপত্রগী পাঞ্জি -মিত্রং তৌবা মীনি - রানিগী অপাম্বা অনিংবদু তৌবা মীনি!" নোক্লা নোক্লা ঐনা খুমলমই। "ঐনা উৎখিবদু রানিগী পূক্লিংদা লৈবা মওংনি - নৎত্রনে?"

রানি ক্লিওপত্রা থোইদোকপা পাউখুম পিরকখিদে। মহাক হৌগৎলগা অতোপ্পা থোঙ অমদা থোকখিদুনা অতোপ্পা কা অমদা চৎখিরমই। মহাক্লা উখিবশিংদু য়াম্না কিমনখিদুনা মশা পূম্বা থক থক নিকলমই।

"নিংথৌমচা হর্মাচিশ, হৌজিক উৎখিবশিংদু কবম্না তৌখিবা জাৎনো?" চার্মিয়োন্না ঐঙোন্দা হংলকখি। মানা মখা তারমই - "অচুম্বদু ঐঙোন্দা হায়বিয়ু। তশেংবা, ঐ নঙবু কিরে!"

ঐনা খুমলমই - "করিসু কিরুনু! ঐগী পূক্লিংদা লৈবদু উহনবগী রানি। পূম্ন মকশি মমি ঙাক্কনি!"

চার্মিয়োন্না খুমলকই - "মসি ফজনা তৌই! হয়েং নোং হেক ঙানবগা ঙসি তৌখিবশিংসি লোইনা তান্নরগনি, খঙনরগনি অদুগা নহাকপু নুপাশিংনা কিনরনি, সহরশিদা লৈরিবা মীপুমতিংনা। ঐগী তুং ইনবিরকউ, ঐনা নঙবু খুরুমজে!"

# চেপ্টর মরিশুবা

(চার্মিয়োনগী লমচৎ শাজৎ অমসুং হৌমাচিশব্নু নুংশিবগী নিংথৌনি হায়না লুহুপ উপ্পিবা)

মথংগী নুমীৎতা ঐবু থবক হাপ্পগী য়াথংচেদু ফংলমই - পাঞ্জি অমা ওইনা অমসুং মিত্রং তৌবশিংগী মকোক ওইনা। চে অদুদা ঐগী তলব অমসুং অতৈ ফংগদবা খুদোংচাবশিং লোইনা য়াওরমই।

ক্লিওপত্রাগী কোন্নুংদা ঐনা লৈগদবা কাশিং অদুগা অহিংদা অৱাংবা তাউবার কাখৎফম, অদুগা মদুদগী অৱাংবদা থোক্লিবা থৱানমিচাকশিং য়েংবা য়াবা মফম।

মতম অসিদা বানি ক্লিওপত্রা মাথা য়াম্না শারমই - রাজনিতিগী ওইবা লাল্লোংশিংগী মতাংদা অমদি রোমানশিংগী মচেৎ তাবা কাংবুগী লান, মখোয়শিংদু করম্না লোইশিনগদগে খঙদবা ৱাখল। মবমসিনা খ্বাইদগী কনবা কাংবুগা মিচং ওইবসু মহাক্লা পামজরমই।

রানিনা ঐগী নাক্তা তোইনা লাক্লুনা ঐগী পাউতাক অমসুং লাইফাওদু মহাক্লা লৌরমই। লাইফাওশিংদু ঐনা ঐগী অরোইবী থাদুনা য়েংলগা মঙোন্দা অফবদু তাকলমই। মসিগী মরমদি রোমানগী ত্রিউমভির ওইবা এন্টোনি লান তৌবা চৎপগী এশিয়াদা লৈরমই। তোকঙা ওইবা পাউ অমা এন্টোনিনা তারমই মদুদি রোমদা লৈহৌবা অহুম থোকপগী অনি অদুদা ক্লিওপত্রানা য়াম্না তমথিনা ওৎ নৈবা তৌরে হায়না। মরমসিনা ক্লিওপত্রানা মাগী জেনেরেল শেরাপিয়োন্না কাশিয়াশবু তেঙবাংলমই।অদুবু ক্লিওপত্রানা লাউনা ঐঙোন্দা অমসুং অতৈদা হায়রমই মদুদি শেরাপিয়োন্না রানিগী অপাম্বগী ওন্ন তৈনবদা থবক তৌরে হায়না।চার্মিয়োন্না ঐঙোন্দা হায়রমই মদু

দাইওশকোবাইতকী লাইফাও মতুং ইন্না তৌখিবদগীনি। বানিনা লাইবক থিবা ওইনা লোন্না যাথং পিখিবনি। অদুম ওইনমক শেবাপিযোন্দী নান্তোকপা যাবমদে। বানিনা শেবাপিযোনবু লাইনিংফমদগী চিংথোক্লগা হাৎলমই। অসুম্না শিবাপিযোন শিখিবমই।

মতম অদুদগী হৌনা বানি ক্লিওপত্রাগী পূক্লিং ইং তপ্না লৈবমই মবমদি বানিগী মথক্তা লাল হৌবা নৎত্রগা ইবাং তৌবকপা পূম্নমক মাংখিবগুম তৌবমই।

অদুবু ঐখোযগা পার্টিদু ইঁাজপকী সহবদা মপাঙ্গল কনবা হেনগৎলমই। অলেকজেন্দ্রিযাদা ফাওবা ঐখোযগী পার্টি মপাঙ্গল কনখৎলমই। নোংমা নোংমগী থাজদবা মী ফাওবা ঐখোযগী মীনা কপ্পা হাযবদগী থাজবক্তুনা ঐখোযদা যাওশিল্লমই। ঐখোযগী খুজিন থৌ[illegible] পূম্নমক যাং[illegible] ক্তুনা [illegible]মলমই।

ঐসু নির্তিগী [illegible] বানিগী কোনু থাদোক্লগা খব শেপাগী নাওা চত্তুনা মহাক্কী পাউতাক লৌ[illegible]। মযমদু[illegible] লৈবা[illegible] অথৌ মযাম অমদি পূবোহিৎশিংগা বা তান্নল[illegible]।

ঐনা ক্লিওপত্রাগী অচেং [illegible]বোম পূম্নমক খঙদে ক্লমই। ঐদি মহাক্কী লৌশিং স্ত্রাণ মযামদু খঙলগা থাম্না ঙকলমই। মহাক্কী লৌশিং অমসুং জ্ঞাণ যাম্না লৈদুনসু মহাক্লা ঐবু কিবমই। মানা ঐবু মকপ মপ [illegible]ইবগী মওংদা লোইননমই। ঐনা লেদি চার্মিযোনবু মুন্না খঙলমই। মহাক অচেৎপা [illegible] লোইনা ঐখোযগী অবোনবা থৌনাং অদুদা মাসু তোইনা লাক্তুনা যাওবমই। অদুগ [illegible] শেপাগী যুমদা চার্মিযোন কবম্না মতমদা লাকখিবগে অদুগা কবম্না মতমদা মহাক চংখিবগে খঙদবা যাম্না তোইনা যাওবমই। মবমদি মাগী খোংথোং মখোল থোক্তে, মামোন লাউবিনি। মানা মখোল থোক্তুনা ঐগী নাক্তা চংলক্কনি অদুগা অমুক তুমিন্না চংখিনি। ঐনা লৈথোবক্তুনা মাবু থিবকপা মতমদা মহাক্তি মমাই লুকথবগা ফজববা মমৌৎ অনিনা ঐবু যেংদুনা লৈগনি। মাগী থবক্তি অদুক যাম্না কনবা ওইবমদে।

মহাক্লা ঐখোযগী মবমসিগী ওইনা ঐগীদমক থবক যাম্না তৌবিবমই। অদুবু থবক তৌবিবগীদমক ঐনা মাবু থাগৎলুবা মতমদা মহাক্লা মখোঙ থিল্লগা মচিন তুমথোক্তুনা অঙাংনা শাওবগুম তৌনা লৈগনি। মদু উবগা ঐনা তমলক্তুবা পাবা - নুংশিবনা তৌবা থবক্তি পৈশা পিবা হৌনদে পৈশা পিবা যাদে হাযবা খঙলমই। অমবোমদা ঐহাকসে কযাদ পংথ্রবা নুপী অমনা মানা পামজবা অশাৎপা লৈবাংদু মাগী নাপ্পদা চিনবা ফংলোইদৌবা লৈববদি লৈবাংদু মচেৎ কযামুক থোক্লা শেগাইবগা লংথোকপা ঙশ্বী নুপীসু লৈ।

নুপীগী অৱাবা অমসুং মদুগী মরমদু অপিকপা অমনি খল্লুবা ঐসে অপংবা অমনি। অদুবু ঐনা মাবু থাগৎলুবা মতমদা মহাক্না শাওনা কপথোরক্লুনা মমিত্তগী মপি তারকখি। অদুগা ঐবু থাদোক্লুনা হেক্তা চৎখি। মসিগী মরমদি ঐনা মহাক্কী থম্মোইনুংদা চাকলিবা নুংশি মৈচাক্কু করিসু খঙলমদে। ঐদি খঙখিদে চার্মিয়োন্না ঐবু নুংশি হায়বা! মাগী থম্মোইনুংদা লৈরিবা নুংশি মৈচাক্কু খবাক্তা মচিন তুল্লবা তেন্না য়ুংবগী অৱাবা চৈনাখোলগুম য়াম্না ৱানা খাংলমই।

ঐনা করম্না খংগনি নোংমতসু ঐনা মঙোন্দা নকশিন্না য়েংবা খোৎপসু তৌখিদনা? ঐখোয়গী অপুনবা অশা অমসুং অশেংবা থবক অদুদা পৃক্লিং চংমিন্নবা নত্তনা ঐ কৈদৌনুংদা মনাক্তা চংশিনখিদে। মহাক্কী ফজবা নিংথিজবনা ঐবু মতম খুদিং অৱাবা চোকথবা তৌহল্লমদে। মহাক্কী ফজরবা শবান, নিংথিবা মাইথোংদুনা ঐঙোন দা ঙাথু থেংথু তৌববফাও অমসুং ঐগী শমলক্তা মাগী স্বর হোল্লবফাও ঐহাক খঙলমদে। ঐনা মাবু যাম্না ফজবা মুর্ত্তি অমগুম খনখিবা নত্তনা অতৈ কবিসু নিংলুদে।

অসিগুম্বা নুংঙাইবা ৱাখল অসি লৈবগা কবি কান্নগনি নিংলমই। ঐদি আইশিস লাইরেম্বীদা ৱাশক তৌখ্রবা অমসুং ইমা লৈবাক ইজিপকী কৎথোক্লবা মচানি। এ: লাইশিংদুনা শক্লিনি ঐ কবিসু মরাল লৈতে হাযবা, ঐগী অমসুং ক্ষেম লৈবাক্কী অৱাবা ওইগদবা মরমগীদমক।

নুপীগী নুংশিবা হায়বশি কয়াদ ঙকখ্রবনো? মসি হৌরকপদা অসুক্কী মতিক পিকই অদুবু অবোইবা মতমদদি হায়ফম খংদমখে চাও শাংলকই। য়েংঙু, অহ'নবদা চাওববা চীংজাও অমদগী কাপথোবকপা ঈশিং মরিক্লম পিশক পিক্লা উগনি। অদুগা অবোইবদা কমদৌরবা? মসি চাওরবা শাফু কল্লবা ঈচেল চেনবা অচৌবা তুবেল অমগুম নুংঙাইবগী হি কযা জহাজ কয়াবু তাওদুনা পৃবা ঙমই অমসুং নুংশি মোমোন মিনোক্কী ফজরবা লমদম কয়াসু মানা শেন্বা ঙমই। কন্না চেন্থরিবা তুরেলগী ইচেলগুম অশাগী লৌবুক লমহাং কয়াবু তাউথোকপা ঙন্বা ইচেলনি। মরমদি, মসি মশক উবা ঙমদবা পোৎশকসি ওইরকপা মতমদা ঈশ্বর মানা নুপীগী নুংশিববু মাগী যৌরাংগী মনুংদা থমই। মসিনা অনেম্বদগী অৱাংবদা থাঙ্গৎলি অদুগা পৃকচেল চাওবদু অনেম্বদা লৈবা ইফুল মরক্তা তিনহল্লি।

নুপী হায়বসি মহৌশা লাইরেম্বীগী অঙকপা থৌওং অমনি। অফবগা ফত্তবগা তোংঙান তোংঙান চৎমিন্নবা য়ারোই। নহাক্কী থৌনা পাঙ্গল পূম্নমক মহাক্কীদি অশোনবনি। মাগী নুংশিবগী লৈশাৎ তমজরকপদু থৌশাদবা - লৈখোক্লুনা চৎপা য়াদে, মরমদি থৌশারুদবা মৈরিক্লা পূম্নমকপু চাকথেকপা নৎত্রগা মাংহনবা ঙমই। মাদি নহাক্কীনি, মানা নঙবু ফাদুনা থম্বনি। মানা শোকপদা নঙগী মিংচৎ হন্থরবনি অকনবা ঈশিং ইচেলনা

থিংলম্বা পল নমখাইখিবগুম। নঙনা শাগদবা অশাগী অৱাংবা য়ুম-কৈ কয়া শাগৎলু অদুবু শারিবদু মহাক্কিনি।

লেদি চার্মিয়োন্না ঐবু নুংশিরমই কনা তাহন খংহন্দনা অদুবু ঐনা করিসু খঙদনা মাবু ইচল অমগুম তৌনা লোইনরমই। খূৎকা খূৎকা পাইনরগা ঐখোয়গী থবক্তু লোইশিন্নবা তৌবমই। অসুম্না থৌরাং পূম্বা শেম শাবা লোইরমই।

ঐখোয়না খূৎ থাগদবা অহিং অদুগী মমাং অহিদুদা রানিগী কোনুংদা য়াম্না হরাও তয়াম্বা অমা তৌরমই। হায়রিবা অহিং অদুমক্তদা ঐনা খুরাগা উনরমই। মাগী মনাক্তা নুপা ৫০০ গী লুচিংবা (কেপতেন) খরসু লৈরমই। মখোয় অদুনা কোনুং মনুংদা অহিং নোংয়াইদা লান্দাবক্কদবনি।

অদুগা ঐনা ক্লিওপত্রা হেক হাৎপগা রোমান শিফাইশিং অমসুং গেল্লিক লেজননেবিশিংদু থাংনা য়ান্দুনা হাৎকদবনি।

হায়রিবা নুমীৎ অদুমক্তদা ঐনা কেপতেন পাউলশপু ফত্তবা থবক অমত্তং তৌবিনবা ৱানোল্লমই। মহাক্তি ঐগী মী ওইবদুনা ঐনা তৌ হাযবা থবক খুদিং হেক্তা তৌগনি। থবক অদুগী অফ ফত্তা মহাক্তি করিসু য়েংলোই।

পুক্লিংদা তঙ্খাই অমনা কিবা অদুগা তঙ্খাই অমনা ফংগদবা মনাসু চাওবা অদু খন্দুনা মাগী নাক্তা চংশিল্লমই। ঐনা মঙোন্দা মথং নুমীৎকী অহিংদা ঐনা ইঙ্গিৎ তৌবকপদা মহাক্না গেৎ মচাদু হাংদোক্লুনা থমনবা হায়বমই।

খুজিন থৌবাং পূম্নমক শেম শাবা লোইরমই। চহি ৫০০ হেন্না শেমগৎচরকপা লৈ অদু শাৎকদবা পুংফমদা লৈরমই। খূৎলাই পাইবা লাল্মী কোমপেনি কোমপেনি সহর খুদিংমক্তা পুনশিন পুনশিন্না লৈরমই। অবুদগী অথু ফাওবা পূম্নমক শেম শাদুনা লৈনরমই। লোন্না পাউ পিবা নুপাশিংনা থোঙদা নৎত্রগা থোংনাওদা ক্লিওপত্রা শিবে হাযবগী পাউ লৌগদৌবগী ঙাইবমই।

অমুনবা হৈদু কেল্লক্লুনা খূৎতা পাইবগুম ঐখোয়না মঙ্গল ওইবগী মতাংদু ঐগী খুত্তা পাইরমই। অদুম ওইনমক ঐহাক্না নিংথৌ ওইরবগুম ঐগী থম্মোই ইরুম লুমথবমই অমসুং ঐগী পূক্লিংদা অৱাবা অমা লাক্লে হায়বগী মমি তাবমই।

ঐহাক পূম্নমক্না ইকাই খুম্নবা অচৌবা ফম অমা পাইদুনা রানি ক্লিওপত্রাগী মনাক্তা য়াম্না লেমনা ফমলমই। ঐহাক্না কোর্তা লাক্লীবা অঙম অথৌশিং অমদি মমিং লৈরবা মীশিংগী ওইবা পরেং পরেংশিংদু য়েংথরমই। মখোয়শিংদু অরংবা মনিমুক্তানা থবাক্তা লৈতেংলবা অমদি লৈপরেংশিংনা ঙকশমদা লৈতেং তৌরবা ঙাক্তনি। মখোয়শিংদুগী মরক্তা ঐনা হাৎকদবা মী কয়াসু য়াওরমই।

ঐহাক্না রানি ক্লিওপত্রাদা য়েংদুনা লৈরমই। মহাক্না মনম নুংশিরবা য়ু থক্লমই অদুগা অতর গুলাপ অমনা লাইবক্তা শোক্তুনা - থেংদুনা শান্নরমই। ঐনা ঐগী ফিনুংদা থম্লীবা অচৌবা থাংদুনা মাগী থবাক্তা করম্না থিনশিগে খল্লমই। ঐনা মাবু হন্না হন্না য়েংলগা মহাক শোইদনা শিরগনি নিংলমই। মাগী তুংদা লেপলিবী লেদি চার্মিয়োন্না ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলকখি। মাগী ইচম চমজবী মাইথোং অদুনা থাজরমগনি, মহাক্কী খুজিন থৌরাংনা রানি ক্লিওপত্রা ঙসি শিরগনি হায়না। কনানা ঙমগনি, লৈশাবী অমগী পূক্লিংদা অশুক য়াম্না লুখ্রবা অমসুং অরোনবা থৌরাং অসি হায়দোক্তনা থম্বা?

ঐহাক্না য়েংলুরগা থম্মোইনুংদা নুংঙাইতবা ফাওরমই মরমদি ঐগী শিংহাসন অসি ঈনা ইঙাং ঙাংগদৌরি খনবদগী। হায়রিবা পুংফমদুদা ঐনা তশেংবমক পামজখি ঐশে ইচম চম্বা নুপী অমগী নুপা অমা ওইবা। ঐবু মরু অদু লংলুচো হায়না থারকপদু শিবগী মরু ওইরমই। অদুনা ঐ হৌজিক অঙাংবা উহৈদু হেকপা তাই।

“করিনা হর্মাচিশ নঙবু অৱাবা ৱাখল অমসুং নুংঙাইতবা শক্তম ওইহনবগে?” রানিনা হংলকখি। মাগী ৱাহংদু তপ্না মোমোন নোক্লগা হংলকখিবনি।

“থৱানমিচাকশিংদু অমগা অমগা য়েৎশিন্নৱা, ঐগী পাঞ্জি? নৎত্রগা নহাক্কী অনৌবা মিত্রংগী থৌরাং তৌরিৱা? হায়য়ু নহাক্কী মাইথোংদু ইমক মকশিল্লি, ময়াম হরাওবসু য়াওদবগুম তৌই! নঙগী মীৎয়েংদগী ঐখোয় নুপীশিংনা য়াম্না তাথনা খঙবা ঙমই। ঐনা ৱাশক্তুনা হায়রি - নহাকশি ইরোজ লাইরেম্বীনা পুথোকপনি।”

“ও, রানি! ঐ করিসু তৌদে!” ঐনা পাউখুম পিরমই। তানজদুদা রানি ক্লিওপত্রানা ঐঙোন্দা ঙাথরকখি অদুগা তপ্না য়েংবা মীৎয়েংনা ঐবু য়াম্না কুইনা য়েংদুনা লৈরমই। মাগী অদুগুম্বা নুংশিবা মীৎয়েংদুদা ঐনা পূক্লিংদা হাৎকে খনজরবসু ঐগী শিংলিদা অপাম নুংশিগী ইচেল অমা ফাওরকখি।

“চাওথোক্কনু, চাওথোকচবা ইজিপকী পাখঙ!” মহাক্না ঐগী নাকোং ময়াদা তুমিন্না হায়রকখি। মাগী খোঞ্জেলদু অসুক্কী মতিক শোন্না পিকনা হায়রকখি মদুদি চার্মিয়োন অমসুং ঐ নত্তনা কনাসু তাবা ফংখিদে।

“ঐগী মিত্রংনা নহাক্কী যাদু মিত্রংগা লাম্বা তৌরকপা য়াই নিংবদগী নঙ ঐবু তেহন্নবা তৌবনি! করম্বা নুপীনা ঙাকপিবা ঙমগনি নুপা অমনা নুপীবু করিসু লৈতবা পোৎশক্তুম ইম্থোরকপা মতমদা? মসিদি, নুপী ওইবিনা মশাদা ফি য়াওদ্রবা মতমদা ইকাইবা পিবনি।” রানিনা অমুকসু হন্না ঐগী তুংদা ঙাথরকখি অদুগা নোক্লমই।

অদুবু মিকুপ্পুদা হন্না য়েংখৎলুবদা চার্মিয়োন্না ময়ানা মচিন চিক্লগা অশাওবা উৎতুনা পিশুম শুক্তোক্লমই।

“ইজিপকী রানি, ঐবু ঙাকপিয়ু!” ঐনা য়াম্না তন্না খুমলমই, ঐগী লৈজবা পাইরক্কী লৌশিং পুথোক্তুনা। “সগগী রানিগী মাংদা থৱানমিচাকফাওবা মঙাল ফুদোকপা

ঙমদনা তাইফেৎ তাইরে! ঐনা হায়জরিবসি অতিয়াদা ঙাল্লিবা থাজবুনি। মহাক্তি শেংলবা ইমাগী খুদমনি।" রানিনা হায়রকই - "মফমসিদা লৌশিং য়াম্না শিংবা পাঞ্জি অমা লৈরে। মাদি মীগী থাগৎ ৱাহৈশিংবু ওইহননিংবা মওংদা ওইহনবা ঙম্বা নুপানি। নত্তে, অসিগুম্বা অঙকপা লাইশিংনা ৱারৌগদবা অসিবু খংজিনহৌদনা চৎখিবদি যারোই। চার্মিয়োন, ঐগী শমদা গুলাপ লৈগী লুহুপসি লৌথোক্লগা হার্মাচিশগী নাদা থেৎলু অদুগা মহাকপু নুংশিবগী নিংথৌ ওইনা লুহুপ উপলবনি হায়যু!"

চার্মিয়োন্না লৈগী লুহুপতু ক্লিওপত্রাদগী লৌথোক্লগা মদু ঐগী কোক্তা থমলমই মনম য়াম্না নুংশিনা। চার্মিয়োন্না ঐগী নাকোং ময়াদা তুমিন্না চিরোন তৌনা হায়রকই - "নিংথৌমচা হার্মাচিশ!" চার্মিয়োন্দী, মাবু শাওহল্লবা মতমদা নৎত্রগা কল্লক মিহৌবনা ৱাহল্লবা মতমদা অঙাংদৌনা থবক তৌই। মহাক্লা লৈগী লুহুপ্তু ঐগী কোক্তা উপশিনবিরবা তুংদা মহাক্লা ঐগী মাঙদা হায়রমই - "হার্মাচিশ - নুংশিবগী নিংথৌ!" অদুদগী ক্লিওপত্রনা নোক্লমই অদুগা ঐবু নুংশিবগী নিংথৌ হায়না মিংথোল পিরমই। মসিগী মরমদি অলেকজেন্দ্রিযা হায়বা সহরসিদা নুপী নহাদা য়েংদবা অমসুং নুপীদগী যাম্না থাপতোক্লা লৈবা নুপাদু মযাম্না নুংশিনদে - হঙ্গোইনৈ।

অদুবু ঐনা মোমোন নোক্লগা ফমদুনা অদুম লৈরমই। ঐগী পূক্লিংদদি শাওনিংবনা হাৎনিং তুপনিংবগী ৱাখল পোক্লমই। ঐনা চার্মিয়োনবু শাওনিংলমই মহাক্লা খ্বাইদগী হৌনা লাউনা নোক্লকপা মতমদা।

মখোয়না লংনবা ওই - ফাগী তৌবা ওই হায়রমই - "নুংশিবগী নিংথৌ!" মনম নুংশিরবা গুলাপ লৈগী লুহুপ্তু উপ্পীরকপা মতমদা ঐনা অমাং অতা লৈরোইদৌবা অবুথিশগী হোলদা ফারাওহ ওইরে হায়না ময়াম্না লাউথোকখিবদু নিংশিলকখি।

ঐনা ফাগি তৌবা ওইনা হায়রমই হৌগৎতুনা বানি ক্লিওপত্রাবু নোল্লুক্লা খুকন্নগা - "ভেনস, হায়রিবা গ্রহসি অয়ুক্তা উরগা দোনাউ অদুগা নুমিদাংৱাইদা উরগা বোনৌ হায়না খঙনৈ। মসি খঙদবশিংনা মসিবু ভেনশ, নুংশিবগী রানি হায়না মিংথোল্লি!"

অসুম্না মখোয় ময়াম্না নোকপা খেবা তৌরিঙৈদা ঐনা মফমদুদগী থোরক্লগা অৱাংবা ৱাটচিং টাউৱারদা কাখৎলমই। ঐগী কোক্তগী লৈগী লুহুপ্তু লৌথরগা ঐগী খুৎলাই মরক্তা লংশিল্লমই। ঐনা থৱানমিচাকশিংগী খোঙচৎতুদা মাই ওনশিল্লগা চার্মিয়োন য়ৌরক্লিফাও ঙাইদুনা লৈরমই। মহাক্লা চংলবসু শিরবসু হায়গদবা মী মমিংশিংদু পুরক্কদবনি অদুগা খুরানা করি হায়রকপা হায়বদুসু তাগদবগী মাবু ঙাইরমই।

অকোনবদা থোঙদু মখোল হৌদনা হাংদোরকখি অদুগা চার্মিয়োন সনা লুপানা লৈতেংলদনা অমসুং অঙৌবা ফিজোল শেৎলদুনা ঐগী নাক্তা চংলকখি।

# চেপ্টর মঙাশুবা

(ক্লিওপত্রানা হার্মাচিশ কাদা লাকপা, লেদি চার্মিয়োনগী রুমান লংথোকখিবা - রানিনা থৱানমিচাকশিংগী মরমদা ৱারি শাবা - মাগী মনাই হার্মাচিশতা খুদোল পিবা)

'চার্মিয়োন, নহাক লাকলে!' ঐনা হায়রমই। "অহিংসি ফন যাম্না থেংলে!"

" হোই, ইবুংঙো, অদুবু ঐ বানি ক্লিওপত্রগী নাক্তগী নাম্থোক্লবা উপাই লৈখিদে। ঙসি অহিংসি মাগী পূক্লিং য়াম্না নুংঙাইতনা লৈহৌই। ফত্তবা ওমঙ্গল করি লাক্কদগে ঐ খঙদে। মবম ইরৈ লৈতনা পংশাও শাওবা, মচিং মশোল নাইবা মওং য়াম্না তৌই কালেনগী অশাবা নুংশিংনা সমুদ্রাগী ইথক ইপোমদা হুমথবগুম তৌই।"

"ফরে ফরে, ক্লিওপত্রাগীদমক্তি মদুনা য়ারে! নহাক ঐখোয় খুবাগা উনরকপ্রা?"

" হোয়, নিংথৌমচা হার্মাচিশ!"

"অদুগা অরোইবা মীং পরেংদু য়াওবিব্রা?

" হোয়, মখোয়দু শিদা লৈরে।" অসি হায়রগা চার্মিয়োনা মাগী থবাক্তগী মীশিংগী মমিং পরেংদু চিংথোরকখি। "শিদা লৈরিবা মী মমিং পরেংসি রানি ক্লিওপত্রগী তুংদা থাংনা য়াম্দুনা হাংকদবা ঙাক্তনি। মখোয়গী মরক্তা, নঙনা খঙজিনগদবা মী অমগী মমিং অহল ওইরবা গাউল ব্রেননুশনি। ঐনা মাগীদমক ৱাজৈ মরমদি মহাক ঐখোয়গী মরুপনি অদুম ওইনমক মহাকপুসু হাংকদবনি। মী মমিং পরেংশি য়াম্না শাংঙি - মী য়ামই।"

"মদু শাংসনু - য়ামশনু!" ঐনা হায়রমই। মীশিংনা ইরকপা মতমদা মীরৈবাক্কী অমসুং নোবলমেনশিংদু মখোয়না আইতেম চিংথবা তৌরক্তে। অদুগা ঐখোয়গী মীরৈবাক মচাশিংদি শাংগনি। তৌগদবদু শোয়দনা তৌবা তাবনি। হৌজিক মথংদা করি?" "শিদা লৈবিবা মমিং পরেং অসিনা মথ্বাই কনবিগদবা অমসুং ঙাকপিগদবা ঙাক্তনি মরুপ মপাং ওইনা নৎত্রগা খংদবা ওইবগসু। অদুগা মসিনা সহরশিংগী ওইবনি, মখোয়সি পাউ হেক তাবগা লালহৌ তৌরক্কদবা ঙাক্তনি, ক্লিওপত্রা শিরে হেক তাবগা হৌরক্কদবা কাংবুনি।"

"য়াম্না ফরে! অদুগা হৌজিক" ঐনা ঙহাক্তং লেপ্লগা লৈরমই, "অদুগা হৌজিক ক্লিওপত্রা হাৎপগী মতাংসি কমদৌসিগে? নহাক্না করম্না লেপ্পগে? ঐগী খুৎনা থাং পাইরগা হাৎশিরা?"

চার্মিয়োন্না খুমলমই - "হোই অদুম্না তৌশি!" ঐনা মাগী থব্রাই নুংঙাতবা মওং অমদি মখোঞ্জেল খজিক্তং নিকপদু ঐনা খংজিল্লমই।

চার্মিয়োন্না হায়বকই - "মদুদা কবিসু চিংননিংঙাই ওইদে। ফারাওহনা নহাক্কী নখুৎ মক্না অরানবা রানি, কান্নদবা নুপী অমবু লৌথোকপা হাযর্বাস নহাক্তগী নখূৎতা ওইগদবনি। নহাক্না অমুক থাবা খূৎথাদা ইজিপ্পু নিংতমহন্নবগী য়োৎহ্লিংদু মতুপ মতুপ থোক্না ককথৎপিগদবনি!"

ঐনা হায়রমই - "অদুম্না ঙাংগনু লৈশাবী!" "নঙনা ফজনা খংলিবনি - মসি ঐগী ব্রাশক অমা ওইনা অমসুং তৌদবা য়াদবা অমা ওইনা ঐনা মসি তৌগনি। মাবু হু পিজদুনা হাৎপা ঙমলোইদ্রা নৎত্রগা রানিগী মনাক্তা থবক তৌবী অমদা পৈশা স্না পিরগা মসি তৌহনবা ঙমলোইদ্রা? তশেংবমক অসিগুম্বা নুংশি খংদবা হাৎপা খোৎপগী থবকসি ঐগী থব্রাইনা পামদে। ঐনা মাগী মরালদু ঙাকপিগনি, অব্রাবা তাহল্লোই। নঙনা থাজবা অমসুং নুংশিবা মী অমনা থবক অসি পাংথোকপা ঙমলোইদ্রা?"

"শোইদনমক্কী! ফারাওহসি য়াম্না থোৎ ইংমনখ্রে। পূম্নমক কাউথোক্লগা, নহাক্কী থাংনা রানিবু মঙক ককপা অদুদা পূম্নমক লৈবে! তাবিয়ু হার্মাচিশ থবক্তু নহাক নথন্তা ওইনা তৌবিগদবনি! ঐহাক্না অকনবা খূৎ পাল্লন্নবদি থবক অসি ঐনা তৌগনি। অদুবু অদুগুম্বা অকনবা পাম্বোমদু ঐগী লৈতে। হু পিথক্তুনা হাৎপসু য়াই অদুবু ঐনা মাগী মচিন পাইরগা পিথক্কদৌরিবা হুদু মখোয় নুপী অহুম্না মথং মথং তংদুনা নৎত্রগা খজিক্তং থক্তুনা য়েংহনগনি। হায়রিবা মখোয় অহুমদু শেল-সনা পিদুনা ব্রানোম্বা য়ারোই।

অদুগী মথক্তা মনুংদা লৈবা গাঁদ অমসুং অতৈ নুপীশিং অমত্তা থাজা যাবা যাওদে। পূন্নমক মপুক শেংদবা, মপূক্লিং হুৎ ফেৎ তৌবা ঙাক্তনি। অনি অমদি ঐখোযদা ৱাশক শকখ্রর্বনি অদুবু অহুমশুবদু ঐখোযদা যাও হায়বা যাবোই। মহাক্তু হান্না মঙক কক্তুনা হাৎকদবনি।

অশেংবমক অসুক যাম্বা মী শিববা মতমদা বানিগী মনাই অচানবী চানদবীকবি চিংনবা লৈ। হযেং অহিং পুং ৯তাবদা নহাক্লা অবোইবা লানজংদু কবিনা ফগদগে য়েংঙু। অদুদগী ঐগা লোইননা মখাদা কুমথশি, খূৎতা ঐখোযগী পাশ অদু পাইবগা মপানগী কাদা যৌশি। নহাক্লা থবানমিচাকশিংনা কবি পাউজেল পিবিবগে যেংথোক্কদবনি। বানিনা চে অমা (পাপিবশ) পাবিউেদা নহাক্লা মতুংলোমদগী থাংনা যাল্লকপা ঙমলোইদ্রা। নঙনা পাহবিবা থাংদু খূৎপাই চেৎনা পাইগদবনি। নহাক্লা পাশ অদু পাইবগা মপান্দা গাঁদ লৈবা অদু ৩ন্না চৎকনি। মখোয কনাসু বানিগী কাদা চংহন্দে। খব থাপ্লন্যা বানি হাৎপগী মখোল তাবা ঙমলোই। অদুদগী গাঁদ তৌবিবা শিফাইদু থাংনা কক্কদবনি। ঐখোয অনি পূল্লগা পাউলশকী নাক্তা চৎকনি। মহাক অমসুং অতৈ খবণা নাকন্দা লৈবা গেৎ অদু লাউনা হাংদোহনগনি। লাউনা হাংদোক্লবা গেৎ অদুদা নঙগী হুবা শেপা অমসুং অখন্নবা নুপা ৫০০ গা লোইননা কোনুং মনুংদা থাংনা যান যান্দুনা লোইশিনবা ঙমগনি। কবিগীনো অসুক লাইবা থবকশিবো কিবিবা? নুপীদৌনা অপিকপা বাখল লাক্তবা ওইশনু। থাং অসিনা থিনবা কবিগী কিবিবা? লৈবাকশিংগী নিংতম্বা ফংনবগীদমা। নঙগী থৌনাদা লৈবো।"

ঐনা হায়বমই - "হুশ! মাস কবিনো? ঐ মখোল অমা তাই!"

মিকুপ্তুদা চার্মিযোন্না থোঙদা চেম্পোক্তুনা যেংঙি। মহাক্লা থুনা হল্লক্তুনা খুদোম্বীনা মচিন্দা থন্নগা - "লাক্লিবদু বানি ক্লিওপত্রানি!"

বাননা শিঁডি কাখৎলকপগী তুংদা মানা ইবাশতা মথন্তা থনন্নগা চৎলো হাযবদু ঐনা তাবমই। থেংলবা অহিংশিদা ঐখোয অনিতা মী অতৈ খঙহনবা যাদে হাযখিবসু ঐনা তাবমই। মসি অঙকপনি মহাক্লা ঐবু চিংনবম্বা যাই। মফমসিদা মহাক্লা কবি পামলিবনো? ঐনা কবি লোৎপা ঙমগনি?

ঐনা লৈথোক্তুনা যেংথোক্লমই। কাদুগী অবোইবদা খব থাপতোকপা মফমদা ফিনা শেম্বা পাঁদাব অমা লৈবমই। মদু অথাবা ফক্লাংদা ঐগী পোৎচৈ থমফম ওইনা শেম্বা অবোনবা মফমনি।

খূৎনা থিল্লগা "মদুদা থুনা নঙ ...." ঐনা হাযবমই। চার্মিযোন্দু পাইশিনখিদুনা পাঁদাব হাযদোক্লগা লোৎখিবমই। ঐনা শিবা যাবা পাপিবশ মকোলশিংদু

থবাক্তা লোৎশিল্লমই অদুগা অতোপ্পা চার্ট অমদা যেংদুনা লৈবমই। ঐনা যাম্না থুনা নুপীগী মফি মবোল শেৎপগী মখোল তাবমই অদুগা থোঙদা যাম্না তপ্না থিল্লকপগী মখোল তাবমই।

ঐনা তপ্লপ লাউবমই - "চংঙকউ, অমা ওইববসু অমা ওইববসু!

বানি ক্লিওপত্রানা পৌবোলদু থাঙ্গৎলগা মনুংদা চংলকই। মহাক বানি ওইবগী ফিজেৎ লৈতেং তৌবগা মহাক্কী অমুবা শমদু ইচাই চাইনা তাবদুনা অমসুং সনাগী লিন অমনা লুহুপ ওইনা লৈতেংলদুনা। মৈঙান্দা সনাগী লিন্দু ইব লঙনা মীৎ থক্লা ঙাম্বোকলমই।

ফমফম অমদা ফমথবগা, স্বব অমা হোন্দোক্লদুনা বানি ক্লিওপত্রনা হায়বকই - "অচুম্বনি' সগ যৌবা কৈবাক্তনা কাবা অর্রাবা ওইগনি অমসুং খুদোংথিবা কযা থেংনগনি। এ: ঐ ব্রাবে, চোকথবে মবমদি কাখৎলকপদ শিঙ যামনখ্রে! ঐগী পাঞ্জি, নঙগা উনবা অসিনা ঐঙোন্দা নিংশিংহল্লি নঙনা শিবা হৃম্বগী থবক তৌবদ।"

ঐনা বানিবু খুকল্লগা হায়বমই "ও, বানি ঐবু যাম্না হেঞ্জিন্না ইকাহ খুম্নবিবে!"

"নঙ হৌজিক কবি তৌবিবা? নমাই ইমক মকশিন্না অমসুং মাহথোংদা অশাওবগী মমি তাবিবদু কবি তৌবে। নহাক্তি পাঞ্জি তৌবা থবক অসিগাদমক্তি অঙা ওইমনখ্রে অমসুং নশক ফজমনখ্রে, হর্মাচিশ। নহাক্তি এনা পিজাখবা লৈগী লুহুপ্পু নঙগী খুৎলাই পৈবিবা মফমদা লংশিন্দুনা থম্বাবে। মাসংখ্বা লুহুপ অসি অতৈ নিংথৌশিংদি হবাওনা লৌশিল্লি অদুবু নহাক্তি কবিসু কান্নফম লৈতবা পোৎশক্কুম লংথোক্কুনা থমই। নহাকপু কবম্বা নুপানো অদুবু ঙাইখো, মসিদি কবিনো? আইশ লাইবেম্বীনা পিবকপা নুপীগী কমাল! নত্তে, হর্মাচিশ, মসিগী কমালশি মতৌ কবম্না মফমসি যৌবকপগে? অসিগুম্বা নুপী ঐখোযগী ফজবা কমাল অসিসু পাঞ্জি যেংবদা খুৎলাই ওইনা শিজিন্নব্র? ওহ; ঐনা নঙগী হুবানবা ফাবববা? অশেংবা নহাকপু লৌশিং লৈবা লমহুইবা?"

"নত্তে, ইজিপকী বানি, নত্তে!" ঐনা হায়বমই। চার্মিযোনগী ঙক্তগী তাহৌবা কমালদু অঙকপা হৈনদবা মওংনি। "ঐ তশেংবমক খঙজদে, ফজববা কমালশি মতৌ কবম্না শিদা যৌবক্লিবনো। কনাগুম্বী নুপী অমদগী তাহৌবা ওইবম্বা যাই, মসিগী কা অসিবু শেংবা খোৎপা তৌবী অমদগী"। বানিনা ইতন তন্না খুমসমই - "এহ, অসিগী কমালশিবো! শোযদনমক্কী কা অসিবু শেংবা মীনাই নুপীশিংনা অসিগুম্বা মমল যাম্বা শিলক্লা শাবা অসি লৈবমগনি। মচু মখল মখলনা মপান চনবা ঐনা মসি পাইবদা ঐ

কবিসু ইকাইবোই। অশেংবা মসি উবদা ঐনা পামজখি'' বানিনা কমালদু মগী ঙকশমদা যেৎশিনখিবমই অদুগা মাগী ঙৌববা মখূৎনা কমালগী মচি মচিদু তকথোক নাম্থোকলমই।

বানিনা হাযবকই - ''মসি নহাক্কী মীৎযেংদদি শেংদবা পোৎশক অমনি, অদুবু নহাক্কী কমালসি থবাক্তা লোৎতুনা থমউ নঙগী থম্মোইগা নক্লা মসি লোৎতুনা থম্মু।''

ঐহাক্লা কমালদু লৌবগা চিন্দা মুকম মুকম শোল্লমই অদুগা প্লেৎফোমদা চৎলমই। মফমদুদা ঐনা থব্রানমিচাকশিংদু যেংলমই। ঐনা কমালদু শুক শুক নৈবগা অমসুং মতুম তাবগা মখাদা লংথোক্লমই।

অদুম তৌবদুদা ক্লিওপত্রানা অমুকসু নোক্লমই। ''নত্তে, হৌজিক অমুক্তা খল্লু।'' মহাক্লা লাউনা হাযবমই। ''কমালদগী মপু নপাদুনা কবি হাযগনি মানা উবা ঙমলল্লবদি। মহাক্কী নুংশিবগী খুদোলদু পূম্নমক্কা মাঙদা লংথোক্কুনা লৈবদু হর্মাচিশ, ঐনা পিজখিবা খুদোলসু অসুম্না লংথোকপা তৌবমগনি। যেংঙু, গুলাপশিংসে মনা পৎথবে, মাঙদা থম্লগা যেংঙু।'' বানিনা নোম্ন্দুনা লৈগী লৃহুপ্পু লৌখৎলগা ঐঙোন্দা অমক পিবকখি।

ঐহাক তৌফম খঙদনা মিকুপ অমা অনি ভুমিন্না লৈবমই। ঐগা পূক্লিংদ মহাক্কীদু লৌবগা লংথোকখিবা কমাল মদুগী মনাব তম্না লংখ্রশিবা নিংলমই। অদুবু মদুদগী খব হেন্না ফগদবা অমা খল্লমই।

ঐনা হংনা তপ্না খুমল্লমই ''নত্তে, মসিদি বানি ক্লিওপত্রাগী খুদোলনি। ঐনা মসি চেকশিন্না থমজগনি।'' ঐনা বা ঙা লইৎউদা চার্মিযোনগী পাদাবদু লেং লেং চৎলকখি। ঐনা অহিং অদু কবিসু লৈতবা বাফম অমগীদমক যাম্না বখি।

বানিনা ঐঙোন্দা মুন্না যেংলগা হাযবকই ''নুংশিবগী নিংথৌ হর্মাচিশ, ঐবু ঙাকপিবগীদমক ঐনা থাগৎচবি।'' মানা মখা তানা হাযবকই - ''লাকও বেলকোনিদা ফাখৎশি অদুগা থবানমিচাকশিংগী অঙকপা খোংচৎকী মবমদা ঐঙোন্দা হাযবিযু। ঐদি মখোযবু যাম্না নুংশিজে। মখোযদি মশাগী ওইবা মঙালনা ইবং লংদুনা লৈ অমসুং যাম্না ইং ওক্লী। মখোযদি অবা-অনা মযাম্না থল্লবা পথিবী অসিদগী যাম্না থাপ্না লৈ। ঐদি মফমদুদা লৈনিংঙি অহাংবা শংবান্নবা অতিযাদা।

নত্তে হর্মাচিশ, কনানা হাযবা ঙমগনি মথক্তা উবিবা থব্রানমিচাকশিং অসিনা ঐখোয পুক্সিদা থোকলিবা অসিগা মবি লৈননা মখোযসু শকক যাবমগনি? মখোযনা লৈনা লৈনা চৎপদা ঐখোয পুন্সি লম্বেলগা মবি লৈনবম্বসু যাই। মসি অচুম্বা ওইবম্বসু যাই - মথক্তা তনিক তনিক ঙাল্লিবা থব্রানমিচাকশিংসি শিখ্রবা মী শিংগী থব্রাই ওইবম্বসু যাই। মখোযশিংদু অসুম অসুম চাওথোবক্কুনা অবংবা মঙাল যাওনা ফজবা অমা

ওইরকই। মখোয়বু অঙানবা থাউমৈ অতিয়াদা য়ান্দুনা থম্বা জাৎলা? অহিং অহিংদা লাইশিংগী মকোক্না মশা পান্দুনা পাইখৎলগা মখোয়শিংদু মৈবুনগুম চাওনা ঙালহনবা ওইরমগদ্রা? নঙগী লৌশিং জ্ঞাণ অদু ঐঙোন্দা পিযু মরমদি ঐ করিসু খঙদবী নুপী অমনি। অদুবু ঐগী থম্মোইদি য়াম্না চাওই, নহাক্না পিবা জ্ঞাণশিংদু পূক্লিংদা হাপচিনবা ঙমজগে।"

ক্লিওপত্রনা অৱাংবা ৱাখল খনবা ঙম্বগী তাঞ্জা অমা ফংলমই। ঐনা রানিদা হায়রমই - "অতিয়াসি মহি ওইবা মপৈ অমনি। মদুনা পৃথিবীবু নমদুনা ফাদুনা থম্বা অদুগা নুংশিংনা যূম্বী মখোঙগুম ঙাকখৎতুনা লৈ। মথক্তা উরিবা শংবান্নবা অসি সগগী ওইবা মহাসাগরনি। গ্রহশিংনা তাওদুনা চৎতুনা লৈ, জহাজশিংনা সমুদ্রাদা চৎপগুম। মখোয় মখোয়না চৎকদবা লম্বীদা কাইদনা চৎলি।

লেপ্পা লৈতনা চৎলিবা গ্রহশিংগী লম্বেলদা গ্রহ ভেনশ দোনাও হায়রগসু খঙনবা - অয়ুক্তা উরগা অয়ুক্কী থৱানমিচাক, নুংদাংৱাইদা উরগা ইভন্নীং ষ্টার হায়না খঙনৈ। ঐনা লেপ্পা লেপ্পা ৱা ঙাংলিঙৈদা রানিদি নিংগাঙনা ফমথরমই অদুগা মখূৎ অনিমক মখুউদা থমলমই। অদুগা মহাক্না য়াম্না মুন্না ঐঙোন্দা য়েংলকখি।

মানা হায়রকই - ভেনশ হায়রিবা গ্রহশি অয়ুক্তসু নুমিদাংদসু উবা ফংঙি হায়বা মাবু লেতিন লোন্দা হায়বশি নহাক্তি পামলমলোই। ফরে, ঐনা খঙবা থাইনগী লোন্দা ৱারি শাসি। মহাক্না মখা তানা ঐখোয়গী লোন্দা ৱারি তৌবা হৌরমই। মদুনা হেন্না থোইনা তাবদা নুংশিবা পোকলমই।

রানিনা হায়রমই - "মতিক চানা থৱানমিচাকশিংদি থোকই অদুবু মখোয় তনিক তনিক নিক্না অতিয়াদা ঙাল্লি। নঙগী মাইথোংদা ৱাখল অমদি নুংঙাইতবগী মমি তারম্বদু লৈখিদ্রে! হর্মাচিশ, নঙ নহা ওইমনখ্রে অসিগুম্বা লাইফাও তিনফাওগী থবক অসিগীদমক! ঐনা নঙগী অফবা থবক অমগীদমক খল্লিবনি! নহাক চহি কয়া শুরবগে? ঐনা খুমলমই - "ঐ চহি কুনতরুক শুরে, রানি! ঐহাক শোমৌ থাগী হুমনি পানবদা পোকলমই।"

করিগী, অদু ওইরবদি ঐখোয় অনি নোংমতদা পোকমিন্নখিবনি তোঙান তোঙানবা লম ওইজরবসু। "মহাক্না লাউনা হায়রকখি। মরমদি ঐসু চহি ২৬ শুরে অদুগা পোকপসু শোমৌ থাগী হুমনি পানবা নুমীৎতা পোকখি। ঐখোয় অসুম্না হায়বশি ইকাইনিংঙাই করিসু ওইদে। ঐনা করিগুম্বা ইজিপকী মনুংদা খ্বাইদগী মশক ফজবী - নিংথিবী ওইরবদি, নঙোন্দগী হেন্না কনবা, হেন্না ফজবা ইজিপ্তা নুপা কনাসু লৈতে, এ: হেন্না লাইরিক লাইসু হৈবা কনাসু লৈতে। নোংমতদা পোকমিন্নখিবা অসিনা তশেংনা তাকচরে ঐখোয় অনি পূন্না লেপমিন্নদুনা, ঐনা রানি অমা ওইনা অদুগা নহাক্না অকনবা যূম্বী অমা ওইনা ইজিপকী শিংহাসনবু, অমনা অমগী মতেং পাংনদুনা ঙাক শেনসি!"

ঐনা খুমলমই - "অমনা অমগী অৱাবদা ওইবা য়াই!" মহাক্কী নুংশিবা অমসুং অথুন্বা ৱাহৈশিংদুনা ঐগী নাকোঙদা য়ৈরমই।

"নত্তে, অৱাবগী ৱাদু অমুক হন্না ঙাংলক্কনু! ঐগী নাক্তা ফমথরকউ! হর্মাচিশ, ঐখোয় অনি ৱারি শাসি অদুবু রানি অমসুং মাগী মখাদা থবক তৌবা মী অমা ওইনা নত্তবা, মরুপ অমনা মরুপ অমগী মফমদা শাবা ৱারি ওইনা। ঙসি অহিংদা চাক চান্নবা অদুদা নঙ ঐবু শাওখি মরমদি ঐনা লৈগী লুহুপ পিবা মতমদা ঐনা লংন্নবগুম, ফাগী তৌবগুম তৌখিবা অদুদা। অদু নৎত্রনে? নত্তে, মদু ফাগি তৌবনি!

রানি ওইবশি মাগী মথৌ নৎত্রগা মাগী থবকশিং কয়াম লুবগে নঙ খঙলবরা? ঐনা কয়াম ৱানা মতম লেপ্লি নঙনা খঙবা ঙমলোই। ঐনা ৱারবা মতমদু ফাগি ফরাং তৌদুনা মতম লেন্নবা তৌই। ওহ, মখোয় নিংথৌমচাশিং অমসুং অঙম অথৌশিংদুনা ঐবু ওহ্লোক্লা ৱাহল্লি। মফি কৌনা শেৎপা রোমানশিংদুনা য়াম্না চাওথোকপা অদুনা ঐগী থম্মোইনুংদা অনাবা ফাওহল্লি। মখোয় রোমানশিংসে ঐগী মাংদনা ঐগী মনাই ঙাক্তনি হায়না ৱাশকই অদুগা ঐগী তুংদনা লংনবা - করেম্নবা তৌই। মখোয়গী রোমানগী ত্রিউমবিরগী মনাই নুপীনি খল্লি। মখোয়গী থাংনা ঐগী জুলিয়াশ শিজরবু হাৎখিবনি। ইজিপকী নুপা খুদিংনা ঐবু থিনা থিনা ঙাংনরি। ঐ খংঙি - ঐগী অঙম অথৌ পূম্নমক্লা ঐবু তুক্কচৈ! ঐনা থাজে মদুদি মখোয়না তানজা হেক ফংবগা ঐবু হাৎকনি।"

মহাক্লা ঙহাক্তং লেপ্লগা মখূৎ অনিনা মমীৎ খুমজিল্লগা লৈরমই। মদু ফরে ঐনা নিংলমই মরমদি মহাক্কী ৱাহৈশিংদুনা ঐগী থম্মোইদা হুৎতুনা চংখিবগুম নাবা ফাওরমই। ঐনা মাগী নাক্তা ফমথরগা মাগী ৱাহৈশিংদু তারমই।

"মখোয়না ঐবু য়াম্না ফত্তনা খল্লি, ঐসু খঙঙি! মখোয়না ঐবু লমচৎ য়াওদবী নুপী (ৱানতোন) হায়না কৌই। ঐনা পৃথিবীদা খ্বাইদগী কনবা অমসুং চাওরবা নুপা অদুবু নুংশিরুবা মতমদা, নুংশিবা মানা থেংলকপা-শোক্লকপা মতমদা ঐহাক্কী অপাম নুংশি মৈনা চাকলকখি।

অলেকজেন্দ্রীয়ানশিংনা ৱাশক্তুনা হায়খি ঐনা পতোলেম্মীবু হু পিথক্তুনা হাৎখিবনি অদুবু রোমানগী শিনেতরশিংনা নম্ফুদা ঐগী নুপানি হায়হনখি। অশেংবদি মদু অরানবনি। মহাক লাইহৌনা নাদুনা মতম শাংনা লৈরম্লগা শিখিবনি। মখোয় পূম্নমক্লা ঐবু য়াম্না ফত্তনা খল্লি মরম শুকলৈ লৈত্রবসু। নহাক ফাওবা ঐবু ফত্তবা নুপীনি খল্লি।

ও, হার্মচিশ, নঙগী অচুম অরানগী বিচার তৌদ্রিঙৈ মমাংদা ৱাহং অমত্তা হংনিংঙি - করি পোৎপু কল্লকপা হায়নিংলিবা? অচৌবা থাক ৱাংবা মীবু ফত্তনা খনবা

তৌদবা ফৈ। মানা ঙাংবা ব্রা অমসুং থবকশিংদু শাওদুনা লৈরবা মী মিল্লিয়ন মিল্লিয়ন্না অরানবা থিদুনা লৈবা অদুগা মাগী অরানবা মচেৎ অমত্তং উবদা মদুবু চাওনা উনবা হোৎনবা মী কয়াসু লৈরি। মসি অচুম্বনি হায়গনু। ইংনা ফজনা বিচার তৌবিয়ু , হর্মিচিশ। রানি ওইবসি নিংতম্না থবক তৌবা ঙমদে। ও, হর্মাচিশ, ঐগী মরুপ ওইবিয়ু, অদুগা কাউশেল্লরসু ওইবিয়ু! কোর্টকী নুপা ময়াম মরক্তা নুপী ইথন্তা ফম্বগুম তৌই। নহাক্কী মীৎয়েংদা ঐনা পুরা থাজবা লৈ। ঐনা নঙবু অৱাংবা থবক্তা থাঙ্গৎকে খল্লিবনি।

পূক্লিংদা ইথন্তা লৈবা ওইনা তৌবদু মখা তানা ঐ খাংবা ঙন্নরোই। ঐগা পূক্লিং ফাওদোক্লবা য়াবা নুপা অমা লৈতবা য়াদে। ঐ খংঙি, ঐগীসু ইৱাল লৈ অদুবু ঐশে মরম পূম্নমক্তা মতিক চাদবী নুপীদি নত্তে। মসিগী মরমদি ফত্তবা মরু মরাং মরকতা অফবা মরুসু অদুম য়াওই।

হায়রো হর্মাচিশ, ঐগী পূক্লিংগী অচিকপদা নুংশিবা নৎত্রগা মীনুংশি পোকলোইদ্রা? ঐগা মরুপ মপাং ওইবগী মবি থম্নীংদ্রা?"

মহাক্লা ৱাহৈশিংসি হায়রগা ঐঙোন্দা ঙাথবকখি, ঐঙোন্দা মেল্লবা মহাক্কী মখূৎনা তপ্না ইংনা নান্দুনা শান্নরমই। মহাক্কী অতিযা মচুগুম নিংথিজরবী মমীৎ অনিনা ঐগী মাইদা মুন্না য়েংদুনা লৈরমই।

মহাক্লা ঐগী থম্মোইবু জয় তৌখিবমই। মথং নুমীৎকী অহিংদা তৌগদবদু খল্লদুনা ইকাইবা অমসুং মাইথিবনা ঐহাকপু হাৎপগুম তৌবমই। মহাকপু হাৎনবা থাংদু ঐগী থবাক্তা তাদুনা লৈরমই। ঐনা কোক নোম্থরগা হিক হিক কপ্পগুম তৌরমই। ঐহাক্কী থম্মোইনুংদগী নিংবা কাইবগী অৱাবা অমা পোখাইরকপগুম তৌরমই।

অদুবু ক্লিওপত্রাদি, মাগী থৌজাল অমসুং মপূক্লিংগী ৱাখল ফোংদোকপদুনা ঐগী থম্মোইবু মানা লাকশিল্লে খন্দুনা য়াম্না নুংশিনা মোমোন নোক্লমই অদুগা হায়রমই - "অহিংশে য়াম্না থেংজিল্লক্লে। হয়েং নহাক্লা থৱানমিচাকশিংনা হায়রিবশিংদু পূরকপা মতমদা অমুক ৱারি শাসি। ঐগী নুংশিরবা মরুপ হর্মাচিশ! নঙনা পাউখুম পিবিয়ু।" অদুদগী রানিনা মাগী মখূৎতু ঐঙোন্দা চুপ্লবা পিরমই। ঐনা তৌরিবশে করিনো খঙদনা মাগী থোৎ নৌরবা মখূৎতু লৌরগা চুপলমই। মথংগী মিকুপ্তা মহাক চৎখিরমই।

ঐনা কাদুদা মহাক্লা চৎখিবদু মতুংদা য়েংদুনা লৈহৌই তুমদুনা লৈবা মী অমগুম।

# চেপ্টর তরুকশুবা

(চার্মিয়োনগী কল্লক খম্বল চাওবগী ব্রাহৈ-ব্রাতা, রানি হাৎপগী শেম শাবা অদু লংনবা ওইনা নোকপা)

ঐনা লৈগী লুহুপ্পু লৌথোক্লগা মুন্না য়েংদুনা লৈরিঙৈদা চার্মিয়োন য়াম্না শাওনা মাঙদা লেপ্পুনা লৈরমই। মহাক শাওমনখিদুনা মখোঙনা লৈপাক্তা থিল্লমই। ঐনা মঙোন্দা হায়রমই- "নঙগী লোৎফমদা মতম শাংনা লৈবদগী নখোঙ নখূৎ পংশিল্লব্রা? ঐগা রানিগা বেলকোনিদা লৈরিঙৈদা নঙ ফৎ লাউনা নাপ্থোকখিদ্রিবা করিগীনো?" মহাক্না অশাওবা মীৎয়েং অমা ঐঙোন্দা য়েংলগা হংলকখি - "ঐগী অরোনবা রুমালদু কদাইদা থমখ্রে?"

"করিগী, রুমালদু তাহৌবদু নঙ খঙদ্রা? ক্লিওপত্রানা রুমালদুগী মরমদা তকখৎতুনা ঐঙোন্দা ব্রাহং কয়া হংলকখি। ঐনা খুমফম খঙদ্রদুনা মখাদা লংথখ্রে!"

"হোয়, ঐ মদু উখি অদুবু মদু লৌখৎনবা তাঞ্জা লৈখিদে। অদুবু ঐগী রুমালদি থাপ্না লংথোকপা অদুগা ক্লিওপত্রাগী লৈগী লুহুপ্না লংথোক্তনা থমজিনবা। মদু মাগী নুংশি খুদোলনি! মরমসিনা নিংথৌ হর্মাচিশ, আইশিস লাইরেম্বীগী পূরোহিৎ, লাইশিংনা পামজদুনা নঙবু মফমসিদা থারকপা, ফারাওহ ওইবগী লুহুপ উপ্লগা, ক্ষেম লৈবাকপু ঙাক শেনগদবা ইবুংঙো, লৈবাক অসিবু ঙাক শেনবিয়ু! অদুবু ঐহাক্কী অরোনবা রুমাল ................।"

ঐনা হংলমই - "নহাক্কীদু করি হায়রিবা অর্থনো চার্মিয়োন? নঙগী পাউজেলগুম্বা ব্রাহৈশিংদু ঐ ভাপ তাদে!"

মহাক্লা খুমলমই, মকোক্তু হাইরদুনা অমসুং মাগী ঙৌরবা নিংথিবী ঙকশমদু উৎলদুনা - "নত্তে, ঐনা হায়বদি - নত্তে নৎত্রগা পুম্নমক নঙনা নিংবদু তৌবিরে! হর্মাচিশ, ঐনা হায়রিবদু নঙ খঙলিবনি!"

"ঐগী কাউজিন অমসুং ঐগী ইবুংঙো," মহাক্লা অনেম্বা খোঞ্জেলদা অদুবু য়াম্না কনবা ৱাতাদা মখা তানা হায়রমই :-

"নহাক অচৌবা মরাল অমগী য়াম্না খুদোংথিবদা লৈরবনি! ক্লিওপত্রা হায়রিবা নুপীশিনা নোকশিন্নরগা অচৌবা ত্রিক অমা নঙবু শিনবা শান্নরে অদুগা নহাক্লা মাবু নুংশিবনা ঙাওরে। অদুবু হায়রিবা নুপীশিদি নঙনা হয়েং হাৎকদৌরিবনি। অমুক্তা মুন্না য়েংঙু নখূৎতা পাইরিবা লৈগী লুহুপ অদু রুমালদুগী মনাক তম্না লংথোকখিবা ঙমদবা! শোইদনমক্কী, থেংলবা অহিংসিদা নখোয় অনিতা ঙাইরবা মতমদা মানা নঙোন্দা লুহুপসি উপ্লিরমগনি।

অদুবু, অহিংসিদা জুলিয়াশ শিজরগী নুপী ক্লিওপত্রাগী মকোক্কী শমগী মনম্না হারবা লৈগী লুহুপ্পী। মহাকসি জুলিয়াশ শিজরগী নুপী ওইবতা নত্তনা অতৈ নুপাশিংসু য়াম্না লৈরি। মখোয় ময়ামগী মনমগা লৈগী মনমগা য়ানশিন্নদুনা লৈরবা লুহুপ্পী। করপশন তৌবা হর্মাচিশ, অচিকপা অহাংবা অমদি থেংলবা অহিংশিদা অৱাংবা বেলকোনি মথক্তা নখোয় অনি কদাই ফাওবা থবক চৎথখ্রবগে? ঐনা মসি হংলুবগী মরমদি, ঐনা পাঁদার মরুমদা লোৎলিঙৈদা নখোয় অনি করি ঙাংনবা করিসু তাবা ফংখিদে - উবসু ফংখিদে। বেলকোনিগী অচিকপা মফমদু নুংশিনবা শাবি শানৌশিংগী উনফমনি নৎত্রনে? অদুগা নখোয় অনিগীদি অফবা পুংফমসু ওইখিবনি। ভেনশনা ঙসি অহিংদা থৱানমিচাক পুম্নমক মহাক্লা লাকশিল্লমগনি।"

চার্মিয়োন্না ঙাংখ্রিবা ময়ামসি য়াম্না ইং তপ্পা, অথোৎপা খোম্থোক্তা অকিবা লৈতনা হায়খিবনি। মাগী ৱাহৈশিংদু অসুক্কী মতিক শক্তি লৈখ্রে মদুদি মাগী ৱাহৈ খুদিংনা ঐহাক্কী থম্মোইবু মচেৎ মচেৎ তানা শেগাইদুনা মাংখ্রবগুম তৌরমই। ঐ শাওমনখিদুনা ৱা ঙাংবা ঙমলমদে। মহাক্তি থৌনা লৈনা মখা তারমই - "অচুম্বা অমনা নঙদি শেন থুমগী মরমদা য়াম্না হৈ শিংবা মীনি!"

"ঙসি অহিংনা নঙনা মাগী মচিন চুপ্পা অদুগা হয়েংনা পুন্সিগী ওইনা কান্নবা ফংবা, ইকাই খুমনফম ওইবা থবক্তা কাখৎপা!"

ঐনা মরক থৎতুনা লাউরমই - "লৈশাবী, নঙ করম্না অসুম্না ঙাংবা ঙম্বগী থৌনা লৈরিবা, নঙনা ঐবু শাওনবা করেম্নবা ৱা ঙাংলিবা!"

মহাক্লা থুনা পাউখুম পিবকখি - "ঐ খংঙি, নঙোন্দা কবন্বা লমচৎ চৎকনি, কবি ব্রাহৈ-ব্রাতা হাযগদগে হাযবা। নঙ কবি ওইবি ঐ হৌজিক খঙদে! নঙ নথন্তনা খঙলমগনি - নঙ অমসুং ক্লিওপত্রা!"

ঐনা শাওনা হংলমই - "নঙনা ঙাংলিবদু কবিনো?" "ঐনা যাদে - চংলক্কনু হাযগদ্রা বানিনা মফমসিদা ...?" মানা খুমলমই - "বানিদুবো! শিদ! ঐখোযগী কবি লৈ? নিংথৌ ফাবাওহগী বানি অমা লৈবে!"

ঐনা - "বানি ক্লিওপত্রানা মফমসিদা ব্রাবি শাবা পান্নবদি ..........।"

মানা খুমলকখি - "শোইদনা থবানমিচাকশিংগী অমসুং অতবগুলাপর্কী মবমদা অতৈদি ওইনোই!"

লৈশাবীদুগী অকনবা ব্রাহৈ-বাতা অমদি মচিন কনবা মওংদুদা ঐ হাযফম খংলমদে। ঐবু অহিংচুপ্পা ব্রাখলনা পোথাবা ফংলমদে। ঐনা যাম্না শা ওনা মাবু ঙাংবদুদা মহাক থক থক নিক্লা হিক হিক কপলমই। অদুবু নুপীগী মর্চন্দী তেনজৈ'ঙম থৌই। মহাক্লা কপ্পা কপ্না হাযবকখি "নঙনা এবু অস্যুম্না ঙাংলোইদৌবনি! অস্যুম্না ঙাংবসি যাম্না তমথিবা নুপানা ঙাংগদবনি। ঐনা নঙবু পূরোহিৎ অমনি হাযবা কাউথোলুবে; ক্লিওপত্রাগী নত্তবা।"

ঐনা হংলমই - "নঙগী কবি অধিকাব লৈবগে? নঙনা কবি অর্থ ফোংদোক্লীবা?"

"ঐগী কবি অধিকাব লৈগনি?" মহাক্লা মথক্কা যেংখৎলগা হংলকখি, মা' ৗ অমুবা মমিৎ অনিদু পিনা ইচোৎ চোৎলমই, মাগী নিংথিবী খজাই অনিদা শিন্তবকপা পিনা ইচোৎ চোৎনা অযুক্কী লিক্লানা লৈবাং খবোদা ইচোৎ চোৎহলবওম নিংথিজবমই।

"ঐগী কবি অধিকাব লৈগনি, ও হর্মাচিশ? নহাকপু মীৎ উদ্রব্রা? নঙবু খঙদববা ঐগী কবন্বা অধিকাবনা নঙোন্দা অস্যুম্না বা ঙাংলিবনো? ফবে, মসি অলেকজেন্দ্রীযাদা চৎনবী অমা ওইনা তৌবিবনি - হোলিগী নুপী অমনা মাগী অধিকাব লৈ অমদি নঙবু নুংশিকবগী অধিকাবসু লৈ। ঐগী ইকাইজবা অদুনা নঙোন্দা হাযখিবনি! ঐবু শাওবিগনু হর্মাচিশ। অচুম্বদ মমৈথংদা থোবর্কান মবমদি ঐ অদুগুম্বা নুপী নত্তে। ঐদি নহাক্লা শেম্নীংবা মওংদা শেম্বা যাবা নুপীনি। শেম্নীংবা মওংদা শেম্বা যাবা খোইকগুম্বা পোৎশক্তুগা মান্নৈ।

ঐগী থম্মোইনুংদা মাই পাকপগী স্বব হোল্লি। ঐনা অশা তৌবি অদুগুম্বা অকবা থবকশিংদু ঐখোযনা ঙমগনি কবিগুম্বা নঙনা ফজনা লমজিংলবদি। অদুবু ঐনা নঙবু মাংজববদি ঐগী লৈজবা পুম্বা লোইনা মাংবগা মান্নবে।

ঐগী থৱাইনা চোংজবদু নঙনা উবা ঙমদে। নঙগী নমীৎতা ঐশে লৈশাবী অমা ওইনা উই, অশিংবী, লম্বী খঙবী ওইনা। অদুবু ঐ মদ্‌দগী হেনবা লৈ। নঙগী খ্বাইদগী লুবা তৌফম খঙদবা থবকতু ঐঙোন্দা হাযযু ঐনা লাইনা শেংদোক্কনি অমদি লাইথোকহনগনি। ঐখোয অনিগী খজিক্তং খেৎনবদু নুংশিবনা তাইশিনবা ফোৎচিনবা ঙমই। ঐখোয অনি অমত্তা ওইনা হোৎনবদা যাম্না নুংঙাইবা পুন্সি ওইবা যাই। ঐখোয অনিগী অবোইবসু অমত্তা ওইবা, লৈবাকসু অমত্তা ওইনা নুংশিবা, ঐখোয অনিনা ৱাশক অমত্তং ঙাক্না চৎপা ঙম্বা অমসুং অদুগী বাশক অদুনা ঐখোযবু পুন্দুনা থম্বা। ঐবু নহাক্কী থম্মোইনুংদা থম্বীযু। ঐনা ৱাশকচবি - ঐনা নঙবু খ্বাইদগী অৱাংবদা থাঙ্গৎচগে নুপা অমনা কাবা ঙম্না অৱাংবদগী হেন্না।"

চার্মিযোন্না মাগী মখূৎ অনিদু পাইশিল্লগা খবদং ঐঙোনলোমদা নকশিল্লগা মশা নিক্লা নিক্লা ঐগী মাইদা মুন্না যেংলকখি।

মিকুপ অমা অনি তুমিন তুমিন তৌফম খংদনা লেপ্পুনা লৈবমই। মহাক্কী নুংশিববা খোঞ্জেল অমসুং শক্তি লৈবা বাহৈশিংদুনা ঐবু ঙাওহল্লমই। ইথন্তা পুক্লিংদা হংজবমই - ঐনা মাবু নুংশিখ্রববা? চিংননিংঙাই ওইদে, মহাক্কী নুংশি মৈদিনা ঐবু চাক্লবা তৌনম্না যাই অদুবু ঐনদি মাবু নুংশিবা নত্তে। ঐ অপাম নুংশিদা লৈর্পাশনলা ঙমলমদে। ঐনা খুবা শেপাবু নিংশিংলকখি মহাক্লা কবি হাযগনি কবিশুম্বা মানা চার্মিযোন্না তৌবিবা ঙাংলিবদু উবা থোক্লবদি।

চার্মিযোন্না মমাই লুকথবগা হাযবকই - "এহ, ঐ খংঙ নহাক্কী বাশকাশংদ কাইখ্রবনি, পাইদিবা লৈচিংগা মচেৎ মচেৎ তানা কাইবশুম মবমদি হর্মাচিশ নহাক্লা বানি ক্লিওপত্রাবু থৱাই তানা নুংশি।"

ঐনা হৌনা লাউনা খুমলমই "মদু মনম্বা ওইদবনি। নঙাদ ওথংবা লৈত্রবা লৈশাবির্নি। নঙনা ঐগী তৌগদবা থবকশিংদু তৌদনবা শিনবী নুপীনি। নঙনা ঐবু ইফোং ফোংনা ইকাইবা পিবি।

নঙদি অপাম্বা কল্লক মিহৌবনা, ফত্তবা থবকপু পামদুনা, নুপীগী ইকাইবা পূম্বা থাদোক্কুনা অমসুং নুপীগী অবোনবা ফজববু মাঙদা পুথোকপা ঙম্বী নুপীনি। নহাক্কী লমচৎতু মখা তানা ফত্তবা মাইকৈদা চংশিন্দ্রিঙৈদা চেকশিল্লু।

নহাক্কী নুংশিবা মিযেংদুনা ঐগী থম্মোইনুংদা ইপা পাখৎহল্লে, মিহুন হেন্না থুজিলহল্লে। নহাকপু ঐগী মকপ অমা ওইদ্রব্রা? ঐনা নঙবু থাজবম্বদু মাংখ্রে। অদুবু অমুক হন্না হাযবি - চেকশিল্লু! নঙনা ঐঙোন্দা খ্বাইদগী ফত্তবদু তৌবদি যাই, অদুবু নঙনা ঐখোযগী খুজিল যৌবাং মযামগী মথক্তা নখূৎ থাগে হেক নিংলকপদা নহাক শিবননি খঙ্ঙু।"

মহাক তুংদা হন্দোকখিরমই অমসুং অমুক্কা হেন্না হন্দোকখিরমই। অকোনবদা মহাক ফক্লাংদা ঙাথদুনা লেপ্লমই অদুগা মখূৎ অনিনা মমীৎ খুমজিল্লমই।

ঐনা ব্রা ঙাংবা লেপখ্রবা মতমদা মহাক মখূৎ থাদরমই অদুগা ঐঙোন্দা য়েংখৎলকখি। মহাক্কী মাইথোংদু অশাবা মুর্তি অমগী মাইথোংগুম মাল্লমই।

মহাক্লা হায়রমই - "ফরে, নহাক্কী অশাওবদু পোৎশক অমদা শাওদুনা ফত্তবা মাংনবা তৌগনু! নহাক্কী ফিনুংদা য়াওবা থাংদু ঐঙোন্দা অমুক্তা পিয়ু। মফমসিদা ঐগী ইকাইবদু লোইশিনগনি। নত্তে, ব্রাহে অমত্তংগা হেন্না, নিংথৌমচা হর্মাচিশ, নহাক্লা ঐগী ইরালদু কাউথোকপা ঙমদ্রবদি ঐখোয়গী অরোনবা থৌরাংদুদগী ঐ বিদাই তৌরগে!"

মখূৎনা ফক্লাংদা ঙাথবগুম তৌরগা মহাক্লা মখা তারমই। অদুবু, ঐদি ঐগী কাদা চংলগা ফম্মুংদা লোংনা হিপথরমই অমসুং থব্রাই নুংঙাইতনা মুরুম মুরুম শোল্লমই। অব্রাবনি ঐখোয়গী অরোনবা খুজিন থৌরাং পূম্নমক য়াৎথোক্নুনা থম্লে অমসুং তপ্লা তপ্লা ঐখোয় ময়ামগী অশাগী যূমদু শারে। অদুবু কন্নানা মসিবু ঙাক শেনগদৌরি?

অকোনবদা ঐ তুমথরমই অদুগা ফত্তবা ঙাক্তা ওইবা মঙ অমা মংলমই। ঐনা মিকপ থোরকপদা অয়ুক্কী নুমীৎ মঙালনা ইঙাং ঙাংনা মনুংদা চংলকখি। উচেকশিংনা হরাওনা খোঙবা মখোল তারমই। ঐনা হৌগৎলকপদা পূক্লিংদা নুংঙাইতবা ব্রাখল অমা লাক্লমই।

ঐগী খূৎশি ক্লিওপত্রাগী ঈ মরক্তা লুপশিনগদবনি - ঐবু কন্না থাজরিবী নুপী ক্লিওপত্র! ঐনা তৌগদবা অসিদা হৌজিকফাও ঐনা মাবু তুক্কচদ্রিবা করিগীনো? অসিগুম্বা ~মন খুম্বগী থবকসি পাংথোকপা য়াবা তাঞ্জা অমদি লৈখ্রবনি। লৈবাকশিবু নিংতম্বা ফংহনবা হায়বসি ঐগী পোকপদা য়াওরক্লবা অধিকার অমনি। মসি শোইদনা তৌদবা য়াদ্রবনি। অদুবু অব্রাবনি, মদুদা নাম্থোকপা য়াবা নৎত্রগা লৈথহৌবা য়াবা অমত্তা লৈতে। কপ অদুদা য়াওরিবদু লোইনা থকতোক্কদবনি মদু লংথোকখিবা য়ানবা। ইজিপকী মী পূমনমক্লা ঐবু য়েংদুনা লৈরিবদু ইশাদা ফাওরমই। অদুগা ইজিপকী লাই পূম্নমক্লা ঐবু য়েংলিবদু ঐহাক খঙলমই।

ইমা আইশিস লাইরেম্বীদা ঐনা খুরুমজরমই - থবক অসি তৌবা ঙম্বগী থৌনাদো পিবিয়ু হায়না। ওহ, অঙকপনি পাউখুম অমত্তা লাক্লমদে। অহানবা ওইনা লাইরেম্বীনা মচা ঐঙোন্দা পাউখুম অমত্তা পিবিরকখিদ্রে।

ঐনা পৃক্লিংদা অঙকপা অমদি নিংবা কাইবগী ৱাখলগা লোইননা ঐ হৌগৎলমই। চংগদবা মীগী মমিং পরেংদু ঐনা অমুক য়েংলমই অদুগা তৌগদবা থৌরাংশিংদু খংনবা তৌশিল্লমই।

ঐনা পুন্নমকসি থৱাই যাওদবা নুপা অমগুম নৎত্রগা তৃংদা শক্তি লৈবা অমনা ইল্লকপগুম তৌরমই। নুংথিল পুং অহুম তারকপদা, হায়নখিবা মতমগী মতুং ইন্না খুবা শেপাগী য়ূমদা চৎলমই। মফমদুদা লালহৌবশিংগী লুচিংবা ময়াম অমগা উনরমই। মফমদু অরোনবা, কনাসু চংহন্দনা থগ্বা অচৌবা কা অমনি। ঐনা চংখিবা মতমদা ময়াম চংনা হৌনা লাউবকখি- "জেংর্শনবিবকউ ফাবাওহ!" ঐনা মখোয়দা য়াথং তৌবা ওইনা হাযবমই "ঐ হৌজিক মক্তি ফংবাওঠদু ওইদ্রি মরমদি য়েন্নাওদু হৌজিক মক্তি মকম ওইনা লৈবি!"

"হোয়, নিংথৌমচা!" ঐগী খুবানা হায়বমই। মাগী মাইথোংনা তাক্লিবদি - অবেন্বদা মাংলোই, ইজিপ্তা ঈ নাই তাবা ঙমলবদি, নঙগী থাং অদুনা অমুক য়ান্থবদা, ফেল ওইদ্রবদি, নঙনা কনম্না ফেল ওইহনগনি? ঐখোযনা মঙ্গল ওইবগী খোংজংদা কন্যাসু থিংবিনবা লৈবোই।

ঐনা খুমলমই "মসি ঈশ্বরগী থৌজালদা লৈবে!" খুরানা হায়রমই - "নত্তে, ঈশ্বরনা থবক অসি নঙগী নখৃৎতা শিন্নখ্রে - নঙগী নখৃত্তা, হর্মাচিশ। অদুগা মসিদা কবিসু অয়েৎপা অথিংবা লৈবোই। য়েংঙু, অবোইবা মী মমিং পবেংদু অসিদা লৈবে। নুপা লির্শিং কুনথ্রা মাখোই। মখোয মখৃৎতা খৃৎল'ই পাইবগা ৱাশক্লবা ঙাক্তনি।

মখোয় পুন্নমক পাউ হেক তাবগা মখৃৎতা খৃৎলাই পাইদুনা হেক্তা চোংথোলক্কনি। নুমীৎ মঙানিগী মনুংদা ইজিপ্তা লৈবা লানবল খুদিংমক ঐখোয়গী খৃৎতা লাক্লনি।

বোমদগী করিসু লাক্লোই। অদুগী মথক্তা ঐখোয় ত্রিউমভিরেট কা মকপ ওইবগী শনথি তৌগনি অদুগা দবকার লৈরবদি মখোয়বু লৈথোক্কনি। পৈশাগী ওইরবদি লৈবাকশিদা পৈশা মবাং কাইনা লৈ।

অদুগা, হর্মাচিশ পৈশা হেন্না পান্নবদি, নঙনা খংঙি ক্ষেম লৈবাক্কী দরকার ওইবকপা মতমদা শিজিন্নগদবা পৈশা বোমানশিংনা য়ৌদ্রিবা খংদ্রিবা মফমদা লোৎলিবা। কনা লৈ ঐখোয়বু মাংনবা তৌরক্কদবা? কনাসু লৈতে।

মরমসিনা ইরাং লাংলিবা সহবসিদা হাৎন-শুনবা থোক্লকপা য়াই - অরশিনোবু ইজিপ্তা পুরক্লবা হৌবা ইহৌদু ঐখোয়গীগা হাইফেৎ মান্নবা মওংনি। মখোযদুনা আরশিনোবু শিংহাসন্দা থাঙ্গৎকদৌরি। মরমসিনা অলেকজেন্দ্রিয়া য়াম্না শাথিনা শোক্কনি

- মাংনবা তৌরকপসু য়াই। আরশিনোগী ওইনা হায়বা তারবদি ক্লিওপত্রা শিরে হেক তাবগা কনানো আরশিনোবু তুমিন্না হাৎকদবা?"

ঐনা হায়রমই - "শিরিয়োন্দী অদুম লৈরি। রোম্না শিরিয়োনগীদমক জুলিয়াশ শিজরগী মচানিনা মখোয়না ইজিপকী শিংহাসন মচাদা পিগদবনি হায়না হৌরকপসু য়াই। অদুম তৌরবদি খুদোংথিবা অনি মাইয়োক্নবা তাই।"

খুরানা হায়রমই - "কিরুনু, মথংগী নুমীৎতা মাবু পুথোরকপা মখোয়শিংদুদা শিরিয়োনসু য়াওশিনগদৌরি। ঐনা মখোয়গী চানথক্লবা পুম্নমক শিল লাংলে। পতোলেমমিজশিংবু হান্না লোইশিনগদবনি করিগুম্বা অদোমদগী কনাসু চোংথোরক্তনবা ঈশ্বরনা লমন খুমলকপা মতাংশিদা!"

ঐনা থব্রাই-ব্রানা হংলমই - "অতৈ উপাইদি লৈত্রব্রা? মী হাৎপগী ঈনা ঈশিং ইচেলগুম তৌগদবা অদুগী খল্লুবদা ঐগী থম্মোইসে নারে -ব্রারে! ঐ অঙাংদু ফজনা খংঙি। মাসু ক্লিওপত্রাগুম মৈরিগুম তৌবনি অদুগা মশকসু ফজবনি। মহাক শিজরগুম লৌশিং শিংবা অঙাংনি। মাবু হাৎপসি ইকাইনিংঙাইনি!"

"নত্তে, নত্তে য়েন্নাও মচাগী থম্মোইগুম তৌরক্তনু হঁমাচিশ!" ঐগী খুরানা শাওনা হায়রকখি। "করিনা নঙবু কিহল্লবগে? নুপা মচাদুনা অসুম লৈরবদি মহাক শিগদবা মরম য়াম্না লৈ। নঙবু নোংশা মচাদুবু চাওনবা য়োক্নে হায়রিব্রা নঙবু শিংহাসন্দগী লাক্তুনা চিংথনবা?" স্বর অমা হোন্দোক্লগা ঐনা খুমলমই - "ওইরশনু ফরে! য়ামদ্রবদা মাবুদি মথ্বাই কনবিবা য়াই। মহাক্তি করিসু মরাল লৈবা নত্তে। হৌজিক ঐখোয়গী থৌরাংশিংদু খন্নবা তৌরশি।"

ঐখোয় য়াম্না কুইনা ফমলমই, অফ অফবা থৌরাং কয়া ঙাংনদুনা। ঐগী পুক্নিংদা হৌখিবা নুমীৎ খরগী মমাঙদা থোকখিবশিংদু অমুক নিংশিলকখি। মমৈথংদা পুম্নমক্তা য়াথং তৌরমই মদুদি অরানবা অমত্তা থোকহনবা য়াদে। লেপ্পখিবা মতমদু য়ৈথোকপা - থৈদোকপা য়াদে। ঐনা করিগুম্বা হায়রিবা অহিংদুদা রানিবু হাৎপা ঙমদবা থোক্লবদি প্লোৎ অদু মথংগী নুমীৎফাওবা য়েংবা মরমদি রানিবু খুদোংচাবা য়েংলগা হাৎকদবনি। রানি ক্লিওপত্রা শিরে হায়বগী পাউ অসিনা ময়ামদা পিগদবা ইঙ্গিৎ ওইগদবনি। ইঙ্গিৎ অসি হেক ফংবগা থবকসি লোইরবা তুংদা ঐখোয় পুন্না লেপখৎমিন্নরগা খূৎকা খূৎকা পাইনরগা ঐখোয়গী শিম্বোলদুদা শোক্লদবনি, ব্রাশক শক্লগদবনি ইবদি নত্তবা। অদুদগী খুরানা মতম কুইনা তৌজরকপা অশাগা লোইননা ঐবু চুপ্পিগনি মমিত্তা মপী তানা অমদি পূক্নিং নুংঙাইনা। মহাক্না ঐঙোন্দা মঙ্গল ওইরক্লবা বর পিবিরমই। মহাক্না হায়রমই মদুদি মহাক্না ইজিপ্টু নিংখা তম্বা লৈবাক অমা

ওইনা উবা ফংজরবদি মহাক থব্রাই ফাওবা থাদোকচগে। মহাক্না উনিংখি থাইনগী ঈ ওইবা নিংথৌমচা হর্মাচিশনা ইজিপকী অৱাংবা শিংহাসন্দা ফম্বদু। মরমদি হর্মাচিশ হায়রিবসি অশেংবমক মরৈবাক নিংবা নিংথৌ মচানি। মাদি মশাগী ওইনবা করিসু হায়জদবা অমসুং মসিগী মরমগীদমক লোইনা পিথোকপা ঙম্বা নুপানি।

খুরানা ঐবু নুংশিনা চুপ্পীরবা তুংদা ঐনসু মাবু চুপলমই। অসুম্না ঐখোয় কাইনরমই। ঐনা মাবু অমুক হন্না উনখিদ্রে। মতম খর ফংদুনা ঐনা সহবদুগী মফমশিংদু অমদগী অমদা চৎতুনা য়েংলমই। অদুগা ঐখোয়গী লান্মীশিংনা লৈরিবা মফমশিংদু য়েংশিল্লমই।

ঐনা অসুম লাকপদা জহাজ অমা সমুদ্রা তম্না হোন্দোরকপদু উরুরগা পূক্লিংদা খল্লকখি, জহাজদুদা য়াওরগা পাল্লবা সমুদ্রা লাম্হোক্তুনা য়াম্না থাপ্পা মফমদা ইথন্তা চিক্না লৈবদু পামজরমই। মিকুপ খরগী তুংদা অতোপ্পা জহাজ অমা নাইল তুরেলদগী হোন্দোরকপা উবমই। মদুদা তোংলকপা যাত্রিকশিংদু অবুথিশতগী লাকপা মাল্লমই। মিকুপ খরগী তুংদা খঙহৌদনা ঐগী তুংদগী ঐনা তাখ্রবা খোঞ্জেল অমনা ঐঙোন্দা হায়রকই - "লা! লা! করম্বা সহবনো মসি, অহল ওইরবী ঐনা হিংনবা উপাই থিবা য়াবা? অদুগা ঐবু খঙবা মীশিংদু করম্না থিবা ফংগনি? অদুগা পাপিরশ অসিদা য়েংঙু! মসিগা লোইননা ঐনা নঙবু লায়েংবিগে!" ঐনা ওনশিল্লক্তুনা য়েংবদা ঐবু চাওনবা য়োকপিরকপী র্নশ অটৌৱা ওইরমলে। মহাক্না মাগী খুইরবী মাইথোংদু থাঙ্গৎলগা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলমই অদুগা হায়রকই - 'গুৎ সার!' মিকুপ্তা মহাক্না অরোনবা ৱাফমনি হায়বগী ইঙ্গিৎ তৌরমই। মানা হায়বমই - "নঙগী ফিজেৎতুনা তাকলিবদি নহাক পাঞ্জি তৌবা মীশক্নী হায়বনি। ঐঙোন্দা হায়রকপদি পাঞ্জি তৌবা মীগী মনাক নকশিল্লুনু। মরমদি মখোয়দি ওইদবা ৱা হাযবা-মিত্রং যাদু য়াম্না তৌবা ঙাক্তনি।" মহাক্না অমুক মখা তানা হায়রমই - "অলেকজেন্দ্রিয়া হায়বা সহরসিদা পূম্নমক মথক মখা ওন্নবা মফমনি! পাঞ্জিশিংদুনা খ্বাইদগী ইকাই খুম্নবা ওইবা নুপানি অদুগা অতৈ লেমহৌবাশিংনা তাকু - চিন্থিবা ঙাক্তনি থন্নবা মফমনি।

নিংথৌমচা হর্মাচিশ, নঙগী নাক্তা পাউ পিগে হায়না ঐ মফমসিদা লাকপনি। পাউ অসি নঙগী নপা অমেনেমহৎনা পিরকপা পাউনি।"

ঐনা হংলমই - "ঐগী ইপাবু নাব য়েকপা য়াওদব্রা?"

অটৌৱা - "হোয়, মহাক নুংঙাইনা ফজনা লৈহৌরি, নঙগী পাউ তাগদবগী ৱানা ঙাইদুনা লৈরবসু!"

"অদুগা মানা পাউদি করি হায়রকপগে?" অটৌব্রা - "মাগী পাউদি - নুংঙাইবা পাউজেল নঙোন্দা হায়রকই। অদুগা লোইননা অচৌবা শিংনবা অমনা নঙবু কিহল্লে হায়রকই, শিংনরিবদু মানা খঙবা ঙমজদ্রবসু। ইংনা তপ্না থবক তৌ হায়নসু তাক্লকই। মহাক্লা নঙবু নুংঙাই য়াইফবা ওইনবা লাই নিংলি হায়রকই।"

ঐনা কোক নোন্না খুরুমলমই। মাগী ৱাহৈশিংদুনা ঐগী থম্মোইদা অকিবা পোক্লমই। মানা ঐঙোন্দা হংলকই - "করম্বা মতম হায়নরিবা?"

ঐনা খুমলমই - "ঙসি অহিং অসিমক! নঙ কদাইদা চৎলিবা?"

মানা খুমলমই - "ইকাই খুমনজরবা শেপাগী য়ূমদা, অন্নুগী পূরোহিৎ! নঙ মাগী য়ূমফাওবা লমজিংবিবা ঙমগদ্রা?"

ঐনা খুমলমই - "য়াদে, ঐ নহাক্কা লোইননা চৎমিন্নবা মীনা উখ্রবদি ঐবু অশিংবা নত্তে খনখিনি!" অদুদগী ঐনা পোৎপুবা কুল্লি অমদা পৈশা পিরগা অটৌব্রাবু খুবা শেপাগী য়ূমফাওবা থিনবিনবা হাযবমই।

"কাইনরশি!" মহাক্লা তুমিন্না ঐঙোন্দা হাযরমই। "মথংগী নুমীৎফাওনা কাইনরশি! ইংনা তপ্না থবক তৌবিয়ু!"

অদুদগী ঐনা মী চিনবা লম্বী ফাওরগা ঐগী লৈফম তম্না লাক্লমই। মী পূম্নমক্লা ঐবু ক্লিওপত্রাগী পাঞ্জি হায়না খংনরমই। ঐনা অসুম চৎলিঙৈদা ফাও ঐগী খোঙথাংদু দং দং হায়না পুক্লিংদা ফাওরমই। ঐনা ইংনা তপ্না চৎলিবা লৈবাক্তুযাও ঐঙোন্দা চেকশিন ৱাহৈ হায়রকপগুম ইশাদা নিংলমই।

# চেপ্টর তরেৎশুবা

(চার্মিয়োনগী তৌশিন্নবা অমদি তাৎ তৌবা ৱাহৈ-ৱাতাশিং হার্মাচিশতা হায়বা, হার্মাচিশ ক্লিওপত্রাগী মনাক্তা হাৎপা লাকপা অদুবু রানিনা মাবু হু পিথক্লুনা জয় তৌখিবা)

নুমীৎ অদুগী অহিংদা ঐনা ঐগী কাদা ইথন্তা ফমলমই। মদু হায়নখিবা ৱাগী মতুং ইন্না চার্মিয়োন্না ঐবু কৌবগদবনি ক্লিওপত্রাগী মনাক্তা চংনবা। রানিগী মকোক কক্কদবা থাং অপাকপদু ঐগী মাংদা ইরং লংনা তাদুনা লৈরমই। থাংদু য়াম্না শাংঙি অমসুং য়াম্না থৌবা অমনি। মদুগী খুৎপাইফমদু সনানা শাবা সফিংজনি। ইথন্তা ফন্নগা ৱাহং কয়া হংজরমই তুংদা ওইরক্কদবা অদুবু পাউখুমদি অমত্তা লাকখিদে। অকোনবদা ঐনা য়েংখৎলুবদা মাংদা চার্মিয়োন লেপ্তুনা লৈরমই। মাগী মাইথোংদু হরাওবা নুংঙাইবা মচেৎ অমত্তা য়াওদ্রবা অশিবা মীগুম তাইফেৎ তাইরমই অমসুং মাগী মমীৎ অনিমক অহাংবদা য়েংলমই।

মানা হায়রমই - "নিংথৌ হার্মাচিশ, রানি ক্লিওপত্রানা নহাকপু কৌরি, থুনমক থৱানমিচাকশিংনা করি হায়রি তাকনবা!" ঐনা মঙোন্দা পাউখুম পিরমই - "ফরে ফরে, চার্মিয়োন! পূম্নমক মফম চানা মওং তানা লৈরিব্রা?"

"হোয়, মাই লোর্ড, পূম্নমক মফম চানা লৈরে! পূম্নমক য়ূ ঙাওহন্দুনা থেমদুনা থম্লে! পাউলশনা গেৎশিংদু পান্নদুনা লৈরি! হেরেমদা থবক তৌবী পূম্নমক অমথক নত্তনা লোইনা কৌথোক্লে! শিফাই পূম্নমক লোইনা তুমদুনা লৈরি। অদুগা শেপা অমসুং মাগী লাম্মী পূম্নমক মপান্দা ঙাইদুনা লৈরি। থৌশাদবা অমসুং থওইদবা করিমত্তা য়াওদে!"

"ফবে ফবে!" অমুক হন্না ঐনা হায়বমই। "ঐখোয় চৎলশি" ঐনা হৌগৎতুনা ঐগী ফিনুংদা থবাক্তা থাংদু উহন্দনা পাইবমই। নুমীৎতু ঐ কবিসু চাবা থকপা তৌদনা যূ কপ অমা থকচিল্লমই। "ব্রাহৈ অমত্তং" চার্মিযোন্না থুনা হায়বকখি, মাগী থবাক্তু স্বব চাওনা চাওনা হোনবনা হেক হেক ব্রাংখৎলমই। মানা হায়বকখি - "হৌজিক মতম ঙহাক ব্রাৎলি! ঙবাং অহিং অথেংবদা ঐ মঙ অমা মংলমই। মঙ অদুনা ঐবু মতম খুদিং নিংশিংদুনা লৈবে। মদু কাউথোকখ্রে - হায়বশিবা, মাই লোর্ড? "নত্তে, ঐ খংলুদ্রে অদুবু ঙসি অহিং হর্মাচিশ, তৌগদবা থবক্তুদা লৈবে ঐখোয় পূন্নমক্কী লাইবক লেপকদবা!"

ঐনা হায়বমই - "নত্তে চার্মিযোন, ঐনা নঙোন্দা শোকখিগদ্রা হায়না থব্রাই ব্রাজখি। ঐনা ঐখোযগী খুবাগী মচানুপীনি হায়না খনখি অদুগা ঐখোযগী মকুপসু ওইবে নিংখি। মসিদগী হেনবা ঐ নঙোন্দা কবিসু ঙমদে।"

"মসি যাম্না ফবে যাম্না ফবে!" মহাক্না হায়বকখি। "মদু পূন্নমক লে'ইনা কাউথোক্লসি। অদুগা হৌজিক মঙ অমগী মথঙদা মঙ অমদা ." মহাক্না মোমোন মোমোন নোক্লগা, ঐনা মঙোন্দা অমুক্তা উদ্রিবা মিনোক অমা নোক্লগা ঐঙোন্দা যেংলকখি। মাগী মিনোক্তুদা হেন্না বাবা অমদি লাইবক্তা তমলকপা হেন্না বাবা থেংনগদবদু উবমই।

মবমদি ঐগী ইবান্না মদু খংবা ঙমদ্রবসু অমসুং ঐগী থম্মোইনুংদা অব্রাবা কযামুক লৈবনা মদুগী অর্থ খঙবা ঙমলমদে। অদুগুম্বা মাগী মিনোক অদুনা পাখঙ ওইবগী নুংঙাইবা অমসুং মাবু পাম্বগী ব্রাখল পূন্নমক মাংখিবমই। মহাকপু নুংশিবগী ব্রাখলদুসু মাংখিবমই। পাখঙ লৈশাবীগী অপাম নুংশি অদুদগী খাইদোক্লগা ধর্ম্মগী ওইবা মবিদুদা লাক্লমই। অদুগুম্বা মহাক্কী মিনোক্তুনা ধর্ম্মগী ওইবা থবক্তা মাই ওনশিল্লমই অদুগা মাগী মাংনবা লম্বীদা খোঙ থাংজিল্লমই।

মহাক্না মাগী ব্রাশক, মাগী লৈবাক অমসুং লাইশিংগী মফমদগী লৈথোক্লমই। অদুগুম্বা মাগী মিনোক্তুনা ইতিহাসকী ইচেলদুদগী হোংদোক্লমই। ঐনা অমুক্তা উদ্রিবা মাগী মাইথোংদা লৈশাবী অমগী থম্মোইনুংগী ব্রাখলদু ফোংদোকপনি।

কবিগীদো লৈশাবী অদুম্না নহাক্কী মাইথোংদা নোক্লীবা?" ঐনা মঙোন্দা হংলমই।

মহাক্না খুমলকখি - "মঙদদি অসুম্না ঐনা নোকখি। হৌজিক ঐগী তুং ইল্লকউ। পুকচেল অবেপ্পা লৈবা, হোংবা লৈতবা মীদু ওইবিযু, বোযেল হর্মাচিশ!"

অদুদগী মাগী অঙকপা অমসুং অরোইবা মীৎযেং অমা য়েংলল্লগা মমাই লৈথোক্লগা ঐবু লমজিংলমই। মহাক্ল। নোন্থবগা ঐগী খুৎতু লৌরগা চুপ্লমই। ঐখোয় অনি মখা য়ৌরদুনা অহাংবা অচৌবা হোল অমদা চংলমই।

অলাবষ্টর হোলগী অবোইবা শরুক্তা বানি ক্লিওপত্রাগী মশা মথন্তগী ওইবা কানি, লৈতেংনা পিক থল্লবা। হায়রিবা ফজবধা কা অদুমক্লী ঐনা ক্লিওপত্রাবু ইহান হান্না তুমদুনা লৈবন্বা খেংনখিবা

"মফমসিদা লৈবিবমউ ঐনা বানিদা নহাক লাক্লে হায়বা চৎখিগ্রিঙৈদা!" চার্মিযোন মমাই শৎ লৈথোক্লুনা চৎখিরমই।

ঐ মতম শাংনা মফমদুদা লেপ্তুনা লৈবমই। ঐনা চার্মিযোনবু লেপ্তুনা ঙাইবদু ঐগী থবাক্তা হুনবা মিহুনশিংদু মশিং থিবা যাবমই। মঙদা তৌবগুম ঐনা ঐগী থৌনা পাঙ্গল পূম্নমক খোমজিল্লগা ঐগী মাংদা তাদুনা লৈবিবা ঐগী থবক্তু পাংথোকপা ঙমজগে লাই নিংলমই।

অকোনবদা চার্মিযোন হল্লকলমই, মমাই লুকথবগা অমসুং মখেঙ লুম্না থাংলদুনা। "বানি ক্লিওপত্রানা নহাকপু ঙাইদুনা লৈহৌবি।" মহাক্লা হায়বমই। "চৎলো, চংফমদা গার্দি অমত্তা লৈহৌদবনি!"

"মফম কদাব্রাইদা ঐনা নঙবু উনগনি, ঐনা তৌগদবা থবক্তু তৌরবা তুংদা?" ঐনা মঙোন্দা খোঞ্জেল ইফাই ফাইনা হংলমই।

"নহাক্লা ঐগা মফম অসিমক্তদা উর্গশি, অদুদগী পাউলশগী মনাক্তা। পুকচেল অবেপ্পা ওইবিযু অমসুং মঙ্গল ওইবিবরউ, হার্মাচ্চিশ, কাইনবশি!"

অদুদগী ঐ রানিগী কাদু তম্না চৎলমই অদুবু পার্দাব লৈবিবদু য়ৌবদা খঙহৌদনা মাই লৈথোক্লুনা য়েংলমই। অচৌবা হোল অদুদা অঙকপা অমা ঐনা উবমই। অথাপ্পদা হোলদুগী থাউমৈ মৈঙাল পূম্নমক মঙোন্দা য়ৈবদুনা চার্মিয়োন লেপ্তুনা লৈবমই। মাগী মকোক্তু তুংলোমদা থেক্তোক্লগা মখূৎ অনিমক শাংনা তিংথোক্লগা অৱাবা শক্তমদা লেপ্তুনা লৈবদু য়াম্না অঙকপা মওংনি। মদুগী অঙকপা মতৌদু ঐনা ফোংদোকপা ঙমদে। মরমদি মহাক্লা থাজরমই মহাক্লা খ্বাইদগী নুংশিজবিবা ঐহাকসে, শোইদনা শিবগনি হায়না অদুগা মহাক্লা ঐগী শিবমদাই মিকুপ্তা অবোইবা বিদাই তৌরিবনি।

অদুবু ঐদি মসিগী মরমদা করিসু খংলমদে। অদুনা ঐনা পার্দারদু হাইদোক্লমই অমসুং থোংজিন য়ৌনবা চংশিল্লমই। ঐনা রানি ক্লিওপত্রাগী ফজরবা কা অদুদা লেপ্তুনা লৈরমই। মফমদুদা অমোনবা শিলক্কী ফম্মুংদা, কাদুগী অবোইবা মফমদা মনম নুংশিবা কয়া চাইরবা অঙৌবা, ফিবোল শেৎলগা নিংথিজরবী ক্লিওপত্রা হিপ্তুনা লৈরমই। পৃথিবীদা খ্বাইদগী ফজরবী নুপী, মাগী ফজরবা হকচাংগী কযাৎশিংদু পারবা অঙৌবা

শিলক্কী ফিবোলগী মকমদা লাইনা উবা ফংলমই। অসিগী ফজবদুদনি, পৃথিবী জয় তৌবা ঙর্মখিবা জুলিযাশ শিজব নুপীশিগী মখোঙদা তুবগা চংজখিবা' কবম্না নুপীবু পাঙ্গল শোনবী কৌবিব? লানফম ১০০ হেন্না জয় তৌবক্লবা নুপা অসিবু অমুক ক্লিওপত্রানা জয় তৌববদি নুপী অসিনা শিজবদগী হেন্না কল্লি হাযবদা কবিগী হাযমনবা তাগদগে?

মাগী ফম্মুংদুগী মনাক নক্লা তেবল মচা অমদা অমুনবা উতৈ ব্রাহৈ খব অমসুং কবীগু ঙাংলবা যুগী ফ্লাস্ক অমা লৈমবই। মাগী মখৃত্তা স্না অমদি মণিমুক্তানা হৎতুনা লৈতেং তৌবা হুমাই অমা মখৃৎনা পাইবগ" থবাক্কী ফজবদু খুমজিনবগুম তৌনা লৈবমই।

ঐনা মাগী মনাক তম্না তপ্না তপ্না চংশিল্লমই, মুশি মুশি ঙানবা কাদুদা। ঐনা চংশিল্লিবদু পৃথিবীদা খ্বাইদগী ফজবী নুপীদুগীমনাক্তা চংশিনবনি। অহিংদুদা ঐনা বানি ক্লিওপত্রাগী ফজবা নিংথিবদু মমাংদা অমুক্তা উখিদ্রি নিংলমই।

মোল্লবা শিলক্কী ফম্মুংদা হিপ্পীবী বানিদু অযুক্তা থোকপা থবানমিচাক্লা শংবান্নবা অতিযাদা ঙানবগুম পৃক্লিং হুনা ফজবমই। মাগী কোক্কী শম্মদগী নুংশিবল মনম নমলকখি। ঐগী পূক্লিংদা ফাওবমই - নুপী অসিনি ঐনা হৌজিক মঙক ককদবা' ঐনা কোক নোম্ববগা ক্লিওপত্রাগী মনাক তম্না চংশিল্লমই অদুবু মহাক্কি কাবসু খংদবগুম তৌবমই। অকোনবদা ঐনা মাগী মাংদা লেপ্পবা মতমদা মানা ঐঙোন্দা যেংখৎলকখি মথবাক্তা হুমাইদু থম্লগা।

মহাক্লা নুংশিবল অমসুং নৌববা খোঞ্জেলনা ঐঙোন্দা হংলকখি "কবি, মকপ নও লাক্লব্রা ?" মানা মখা তানকখি - "যাম্না ফবে, ঐ ইথন্তা শিক্লা লৈবা নুংঙাইতে' ঐনা খনবদা সংসারাশ চোকথনবা বাববা অমনি। ঐখোযনা মী কমসি মাইখোং উবে - খঙলে অদুবু ঐনা নুংশিবা, মশক্ত অমুক হন্না যেংনংবা অমত্তসু যাওদে। ফবে' হাযযম খংদবা অর্মদি তৌফম খংদবা অমগুম মফমদুদা লেপ্তুনা লৈগনু। ফমফম অমদা ফমথবিযু।" মহাক্লা মাগী হুমাইদুনা অকোনবা তৌক্লি অমদা থিন্দ্না তাক্লমই। মহাক্লা থিন্দুনা তাক্লীবা তৌক্লিদু মহাক্কী ফম্মুংগী মনাক নকনা থাবমই।

ঐনা অমুকসু হন্না মঙোন্দা খুকুমলমই অদুগা মানা তাকখিবা চৌকিদুদা ফমথবমই।

ঐনা বানিদা হাযবমই - "ঐঙোন্দা বানিনা তাকপিখিবা অদুমক তৌজবক্লে। ঐনা যাম্না চেকশিন্না, ঐনা হৈজবা পুম্বা যাওনা তৌজবকপনি। শিদা লৈবে ঐনা তৌজবকপশিংদু বানিনা যাবিববদি ঐনা মদু শন্দোক্লা হাযজগনি।" অদুদগী ঐনা লেপখৎলমই,, মাগী ফম্মুংদুগী অকোইবদা অমুক্তং কোইনা চৎপা যানবা। ঐনা নিংলমই মহাক্লা ঐনা ইবকপশিংদু পাবিঙৈদা মাগী তুংদা থাংনা যাম্বুগে হাযনা।

অদুবু মহাক্না য়াম্না ইংনা তপ্না হায়রকই- "নত্তে হর্মাচিশ! নঙনা লৈরিবা মফমদুদা অদুম লৈয়ু অদুগা নহাক্কী অইবশিংদু ঐঙোন্দা পিরকউ! শেরাপিজ য়েংদুনা, নঙগী মাইথোংদু ফজমনখ্রে ঐগীদমক্তা, মদু মাংখিবা পামজে!"

ফিভমদু ঐনা চেক তৌরগা ঐনা পাপিরশ অদু মাগী মখূৎতা পিবা নত্তনা ঐ কসিসু তৌবা ঙমখিদে। ইশানা ব্রাখল তৌরগা মহাক্না পাপিরশ অদু পারিঙৈদা ঐনা খংহৌ হৌগৎলগা থাংদুনা মাগী থবাক্তা থুমনা থিংজিনগে নিংলমই। মহাক্না মখূৎনা ঐগী খূৎতা শোক্লমই। অদুদগী মহাক্না য়েংদুনা পাপিরশ অদু পাবিবনি হায়না তৌশিন্নরমই। অদুবু মহাক্কী মমীৎ অনিমক ঐঙোন্দা য়েংদুনা লৈরমই, পাপিবশদুগী অবোইবা মচিদগী।

"করিগী নহাক্কী নখূৎ অনিমক ফিনুংদা লোৎতুনা থন্নীবা?" মহাক্না থুনা ঐঙোন্দা হংলকখি। ঐদি ফিনুংদা থাং মখোক্তা পাইদুনা লৈবনা খূৎ তিংথোকপা য়ারমদে।

"নহাক নথ্বাই য়াম্না ব্রাব্রা?" মহাক্না হংলকখি। "হোয় রানি, মিহুন বাংনা চোংঙি!" ঐনা খুমলমই। মহাক্না পাউখুম অমত্তা পিবকখিদে অদুবু, অমুক হন্না পাপিরশ অদু পাশিন্নরমই অদুগা মাগী মীৎচিনা ঐবু য়েংদুনা লৈরমই।

ঐনা ইশাগী ওইবা পাউতাক লৌরমই। করম্না ঐনা তুক্কচববা থবক্তু পাইখৎকনি অমসুং পাংথোক্কনি? ঐনা কবিগুম্বা ফল চোংশিন্দুনা থবক অদু পাংথোক্লবা তৌকবদা মহাক্না ঐগী মতৌদু উদুনা লাউবা খোংবা শোয়দনা তৌগনি অদুগা মুক্লবা খর তৌগনি। নত্তে, খুদোংচাবা তাঞ্জা অমা ঙাইগদবনি।

"মাইবী নৎত্রগা পাঞ্জিশিংদু ঐগী মীচংদা লৈ, অদুনদি ..... হর্মাচিশ ?" অকোনবদা মানা হায়রকখি।

"হোয় রানি!" ঐনা পাউখুম পিবমই। "অদু ওইববদি ফরে।" মহাক্না অইবা পাপিবশ অদু মার্বল মথক্তা থমলমই অদুগা য়েংলমই।

"জহাজশিংদু হোনগনি! মরমদি ফরবসু ফৎত্রবসু খুদোংচাবদু ঙাইবদা ঐ ব্রারে - চোকথরে।" "মসি অরুবা থবক্কী রানি ক্লিওপত্রা!" ঐনা হায়রমই। "ঐনা রানিদা উৎপা পামজে, করি মরমদগী ঐনা লাইফাও তৌদুনা অসি অসি থোক্কনি হায়রিবনো হায়বা।" মহাক্না পাউখুম ওইনা হায়রমই - "নত্তে, অসুম্না তৌগদবদি নত্তে, হার্মচিশ! ঐদি থব্রানমিচাকশিংগী খোংচৎ অদুগী মরমদা থব্রাইশি পোত্থাফম খংদনা ব্রাই। নহাক্না লাইফাও তৌখ্রে, মদুনা ঐগীদমক্তি মতিক চারবনি। নহাক্না পুকচেল শেংনা ফজনা ইদুনা তাকলি। নঙনা পিরিবা মরমশিংসিনা ঐখোয় নুংঙাইবগনি। ঐখোয় করি তৌগনি? ঐ নমাংদা ঈশৈ শকপা ঙমই। মহাক্না হৌগৎতুনা ঈশৈ শকপা হৌরমই অদুবু মাগী খোঞ্জেলদু অনেম্বা খোঞ্জেল ওইরমই।

অহিংদা সমুদ্রা থক্তা অমসুং অতিয়াদা
পূক্লিংদা ঈশে, ঐখোয় মফমদুদা তাউদুনা চৎলমই,
ইরাও খোলনা সমুদ্রাগী ঐখোয়বু নাউশুম ঈশেগুম শুমলমই,
অঙাওবা নুংশিংনা ঐগী ফাববা শমবু জগোই শাহল্লি;
নঙনা ঐবু য়েংলকখি অমসুং ফজনা ঐবু কৌরকখি,
থব্রানমিচাক্লা য়োল্লবা অহিংদু,
অমসুং নঙগী নুংশিবা ঈশেনা হুমলিবা মালংববু ঙাওহল্লি,
থম্মোই অপাম্বগী খোঞ্জেল অমসুং নুংশিবগী নুংঙাইবা
কোমথোক্লা, মথক্তা ঙাল্লিবা থব্রানমিচাকশিংগী মরক্তা
মখাদা থব্রানমিচাকশিংনা সমুদ্রাদা ইরং লংহনবা
ঐখোয়না চৎলি সমুদ্রাদা ইরোইননা লাকপা নুমীৎশিংগা
মবমদি ফাজিনবা নৎত্রগা থাদোকপা, পৃথিবী, অতিয়া অমসুং সমুদ্রা
কোইনা কোইনা লৈবদুনা
অমসুং নঙগী থম্মোইবু ঈশিং ইরৈনা চেনশিল্লকপগুম ঐগী নাক্তা
মতমতমক লেপ্তুনা লৈহৌই
শিবগী তোর্বান অনিগী মবক্তা ঐখোয়বু চেনশিল্লি,
তুংদনা কাউখ্রবা পোৎশিংদু লৈ,
অচৌবা ইথক্তুগী মাংদা অকনবা ইরৈ লৈ
কাখৎপদা লৈমাইদদি য়েংলোইদবা
মথক্তা, অতিয়াসি য়াম্না থাপ্না ইংনা লৈরি,
মখাদ, সমুদ্রানা নাহেবগুম মুরুম মুরুম ঙংলি,
নুংশিবদু শেংদোকপা, থাইনগী ওইবা নুংশিবা
অদুবু, ওহ নুংশিবা, ঐবু চুপ্লিয়ু!
অহ, কয়াদ ইং তপ্লীবা মহাসাগরগী লেংবা খোৎপদা
অমসুং অরুবদা খুদোং থিনিংঙাইনি
নৌরবা ফজরবা ইথকশিং অমুক কাংখৎলগা মাংখি
ইথক ইপোমশিংনা তুমনিংবগুম
অহ, নৌ অদুসু হোল্লনু নৌকাদুসু পাইরুরনু

কনানা হোন্দুনা পুগনি, নৎত্রগা ফাজিনগনি নৎত্রগা থাদোক্কনি
অথাপ্পা তোর্বান্দা থুগাইগদবশিং ঙংদুনা লৈরি,
অদুবু, ওহ, নুংশিবা ঐবু চুপ্পিয়ু!

ঐনা পুক্লিংদা নিংলমই নঙনা ঈশৈ শক্তুনা লৈরবসু ঐনা ননাক্তা চংশিল্লি অদুদগী অচিল্পা তাঞ্জাদুদা ঐগী থম্মোইদা হুনবা মিহুন তারমই মবমদি হৌজিক চিংনবা অমসুং অকিবগী অরোইবদু লৈরে। মহাক্কী অরোইবা ঈশৈগী খোম্থাংদু কাদুগী অরোইবা ফাওবা শিন থুংনা তারমই অদুবু ঐগী থম্মোইদদি অদুম তাদুনা লৈরমই।

অবুথিশতা ঈশৈ শকপী নুপীশিংনা শকখিবা ঈশৈসিং তাপ্রে। অদুবু ক্লিওপত্রাগী ঈশৈদগী মফমদুগী নুপীশিংদুনা শকখিবদুনা হেন্না মপূং ফাবা ফজবা হেল্লি। অদুবু মাগী ঈশৈ অসিনা ঐহাক্কী পুক্লিংবু শুমহৎপা ঙম্বা ঈশৈদি অমুক্তা মমাঙদা তাখিদ্রি অপাম নুংশি ব্রাখল ফোংদোকপা ঙম্বা।

অশেংবক মদু মাগী নুংশিবা খোঞ্জেলতা নত্তে, মনম নুংশিবনা থল্লবা কা ওইবনা মীগী থম্মোইবু ঙাওহনবা ঙম্বা, অপাম নুংশিগী ব্রাহে ব্রাতা, মাগী নুংশিবা মীৎয়েং অমসুং রানি ওইবগী মতিক মগুন ময়ামশিনা ঐবু ফাজিল্লমই। মবমদি মহাক্না ঈশৈ শক্লা শক্লা, মাগা ঐগা অচিকপা অহিং অমদি মীখোল তাদ্রবা কাদুদা নুংঙাইবা নুংশি ঈপাক্তা তাউদুনা চৎপগুম তৌবমই।

মথক্তা থব্রানমিচাকশিংনা লংলবা অতিয়া, মখাদা সমুদ্রাগী লোইবা খম্বা নাইদ্রবা ঈশিং ইপাক অনিগী মবক্তা ঐখোয় অনিতা তাউদুনা চৎপগুম তৌবমই। মহাক্না বীনাগী তবাদু থাদোক্লবা মতমদা ইখং খংহৌদনা হৌগৎলগা মখূৎ শাংনা তিংথোক্নুনা ঐঙোনলোমদা, মচিন্দা ঈশৈ নেম্না ঙংলদুনা চংশিল্লকখি। মহাক্না মচিনবান অনি তনিক তনিক্লা মাগী নুংশিবা অমদি অপাম নুংশিগী কল্লকপা মীৎয়েনা ঐঙোন্দা চাথোক্তৌবমখে মুন্না য়েংলকখি। মানা মাগী মখূৎ অনিনা ঐবু কোল্লগা মঙোল্লোমদা কন্না চিংশিল্লমই। অদুবু, ঐ নিংশিংলি, মহাক্না চিংশিনবদু ঐনা খাংদুনা লৈরমই।

"হাঁমাচিশ, ঐগী কয়া ফজদবা ঈশৈদু তারগা নহাক্কী থাগৎ ব্রাহে অমত্তফাও হায়বোইদ্রা?" অকোনবদা মানা হায়রমই।

"হোয়, ও বানি!" ঐনা খুমলমই, তপ্না নেম্না হায়রমই মরমদি ব্রাখল অমদা ঐগী খোঞ্জেল থোক্লমদে, ফাজিল্লমই।

"অদুবু, রানিগী ঈশৈশিংদু, মীনা তাবদদি অফবা নত্তে, ঐঙোন্দদি অশেংবমক ঐহাক্কী থম্মোইবু পুমঙাও ঙাওহল্লি - শুমহৎলি!"

"নত্তে, হর্মাচিশ, নঙবু কিনবগী মবম লৈতে!" মহাক্লা নোক্লা নোক্লা খোঞ্জেল নৌনা নুংশিনা হাযবমই। অদুম ওইনমক ঐ মঙোন্দা কবিসু হাযবমদে। ঐগী খুৎ অনিমক থক থক নিক্লবসু, ঐনা অমুক হন্না থাং মখোক্তু পাইবমই। ঐগী অশোনবদা কিবনা ঙাওববসু, তানজা অমা যেংলগা মাবু হাৎকে নিংলমই।

"হর্মাচিশ, শিদ লাউ," মহাক্লা মাগী নৌববা নুপীগী খোঞ্জেলনা মখা তাবমই - "লাকও-শিদা, ঐগী নাক্তা ফমলো লাও, ঐখোয অনি ফম্মুংশিদা ফম্মিন্নবগা বাবি শাসি। ঐ নঙোন্দা হাযগদবা যাম্না লৈ।" মহাক্লা খবদং হন্দোক্লগা ঐগী ফমফম শেমলমই মাগী নাক্তা অমোনবা শিলক্কী ফম্মুং মচিদ"।

ঐনা মিকুপ্পুদা ঐগী থাংদুনা যাম্না থুনা যান্থগে খল্লদুনা হৌগৎলমই অদুগা মাগী নাক্তা খজিক্তং থৈদোক্লগা ফমথলমই। মহাক্লা মবেক্তু খজক্তং হন্দোক্লগা যাম্না তুমনিংবা মালহল্লগা উইবম উইকম তৌবা মমীৎ অনিনা চৈবু মুন্না যেংলকখি।

হৌগিক খুদাংচাবদু ঐহাক্কিনি নবমদি মাগী ঙকশম অমসুং থবাক্তু ইহাং হাংনা উবমই। ঐনা লৈজবা থৌনা মখৈ পুথোক্লগা থাংদুগী মখোক্তা পাইবগা যাঙ্গৎলমই।

অদবু. বাখলদগী হেন্না থুনা মহাক্লা ঐগী খুৎ ফাবমই অদুগা ইংনা তপ্পা পাইবমই।

"কনিগীনো অসুক যাম্না ইপাও ঙাওবগুম তৌনা নঙগী মখুইথোংদা উৎলিনা নঙবু নশা ঙনদব্রা?"

"এঃ অশেংবমক ঐ নাবো" ঐনা খুমলমই। "অদু ওইববদি মোন অ... ঙাথৌ অদগা পোনাবো" মানা ঐগী খুৎতু অদুম পাইদুনা থল্লগা থোৎনা ইংনা হাযবকই। মানা অদুম্না ঐগী খুৎ পাইশিনখিন্দুনা ঐগী পাঙ্গল থৌনাপুন্না মাংখিবমই। "খঙহৌদনা অনাবা ওইগনি। মতম শাংমনখ্রে নহাক্না নঙগী থবানমিচাকশিংগা লোইননা থবক তৌরুবা। আইংশিগী অইংবা নুংশিং কযাদা থোৎলিবা নৌবিবা অহিংদা শাৎপী লৈবাং থবোগী নুংশিবা লৈনম যাওববা মালংবা মানা হুমলকপদা কনাগী পূক্লিং শুমহৎলোই'

সমুদ্রাগী ইথক ইপোম্মা পুবকপা অইংবা মালংবা. অরাংবা চীংগী চিংমাইদা যৈরুবগা তপ্পা হুমলক্লবসু অকনা শাফ্দি ওইবিবা খোইনিং কৌবা চেক্লাগী অপাম্বা কযাদ নুংশি পাউজেল পোস্নী মাগী মফমদা পিবিবা অশেংবমক অহিংদু যাম্না ফজববা অমসুং নুংশিববা অর্মনি।

খ্বাইদগী ফজবিবদি মহৌশা লাইবেম্বীগী ঈশৈদনি। তেংথাবগুম তৌনা উচেকশিংনা খোংবা মখোল মনা পুংবা উপালশিং অমসুং নুংশিৎতগী খোঞ্জেল চাম্মা চাম্মা থোক্লা শক্লদুনা মহাসাগবগী ইথক ইপোমশিংদা তিল্লবি যান্নবা মখোল মযার্মাশিনা

তান চানা নুংশিবা ঈশৈ শকপগুম তৌরি। অমুক্তা তাও হৰ্মাচিশ! ঐ নহাক্কী মরমদা করিগুম্বা খব খংলে। নহাকসু নিংথৌ মচানি। নহাক্কী ঈদা নোনজবা, হায়জবা অমসুং মীগী মখা পোনবাশিংলি য়াওদে। শোইদনমক্কী নিংথৌগী ঈদগী নহাক পোক্লকখিবনি। নহাক্লা ঐগী থবাক্তা করিবু য়েংবগে? মদু ওশিরিজ লাইরেম্বীগী খুদম থমখিবনি। ঐনা ইরাৎ পূজা তৌজবিবী লাইরেম্বীনি য়েংঙু!"

"ঐবু অমুক্তা হৌগৎহনবিয়ু!" ঐনা খনাও ইশেং শেংদনা হায়রমই। ঐনা হৌগৎকে তৌরমই অদুবু হৌগৎনবা পাঙ্গল থৌনা পূম্বা লোইনা মাংখিরমই।

"নত্তে, নত্তে, মিকুপমুক্তং ঙাইহিবিখো! নহাক্লা ঐবু থাদোক্লম্বদি তৌবিনু! নহাক্লা ঐবু থাদোক্লুনা চৎখিবদি ঙমলোই, হৰ্মাচিশ! নঙনা ঐবু কবিসু নুংশিবিদরা?" ঐনা হায়রমই "নত্তে, নত্তে - ও রানি! নুংশিবনা ঐনা করি তৌদৌরিবা? ঐবু অমুক্তা হৌগৎহনবিয়ু - ঐ য়াম্মা শোক্তরে - ঐ লোইবে!"

রানিনা হায়রকখি "অমুক্তা নুপীদা নুংশিখিদ্রি হায়বা - অঙকপা নুপানি! নহাক্কী মিহুন হুনবদুগা মান্ননা হুনবা নুপী অমত্তগা উনদ্রি - থেংনদ্রি হায়বা - নহাক্কী অপাম নুংশিনা ঙাওববা মীৎয়েংদুদা পংথখিবা নুপী অমত্তা থেংনদ্রি হায়বা - নুপী অমত্তা নহাক্কা নুংশি চিল্লোক্লদ্রি হায়বা - নুপী অমত্তগী হকচাংদা - নিংথিবী থবাক্তা অপাম নুংশিবদা ৱাম্থকদ্রি হায়বা অঙকপা নুপানি! মহৌশা লাইরেম্বীনা পিবিরকপা নুপী অমনা মফি লৌথোক্লগা অচিকপদা নহাকপু শুমহৎপা অমুক্তা তৌখিদ্রি হায়বা - নুপাগা নুপীগা অমত্তা ওইদুনা শকতাক্লবা মওংদু অমুক্তা উদ্রি হায়বা! কবিগী অদুগুম্বা নুপাদু হিংদুনা লৈবা য়াবোই, হৰ্মাচিশ!"

মহাক্লা ৱাহৈশিংসি হায়না হায়না ঐগী নাক্তা চংশিল্লকখি অদুগা মমৈথংদা স্বর অশাংবা অমা হোল্লগা ঐগী ঙকশমদা মখুৎ অমোনবদুনা কন্না কোনশিল্লকখি। মহাক্লা ঐকী মীৎতা মুন্না য়েংলকখি। অদুদগী মহাক্কী অতিয়া মচুগুল্লবা, অপাম নুংশিনা ঙাওরবী মীৎ অনিনা ঐবু চাথোক্তৌবমখৈ য়েংদুনা লৈরমই। মাগী অদুগুম্বা মীৎয়েংদুদা মচিন্দা মোমোন নোক্লগা ঐবু কোনশিল্লমই। মহাক্কী মোমোন নোকপদু লোইবা খম্বা নাইরমদে।

লৈরাংনা তপ্না তপ্না লৈকা হাইদোরকপগুম শুমহৎনিংঙাই ওইনা ফজরমই। মদুগী মিনোক্তু লোৎতুনা থম্বা ফজবগী মনুংদা ফজবদু উরমই। মহাক্লা রানি ওইবগী ফজবা নিংথিবদা ঐগী হকচাংদা হেন্না হেন্না অসুম নকশিল্লকখি অমসুং মাগী মশাদু ঐঙোন্দা কোনশিনবগুম তৌরমই। মাগী মনম নুংশিরবা পাফমদু ঐগী কোক্কী শমদা তোৎশিনখিবগুম তিনশিনখিবগু তৌরমই। মাগী অতরগুলাপকুম নিংথিবী মচিনবানগা ঐগীগা চুপ্পরমই।

অসুম্মা কুইনা শাংনা চুপ্পবদুনা ঐগী অৱাবা ওইরমই। অদুম্মা চুপ্পবদুনা ঐবু অশিবগী লাইনা ঐবু চেৎনা কোনশিনবিবগুম তৌরমই। আইশিস লাইরেম্বীবুসু

কাউথোকখ্রে, ঐগী অশা পূম্নমক, ঐগী ৱাশক পূম্নমক, মিংচৎ পূম্নমক, ঐগী লৈবাক, অমসুং ঐগী মকপ মপাং পূম্নমক অহাংবা নুংশিৎতা তিনখিবমই।

মহাক্না ঐবু চেৎনা কোনশিল্লগা ঐহাকপু মানা মহাক্কী মবুংঙো নুংশিনা হায়না কৌবমই। মহাক্না অপিকপা স্বব অমা হোল্লগা যাম্না নুংশিনা হায়বকই - "হৌজিক ৱাশকপিযু ঐঙোন্দা! ৱাশকপিযু, ঐঙোন্দা, নহাক্কী নুংশিবগী খুদোল ওইনা যু কপ অমা।"

ঐনা যু কপ অমা থকচিল্লমই। অদুবু, থকচিনখ্রবা তুংদা ঐনা খংলকখি মদু যু নত্তে হায়বা। মহিদু যু নত্তবা জ্ঞান মাংনবা - ৱাম্থনবা হিদাক অমনি হায়বা খংলমই। ঐহাক্কী জ্ঞান খজিক্তুং লৈবদুনা বানিগী ফম্মুংদা হিপ্লি হায়বদি ইশাদা ফাওবমই। অদুম ওইনমক, ঐ ৱা ঙাংবসু ঙমলমদে লেংবা খোৎপসু ঙমলমদে।

অদুবু ক্লিওপত্রাদি ঐঙোনলোমদা নোন্থবগা ঐহাক্কী ফিনুংদগী থাংদু শৎতোকখিবমই।

"ঐহাক্না ঙমলে - ঐনা জয় তৌবে।" ক্লিওপত্রানা লাউবমই মাগী শাংলবা মশমদু হাইদোক্লদুনা, "ঐনা ঙমলে, ইজিপ্ত থানবদু ঐনা লৌবে। কবিগী থানবা যাদবা গেমলা? মসিগী থাংপাকশিনা নহাক্না ঐবু হাৎলমগনি। ওহ, ঐহাক্না লাম্বা তৌবিবা নিংথৌমচা হর্মাচিশ! নহাক্কী তুংইনবা লাম্নীশিং হৌজিকফাওবা ঐগী কোনুংদা - গেৎতা ফাজিন্দুনা থমলিঃ হৌজিকফাও ঞ্জাণ তাদ্রিববা' হৌজিক, কবিনা ইঙ্গিৎ তৌবগে হায়ববু ঐ নঙোন্দা পূক্লিং লুপলোইদবনি অমদি ৱাশকলোইদবনি হায়বা।" মহাক্না বানি অমগুম ৱাংনা লেপ্লগা মখুত্তা থাংদু ইবং লংনা পাইবগা ঐঙোন্দা হাইথবকপগুম তৌবমই।

মহাক্না অমুকসু হন্না লাউবমই - "নত্তে, যাম্না হেঞ্জিন্না ঐনা নঙবু পামলুবে ঐনা অসিগুম্বা নুপা অমা হাৎপদা নুংশিবা পোক্লবদি। ঐহাক্না নঙোন্দা নঙগী হিংনবা লম্বী পিখি। হিংঙু ফাবাওহ ওইবদি মাংলশনু! হিংঙু, লৈখা তাববা নিংথৌমচানুপী অমগী লৌশিংন চাকথেক্তুনা! হিংঙু, হার্মাচিশ ঐনা ঙমলে হায়বদু খঙনা।"

অদুদগী ঐবু থনম্লগা মহাক চৎখিবমই। ঐগী নাকোংদা নাইটিংগেলগী ঈশৈ অদুতমক তাদুনা লৈবমই। সমুদ্রাগী ঈশিং ইবাওখোল, ক্লিওপত্রাগী ঈশৈ অমসুং মহাক্না জয় ওইখিবগী খোল্লাও অদু তাদুনা লৈবমই। ঐনা ঞ্জাণ মাংশিল্লকপদা ক্লিওপত্রানা নোকখিবগী মখোল তাদুনা লৈবমই।

# চেপ্টর নিপালশুবা

(হার্মাচিশ জ্ঞাণ তাক্লকপা, মাগী মনীংতা অশিনগী লাই উবা, রানি ক্লিওপত্রানা হর্মাচিশগী মনাক্তা চংলকপা, মাগী নুংঙাইবা রাহৈ-বাতাশিং)

ঐনা মিকপ থোকললকপদা ঐহাক ঐগী কাদা লৈরমই। ঐ হৌগৎলবা তৌরমই। শোইদনমক্কী ঐ মং অমথক মংখি। মদু মঙ অমখক্তী। ঐসে বিশ্বাসঘাতক তৌবা মীনি হায়বা খংনবা মিকপ থোরকপা য়ারোই। খুদোংচাবা পুম্নমক লোইনা মাংখ্রে হায়বসু য়ারোই। ময়ামগী ওইবা মরম অদু ঐনা নমথাক তৌরে। ঙরাং অহিং মপানগী গেৎ রাংমদা থৌনা ফরবা নুপা ময়াম খুরা শেপাগা লোইননা ঐবু ঙাইদুনা লৈবদু অরেম্বা তাখ্রে! অহিংদুদা ইজিপকী মীশিং অবুদগী অথু ফাওবা পাউ অদু ঙাইদুনা লৈবদ অবেম্বা তখ্রে। নত্ত্রে, মদু অমা ওইরবসু অমা ওইরবসু অশেংবা ওইবা ঙমলোই। ওহ, মদু সরাবা মঙ অমনি ঐনা উখিবা! অসিগুম্বা মঙ অমা উগদৌবগী শরুক শিজখিবনা হেন্না ফৈ।

ঐ ঙরাং অহিং মফম কদাইদা লৈখিবগে অদুগা হৌজিক্কা মফম কদাইদা লৈরিবগে? ঐহাক অলাবষ্টর হোলদা লৈগদবনি, চার্মিয়োন্না হল্লক্লিফাওবা। ঐ কদাইদনো? ওহ, লাইশিং - অকিবগী মশক ওইবা অদুনা করিনো, নুপা অমগী শক্তম ওইরিবা? ঐগী ফম্মুং কাংখদা ঈনা চোৎলবা অশিবা হকচাং অমা লৈবদুনা কনানো?

নোংশা অমনা চোংবগুম ফম্মুংদগী চোংথোক্লমই অদুগা ঐগী লৈজবা থৌনা পাঙ্গল পুথোক্কুনা উরিবা পোৎশক্কুদা য়ৈরমই। ঐনা কন্না য়ৈবদুদা পোৎ অদু কাংখদা ওনশিনখিরমই। অঙকপা মওংদুদা শাওনিংবনা ভাওরবা ঐনা অঙৌবা ফিনা য়োন্লিবদু শেগাইরমই। মনুংদা অশিবা নুপাদুগী মখু অনিমক য়াম্থদুনা লৈরিবা মচিন ময়াদা পুন্দুনা থমলমই। মদু মফি অমত্তা শেৎহন্দবা নুপা অমগী অশিবা হকচাংনি। অদুগা অশিবা নুপাদু অতৈ ওইরমদ্রে রোমান কেপ্তেন পাউলশ ওইরমলে। মফমদুদা ঐগী থাংপাক্কুনা মথবাক্তা থুম্না থিংজিল্লগা পাউলশ লোংনা শিদুনা লৈরমই। থাংদুগী মখোক্কু

ম্নানা শাবা শফিংজ তঙ্খাই অমনা নুপী তঙ্খাই অমনা নোংশা ওইবনি। থাংদুগী মনাক্তা পাপিরশ মকোল অমসু য়াওরমই। ঐনা মদু লৌরগা ইরিবদু পারমই।

"হর্মাচিশ নহাকপু তরাম্না ওকচরি! ঐসে রোমানগী কেপ্তেন ওইবা পাউলশ হায়বদুনি নঙনা পৈশা পিজদুনা ফত্তবা থবক তৌহনখিবা। হৌজিক খংজিল্লু বিশ্বাসঘাতক তৌবনা করি ফংঙি হায়বদু!"

তাইফেৎ তাইরবা অশিবদু য়েংলুবদগী ঐ অনাবগুম ইশোন শোন্না তুংলোমদা তুরোই ঙামলোই তৌরমই। ঐনা তুথরকপদু ফক্লাংনা ঙাকলমই। মরমসিনা মদু মং নত্তে তাইবঙদা অশেংবা থোকপা থৌদোক্নী - ঐ লোইরে - ঐগী লোইনমক মাংজরমই।

ঐনা ঐগী অহল ওইরবা ইপাবু নিংশিংলকখি। হোয়, মাগী শক্তেমদুনা ঐগী পুক্লিংদা ঙাম্থোকলকখি। মখোয় ময়াম্না খল্লমগনি মাগী মচানা তুংগী অশা পূম্নমক লোইনা মাংহনখ্রে। অদুগা ইপানা মচাগী ইকাইবা নংবা অমদি মাইথিবগী পাউদু তারগা করি ওইগনি। ঐহাক্না মরৈবাক নিংজবা ইপা পুরোহিৎ অদুগী মরমদা ব্রাখল তৌরমই। ঐগী খুরা শেপানা শাংলবা অহিংচুপ্পা ঙাইদুনসু অদুগুম্বা পাউদু লাকখিদ্রে খল্লমগনি। বিশ্বাসঘাটক তৌবসি ঐ ইথন্তা ওইরমদ্রে। ঐহাকপুসু অতোপ্পনা বিশ্বাসঘাটক তৌবিখ্রে! কনানা তৌবিরিবা? মফমদুদা শিদুনা লৈরিবা পাউলশনা তৌখিনা!

নমথাক তৌখিবদু পাউলশনা ওইবা তারবদি, অরোনবা ফত্ত থৌবাং ময়ামদু মহাক্তি করিসু খঙখিবা নত্তে। অদুবু অবোনবা মী মমিং পরেংদুদি ঐগী ফিনুংদা লৈরি! ও ওশিরিজ, মখোয়শিংদু লোইনা চৎখ্রে। পাউলশগী মরাইবক্তা থোকখ্রিবদু ইজিপকী মচা মরৈবাক নিংবা পূম্নমক্তসু থোক্কনি। ব্রাখল অসিদা ঐহাক লেপ্না লেপ্না লেকথরমই - ব্রান্থবমই।

মতম শুহাক লৈরগা ঐহাক জ্ঞান অমুক তারমই। তুরোই ঙামলোই তৌনা ঐনা লেপ্পবা হোৎনরমই। পাউলশগী অশিবা হকচাংদু হৌজিকসু অদুম তাদুনা লৈরমই। মপান্দা ঐবু শনত্রি তৌবা শিফাইশিংনা চৎপদু ঐনা তারমই। ঐনা লেপ্তুনা লৈবদু উরদুনা মখোয়না মখোয়গী তাশিংদু লৈপাক্তা কন্না য়ূংলদুনা ধমকা তৌরকখি। থোঙগী পৌরোল শৎলগা থোঙদু হাংদোক্লমই। মিকুপ খরগী তুংদা, রানি ক্লিওপত্রা ঙাংলৈনবা মচুগী ফিজোল শেৎলগা মফমদুদা চংলকখি। মহাক মনুংদা চংলক্লগা থোঙদু অমুক থিংজিল্লমই। ব্রাবনা খম থেংলবা মী অমগুম ঐ লেপ্তুনা লৈরমই। মহাক্না ঐগা মাই মাই ওনশিন্নরমই।

"তরাম্না ওকচরি, হর্মাচিশ," মহাক্না হায়রমই, "মরমসিনা ঐগী পাউ পিবা

মীনা নহাকপু মফমসিদা থেংনরে!" অদুগা রানিনা পাউলশগী অশিবা হকচাংদুদা থিন্দুনা তাকলমই। পাহ্! মহাক ফিভম কাইবা মাইথোংদা লৈরে, হো গার্দশিং!"

থোঙদু হাংদোরকখি অদুগা মখূৎতা খূৎলাই পাইবা গাউলশ শিফাই অনি মনুংদা চংলকখি!" ক্লিওপত্রানা য়াথং তৌরমই। "পুন্নবা অশিবা হকচাংশিপুথোকখো!" অদুগা লংজাশিংগী মরক্তা লংশিল্লু! ঙাইখো, বিশ্বাসঘাটক তৌবা নুপাশিগী থবাক্তগী থাং অদু শৎতোকউ!"

নুপাশিংদুনা মকোক নোম্থারগা খুরুমলমই। থাং অদু কংশিল্লবা ঈনা ইঙাং-ঙাংনা তৈরদুনা পাউলশকী থবাক্তগী শৎতোক্লমই অদুগা থাংদু তেবল মথক্তা থম্লমই। অদুদগী শিফাইশিংদুনা অশিবা হকচাংদু মকোক অমদি মশাদা পাইরগা মপান্দা পুথোকখিরমই। ঐনা মখোয়না য়াম্না লুম্না থাংবা খোঙথাংনা শিড়ি কুমথখিবদু তারমই। মপান্দা শিফাইশিংদুনা চৎখিবগী খোঙথাং মখোল তাখিদ্রবা মতমদা রানিনা ঐঙোন্দা হায়রমই - "ঐনা খল্লি, হর্মাচিশ নহাক ফত্তবা কেশতা মরুওইনা চেন্নবা মীনি!" "কয়াদা ঙকখ্রবা মীওইবগী লাইবক্কী চক্রনা লৈবশি! অদুবু বিশ্বাসঘাটক তৌবা অদুগীদমক্তি ........." মহাক্না পাউলশকী অশিবা হকচাংদু পুথোকখিবা থোঙ অদোমদা মঙক নোমলমই। "ঐনা খল্লি মহাক্কী দশা মানা ফংখিবা দন্দী অদুমক ফংফম থোকই নৎত্রবদি থাং অসিদা তৈরিবা ঈ ময়ামসি ঐগী থবাক্তগী ঈ ওইরমগনি!"

"মরমসিনা পাউলশ হায়বা নুপাদুনি ঐবু নমথাক তৌরম্বা!"

রানিনা অমুক মখা তারমই - "এ: নহাক্না ঙরাং অহিং ঐগী নাক্তা লাকপদু ঐসু খংলমই নহাক ঐবু হাৎনবা নখূৎতা থাং পাইদুনা লাকখিবনি। মতমদুদা নহাক্না থাংপাকসি ফিনুংদা লোৎতুনা থমখিবনি। ঐনা মসিসু খংলমই মদুদি নঙনা থাংখোক্তু নখুৎনা পাইরগা ঐগী নাক্তা চংশিল্লকপনি অমসুং নহাক্না লৈজবা থৌনা পাঙ্গল পূম্ন মক খোমজিল্লগা থবক অদু পাংথোক্লবা তৌখি অদুবু থবক অদুদি নঙনা তৌবা পামখিদে। ওহ্! মদু অঙকপা মিকুপ তাঞ্জানি! ঐনা য়াম্না ঙকলমই মিকুপ অমদগী অতোপ্পা মিকুপ অমদা ঐখোয় অনি ফত্ত ব্রাখল তৌনদুনা অমদি তাঞ্জা য়েংনখিবা, জয় তৌনবা হোৎনখিবা, লৈজবা লৌশিং থৌনা পুথোক্লুনা।"

রানি ক্লিওপত্রানা অমুক মখা তারমই - "হোয়, হর্মাচিশ, শিফাই গার্দশিংনা নহাক্কী থোংজিন ময়াদা চৎলি, অদুবু মিনম্বা ওইদবদি তৌগনু। ঐনা নঙবু ইনখিবা ঙাংনখিবগী মতুং ইন্না ফাবনি, জেলগী য়োৎলিদগী হেন্না কন্না চেকশিন্না থম্বনি! য়েংঙু, শিদা লৈরে নহাক্কী অথৌবা থাং।" মহাক্না থাং অদু ঐঙোন্দা পিরমই অদুগা হায়রকই - "হৌজিক নহাক্না ঙল্লবদি ঐবু থাং অসিনা হাৎলো-লাও!" ক্লিওপত্রানা ঐগী নাক্তা

চংশিল্লকখি অমসুং মাগী থবাক্কী ফিদু শেগাইরগা থৌনা লৈবী অমা ওইনা ঐগী মাংদা লেপ্লমই। মহাক্কী ইং তপ্লবা মমীৎ অনিনা ঐগী মীৎতা মুন্না য়েংলমই।

"নঙনা ঐবু হাৎপা ঙমলোই!" মানা মখা তারমই, "মরমদি ঐনা ফজনা খংঙি, মসিগী মরম য়াম্না লৈ। মাগীদমক্কী হায়না লৈজবা নুপীবু হাৎপা ঙম্বা নুপা কনাসু লৈবা হৌনদে। নত্তে, থাংদু পাইরুনু! থাংদুনা ঐগী থবাক তমলক্কনু মরমদি নঙনা ঐবু হাৎপা ঙমদবা থোক্লবদি নহাক নথন্তা শিজগে তৌবক্কনি।

ও: নহাক আইশিস লাইরেম্বীদা ৱাশক্তুনা লাক্লবা নুপানি! করম্বা মীৎয়েংনা সর্গদগী ইমানা নঙোন্দা য়েংথরক্কনি - ইকাইবা নংলবা অমদি মাং তাক্লবা নঙোন্দা? সর্গদগী কুমথরক্লগা নহাক্কী মাইথিবা ইকাইবা নঙবদা করম্না হবাও তয়াম্না নঙবু ওক্কদগে? কদাইদনো নঙগী অপেনবা ফংগদবা?"

ঐগী থম্মোই মচেৎ মচেৎ তাবদুনা ঐ মখা তানা খাঙবা ঙমলমদে। ঐগী অশোনবদি ঐহাক ইশানা শিবা ঙমদবদুনি। ঐনা ঐগী ফম্মুংদা তুথরমই অমসুং পূক্লিং নুংশিনা, মখোল থোক্লা কপ্লমই।

অদুবু বানি ক্লিওপত্রাদি তোইনা লাক্তুনা ঐগী নাক্তা ফম্লগা ঐগী খাংঙমদবা অৱাবদু কোক্লবা নানবিবমই। মানা ঐগী ঙকশম অমসুং থবাক্তা মখূৎ অমোনবদুনা নানবিরমই।

মানা ইংনা তপ্লা হাযরমই - "নত্তে, অদুম্না তৌগনু, নুংশিনা য়েংখৎলকউ!" "পূম্নমক নঙগীদমক্তি মাংবা নত্তে! ঐনা নঙবু শাওখিবসু লৈতে! ঐখোয় অনি অকনবা লান অমা তৌখি অদুবু ঐনা নঙোন্দা নুপী ওইবীগী মিত্রং অমা নঙোন্দা তৌখি অদুগা ঐনা জয় তৌখি! অদুবু ঐদি পূম্নমক নঙোন্দা ফোংদোক্কনি। লৈবাক অসিগী বানি অমা ওইনা অমসুং খ্বাইদগী মশক ফজবী নুপী অমা ওইনা নহাক্লা ঐবু মিনুংশি পোকখি, মদুদগীসু হেন্না! নহাক্লা অৱাবা অমদি নিংবা কাইবদা লুপ্তুনা লৈবদু ঐদি যেংবা ঙমজদে। নহাক্লা ইজিপকী শিংহাসনবু ফংনবা হোৎনবদু অচুম্বনি অমসুং অফবা থবক্কী। থাইনগী ইজিপ্ত নিংতম্নবা হোৎনখিবদু অচুম্বা খোঙথাংনি। ঐসু আইনগী মতুং ইন্না রানি অমা ওইনবা মদুমক তৌখি। নহাক খাংঙমদনা অৱাবা নংগদবনি অচৌবদগী লৈখা তাবকপা অদুগীদমক। মদুদা মিনুংশি চাওগনবী নুপী অমা ওইনা ঐনা নঙগী অৱাবা দশাদা নুংশিবা পোকই।

লোইনা মাংবদি নত্তে! ঐনা নিংবদা নখোয়গী থৌবাংদু য়াম্না পংনা তৌখি। ইজিপ্তা কৈদৌনুংদা নিংতম্বা লৈবাক অমা ওইনা লেপচবা ঙমখিদ্রি, নহাক্লা ইজিপকী নিংথৌ ওইনা লুহুপ উপচরবসু। অদুবু খংগদবদি মফম্মসিদা রোমান শিফাইশিং য়াম্না লৈরি।

নঙগী অশাদুনা ব্রাংমনখিদুনা ঐবু করিমত্তা খংবিদে। ঐখোয়গী পাক-চাওরবা লৈবাকসিদা ঐ নত্তনা তশেংনা ক্ষেম লৈবাকপু নুংশিবা কনাসু লৈতে, হর্মাচিশ।

অদুবু ঐহাকপু অব্রাবা কয়ামরুম অমা মাইয়োক্নহল্লি - মাইকৈ কয়াদগী লান হৌরকখিবা, লালহৌবা কয়ামরুম থেংনখিবা, কল্লক য়েংহিবা কয়ামুক মাইয়োক্নখিবা, ফত্তবা খুজিন থৌরাং মুথৎনবা তৌখিবা অমসুং মাইকৈ পুমনমক্তগী ঐবু রানি ওইবা তোক্লবা প্রজাগী শেবা তৌবদু তৌদনবা ইরাং কয়া লাকপদু মাইয়োক্নখি।

নহাক ঐগী কাউনশেল্লর ওইবসু য়াই নৎত্রগা ঐগী নুংশিবা অদুবু ঙাক শেনবিবসু য়াই। মসিবু অপিকপা লাইনা তৌবা য়াবনি খনবরা - ইজিপকী রানি ক্লিওপত্রাগী নুংশিববু জয় তৌবা অরাইবনি খনবরা? হোই ফরে, ঐখোয় অনি পুন্না পানমিন্নরসি - অরিবা অমসুং অনৌবা লৈবাক অনি থোক্লা।

মসিশু য়েংঙু হর্মাচিশ, নঙগী বিশ্বাসঘাটক তৌবদু খুমজিল্লগা থমলে লৌরশি। অদুম তৌবদা রোমানশিংনা নঙগী থৌরাংদুবু নমথাক তৌবিরে লৌরোইদ্রা? নঙবু ঙাওননবা হিদাক পিথক্লে খল্লশি, নহাক্কী অরোনবা চে-চাং পূম্নমক হুরানবিখ্রে লৌবশি। অদুম তৌবদা পূম্নমক্লা নঙোন্দা শাওরোইদ্রা - ব্লেম তৌরোইদ্রা? পূম্নমক ইচাই চাইনা চেন্নখ্রবদা নঙগী থাজবা অদুনা উপাই ওইরগা থবক চৎথবা য়াগনি নিংবরা?

ইজিপকী রানিবু নুংশিবনা ঙাওহনবা ঙমগদরা? ঐনা হায়রিবসি ফত্তবা খুজিন থৌবাং তাকপনি খনবরা?"

ঐনা ঐগী অব্রাবা নিংবা কাইবদু খরদং ফবগুম তৌবকপদা ব্রা ঙাংলমই। ঐনা মঙোন্দা হংলমই - "ঐগা লোইনবা মীশিং অমসুং ঐবু থাজবা মী শিংদু করি তৌখ্রবগো?" "এহ্! অমেনেমহৎ, নহাক্কী ইপা অবুথিশকী পূরোহিৎ অমসুং শেপা মখোয়দি মরৈবাক্কীদমক থব্রাই থাজরগে খনবা অদুগা মখোয়গী থম্মোই চাউবদু লোৎতুনা থমখ্রবা!" - বানিনা হায়রমই।

ঐহাক্লা খল্লমই - মহাক্লা হায়রিবসি চার্মিয়োন্না শোইদনা হায়রমগনি অদুবু মানা চার্মিয়োনগী মিংদি পনখিদে। রানিনা হায়রমই - "অদুগা অতৈ মী কয়ামরুম - ওহ্, ঐ মখোয়বু লোইনা খংঙি!"

ঐনা হায়রমই - 'এ:, মখোয়বু করি তৌবা?"

"হৌজিক তারো, হর্মাচিশ" মানা হায়রমই । মহাক্লা ঐগী খুৎ পাইরগা অমত্তা ওইবগী মওংদা মখা তারমই - "নঙগীদমক য়েংলগা ঐনা মখোয়বু ঙাকপিগনি। তৌদবা য়াদবা অদুদগী হেন্না ঐ করিসু তৌরোই। ঐগী শিংহাসন য়েংলগা, ইজিপকী লাই

পূন্নমক য়েংলগা ৱাশক্লী - নঙগী খুরা শেপাবুসু থৱাই কনগনি অমসুং অতৈসু। ঐগী ইপা ইপুশিংনা তৌখিবগুম ঐদি তৌরোই। ঐদি মখোয়বু লোইনা ঙাকপিগনি হেব্রু কাংবু নত্তনা মবমদি ঐদি হেব্রুশিংবু য়াম্না তুক্কচৈ।”

“হেব্রুদি সহরসিদা অমত্তা লৈতে!” ঐনা খুমলমই।

“অর্দুদি ফবে, মবমদি ঐনা হেব্রু অমত্তা ঙাকপিবা তৌখিদ্রি!” মহাক্না হায়রমই।

মখোয়না হায়নবগুম ঐশিবু য়াম্না তমথিবা মিনুংশি য়াওদবী নুপী অমরা? নহাক্কী মিং পরেংদুদা শিবা য়াববা মী মমিং য়াম্না য়াওরি। ঐনা রোমানগী নুপা অমখকতমক মাইকৈ অনিদা নমথাক তৌরম্বা অদু লৌখৎখি।

মদুগীদমক নহাক নুংঙাইতবা - পাখৎপা তৌবরা? ঐনা নঙোন্দা ঙাকপিবিবা অসিগা য়েংনবদা, মরমদি মসি নুপীগী মিৎয়েংনি - নুপীগী বিচাবনি! হর্মাচিশ, নঙনা ঐবু পেলহনবা! নত্তে, শেবাপিশ যেংলগা ৱাশকউ!” ক্লিওপত্রানা নোকফেৎ তৌবগা হায়রমই।

“ঐগী পূক্লিংগী ফিবেপ হোংলনি, ঐনা নঙবু কবিসু নত্তবদা ৱাহল্লোই। নহাক্না মদু ঐঙোন্দগী লৈবা যাগনি, অদুবু মমলদি য়াম্না ৱাংঙি। নঙনা ঐবু অমুক্তং চুপ্পনা ওইগনি, হর্মাচিশ!”

ঐবু থেম্না লাক্কবিবী মাগী মাইথোংদগী ঐনা মাই লৈথোক্লগা হায়রমই - “নত্তে, মমলদু য়াম্ন হেন্না ৱাংমনখ্রে, ঐদি নঙবু চুপ্পা খোৎপা তৌররোই!”

“অমুক্তা খন্থবগা য়েংঙু!” মানা পাউখুম পিরমই - হৈনিংদবা অমদি যানিংদবা মওংদা - “নহাক্না অমুক্তা খন্থদুনা যেংঙু অমসুং অপাম্বা খল্লু। ঐশে নুপী অমনি, হর্মাচিশ! নুপী অমনা নুপাগী অচুম অরান থিবসি চৎনবী নত্তে। নহাক্না তৌগে নিংবদু অদুম তৌবিয়ু অদুবু মসির্মদি ঐনা হায়জরি - নঙনা ঐবু থৈদোক্তুনা থল্লবদি ঐনা তৌগে নিংখিবশিংদু ঙাকপিবা ওইনা ওন্থোক্তুনা থমগনি । মরমসিনা, খ্বাইদগী ধর্ম্ম লৈবা পুরোহিৎ - অপাম্বা খল্লু ঐনা নহাকপু নুংশিজবা অমদি পামজবগী পোৎলুম অসি লৌগেরা নৎত্রগা নহাক্কী অহল ওইরবা নপা অমেনেমহৎ অমসুং নখুরা শেপা, মাগা প্লোৎ তৌমিন্নবা লোইনমক য়াম্না থুনা হাৎতোকপা - লোইশিনবা!”

ঐনা মঙোন্দা যেংলমই অমসুং মহাক শাওরে হাযবা খঙলমই। মরমদি মাগী মমীৎ অনিমক অশাওবা উৎলগা থবাক্তা স্বর ৱাংনা হোল্লমই। মরমসিনা ঐনা স্বর অমা হোন্দোক্লগা মাবু কোনশিল্লগা কন্না চুপ্পমই।

অদুদগী মহাক মানা ঙমলে হায়বগী মাইথোংদা গ্রিকশিংগী এফ্রোদিৎকুম্না থাংদু পাইরগা চৎখিরমই।

কয়া য়াম্না হেঞ্জিন্না ঐবু নমথাক তৌখ্রবগে হায়বা ঐ খঙলমদে। করিগী থম্মোইদা কৈ অমোমগুম্বী ক্লিওপত্রানা থৌজাল হৈবী ওইরকলিবনো? করি মরমগী মহাক্না ঐবু হাৎতোকপা কিরিবনো? ঐবু হাৎতোকপা কিবদুনা অমসুং মনুংগী পোলিশি অদুগা পুন্নগা য়াম্না নুংশিনা থৌজাল হৈবিনি হায়বা উৎলি।

মহাক নুপী অমা ওইনা মশক ফজে-নিংথিজে হায়বা ঐ য়ারে অদুবু মহাক্কী ফজবা নিংথিবদু মফম মতম খঙনা উৎকদবনি হায়বা ব্রাখলদি মঙোন্দা য়াওদবগুম তৌরমই। ঐঙোন্দা হরাওবা নুংঙাইবগী মহুৎতা অব্রাবা অমসুং শাওনিংবা ওইনা পিরমলে।

মহাক্না ঙন্নবনি হায়বগী মাইথোং পুরদুনা ঐবু কাদুদা থনন্নগা চৎখিরমই। কয়াদা খাংঙমদবা অব্রাবনো! লাইশোন তিনশোন তৌবনা ঐগী ব্রারবা পূক্লিংবু য়াংহনবা ঙমলমদে। মরমদি লাইশিংগা ঐহাক্না লৈনরম্বা মরি পূম্বা তৎনখ্রে। অসুক্কী মতিক অব্রাবা, নিংবা কাইবা অমসুং মাইথিবগী অমম্বা ওইরমই মদুদি ঐগী অমম্বা থম্মোইনুংদা অরংবা থব্রানমিচাক্কী মতৌগুম ক্লিওপত্রাগী মমীৎ অনিদুনা ইঙান ঙান্না ঐঙোন্দা য়েংদুনা লৈরমই।

অদুম ওইনমক ঐগী থম্মোইদা অশাগী মঙাল অমদি ঙান্দুনা লৈরমই। অহানবা হোৎনবদা মাই পাক্রবসু অনিশুবা হোৎনবদা লৈ শুনা লৈতেংলবা লম্বীদা চৎকনি - মঙ্গল ওইগনি।

# চেপ্টর মাপলশুবা

(হার্মাচিশবু জেলদা থম্বগুম হাউশ এরেষ্ট তৌদুনা থম্বা চার্মিয়োন লাক্কুনা চৈরবা, হর্মাচিশবু অমুক থাদোকপা অমসুং কুইনতশ দেল্লিয়াশ ক্লিওপত্রাগী মনাক্তা লাকপা) )

নুমীৎ তরামথোইনি চুপ্পা ঐবু ঐগী কাদা জেল ওইনা ফাজিন্দুনা থম্লমই। ঐগী থোঙদা লৈরিবা শনত্রি অদু নত্তনা অতৈ কনাগুম্বা মী অমত্তা উনহল্লমদে। অদুগা ঐগী চান-থক্লবা পুরকপা মীনাইশিং ঐগী নাক্তা চংলকপা খুদিং ব্রা অমত্তা ঙাংহল্লমদে। নুতিগী ওইনা ক্লিওপত্রসু ঐগী নাক্তা লাক্লমই। মহাক্না ঐগী নাক্তা ফম্লগা নুংশিবা ব্রাহৈ কয়া হায়রবসু মহাক্না মপান্দা করি করি তৌরি হায়বদি করিসু তাকলমদে। মহাক্না ঐগী নাক্তা লাকপদু শকওং কয়ানি -অমুক্না নোক্না নোক্না নুংঙাইনা, অমুক্না লৌশিং শিংবী ব্রাখল লৈবী মান্না অমদি ব্রাঙাং ব্রাতা হৈবী ওইনা অমসুং অমুক্না অপাম নুংশি মৈনা চাক্লবী ওইনা। অদুগা মহাক্না লাকপা খুদিং অনৌবা নুপাবু শুমহৎপা ঙম্লবা মাইথোংসু য়াউরমই।

ইজিপ্টু অচৌবা লৈবাক অমা ওইনবা মানা হোৎনবদা ঐবু মঙোন্দা মতেং পাংহন্নিংবগী ব্রা কয়া ঙাংলমই। প্রাজা মীয়াম্না থেংনরিবা অব্রাবদু খরদং ওইরবসু ময়েং তাথনবা মতেং পাংবিনবা ব্রা হায়রমই। ঐনা মঙোন্দা মতেং পাংলগা রোমানশিংদু মরৈবাক্তা হনখিনবা তৌশি হায়রমই। মহাক্কী লাং থাকপা মিত্রংগী শক্তিনা ঐবু তপ্না তপ্না ফাজিল্লমই। মানা ঐবু চেৎনা ফাজিল্লিবা অদুদগী নাম্থোক্লবা লম্বী নৎত্রগা উপাই অমত্তা লৈরমদে। ঐগী পূক্লিং ব্রাখল পূম্নমক মঙোন্দা লুপশিল্লমই। মাহাক্না হায়রমই মদুদি ইজিপ্তা চৎনরিবা ধর্ম্মদু হেন্না শেংদোক্লবা অমসুং থাইনগী লাইশংপূম্বা

শেমজিন শাজিন তৌগনি হায়রমই। অনৌবা লাইশঙ কয়াসু শাগনি হায়রমই। অদুগা ঐগী পূক্লিংদা হান্না লৈরম্বা ৱাখল পূম্নমক মাংখিরমই।

ঐনা মঙোন্দগী তল্লমই মদুদি কমদৌনা নুপা অমনা নুপী অমবু নুংশিগনি অমসুং করম্না অপাম নুংশিগী মৈচাক্তু নেমহনগনি। ঐগী থম্মোইনুংদা ক্লিওপত্রাগী নুংশিবা নত্তনা অতৈ ৱাখল অমত্তা চংলমদে।

হান্না ঐনা ইকাইবা নংখিবদু থাপ্না থৈদোক্তুনা ঐনা মাবু নুংশিবদু অসুম অসুম হেনগৎলমই। ঐগী থম্মোইবু মানা জয় তৌখ্রবনি। ঐহাক মাগী শানপোৎনি, মাগী মনাইনি, ঐগী লৈজবা পূম্বা মাগী ওইখ্রবনি।

মঙদা ঐনা মাবু রানি ওইনা উরমই অদুগা মাগী মখূৎ অনি শাংনা তিংথোক্তুনা ঐবু চেৎনা কোল্লগা নুংশিবনা ঙাওরবা মমীৎ অনিনা ঐবু য়েংদুনা লৈরমই। মানা মচিনবান কাথোক্লগা ঐগী মাইবু মাগীদা চিংশিল্লগা লোইবা খন্বা নাইদনা চুপ্লমই।

নোংমা ক্লিওপত্রা অরং অরাক্পা থল্লবা রানি ওইবগী ফজবা ফিজোল লৈতেংলগা ঐগী নাক্তা লাক্লমই। মাগী মকোক্তা ম্নানা শাবা লিন অমনা মাগী লুহুপ ওইরমই। মাগী মখূৎতা শেপতরদু পাইরদুনা হরাও হরাও ঐগী নাক্তা ফমথরমই। মাবু এনটোনিনা শাইরিয়াদ কৌরি হায়রমই। মানা মকোক্তগী ম্নাগী লিনগী লুহুপ অদু লৌথোক্লগা ঐগী কোক্তা উপশিনবিরমই। মহাক্না হরাওরিবদুগী মরমদি এনটোনিনা মাবু শাইরিয়াদা কৌরি হায়বদু মাল্লমই।

ঐনা শাওরপ তৌনা মাগী লুহুপতু লৌথোক্লগা হৌগৎলমই অদুগা মঙোন্দা হংলমই - "করিগী অদুম্না লংনবগে?" মহাক তুংলোমদা খরদং হন্দোক্লগা হায়রকই - "নত্তে, হর্মাচিশ, শাওবিগনু! নঙ করম্না খঙবগে ঐনা করেম্নৈ হায়বা! নহাক ফারাওহ ওইররোই হায়বাসি করম্না খঙবগে?"

"নঙনা হায়রিবদু করিনো -করি হায়রিবনো?" ঐনা মঙোন্দা হংলমই। ঐনা মসিমসু হংলমই - "নঙ ইজিপ প্রাজাশিংগী মমাঙদা ঐঙোন্দা লুহোংবা ঙমগদরা? হৌজিক ঐ করম্না ইজিপগী ফরাওহ ওইগদৌরিবা?"

মহাক লুকথরগা মমীৎনা লৈমাইদা য়েংলমই। মহাক্না হায়রমই - "নুংশিবা! ঐগী পূক্লিংদদি নঙোন্দা লুহোংজগে নিংঙি," মাগী ৱাঙাংদু য়াম্না থোৎনা নৌনা অমসুং য়াম্না নুংশিনা হায়রমই। "অমুক্তা তাবিয়ু, নহাক অসুম অসুম তাইফেৎ তাইশিল্লক্নে নহাক্কী জেলগী কাশিদা অদুগা নহাক্তি চাবসু খজিক খজিক্তং চাই। ঐনা মসি চাবা থকপা পিরিবা মীনাইশিংদুদগী খংলিবনি। ঐনা নহাকপু মফমশিদা থমলিবনি, হর্মাচিশ

নওগীদমক অখন্ননা। নহাক ঐনা অসুক্কী মতিক নুংশিরুরে মদুদি নওবু উদবদা ঐ মিকুপ অমফাও লৈবা ঙমজদে। মসি ঐগীদমক্তা অমসুং নহাকপু ইকাই খুম্নবা উৎপা ওইনা তৌখিবনি। নহাক হৌজিকফাওবা ঐগী বন্দী ওইনা অদুম উরি। মদু নৎত্রবদি নহাক ইকাইবা নংলমগনি। অদুগা নওবু হাৎতোক্লমগনি কনাসু খংহন উহন্দনা।

অদুবু মফমসিদা নওগা ঐগা মখা তানা অমুক উন্নররোই। মরমসিনা হয়েং ঐনা নওবু থাদোক্লগনি পুম্নমক্তা নিংতম্না লৈবা য়ানবা অদুগা কোঁত্তো ঐগী পাঞ্জি অমা ওইনা লাক্কদবনি অমুক্তং! ঐনা মসিগী মরম পুম্নমক পিগনি মদুদি নওনা মরম পুম্নমক নশাগী ওইনা শেংদোকখ্রে। মসিদগী হেন্না ঐনা হায়গনি - নওনা লান তৌবগী লাইফাও তৌখিবদু হৌজিক লান তৌবে অচুম্বা ওইনা।

মসিগীদমক ঐহাক করম্না নহাকপু থাগৎকদগে ঐ খঙদে। হৌজিক্তি ঐ চৎলগে এম্বাশাদরশিংদুগী মনাক্তা। হর্মাচিশ, খংশাও শাওবিরক্কনু, মরমদি কনানা খঙবা ঐখোয় অনিগী মরক্তা করি লাকপা।

মাগী মপুক্লিংদা ঐবু লুহোংগে হায়বগী অনিংবা অমা লৈ হায়বা খঙলমই। ঐনা থাজরমই মদুদি মাগী ব্রাখল অমসুং অপাম্বগী মতুং ইন্না ময়াম মমাংদা ইফোং ফোংনা মানা ঐবু লুহোংগনি। মানা ঐবু নুংশিবদুনা হাৎতোকখিংগী মতুংতা ঐবু ফাজিন্দুনা নুংশিনা থমলিবনি।

মথংগী নুমীৎতা ক্লিওপত্রাদি লাক্লমদে অদুবু চার্মিয়োন ওইনা ঐগী নাক্তা লাক্লমই। মহাক থৌদোক থোকখিবা অহিং অদুদগী হৌনা মশক অমুক্তা উদ্রিবা নুপীনি। মানা কাদুদা চংঙক্লগা মাংদা লেপ্লমই। মাগী মাইদু তাইফেৎ তাইবমই অদুগা মমিৎ অনিমক লুকথরগা লৈমাইদা য়েংলমই। মহাক্কী অহানবা ব্রাহৈশিংদু খম থেংনা অব্রাবা নিংবা কাইবগিনি। মানা হায়রমই - "নিংথৌ ওইদ্রবা হর্মাচিশ, ঐ মফমসিদা নহাকপু থাদোক্লে নিংতমলে হায়বা লাকপনি! নওগী মিংচৎথিবদু মাইয়োক্লবা ঙম্নবা নহাকপু থাদোক্লে হায়রকই। নওবু থাজরম্বা পুমনমক মাইয়োক্লবা ঙম্নবা! ঐ নওগী নাক্তা ব্রা অসি হায়বা লাকপনি মদুদি ঐখোয়গী প্লোৎ অদু চহি ২০ হেন্না শাগৎলকপদু লোইশিল্লে। অশেংবমক কনাসু হাৎপা খোৎপা অমত্তা তৌদ্রে, মফম খঙদনা মাংখ্রবা শেপা নত্তনা।

অদুবু হৌরিবা লালহৌবদুগী লুচিংবশিংদি লোইনা ফাখ্রে অমসুং মখোঙ মখূৎ য়োৎহ্লিং থাংদুনা লৈরি। অদুগা লুচিংবা খরদি অথাপ্পা লৈবাক্তা তাম্থোকখ্রে। মখোয় মখোয়গী পার্টিশিংদু লোইনা থুগাইখ্রে অমদি ইচাই চাইখ্রে। হৌখিবা নোংলৈ নুংশিৎতু পোখাইদ্রিঙৈ মমাংদা শৌদোক্লুনা মাংখ্রে। ঐখোয়গী ইজিপ হায়বা লৈবাক্লু মতম পুম্বগী ওইনা মাংখ্রে - লৈত্রে মাগী অরোইবা অশা অদু মাংখ্রবা মরম্না। ইজিপ্পা

কৈদৌনুংদা অমুক লালহৌবা তৌররোই। মতম খুদিং ইজিপকী মী পূম্নমক মীরৈবাক্কী মীনাই ওইদুনা হায়জ নোনজদুনা লৈরগনি।" ঐনা মখোল হৌনা নাহেবগুম তৌরমই।

ঐনা হায়রমই - "অব্রাবনি! ঐবু নমথাক তৌবিখি! পাউলশমক্না ঐখোয়বু নমথাক তৌরমই।"

"নহাকপু নমথাক তৌবিরে হায়বা? নত্তে, নহাক নশানা নশাবু নমথাক তৌখিবনি! নহাক কমদৌনা ক্লিওপত্রাবু হাৎপা ঙমখিদবনো, মাগা নঙগা নখোয় অনিতা লৈরবা চিকলবা অহিংদা? হায়রকউ, নঙনা ব্রাশকখিবা নৎত্রা?"

"ক্লিওপত্রানা ঐবু ঙাওনবা পংথনবা হিদাক পিথকখি!" ঐনা খুমলমই।

"ও, হর্মাচিশ!" মিনুংশি য়াওদ্রবী লৈশাবীদুনা খুমলমই। "কয়াম নেমথনা নহাক লৈখা তারবনো! নহাক নিংথৌমচা অমা ওইরম্বদগী হৌজিক চিন্থিবা অমা ওইরে! হোয়, ঐ য়ারে নহাকপু ঙাওনবা পংথনবা হিদাক পিথকখি হায়বা, অদুবু হিদাক অদুদি ঙাওনবা - নুংশিনবা তৌশিনবা মহিনি! হোয়, নহাক্না ঐখোয়গী লৈবাক ইজিপ্তু য়োম্বোকখি মমলদি লমচৎ য়াওদবী নুপীঅদুদা চুপলুবনা ওইখি। নহাক অব্রাবা ওইরো, ইকাইবা চোপ্পা ফংলো!"

চার্মিয়োনগী খুদোম্বীনা ঐঙোন্দা থিল্লদুনা মখা তানা ঐঙোন্দা হায়রকই - "তুক্কচনিংঙাই ওইরবা নহাক্কী, ময়াম্না ইম্বোক্লবা নহাক্কী! নঙনা গুল্লবদি মসি য়ানিংদে হায়য়ু। এ: নঙ ঐঙোন্দগী য়াম্না হেন্না লৈখা তারবা পিকশিল্লবা মীনি, নঙবু পিকশিল্লবা নৎত্রা?

ক্লিওপত্রগী মখোঙদা হিপথরগা চুপ্পু অমসুং মাগী খোঙ্ভুপ্তসু হন্না হন্না চুপ্পু মতম অদু য়ৌদ্রি ফাওবা মানা নঙবু মখোঙনা নেৎখাইদ্রি ফাওবা!"

চার্মিয়োন্না নার নারবা ব্রাহে কয়ানা চৈরবা মতমদা ঐগী থম্মোইনুংদা অব্রাবা নুংঙাইতবনা থক থক নিক্লা ব্রানা খাংলমই অদুবু ঐঙোন্দগী পাউখুম অমফাও পিনিংঙাই লৈরমদে। মমৈথংদা ঐনা খোঞ্জেল লুম্না হায়রমই। "কমদৌনা মদু লাক্লীবা? নহাকসু নমথাক তৌবিখিদরা? ঐবু লংনবা অমসুং করেম্নবা ব্রাহেশিং হায়নবা মফমসিদা লাক্লী! নহাক্কী ঐঙোন্দা ব্রাশকখিবা - নঙনা ঐবু নুংশি হায়না। নহাক নুপী অমা ওইনা ঐনা শিথরবা শোম্থরবা মতমদা করিসু মীনুংশি পোকতবরা?"

মাগী অমুবা মমীৎ অনিদু লুকথরদুনা মানা হায়রকই - "মিং পরেং অদুদা ঐগী মিং য়াওদে। মসিদসু ঐবু নমথাক তৌবগী তাঞ্জা অমা পিরবনি, হর্মাচিশ! এ: মসি ঐনা নঙবু অহানবদা নুংশিখি - নুংশিদ্রনে? নিংশিংঙু! নহাক্না লৈখা তাবসি ঐনা

হেন্না নুংঙাইতে। নঙনা ইকাইবা নংবসি ঐখোয় পূম্বগী ওইনা ইকাইবনি। নঙবু অপংবা মীরা? পোত্থাবা ফংনবা নঙ ঐগী নাক্তা লাক্কেরা?"

*ঐনা মঙোন্দা হংলমই - "করম্না ঐনা খংগনি মদুদি নহাক্না তৌখিদে - কল্লকপা অশাওবদগী ঐখোয়গী থৌরাংপূম্বা নমথাক তৌদুনা কাইখিবনি হায়বা? চার্মিয়োন, নহানব্বাইদা খুরা শেপানা নঙগা য়াম্না চেকশিন্না লোইনগদবনি হায়না ব্বানিং তৌখি।*

চার্মিয়োনগী লাইবক্তু ইঙাং ঙাংশিল্লক্লগা হায়রকখি - " মদু নমথাক তৌবা অমনি!"

"ঐনা নঙোন্দদি নমথাক তৌখিদে। মদু মরাইবক থিবা পাউলশনি - অকোনবদা মপুকচেল হোংলকখিবা অমসুং মতিকচানা দন্দিসু ফংখিবা। নত্তে, হর্মাচিশ ঐ কুইনা লৈবা য়াদ্রে। ঐদি চুম্না নহাক থাদোক্লে নিংতম্লে হায়না খংহনবা লাকপনি। ইজিপকী রানি ওইরিবী ক্লিওপত্রানা নহাকপু অলাবষ্টর হোলদা ঙাইদুনা লৈহৌরি।" - চার্মিয়োন্না হায়রমই।

মহাক্না অথুবা মিয়েং অমনা শৎ লৈদুনা ঐবু য়েংলম্লগা ঐগী কাদুদগী থোকখিরমই। ঐ অমুক হন্না মখোয়গী বিচার তৌফম কোঁক্তা লাক্লমই পূক্লিংদা ইকাইবা অমসুং অঙকপনা পিক থল্লবসু।

মীগী মাইথোং খুদিংমক ঐবু খংব মীশিংনা ঐবু তুক্কচরমগনি নিংলুবনা ঐনা মাইয়োক্লবা কিরমই।

অদুবু মফমদুদা ঐনা করিসু উবা ফংলমদে।মসিগী মরমদি প্লোৎ তৌবদা য়াওখিবা মী পুম্নমক লোইনা অথাপ্পা মফমদা চেনখ্রবনি। অদুগা চার্মিয়োন্দী ব্রা অমত্তা ঙাংলকখিদে। রানি ক্লিওপত্রানা ঐবু মরাল করিসু লৈত্রে হায়না লাউথোকখ্রবনি।

অদুম ওইনমক ঐনা ঐগী ইরালগীদমক ইকাইবনা ইরুম লুমথরমই, ইনুং নুংঙাইরমদে। ঐহাক, ইপা প্পাবা ইশে শেগাইবা অমোৎপা ফি শেৎপগুম য়াম্না ইকাইনা ফমলমই।

মমিংত ওইনা ঐবু থাদোক্লে হায়রবসু কোনুংগী মনুং অকোইবদুদগী লাম্হোক্লা চৎপা য়ারমদে।

অকোনবদা কুইনতশ দেল্লিয়াশ হায়বা নাইক ওইবা নুপাদু অলেকজেন্দ্রিয়াদা লাকলমই। মহাক রোমগী এন্টোনিদগী চিঠি পুরগা রানি ক্লিওপত্রাদা পিবা লাকপনি। মহাক্না হায়রমই এন্টোনিনা হন্দক্তা ফিলিপপিবু জয় তৌরগা মাগী মখাদা লৈবা

নিংথৌশিংদগী স্না ময়াম খোমগৎলমই অদুগা মাগী মিলিটরি ওফিশারশিংদা য়েনথোকলমই।

নুমিৎ অদুদা রানি ক্লিওপত্রানা মাগী ফজরবা ফি-রোলশিং শেৎ চারদুনা কোর্টকী ওফিশারশিংনা মাগী অকোইবদা ঙাক শেল্লদুনা লৈরমই। ওফিশারশিংদুগী মরক্তা ঐসু লেপ্লমই। রানিনা য়াম্না ফজনা স্না ঙাক্তনা লৈতেং তৌরবা শিংহাসন্দা ফমথরমই। মহাক্না এন্টোনিনা থারকপা এস্বাশাদরদু মনুং চংহল্লক্লবা শিফাইশিংদা য়াথং তৌরমই। পাক্লবা থোঙশিংদু লাওনা হাংদোক্লমই। লাম্মীশিংনা পরেং ওইনা লেপ্লগা শেলুৎ পিরমই অদুগা রোমান নুপাদু হরাও তয়াম্না মনুংদা কৌশিল্লমই। স্নানা লৈতেং তৌরগা রোমান নুপাদু মনুংদা চংলকখি। মাগী তুংদা রোমান শিফাই খরসু লেপ্তুনা লৈরমই। মহাক্কী মাইথোংদু তরু তরু য়াম্না লু নানবা মী মাল্লমই। রানিগী ময়ামদা লাউথোক্লবা লৈবা ওফিসারদুনা রোমান নুপাদুগী মমিং, মহাক রোমদা করি ওইরি অমসুং মহাক্না রানিগী মনাক্তা লাকপগী মরম পুম্নমক লাউথোরকপদা রোমান নুপাদুদি রানিদা অদুম য়েংদুনা লৈরমই।

রানি ক্লিওপত্রদি মাগী শিংহাসন্দা য়াম্না ফজনা ইরং লংনা ফমলমই অদুবু মাগী মাইথোংদি ইতন তনবা মাল্লমই। হেরোলদুনা লাউথোকপা লোইরবা মতমদা ক্লিওপত্রনা লের্টিন লোন্দা ৱা ঙাংলমই।

"নহাকপু হরাও তয়াম্না ওকচরি পুকচেল চাওবা দেল্লিয়াশ, খ্বাইদগী কনথৌরবা এন্টোনিদগী পাও পুবিরকপা। নহাকপু ঐখোয়গী লাইরবা সহর অলেকজেন্দ্রীয়া অসিদা তরাম্না ওকচরি। ঐখোয়না নোল্লুক্না হংজরি অদোম্না মফমসিদা লাকপিবগী মরম।"

অদুফাওবা দেল্লিয়াশ ৱা অমত্তা ঙাংদনা অদুম লৈরমই। ক্লিওপত্রনা হংলমই - "করিগীনো পুচেল চাওরবা দেল্লিয়াশ ৱা অমত্তা ঙাংদ্রিবদি? এশিয়াগী মফম কয়ামুক্তা কোইচৎ চৎলুরব্রা? করম্বা লোন ঙাংবগে? নহাক্না খঙবা লোন্দা ঐখোয় ৱা ঙাংগনি মরমদি ঐখোয় লোন খুদিংমক খংবা ঙমই, ঙাংবা ঙমই।"

অদুদগী রোমান নুপা দেল্লিয়াশনা ৱা ঙাংলমই।

"ওহ, ঐবু ঙাকপিয়ু, ইজিপকী খ্বাইদগী নিংথিজবী রানি! নহাক্কী ফজবা নিংথিবদা ঐ ঙকখিদুনা ৱা ঙাংফম খংদনা লৈরুরে!"

"করম্না হায়নবগে অলেকজেন্দ্রীয়াদ?" কোর্টকী রোমান অমনা হংলকখি। "থাগৎ ৱাহৈ খরনা মীবু থেম্বা অসিনা মথক্তা পাইরিবা লৈচিন ফাওবদি খুমজিনবা

ঙস্বা নত্তে - ঙমব্রানে? অদুবু ঐনা মফমসিদা লাকচবগী মরমদি য়াম্না কন থৌরবা এন্টোনিনা ইরকপা চিঠিশি হাংদোক্লগা ময়াম মমাংদা পাথোকপা য়াগদরা ইবেস্মানা য়াবিরবদি?"

"শিলদু থুগাইয়ু অদুগা পারকউ!" ক্লিওপত্রানা হায়রকই।

অদুদগী দেল্লিয়াশনা খুরুম্লগা শিল অদু ফক্কাইরমই অমসুং পাবা হৌরমই -

"ত্রিউমবির ওইবা এন্টোনিদগী ক্লিওপত্রাদা রোমানগী প্রাজাশিংনা খনখিবা ইজিপকী রানি ওইবী নঙোন্দা পাউজেল অসি পিজরি। নহাক্না ব্রাশকখিবগী মতুং ইন্না তৌগদৌবা নথৌ পাংথোকত্রে। নহাক্কী এল্লেনুয়শ অমসুং শেরাপিয়ান শাইপ্রশকী গোর্বনর ওইবা অনিনা মতেং পাংশিল্লকখি অমসুং খুৎলাই মতেং পিখি খ্বাইদগী পুকচেল চাওবা ত্রিউমবিরেট অদুগী মথক্তা। মসিমসু খঙলে মদুদি নহাক নশামক্না লালদু লোইশিন্নবা অচৌবা ফ্লিট কয়া শেমগৎতুনা শেম শারি। ঐখোয়না নহাকপু শিলিশিয়াদা কৌরি। মফমদুদা এন্টোনিগা উনরোলাও। নঙগী নথক্তা চার্জ তৌরিবশিং অসিগী মতাংদা নহাক নশামক লাক্তুনা শেংদোক্লনবা হায়রি। ঐখোয়না ব্রার্নিং তৌবি মদুদি ঐখোয়না হায়রিবশি ইন্দবা - থওইদবা তাববদি নঙগী খ্বাইদগী চাওনা মাংজবা ওইগনি। ফেয়াররাইল!"

এন্টেনিগী অসিগুম্বা অকনবা ব্রাহৈশিংসি তারগা ক্লিওপত্রাগী মমিৎ অনিদু ইরং লংথোক্লমই।

ঐনা উরমই মদুদি ক্লিওপত্রাগী মখুৎ অনিদু স্নাগী নোংশা মকোক্তুদা কন্না পাইশিল্লমই।

"ঐখোয়বু য়াম্না হেন্না থাগৎমনখ্রে" বানিনা হায়রমই। "ঐখোয়বু থাগৎপগী মহুৎতা ঐখোয়গীসু মদুগী উপাই লৈ। ঐনা হায়রিবসি তাও, দেল্লিয়াশ! চিঠিদুদা ঐখোয়দা শিরিবা মরাল নৎত্রগা ঐ লাক্লগা শেংদোকলোরাও হায়রিবশিংদু অরানবা ওইদবা ঙাক্তনি, পুমনমক্না শাক্ষি ওইনা খংলিবনি। অদুবু মসি হৌজিক নত্তে অদুগা নঙোন্দসু নত্তে মদুদি খুজিন থৌরাং পুমনমক শেমজগনি। ঐখোয়না ঐখোয়গী লৈবাকশি থাদোক্লম্লগা থাপ্লবা লৈবাক শিলিশিয়া য়ৌনবা শাংলবা লম্বী চৎপা ঙমলোই, এন্টোনিগী কোর্টতা চৎলুবা ঙমলোই!"

"করিগুম্বা এন্টোনিনা হায়রিবা ব্রাফমশিগী মতাংদা হংনিংলবদি অমসুং অচুম্ব অরান খংনিংলবদি মহাক মফমশিদা লাকপিবা য়াই। মহাকপু নিংথৌ অমা ওইনা ঐখোয়না হরাও তয়াম্না ওকচগনি। মহাক মফমশিদা লাকপিয়ু হায়য়ু। মসিনি ঐখোয়না পিজগদবা পাউখুম।"

মঙোন্দগী অৱাবা পোৎলুমদু লৌথোকপিখ্রবগুম দেল্লিয়াশতি মোমোন নোক্লমই। মহাক্লা মথা তানা অমুক হায়রকখি - "ইজিপকী রানি, ইবেম্মা নহাক্লা পুকচেল চাওরবা ত্রিউমবির এন্টোনিবু মুন্না খৎবিদ্রে। মানা পাপিরশতা ইরকপদা শাওনা ইরকপা মানবগী ৱানি অদুবু মাইগা মাইগা উনদুনা ঙাংনবদা, নহাকসু খৎবিগনি, মহাক খ্বাইদগী ইং তপ্পা অথৌবা লান্মী অমনি। ঐঙোন্দা ফজবা পাউতাক পিবিয়ু, ও ইজিপকী রানি! এন্টোনিগী মনাক্তা লাক্কে হায়বিয়ু। মঙোন্দা তমলুনবা অশাওবা ৱাহে তাকপিগনু। মরমদি নহাক্লা এন্টোনিবু অলেকজেন্দ্রিয়াদ কৌথোক্লবদি লৈবাক অসি খম থেংনা অৱাবা ওইগনি অমসুং নাইল প্রাজাশিংদা অৱাবা চৈথেং পিরগনি অদুগা নঙোন্দসু! মসিগী মরমদি মহাক্তি অচৌবা লান্মী ময়াম লোইনরগা লাক্কনি। নহাক্লা মাগী কনথৌরবা লান্মীশিংদুগা মাইয়োক্লবা ৱাগনি। ঐনা নঙোন্দা খুরুমজরি - মহাক্লা কৌরিবশি হরাও হরাও চৎপিয়ু - শিলিশিয়া য়ৌনা লাকপিয়ু খুদোনপোৎকা লোইননা, খুৎলাইদি য়াওদনা। নহাক্কী খ্বাইদগী ফজবা ফি-রোল শেৎ চাদুনা লাকপিয়ু।"

দেল্লিয়াশনা ঙহাক্তং তুমিন্না লৈরগা রানিক্লিওপত্রাদা অর্থ লৈবা মিৎয়েং অমনা য়েংলমই।

তাঙ্গা অসিদা ঐসু (হর্মাচিশ) শাওনিংবগী ঈ কারক্লমই। ক্লিওপত্রাসু মদু খংলমই মরমদি মহাক্লা মখুৎতা খদাং থল্লদুনা ৱাখল তৌবদু উরমই। মিকুপ খর রানিনা ফমদুনা লৈরমই। অদুগা দেল্লিয়াশনা য়াম্না খংনিংবা মওংদা রানিদা য়েংদুনা লৈরমই। চার্মিয়োন্না অতৈ নুপিশিংগা লোইননা রানিগী মনাক্তা লেপ্তুনা লৈরমই। মহাকসু দেল্লিয়াশকী মিৎয়েংদুগী অর্থ খংলমই মরমদি মাগী মাইথোংদু কালেনগী অমুবা লৈচিন্না নুমিদাংৱাইরমদা ঙৌথোরকপগুম তৌরমই। অদুদগী মাইথোংদু তাইফেৎ তাইরগা তুমিন লৈরমই।

অকোনবদা ক্লিওপত্রানা হায়রকই - "মসি অরুবা ৱাফম অমনি অদুনা, পুকচেল চাওবা দেল্লিয়াশ, ঐখোয় ৱা খন্নবগী মতম লৈরি! মফমসিদা নহাক পোখ্বারো য়াম্না নুংঙাইনা । ঐখোয়গী পাউখুমদু নুমিৎ তরানিগী মনুংদা নঙোন্দা খংহনগনি।"

মিকুপ খরদং দেল্লিয়শতু ৱাখল তৌরমই। অদুদগী মহাক্লা মোমোন নোক্লগা হায়রকই - "অদুদি য়াম্না ফরে, ইজিপকী রানি! নুমিৎ তরানি শুবগী মতমদা ঙসিদগী পারগা পাউখুম ফংনবা ঐহাক লাকচগনি অদুগা তরামাথোই শুবগী নুমিৎতা ঐ জহাজ তোংলগা এন্টোনিগী মনাক য়ৌনবা চৎলগে।"

# চেপ্টর তরাশুবা

(হ্যমাচিশতা ক্লিওপত্রানা ৱাশকখিবদুগীদমক মথা শাবা ৱাখল লৈতাফম খংদবা অমসুং হ্যমাচিশনা পিরামিডশিংগী মখাদা লৈবা অরোনবা স্না অমসুং মনি মুক্তা লৈবদু রানিদা তাকপা)

নুমিৎ অদুমক্কী অহিংদা রানি ক্লিওপত্রানা ঐবু মশাগী ওইবা কাদুদা লাকউ হায়না কৌরমই। ঐনা মাগী কাদুদা চংলগা য়েংবদা ক্লিওপত্রা ৱাখল যাম্না নুংঙাইতনা লৈবা উরমই। অদুক যাম্না ৱানা-নুংঙাইতনা লৈবা ঐদি অমুক্তা উখিদ্রি। মহাক মথন্তা লৈরমই।

মহাক্না ৱানা লৈরম্বদু উরগা নোংশা অমোম অমবু লাং মনুংদা লৈবা মাল্লমই, উপাই লৈত্রদুনা হঙ্গৎ হন্দা চৎতুনা লৈবা মাল্লমই।

রানিনা অঙৌবা মার্বল মথক্তা হঙ্গৎ হন্দা চৎলগা অরুবা অমসুং অৱাবা ৱাখল খল্লদুনা লৈরমই।

"নহাক লাকলে, হ্যমাচিশ!" মিকুপ খর লেপ্লগা মহাক্না ঐগী খুৎ লৌরগা হায়রমই।

"ঐঙোন্দা পাউতাক পিবিয়ু, মমাংদা ঐনা পাউতাক অমত্তা পামখিদে! করম্না লাইনা ঐগীদমক নুমিৎশিংবু পারমগবা? সমুদ্রাগী মতৌগুম ঐঙোন্দা নুমিৎশিংসে পোত্থাফম খংহন্দ্রে। ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদগীহৌনা ঙসিফাওবদা শান্তি ওইনা লৈবা ফংদ্রে! হ্যমাচিশ, ঐ নঙগী থাংদোন্দগী নাম্থোকপা ঙমখিবা নৎত্রা? হৌজিক অনৌবা নুংঙাইতবসি নোং নুংশিংকী মতৌগুম মাইকৈ খুদিং শিন থুংখ্রে অদুগা ঐগী ইথক্তা

পোখাইরকপগুম তৌরে। ফরে, ঐনা মাবু ফানবা লাং থাকশিরা? কয়াদা থোং নৌনা ব্রা ঙাংখিবা! এ: চিঠিদু নঙ তাহৌদ্রা? মদুদা হায়রকপদু য়াম্না মরৌ লৈবা মওংনি। ঐ এন্টোনিবু য়াম্না মুন্না খংঙি। ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা লৈশাবী ওইরকপদা ঐনা মাবু উখি। অদুবু ঐগী মিয়েংদু অথুবনি অদুবু মাগী মওং মতৌদি হেক য়েংবদা খংখি। তঞ্চাই অমনা হারকুলিশকুম কনবা অদুগা তঞ্চাই অমনা অপংবা মী মাল্লমই। ঐখোয়গী গেৎতা চংলকখিবা মখোয়দুনা মাবু লাইনা লমজিংলদুনা মনুংদা চংলকখি। অশেংবমক মানা মাগী মরুপশিংবু নুংশিখি। নুপিদদি মহাক মীনাই অমগুম তৌরমই।" ঐনা খুমলমই - "এন্টোনিসু নুপা অমনি, য়েক্লবা কয়ামরুম লৈবা নুপা অমনি। মহাক নুপা অমা ওইবনা মহাকপু মাইথিবা পিবা অমসুং লংথোকপা ঙমই।"

রানিনা হায়রকই - "ওহ্, মহাকপু লংথোকপা ঙমই হায়বা, অদুবু মহাক্তি রোমান শমরাইয্যগী ত্রিউমবির অমনি মখোয় অহুমগী মনুংদা অমা ওইরিবনি, হর্মাচিশ! হৌজিক কেশিয়াস হায়বদু অপংবশিংনা চৎনখিবা মাইকৈদা মাসু অদুম চৎখি। রোম শমরাইয্য অসি মকোক য়াম্না পানবা ঈশিংগী লিনগা মান্নরে। নহাক্না লিন মকোক অমা চপখাইরুবদা অতোপ্পা লিন মকোক অমনা হু কামলক্কনি নঙগী মাইদা। লেপিদুশ হায়বা অমসুং নহা ওইরিবা ওক্তাভিয়ানুশ হায়বসু লৈরি। ঐনা করিগুম্বা শিলিশিয়াদা চত্তবা থোক্লবদি এন্টোনিনা পারথিয়ানশিং লৌশিল্লগা মাগী অরৈবা লান্মী মপৈশিংদু পুদুনা ইজিপতা লান্দারক্কনি। অদুদগীদি কমদৌবা?"

"করমতৌনা অদুদগী? করিগী মাবু রোমদা হনখ্রো হায়না তানলোইদবগে?" ঐনা খুমলমই।

"অহ, নঙনা অদুম্না লাইনা হায়রিবা, হর্মাচিশ! নুমিৎ ১২ গী মমাংদা ঐখোয় অনি পুন্না শান্নবদুদা ঐনা ঙমখিবা নৎত্রা? নহাক ফারাওহ্ অমা ওইনা নহাক্কী শিংহাসনগী অকোইবদা ইজিপকী থাইনগী স্না-লুপা লন লৈরমগনি। অদুবু ইজিপ্নদি ঐবু নুংশিরমলোই, গ্রিক্কী ঈবুসু নুংশিরমলোই।

অদুগা নহাক্কী প্লোৎ তৌরম্বদু ঐনা লোইনা চাখাইখ্রে! মখোয়দুনা ঐহাক্কী অৱাবদা মতেং পাংলোইদ্রা? ইজিপকী প্রাজাশিংনা ঐঙোন্দা অচুম্বা তৌগদ্রা? ঐ অশেংবমক ইশাগী ওইবা ফিরেপ লেপচবা ঙমগনি রোম্না অয়াম্বা লান্মী মফমসিদা পুরক্লবসু। অদুবু ইজিপ্নদি ঐবু তুক্কচৈ। অদুম ওইনমক ঐনা ঙাকথোক্লবা শেম শাবদি ঙমগনি স্না লৈরবদি। অদুবু ঐগী স্না করিসু লৈতে। লান মথং মথং তৌখিবদুনা ঐ মাং তাক্লবনি। মরমসিনা হর্মাচিশ, ইপা ইপুগী লন থুম ফংবগী অধিকার ওইরিবা নহাক্তি, পিরামিডশিংগী পুরোহিৎসু ওইরিবনি!" মসি হায়রগা মহাক্না ঐগী নাক্তা চংশিল্লক্লগা ঐগী মিৎতা মুন্না য়েংলকখি।

*ঐনা হংলমই - "রোমগী মখুৎতগী নহাক্কী লৈবাকপু কলহৌবা ঙম্নবা নহাক্না ঐঙোন্দা হংবা য়াই মফম কদাইদগী স্না ফংগনি। মমাংঙৈদগী হৌনা ময়াম্না হায়নরিবা* অসিনা অচুম্বা ওইবা তারবদি ঐবু স্না ফংগদবা মফমদু তাকউ এন্টোনিগী মখুৎতগী ইজিপ্পু লৌহৌবা ঙম্নবা, মদু নৎত্রনে?"

ঐনা মিকুপ খর ৱাখল তৌরমই অদুদগী মঙোন্দা হায়রমই - "অদুগা থাইনগী ৱারিশিংদুনা অচুম্বা ওইরম্লবা, ঐনা নঙোন্দা অদুগুম্বা স্নাশিংদু উৎপা ঙম্লবদি লৈবাক অসিবু রোমগী মখুৎতগী কনবা ঙমগনি। স্নাশিংদু থাইনগী ফারাওহনা থমজরম্বনি। কন থৌরবা মমাংঙৈগী ফারাওহনা ক্ষেম হায়রিবা লৈবাকশিগী দরকার ওইরকপা মতমদা শিজিন্ননবা স্নানি। ঐনা করম্না খঙগনি নহাক্না স্নাশিংদু মরম চানা ক্ষেম লৈবাক্কীদমক শিজিন্নগনি হায়বা?"

"মফমদুদা স্না লৈরমগদরা?" ক্লিওপত্রানা য়াম্না খংনিংবগা লোইননা হংলকখি।

"নত্তে, কোইথোক্না হায়গনু, হর্মাচিশ মরমদি স্না হায়রিবা ৱাহৈ অসিমক য়াম্না দরকার লৈবা মতমশিদা মরুভুমিদা ঈশিং উবগুম্বনি!"

ঐনা হায়রমই - "ঐনা থাজে মদুদি স্না য়াম্না লৈ হায়বা, ঐ ইশামক্না মদু অমুক্তা উখিদ্রবসু! ঐ মসি ফজনা খংঙি মদুদি মমাংঙৈদা য়াম্না কন থৌরবা ফারাওহনা মফমচানা স্নাশিংদু থমখি। মসি অসুক্কী মতিক লুনা চেকশিন্না থমখি মদুদি কনাগুম্বা মপুক ফত্তবা অমনা মখুৎনা শোকলুবদা অকনবা শাপ ফংগনি। মশাগী ওইজবা থীবা মীনা পাইরুরবদি মহাক্কু তুম্না মাংগনি। মসি কিবনা মমাংঙৈদগী হৌনা কনাসু মফমদুদা চংলুবা শোক্লুবা ঙম্নদে।"

মহাক্না হায়রমই - "মরমশিনা মমাংঙৈগী মতমদুদা মখোয়না পাংদবদগী অমসুং কিগনবদগী তৌখিবনি। মখোয়গী দরকার ওইবদু য়াম্না চাওদবদগীনি। অদুনা, হর্মাচিশ নঙনা স্নাশিংদু ঐঙোন্দা তাক্কেরা - উৎকেরা?"

"উৎপা য়াই" ঐনা খুমলমই, "ঐনা মদু নঙোন্দা উৎকনি করিগুম্বা স্নাশিংদু হৌজিকফাওবা লৈরবদি, নহাক্না মখোয়শিংদু ইজিপ্পু কন্নবদা শিজিন্নগে হায়না ৱাশক্লুবা মতমদা।"

"ঐ ৱাশক্কী!" মহাক্না পুকচেল শেংনা "ওহ, ঐনা ক্ষেম লৈবাকসিদা লৈরিবা লাইশিংসি য়েংলগা মদুদি নহাক্না স্নাশিংদু ঐঙোন্দা উৎপা ঙম্লবা, ঐ এন্টোনিনা হায়বা

অমত্তা ইল্লোই। ঐনা দেল্লিয়াশপু শিলিশিয়া য়ৌনবা চৎহনখিনি ঐগী অশাওবা ব্রাহৈগা লোইননা মানা পুরকপা অশাওবা ব্রাহৈশিংদগী হেন্না থৌনা। হৰ্মাচিশ য়ারিবমখৈ থুনা ঐনা পৃথিবীগী মী পুম্নমক্কী মমাংদা নঙবু ঐগী নুপানি হায়না লাউথোক্কনি অদুগা নহাকসু নশাগী ওইবা থৌরাং তৌজদুনা ইজিপ্তগী রোমানশিংবু মপুং ফানা তান্থোকহনগনি।”

অসুম্না রানি ক্লিওপত্রানা ঐগী মাইথোংদা য়েংলগা য়াম্না থাজনা ব্রাশক্কুনা ঙাংখি। ঐনা লৈখা তারবা মতুংদা অমুক হন্না মিকুপ খরত ওইরবসু অশা অমগা লোইননা পুক্নিং হরাওরমই। ঐগী পুক্নিংদা খল্লমই ঐগী লোইনা মাংবদি নত্তে। ঐনা নুংশিবনা ঙাওরবী ক্লিওপত্রাবু ঐগী ওইনা ফংজবা অদুগা লোইননা ঐগী মফম অমদি শক্তিবু অমুক হন্না ফংবা।

ঐনা মঙোন্দা হায়রমই - “ক্লিওপত্রা, মদু ব্রাশকউ!”

“নুংশিরবা ইবুংঙো, ঐনা ব্রাশক্লী অমসুং ঐগী ব্রাশকশিনা শাক্কি ওইনা লৈরশনু!” অদুদগী মহাক্লা ঐগী লাইবক্তা চুপ্লমই। অদুগা ঐনসু মাবু চুপ্লমই। অদুদগী ঐখোয় অনি করি করি তৌগদগে ব্রা তান্নরমই। ঐখোয় অনি লুহোংলবা মতমদা কমদৌনা রোমানশিংবু তান্থোক্কদগে হায়বা। অসুম্না অমুক হন্না ঐবু নমথাক অমসুং ওইদবা তৌবিরমই। ঐনা থাজরবসু, চার্মিয়োনগী কল্লক খম্বল চাওবা অশাওবা মৈরিদু উরমদ্রবদি, ক্লিওপত্রানা ঐবু লুহোংলমগনি অমসুং রোমানশিংগা লৈনরম্বা মরিদু তৎলমগনি। অদুগা অশেংবমক ক্লিওপত্রগীদমক অমদি ইজিপকীদমক অফবা ওইরমগনি।

অহিং মমৈ ওইরবফাওবা ঐখোয় অনি ফম্মীন্নরগা অরুবা ব্রাফম কয়া তান্নরমই। ঐনা মঙোন্দা তাকলমই থাইনগী নিংথৌশিংনা লন-থুম লোৎতুনা থমলম্বাশিং। মথংগী নুমিৎতা ঐখোয় অনি মফমদুদা চৎপা হায়না লেপ্নরমই।

মরমসিনা মথং নুমিৎকী অঙনবা অয়ুক্তা হি অমখক লোন্না তুমিন্না পুথোক্কুনা চৎনবা শেম শারমই। ক্লিওপত্রানা মমাই মমিৎ খুমজিল্লগা ইজিপকী চুমনগী নুপি অমা শারদুনা হি অদুদা তোংলমই। মী অতৈনা হংলগা হোরেমখুগী লাইশংদা লাই খুরুম্বা চৎপগী মওংদা হি অদুদা চংলমই। অদুগা ঐখোয় অনিগা লোইননা রানিগী খ্বাইদগী থাজরবা মনাই তরাসু হি হোনবা শারদুনা য়াওরমই।

অদুবু চার্মিয়োন্দী ঐখোয়গা লোইননা চৎলমদে। ঐখোয়গী হিদু নাইল তুরেলগী কেনোপিক মচিন্দগী হুমলকপা অইংবা নুংশিৎনা হুমদুনা পুবিরমই। হি অদুনা নুমিৎ চুপ্পা অমা হোন্দুনা চৎলগা নুমিৎ তাখিরমই। অহিং ওইরদুনা থাজগী মঙালনা ইঙৌ

ঙৌনা লৈতেংবগুম তৌরমই। থাজ মহাক্লা মাং থাদুনা লমজিংলগা চৎপগুম নুংঙাইবা পোক্লমই। ঐখোয় অহিং নোংয়াই য়ৌবা মতমদা শাইস হায়বা মফমদুদা থুংলমই। মফমদুদা ঐখোয় ঙহাক পোথারমই।

নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরকপদা ঐখোয় থোরক্লমই অমসুং ঐখোয়গী হিদু মখোল থোক্তনা চৎলমই। মমৈথংদা ঐখোয়না লানবলদুগী মৈঙালদু উবা ফংলমই। লানবলদু ময়াম্না বেবিলোন হায়না খংনৈ। মফমসিদা তোর্বানগী মাইয়োক্তা ঐখোয়গী হিদু শিংনাং মরক্তা হোনজিল্লগা লোৎতুনা থমলমই।

অদুদগী ঐখোয় লোন্না খোঙনা পিরামিড য়ৌনবা চৎলমই। হায়রিবা পিরামিডশিংদু ঐখোয়না লৈরিবদুদগী লিগ অনি য়ৌনা থাপ্লমই। ঐনে, ক্লিওপত্রানে অমসুং মাগী থাজবা মনাই অমগা ঐখোয় অহুম লাকলমই। অতৈ মাগী মনাইশিংদুদি হি শংহৌনবা তোর্বান্দা থমলমই। ঐনা গধা অমা খক্তমক ফংলমই ক্লিওপত্রানা তোংনবা। গধা অমাখক্তসু খোইদোক্লবা লৌবুক্তা চৎতুনা লৈবস্বদগী ঐনা ফাবনি। ঐনা খংবা লম্বীদা গধাদুবু লমজিংলমই। ফন শাংনা চৎলবা তুংদা ঐখোয়না অচৌবা পিরামিড অদু উবা ফংলমই। অচৌবা পিরামিডকী মতোন্দু অৱাংবদা থাবল মঙাল মরক্তা মুশি মুশি উরমই। মতোন্দু য়েংলগা ঐখোয় অহুম ৱা ঙাংনদনা তুমিন তুমিন লেপ্তুনা লৈরমই।

অচিকপা অহিংদা অচিকপা মফমদুদা ঐখোয় অহুম ৱা অমত্তা ঙাংনদনা অশিবা ঙাক্তগী ওইবা সহর অদুদা চংশিল্লমই। ঐখোয়গী অকোইবদা মশিং লাকঙমদবা অশিবগী ফুরাশিংনা লেপ লেপ্তুনা তুমিন্না লৈরমই।

মমৈথংদা ঐখোয নুঙ ঙাক্তাগী চীং অমা কাখৎলমই অদুগা খুফুগী ফজরবা শিংহাসন - খুফু-খুৎ অদুগী অমুবা মমিদা ঐখোয় লেপ্তুনা লৈরমই। ক্লিওপত্রানা তুমিন্না নাকোং ময়াদা হায়রকখি - মহাক্লা মিৎ থক্লবা অঙৌবা মার্বল ঙাক্তনা লৈতেং তৌরবা য়াম্না ৱাংনা মতোন ফাওবা ঙমখৎখিবা অদু য়েংলগা, "অচুম্বনি, ক্ষেম লৈবাকশিদা লাইশিংনা নিংথৌ ওইনা পাল্লমই হায়বশি। মখোয়শিংদু মী নত্তে! মফমশি অশিবগুম অৱাবা শক্তমনি! অসিদরা ঐখোয়না চংগদবশি?"

"নত্তে, অসিদা নত্তে, য়ৌদ্রি চৎখো!" ঐনা খুমলমই। ঐনা লম্বীদু লমজিংলমই, থাইনগী নিংথৌশিংগী অশিবগী ফুরা লিশিং লিশিং লৈরিবদুগী মরক্তা। মমৈথংদা ঐখোয় উরম গ্রেৎ লৈরিবদুগী মমিদা লেপলমই। ৱাংলবা মদুগী মতোন্না ইঙাং ঙাংনা অতিয়াবু থিনগাইবগুম তৌরিবদু ঐখোয়না য়েংলমই।

"শিদরা ঐখোযনা চংগদবশি?" অমুকসু হন্না মানা তুমিন্না ঐগী নাকোং ময়াদা হংলকখি।

"নত্তে, - মসিদা নত্তে, চৎখো খর ব্রাৎলি!" ঐনা খুমলমই। মোংফম ফুরা কয়ামুক্কী মরক্তা ঐখোয় মখা তানা চৎলমই, য়াম্না চাউনা মরুম তারিবা অদু য়ৌদ্রিফাওবা। ক্লিওপত্রানা ইঙক ঙক্লা কোইয়েং য়েংলমই - য়াম্না নাল্লবা ফজরবা মার্বলশিংদু য়েংবদা ইরং লংলমই।

চহি লিশিং কয়াগী মমাংদগী অহিং অহিং খুদিংগী মার্বলগী মঙালদু অপাকপা মিংশেলগী মতৌগুম মঙালদু থকতোল্লককই অমসুং ইরং লংবদুদা কনাসু য়েংবা ঙম্লদে। মসিগী অকোইবদা ইথোপিয়ানগী অমুবা লংলবা নুঙনা খাজিন্দুনা থমই। মরমদি পিরামিড পুম্নমক্তগী মসিনা খ্বাইদগী ফজবা নিংথিবনি।

মথক থংবা শরুক্তু হৌজিক্তি অহুমশুবা পিরামিড হায়না খংনরে।

"মসিদরা ঐখোয়না চংগদবশি?" মহাক্লা ঐঙোন্দা হংলমই। ঐনা খুমলমই, "মানি শিদা ঐখোয় চংগদবনি।"

দিবাইন মেজেশতি মেনকাউরাগী লাইনিং লাইশোন তৌফম লাইশংদুগী অকোইবদা ঐখোয়না কোইনা চৎলমই। মেনকাউরাদি ওশিরিয়ান্নি। খ্বাইদগী ফজরবা পিরামিড অসিগী মখোঙদা ঐখোয় অহুম চংশিল্লমই অদুগা অব্রাংথংবদুগী নাকন্দা লাক্লমই। মদুগী ময়াইদা ফজরবা নুঙনা চল্লগা মমিং হক্লগা থারমই "মেনকাউরা ফারাওহ"। মাগী ফুরানি খংনা মশানা শাজরম্বা পিরামিড অমসুং মসিগী মখাদা ক্ষেম লৈবাকশিনা দরকার ওইরাকপদা শিজিন্নগদবা লন থুম স্না ময়াম লোৎতুনা থমই।

"মনিমুক্তা স্নাশিংদু হৌজিকফাওবা লেংদনা লৈরবদি" ঐনা ক্লিওপত্রাদা হায়রমই, "ঐখোয়গী ইপা পুরেনগী মতমদগী লৈরক্লবা, মসিগী পিরামিড অসিগী পুরোহিৎ ওইরম্বা ইপা পোকপা ইপু পুরেলগী হাকক্তগী লৈরক্লবা স্নাশিংদু য়াম্না লুথনা মখাদা লোৎতুনা থমলম্বা য়াই। হায়রিবা স্না লনশিংদু পুক্লিংগী অকি-তুজুং থাদোক্তুনা, খুদোংথিবা ময়াম মাইয়োক্লদুনা অমসুং য়াম্না ব্রানা হোৎনদ্রবদি মখোয়শিংদু ফংবা ঙমলোই। নঙ মনুংদা চংনবা শেম শারব্রা। মরমদি নশামক্লা চংদুনা, নুঙ ময়ামশি মথং মথং থুগাইদুনা চংলগা স্নাশিংদু থেংনগদবনি!"

"ঐখোয়না পুরকপা নুপাসিগা লোইননা, হৰ্মাচিশ নঙসু মনুংদা চংবা ঙমলোইদ্রা অদুগা স্নাশিংদু মপান্দা পুথোরকপা য়ারোইদ্রা?" মানা ঐঙোন্দা হংলকখি মরমদি মাগী থৌনা পাঙ্গল পুম্নমক মাংখ্রবগুম - চোকথরবগুম তৌরমই।

"নত্তে, ক্লিওপত্রা!" ঐনা খুমলমই, "নঙগীদমক্তা নত্তনা ইজিপকী নুংঙাই য়াইফনবগীদমক মসিগী থবকশি ঐ ঙমফম থোকই। মরমদি পাপ পুম্নমক্তগী স্না

লৌথোকপগী থবকশিনা খ্বাইদগী চাওবা পাপনি। অদুবু ঐনা থবকশি তৌবদি অইন্না য়াবা অমনি মরমদি অরোনবা স্না থমফমশি ইপা ইপুনা মথং মথং শিন্নরম্বা ঐগী অধিকার অমনি। অদুগা অদুগুম্বা অরোনবা স্নাদু ঐনা ক্ষেম লৈবাকশিগী পাল্লিবা ফারাওহ (নিংথৌ) অদুদা উৎপশি ঐগী ইথৌনি।

ঐনা পাল্লিবা নিংথৌদুদা মফম কদাইদা স্না লৈবগে হায়বা তাক্কদবনি অদুগা মদুদা ইদুনা থমলিবা অকনবা পাউতাক অদুসু নিংথৌদুদা উৎকদবনি। করিগুম্বা নিংথৌদুনা মদুদা ইরিবদু ফজনা ইল্লবদি মহাক্না স্নাশিংসি লৌথোকপা অমদি শিজিন্নবা য়াই অদুবু মাগী মথক্তা অচৌবা দন্দী অমা লৈ হায়বশি কাউবা য়াদে।

ঐনা রিকোর্ড য়েংবদা নিংথৌরেল অহুম থৌনা লৈনা মনুংদা চংলমই মখোয়গী স্না দরকার য়াম্না লৈবা মতমদা। মখোয়শিংদু - ১/ দিবাইন কুইন হাটশেপসু, ২/ মাগী মবুং দিবাইন তাহুতাইমশ অমসুং ৩/ দিবাইন রামেশেস মী অমেন অসিনি। অদুবু মখোয় অহুমগী মনুংদা অমত্তাফাও স্নাসু উবদা মখুৎনা শোকপা পাইবা ঙমখিদে মখোয়গী স্না দরকারদু য়াম্না কনবা ওইদুনসু। অসুম্না মখোয় য়াম্না ব্বানা মনুংদগী থোকলকখি।”

ক্লিওপত্রানা ঙহাক ব্বাখল তৌরমই অদুবু মমৈদা মাগী থৌনানা অকিবা পুম্বা নমথরমই।

“য়মদ্রবদা ঐ ইশা মক্লা - ইমিৎ মক্লা স্নাদু য়েংবা পামই।” রানিনা ঐঙোন্দা হায়রমই।

“অদু ওইরবদি ফরে!” ঐনা হায়রমই। অদুদগী ঐনা নুঙ ময়াম ব্বাংনা পৈখৎলমই। ঐগা রানিগী মীনাই নুপাদুগা ঐখোয় অনিনা নুঙশিংদু ব্বাংনা পৈখৎলমই নুপা অমনা ব্বাংবদগী খর হেন্না। মদুদা কাখৎলগা ইরম্বা খোৎলম্বা লৈব্রা কোয়েং য়েংলমই। য়াম্না ব্বানা থিরবা তুংদা উনামুক পাকপা নুঙ মচেৎ অমা থেংনরমই। চহি লিশিং কয়া হৌখিবনা অমদি লৈপ্তুনা শিৎপা অকনবা নুংশিৎনা ইথিওপিয়ানগী নুঙ ফাওবা চাথৎলমই -তুমশিল্লমই।

ঐনা মদু ফংলদুনা, ঐগী লৈজবা থৌনা পাঙ্গল পুথোক্তুনা নুঙ মচেৎতু মওং অমদা চপখাইরমই। অদুদগী চহি লিশিং কয়া হৌখিদুনসু নুঙ মচেৎতু মথন্তা কোইন কোইন লৈবা হৌরকখি অদুগা মদুনা কোইনা লৈবদুদা মফম অমদা থোঙ হাংবগুম অহোবা মখুল অমা হাংদোক্লকখি। অহোবদু হাংদোরকপদা য়াম্না চাওরবা শেকপি অমা মচু ঙৌরোক ঙৌনা, অচৌবা উমাইবীমুক চাওনা, ঐনা অমুক্তা মমাংদা উখিদ্রিবা মওংদা পাইথোরকখি।

অঙকপা মওং অমনা অঙৌবা অচৌবা শেকপিদুনা মিকুপ খর ক্লিওপত্রাগী কোক্তোন্দা কোইনা পাইদুনা লৈরম্মই। অদুদগী শেকপিদু মথক্তা থাবল মঙালদা মাংখিরম্মই।

অঙৌবা শেকপীদুগী মতৌদুদা ক্লিওপত্রাদি কিমনখিদুনা লাউরম্মই। ঐখোয়না পুরকপা নুপাদু য়েংদুনা লৈরম্বদগী কিমনখিদুনা ৱাস্থুরমই। মহাক্লা থাজরিবদি অঙৌবা শেকপিদু পিরামিডকী মপু ওইবদুগী মথ্বাইনা ওইরকপনি নিংলম্মই। অদুগা ঐসু কিরম্মই। মরমদি, হৌজিক ফাওবা ঐনা থাজরি মদুদি শেকপিদু মেনকৌরা ওশিরিয়ান অদুগী থৱাইনা ওইরকপা শেকপীগী শক্তম লৌরগা পাইথোরকপা ওইরমগনি। মহাক্লা মাগী য়ুম ওইরিবা পিরামিড অদুদগী ঐখোয়দা ৱার্নিং তৌবা ওইনা পাইথোরকপনি নিংলম্মই। মতম ঙহাক ঐনা ঙাইদুনা লৈরমই মফমদুগী নমথিবা মনম অমদি ইফুলশিংদু নুংশিৎনা হুমদোকত্রিফাওবা। অদুদগী ঐনা লেমপশিংদু মৈ চুখৎলম্মই অদুগা মীনাই নুপাদুদা পিরম্মই।

মহাক্তি কিমন্দুনা মশা থক থক নিক্লা লৈরম্মই। অদুদগী থৌরি মকোল অমা খ্বাংদা কোইনা য়েৎশিল্লগা ঐ অহোবা মখুন্দুদা চংলমই। ঐনা ক্লিওপত্রাদা লাকও চংলকউ হায়রমই। মাগী মফি মরোলদু য়াম্না চেৎনা তাশিন খোমজিন তৌরগা মহাকসু চংলকখি। ঐনা মাবু ইনাক্তা চিংশিল্লম্মই অহোবা মখুলদু ফাওদোক্লবা। ঐনা লেপ্লীবা মফমদু গ্রেনাইট ঙাক্তনা লৈতেং তৌবা মফমনি। মীনাই নুপাদুসু অহোবদা লিৎশিল্লক্তুনা ঐগী নাক্তা লেপ্লম্মই। ঐনা পুরকপা থৌরাংদুগী মতুং ইন্না থবক চৎথবা তারম্মই। য়াম্না হেন্না থৱাই য়াওবা নৎত্রবদি কনাসু পাবা ঙমলোই। মফমদুদা ইরল্লীবদু পাপিরশ অমদা অমুক শিন্দোক্লম্মই। মদু মিরোল ৪১ গী মমাংদা পিরামিডগী পুরোহিৎ অমনা ইরম্বনি।

খর খর মল্লি তৌবা অদোমদা ঐনা লমজিংলম্মই হায়নিংঙাই লৈতনা চিক্লবা মফমদা। ঐখোয়গী লেমপ অদুগী মুশি মুশি ঙানবা মঙালদা য়াম্না ঙমথবা অনেম্বদা কুমথরম্মই। য়াম্না শারবা অমসুং ওমচাক্লবা অদুনা স্বর হোনবা ৱানা ৱানা মতম কুইনা নৈশিন্দুনা লৈরবা নুংশিৎ শেংদবা মরক্তা ঐখোয় ৱানা লেপ্লম্মই। য়াম্না থুনা চেক্লা চনবা বিলদিং অদু থাদোকলম্মই অমসুং চিংদুম অমদা কক্তুনা শেম্বা অমদা ঐখোয় নাস্থুরম্মই। মদুদগী হেনবা মফম ফাওবা মখাদা চপ ঙম্না লৈরম্মই। অঙম্বদু লোইশিনবা মফমদা অঙৌবনা রং তৌবা অচৌবা কা অমদা ঐখোয় অহুম চংলম্মই। অঙৌবা কাদু অসুক্কী মতিক নেমলম্মই মদুদি ঐদি মখোয়দগী হেন্না ৱাংবনা খোঙ অনি লেপ্লবা মফমফাওবা লৈরমদে। অদুবু খর চংলগদি কোমলম্মই অদুগা নুঙদা হক্তুনা শেম্বা মুর্ত্তি খরসু থেংনরম্মই। মফমদুদা ক্লিওপত্রা চৎপা ঙমদ্রদুনা মহাক অমোৎপা লৈমাইদা ফমথরম্মই। মহাক মিকুপ খর পোথারম্মই।

ঐনা হায়রমই - "হৌগৎলু, ঐখোয় মফমসিদা কুইথবা য়াদে - পোত্থাবা য়াদে!"

মহাক হৌগৎলমই অদুগা ঐগা খুৎকা খুৎকা পাইনরগা অমম্বা কাশিংদুদা মথং-মথং চংলমই। অদুদগী গ্রেনাইটনা চনবা অচৌবা অপাকপা থোঙ অমা থেংনরমই। অমুকসু হন্না ঐনা পুরকপা থৌরাংদুগী মতুং ইন্না ঐগী খোঙনা নুঙ অমা কন্না নেৎশিল্লমই অদুগা ঙাইদুনা লৈরমই।

অদুদগী ইখং খংহৌদনা থোৎনা নৌনা চিংদুম অদুদা লৈরিবা নুঙশিংদু তুমলুবদগী হৌগৎলকপগুম কাংখৎলকখি। ঐখোয় অহুম মনুংদা কুমথরমই।খর কুমথরবা তুংদা অনিশুবা গ্রেনাইটকী থোঙদু থেংনরমই। অমুকসু হন্না মফম অমদা কন্না নমশিল্লমই অদুদগী থোঙদু মথন্তা হাংদোকরকখি। ঐখোয় মনুংদা চংলমই অদুগা অহুমশুবা থোঙ অমসু থেংনরমই।

অহুমশুবা থোঙদুনা অহানবা অমদি অনিশুবা থোঙদগী হেন্না মগুন লৈবা, হেন্না পাকচাওবা ওইরমই। অরোনবা থৌরাংদুগী মতুং ইন্না ঐনা থোঙদু খোঙনা কাউরগা হাংদোক্লমই। থোঙদু মেজিক্কী মতৌগুম তুরগা লৈমাইগা লৈতেম মান্নরমই। ঐখোয়না মদু লাম্থোক্লমই অদুগা অহাংবা মফম অমা ফংলমই। মদুদগী খোঙকাপ ১৪ রোম মখাদা কুমথরমই। মদুনা ঐখোয়বু অচৌবা চেম্বর অমদা য়ৌরমই। মদুগী কাদু অমুবা মার্বলনা লৈতেং তৌরমই। মদুগী অৱাংবনা কিউবিট ফিট ৯ ৱাংখৎলমই। মার্বল ঙাক্তা ওইবা লৈমাইদা লুপথখিবা শরুক খর লৈরমই। মদুগী মখুম অদুদা মেনকৌরাগী রানিগী মমিংদু লৈতেং তৌদুনা থারমই। মদুদা শিৎপা নুংশিৎতু অশেংবা শিৎলমই অদুবু করি উপাইনা মফমদুদা অশেংবা নুংশিৎ য়ৌরক্লীবনো ঐদি খংলমদে।

ক্লিওপত্রানা স্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লগা ঐঙোন্দা হংলকখি - "স্না, মনিমুক্তাশিংদু মফমশিদা লৈব্রা?"

"নত্তে, ঐগী তুং ইল্লকউ," ঐনা খুমলমই। অদুদগী ঐনা মাবু লমজিংদুনা পুরমই, অৱাংবা গেলেরি অদু তম্না। হাংদুনা লৈরম্বা অহোবা অমদা ঐখোয় অমুক চংলমই অদুগা অচৌবা কা অমদা য়ৌরমই। মিকুপ খরগী তুংদা গ্রেনাইট ঙাক্তগী থোঙদু মথন্তা থিংজিনখিরমই।

অদুদগী ঐখোয় পাকথ পাকথ মনুংদা চংলমই অদুগা অকোনবদা ঐখোয় গুহাগুম্বা অমগী মনাক্তা য়ৌরমই। গুহাদু চাওরাক্লা কিউবিট ফিট ৭ মনুংদা লুথরমই। থৌরি মচিন অমনা শ্বাংদা পুল্লগা, অতোপ্পা অমনা রিং অকোইবা রোক অমদা কন্না পুনশিল্লমই। খুৎনা লেমপ অদু পাইরদুনা ঐ মখাদা কুমথরমই। মখাদু দিবাইন মেনকৌরাগী পোথাফম্নী। ঐনা মখা য়ৌরবা মতমদা থৌরিদু মথক্তা অমুক চিংখৎখিরমই। ক্লিওপত্রাসু ঐগীগুম্না থৌরিদুনা মশ্বাংদা য়েৎশিল্লগা ঐগী নাক্তা কুমথরকখি। ঐনা মাবু খুৎ অনিনা কোনশিল্লমই। মথক্তা লৈহৌবা মীনাইনুপাদুদা ঐনা লাউরমই -"নঙদি মথক চংফমদুদা অদুম লৈরমউ ঐখোয় লাকত্রিফাওবা!" মহাক কন্না য়ানিংলমদে মরমদি মথক্তা মথন্তা লৈবদু য়াম্না কিরমই। মনুংদা চংলকপদি আইন্না য়াদবা ওইবমই।

# চেপ্টর তরামাথোই শুবা

(দিবাইন মেনকৌরাগী মোংফম, শিগ্লবা মেনকৌরাগী থবাক্তা ইরম্বশিং - মাগী থবাক মনুংদা লৈরম্বা স্না, মনি মুক্তা ময়ামদু চিংথোকপা অমসুং রানি ক্লিওপত্রা অমদি হর্মাচিশ স্না - মনিমুক্তাশিংদু পুরগা মফমদুদগী চেস্থোরকপা)

ঐখোয় অনি কা অমগী মনুংদা লেপ্তুনা লৈরমই। লৈমাইদু শৈনাগী গ্রেনাইট নুঙনা ফজনা থারমই। ঐখোয়গী মাংদা চীংদুমদগী কক্তুনা শেল্লবা ফজবা নুঙ ঙাক্তনা লৈতেং তৌরমই। দিবাইন মেনকৌরাদু শফিংজ অমগী মথক্তা মমাইদু স্না ঙাক্তনা লৈতেং তৌরগা লৈরমই। ঐখোয় অনিতা লেপ্লগা য়াম্না কিনা মমাইদু য়েংলমই। মরমদি হায়নিংঙাই লৈতনা চিক্লবা মফম ওইবদা অশিবা থেংনবা অমসুং শেংলবা মেনকৌরাগী মুর্তি অদুনা ঐখোয় অনিবু থব্রাই নিক নিক লাউহল্লমই অমদি ঐখোয় অনিবু চপখাইবগুম তৌরমই।

ঐখোয়গী কোক্তোন্দা পিরামিড অদুনা মথং মথং ব্রাংখৎখিদুনা অতিয়া পক্লা ব্রাংলমই। মাগী মতোন অদুনা লৈচিন পক্লা ব্রাংখৎখিদুনা লৈচিন মরক্তা শিংপা নুংশিংকা শোক্লা শম্মদুনা লৈরি। অদুবু ঐখোয় অনিদি মখাদা মেনকৌরাগী চাকখাওদা লৈবগুম হকচাংদা ফাওরমই। অশিবশিংগী মরক্তা ঐখোয়না তুমিন্না লেপ্লদু ঐখোয় অনিসু শিরবগুম তৌরমই।

মফমদুগী অচিকপদু থুগাইনবা কাং তুমিৎ নৎত্রগা নুংশিৎ শিৎপগী মখোলফাওবা তারমদে। ঐনা মেনকৌরাগী নুঙগী কু অদু মুন্না য়েংলমই। মদুগী লুমলবা মখুম অদু ঐনা থাঙ্গৎলমই অদুগা কু অদুগী নাকন্দা ঙাশিন্দুনা কুদুগী অকোইবদা চহি লিশিং কয়ানা পুরকখিবা উফুলনা থাগৎলমই।

ঐনা, ইদুনা থল্লম্বা অমদা খুদোম্বীনা থিল্লগা, ক্লিওপত্রাগী নাকোং ময়াদা তুমিন্না হায়রম্মই - "য়েংঙু," কা অদুগী ফল্লাংশিংদু প্লাষ্টর তৌরগা ফজবা মচু অমনা রং তৌরম্মই।

ক্লিওপত্রানা তুমিন্না নাকোং ময়াদা হায়রম্মই - "মদু অমুক্তা পাউ, হর্মাচিশ!" অদুদগী ঐনা পারম্মই - "ঐ, রামেশেস - মি - অমেন, ঐগী মতমদা, স্না লুপা য়াম্না দরকার লৈরবসু অদুগা থম্মোইনুংদা থৌনা ফনা লৈদুনসু মেনকৌরাগী বীচার অমসুং মাগী শাপ অসি পাননবা মাই ওনশিনবফাও ঙমখিদে। ঐগী তুংদা লাকলিবা নখোয়না নথম্মোই শেংলবদি অমসুং ক্ষেম লৈবাকশি হায়নিংঙাই লৈতনা অৱাবা নংলবদি ঐহাক্লা থমলম্বা স্নাশিংদু লৌ!" "অদু ওইরবদি স্নাশিংদু কদাইদা লৈ?" মহাক্লা তুমিন্না ঐঙোন্দা হংলকখি। "শফিংজগী মমাইশি স্না ঙাক্তরা?" "অসিদগী -- ফাওবা, চংশিল্লকউ অদুগা য়েংঙু!" ঐনা খুমলম্মই খুদোম্বীনা কু অদুদা থিন্দুনা তাক্লগা। ক্লিওপত্রানা ঐগী খুৎ পাইরগা কু মনাক্তা চংশিল্লম্মই। কুদুগী মখুমদু য়াওরমদ্রে অদুবু ফজবা মচুনা রং তৌরবা কু অদু খর কুৎথরগা লৈরম্মই। ঐখোয়না শফিংজ অদু কাখৎলম্মই অদুগা ঐনা ইফুলশিংদু খোৎতোক্লম্মই অমসুং কামথোক্লম্মই। অদুদগী কুগী মপান্দা ইরিবদু ঐনা পারম্মই। মদু অসুম্না ইরম্মই - "ফারাওহ মেনকৌরা নুমিৎকী মচা! ফারাওহ মেনকৌরা মখাদা হিপ্তুনা লৈরি, মাগী মমানা মাবু য়োল্লগা পল্লগা লাইশিংনা লৈরিবা মফমদা পুদুনা চৎলম্মই - নত্তে, মাগী মমানা মাগী য়েক্লবশিংদু স্বরনা কাঁমথোকলম্মই অমসুং মখোয়বু য়াম্না থিনা মাংহন তাকহল্লম্মই। ও মেনকৌরা, মতম পুম্নমক্তা লৈরিবা!"

"অদু ওইরবদি স্নাশিংদু কদাইদা লৈরিবা?" মহাক্লা অমুকসু হংলম্মই।

"অসিদা তশেংবমক মাগী অশিবা হকচাংদু লৈরে - দিবাইন মেনকৌরা অদুবু ফারাওহগী উনশা অমসুং মতোংশিংদি স্না নত্তে। শফিংজগী মমাই অসিনা অশেংবা স্না ওইরবসু ঐখোয়না করম্না মসি ফক্তোক্কনি?"

পাউখুম ওইনা ঐনা হায়রম্মই - "নঙনা কুগী মথক্তা পাইয়ু অদুগা ঐনা মখোঙদা পাইগে!" অদুদগী ঐখোয় অনি চংনা কুদু থাংগৎলম্মই। ফজনা পানশিন্দবা মখুমদু নাম্বাদুনা তারকখি। ঐখোয় অনিনা কুদু লৈবাক্তা থমলম্মই। য়েংবদা মনুংদা ফারাওহগী অশিবা হকচাংদু য়াওরম্মই। মদুগী হকচাংদু চহি লিশিং অহুমগী মমাংদা হাপখিবা ওইগনি। মদু য়াম্না পাক চাওরবা হকচাংনি। মমাইদু স্নানা নৎত্রগা লুপানা মাইখুম ওইবা অমত্তা য়াওরমদে মরমদি মকোক্তু নাপু মচুগী ফি অমনা য়োল্লগা থমলম্মই অদুগা পিঙ্ক মচুগী বেন্দেজ অমনা কোইনা য়েৎশিল্লম্মই। মতুংদা লৈরাং থম্বালগী মখোক

খর থিংজিন্দুনা থমলমই। মদুগী থবাক্তা থম্বাল খরসু ইকোই কোইনা লৈরমই। মখোয়দুগা লোইননা অপাকপা স্নাগী পুখম অমসু য়াওরমই। মদুগী পুখমদুদা শেংলবা ময়েক্লা ইদুনা থন্নমই। ঐনা, খজিক্তং ঙানবা মফমদা পুখমদু পুথোক্তুনা পারমই।

"ঐহাক, মেনকৌ-রা ওশিরিয়ান্নী, ক্ষেম লৈবাক্কী মতম অমগী ফারাওহনি। মতমদুদা অচুম্বতা তৌবা ঐহাক্কী। শকউদবা ঈশ্বর মহাক্না ঐগীদমক য়াংলম্বা লম্বীদা চৎখিবা ঐহাক্কী। ঐনা ঐগী মোংফমসিদা, ঐগী তুংদা ফারাওহ ওইরক্কদবাশিংদুদা ঐনা ব্রা ঙাংলি। য়েংঙু - ঐ মেনকৌরা ওশিরিয়ান, অদুগুম্বা মতম অমা লাক্কনি শায়না ঐঙোন্দা চেকশিন ব্রাহে তৌরকখি - করম্বা মতমনো হায়ববু শকখংদবশিংগী মখুৎতা ক্ষেম লৈবাকশি লৈখা তারগনি হায়বগী অকিবা লৈরকপা মতম, ফারাওহ ওইরিবদুনা স্না য়াম্না পামলকপা মতম, মহাক্না লাম্মী ময়াম খোমজিন্নবগী স্না পামলকপা মতম য়েক্লবশিংবু তান্থোকপা ঙম্নবা, ঈশ্বরনা ঐঙোন্দা লন থুম, স্না মতিকচানা পিবিখি। ঐনা হায়রিবা লনথুম অমদি স্নাশিংসি ঐহাক্না মরাং কাইনা শিজিন্নখি। লেমহৌরিবাশিংদুনা ঐনা মমল তাংলবা ফজবা নুঙ কয়াগা শিন্নথোকখি ইম্মরেলগুম্বা নুঙশিংগা।

ঐনা তুংশিন্দুনা পৈশিন্দুনা থমলিবা নুঙশিং অসি, মতম অমদা দরকার য়াম্না ওইরক্কনি ক্ষেম লৈবাক্কীদমক। ঐনা পৈশিন্দুনা থমলিবদু অদুম মফমদুদা লৈজ্জগনি। শংসারশিদা ফত্তবা তৌবা মীওইশিং নৎত্রগা ওইজবা থিবা মখোযশিংনা ঐনা থন্নমলিবা লন থুম ময়ামশি থেংনরকপা য়াই। মখোয়না লৌথোক্তুনা মশাগী ওইবদা শিজিন্নরকপসু যাই। য়েংঙু পোকত্রিবা অঙাং, ঐনা ইরন্নীবা অসি পাউ! ঐনা স্না অমদি মনিমুক্তাশিংদু পৈশিন্দুনা থমখিবনি - ঐগী শরু ফাওবা স্না য়াওখিবনি!

মরমসিনা, পোক্ত্রিবা নখোয, নমাগী উমদা লৈরিবা নখোয়দা ঐনা মসি হায়রি - নহাক্না ক্ষেম লৈবাকপু য়েক্লবদগী কনবা পান্নবদি ঐবু কবিসু কিগনু অমসুং থিন্থবা তৌরগনু, ঐবু শেগাইয়ু ঐগী মোংফম অসিদগী। ঐবু য়োমশিল্লিবা ময়ামশি লৌথোকউ অদুগা স্নাশিংসি লৌথোকউ। ঐগী থবাক্তগী মনিমুক্তা শিংসি লৌথোকউ অদুগা নহাক অপেনবা ওইগনি। মসিনি ঐনা য়াথং তৌবা ঙম্বা!

নহাক্না স্নাশিংদু লৌথোকপা লোইরগা অহাংগা কুদা ঐগী শরুশিংদু হাপচিল্লমউ। অদুবু নহাক্না শেংদবা ব্রাখল খল্লবা, নৎত্রগা নঙগী স্না লুপাগী দরকারদু নমথাক ওইরবা নৎত্রগা কান্নদবা মরমদা শিজিন্নবা তারবদি মেনকৌরা ঐগী অচৌবা শাপ নকোক্তা পুবা ওইশনু।

ঐনা তৌরম্বা শাপ অসিনা নহাক শিবা ওইয়ু। বিশ্বাস ঘাটক তৌবা অমগুম নঙ য়াম্না ব্রানা শিবা ওইশনু। লাই ময়ামগী নিংথৌ ওইবা মাবু শাওহনবগী অকনবা

শাপ অদু নঙনা ফংবা ওইশনু। য়াম্না ৱানা হিংবা ওইশনু! য়াম্না ৱানা নশাগী ঈ মরক্তা ওনথোইনা শিবা ওইশনু।

অরোনবা ৱাফমশি হায়বা লোইশিল্লকপদা মেনকৌ-রা ঐহাক্না ঐগী লাইনিংফম লাইশং অমা শারগা থমলে, মসি ঐগী মোংফম ওইরিবা অসিগী নোংপোক থংবদা লৈবদুনি। লাইশংদুগী মথং মথং হাই প্রিয়েস্ট ওইবশিংনা মতম মতমগী ওইবাশিংনা তুংদা খংহৌনবা তৌরম্বনি। প্রিয়েস্ট ওইবদুনা ফারাওহ্ ওইবদু নত্তনা অতোপ্পদা অরোনবশিংসি হায়দোকপা থোক্লবদি নহাকসু চপ মান্নবা শাপ ফংবা ওইশনু। হৌজিক্তি নমাগী উমদা লৈরিবা, মতম অমদা ফরাওহ ওইরক্কদবা নহাক্না পারকউ ঐনা ইরম্বশিংদু। ঐনা হায়রি লৈবাক অসিদা ফত্তনা শাসন তৌবা ফারাওহ অদুসু চপ মান্নবা শাপ অসি ফংবা ওইশনু!"

ঐনা রানি ক্লিওপত্রাদা হায়রমই - "নহাক ফজনা তারবরা, ও ক্লিওপত্রা!" "হৌজিক নঙগী থম্মোইনুংদা থিয়ু, নশানা বিচার তৌজৌ অমসুং নশা নথন্তগী ওইনা চুম্না ৱাখল তৌরো!" ক্লিওপত্রানা মকোক লুকথরগা ঙহাক ৱাখল তৌরমই। মহাক্না য়াম্না থুনা খুমলকখি - "মশি তৌবশি ঐ কিজরে!" অদুবু মানা অমুক হায়রকই - "তৌগদবদু তৌরশি!"

"মসি ফরে!" ঐনা হায়রমই পুল্লিং ইয়াং য়াংনা অদুগা উপাক্কী মখুমদু হাংদোক্লবা ঐ নোম্থরমই। ঐ ইশামকসু থবক অদুদা কিজবমই।

"অদুম ওইনমক, মেনকৌ-রা দিবাইন অদুনা ইরম্বদুদা করি হায়বিবা? মদু ইম্মাবেলনি - মদু নৎত্রনে? অদুগা হৌজিক্তি ইম্মারেলশি অসুক্কী মতিক তাংখ্রে অমসুং ফংবসু ৱাবনি। ঐদি ইম্মারেলশি য়াম্না পামজৈ। অদুগা ঐনা ইম্মারেলশি অমুক্তা ফংবা ঙমখিদ্রি অকাইবা নৎত্রগা অশোইবা নৎত্রবদি।" ক্লিওপত্রানা হায়বমই।

"মসি নহাক্না পামজবা নৎত্রগা নুংশিজবগী ৱাফম নত্তে, ক্লিওপত্রা," ঐনা মঙোন্দা হায়রমই। "মসি ক্ষেম লৈবাকসিগী অপাম্বা অমদি দরকার লৈবদুগী ৱানি অমসুং নহাক্কী থম্মোইনুংগী অরোনবদুগী ৱানি। মদু নহাক নথন্তনা খঙবা ঙমগনি।"

"এহ: শোইদনমক্কী, হার্মাচিশ, শোইদনামক্কী! অমসুং মদু ইজিপকী দরকার ওইবা নৎত্রনে? ঐগী ত্রেজরিদা স্না অমত্তা লৈত্রে! অদুগা ঐনা রোমানশিংনা হায়রকপদু ঐনা করম্না ইন্দবা ঙমগনি ঐগী স্না অমত্তা লৈত্রগা। অদুগা ঐনা নঙগী নফমদা ৱাশকখিবা নৎত্রা ঐনা নঙবু লুহোংগনি, রোমানশিংনা হায়রকপদু য়াদবা - থওইদবা ঙমগনি হায়না?

"ঐবু অমুক হন্না ৱাশকউ হায়রিব্রা - হোই, অসিগুম্বা শেংলবা পুংফমশিদা, ঐগী খুৎনা অশিবা ফারাওহদা শোক্লগা? করিগীনো মফমশিদা মেনকৌ-রানা মংলম্বা

মং! নহাক্লা উরে মসি অসুম তৌই - হৎ-শেপসু নৎত্রগা রামেশেস নৎত্রগা অতোপ্পা ফারাওহ্না জেমশশিংসে লৌথোকখ্রে! অদু নত্তে, পুংফম অসিগুম্বা মতাং য়ৌরকপদা মখোয়না করিসু লৌদনা থাদোক্কুনা চৎখি মরমদি অসিগুম্বা মতমশি লাকখিদবনা। হৌজিক মতমদু লাকলে মরমদি ঐনা জেমশসিং অসি লৌদ্রাবদি রোমানশিংনা ইজিপ লাইনা লৌখ্রনি। অদুম তৌরবদি ইজিপ্তা ফরাওহ্ অমত্তা লৈররোই অরোনবসি হায়ননবা। নত্তে, ঐখোয় অকিবদু থাদোক্লশি অদুগা তৌগদবা থবক্তু তৌরশি। নঙগী মাইথোংদা য়াম্না কিবগী শক্তম য়াওরিবদু করিগীনো? অশেংবা পুক্লিং ব্রাখল লৈবিয়ু। কিনবগী মরম অমত্তা লৈতে, হার্মাচিশ!"

"নঙনা পাল্লবসু" ঐনা হায়রমই, 'করিনা ফগদগে হায়বশি নঙগী নথৌনি। নহাক্লা লেপচগদবনি! নঙনা লান্না লেপ্পগা মেনকৌ-রাগী অকনবা শাপ অদু শোয়দনা নঙগী নকোক্তা তাগনি, মদুদগী নাম্থোক্লবা লশ্মী নৎত্রগা উপাই করিসু লৈতে!"

"মরমসিনা, হার্মাচিশ, ফারাওহ্গী মকোক অসি লৌ অদুগা ঐদি মাগী মসি লৌগনি!" অদুদগী মহাক্লা ইখঙ খঙনা চোংখৎলগা ঐঙোন্দা য়াল্লমই। ঐনা খনবদা করিগুম্বা অমগী মমি অমা অমম্বদা থোরকপগুম উরমই। ঐনা নিংলমই অচৌবা মমিদু ঐখোয়রোমদা চংশিল্লকখি। অদুগা মমিদু খংহৌদনা মাংখিরমই। "ঐখোয় চৎলশি! নঙ উখিদবরা?" ক্লিওপত্রানা ঐঙোন্দা হংলমই। ঐনা খুমলমই - "ঐদি করিসু উখিদে, ক্লিওপত্রা, অদুবু মদু দিবাইন মেনকৌরাগী মথ্বাই মমি ওইরম্বা য়াই, মরমদি মাগী মথ্বাইদু মফম অশ্বাইদা অদুম পাইদুনা লৈবনি। ঐখোয় চৎনবা তৌরশি! ঐদি চৎলবদি হ্রাওগনি!"

ঐখোয় চৎপদুদা য়ারদুনা মখোঙ থাংবা হৌরমই অদুদগী মাগী মমাই অমুক লৈশিল্লকখি অদুগা ব্রা ঙাংলকখি।

"মদু করিসু নত্তে! অদুবু পুক্লিংদা, অসিগুম্বা অঙকপনা থল্লবা মোংফমশিদা মাংদা লৈরিবা অশিবা হকচাংশিদগী মমি ওইনা চৎপা লেংবা অসুম উবনি। মদু উবদা ঐ কিবা পোকলুবনি। নত্তে, ঐ ইস্মারেলশিংদু য়েংগনি অশেংবমক ঐ শিরবসু।"

মহাক্লা মখা তানা হায়রমই - 'ঐ শিরবসু মদু য়েংগনি! লাকও, তৌগদবদু তৌরশি!' মহাক্লা নোম্থরগা মোংফমদুদগী অলাবষ্টর পাত্রা মরিগী মনুংদগী অমা মখুৎনা লৌখৎলমই। পাত্রা মরিমক মখুম চেৎনা খুল্লগা শিল তৌরমই। পাত্রা মরিদুদা মেনকৌ-রাগী শেংলবা থিবোং থিরিন অমসুং থম্মোই য়াওবা মাল্লমই। অদুবু হাংদোলুবদা করিসু য়াউরমদে। অদুদগী ঐখোয় অনিনা পুন্না শফিংজ অদুদা কাখৎলমই অদুগা য়াম্না কন্না হোৎনরগা দিবাইন ফারাওহ্গী অশিবা হকচাংদু লৌখৎলমই অদুগা লৈমাইদা

তপ্না থমলমই। হৌজিক ক্লিওপত্রানা ঐগী অচৌবা থাংদু লৌরগা অশিবগী মশাদা য়েৎলিবা বেন্দেজশিংদু ককথৎলমই। মনুংদা হকচাংদা লৈরাং থম্বালশিংদু, চহি লিশিং অহুমগী মমাংদা হাপখিবা লৈশিংদু লৈমাইদা ওন্থদুনা তারমই। অদুদগী ঐখোয় অনিনা কোইথি থিরমই অদুগা মপান্দা য়েৎপা বেন্দেজগী অরোইবা মচিন্দু থেংনরমই। মদুসু ঐখোয়না ককলমই। মদু লোইরদুনা য়েৎলিবদু হন্দোক্লমই। ঐগী লেংবান্না নুঙগী কু অদুদা থন্লগা নুঙ অমদা ফমথরমই অদুগা অশিবা হকচাংনা ঐগী খুঁউদা থমলমই।

ক্লিওপত্রানা য়েৎলিবা ফিদু মথং মথং হন্দোক্লমই। মদু য়াম্না ব্রাবা থবক্নী। য়াম্না থুনা করিগুম্বা খর তারক্লমই। মদু নিংথৌশিংনা পাইবা স্নানা শাবা শেফতরনি। মদুগী অরোইবা মচিন্দা কফোইমুক চাওবা ইন্মারোল ওইরমই।

ক্লিওপত্রানা মদু লৌরগা পাইদুনা য়েংলমই। অদুদগী ঐখোয় অনিনা অকিবা তুজুংবা পোক্লা থবক অদু চৎথরমই। বেন্দেজ অদু হন্দোক হন্দোক্লা স্নাগী লৈতেং কয়া মথং মথং থেংনরমই। মখোয়শিংদু ফারাওহদুগা লোইননা ফুমদুনা লৈরম্বনি। অয়েৎপা ফি অদুদগী তারকপা স্নাগী লৈতেং কয়া লৌথোক্লমই। স্নাগী ঙকশমদা শিনবা লিক, খুজি মখল কয়া, স্নাগী পাম্বোমদা লৈতেং তৌনবাশিং, শিতারগী মওং মানবা, স্নাগী শিংজং মচা, স্নানা শাবা ওশিরিজগী মুর্ত্তি অমসুং অতৈ স্নানা শাবা পোৎলমশিং। অকোনবদা বেন্দেজ পুম্নমক লোইনা লৌথোক্লমই অদুগা মখাদা ঐখোয়না য়াম্না নানজদবা মখুম অমা থেংনরমই। মসিগী মরমদি থাইনগী উশুবাশিংনা করম্না নান্না ফজনা শেমগদগে খংলমদে। মদুগী মখুম অদুদা অসুম্না ইরমই - "মেনকৌবা নুমিৎকী মচা" মখুম অসিমদি ইরাই লাইনা লৌথোকপা য়ারমদে। মদু অশুক্নী মতিক হকচাংদা কন্না নপশিল্লমই মদুদি ঐখোয়না লৌথোকপা ঙমলমদে।

মনুংদুদা ওমচাক্লনা শাবনে, অশিবগী কুদগী পাইথোরকপা শেংদবা ইফুলনে, নমথিরবা মনমনে অমসুং শেংদবা থবক তৌবগী হকচাং থক থক নিকপনে ঐখোয় অনি ব্রাম্থবগুম - শিরবগুম তৌরমই। অকোনবগী বেন্দেজ অদু ছুরি অমনা ককথৎলগা লৌথোক্লমই। অশিবা হকচাংদু মখাদা থাংথরমই।

অহানবদা ফারাওহগী মকোক্তু শেংদোক্লমই অমসং হৌজিক চহি লিশিং অহুম হেন্না কনানসু মমাইদু য়েংবিদ্রবা মাইথোংদু ঐখোয় অনিনা মুন্না য়েংলমই। মাইথোংদু য়াম্না চিংলেম্বা অচৌবা মীনি। মহাক, মাগী মতমদা থৌনা য়াম্না লৈগদবা পিশুম লাইবক, নিংথৌ ওইবগী লুহুপ, অদুগী মখাদা শো লৈ মদুসু নাপু মচুনা তৈরমই। চহি লিশিং অহুম হৌখিবনা করিসু অহোংবা পিবা ঙমদবগুম মাইথোং অদুনা য়াম্না শক্তি লৈবা, মগুন য়াম্না লৈবা, থৌনা লৈবা মওংদু ফজনা উৎলি। কিরবসু কিনা ঐখোয় মুন্না য়েংদুনা লৈরমই।

মদুদা খুমজিল্লিবাশিংদু লোইনা লৌথোক্লমই। হকচাংদুগী ওই থংবদা ফৈগনগী মথক্তা থাংনা লেনখিবগী মফম লৈরমই। মসি শেমলিবশিংদুনা মখোয়গী থবক লোইরগা অমুক ফোৎচিল্লমই। অসুক্কী মতিক ফজনা ফোংলমই মদুদি ঐখোয়না পাক থিবা ফংলমদে।

“মনুংদা জেমশসিংদু লৈরে!” ঐনা তুমিন্না মঙোন্দা হায়রমই।

“হৌজিক নহাক্কী থম্মোইদা নিংবা কাইদ্রবদি, হকচাংশিগী মনুংদা চংঙু !” অদুদগী ঐনা ঐগী পাউলশ হাৎখিবা অচৌবা থাংদু মঙোন্দা পিরমই।

“হৌজিক চিংনবগী মতমদি থেংমনখ্রে,” ক্লিওপত্রানা খুমলমই। মাগী ঙৌরবা ফজরবা মমাইদু থাঙ্গৎলদুনা অমসুং মাগী অতিয়া মচুগুন্না নিংথিজবী মমিৎ অনিদুনা ঐগী মিৎকা মিৎচানরমই।

মহাক্না থাংদু লৌরগা অশিবা ফারাওহগী থবাক্তা থিংজিল্লমই। মহাক্না অদুন্না থাংদুনা থিনবদুদা নাহেবগুম্বা মখোল অমা তারমই। ঐখোয় অনি কিমনখিদুনা চোংখৎলমই অদুবু মখা তানা মখোল অদু অমুক তাখিরমদে। মানা হোৎতোরকলিবদুগী মনাক্তা ঐগী মৈদু থাংজিল্লমই।

“মসি করিসু য়াওবা উদে।” ঐনা হায়রমই। “লোইশিল্লশি - অরোইবা নাইরশি!”

‘অদুদগী য়াম্না কন্না হোৎনদুনা থাং অদুনা থবাক্কী শরুক্তু য়াল্লমই অমসুং হকচাং মতোংগী শরুক্তু ফক্তোক্লমই। থাংনা অসুম ফক্তোকপদা থাং মতোন্না জেমশ ময়াম থেংনবগী মখোল তারমই।

ক্লিওপত্রানা অশিবগী হোগাইরবা থবাক্তা মাগী মখুৎনা মনুংদা থিংজিল্লমই অদুগা করিগুম্বা খর পুথোরকখি। মহাক্না মখোয়শিংদু মৈঙান্দা পুথোক্তুনা য়েংলমই অদুগা শোম্বাংননা লাউরকখি মরমদি অমম্বা ফারাওহগী থম্মোইনুংদা অঙানবা জেমশ ময়াম লৈরমলে। মানা মখা তারমই - ‘পৃথিবীদা খ্বাইদগী ফজরবা ইম্মারেল কয়াসু লৈরি!’ মখোয়শিংদু মৈঙান্দা য়েংবদা চপ চানা ফজরবা ইম্মারেল ঙাক্তনি খংলমই। মখোয়শিংদু ময়ি অমত্তা লৈতবা য়াম্না চাওবা ইম্মারেল ঙাক্তা ওইরমই। অতোপ্পা নাকলদা ওবেল মওংদা ফারাওহগী মমিং হক্তুনা লৈবদু থেংনরমই - ‘দিবাইন মেনকৌরা, নুমিৎকী মচানুপা!’

হন্না হন্না ক্লিওপত্রানা অশিবগী থবাক্তা মখুৎনা থিংজিন্দুনা ইম্মারেল কয়ামুক লৌথোক্লমই অদুগা মফম অমদা পুল্লপ পৈশিল্লমই। ইম্মারেল খরদি য়াম্না ফেশন তৌবা অদুগা খরা অমনা ফেশন য়াওদবা ওইনা থেংনরমই। অদুবু ইম্মারেল পুন্নমক

মচুদি মপুংফানা ফজবা ঙাক্তনি ময়ি অমত্তা লৈতবা। মাগী ঙৌরোক ঙৌবা মখুৎতুনা হন্না হন্না অশিবগী থবাক্তা থিংজিন্দুনা ইস্মারেলশিংদু লোইনা লৌথোকলমই। অকোনবদা মশিং থিবদা ১৪৮ ওইরমই। মদুগুম্বা মওংগী জেমশ অসি হৌজিককালদা কনাসু খংনদ্রিবা পোৎনি। ইরোই লোইবদা মহাক্না পুথোরকপদু ইস্মারেল নত্তে পির্য়ালশ অনি ওইরমই। অনিদু ফিগুম্না মচেৎ অমনা য়োমদুনা থম্লমই। মদুগী মতুংদদি পির্য়ালশ ঙাক্তা পুথোরকখি। পুথোরকপা মনিমুক্তা পুমনমক মৈঙান্দা ইরং লংনা পৈদুনা লৈরমই। ঐখোয়গী মাংদা নিংথিরবা মনিমুক্তা ময়াম পৈদুনা লৈবা অমসুং স্না মপৈ মপৈশিংদু মৈঙান্দা মিৎ থক্লমই।

মফমদুদা নমথিরবা মনম, য়োমলম্বা ফিগুম্বা পোৎশকশিং, পোক্লা ঙৌরবা ফারাওহ্গী মকোক, শেগাইবিরবা হকচাং অমসুং শরু মচেৎ মচেৎ ময়াম্না ইচাই চাইরমই।

ঐ হৌগৎপদা ব্রাবনা শিগদৌবা মাল্লমই। ব্রাবা চোকথরবা মরক্তা অকিবা থবক ময়াম তৌরুবগী পুক্লিংদা নিংকোক নিংকোক তৌবসু য়াওরমই। ঐখোয় অনি ব্রামনখিবদগী ব্রা মচেৎ অমাফাও ঙাংনরমদে। ঐনা ইঙ্গিৎ তৌরগা ক্লিওপত্রানা অশিবগী মকোক্তু পাইরগা থাঙ্গৎতুনা শফিংজ মথক্তা কাখৎলমই।অশিবা ফারাওহ্দু হান্নগুম মহাক্কী কু মনুংদা হাপচিনবিরমই। ঐনা অশিবদা য়োমলম্বা ফি-শিংদু খোমজিল্লমই অদুগা মশা অশিবদা কুপশিন্দুনা থম্বীরমই।

অদুদগী ঐনা কু মখুমদু অমুক হন্না খুমজিনবিরমই। জেমশশিংদু খোমজিল্লগা ঐনা ঙন্বামখৈ ঐগী ফিনুংদা লোৎতুনা পুনবা তৌরমই। লেমহৌবশিংদু ক্লিওপত্রানা মাগী থবাক্তা লোৎশিল্লগা পুরমই।

মমল য়াম্লবা পোৎশিংদুনা হকচাংশি লুমথরদুনা ঐখোয়না অরোইবা মিৎয়েং ওইনা অশিবগী কু অদুদা য়েংলমই।

ঐখোয়না থোরকপদা মোংফমগী চংফমদু য়ৌরকপদা ঐখোয় লেপ্লমই। ঐখোয়না পুরকপা মীনাই নুপাদু কৌরমই। ঙকপগা কিবগা য়ান্ননা ঐনা অমুক হন্না কৌবদু তৌনিংলমদে। অদুবু খজিক্তং থিম্বরবদি ক্লিওপত্রা ব্রাম্বরকপা য়াই কিবদগী ঙসাইগী থৌরিদু পাইদুনা চিংলমই। ঐনা কন্না হোৎনদুনা মথক্তা কাখৎলমই অদুবু নুপাদুদি মাগী মফমদুদা লৈরমদ্রে। মহাক্লা পাইরম্বা লেমপ অদুদি মফমদুদা অদুম ঙা দুনা লৈরমই। মহাক খরদং কুমথরগা লৈরম্বা য়াই নিংদুনা ঐনা ক্লিওপত্রাদা লাউরমই থৌরিদু মখাংদা য়েৎশিল্লু হায়না। মহাকপু চিংখৎলগা ঐখোয় অনি মিকুপ খর পোত্থারমই। অদুদগী লেমপ অনিদু পাইরদুনা নুপাদুবু কোইথি থিরমই। - "নুপাদু কিমনখিদুনা লেমপ অসি হুন্দোক্লম্লগা চেনখিরম্বা য়াই!" ক্লিওপত্রানা হায়রমই - "ওহ,

এ: হে ঈশ্বর, কনানো আদা ফমদুনা লৈরিবশে?”

ঐনা য়েংবদা অমস্বদা ঐখোয়রোমদা মতুং ওনশিল্লগা নুঙ অমদা মনঙ্গলনা ঙাথরগা নুপা অমা ফমদুনা লৈবদু উরমই। মৈঙাল্দা চংশিন্দুনা য়েংবদদি ঐখোয়না পুরকপা নুপাদু ওইনা শিদুনা লৈরমলে। মাগী মমিৎ অনি অমসুং মচিন লাউনা কাথোক্লুনা লৈরমই। মাগী নোইরবা খজাই অনি শেৎতোক্লগা লৈবা উরমই। মাগী খদাং কোইশিংদু চপ চপ য়ুংবা মাল্লমই। মাগী খদাংদা অমদি চুবাদা খুজিন্না খোৎপগী মমি চাওনা তারমই।

ঐখোয়না পিরামিড অসি চংলকপদা থেংনখিবা অঙৌবা অচৌবা শেকপিদুনা নুপাদুবু হাৎখিবনি হায়বা খংলমই।

অঙৌবা শেকপিদুনা হন্না অমুক পাইশিল্লক্লুনা অশিবা নুপাদুগী মকোক ময়াদা কোইনা কোইনা পাইরমই। ঐখোয় অনি কিবনা ব্বাস্থগদৌরমই। ঐখোয় ব্বা লাং ঙাংনদনা লেপ্পগা শেকপিদা অমুক য়েং অশিবা নুপাদুদা অমুক য়েং তৌরমই। য়াম্না থুনা শেকপিদুনা মাগী পাক চাওরবা মশা অনিদু ফন্দোক্লকখি। মদুনা ঐখোয় অনি তম্না পাইশিল্লকখি। অদুদগী শেকপিদুনা অতমননা ক্লিওপত্রাগী মমাই তম্না পাইশিল্লকখি। অদুদগী মাগী অঙৌবা মশা অনিদুনা ক্লিওপত্রাগী মমাইদা হুমজিল্লকখি। শেকপিদু য়াম্না কন্না খোংলন্নগা গুহাগুম্বা অমদা পাইশিন্দুনা মাংখিরমই। ঐ ফক্লাংগুম্লবা নুঙজাওদা থেংজিল্লমই। অদুবু ক্লিওপত্রাদি নাকল অমদা থৈজিন্দুনা লোৎলমই। মহাক্না মখুৎনা মমাই খুমজিল্লগা কন্না লাউবদু নাকল অমদগী প্রতিধনি তৌরকখি।

“হৌগৎলো!” ঐনা লাউরমই, ‘হৌগৎলো-চৎপা- হৌরশি, অশিবগী থব্বাইশিংদুনা ঐখোয়গী নাক্তা থোরকত্রিঙে মমাংদা! নহাক্না ব্বাস্থদুনা তুদুনা লৈরবদি মফমদিদা মতম পুম্বগী ওইনা নহাক মাংজরগনি!”

মহাক্না ব্বানা হৌগৎতুনা, তুরোই ঙামলোই তৌনা কাফে কাফে চৎলমই। মহাক্কী অদুক ব্বাবা শক্তম ঐ অমুক্তা উখিদ্রি, মদুগী অব্বাবা শক্তমদু ঐ কৈদৌনুংদা কাউবা ঙম্লরোই।

ঐখোয় মফমদুদা অঁশিবা নুপাদু থনম্লগা থোরক্লমই। ঐনা ক্লিওপত্রাগী মখুত্তু পাইরদুনা কা মথং মথং লাম্থোক্লুনা অচৌবা কা অদুদা য়ৌরকখি। মফমদুদা দিবাইন মেনকৌ-রাগী রানিগী কু লৈবা মফমনি। অদুদগী হেন্দোরক্লুনা অহাংবা মফম অমদা য়ৌরকখি। পুক্নিংদা ইথন্তা হংজরমই - করিগুম্বা চাওরবা পাক্লবা থোঙ অহুমদুনা লোনশিল্লগা লৈরম্লাদি করি তৌবা? লাইবক ফবদগী থোঙ অহুম্মক হাংদোক্লুনা লৈরমই। ঐখোয় অনি থুনা য়াংনা থোঙ অহুমদু মথং মথং থোরক্লমই। অকোনবা থোঙদু ঐনা থিংজিল্লমগে হায়না পাইরমই অদুবু নুঙগী থোঙদু শোক্লবদা নিংখাইরক্লুনা

লৈমাইদা তারম্মই। হৌজিক ঐখোয় অনি অঙৌবা কা অদুদা চংলম্মই - অশিবগী কু পরেং ওইনা লৈবা মফমদা ইকোন কোনবা কাখৎকদবা নুঙগী থাক অদুদা ক্লিওপত্রা অনিরক হন্না নাস্থরক্তুনা মার্বলগী লৈমাইদা তুরম্মই। অনিরকশুবগী নাস্থরকপদা ঐনা করিগুম্বা ঙাকলমদ্রবদি মহাক কয়ারক হন্না থরো থরো ওল্লমগনি। ঐনা অদুম্না মাবু ঙাক্লুবদুদা লেমপ অদু নাস্থদুনা লৈমাইদা তাখিরম্মই অদুগা ঐখোয় অনি অমম্বদা লৈরম্মই। অমম্বদা ঐখোয়গী ইথক্তা অচৌবা অঙৌবা শেকপিদু মশা তোইনা খপ্তুনা পাইরম্মই।

ঐনা লাউরম্মই - "শোন্থগনু, থৌনা ফনা থবক তৌ, নুংশিবী, থৌনা ফৌ!"

মহাক্না স্বর মতেক হোল্লগা হায়রকখি - 'নত্তে, মসি লোইবা খম্বা লৈতনা ব্রাগদবদি নত্তে! মখোয়শিগা লোইননা ঐ শিগনি!'

অদুদগী ঐনা অহানবা ওইনা নুপিগী থম্মোই চাওবা, থৌনা লৈবী অমগী ব্রাহৈদু তাবা ফংলম্মই। অমম্বা মফম অমদি অকিবা তুজুংবনা থল্লবা মফমদুদা মহাক্না ঐঙোন্দা কন্না কোনশিল্লম্মই। ঐনসু মাবু কোনশিল্লগা তপ্না তপ্না থোরকলম্মই। অসুম থোরকপনা অকোনবদা মুশি মুশি তৌবা থাবল মঙালদু উবা ফংলম্মই। মঙালদু পিরামিডকী অহোবা চংফমদা ঙানবা অশোনবা মঙালনি।

য়াম্না কন্না থিরবা তুংদা অরোইবা মখুলদু থেংনরম্মই। মখুলদুদা চংলকপা অইংবা নুংশিৎনা লাইবক্তা থেংলদুনা পোত্থাবা পোকলম্মই। ঐনা নুঙ ময়াম ব্রাংনা পৈখৎলিবা অদুগী মথক্তা কাখৎলগা ক্লিওপত্রাবু চিংখৎলম্মই অমসুং থাঙ্গৎলম্মই। মহাক মথক য়ৌবা মতমদদি অশিবা নুপিগুম লৈমাইদা ব্রান্থরম্মই। মশা পুম্বা চহি কয়ামুক লৈরবা ইফুল ময়াম্না কুপখিবনা মাগী মশাদু লৈখোম্না শাবা নৎত্রগা শেম্বা মীগুম তৌরম্মই। ঐনা খুৎ থক থখ নিক্লা লৈথোকপা য়াবা নুঙদু নমশিল্লম্মই অদুগা মদু লৈথোরকখি। অদুদগী ঐ চোংথরগা নুঙশিংদু থৈদোক্লগা ক্লিওপত্রাদা য়েংলম্মই। ঐনা য়েংবদা - মহাক্তি অব্রাব, মপুক্লিংদ অকিবা তুজুংবা থবক তৌরুবা, অশিবা কয়া থেংনরুবা অমসুং চহি কয়া মনুংদা লৈরবা ইফুল ময়াম্না কুপখিদুনা নিংথিবী ক্লিওপত্রাবু লৈনুংদা ফুমদুনা থমলুরবা অশিবা নুপিগুম তৌরম্মই। অদুম ওইনমক, ঐনা মাগী ইফুল ময়ামদু লৌথোক্লগা ঐখোয় অনি মিচিক মীরাউখোল তাদ্রবা অমম্বা অহিংদুদা লৈঙোই মথক্তা হিপমিন্নরগা নোংঙানবা ঙাইরম্মই।

# চেপ্টর তরানিথোই শুবা

(হার্মাচিশ অমসুং ক্লিওপত্রা অলেকজেন্দ্রিয়াদা হল্লকপা, চার্মিয়োন্না হর্মাচিশবু করেম্নবা মওংদা কৌশিনবা, রানি ক্লিওপত্রাগী পাউখুম দেল্লিয়াশতা পিবা)

ঐনা মিকপ থোকলকপদা ইজিপকী রানি ক্লিওপত্রাদি তুমদুনা লৈরমই। ঐনা মাগী মনঙ্গলদা নাল্লগা হৌদোক্লমই। মাগী মশক মতৌ কয়াম ফজবা হায়ফম খংলমদে। মাগী ঙৌরবা মাইথোংদু অমোৎপা তৈরবা য়েরুমগুম নৎত্রগা অমোৎপা ইফুলদা তারুরবা লিক্লানা চোৎলবা লৈরাং থম্বালগুম নিংথিজরমই। মোৎলবা ইফুলনা কুপ্লবা মোংফমদা অহিংচুপ্পা লৈরুরবা মাগী হকচাং, নুপি ওইবীগী কেবা মৌবা অমত্তা তৌদ্রিবা রানি, নোংঙানবগী মঙাল খজিক্তং লাকপদা ঐনা কয়াগী মতিক ফজনা উখি হায়ফম খংলমদে। অদুগুম্বা ফজরবা রানি ক্লিওপত্রা ঐগী ফৈগন্দা মোন খাংলগা অশিবা নুপি অমাগুম নুংঙাইনা তুমলমই। মাগী মুনা শাংলবা শম ময়ামদুনা নিংথিবী মহাক্কী থবাক্তা ইচাই চাইনা তারমই। নোংঙাল্লকপগী মঙাল খর খর লাকপদা মাগী ফজবা নিংথিবদু য়েংলুরগা সর্গগী লাইরেম্বীনা মথক্তগী কুমথরক্লগা ঐগী তমপাক্তা তুমলবগুম ঐঙোন্দা ফাওরমই।

ঐখোয়গী কোক্তোন্দা লৈরিবা ৱাংলবা ইজিপকী পিরামিড নখোয়না, রানি ক্লিওপত্রাগী ফজবা নিংথিবশিংগী ৱারি অমসুং মহাক্লা তৌখিবা পাপশিংদু হায়দুনা লৈহৌরগনি মতম পুম্বদা। ঈশ্বরনা মঙোন্দা নুপি ওইবীশিংগী ওইবা খ্বাইদগী ফজবা, নুপাশিংনা খ্বাইদগী কল্লক্কদবা শিংদু খল্লগা পিবিরমই।

ঐনা মাগী ফজবশিংদুদা য়েংলমই অমসুং ঐগী থৱাই হকচাং পুম্নমক মাগী ফজবা নিংথিবদা ঙাওরমই। হৌজিক ঐহাক্লা মাবু হেন্না হেন্না নুংশিরকখি মরমদি

মন্নবা অমদি শুক্লবা মোংফম মনুংদা, শিবা চংবা খংদনা অৱাবা অকিবা কয়া ঐখোয় অনিনা পুন্না থেংনমিন্নরক্লবনি অমসুং ৱামিন্নরক্লবনি খল্লুরগা। অৱাবা অকিবা কয়া থেংনরুবগী চোকথরবা ঐনা পোথাগে হায়রমই। মহাক্লা ঐঙোন্দা লুহোংগনি হায়না অচেৎপা ৱাশক তৌরমই। ঐখোয়না পুরকপা স্না লুপাশিংদুনা ঐখোয়গী ইজিপ্তু অচৌবা মপাঙ্গল কনবা লৈবাক অমা ওইহনগনি অমসুং মাগী য়েক্লবশিংগী মখুৎতগী নিংতমহনগনি অদুগা ইজিপকী প্রাজা পুম্নমক নুংঙাইনা নিংতম্না লৈহনগনি। অহ: অদুগুম্বা ওইরক্কদবা ইজিপতু ঐহাক্লা উবা ঙমগদরা? করম্না, কমদৌনা অমসুং করম্বা মরমদগী নুপি অসিগী মকোক অসি ঐহাক্কী তমপাক্তা লৈবদু ঐনা অমুক উবা ফংগনি?

ঐনা মাগী মখুৎতু ঐগী খুৎ অনিনা নোইরগা শাগৎনবা হোৎনরমই। ঐনা নোম্বুরগা মাগী মচিন্দা লোইবা খম্বা লৈতনা তুপ্লমই। মহাক্লা মমিৎ পাংলকপদা কিবদগী হিক হিক কপলকখি অমসুং ফজরবা মাগী মশাপুম্বা থক থক নিক্লমই।

"অহ, নহাক ওইরে! ঐনা নিংশিংলি নহাক্লা অকিবা তুজুংবনা থল্লবা মোংফমদুদগী ঐবু কনবিখি!" মহাক্লা মাগী মখুৎ অনিনা ঐবু কোনশিল্লকখি অদুগা ঐবু মঙোন তম্না চিংশিল্লমই অদুগা ঐগী চিন্দা নুংশিনা চুপ্পিরমই। "নুংশিবা! শিদা লাকও!" মহাক্লা হায়রমই।

"ঐখোয় চৎনবা তৌরশি! ঐ চোকথবনা শিগদৌরে, ৱাবনসু লোইরে। ঐগী থবাক্তা পুরিবা ইস্মারেলশিংসিনা থেংবদা নাবনসু লোইরে! স্না লুপা ফংনবা তৌবদা অশুক ৱাবা অমুক্তা তৌখিদ্রি। লাকও, চৎনবা তৌরশি। ভুৎ প্রেৎ ময়ামগী শান্নফম অসিদগী লাপথোক্লবা তৌরশি। য়েংঙু, নোং ঙাম্বোরকপগী মঙাল লাকলিবশি! মখোয়শি কয়াদা ফজরিবা অমদি নিংথিরিবা, য়েংবদা কয়াদা নুংশিরিবা! অশুক নিংথিবা নোংঙাল্লকপা ঐদি অমুক্তা উখিদ্রি অদুগা মতুংদসু উগনি হায়বা থাজদে। ওহ, ঐ হৌজিকফাও অশিবা মীনাই নুপাদুগী মমাইদু মিৎতা উদুনা লৈরি, য়াম্না মতৌথিনা মখদাংদু শেগাইদুনা লৈহৌবা মওংদু! নঙবু মদু খন্দ্রা? মহাক অঙকপনা থল্লবা মফমদুদা অদুম ফমদুনা লৈহৌরগনি! লাকও, চৎলশিবা! ঐখোয় ঈশিং কদাইদা ফংবা য়াই? ঐনা ইস্মারেল অমা পিগনি ঐঙোন্দা ঈশিং কপ অমা পিরবদি!"

ঐনা হায়রমই - "হোরেমখু লাইশংগী মখাদা, লৌবুকশিংগী মপান্দা ঈশিং ফজনা চেনবা কেনেল অমা লৈ, অনকপদা। কনাগুম্বনা ঐখোয়বু উরবদি ঐখোয়না হায়গনি - ঐখোয় লাই খুরুম্বা লাকপনি অদুবু অহিংদা মোংফমশিংগী মরক্তা লম্বী মাংখ্রে। অদুগা নঙগী মাইখুমফিদুনা মাই-মিৎ খুমজিল্লু। নঙোন্দা অমসুং ঐঙোন্দা য়াওরিবা জেমশিংসি অতৈনা উদনবা য়াম্না চেকশিল্লু!"

অদুদগী মহাক্লা মাগী মাই-মিৎ লোইনা খুমজিল্লমই। ঐনা মাবু গধা অমদা থাঙ্গৎলমই অদুগা মদু ঐগী নাক্তা চৎহল্লমই। ঐখোয় অনিনা লৈতেম মান্নবা মফমদা চৎলগা হোরেমখুগী মুর্তি লৈবা মফমদু য়ৌরমই। লাই ওইবা হোরেমখু অসি গ্রিকশিংনা হর্মাচিশ হায়না মমিং থোল্লমই। মুর্তি অসিনা মমাই নোংপোক ওল্লগা ঐখোয়গী লৈবাকশিবু য়েংদুনা লৈবা মাল্লমই। ঐখোয়না অসুম চৎলিঙৈদা অহানবা নুমিৎ মঙালদুনা হোরেমখুগী মচিনবান্দা য়েরবগুম তৌরমই। লংলবা নুমিৎ মঙালদুনা মথং মথং ইরং লংহল্লদুনা পিরামিড ২০ লৈরিবদু পুমলং লংনা লৈতেং তৌবগুম লংখৎলমই। মোংফম লিশিং তরাগী মথক্তা লৈরিবা অদুগী চংফমদা নুংশা মঙাল য়ৌখিদুনা লেক লেক লাউনা ফজনা উরমই। মঙাল অদুনা অমম্বা অহিংগী অতিয়াবু শেগাইদুনা মাংহনবগুম তৌরমই। অয়ুক্কী মেংলবা নুমিৎ মঙালদুনা অশংবা লৌবুক্তা য়েবদা অমদি অয়ুক্কী ইংলবা মালংবনা হুমলকপদা কয়াগী মতিক ফজখি হায়ফম খংখিদে। মিৎনা য়েংবদা তামখ্রবা মফম ফাওবা শন্দোক্তুনা হৌরিবা মহৈ মরোংশিংদু মালংবগী তাম্থাদা লৈনা জগোই শাবগুম তৌরমই। নুমিৎকী মঙালদু স্নাগী মহিগুম পাক্লা শন্দোক্লা পাল্লবা মরুভুমিদা য়াম্না থুনা শন্দোরকখি।

গ্রেনাইট নুঙগী লাইশংদু হেন্দোক্লগা অলা বাষ্টর য়ৌরমই। অদুদগী ফারাওহ খুফুগী হোলশিংদু লাম্থোক্লগা য়াম্না শাংনা অঙম্বা অমা কুমথরমই। অদুদগী কেনেলদু য়ৌরদুনা ঐখোয় পেন্না ঈশিং থক্লমই অদুগা হকচাংদা পক্লীবা ইফুল ময়ামদু ঈশিংদা কুপ্লগা চামথোক্লমই। অসুম্না হকচাং শেংদোকপদা ক্লিওপত্রাগী থবাক্তা পুরকপা অচৌবা ইস্মারেল অমা ঈশিংদা নাম্থখিরমই।

ঐনা মদু কোইথি থিবদা মদু লৈখোম মনুংদা লৈরমদুনা পুখৎলকখি। অদুদগী ঐনা ক্লিওপত্রাবু অমুক হন্না গধাদা থাঙ্গৎলমই। অসুম্না ঐখোয় অনি শিহোর তুরেল তোর্বান্দা য়ৌরকখি। অদুবু ঐখোয়গী হি হোনবা নুাপশিংদুদি অমত্তা উরমদে। ঐনা গধাদু থাদোকপিখ্রবা তুংদা জহাজ মনুংদা চংলমই অদুগা হি হোনবশিংদু মনুংদা তুমদুনা লৈবা থেংনরমই।

মতম ওহাক লৈরগা জঁহাজদ হোনবা হৌরমই। ঐখোয়না পুরকপা স্না অমদি জেমশিংদু মফম অমদা চেৎনা লোৎশিল্লমই। ঐখোয়গী জহাজদু অলেকজেন্দ্রীয়া য়ৌনবা হোনবদা নুমিৎ ৪ নি চংলমই। মরমদি অকনবা নুংশিৎনা ঐখোয়রোমদা হুমজিল্লকপদগী তপ্না চৎলমই।

অহানবদা ক্লিওপত্রাদু তুমিন্না অরুবা অমসুং অৱাবা ৱাখল তৌরমই। মহাক্লা পিরামিডশিংগী মোংফম মনুংদা থেংনরকখিবা অকিবা, অৱাবা অমসুং খুদোংথিবা থৌদোকশিংদু নিংশিংলদুনা লৈরমই। শাংলবা হল্লকপগী খোংচত্তা ঐনা নুংঙাইখিবা

পুংফমদি ঐগা মাগা খুৎকা খুৎকা পাইনরগা জহাজগী ফম্বাক্তা ফমমিন্নদুনা ঈশিং ইমাইদা জহাজনা হোগাইদুনা চৎখিবদুনা ওইরমই।

অসুম্না ঐখোয় অনিতা ইংনা চিক্না ফমমিন্নরগা অহিং মমৈ ওইরকপদা মথক্তা ঙাল্লম্বা থাজনা অরোইবা মিৎয়েং য়েংলম্লগা উ ব্রাশিংগী মরক্তা মাংখিবদু ঐখোয় অনিনা মুন্না য়েংলমই। থাজ মহাক্না পাক্লবা নাইল তুরেলগী ইপোম মরক্তা লুপথখিবদু ঐখোয় অনিনা তুমিন্না য়েংলমই।

ঙহাক তুমিন তুমিন লৈরুরগা ঐখোয় অনি তুমিন্না নুংশি ব্বারি অমুক তৌরমই। ঐখোয় অনি লুহোংবগী ব্বাসু ঙাংনরমই অদুগা লুহোংলবা তুংদা করি করি তৌগনি হায়বসু ঙাংনখি।

ঐনা করম্না লান তৌগদগে অমদি ঐগী থৌরাংশিংদু মাগা তান্নরমই। রোমানশিংগী মথক্তা লান তৌনবগী উপাই অদুদি খুৎতা লৈরে, অদুবু মতৌ করম্না ঐখোয়গী লানমিশিং খোমজিনগনি, মদুসু মাগা ঐগা ফম্মিনরগা ব্বা তান্নরমই। রানি ক্লিওপত্রানা ঐনা হায়বদু লোইনা য়ারমই।

নাইল তুরেলগী মথক্তা ঐখোয়গী জহাজনা হোন্দুনা চৎলিঙৈ মতমদা পিরামিডকী মোংফম মনুংদা তৌখিবশিংদু পুক্লিংদা নিংশিংদুনা অদুম লৈরমই। ঐগী মাংদা থাবল মঙালনা ক্লিওপত্রাগী নুংশি ব্বাহৈশিংদু থুগাইবগুম তৌরমই। কয়াদা ফজখিবা অদুগুম্বা অহিংদু, লোইবা খম্বা লৈতনা ঐনা মাবু চুপখিবা, নুংশি ব্বারি কয়া তৌখিবা মুনদ্রিবা উহৈনা কেল্লগা লৈমাইদা তাবগুম! অহ, নাইল তুরেল মথক্তা ঐখোয় অনি লেনখিবা অহিংশিংদো!

ঐখোয় অলেকজেন্দ্রিয়াদা হল্লকপগী নুমিৎতুদা ঐহাক্না চার্মিয়োনগা উনরমই। চার্মিয়োন্না ঐঙোন্দা হংলকখি-"হার্মাচিশ, নহাক ক্লিওপত্রাগা কোইরুরব্রা ? অনৌবা নমথাক তৌবগী লম্বীদা ? নৎত্রগা মদু নুংশি নুঙোলগী অরানবা খোঙচৎলা ?"

ঐগী পুক্লিংদা শাওনিংবা অমসুং ইকাইবগা লোইননা খুমলমই -"ঐ লৈবাক্কী ওইবা থবক অমগীদমক ক্লিওপত্রাগা লোইননা চৎথোকলুই !"

"মরমশিনা, তুমিন্না কনা খংহন্দনা চৎপা হায়বদি ফত্তবা থবক ,ফত্তবা লম্বী হায়বনি ! ফত্তবা তৌবা উচেক্তি অমম্বা অহিংদা পাইবনি । নহাক্না অশিংবা নুপানি খনজবদু শিংবদি নত্তে , মদুনা নংবু মরু ফংনা মাংহনগনী !"

ঐনা মহাক্কী ব্বাহৈশিংদু তারগা শাওনিংবনা খাংবা ঙমলমদে, শাওনিংবগী ঈ কাখৎলকখি।

"নঙবু য়েৎতুমগুম্না চক চক হনবা ৱাহৈশিংদু নৎত্রবদি অতৈ লৈত্রবরা?" ঐনা হংলমই।

"অদু ওইরবদি নহাক খঙলো - ঐ নহাক্না চৎপা ঙমলোইদবা মফমদুদা চৎলুই ইজিপ্টু য়েক্লবা এন্টোনিদগী লৌহৌবা য়ানবা উপাই থিবা!"

চার্মিয়োন্না মমাই শৎ লৈশিল্লগা খুমলকই - "মরমশিনা, নহাক পংথ্রবা মী অমনি! নহাক্কী হোৎনজবদু ফংহৌনবদুম হোৎনৌ, মদুনা হেন্না কান্নগনি। মসিগী মরমদি এন্টোনিনা ইজিপ্টু লাইনা লৌখিনি নঙনা ফন হোৎনদুনসু। নহাকপু ইজিপ্তা করি ওইরিবগে? নঙবু করম্বা শক্তি পাইরিবগে?

ঐনা খুমলমই - 'ঐনা কন্না হোৎনদুনসু এন্টোনিনা ইজিপ লৌখিবদি য়াই, অদুবু ক্লিওপত্রানা কন্না হোৎনবদগী মহাক্না ইজিপ লৌবদি ওইরোই!"

"নত্তে, অদুবু ক্লিওপত্রাগী মতেংনা এন্টোনিনা মদু লৌখিবা ঙমই।" মহাক্না খুমলমই, শাওনিংবা করেম্নবগী মিনোক অমা নোক্লগা। "রানি ক্লিওপত্রানা শিদনশ তুরেলদা জহাজ হোন্দুনা চৎপদা এন্টোনিনা লাক্কদবা লম্বীদা চৎকনি। মখোয়না ইজিপ অমদি অলেকজেন্দ্রিয়া লোইনা জয় তৌরগা নহাক্না মীনাই অচৌবা ওইগনি!"

ঐনা হায়রমই - "মদু অরানবনি - মদু অরানবনি! ক্লিওপত্রাদি তারশুসরোমদা চৎলোই অদুগা এন্টোনিনা অলেকজেন্দ্রিয়াদা লাকলোই নৎত্রগা করিগুম্বা মহাক শোমদা লাক্লবদি, লানগী খুদোংচাবদু ওইগনি!"

"হৌজিক, নঙ অদুম্না খল্লিবা!" খজিক্তং নোকফেৎ তৌরগা মহাক্না হায়রকই - "ফরে, অদুম্না খনবদুনা নঙগী অপেনবা ওইরবদি, নঙনা পামজবা মওংদা খল্লু। নুমিৎ হুমনিগী মনুংদা নহাক খংলক্কনি। মসি য়েংবদা য়াম্না নুংঙাই নহাকসু কয়া লাইনা অপংবা বুধু ওইহনখিবা! কাইনরশি! চৎলো, নুংশি ৱারি ওইনা মং মংবিরুরো মরমদি নুংশিনবা হায়বশি নুংশিবা লৈরাং লৈনমগুম্বনি!" মহাক্না ঐবু শাওহল্লগা অমসুং নুংঙাইতবা ৱাখল খলহল্লগা মহাক চৎখিরমই খোঙথাং থুনা থাংলদুনা।

নুমিৎ অদুদা ঐনা ক্লিওপত্রাবু অমুক্তফাও মশক উবা ফংলমদে অদুবু মথংগী নুমিৎতা ঐ মহাকপু উরমই। মহাক অৱাবা ৱাখল অমদা লুপ্তুনা লৈবা উরমই। নুমিৎতুদদি মহাক্না ঐঙোন্দা থোৎনা ইংনা ঙাংবা তৌরমদে। ঐনা ইজিপ্টু করম্না ঙাক শেননগদগে হায়বগী মরমদা মঙোন্দা ৱ ঙাংলমই অদুবু মহাক্না মদুগী মতাংদু থৈদোক্তুনা থমলমই।

মহাক্না শাওনা ঐঙোন্দা হংলকখি - "করিগীনো নহাক্না ঐবু ৱাহল্লিবা? ঐহাক য়াম্না থৱাই নুংঙাইতনা লৈবশি নঙবু উদব্রা? হয়েং দেল্লিয়াশনা ঐহাক্কী পাউখুম ফংলবা মতমদা ঐখোয় মসিগী মতাংদা ৱারি শাসি।"

'এহ,' ঐনা হায়রমই, 'দেল্লিয়াশনা রানিগী পাউখুম ফংলবা মতমদা অদুবু মসিগু খংজিনবিয়ু, ঙরাং চার্মিয়োন, পুমনমক্না মাবু রানিগী অরোন অথুপ খংবী হায়নরিবা মানা হায়বদি রানিগী পাউখুমদু অসি ওইগনি - চৎলো দেল্লিয়াশ য়াম্না নুংঙাইনা, ঐ এন্টোনিগী মনাক্তা লাক্কনি!"

ক্লিওপত্রানা য়াম্না শাওনা মখোঙনা লৈমাইদা থিল্লদুনা হায়রমই - "চার্মিয়োন্না ঐগী অরোনবা পুক্লিংগী ৱা করিসু খংবা নত্তে!" মানা মখা তারমই - "অদুগা মহাক্না অরোনবা ৱাফমদু ইরাই লাইনা মপান্দা অদুম্না হায়রবদি মাবু ঐগী কোর্টতগী ফুদুনা তাম্থোক্কনি। অদুবু মহাক্কী মকোক মচাদুনা ঐগী প্রাইভি কাউনশিল্লরশিংদগী শিংবা হেল্লি। পাইরক্কী লৌশিংসু লৈজবী নুপিনি। মসিসু খংজিল্লু মদুদি ঐনা পুরকপা জেমস খর অলেকজেন্দ্রিয়াদা লৈবা ইনাক খুনবা জিউশিংদা য়োম্থোকখ্রে, মমল য়াম্না ৱাংবদনি - জেমশ অমদা শেসটেরিয়া লিশিং মঙানি। মখোয়না লোইনা লৈবা ঙমদবনা খরদি ঐগী খুৎতা লৈরি। মখোয়না মখল অসিগী জেমশ অসি উরগা ইঙক ঙকলমই অমসুং য়াম্না পামনৈ! অদুগা হৌজিক্তি নঙ চৎলো হর্মাচিশ! ঐ ৱাবনা অমদি চোকথবনা লোইরে। অদুগুম্বা অকিবা অহিংশিংদু ঐদি নিংশিংদুনা লৈরে।"

"ঐনা কোক নোম্না খুরুম্লগা চৎননবা হৌগৎলমই অদুবু লেপ্তুনা অদুম লৈরমই।

"ক্লিওপত্রা! ৱা অমত্তংগা, ঐখোয় অনি লুহোংবগী ৱাদু ....."

"ঐখোয় অনি লুহোংবা! করিনো, অশেংবমক ঐখোয় অনি লুহোংখ্রবা নৎত্রনে?" মহাক্না খুমলকখি।

"হোয় চুমই, লুহোংখ্রে অদুবু পৃথিবীগী মমাংদা লুহোংখিবদি নত্তে। নহাক্না ৱাশকখি মদু তৌনি হায়না।"

"এ হর্মাচিশ, ঐনা ৱাশকখি! হয়েং দেল্লিয়াশ অসি চৎহনখ্রবা তুংদা, ঐনা ঐগী ৱাশক্কু ঙাক্লগে অদুগা নহাকপু পুম্নমক্কী মাংদা রানি ক্লিওপত্রাগী মপুরোইবনি হায়না লাওথোক্লগে। য়েংঙু নহাক হান্নগী থবক্তা অমুক হনজিনবা! অদুনা নহাক পেল্লবরা?"

মহাক্না ঐনা চুপ্পনবা মাগী মখুৎ তিংথোক্লমই, অঙকপা মিয়েৎ অমনা ঐঙোন্দা য়েংলদুনা। অদুদগী ঐ চৎলমই, অদুবু অহিং ঐনা ক্লিওপত্রাবু উনগে হায়দুনা মনাক্তা চৎলমই। অদুগী অহিংদু রানিগা উনবা ফংলমদে। রানিগী থোংজিন্দা শনত্রিদুনা ঐঙোন্দা হায়রমই - "রানিগা লেদি চার্মিয়োনগা ৱারি শারি - কনাগুম্বা অমত্তা চংবা য়াদে!"

মথংগী নুমিৎতা অচৌবা হোলদা অঙম অথৌ পুম্নমক লাক্লরদুনা কোর্ট ফমলমই। মদু অয়ুক্কী পুং ১১ মুক তারবা মতমনি।

ঐসু ক্লিওপত্রাগী পাউখুমদু তানবা থম্মোইনুংদা তনিক তনিক নিক্লমই। রানিনা কমদৌনা দেল্লিয়াশতা করি হায়না পাউখুম পিগদগে য়াম্না খংনিংলমই। ঐনা মসিমসু তানিংলমই - ময়ামগী মাংদা ঐগী মিং লাউথোক্তুনা অনিশুবা নিংথৌ - রানি ক্লিওপত্রাগী মপুরোইবা ওইরে হায়না।

কোর্ট অদু য়াম্না চিং লেম্লবা অমসুং অঙম অথৌ পুম্নমক তিল্লবা মপুং ফারবা অমনি। কাউনশিল্লরশিং, লোর্ডশিং, কেপ্তেনশিং, রানিগী থবক তৌবা মীশিং অমসুং রানিগী লোইনবী নুপি ময়াম লেদি চার্মিয়োন নত্তনা পুম্নমক লাকলমই। ক্লিওপত্রাগা লেদি চার্মিয়োনগদি লাকলমদে। অকোনবদা লেদি চার্মিয়োন নাকন্দগী চংফম অদুদগী চংলকলমই। রানিগী মনাক্তা মাগী ফমফমদা ফমথখিরমই। অদুম্না মহাক্লা ফমথরগা ঐঙোন্দা মিৎয়েং অমনা য়েংলকখি। মাগী মিৎয়েংদুগী অর্থদি মহাক্লা ঙমলে হায়বনি। মহাক্লা ঙমলিবশি করিনো হায়বদি ঐ খংলমদে। ঐনা খংজবদি ঐগী মাং তাক্লবা পুরকপদ মানা ঙমলে অমসুং ইজিপকী মরাইবক মতম পুম্বগী ওইনা খুমজিল্লে হায়বনি।

অদুদগী য়াম্না থুনা ঙল্লীবদু করিনো খংলমই। রানি ওইবগী ফজবা নিংথিবা ফিজোল শেৎ চারদুনা, মকোক্তা স্নাগী হুহ্প উপ্লদুনা অদুগা নিংথিজবী মহাক্কী থবাক্তা অয়ুক্কী থৱান মিচাকুম ইরং লংলবা চাউরবা ইস্মারেল অমা লৈতেংলদুনা ক্লিওপত্রা চংলকখি। মহাক্কী থবাক্তগী ইস্মারেল অচৌবদু অশিবা ফারাওহদগী লৌথোরকপদুনি। মহাক্লা তপ্না মোন্না চংশিল্লক্তুনা মহাক্কী শিংহাসন্দা ফমথরমই। মাগী তুংদা ইরং লংনা লৈতেং তৌরবা গার্দশিং ইন্নরকখি। অদুবু মহাক্কী ফজরবা মাইথোংদু ইমক মকশিল্লমই, ইমু মুরমই। অদুবু মীয়ামদুনা রানিগী মাইথোংনা ইমক মকশিল্লিবা অদুগী অর্থ কনাসু খংলমদে। কোর্ট অদুদা তিল্লিবা মীয়াম্না করি হায়না পাউখুম পিগদৌবি হায়না খংনিংবা পোক্লবসু তুমিন তুমিন অদুম লৈনরমই।

রানিনা গ্রিক্কী লোন্দা হেরোলশিংগী লুচিংবদুদা য়াথং তৌরমই - "এন্টোনিনা থারকপা এম্বাশাদর অদু ঙাইদুনা লৈরিব্রা?"

হেরোলগী লুচিংবা অদুনা মকোক নোন্না খুরুম্লগা ঙাইদুনা লৈরি হায়না ইঙ্গিৎ পিরমই।

রানিনা - "মহাকপু মনুংদা চংহল্লকউ অদুগা ঐখোয়গী পাউখুমদু তারোলাও হায়য়ু!"

থোঙদু লাউনা হাংদোক্লমই অদুগা মাগী নাইটশিংনা মতুং ইন্নরগা দেল্লিয়াশ চংলকখি। মহাক ম্না মচুগী ফিরোল শেৎলগা, হৌদোংগুম মোন্না থাংবা খোঙথাংনা হোল মনুংদা চংলকখি। মহাক্লা শিংহাসন্দা ফমলিবী রানি ক্লিওপত্রাদা নোল্লুক্লা খুরুম্নগা ময়াম মমাংদা হায়রকই - "লৈবাকশিগী খ্বাইদগী ফজরবী রানি," থোৎলবা মেংলবা খোঞ্জেলদা হায়রকই - "ইবেম্মানা ঐবু চংজরকউ হায়বিরকপা মতুং ইন্না, ঐহাক মফমসিদা লৈজরে, ইবেম্মা রানিগী পাউখুমদু ফংনবা, পুকচেল চাওরবা এন্টোনি ত্রিউমবিরনা পিরকপা চিঠিদুগী পাউখুম। ঐ হয়েং জহাজ তোংদুনা চৎলগা শিলিশিয়াদা লৈবা তারশুস হায়বা মফমদুদা মহাক্কা উন্নরুগনি। ইজিপকী রানি, এন্টোনিবু থিংবিয়ু, নৎত্রবদি মহাক্লা জহাজ লোইনা থুগাইরগনি! মাগী মনিং থুংলবদি মহাক্লা নঙগীদমক পিবা ঙমই মিংচৎ, লৈবাক কয়া, সহর কয়া অমসুং লাম্মী কয়া। মরমদি মার্ক এন্টোনিনা পৃথিবীগী নোংপোকলোমগী মপুনি।"

মহাক্লা মকোক নোল্লগা খুরুমলমই অদুগা মথবাক্তা মখুৎ অনি থম্নগা রানিগী পাউখুম ঙাইরমই।

মিকুপ খরদু রানি ক্লিওপত্রানা মহাক্কী পাউখুম পিরমদে হোরেমখুগী শফিংজগুম লেংদনা ফমদুনা লৈরমই। অচৌবা হোলদগী লৈমাইদা য়েংলগা শিংহাসন্দা ফমদুনা তুমিন্না লৈরমই।

মিকুপ খরদু অচৌবা হোলদুদা তিল্লিবা নুপা নুপি পুম্নমক অয়েকপা লাইগুম তুমিন্না লৈরমই। পুমনমক্কী পুক্লিংদা ইজিপ্পা রোমানবু লান্দা শিংনবগী ৱা হায়রক্কনি নিংদুনা মনুংদা থক থক নিক্লা মরুওইনা হর্মাচিশনা খাংঙমদনা ঙাইদুনা লৈরমই।

রানি ক্লিওপত্রানা হায়রকই - "পুকচেল চাওবা দেল্লিয়াশ, মতিক মগুন লৈবা এন্টোনিনা ইরকপা চিঠিদুগী মরমদা ঐখোয় য়াম্না ৱা খন্নরে। ঐখোয়গী লৈবাকশিদি লাইরবা লমদমনি। ঐখোয়না লৈবাকশিগীদমক য়াম্না মুন্না ৱা খন্নরে। ঐখোয় লাইশিংদগী পাউতাকনচিংবসু লৌজরে। লৈবাকশিগী অহে অশিং পুম্নমক্তগী পাউতাকসু লৌজরে। সমুদ্রগী ৱাংমদগী নহাক্লা পুরকপা এন্টোনিগী ৱাহৈশিং থৌরবা ছোরিগী ময়াগুম থৌই। লান তৌবা তারকপদা ঐখোয়গী ওইবা লানমীশিং অসি মশিং থিদুনা য়েংলে অমসুং জহাজশিংসু মশিং খংলে। অদুগা অৱাৎপা ময়ামশি লৈনবা পৈশাগী মতাংদসু খন্নরে। এন্টোনিনা মাগী লাম্মীগা লোইননা ঐখোয়দগী কনবা হেনজরবসু, ইজিপ্পা করিসু কিবা লৈতে লানথেংনবা তারবসু।" রানিনা ঙহাক তুমিন্না লৈরমই। অচৌবা হোলদুদা তিল্লিবা মীয়াম্না রানিগী চাওথোকচবা ৱাঙাংশিংদুদা পেল্লদুনা ঙুং ঙুং ঙংলদুনা

ইরাং লাংলমই। মদুদা নুংঙাইত্রিবদি দেল্লিয়াশ মথন্তনি। মহাক্না মখুৎ তিংথোক্লগা রানিগী অরোইবা ৱাহৈশিং তাগদবগী ঙাইরমই।

"পুকচেল চাওরবা দেল্লিয়াশ, ঐখোয়গী নুঙগী অচৌ অচৌবা লানবনশিং কন থৌরবা নুপাশিংনা ঙাক শেল্লিবা পুম্নমক ঐগী য়াথং ঙাইদুনা লৈরি! অদুম ওইনমক নহাক পাও অসি পুরগা চৎকদবদি নত্তে। এন্টোনিনা ঐখোয়দা শিরিবা মরালশিংদু অরানবনি। ঐখোয় মরাল অমত্তা লৈতে। মহাক্না ঐখোয়দা শিরক্লীবা মরালশিংগীদমক শেংদোক্লবা শিলিশিয়া তান্না লাক্লগা শেংদোকপা ঐখোয় তৌরোই।"

অদুদগী হোল অদুদা তিল্লিবা মীয়ামদু রানিগী ৱাঙাংদা য়াম্না চাওথোকচবগী হরাওবা ওইনা নিনবা লাংবা অমুক হৌরমই, মরুওইনা হর্মাচিশ থম্মোইনুংদা মিহুন দং দং চোংলমই।

দেল্লিয়াশনা হায়রকই - "অদুনদি, ইজিপকী রানি, ঐনা এন্টোনিদা হায়রুগদবা ৱাফমশি লান তৌবা তারে হায়বশিনি - নৎত্রনে?"

"নত্তে," রানিনা খুমলমই। "মদু শান্তি ওইনা লৈশি, লান তৌগনুশি হায়বনি। ঐনা হায়বশি তাও, ঐখোয়দা শিরিবা মরালশিংগীদমক শেংদোক্লবা শিলিশিয়া তান্না লাকলোই অদুগা ঐখোয় লানবসু অমত্তা লানখিদে। ..... অদুবু ...." অসি হায়রগা অহানবা ওইনা রানিনা মোমোন নোক্লমই।

"ঐখোয় হরাওনা লাক্কনি, নিংথৌ অমগা নিংথৌ অমগা মরুপ মপাং ওইবগী মওংদা, লান তৌনদনা মরুপ ওইবগী মরিদু চেৎনবা, শান্তি ওইবা মওংদা শিদনুশ তুরেলগী তোর্বান ফাওবা লাক্কনি!"

ঐনা মহাক্কী ৱাহৈশিংদু তারমই অদুগা ঐগী কোক ঙাওবগুম তৌরমই। ঐনা তাখিবদু অচুম্বা ওইগদ্রা ইথন্তা হংজরমই। রানি ক্লিওপত্রানা মাগী ৱাশক ঙাক্কনি হায়খিবা নৎত্রা? মতাং চাই চাদে খন্দনা ঐনা হৌগৎলগা লাউরমই -" ও রানি, নিংশিংবিয়ু!"

রানি ক্লিওপত্রানা ঐঙোন্দা মাই ওনশিল্লগা নোংশা অমোমগুম, মমিৎ অনিমক লংথোক্লগা, শাওনা মকোক্তু লৈশিল্লক্লগা "তুমিন লৈয়ু, মিনাই!" মহাক্না হায়রকখি, "ঐখোয়না অরুবা পাউজেল পিরিঙৈদা কনানা নঙোন্দা থুগাইনবা য়াথং তৌবগে? নঙগী থৱানমিচাশিংদু নিংশিংঙু অদুগা সংশারগী অরুবা থবক পুম্নমক নিংথৌ নৎত্রগা রানি ওইরিবদুদা শিন্নৌ!"

ঐহাক ইকাইবনা লুকথরগা লৈরমই। ঐনা অদুম্না ইকাইনা লুকথবদুদা চার্মিয়োন্না মানা ঙমলে হায়বগী মিনোক অমগা লোইননা ঐঙোন্দা য়েংলকখি। ঐনা লৈখা তারকপদা মঙোন্দা মিনুংশি খর ফাওবগুম তৌরমই।

"হৌজিক লান্না লমজিংবিরবা নুপাশে য়াম্না শাওরমাল্লে!" দেল্লিয়াশনা, স্নাগী খুদোপশিংনা লৈতেং তৌরবা মখুৎনা ঐঙোনলোমদা থিল্লদুনা হায়রকখি। "রানিনা মাবু চৈবিরে! ইজিপকী রানি, ঐ চৎচরগে! ঐনা ইবেম্মাবু থাগৎচরি ইবেম্মাগী থোৎ মেংলবা ব্রাহৈশিংগীদমক!" রানি ক্লিওপত্রানা মপুক্লিংদা ইকাইবা শাওনিংবা য়ান্ননা মরক থৎলগা হায়রকখি -"পুকচেল চাওরবা দেল্লিয়াশ, নঙোন্দগী থাগৎ ব্রাহৈ হায়বিদ্রবসু য়ারে, অদুগা নহাক্লা ঐখোয়গী মীনাই অমবু চৈরম্নবা অধিকারসু লৈতে!" রানিনা মখা তারমই - "ঐখোয় মার্ক এন্টোনিগী মচিন্দগী থাগৎ ব্রাহৈতমক পামই অতৈদগী নত্তবা। নহাক্কী নবুংঙো এন্টোনিগী মনাক য়ৌরো অদুগা নবুংঙোদা হায়য়ু মহাক্লা ঐখোয়বু ওক্লবগী শেম শারিঙৈদা ঐখোয় নহাক্লা চৎখিবা লম্বীদা তুং ইল্লক্কনি। নহাক্লা নঙগী জহাজদা ঐখোয়না পিজবা খুদোনপোৎ খরসু ফংবিগনি! কাইনরশি!"

দেল্লিয়াশনা রানিদা অহুমলক হন্না খুরুমলমই অদুগা থোকখিরমই। কোর্টকী মী পুম্নমক লেপখৎতুনা ঙাইদুনা লৈরমই। অদুগা ঐসু রানিনা করি হায়রক্কদগে নিংদুনা ঙাইদুনা লৈরমই। অদুবু রানিনা করিসু হায়রমদনা চৎখিরমই। মহাক অলাবষ্টর হোলদা চংখিরমই। অদুদগী কাউনশিলগী মেম্বরশিং কাইরগা মথং মথং চৎনরমই। কাউনশিলগী লোর্ডশিং অমসুং কাউনশিলরময়াম্না ঐঙোন্দা করেম্নবা মওংদা মুন্না য়েংলকখি। ঐগা রানিগা অনিগী মরক্তা অরোনবা মরিদু মখোয় কনাসু খংবা নৎলমদে। অদুম ওইনমক রানিনা ঐবু লুনা তৌবা, য়াম্না চান্ননা লোইনবদু মখোয়না কল্লকলমই। মখোয় পুম্নমক ঐনা লৈখা তারকপদা হরাওরমই - কল্লক পেন্নরমই। অদুবু ঐনা য়াম্না ব্রানা অমসুং ইকাইনা লেপ্পুনা লৈরমই। ঐগী অশাপুম্বা মচেৎ মচেৎ তানা কাইরগা নুংশিৎতা পাইথোকখিবগুম তৌরমই।

# চেপ্টর তরাহুমদোইশুবা

(হার্মাচিশনা ক্লিওপত্রাবু চৈবা, মহাক্লা রানিগী শিফাইশিংগা ফুনবা, ব্রেননশবু লাক্লুনা লংবা অমসুং ক্লিওপত্রাগী অরোনবা ৱাহৈশিং)

মী পুম্নমক চৎনখ্রদুনা ঐসু চৎনবা মাই লৈথোরকপদা রানিগী মীনাই অমনা, য়াম্না উশিং থওইদনা ঐগী লেংজুমদা পাইরগা ঐঙোন্দা হায়রকখি - "রানি লাকপা ঙাইয়ু!" মাগী উশিংতবা মওংদুদা ঐ য়াম্না শাওনিংলমই। ঐনা মদুদগী লৈথোক্লুনা অলাবষ্টর হোল লোমদা লাকলমই। গার্দশিংনা ঐবু চংহল্লমই। হোলদুগী ময়াইদা, ঈশিং কাপখৎলিবা অদুগী মনাক্তা রানি ক্লিওপত্রা ফমলমই। মাগী মনাক্তা লৈরম্বা নুপিশিং - চার্মিয়োন, গ্রিক্কী লৈশাবী ইরাশ, মেরিরা অমসুং অতৈ লৈশাবীশিং ফমলমই। মখোয়দা রানিনা হায়রমই - "নখোয় চৎলো, ঐহাক পাঞ্জিশিগা ৱা ঙাংনগদবা লৈ!"
মখোয় লোইনা চৎখ্রবা তুংদা ঐগা রানিগা মাই মাই ওনশিল্লগা লৈহৌরমই।

ক্লিওপত্রানা হায়রকই - "নঙ মফমদুদা অদুম লেপ্পুনা লৈয়ু!" মহাক্লা মমিৎ অনিদু থাঙ্গৎতুনা য়েংলগা অহানবা ওইনা। "হার্মাচিশ, ঐগী নাক্তা চংশিল্লক্কনু। ঐনা নঙবু থাজদে। নহাক অনৌবা থাং অমা ফংলে! হৌজিক নহাক্কী করি হায়গদবা লৈ? নঙগী করি অধিকার লৈদুনা ঐনা ৱা ঙাংলিঙৈদা নঙনা থুগাইরিবা?" "ক্লিওপত্রা, নহাক্কী করেম্নবা ওইদবা ৱাদুদা ঐ পাউখুম অমত্তা পিরোই!" ঐনা হায়রমই। ঙম্বমখৈ মঙোন্দগী লৈথোকপা নৎত্রগা থাপতোক্কে থল্লদুনা।

নোংলৈ নুংশিৎকী মতৌগুম ঐগী অশাবা ঈ ময়াম কাখৎলকখি - ইকাইবা নুংঙাইতবা, মীনা লাকচখিবগী শাওনিংবা। মাগী ওইদবা ৱাশক ময়ামদুনা ঐগী থম্মোইদা ইরাং লাংলমই। শাওনিংবনা খোঞ্জেল নিক্লদুনা হংলমই - "নঙ করি হায়গদবা লৈ, ক্লিওপত্রা?" ঐনা থৌনা লৈনা হংলমই।

"নহাক্কী ব্বাশক্তুনা কদাইদা লৈখ্রবা? নহাক্না শিখ্রবা মেনকৌরাগী থম্মোই মনাক্তা শকখিবা ব্বাশক? কমদৌনা কদাইদা রোমান এন্টোনিগা লান তৌদৌরিবা? কদাইদনো নঙগী ব্বাশক ঐবু ময়ামগী মমাংদা মপুরোইবনি হায়না লাউথোক্কনি হায়খিবা?"

ঐ শাওনিংবনা খনাও ফুনগৎতুনা ব্বা ঙাংবা লেপ্লমই। মহাক্না করেম্নবা অমদি লংনবগী মওংদা খুমলকখি। "ও, নহাকশি আইশিস লাইরেম্বীগী খ্বাইদগী শেংজরবা, খ্বাইদগী থাজরবা মরুপ, নহাক্কী মরুপশিংদা কৈদৌনুংদা নমথাক অমদি মিনম্বা তৌখিদ্রবা, অফবা থবক তৌবদা য়াম্না য়াংবা অমসুং ইকাই খুমননিংঙাই ওইবা নুপা! নঙ করম্না খংবগে ঐনা হায়খিবশিংদু করিসু নত্তে হায়বা? নঙগী নুংশিরবা ইজিপ অমসুং প্রাজা পুম্নমক নুপি অমদা নুংশিরুবদগী লোইনা মাংখ্রে হায়বা য়ানিংদবরা?"

ঐনা নিংঙমদনা শাওনিংনা খুমলমই - "নহাক মার্ক এন্টোনিগা উনবা চৎলো, রোমদগী লাকপা টাকু অদুনা হায়রম্বগী মতুং ইন্না। নহাক্কী লৈজবা স্না লুপা মনি মুক্তা শেৎ চারগা মহাকপু শুমহৎপা ঙম্নবা চৎলো! মহাক্তি নঙনা লংজা ক্বাক্তা লংশিন্দুনা পিজথোকপদা মতিক চারবা নুপানি! ঐখোয়না পুরকপা স্না অমদি জেমসশিংদু অরেম্বদা মাংহনগদৌরে ঐ খংলে। মখোয়শিংদুদি মেনকৌ-রাগী অশিবা হকচাংদগী লৌথোকরকপনি! হায়রিবা স্না অমদি জেমশসিংদু মেনকৌ-রানা লোৎতুনা থমজরম্বনি ইজিপ লৈবাকশিনা দরকার ওইরকপদা শিজিন্ননবগীদমক। মখোয়শিং অসিগীদমক নহাক্না হন্না হন্না ব্বাশকখ্রবনি। ঐনা নঙবু নুংশিরুবদগী থাজরুবদগী তৌখিবনি। নহাক্না ঙরাং অহিং ব্বাশকখি ঐবু ময়াম মমাংদা লুহোংগনি হায়না অদুগা ঙসিনা ময়াম মমাংদা করেম্নবা লংনবা! অদুগা রোমানগী টাকুদুগী মমাংদা ঐবু কয়াদা থিনা ইকাইবা পিখিবা!"

"নঙোন্দা লুহোংবা? নঙোন্দা ঐনা লুহোংগনি হায়না ব্বাশকখিবা? ফরে, লুহোংবা হায়বশি করিনো? মদুবু থম্মোই অনি পুনবদুরা? থম্মোই অনি পুনবদু নাপি মথক্তা মিরাং থুবগুম ফজবদুরা? মিরাংদুনা মখোয় অনিবু ফাজিনবদুরা? লুহোংলবা মখোয় অনিনা অপাম নুংশিগী মৈচাক্না অহিং অদুদা মংগী লৈবাক্তা চৎপগুম তৌবরা? মখোয় অনিবু নুংশি থৌরিনা পুনবদু অয়ুক্কী লিক্লা মরক্তা শৌদোক্তুনা মাংবদুরা? নৎত্রগা মখোয় অনিবু নমদুনায়োৎহ্লীং অমনা পুনশিনবরা? নুপি অমা নুপা অমাদা লুহোংবা হায়বশি নুপিদুগী নিংতম্বা পুম্বা মাংজবা, নুপি ওইবিদুগী ফজবা নিংথিবা পুম্বা নুপাদুদা মিনাই ওইরবগুম পিথোকপনি। নুপাদুনা ওইহন্নিংবা মওংদা জগোই শাবনি। থৌরি অমনা নুপি অদুবু ফাজিন্দুনা পুন্দুনা তুক্কচরবা ফম্মুং অমদা থম্বীবনি নুপাদুগী অপাম্বা মওংদা। মদুদা নুপিদুগী কান্নবা করি লৈ?

হর্মাচিশ, মসি খংজিল্লু, নুপিশিংনা লৈশাবী ফারবা মতমদা অকিবা অনিখক লৈ - শিবা অমসুং লুহোংবা। অনিশিগী মরক্তা লুহোংবনা ফত্তবা হেল্লি। মরমদি ঐখোয়না শিরবা মতমদা পোখাবা ফংঙি অদুবু লুহোংবদি ঙমলোই।”

“ক্লিওপত্রা! ঙরাং অহিং নহাক্না ব্রাশকখি ঐবু লুহোংগনি অমসুং নঙগী নাক্তা কৌশিন্দুনা ফমহনগনি ইজিপকী মমাংদা!” ঐনা হায়রমই।

রানিনা অমুক হায়রকখি - “ঙরাং অহিংদি, হর্মাচিশ, অতিয়াদা থোকখিবা থাগী অকোইবদু অঙাংবা মচু অমনা কোইশিল্লগা লৈরমই। মদুনা তাকখিবদি নোং নুংশিৎ লাকলে হায়বনি, অদুবু ঙসিদি নুংশা ফজনা শাই। অদুবু কনানা খংগনি নোং নুংশিৎনা হয়েংশি থুগাইবা য়াই? কনানা খংবা ঐনা ইজিপ্তু রোমানশিংগী মখুৎতগী ইরাই লাইনা কনবা ঙম্বসু য়াই।”

ঐনা মাগী ওইদবা নমথাক তৌবগী ব্রাহৈশিংদু মখা তানা তাবা ঙমলমদে। ঐনা খংলমই মদুদি মানা ঐবু নমথাক তৌদুনা শান্নবনি হায়বা। ঐনা শাওনা লাউরমই - “ক্লিওপত্রা! নঙনা ব্রাশকখি নঙনা ইজিপ্তু কন্নবা তৌনি হায়না অদুবু নহাক্না নমথাক তৌদুনা ইজিপ্তু রোমানশিংদা পিথোক্কদৌরে! নহাক্না অকনবা ব্রাশক তৌখি মদুদি অশিবদগী পুরকপা স্না অমসুং জেমশশিংদু বোমানশিংগী মখুৎতগী লৈবাক অসিবু কন্নবা থবক অদুদা শিজিন্নগনি হায়না। অদুগা নঙনা হৌজিক ইজিপ্তু ইকাইবা নংনবা লম্বীদা শিজিন্নগদৌরি। নহাক্না ঐবু লুহোংগনি হায়না ব্রাশকখি, নঙবু নুংশিজবা ঐঙোন্দা ঐনা নঙবু নুংশিবদগী ঐগী লৈজবা পুম্বা পিখ্রবনি। অদুগা নহাক্না ঐঙোন্দা কবেম্নবা ব্রাহে ঙাক্তা হায়বিরে অমসুং লংথোকপিরে। মরমশিনা ঐনা হায়রি - শিখ্রবা লাই ওইখ্রবশিংগী খোঞ্জেলদা মেনকৌ-বাগী অকনবা শাপ পুম্নমক নহাক্কী নকোক্তা তাবা ওইরশনু, অদুগুম্বা মেনকৌ-রাগী অশিবা মশাদগী নঙনা স্না লুপা অমদি জেমশ লৌথোকপিরকপা - মাগী অকনবা শাপ! ঐবু চৎহনবিরো হৌজিক্তি! তুমিন্না ইথক্তা ঐগী লাইবক্তা করি ওইরক্কদগে খল্লুরগে। ঐবু চৎহলবিরো! ও, নিংথিবী ইকাই খংদবী চিনথিবী! ঐনা নঙবু নুংশিখিবা অদুগা নহাক্না ঐবু মরু ফংনা লৈখা তাহনবা! ঐবু অরোনবা মফম অমদা লোৎহনবিরো! ইকাই খংদবী নঙগী নমাইদু ঐ অমুক হন্না য়েংখ্ররোই!”

রানি ক্লিওপত্রানা য়াম্না শাওনা হৌগৎলকখি। মাগী শক্তমদু অকি বগী মশক ওইরমই।

“নহাক চৎলো ঐগী ইথকতা ফত্তবা থবক পাইখৎনবা! নত্তে, হর্মাচিশ, নহাক চৎপা য়ারোই অনৌবা খুজিন থৌরাং অমা ঐগী ইথক্তা তৌনবা চৎপা য়াদে!

ঐনা হায়রিবশিনি নহাকসু শিলিশিয়াদা এন্টোনি উনবা চৎকনি অমসুং মফমদুদা ঐনা নণ্ডবু চৎনিংবা মফমদা চৎপা য়ানবা থাদোক্কনি!” ঐহাক্না পাউখুম পিদ্রিঙৈ মমাংদা মহাক্না মনাক্তা য়াম্দুনা লৈবা শিলভরগী কাংশিদুদা কন্না য়েরম্মই।

অমুক থক্তোরকপা কাংশিগী মখোলদু মপুংফানা মুৎত্রিঙৈদা চার্মিয়োন অমসুং অতৈ নুপিশিং থোঙ অমদা থুনা পাইশিল্লকখি অদুগা অতোপ্পা থোঙ অমদনা শিফাই কাংবু অমা চংলকখি - মখোয়গী মনুংদা শিফাই মরিদি রানিগী বোদি গার্দ ওইরম্মই। মখোয় অকনবা নুপা ঙাক্তনি অদুগা মখোয়গী মকোক্তা মশা পানবা হেমলেট উপলম্মই।

“বিশ্বাসঘাতক তৌবা অসি ফাও!” ক্লিওপত্রানা কন্না লাউরম্মই, ঐঙোন্দা মখুৎনা থিন্দুনা তাক্লগা। গার্দকী কেপ্তেনদু ব্রেননুশনা ওইরম্মই। মহাক্না রানিদা শলাম তৌরম্মই অদুগা ঐগী নাক্তা চংশিল্লকখি মখুৎতা শৎতোক্লবা থাংশাং অমা পাইরদুনা।

অদুবু ঐদি শাওমনখিবদগী ঙাওরদুনা মখোয়না ঐবু হাৎকনি হায়বগী অকিবা পোকতনা ব্রেননুশ তম্না পাইশিল্লম্মই অদুগা মখৌরি মেৎলম্মই। ঐনা মাবু অশুক্কী মতিক কন্না ফুরম্মই মদুদি মহাক ব্রাস্থবগুম তৌনা লৈমাইদা ইশাং শাংনা তুরম্মই। মাগী থাং অরংবদু মার্বলগী লৈমাইদা তারম্মই। ঐনা খুৎলৈ থুনা থাংদুগা চুঙ্গোইগা লৌখৎলম্মই অদুগা মথংগী নুপাদুগা থেংনরম্মই। মথংগী নুপাদুদি কন্না লাউরগা ঐঙোন তম্না পাইশিল্লকখি। মানা মাগী থাংনা ঐঙোন্দা য়ানশিল্লকপদু ঐগী চুঙ্গোইনা ঙাকথোক্লম্মই। ঐনা অমুক হন্না য়ানবদা নুপাদু শিরম্মই। ঐনা মাগী ঙকশমগা লেংজুমগা মরক্তা কন্না য়ানবদা থাংদু মখাদা তারম্মই। অহুমশুবা নুপাদু ঐঙোন তম্না চেনশিল্লকপদা মাগী থাংদুনা য়াল্লক্লিঙৈ মমাংদা ঐগী থাংনা ঙাকথোক্লগা মঙোন্দা য়ানশিল্লম্মই অদুগা মহাক মঙক তৎলগা লৈমাইদা তুথরম্মই। অরোইবা নুপাদু কন্না লাউরদুনা ঐঙোন্দা তম্না পাইশিল্লকখি। মহাক্না লাউবদু ‘তারানিশ’ হায়না লাউরকখি। ঐসু মঙোন তম্না হোৎচিল্লম্মই মরমদি শাওনিংবনা ঐগী ঈ মৈরিথোক্লা চাকখৎলকপগুম তৌরম্মই। হৌজিক নুপিশিংদু কিদুনা কন্না লাউরকখি অদুবু ক্লিওপত্রাদি ব্রা ঙাংদনা অমদি লাউখোংবা তৌদনা মমিৎ লংথোক্তুনা লেপ্তুনা লৈরম্মই।

মহাক্না ঙক্না য়েংলিবদু নুপা অমত্তংগা ময়ামগা লান্থা তৌনবদু অঙকপা থাজদবা অমা ওইনা উবনি। ঐগী লৈজবা থৌনা পাঙ্গল মখৈ শিজিন্নদুনা মখোয়শিংদুগা শিবা চংবা খংদনা কন্না ফুনরম্মই।

ঐনা ঐগী থাংদু য়াম্না কন্না য়াম্থরুবদা য়োৎকি বারশিংগী মরক্তা লৌশিন্দুনা লৈখিরম্মই অদুগা তেক্লগা মখাদা তারম্মই। হৌজিক খুৎতা খুৎলাই পাইদনা লেপ্তুনা লৈরম্মই। হৌজিক গার্দ অদুনা মখোয়না ঙমলে হায়না লাউরদুনা থাংদু মথক্তা লৈরম্লগা

ঐগী কোক্তা হাইথরকখি অদুবু ঐনা ঐগী চুঙ্গোইনা ঙাকথোক্লমই। মহাক্লা হন্না হন্না ঐগী কোকথক্তা হাইথরকপদু ঐগী চুঙ্গোইনা ঙাকথোক্লমই। মহাক্লা অহুমলক হন্না থাংদু হাইথরকপদা ঐনা নিংখি মসি ঐনা খাংদুনা লৈবা ব্রাগদৌরি। মরমশিনা ঐনা কন্না লাউরদুনা য়াম্না শাওনা ঐনা পাইরিবা চুঙ্গোইদুনা নুপাদুগী মমাইদা লংশিল্লমই। চুঙ্গোইদুনা নুপাদুগী থবাতা কন্না য়ৈরমই অমসুং মহাক মকোক ঙাওদুনা ফৈরেং তুরেং, তৌরকখি। নুপাদুনা নিংথিনা চংশিল্লকপা ঙমদ্রিঙৈদা ঐনা মখাদা পাইশিন্দুনা মখ্বাং কোনশিল্লগা নমথুরমই। মিনট অমরোম ঐনা অব্রাংবা নুপাদুগা য়াম্না শাওননা লৈমাইদা নম্মরমই অমসুং ফুনরমই। মতমদুদা ঐগী থৌনা - পাঙ্গল অসি অশুক্কী মতিক কল্লমই মদুদি ঐনা নুপাদুবু, অঙাংনা শান্নবা পোৎ থাঙ্গৎপগুম, ব্রাংনা থাঙ্গৎলমই অদুগা মার্বলগী লৈমাইদা লংথরমই - মদুদি মাগী শরু পুম্নমক তেক্লসনু হায়বগী মওংদা। অদুবু ঐহাক ইশানা ইশাবু ঙাক্তুনা লৈবা ঙমলমদে নুপাদুগী মথক্তা ঐসু তুথরমই। অদুম্না ঐনা তুথরকপা অদুদা ঐনা ফুবদগী ব্রাম্ভখিবা কেপ্তেন ব্রেননুশ জ্ঞান অমুক তারকখি অদুগা ঐগী তুংদা চংশিল্লকখি। মানা ঐগী কোক্তা অমসুং লেংজুমদা থাংনা কন্না য়াল্লকখি। মাগী থাংদু ঐনা হাৎখিবা নুপা অমদগী লৌখিবনি। অদুবু ঐদি লৈমাইদা তুদুনা লৈবনা হাইথরকপা থাংদু মপুংফানা ঐঙোন্দা য়ানবা য়ারমদে। ঐগী কুংনা হৌবা শম অমসুং অথাবা তুপ্পি উপ্পনা থাংদুনা কোক্তা পুরা পাল্লমদে। য়াম্না থিনা শোকচরবসু ঐগী থব্রাইদি শিরমদে। অদুবু মখা তানা ঐ মখোয় ময়ামগা লম্বা তৌবা ঙমলমদে।

অদুদগী হেরেমদা থবক তৌবী নুপি পুম্নমক ফুনবা লাউনবগী মখোল তারদুনা মফমদুদা কোইশিন্দুনা তিল্লমই। মখোয়না ঐবু শিবা য়ানা থাংনা য়ানবিরে নিংলদুনা চেনশিল্লক্তুনা ওমশিল্লমই। অদুবু ব্রেননুশতি, ঐ তুদুনা লৈরে উবদগী, মখা তানা থাংদু হাইগৎপা তৌরমদে, লেপ্লগা ঙাইদুনা লৈরমই। ক্লিওপত্রাদি মংদা করি করি য়েংবগুম য়েংদুনা লৈবনা হেরেমদা থবক তৌবীশিংদু অমত্তা ঐঙোন্দা খুৎ থারমদে।

ঐগী কোকশি তুংদা থরাক থরাক য়াম্ববগুম তৌরমই। মখোয়গী ছুরি মতোম্না ঐগী খনাওদা থমলমই। চার্মিয়োন্না মাংলোমদা চংশিল্লক্তুনা ঐগী হকচাংদা কোনশিল্লমই অদুগা মখোয়দা 'হুই' হায়না কৌদুনা চৈরমই। মহাক্লা য়াম্না শাওনা মখোয়গী মাংদা চোংশিল্লগা মাবু হান্না হাৎলু হায়না চৈরমই। হৌজিক ব্রেননুশনা মাগী ব্রাশক অমগা লোইননা য়োমশিল্লিবা ময়ামদু অমমমতা ওইনা চিংথোক্লমই।

মহাক্লা চাউখৎতবা লেতিন লোন্দা লাউরকখি - "মাবু হাৎপিগনু রানি!" "ঐনা জুপিটর পন্দুনা ব্রাশক্লি মহাকশি থৌনা ফবা নুপানি। মহাক্লা ঐবু ষণলাবা অমবু

থাঙ্গৎলগা শঙ্গোলদা লংশিনবগুম লংশিনবা ঙমই! ঐগী থৌনা ফবা পাখং অহুম্বু মহাক মথন্তনা খুৎলাই অমত্তা য়াওদনা হাৎতোকপা ঙমই। অসিগুম্বা নুপা অমত্তাগা ঐগা নুংঙাইনদবা খৎনবা লৈতে। রানিগীদমক্তা মাবু ফংজবা অচৌবা ঈশ্বরগী বর অমা ফংবগুম্বনি। মাবু হাৎপিগনু, রানি! মহাকশে ঐঙোন্দা পিবিয়ু!"

"এ: মাগী থৱাই কনবিয়ু! মাগী থৱাই কল্লু!" চার্মিয়োন্না লাউরকখি, কুচ্চু তাইফেৎ তাইরগা থক থক নিক্লদুনা। ক্লিওপত্রানা চংশিল্লগা ঐনা হাৎখিবা নুপাশিংদু মথং মথং য়েংলমই অদুগা ঐঙোন্দা অমুক য়েংলকখি। নুমিৎ নিনিগী মমাংদা মহাক্না অমত্তা ওইনা নুংশিনখিবা - চান্নখিবা নুপাদুগী ঈনা চোৎলবা মকোক অদু চার্মিয়োনগী তমপাক্তা অশিবগুম তাদুনা লৈরিবদু রানি ক্লিওপত্রানা তুমিন্না য়েংলমই।

ঐনা রানি ক্লিওপত্রাগা মিৎচানরমই। ঐনা স্বর মতেক হোল্লগা হায়রমই - "ঐবু হিংহনগনু, হাৎতোকউ!" অদুদগী মাগী মাইথোংদা মঙাল অমনা ঙানথোরকপগুম তৌরকখি। ঐনা খনবদা মঙালদু ইকাইবা নংবগী মঙালনি। ক্লিওপত্রানা খজিক্তং নোকফেৎ তৌরগা হায়রকই - "ফরবসু ফৎত্রবসু ঐনা নুপাশিবু নুংশি, চার্মিয়োন!" "নহাক্লা নঙগী নৌরবা হকচাংদুনা নুপাশিগী মশাদা খুমজিন্দুনা ছুরি পাইবা কাংবু অসিদগী কন্নবা তৌখি!" রানিনা ছুরি পাইবা কাংবুশিংদুদা তুক্কচবা মিৎয়েং অমনা য়েংলমই।

লৈশাবী অদুনা লাউনা হায়রকখি - "নত্তে, অসুম্না থৌনা ফবা নুপা অমবু হেরেমদা থবক তৌবিশিংনা হাৎপদু ঐদি লেপ্তুনা য়েংবা ঙমজরোই।"

"এহ!" ক্লিওপত্রানা হায়রকই, "মহাক থৌনা ফবা নুপা অমনি, মানা ময়ামগা ফুনবা ঐহাক্তি রোম ফাওবদা অমুক্তা উখিদ্রি! ফবে, ঐনা মাগী থৱাই কল্লবনি। মাবু মাগী কা মনুংদা থাংজিল্লু অদুগা মপান্দা মাবু চেকশিন্না গার্দ তৌ, মহাক্লা মশা ফগৎলকত্রিফাওবা নৎত্রগা শিদ্রিফাওবা।"

অদুদগী ঐগী কোকশি হুরু হুরু লৈবা হৌরকখি অদুগা হকচাংদা নাব ফাওরকখি। অদুদগী মফম খংদনা ঞ্জান মাংলমই।

অদুদগী ঐ মং অমগী মথংদা মং অমা, লোইবা খন্বা লৈতবা মং মংলমই। ঐহাক অৱাবগী সমুদ্রা ইপাক্তা তারগা কাখৎপা ঙমদবগুম তৌরমই। মংদা উখিবশিংগী মরক্তা অমুবা মমিৎ ওইবা নুপি অমাখক উরমই। মাগী তনৌ তনৌরবা মাইথোং অমদি ঙৌরবা মাগী মখুৎনা ঐবু নানবিবদু ঐগী হকচাংদা ফাউরমই। অদুগী অঙৌবা খুৎতুনা ঐবু পোথানবা তৌরমই।

অতোপ্পা অমনা রানি ওইবগী ফিজেৎ লৈতেং তৌরবী অমনা ঙহাক লৈতনা ঐগী ফম্মুংদা নোম্থরগা য়েংবগুম তৌরমই। নোম্থদুনা য়েংলিবী নুপিদু কনা ওইরমগদগে নিংশিংবা ঙমখিদে।

অদুবু, নিংশিবা ঙমদ্রবসু, নোম্থরক্লিবী অদুগী ফজবা নিংথিবদুদি ঐহাক্কী ঈগী ইচেলদা য়াওখিবগুম অমদি ঐগী হকচাংগী শরুক অমাগুম হকচাংদা ফাওরমই।

ঐনা উরমই মংদুদা অবুথিশগী অৱাং অৱাংবা লাইশংশিং অমসুং ঐগী অঙাং ওইরিঙৈগী নুংশিবা শক্তম। ঐবু পোকপা ইপাদু পোক্লা ইঙৌ ঙৌরবা অমেনেমহৎ, মতম শাংনা লৈরক্লবা অমেনটিগী অচৌবা হোল অমসুং অপিকপা লাইগী অশেংবা মফম ঐগী মিৎতা উরমই। মফমশিং অদুদা ঐনা কোইনা চৎতুনা লৈরমই। চাওরবা অমদি হৌরবা খোঞ্জেল অমনা লাউরকখি - হঁমাচিশকী মমিং ককথৎলু - মুথৎলু অহিংবা মীগী লাইরিক্তগী। পৃথিবী মহাক্কী মচানুপা হঁমাচিশতি মতম পুম্বগী ওইনা মাংখ্রে! অতোপ্পা খোঞ্জেল অমনা পাউখুম পিরকই -

"মদুমক্তি নত্তে, মদুমক্তি নত্তে! হঁমাচিশকী মমিং ককথৎকনু, অহিংবা মীগী লাইরিক্তগী। অৱাবা কয়া নংলবা মাগী পাপশিংদু কোকখিবা য়াই।"

ঐনা জ্ঞান তারকপদা কোনুংগী দলান মতোন অৱাংবা ঐগী কাদা হিপ্তুনা লৈরমই। ঐহাক অশুক্কী মতিক শোল্লমই মদুদি ঐ ইশাগী খুৎ ফাওবা থাঙ্গৎপা ঙমখিদে। ঐগী থবাক্তা হুনবা মিহুনশিং লেপকদৌবগুম তপথরমই। থম্মোইনুংদা তনিক তনিক নিকলমই অমসুং ঐগী কোকশি খজিক্তুং ফাওবা লেংবা ঙমখিদে। অদুম ওইনমক অমম্বা নুংঙাইতবা অমদি লোইশিল্লে খন্দুনা পুক্লিংদা পোত্থাবা পোক্লমই।

থাওমৈ মৈঙাল অমনা ঐবু অৱাবা পিরমই। ঐনা মিকুপ্তা মিৎ উইশিল্লমই। ঐনা হেক উইশিনবদা নুপীগী অচৌবা ফিজোল শেৎপী অমা ঐগী কাদা চংলকপগী মখোল তারমই। শিড়ি মথং মথং কাখৎলক্তুনা ঐগী কাদা চংলকপা নুপিদু অতৈ নত্তে রানি ক্লিওপত্রানি হায়বা ঐনা খংলমই।

ক্লিওপত্রানা চংলক্লগা ঐগী ফম্মুং মচি অমদা ফমথরমই। মহাক লাকলে হায়বা ঐদি লাইনা খংলমই মরমদি মহাক্কী খোঙথাং অমনা ঐগী থবাক্কী মিহুন হুনবদু থুজিল্লকপগুম তৌরমই। ঐনা মাবু নুংশিবা অমসুং তুক্কচবা অনিমক থম্মোইনুংদগী ময়েক লানা থোরকপগুম তৌরমই। থৱাই য়াওদ্রবা অশিবা হকচাংগুম তাদুনা লৈরিবা ঐগী হকচাংদা মানা নকশিল্লক্লগা ঙাথরকখি। মহাক্লা ঐগী মাইদা নোম্থরক্তুনা মাগী স্বরনা ঐগী নাতোন্দা অমসুং চিনবান্দা লেং লেং চৎপগুম তৌরকখি। মাগী থবাক্তা হুনবা মিহুন্দু

ঐঙোন্দসু ফাওরমই। মাগী মমাইনা অসুম *নেমথরক অসুম নেমথরক অকোনবদা মাগী* লাইবক্লা ঐগীদা থেংলগা ঐগী পিশুম ময়াদা চুপলমই।

মহাক্লা মচিন্দা মুরুম মুরুম শোন্না ঙাংবদু ঐনা ফজনা তারমই - " লাইবক থিবা নুপা! নহাক লাইবক থিরে, য়াম্না শোল্লে অমসুং শিগদৌরবা মাল্লে! নহাক লাইবক থিনা তমলকপনি! অসিগুম্বা থবক অসিগীদমক্তদি নহাক ফমনখ্রে - ঐনা নঙবু খুৎলাই অমগুম শিজিন্নখি ঐহাক্কী পোলিশি অমা ওইনা। এ: হর্মাচিশ, নহাক্লা শোইদনা ঙমলমগনি। প্লোটিং তৌরিবা পুরোহিৎশিংদুনা তশ্বী তাকপিবা তৌরদি ঙমলমগনি অদুবু মীওইবা জাতিগী জ্বাল্দী মখোয়না তশ্বীবা ঙমলোই। মখোয়না মহৌশাগী ওইবা নিওমশিংসু মখোয়না খংবা ঙমলোই তাকপসু ঙমলোই। নহাক্লা ঐবু নথম্মোই তানা নুংশিখি, অহ, ঐ মদু ফজনা খংঙি।

থৌনা ফবা নুপা অমগুম নহাক্লা মিৎয়েংদুবু নুংশিখি মদুদি, জহাজদা লুৎ পাৎ তৌবশিংনা মঙাল অমত্তং ফংবা পাম্বগুম, ঈশিংদা লুপথরবা জহাজগী মীশিংনা নঙবু কৌরকপা তানজাদা। নহাক্লা কনখিবা মীদুনা নঙবু "মীনাই হায়রকখি!"

ফরে, থোকখিবা থৌদোক্তু য়াম্না ফজখি নৎত্রবদি নঙনা ঐবু হাৎলমগনি। শংসারশিদা ঐখোয় অনি অমুক হন্না উনদবসু য়াই। নহাক শিগদৌরে মরমশিনা ঐনা নঙোন্দা অরোইবা বিদাই তৌজরি। অপংবা মমাই শাংবা অদুনা নঙ শিরনি হায়। নঙ শিরবদি মদুগী পাপতু কনানা পুগনি? নঙনা নশাগী থাজবদুদা অদুম নিংদুনা লৈগদবনি। নঙনা ঐবু নুংশিবগুম ঐনাসু নঙবু য়াম্না নুংশি।

ও, হর্মাচিশ বিদাই তৌজরি! নঙসু চৎলো জুলিয়াশ শিজরগী মনাক্তা! মঙোন্দা ইজিপকী য়াইফ পাউজেল তশ্বীরু! অহ, ঐনা নঙবু অপংবা শিখি অমসুং জুলিয়াশ শিজরবুসু অপংবা শিখি। লাইবক্লা তম্বদু লাক্কনি।"

মহাক চৎননবা হৌগৎলমই। মানা লৈথোখিবদা অতোপ্পা নুপি অমা চংলকপগী নুপিগী মফি মরোলগী মখোল তারমই।

"এহ, নঙ ওইরে, চার্মিয়োন ফরেদা! পুম্নমক্কী ওইনা শিগদৌরবা নুপা অসিবু য়েংবা লাকলিবরা?" চার্মিয়োন্না খম থেংনা ব্রাজরবা খোঞ্জেলনা খুমলকই - "এহ, ও রানি মাইবশিংনা অসুম্না হায়রি - অনাবশি অশিবগুম তুমদুনা লৈগনি। মাগী স্বর হোনবদু উচেক মতু অমফাও পাইথোকহনবা ঙমলোই।

অদুগা মাগী স্বর হোনবদু ঐগী নাকোংনা মথবাক্তা থম্নগা য়েংবদা তাবা ফংদে। ঐনা মাবু নুমিৎ তরানিগী মমাংদগী য়েংদুনা লাকলিবনি। মহাকপু অহিং নুংথিল খাইদনা কুপ্না শেন্নদুনা লৈজরিবনি। অহিং কয়া তুম্বা ফংদবনা অয়ুক নুংথিলদা তুমনিংলে। মসিনি ঐনা ব্রাজরকপগী ফল। মসি পাংদবা ব্রেননুশগী থাং খুৎয়ান অদুদগী ওইখিবনি অদুগা হর্মাচিশনা শিবা!"

*রানি ক্লিওপত্রানা হায়রকই - "নুংশিবনা নুংশিবগীদমক ৱাজবা নোমজবা মশিং থাবা য়াদে! (Love counts not its labour) চার্মিয়োন, অদুগা, নুংশিবগীদমক* তৌখিবা ফজবা শেবাদু লৈবা য়োনবগী শের ফালাদা য়োন্নবগী ওনবা য়ারোই।

নঙগী থম্মোইবু নুংশিজবা মহাকশি, মপাঙ্গল কল্লম্বদগী শোন্থরকপা অসিনা নঙোন্দা খাংঙমদবা অৱাবা অমা ওইহল্লে। চার্মিয়োন নহাক্না মাবু য়াম্না নুংশিজে অদুবু মহাক্নদি নঙবু করিসু নুংশিদে। হৌজিক মহাক উপাই লৈতবা মী অমা ওইরে। নঙনা মাবু নুংশিবদু মহাক্কী মন্নবা পাউখুম ফংলরোইদৌবা মাগী থৱাইনি।"

"ঐনা মাবু নুংশিবা নত্তে, রানি ইবেম্মাদা মদুগী প্রামান লৈরি। ঐহাক্কী থৱাই ওইরিবী ইবেম্মা রানিবু হাৎনবা চংলকখিবা নুপা মহাকপু ঐনা করম্না নুংশিবা ঙমগনি? ঐনা মাবু ইবুংগুম নুংশিদুনা শেবা তৌজবনি।

রানিনা খজিক্তং নোক্লমই মাগী পাউখুম পিরকপদা - "ইবুংগুম নুংশিবা অসিগা পাখং লৈশাবীগী নুংশিবগা অনি অসি ফাইবোক্লী - চার্মিযোন! অঙকপা খোঙচৎ কযাদুনা নুপিগীদি নুংশিবগী লম্বীনি। নহাক্না উখ্রে অঙকপা কয়া অদুদি ঐনা খংঙি!

অসুক্কী মতিক ৱাংনা নুংশিরগা অদুক্কী মতিক নেম্লবা শুরুং মনুংদা তারকই। লাইবক থিবী নুপি, নহাক্তি অপাম নুংশিবগী শানপোৎ হায়বদু ওইরে। অয়ুক্কী শংবান্নবা অতিয়াগুম থোৎনৌবদু হৌজিক কল্লকপা খম্বনবনা নঙগী থম্মোইবু লাকশিল্লক্নুনা সমুদ্রাগী ইথক ইপোম হৌরকপগুম ফজদবা লমচৎ ওইরক্কনি। পুম্নমক মাংখিদুনা নপুন্সিদা কপ্পতনঃ নশরুক ওইগনি!"

মহাক্না মাংলোমদা চংশিল্লকখি।

# চেপ্টর তরামরিশুবা

(চার্মিয়োন্না হর্মাচিশ নুংশিনা থোৎনা নৌনা শেবা তৌবা, হর্মাচিশ নাবা ফগৎলকপা, রানি ক্লিওপত্রাগী জহাজ পরেং অমা শিলিশিয়া য়ৌনবা লাকপা, ব্রেননুশ কেপ্তেন্না হর্মাচিশ তা ৱারি শাবা)

ক্লিওপত্রাদু হর্মাচিশকী কাদগী চৎখিরমই। মিকুপ খর ঐ পোথারমই। অদুবু চার্মিয়োন্না চংশিল্লক্কুনা ঐগী নাক্তা লেপ্লমই। মহাক্না মমাই লুকথরগা হিক্না হিক্না কপলকখি। মহাক্কী লেপ্পা লৈতনা শিন্থরকপা পি ময়াম্না ঐগী লাইবক্তা অমসুং খজাই অনিদা ইচোৎ চোৎলমই। মাগী ফুং ফুং শারবা পিশিংদু ওলাংথাগী নোংগুম তৌরমই।

"নহাক চৎলবরা?" মহাক্না খোঞ্জেল নেম্না পুক্লিং নুংশিনা হায়রকই। "ঐহাক্না নতুং ইনবা য়াদবা মফমদা নহাক থুনা য়াংনা চৎলবরা? ও, হর্মাচিশ, ঐনা কয়াম হরাওনা ঐগী পুন্সিবু নঙোন্দা শিন্নখিবা নৎত্রা?"

মিকুপ খরগী তুংদা ঐ মিৎ পাংথোক্লমই অমসুং লৈজবা থৌনা মখে খোমজিল্লগা ৱা ঙাংনবা তৌরমই।

"নুংশিরবী মরুপ! নহাক্কী অৱাবশিংদু হায়দোক্তনা থম্মু!" ঐনা হায়রমই, "ঐ হিংলে, ঐগী থবাক্তা অনৌবা ঈগী ইচেল অমা লাক্কুনা ঐ হিংলগনি হায়বা হকচাংদা ফাওরে!"

চার্মিয়োন্না খোঞ্জেল নেমতক্না হায়ফম খংদনা হরাউবা নুংঙাইবগী খোল্লাও অমা লাউরমই। মহাক্কী থৱাই শোক্না কপলুরবা মাইথোংদুনা নোকলকপা মাইথোং, অদুক ফজবা - নিংথিবা ঐ পোকপদগী ঙসি ফাওবদা অমুক্তা উখিদ্রি। মদুগী ফজবদু অহিংচুপ্পা মমলুরবা অতিয়াদা অহানবা থোক্লকপা নুমিৎকী মঙালনা মশেক নাইনা

মথং মথং অতিয়াদা শন্দোরকপগুম নিংথিজরমই। অতরগুলাপকুম তঙাং তঙাংবা মাইথোংদু মঙাল অমনা য়েরক্লনা ফজরকপগুম তৌরকখি। মাগী অমুবা মমিৎ অনিনা থরানমিচাক্কী মতৌগুম তরু তরু নিংথিজরমই।

"নহাক হিংলে!" মহাক্কা লাউনা হরাওনা হায়রকখি। মানা ঐগী ফম্মুং মনাক্তা নিংগাংনা ফমথরগা। "নহাক হিংলে! ঐনা খনখি নহাক শিরে হায়না! নহাক হিংলগা ঐগী নাক্তা অমুক হল্লক্লে! ওহ, ঐনা করি হায়খিবা? নুপি ওইবিশিংগী থম্মোই অমদি রাখল কয়াদ পংথ্রবা! কুইনা শাংনা য়েংনিংবদু অসিনি! নত্তে, নহাক পোথারো - তুম্মো, হর্মাচিশ! করিগীনো নহাক্কা রা ঙাংলকলিবা? রাহে অমফাও ঙাংলকনু, ঐনা হায়রিবসিনি। খদাংকোই য়াম্না শাংবা অপংবা অদুনা থমলম্বা থক্লবদু কদাইদা থমলম্বগে? নত্তে, নহাক হিদাক থকপা য়াদে। ফম্মুংদা অদুম তুম্মো, হর্মাচিশ, তুম্মু।"

মহাক্কা ঐগী ফম্মুং মচি অমদা ফমথরগা মাগী মখুৎ মোল্লবা অমদি ইংলবা অদুনা ঐগী লাইবক্তা নাল্লগা মুরুম মুরুম শোল্লগা হায়রকই - 'তুম্মু - তুম্মু!"

ঐহাক ফনা শাংনা তুমলমই। ঐনা অমুক মিৎ পাংথোবকপা মতমদা চার্মিয়োন ঐগী ফম্মুং মচিদা অদুম্মক ফমদুনা লৈরমই। নোংঙানবগী শেংফাংতবগী মঙালদু থোং অমসুং থোংনাওদা চংলকপদু ঐনা উরমই। মহাক্কা নোন্থবগা মখুৎ নাম্মানা ঐগী লাইবক্তা থল্লগা নাম্থরমই। ঐগী ফম্মুং মচিদা পিক্লা তাশিল্লগা মখুৎ নাম্মানা মোন থাংলগা হিপ্লমই।

'চার্মিয়োন!' ঐনা তুমিন্না হংলমই, 'ঐবু মতম শাংনা তুমলুরব্রা?'

মহাক মিকুপ্তা মমিৎ লাউনা পাংথোল্লকখি অদুগা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলকখি তনৌ তনৌরবা মাগী মমিৎ অনিনা, 'হোই, নহাক তুমলুরে, হর্মাচিশ!'

ঐনা হংলমই - 'অদু ওইরবদি, ঐ কয়াম কুইনা তুমখিবগে?'

মানা খুমলকখি - 'পুং মাপল!'

'অদুগা নহাক্কা ঐগী ফম্মুং মচিদুদা পুং মাপল শাংনা পিক্লা তাশিন্দুনা রানা থাংলিবা?'

'হোই, মসিদি করিসু নত্তেদা! ঐসু তুমথরুরে। ঐনা লেংবা খোংপা তৌবদগী নহাক্কী তুমজবদু কাইগদরা কিবা পোকখি।'

'চংলো পোথারুরো!' ঐনা হায়রমই, 'মসি খল্লুবদা য়াম্না ইকাইজে! চংলো পোথারুরো - চার্মিয়োন!'

'নশানা নশাবু ব্রাহ্নগনু,' মহাক্না খুমলমই । 'য়েংঙোই, ঐ মিনাই নুপি অমদা শিন্নরমগে নহাকপু য়েংশিনবিনবা। ঐ মঙোন্দা হায়রমগনি, করিগুম্বা নহাক্না পোৎ অমা পামলকপদা ঐবু হৌদোক্লকউ। ঐ মপানগী কা অসিদা তুমলুগনি। ব্রা ঙাংদনা তুমিন্না লৈবিয়ু - ঐ চৎলে।'

ঐনা মাবু উরগা ঐঙোন্দা ফাউরিবা ইকাইবশি মঙোন্দা ফোংদোকপা ঙমখিদে। অব্রাবনি! ঐনা মাবু মতেং পাংবা ঙমখিদে।

'মদু নত্তে,' মহাক্না হায়রমই, 'লেংবা খোৎপা তৌবিগনু! ঐগীসু খোঙ পানজরি মফমদুদা চৎনবা!' অসি হায়রগা মহাক হৌগৎলমই অদুবু মহাক তুরমই।

অব্রাবা অমদি হৈনদবা অমা হকচাংদা ফাওরমই। 'করিগী, ঐ তুমদুনা লৈগদৌরিবা? হৌজিক ঐ নাব ফরে।' ঐ মিনাই অদু থারক্কে!' চার্মিয়োন্না হাইরং হাইরং চৎপদু য়ু ঙাওরবা মীনা চৎপগুম তৌরমই। অদুগী তুংদা ঐ অমুক হন্না তুমথবমই মরমদি ঐগী হকচাং য়াম্না শোনবা অমসুং ঙমদবনা। ঐনা মিৎ অমুক পাংথোরকপদা নুমিত্তিগী নুংথিল ওইরমই। ঐনা মিনাই নুপিদুদা চানবা পিয়ু হায়রমই।

চার্মিয়োন্না পুরকপা চান-থক্লবা ময়ামদু ঐনা পুক থন্না চামরই। চারবা তুংদা ঐনা চার্মিয়োন্দা হায়রমই - "ঐ শিররোই!" "নত্তে, শিররোই করিসু!" মানা মকোক হাইরগা হায়রকখি। 'নহাক হিংলনি অশেংবমক! অরেম্বদা ঐনা নঙবু মিনুংশি পোকখি!"

চার্মিয়োন্না ইথৌ থওইদনা খুমলকই - 'মদু করিসু নত্তে, ফরবসু ফৎত্রবসু নহাক ঐগী কোজিন ব্রদরনি। ঐদি শেবা তৌবা খোৎপশি য়াম্না পামজৈ। মসি নুপি ওইবিশিংগীদি হৈতবা য়াদবা অমনি। মদুগী মওংদা ঐনা শেবা তৌজখিবনি, মীনাই অমনা তৌবা শেবাগুম। হৌজিক্তি খুদোংথিবদু হৌখ্রে। ঐ চৎলগে।'

'নহাক্না ঐবু থুনা শিনবা তৌরম্বনা হেন্না ফরমগনি, চার্মিয়োন!' মিকুপ অমা অনি লৈরগা ঐনা হায়রমই। মসিগী মবমদি ঐগী পুক্সি অসি মতম য়াম্না শাংনা ইকাইদুনা লৈরগনি। অদো ঐঙোন্দা হায়য়ু কৈদৌঙৈ ক্লিওপত্রা শিলিশিয়াদা চৎকদৌরি?'

'মহাক নুমীৎ কুন্নিগী মনুংদা চৎকনি। মহাক অসুক্কী মতিক চাওনা ফজনা স্না লুপা ময়াম অমগা লোইননা চৎকনি মদুদি ইজিপকী প্রাজাশিংনা অমুক্তা উখিদ্রিবা মওংদা। অশেংবা ঐদি য়াম্না ঙকই মহাক্না কাদাইদগী স্না অমসুং জেমশিংসি লৌরুবনো অমসুং ফংলকপনো!'

ঐনা, স্না ময়াম অমসুং জেমশশিংদু কমদৌনা মাগী লনগৈদা য়ৌরকপগে খংলবসু মুরুম মুরুম শোল্লগা অদুম তুমিন্না লৈরমই।

'চৎলো নহাকসু, চার্মিয়োন!' ঐনা চার্মিয়োন্দা হায়রমই। 'এহ, ঐহাকসু, কোর্টকী অঙম অথৌ পুম্নমক নহাকসু য়াওনা চৎকনি!' মানা হায়রকই।

'ঐসু চৎপা? নত্তে, মসি করিগীনো?' ঐনা হংলমই। চার্মিয়োন্না খুমলকই - "মরমদি নহাকশে ক্লিওপত্রাগী মীনাইনি। মাগী অচানবা মীনাই অমগুম চৎকদবনি মাগী দোলাইগী মতুংদা। মসিগী মরমদি নঙ ক্ষেম লৈবাকসিদা লৈহৌবদু কিজে। নঙবু মফমসিদগী পুথোক্তুনা চৎমিন্নবা হায়বসি মহাক্কী অপান্বনি।'

'চার্মিয়োন, ঐহাক নাম্থোকপা ঙমলোইদ্রা?' ঐনা হংলমই। "নাম্থোকপা! লাইবক থিবা অনাবা মী? নত্তে, নঙ করম্না নাম্থোকপা ঙমগনি? হৌজিকফাওবা নঙবু খ্বাইদগী লুনা চেকশিন্না শিফাইশিংনা ঙাকশেন্দুনা লৈরিবনি।" মানা হায়রকখি।

মানা মখা তারকখি "অদুগা নহাক্না নাম্থোকপা তারবসু নঙ মথক্তা উচেক্নুম্না পাইবা ঙমগদরা? নঙোন্দা তুক্কচবা মিৎয়েংগা লোইননা তিন-শিলকওইদবা মী অমফাও ইজিপ্তা লৈরমলোই!"

অমুকসু হন্না ঐনা নাহেবগুম তৌবমই। ঐনা হকচাং শোন্না উপাই লৈতনা মিত্তগী পি ওরো ওরো তাবকখি অদুগা ঐগী খজাই অনি পিনা ইচোৎ চোৎলমই। চার্মিয়োন্না হাথু হাথু হায়রকখি - "কপকনু! নুপা অমগুম থৌনা লৈনা অয়েৎপা নুংঙাইতবা পুম্বা মাইয়োক্নবা ঙম্মু! 'নশানা থাকচবা লাং নশানা থুজবনি - নঙনা তৌবনা নঙনা ফংগনি, ঐনা তৌবনা ঐনা ফংগনি। অদুবু ফৌ খাওবা লোইরগা ঈশিং অমুক চাউরক্কনি। ফত্ত হাউদি পুম্নমক ঈশিংনা পুদুনা চেন্থখিনি। অদুদগী মরু লংবগী মতম লাক্কনি।

মরমসিনা নহাক শিলিয়াশ য়ৌরবা মতমদা, উপাই অমা ফংলকপা য়াই। নঙগী হকচাং ফগৎলবা মতমদা নহাক ক্লিওপত্রাগী নাক্তগী য়াম্না থাপ্না চেম্থোকপা ঙম্বা য়াই। অদুগা নহাক অথাপ্পা লম অমদা নুংঙাইনা ইংনা লৈখিবা য়াই। পুম্নমক্না থোকখিবা থৌদোকশিংদু কাউখ্রনি। হৌজিক ঐগী থবক লোইরে। ঐনা নঙোন্দা বিদাই তৌজরি! মরক মরক্তা ঐহাক নঙগী নাক্তা লাক্কনি অদুগা করি করি অৱাৎ অপা লৈবগে হংলগনি।"

অসি হায়রম্লগা মহাক চৎখিরমই। মাইবা অমসুং মীনাই নুপি অনিনা ঐবু শেবা ফজনা তৌবিরমই। ঐগী অশোকপশিংদু তাইশিল্লকপগা লোইননা ঐগী পাঙ্গলসু অসুম অসুম কনখৎলকখি। নুমিৎ খর লৈরগা ঐ ফজনা চৎপা ঙমলমই। কোনুংগী লৈ ইম্খোলদা ঐনা কোইনা কোইনা চৎতুনা শান্নরমই। অদুদগী ঐ লাইরিক পাবা, ৱাখল খনবা ঙমলমই। ঐনা কোর্টতা চৎত্রবসু মতম অয়াম্বা পাদুনা মতম লেল্লমই।

নুমিৎ খর লৈরগা নোংমা নুংথিল অমা চার্মিয়োন ঐগী নাক্তা লাকলমই অদুগা ঐঙোন্দা চৎননবা শেম শারো হায়রমই। মহাক্না হায়রমই মদুদি জহাজশিংদু চৎননবা শেম শাবা লোইখ্রে হায়না। জহাজশিংদু অহানবদা শাইরিয়া তম্না চৎকনি অদুদগী ইশুজ অমসুং শিলিশিয়া তম্না হোনগনি।

মদু তাবদা র্ফোমেলিতি ঙাক্না পাপিরাশ অমদা ঐনা ফজনা ইরদুনা রানি ক্লিওপত্রাদা ঐবু থম্বীরমউ হায়না নোল্লুক্না হায়জরমই। অদুদা ঐনা মসিমসু হায়রমই মদুদি ঐগী হুকচাংসি অসুক্কী মতিক শোল্লে, নিংথিনা চৎপা ঙমদ্রি। অদুবু ঐনা হায়খিবদুগী পাউখুম ওইনা মী থারক্লগা ঐসু চৎকদবনি হায়রকখি। মরমশিনা চৎকদবা নুমিৎ অদুদা ঐবু শগাই শাদুনা পুরগা জহাজ মনুংদা থাংজিল্লমই। কেপ্তেন ব্রেননুশনা মাগী শিফাই ময়ামগা লোইননা ঐবু ঙাক শেন্দুনা চৎলমই।

রানি ক্লিওপত্রাদু য়াম্না কেনা অমদি চিংলেম্না লান চৎপগুম জহাজ কয়া মুক্না মতুং ইল্লমই। জহাজশিংদুগী মরক্তা ক্লিওপত্রানা তোংলিবা জহাজদু স্না মচুগী শিঙ্ক ফিনা লৈতেং তৌরদুনা পৃথিবীদা মী অমত্তনা অমুক্তা মমাংদা উখিদ্রিবা, তুংদসু উররোইদৌবা ফজরবা জহাজনি। ফজরবা জহাজ অদুদদি ঐ য়াওরমদে। মদুনা ঐনা ক্লিওপত্রাবু মশক উদনবগী খুদোংচাবদু পিরমই।

অসুম চৎপনা ঐখোয়গী জহাগ পরেংদু শিদনুশ তুরেল তোর্বানফাও চৎলমই।

চৎলশি হায়বগী ইঙ্গিৎ পিনরবা তুংদা জহাজশিংদু চৎপা হৌরমই। নুংশিৎ কনদবা নুমিৎ ওইদুনা ঐখোয় নুমিৎ নিনিশুবগী নুমিদাংবাইরমদা ঝোপ্লো য়ৌরমই। অদুদগী নুংশিৎকা মাইয়োক্লবদগী জহাজশিংদু তপ্না তপ্না চৎলমই। অসুম্না তপ্না লাকপনা শিরিয়াগী লম য়ৌরমই। অদুদগী পতোলেমাইজ, তাইরুশ অমসুং বেবিট্রুশ মথং মথং য়ৌরমই।

লেবাননগী ঙৌরোক ঙৌবা তোর্বান, শিদনুশ তুরেলগী মচিন্দা লৈবা মফমশিং মথং মথং লাম্ব্রোরকখি। ঐখোয় ময়াম চৎনা চৎনা সমুদ্রাগী অইংবা অকনবা নুংশিৎনা ঐগী মাংলুরবা পাঙ্গল থৌনা পুম্নমক অমুক হলজিল্লকপগুম য়াম্না কনখৎলমই। ঐগী কোক্তা থাংনা য়ানখিবগী মফমদু নত্তনা পুম্নমক অমুক হান্নগী মতৌগুম তৌরমই। নোংমা অহিং অমা, ঐখোয় শিদনুশ য়ৌরমদাই মতমদা ব্রেননুশকা ঐগা ঐখোয় অনিতা জহাজগী দেক্তা রারি তৌরমই। মানা ঐগী কোক্তা ঙৌরোক ঙৌনা থাংফম লৈবদু য়েংলকখি। মহাক্না লাই পল্লদুনা রাশক্তুনা হায়খি - "এ পাথং, নহাক অশিবগুম তৌরুরে!

ঐনা হায়রমই - " ঐনা খল্লমই, কোকশি অমুক হুন্না কাংখৎপা ঙমগনি নিংখিদে!"

মহাক্না হায়রমই - "এহ্, মদু পাংদবা মীনা থাগদবা খুৎথানি! মদু খল্লুবদা ইকাইজে, মদুদা থাখিবা নুপাদু ঐহাক্কী। নহাক তুরগা ঐঙোন্দা নাঙ্গল ওন্থোক্তুনা লৈবা মতমনি! ঐ নুতিগী লাক্তুনা নঙগী নাবা ফগৎলকপগী পাও লৌজখি। ঐনা ইথন্তা খনজখি - নহাক্না করিগুম্বা শিরবদি ঐ মসিগী থবকশি থাদোক্লগা অৱাংলোমদা চৎকে হায়না।"

"নত্তে নত্তে, নুংভাইতবা তৌবিরুনু, ব্রেননুশ।" ঐনা খুমলমই। 'মদু নহাক্কী তৌদ-য়াদ্রবা নথৌনি!"

মহাক্না খুমলকখি - "অদুবু তৌগদবা ইথৌ ওইরবসু থৌনা ফদ্য নুপা অমনা তৌরোইদৌবা থবক লৈ। ইজিপকী রানি ফন ওইদুনসু মাগী য়াথংদু ইল্লোইদবনি! পাখং, ঐখোয়গী রানিগা নুংঙাইনদবা করি লৈবগে? ঐখোয়গী নুংঙাইরবা পার্টি অসিদা নহাকসু বন্দী অমা ওইনা পুবিরিবা করিগীনো? মসিসু খংবিয়ু, ঐখোয়দা নহাকপু য়াম্না চেকশিন্না শিন্নরকপনি। করিগুম্বা নহাক্না নান্থোকপা ঙমদুনা চেনখ্রবদি নহাক্কী মমল ওইনা ঐহাক অমসুং ঐগী কাংবু লোইনা হাৎখিনি!"

ঐনা খুমলমই - "এ: য়াম্না নুংঙাইতে, মরুপ! মখাতানা ঐঙোন্দা ব্রাহংশিংদু হংবিরক্কনু!"

"অদুনা, চহি হাইফেৎ মান্নবনা মরুপ হায়না কৌরগে, ঐশে থোংচ-নৌজবা হৈতবা অমসুং অপংবা ওইরবসু ঐনা খংবা ঙম্বা য়াই। নঙনা মঙোন্দা করি হায়খিবা? ঐ ক্লিওপত্রাগী থবকশি য়াম্না তল্লে অমসুং চোকথরে। শারবা মরুভুমিগী লমদমশি অকে অমৌগী ওইবা মরমদা ঐগী পৈশা য়াম্না খরচ তৌই। ঐনা খংবা মী অতৈসু তল্লে হায়নরে। নঙ করি হায়নিংঙি?

কয়া শিজিন্নদবা হি অমা লৌরশি অদুগা অৱাংলোমদা চৎখ্রশিরা? ইজিপ অসিদগী হেন্না নুংঙাইবা হেন্না ফবা লৈবাক অমদা চৎলশি ঐ লমজিংগে। হায়রিবা লম অদু পাৎ য়াম্না লৈ অমসুং চীংজাওশিংসু য়াম্না লৈ। মফমদুদা মনম নুংশিরবা উচান পাম্বীনা পিক থন্না হৌই অদুগা জঙ্গলসু য়াম্না লৈবা মফমনি।

অদুগী মথক্তা নহাক্না লম্বা চাগদবা লৈশাবী অমসু ফংগনি। মহাক ঐগা পোকমিন্নবা ইয়াম্বনা পোকপা লৈশাবীনি। মহাক কনবসু কল্লি মরেপসু য়াম্না ব্রাংঙি। মহাক্কী মমিৎ অনিদু লাউরপ তৌরগা য়াম্না ফজে। অদুগী মথক্তা মাদি মশম য়াম্না শাংঙি। চৎশি মফমদুদা, নঙ করি হায়রিবা? হৌখ্রবশিংদু লোইনা কাউথোক্লো মফমদুদা চৎলগা ঐগী ইম্মাক ওইরো!"

মিকুপ অমা অনি ঐনা ব্রাখল তৌরমই। ঐনা অৱাবা মওংদা কোক হাইরমই, পুক্লিংদা মদুদগী চেন্থোকনিংবনা খম থেংনা পাম্লবসু। ঐনা খংলমই মদুদি ঐহাক্কী

লাইবক্তি ইজিপ্তা লৈরে, ঐগী লাইবক্কা তমলকপা মফমদগী চেম্থোকপা তৌরোইদৌবনি।

ঐনা ফোংনা মঙোন্দা হায়রমই - "মরুপ ব্রেননুশ, মদু ওইবা য়ারোই! ঐ মসিদগী চেম্থোকপদু য়াম্না পামই অদুবু ঐগী লাইবক্কা তন্নকপা অদুনা ঐবু ফাদুনা পুন্দুনা থম্বীরে। ঐবু পুন্দুনা থম্লীবা থৌরিশি ঐনা থদৎপা ঙমজদে। অদুনা ইজিপ হায়রিবা লমশিদা ঐহাক হিংদুনা লৈগদবনি অদুগা শিবসু মফমশিদা শিগদবনি।"

"নহাক্লা অপাম্বগী মতুং ইন্না -------।" কেপ্তেন অদুনা হায়রমই। ঐনা নহাকপু ঐখোয়গী মী, ঐখোয়গী লৈশাবীদু লুহোংদুনা লৌবদু ঐনা য়াম্না পামজরুবগী ৱানি। অদুগা নঙবু ঐখোয়গী ইচা ইম্মাক ওইবদু পামজে। য়ামদ্রবদা মসিমদি নিংশিংঙু মদুদি ঐনা শিদা লৈরিমখৈদি নঙবু নুংশিজবা - নঙগী মরুপ ব্রেননুশ লৈরি হায়বা কাউগনু! ৱা অমত্তংগা হায়নিংঙি মদুদি মশক মতৌ য়াম্না নিংথিজবী রানি ক্লিওপত্রাগী মফমদা য়াম্না চেকশিল্লু! মরমদি মতম তাঞ্জা অমা শোয়দনা লাক্কনি .....!" মহাক্লা মখুৎনা মঙকশমদা থন্নগা ৱাশকপগুম হায়রকই।

"হৌজিক্তি গুদ নাইট কাইনরশি! য়ু কপ অমা পাইরগা তুমলশি।"

মতাংশিদা অনিশুবা পাপিরশ মকোলদু শাংনা শাংনা ইশে শেগাইরমই। মদু ক্লিওপত্রানা জহাজদা শিদনুশতগী তারশুস ফাওবা লাকপগী মতাং ওইগনি।

অচৌবা ফজরবা জহাজ অদুগী ময়াইদা, লৈতেং য়াম্না তৌদুনা ইরং লংলবা অদুগী মখাদা রানি ক্লিওপত্রা অপাবা স্নানা লৈতেং তৌরবা মোন অমদা ঙাথরগা হিপ্তুনা লৈরমই। মহাক্লা হিপলিবা মওংদু রোমানগী ভেনশ হায়না শিংথারমই। তশেংবক্মক ভেনশনা ক্লিওপত্রাদগী হেন্না ফজবা নত্তে। মহাক্লা খ্বাইদগী ঙৌবা শিল্ককী ফি অমনা ইচোন চোন্না শেৎলগা হিপ্লমই। মহাক্কী নিংথিবী থবাক্তু স্নানা লৈতেং তৌরবা ফি অমনা থবাক্কী অরুম্বদু ফাজিল্লমই। য়াম্না পিক্লিবা নুপামচা মরিখক্লা ফজনা ফিজেৎ লৈতেং তৌরগা অশংবা কোনাগী মনা অমমম পাইরগা রানিদা হুমাই হুমদুনা শেবা তৌরমই। মথক্তা জহাজগী ফমবাক্তা ইংনা তপ্পা ঈশৈ শকপগী মখোল তারমই। নুপিশিংনা ফজবা ফিজোল শেৎলগা ফমদুনা ৱারি তৌরমই।

নুপি নহাদা মমিৎ মনা য়াম্না য়েংগনবা, লমচৎ ফজরোইদৌবা হি হোনবা নহা অমত্তা য়াওহল্লমদে। রানিগী তুংদা শৎতোক্লবা থাং পাইরদুনা গাঁদশিংন মিকুপ নাহুম শিংনা লৈরমই। মখোয়শিংগী মকোক্তা ব্রেননুশসু লেপ্তুনা য়াওরমই। মখোয়শিংদুগী মরক্তা হৰ্মাচিশ ঐসু লেপ্লমই। ঐনা খংলমই মদুদি ঐ অশেংবমক মীনাই অমনি।

ফজনা লৈতেং তৌরবা রানিগী জহাজদুগী মতুংদা অতৈ জহাজ কয়ামুক্লা ইন্নরগা টাউরশগী ঙমথনা লৈবা উমংশিং অদু তম্না চংলকখি। মদুগী চীংখোঙদা চহি কয়ামুক্কী মমাংদা লৈরম্বা থাইনগী সহর টাউরশ লৈরমই। ঐখোয়গী জহাজ পরেং ওইনা চংলকপদু য়েংনবা মী ময়াম তোর্বান্দা পৈদুনা লৈরমই অদুগা মী খরনা ঐখোয়গী মমাংদা চেনখৎখিবসু য়াওরমই। ঐখোয়গী জহাজ পরেংদু সহর য়ৌনবা চংশিল্লমই। নুপা নুপি লিশিং লিশিংনা রানিবু হরাও হরাও ওকলমই। মীয়ামদুগী তুংদা এন্টোনিগী লাম্মী ময়াম থোরক্লমই।

দেল্লিয়াশ হায়বা চিন্থিবা অদুসু থোরক্লগা রানিদা নোল্লুক্লা খুরুমলমই। মহাক্লা ক্লিওপত্রাবু 'ফজবগী রানি' হায়না মিংথোল পিরমই।

এন্টোনিনা অচৌবা চাকলেন অমা শেম শাদুনা থমলে হায়রমই। অদুব্র রানি ক্লিওপত্রানা অৱাংবা থাক্কী ওইবা পাউখুম পিবমই- 'অচুম্বা! (শাওনা), ঐখোযবু ঙাইদুনা লৈরমগদবশি এন্টোনি মশামক্কী। ঐখোযনা এন্টোনিবু ঙাইগদবা নত্তে। এন্টোনিদা হায়রু - ঙসি অহিং ঐখোয়গীশিদা লাকউ ঐখোয়গী তেবলদা চামিন থকমিন্নরগা ৱারি শাসি নৎত্রবদি ঐখোয়তা চাগনি!"

রানিদা খুরুম্লগা দেল্লিয়াশ চৎখিরমই। অচৌবা চাকলেন অদু শেম শাবা লোইরমই। অদুদগী অকোনবদা ঐনা এন্টোনি হায়বা নুপাদুদা য়েংলমই। মহাক মাইরেন মকু মচুগী ফিজোল শেৎলমই। মহাক অচৌবা মীনি য়েংবদা যাম্না চীংলেম্না ফজরমই। মহাক মরেপ ৱাংবা, মশা মউ ফবা নিংথৌ ওইবগী ফজবা ফিজোল শেৎপা। মাগী অনিংবা ৱাখলদু মাইথোংদা ইঙান ঙান্না উবমই। মহাক গ্রিকশিংগীদমক চাওরবা মনি মতুম্নী হাযবমক য়াই। মহাক্লা ক্লিওপত্রাগী মনাক য়ৌরকপদা মহাক ইঙক ঙক্লা লেপ্লমই অমসুং রানি ক্লিওপত্রাদা মুন্না মমিৎ লাউথোক্লুনা য়েংলমই। ক্লিওপত্রানসু মাবু য়েংলমই। ঐনা ক্লিওপত্রাগী মাইথোংদা অঙাংবা ঈ কাখৎলকপদু ফজনা উরমই।

অদুদগী ঐগী থম্মোইদা কল্লক খমবন চাওবগী ৱাখল অমা ফাওরকখি। মমাই লুকথরগা লেপ্তুনা লৈরিবী চার্মিয়োন্না পুম্নমকশি লোইনা উরমই - খংলমই অদুগা মোমোন নোক্লমই। অদুবু ক্লিওপত্রাদি ৱা অমত্তা ঙাংলকখিদে। মহাক্কী ঙৌরবা ফজরবা মখুৎ অদু এন্টোনিনা চুপ্পবা তিংথোক্লকখি। এন্টোনিনসু ৱা অমত্তা ঙাংদনা রানিগী মখুৎতু লৌরগা চুপলমই।

"য়েংঙু, পুকচেল চাউরবা এন্টোনি" রানিনা হায়রকই মহাক্কী নৌরবা নুংশিরবা খোঞ্জেলনা। "নহাক্লা ঐবু কৌবদু ঐ লাক্লবনি!"

এন্টোনিনা রানি ক্লিওপত্রাবু য়েংবদু অদুম য়েংদুনা লৈরম্ই অদুগা মাগী নুপাগী ওইবা খোঞ্জেলদা খুমলকখি - "ভেনশ লাকপিরে!" মহাক্না মখা তানা হায়রকই - "ঐনা নুপি অমা কৌজখি - লাইরেম্বীগুম নিংথিবী সমুদ্রাগী ঈশিংদগী ফাউগৎলকপা!"

"ঐবু ওক্লনবা ঈশ্বর অমা ওইনা ফংজবা!" রানিনা হৈশিংনা নোক্লম্ই। য়াম্না লেম্না ফজনা মকোক নোল্লগা মাবু খুরুম্নীবা মীয়াম মরক্তা ক্লিওপত্রা মাগী তুংদা নুপি অতৈনা ইন্নরদুনা, এন্টোনিগা খুৎকা খুৎকা পাইনরগা অচৌবা চাকলেন তৌরিবা মফমদু য়ৌনবা লাক্লম্ই।

# চেপ্টর তরামঙা শুবা

(রানি ক্লিওপত্রানা শিনবা চাকলেন, এশিত্তা পির্য়ালশ লুপশিনবা অমসুং শৌদোকপা, হর্মাচিশনা ব্রা ঙাংলকপা অমসুং ক্লিওপত্রাগী নুংশিবগী ব্রাশক)

নুমিৎ হুমনি শুবগী নুংদাংদা অচৌবা চাকলেন অমুক্কসু শেম শারমই। মদু ক্লিওপত্রানা শিজিন্নবা অচৌবা য়ুমদুগী হোল অমদা তৌরমই। অহিং অদুদা লাংলিবা, ঈশৈ শাকপা, জগোই শাবা, পুং য়ৈবা অমসুং নুংশিবা যন্ত্রা খোংবা নহানগী অহিংদগী য়াম্না হেল্লমই। মরমদি তেবলগী মনাক্তা থারিবা কাংথোলশিংদু পানা য়েথোক্লবা স্নানা ফজনা লৈতেং তৌরমই। অদুগা ক্লিওপত্রা অমসুং এন্টোনিনা হিপকদবা কাংথোলদুদি স্নাগী লৈতেংগী মথক্তা জিব্রাইলশ হাপ্তুনা অমুক্কা হেন্না ফজরমই। অদুগা পুখম তেঙ্গোৎশিং অদুফাওবা স্না অমসুং জিব্রাইলশনা লৈতেং তৌরমই।

ফকলাংশিংদুদা মাইরেন মচুগী ফি য়াম্থ্রগা স্না অমসুং জিব্রাইলশ হাপ্তুনা লৈতেংলমই। লৈমাইদা থারিবা কাঁপেৎ ফাও স্না ঙাক্তনা লৈতেং তৌরমই। হেকপদা ঙাইহিরিবা অতর গুলাপ লৈনা খুজেং য়ৌবফাও পিক থল্লমই।

অমুক হন্না ঐবু চার্মিয়োনখোয়না লেপলিবা মরক্তা ঐসু লেপ্পনবা য়াথং তৌরকথি। মদুদা চার্মিয়োন, ইরাশ অমসুং মেরিরা লেপ্তুনা ক্লিওপত্রাগী ফম্মুংগী মতুংদা লৈরমই। মদুদা ঐনা লেপ্পদু মীনাই অমগুম লেপ্লমই। মফমদুদা করিসু উপাই লৈতনা মখোয়না তৌ হায়বদু তৌরমই। ঐনা খল্লমই মদুনা ঐগী অরোইবা ওইরগে। অদুবু ঐগী পুক্লিংদদি অঙাওবা শাগুম তৌরমই। ঐনা থাজরমদে ক্লিওপত্রা হায়রিবা নুপিশিনা এন্টোনিগী খ্বাইদগী নুংশিজবী চান্নথোইবী অমা ওইরক্বনি হায়বা মহাক্লা নুপা অনি লোনবগী থৌওংদু ঐনা খাংবা ঙমখিদে। মহাক্লা ঐবু অশুম্না ইকাইবা পিরগা, মীনাই অমগুম থিনা তৌরগা মাগী অপেনবা ওইরমগদ্রা খল্লমই।

অসুম্না য়াম্না ৱানা অমসুং ইকাইনা ঐহাক ক্ষেম লৈবাক্কী ফারাওহনি হায়না নিংথৌগী লুহুপ উপখ্রবা ঐনা মীনাইনুবী মরক্তা লেপ্তুনা রানিনা মাগী ফম্মুংদগী পিরক্কদবা য়াথং ঙাইদুনা লৈরমই।

চাবা থকপা লোইরগা য়ু থকপা হৌরমই। এন্টোনিনা রানিগী ফম্মুংদা ফম্লগা মানা ক্লিওপত্রাগী মাইথোংদা মুন্না য়েংদুনা লৈরমই। মানা রানিগী মনাক্তা হিপথরগা তুমিন্না ৱারি কয়া, লান ঙমলকপগী ৱারি কয়া নাকোং ময়াদা চিরোন তৌরমই। অদুবু ক্লিওপত্রাদি মরম লৈতনা শাওশিন্নরমই। এন্টোনি মাগী ফাগি তৌবদা শাওশিন্নবা মাইথোংদা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌরমই।

এন্টোনি অমসুং ক্লিওপত্রা মখোয় অনিনা হরাও কুম্মে ময়ামদু নোকমিন্নরগা য়েংলমই।

এন্টোনিনা রানিদা হংলকই - 'ইজিপকী খ্বাইদগী ফজবী রানি, ঐঙোন্দা হায়য়ু - নাইল তুরেলগী লৈঙোইশিংসি স্না মতুম অমরা? নহাক্না অহিং খুদিংগী নিংথৌ অমগী লোইপোৎ অমবু চাকলেন অমদা লোইশিনগে তৌবরা? অসুক য়াম্বা স্না অমসুং মমল য়াম্লবা নুঙশিংসি করম্বা মতমদা নঙোন্দা য়ৌরকপগে?''

ঐনা ইথন্তা খনজরমই - লাই ওইখ্রবা মেনকৌ-রাগী মোংফমদগী শেংলবা স্না অমসুং জেমশশিংদু অরেম্বদা য়াম্না ফত্তবা লম্বীদা মাংহল্লে। অসুম্না খন্দুনা য়েংথোকখিবদা ক্লিওপত্রাগী মমিৎকা মিৎচানরমই। ঐগী মিৎয়েংদুগী অর্থ খংলদুনা মানা শাওরংননা মাইকৈ অমদা য়েংশিন্নরমই।

''করিগীনো, পুকচেল চাওরবা এন্টোনি?'' মহাক্না হংলমই। ইজিপ্তুদি মখোয়শিংসি করিসু নত্তে! ঐখোয়গী অরোনবা স্না অমসুং জেমশ য়াম্না লৈ ঐখোয়না পাম্লকপা মতমদা লৌথোক্লগা শিজিন্নবা য়াবা! হায়য়ু, স্নাগী মমলশি করিনো? চাকলেন অসিগী মমল অমদি থক্লিবা য়ু অসিগী মমল কয়ানো?''

এন্টোনিনা মাইকৈ অমদা য়েংথোকলুরগা খুমলকই - ''শেসতেরশিয়া লিশিং অমা ওইবা য়াই।'' (ইংরেজিগী পৈশাদা পাউণ্ড লিশিং নিপান ওইগনি।)

''পুকচেল চাওরবা এন্টোনি, নহাক তঙ্খাই অমতমক খংবা ঙমই। অদুবু অসিগুম্বা মওংদা ঐনা মখোয়শিংসি নঙোন্দা পিবা য়াই অদুগা মখোয় অদুনা মরুপ মপাং ওইবগী নুংশি খুদোল ওইনা পিবনি। অদুগা মসিদগী হেন্না থোইনা ঐ নঙোন্দা হৌজিক উৎপা ঙমই। ঐ ইশামক্না শেসতেরশিয়া লিশিং তরা অমুক্তং চিংবদা!''

''মদু ওইবা য়ারোই, ইজিপকী নিংথিবী!''

ক্লিওপত্রানা নোক্লমই, অদুগা মনাই অমদা গ্লাশ অমদা অঙৌবা য়ুদগী শেম্বা এশিং পুরকউ হায়না থৌদারমই। মদু পুরক্লবা মতমদা অমুকসু রানিনা এন্টোনিগী মাংদা নোক্লমই। মানা হৌগৎলগা রানিগী নাক্তা চংশিল্লগা ফমলমই। মনাক অনকপদা লৈবা মী পুম্নমক রানিনা তৌগদৌরিবা অদু য়েংগদবগী মনাক নক্লা ইকোই কোইশিল্লমই। ক্লিওপত্রানা মনাক্তগী পির্য়ালশ অচৌবা অমা লৌথোক্লগা (মদু দিবাইন মেনকৌ-রাগী হকচাংদগী লৌথোরকপা পির্য়ালশনি) মদু গ্লাশতা য়াউরিবা এশিংতুদা লুপশিন্দুনা থমলমই। এশিং মনুংদা পির্য়ালশ অদু থুনা শৌদোকলমই। শৌদোকপা লোইরবা মতমদা রানিনা গ্লাশতু থাঙ্গৎলগা নিকলমই অদুগা লোইনা থকচিল্লমই।

রানিনা মনাইদুদা লাউরকই - 'এশিংতু অমুক্কা পুরকউ - ঐগী চান থক্লবা তঙ্খাই অমা লোইরে!' মহাক্লা অনিশুবা পির্য়ালশ অদুসু লৌথোক্তুনা থমলমই।

'বাকচুশ অনিশুবা গ্লাশ অসিদি থক্কনু, থকপা য়াদো!' এন্টোনিনা লাওরকখি। রানিগী মখুৎতগী গ্লাসতু মুল্লদুনা।

'ঐ মতিক চানা উখ্রে!' এন্টোনিনা হায়রকই। মিকুপ অদুদা ঐনা নুংঙাইতবা ব্রাখলনা লমজিংলদুনা ঐনা হৌনা লাউনা কৌরমই - 'ও রানি, মতম ওইরে, মেনকাউরাগী শাপ অদু থুংলবা মতম ওইরে!'

ক্লিওপত্রাগী মাইথোংদু অঙৌবা পাপিরশকুম তাইফেৎ তাইরকখি অদুগা ঐঙোন্দা ওনশিল্লগা য়াম্না শাওরমই। মদুদা য়েংলিবা ময়ামদু ঐনা হায়খিবা ব্রাহৈশিংদুগী অর্থ কনাসু খংলমদে। মখোয়দি ইঙক ঙক্লা য়েংদুনা অদুম লৈবমই।

"ফত্তবা ও মঙ্গল পিবা মীনাই!" ক্লিওপত্রানা লাউরকখি। "অমুক্কা হন্না অদুম্না ঙাংলকউ য়োৎচৈনা লেংদুনা হাৎকনি -এ: ফত্তবা তৌবা মী অমগুম হাৎকনি মদুদি ঐ ব্রাশক্লী নঙবু হর্মাচিশ!"

"তাকু অসিনা লাইফাওগুম্বা ঙাংলিবশি করিনো - করি হায়বনো?" এন্টোনিনা হংলমই।

"হায়রকউ শিরাহ! ময়েক শেংনা হায়রকউ নঙনা হায়খিবশিংদু, মরমদি শাপ তৌরিবা অদুনা মাংজৌননা ব্রার্নিং তৌফম থোকই। (এন্টোনি)

"ঐহাক লাইশিংগী মনাই অমনি, পুকচেল চাওরবা এন্টোনি। লাইশিংনা ঐগী পুক্লিংদা থম্লকখিবা অদুমক ঐগী চিন্দা হায়দোকখিবনি। মদুগী অর্থ ঐদি খংজদে।" ঐনা নোল্লুক্লা খুমলমই।

"ওহ, ওহ! নঙ লাইশিংগী শেবা তৌই হায়বা! নঙদি মখল কয়াগী অঙকপা থৌওং থেংনরবনি!" ঐনা শেৎলিবা ফিজোলদুগা মরি লৈননা মহাক্লা মসি হায়খিবনি।

"ফরে, ঐদি লাইরেম্বীশিংগী শেবা তৌই। মখোয়দি হেন্না থোংনা নৌবা ঙাক্তনি। ঐনা হায়দোকখিবদু লাইনা ঐগী পুক্লিংদা চংলক্তুনা হায়হনখিবা ওইগনি। ঐ মদুদা হায়খিবশিংদুগী অর্থ ঐদি অমত্তা খংজদে।"

মহাক্লা ৱাহং খর হংগদবগুম ক্লিওপত্রাদা য়েংলমই। "তাকু অসে ওইনিংবা ওইশনু," রানিনা য়াম্না খাংঙমদবা মওংদা হায়রমই। "হয়েংদি তাকু অসিদগী মপুং ফানা নাম্থোকপা ঙম্লগনি!"

ঐনা মখোয়দা খুরুম্নম্নগা মফমদুদগী থোরক্লমই। ঐনা অসুম চংনা চংনা মখোয়না ঙাংনহৌবদু তারমই :- এন্টোনিনা হায়রমই - "ফরে মহাক তাকু অমা ওইবসু য়াই অদুবু মহাক অসিদি নহাক্কী পাঞ্জি অমনি। অদুগীসু মথক্তা মহাক অসি নিংথৌমচা অমগুম ঙাংবা শকপা তৌই, নিংথৌ অমগুম স্বর হোল্লি অমসুং নিংথৌ অমগুম য়েংবা খোংপা তৌই। মহাক নিংথৌ অমগুম পাইরক্কী লৌশিং লৈ।"

থোঙগী মপান্দা ঐ করি তৌগদগে খংদনা লেপ্তুনা লৈরমই। ঐনা লেপ্লিঙৈদা কনাগুম্বা অমনা তুংদগী ঐগী খুংতা পাইরকখি। হন্না য়েংথোকলুবদা চার্মিয়োন ঐগী তুংদা লেপ্তুনা লৈরমই। মহাক চাকলেন্দুদা মী মশিং য়ামখৎলকপদুদা নাম্থোক্তুনা ঐগী তুং ইল্লকখিবনি।

ঐহাক্কী ৱারবা মতম, খুদোংথিবা তারবা তানজাদা অমসুং উপাই লৈত্রবা তানজাদা চার্মিয়োন্না ঐগী নাক্তা লেপখিবা নুপিনি। মানা তুমিন্না ঐগী নাকোংময়াদা - "ঐগী তুং ইল্লকউ, নহাক খুদোং থিবদা লৈরে"!

ঐনা মাগী তুং ইন্নদুনা চৎলমই। ঐনা মঙোন্দা হংলমই - "কদাইদনো ঐখোয়না চৎলিবশি?"

মহাক্লা খুমলকখি - "ঐগী কাদা!" কিবিরুনু! ঐখোয় ক্লিওপত্রাগী কোর্টকী নুপিশিংসি অফবা মিংচৎ লৈবনি। কনাগুম্বনা ঐখোয় অনিবু উরবদি মখোয়না খনগনি নুংশিনবগী ৱারি চিকথনবা চৎলিবনি হায়না। মসিনি মফমশিদা চৎনরিবা মওং মতৌনি।"

ঐখোয় অনি মীয়াম মথং মথং লাম্থোক্তুনা অখুবা চংফম অমদা চংলগা শিড়ি কাখৎলমই। মথক্তা অহাংবা কা অমদা চংলমই। ঐখোয় অনি তুমিন্না থোঙ অমদা চংলমই। মদুগী কাদু ইমম মমলমই অদুবু মহাক্লা থাউমৈ অমা চুখৎলমই। কা অদু অপিকপা থোঙনাও অমত্তং পানবা ওইরমই।

ঐনা থাওমৈগী মৈঙান্দা কোইনা লৈনা য়েংবদা তেবল মচা অমদা নুপিশিংগী কেবদা শিজিন্নবা পোৎলম ঙাক্তা লৈবা উরমই। মথংদা ঙৌরোক ঙৌরবা ফম্মুং অমা,

লৈতেং য়াম্না তৌরবা মোমপাকফি, কাংখল অমসুং ফজরবা মোনখুম উরমই। ফম্মুংগী মনাক ওইরপ্লা অলমারি অমা তরু তরু থারমই।

"ফম্মু , হৰ্মাচিশ!" মানা, তেবল মনাক্তা লৈবা চৌকিদুদা মখুৎনা থিল্লগা হায়রমই। মানা ফম্মুংদা ঐনা চৌকিদা মাই মাই ওনশিন্নরগা ফমলমই।

"নঙনা হোলদু থাদোক্লগা থোকখিবদা ক্লিওপত্রানা হায়খিবদু নঙ তাবরা?"

ঐনা - "ঐদি তাদে, খংদে!"

"নঙগী তুংদা মহাক্না য়েংদুনা লৈহৌই। ঐনা মাগী থবক অমা তৌগে নিংদুনা মনাক্তা চংলুবদা রানিনা মচিন্দা মুরুম মুরুম মথন্তা শোনজরমই। শেরাপিশ য়েংদুনা ৱাশক্পী, ঐ মাবু লোইশিন্নবা তৌগনি। ঐনা মাবু হাৎকদবা মখা তানা ঙাইবা তৌররোই। হয়েং মাবু মখৌরী মেৎলগা হাৎকনি!"

ঐনা হায়রমই - "ফরবসু ফৎত্রবসু তৌখ্রিবা ময়ামদুনা, মানা ঐবু হাৎকনি হায়বদি থাজবা ঙমদে।"

মানা হায়রমই - "নহাক করিগী থাজদ্রিবা? নহাক খ্বাইদগী পংবা নুপা অমনি! অলাবষ্টর হোলদা নঙ অশিবগী খয়াৎতা তারুবদু নঙ কাউরবরা? কনানা নঙগী থৱাই কনখি - কনানা হেরেমদা থবক তৌবীশিংগী ছোরিদগী নঙবু কনখি? মদু ক্লিওপত্রানা নঙবু কনখিবরা নৎত্রগা ঐ অমসুং ব্রেননুশনা কনখিবরা? ঙাইখো, ঐ হায়খিগে! নহাক্না মদু থাজবা ঙমদে হায়বা? হন্দক্তা নুপি অমা নঙগী নুপিনি হায়খ্রবা অদুনা নঙবু হাৎনবা তৌখিবা অদু করম্না কাউদৌরিবা? নত্তে, পাউখুম অমত্তা পিরকউ! ঐদি লোইনা খংঙি - নহাক্না ক্লিওপত্রাগী নমথাক লাংদু ফজনা খংলুদে। অদুগা মাগী ফত্তবা ৱাখল অমসুং ফত্তবা খুজিন থৌরাং, থম্মোইনুংদা লোৎতুনা লৈবা অমুবা থৌরাংশিংদু নঙদি অমত্তসু খংলুদে। মহাক্না নঙবু অলেকজেন্দ্রিয়াদা শোয়দনা হাৎলমগনি। মহাক্না নং হাৎখ্রবা তুংদা মপান্দা লাংলক্কদবা - লাউরক্কদবা ময়ামদু কিজরমই। মরমসিনা নঙবু মফমশিদা পুরক্লীবশি নঙবু লুহোংবিগে পুরকপা নত্তে, নঙ কনা খংহন্দনা হাৎতোক্কে খনবদগীনি। নঙবু মফমশিদা লোইশিনবা য়ানবনি। মসিদগী হেন্না নঙ মঙোন্দা করি পিখিগে হায়বনো? মহাক্না নঙবু নুংশিবা মাগী থম্মোইনুংদা লৈ অদুগা নঙগী অকনবা থৌনা পাঙ্গল অমসুং নশক ফজবা মানা কল্লকই। মানা নঙগী নিংথৌমচা ওইবগী অধিকারদু ফিনা খুমজিন্দুনা থম্বগুম থমই। নঙবু য়াথং ঙাইদুনা লৈবা মীনাই নুপিশিংগী মরক্তা লেপহন্দুনা তোল্লবা মীনাইগুম থম্বীরি। মহাক্না ঙমদুনা মোংফমদা লোৎতুনা থমজবা য়া অমসুং মমল য়াল্লবা জেমশশিং লোইনা লৌথোকল্লে!"

ঐনা - "এহ, নহাক লোইনা খংবরা?"

চার্মিয়োন্না খুমলকই - "হোই, ঐ লোইনা খংঙি। অদুগা ঙসি অহিং য়েংঙু, কমদৌনা স্না অমসুং জেমশশিংদু ক্ষেম লৈবাক্কী মাইয়োক্তা শিজিন্নবগে হায়বা। অদুক য়াম্বা স্না অমসুং লনথুমশিংদু মেশেদোনিয়ানগী ইকাই খংদবী রানি অসিগী কেবা মৌবদা শিজিন্নবগে হায়বদু য়েংলোলাও। নহাক্না মসিসু য়েংঙু মানা নঙবু করম্না ময়াম মমাংদা লুহোংগে ব্রাশকখিবা অমসুং মদু পুম্বা নমথাক ঙাক্তনি হায়বা নমিৎনা য়েংলোলাও!"

ঐনা হায়রমই - "এ, ঐ মসিসু য়াম্না ফজনা উরে মদুদি মাগী ব্রাশক মানা ঐবু নুংশি হায়খিবা অদু ওইদবা নমথাক্নী হায়বা।" "মহাক্না নঙবু নুংশি হায়না ব্রাশকখি হায়বা?" চার্মিয়োনগী অমুবা মমিৎ অনিদু থাঙ্গৎতুনা যেংলগা হংলকখি। "হৌজিক ঐ নঙোন্দা উৎকে মহাক্না নঙবু করম্না নুংশিবগে হায়বা। মসিগী য়ুম অসি পুবোহিৎশিংগী কোলেজ অমনি। নঙনা খংলিবনি পুরোহিৎশিংদি মখোযগী লমচৎ শাজৎ ময়ামদগী তোংঙাল্লি। মসিগী কা মচাশি মতম খরগী মমাংদা পুবোহিৎশিংগী মকোক ওইবা নুপাদুনা লৈরমই। অদুগা মনিংদা অমসুং মখাদা লৈরিবা কাশিং অসিদা মখোয় ময়ামগী তিন্নফম ওইবমই। অহল ওইরবী মীনাই অদুনা পুমনমকশি ঐঙোন্দা হাযবনি। হৌজিক ঐনা নঙোন্দা উৎকদবদু মহাক্না তাকলকপনি। তুমিন্না ঐগী তুং ইল্লকউ, হর্মাচিশ!" অদুদগী চার্মিয়োন্না থাওমৈদু মুথৎলমই। মিহুৎথোঙগী কাবক্তা চংলকপা মঙালদা মানা ঐবু কা অদুগী অরোইবা কাচিন অমদা লমজিংলমই। কাচিন্দুদা মহাক্না ফক্লাংদা মখুৎনা নমশিল্লমই। অদুম্না নমশিনবদা অতোপ্পা থোঙ অমা হাংদোক্লকখি। ঐখোয় মথং মথং চংলমই। মানা ঐগী তুংদা থোঙদু থিংজিল্লমই। হৌজিক ঐখোয় অনি অপিকপা কা অমদা তুমিন্না লেপ্লমই। য়াম্না শোনবা অপিকপা মঙাল অমনা থোঙ দুদগী ফাওদোবকখি। অদুগা মীনা ব্রারি শাবগী মখোল তারমই। মানা ঐগী খুৎতা পাইরম্বদু থাদোক্লম্লগা পাকথদুনা তুমিন্না অপিকপা কাদুগী অরোইবফাও চংশিল্লমই। মানা তুমিন্না ফক্লাংগী খজিক্তং হোবদুদা য়েংলমই। অদুদগী মহাক্না পাকথ পাকথ অমুক ঐগী নাক্তা হন্দোরকখি। মানা ঐগী নাকোংদা মখোল থোক্তনা 'তুমিন লৈয়ু!' মাগা লোইননা মাংলোমদা খরদং চংশিল্লমই।

অদুদগী ফক্লাংদা অহোবা মখুন মচা অমা লৈবদু ঐনা উরমই। মখুলদু নুঙ অমনা খনখিদুনা পাক উবা ফংলমদে। ঐনা নকশিল্লগা মখুন অহোবদুদা য়েংশিল্লমই।

মদুদা য়েংথবদা মখাদা অপিকপা কা অমসু লৈরমই। কা মচাদু পিকচরবসু থাওমৈগী মৈঙান্দা ইবং লংনা ফজরমই। মদু রানি ক্লিওপত্রাগী তুমফম কা ওইরমই।

ঐখোয়না লৈরিবা অদুদগী রানিগী ফম্মুং ফাওবা ফুট তরামুক ওইগনি নিংলমই। লৈতেং কয়ামুক তৌরবা ফম্মুংদুদা রানি ফমদুনা লৈরমই। মাগী মনাক্তা এন্টোনিসু ফমলমই।

অপিকপা কাদু অসুম্মা শাখিবনি মদুদি মনুংদুদা ব্রা অমত্তং ঙাংবদা কা মথং মথং লোইনা তারমই। রানি ক্লিওপত্রানা হংলকই - "ঐনা শিনজবা চাকলেন্দু হাওবরা, পেল্লবরা?" অচৌবা শিফাই অমগী খোম্থোক্তা হায়রকই - "এহ্, ইজিপকী রানি, ঐনা পিজখিবা চাকলেন কয়া য়াওখ্রবনি অদুগা অতোপ্পা লৈবাক কয়াদা চাকলেন কয়াসু চাখ্রবনি অদুবু নহাক্কী চাকলেন অসিমুক হাওবদি অমুক্তা চাখিদ্রি। ঐহাক নুপিগুম্মা থোৎনা নৌনা ঙাংবদি হৈতে। নহাক্না পৃথিবী মনুংদা খ্বাইদগী মশক ফজবী নুপিনি হায়নিংঙি। নঙগী খজাই ঙাংলিবদু য়েংলুরগা য়ু অঙাংবদু ঙাংখিদ্রে। নঙগী মনম নুংশিরবা শমদু মনম নমলুরগা অতর গুলাপকী মনমদু নুংশিখিদ্রে। সমুদ্রাগী ঈশিং মচুগুম নিংথিজবী মিৎ অনিদু য়েংলুরগা শেফাইয়ারগী ফজবদু ফজবা ওইরমদ্রে!"

"করিগীনো এন্টোনি? নঙগী খোইহিংগুম থুমলবা থাগৎ ব্রাহে অদুবু ঐঙোন্দা চিঠি ইরকপদা য়াম্মা তমথিবা মীগুম ইরকপা করিগীনো? করিগীনো অদুক ব্রাংনা থাগৎপিরিবা ঐবু?"

"এহ, মদু চাওরবা নিংথৌ নৎত্রগা রানিনা তৌবা অচৌবা চাকলেন অমনি। নহাক্না মমল য়াম্লবা পির্য়াশশিং মাংহনবদু করিগীনো? অদুগা নঙগী পাঞ্জি অদুনা পুং তারে হায়রকখিবদু করি হায়রিবনো? মহাক্না ও মঙ্গল ওইবা শাপকী ব্রা মেনকৌ-রাগী শাপ হায়রিবদু করিনো?"

অব্রাবা নুংঙাইতবগী মমি অমা রানিগী মাইথোংদা তারমই। রানিনা হায়রকই - "ঐ খঙদে, মহাকসি হন্দক্তা মকোক্তা য়াম্মা থিনা শোকলমই ফুনবা খৎনবদা। ঐনা খনবদা মাগী মকোক্তা শোকখিবদুনা মা মাথা অমা তৌরে - ঙাওরবগুম তৌরে!"

"মহাক অঙাওবা মান্দে। মানা হায়খিবদু ঐগী নাকোংদা ঙংদুনা লৈরি। মাগী ব্রাঙাংদু তুংগী লাইফাও তৌবা ঙম্বা ওরেকল অমনা হায়রকপনি। মহাক্না অঙাওবগী মিয়েং অমনা নঙবু মুন্না য়েংদুনা লৈখি, ইজিপকী রানি! মাগী মিয়েংদু নহাকপু য়াম্মা নুংশিনা য়েংবা অদুগা নুংশিবদগী তুক্কচরকপা মিয়েৎ য়াওখি।"

"পুকচেল চাওরবা এন্টোনি, ঐনা নঙোন্দা হায়রিবাশিনি, মহাক অঙকপা নুপা অমনি। মহাক লাইরিক লাইশু য়াম্মা হৈরবা অমসুং য়াম্মা খং হৈরবা মীনি। ঐদি মাবু অশেংবমক কিজে মরমদি মহাকশি থাইনগী ইজিপকী অরোনবা অর্টশ মুন্না খংবা নুপানি। খংজিল্লু মহাক নিংথৌমচা অমনি। মানা ঐবু হাৎনবা খুজিন থৌরাং তৌখি। অদুবু ঐনা মাবু নমথবা ঙমখি। ঐনা মাবু হাৎপিখিদে। মাদি ইজিপকী অরোন অথুপ পুম্মমক খংঙি। ঐনা মাগী লৌশিং ময়ামদু য়াম্মা পামজে লৌনিংঙি।"

এন্টোনি - "ঐদি তাকু অদুবু য়াম্মা কল্লকই, নহাক্তি কল্লত্রা?"

রানিনা হায়রকই - "হৌজিক্তি ঐনা মাগী লৌশিং জ্ঞান পুন্নমক লৌথোক্লে। অদুনা ঐনা মাবু মখা তানা কিগদবা লৈত্রে। নহাক খংদ্রিবরা, ঐনা মাবু অহিং অহুমচুপ্পা মীনাই অমগুম লেপহন্দুনা থল্লীবনি? মঙোন্দা তৌরিবা দন্দি অসিগুম্না নিংথৌ মচা অমদা ইজিপ্তসু, রোমদসু তৌবিবা য়াওখিদ্রি। ঐগী ফম্মুংগী মতুংদা মহাক্না য়াম্না ইকাইনা লেপ্লদু ঐদি কল্লক পেল্লিবনি!"

শোমদা চার্মিয়োন্না মাগী মখুৎনা ঐগী খুৎতা পাইরগা কন্না নমশিল্লমই - মাগী থোৎলবা নৌরবা মখুৎতুনা। ক্লিওপত্রানা হায়রকই - "মহাক্না ফত্তবা ও মঙ্গলগী ব্রা ঙাংদুনা ঐখোয়বু ব্রাহনবদু তৌররোই মহাক হয়েং অয়ুক শিরনি মাবু য়াম্না লোন্না হাৎকনি। মাবু কনানা অমসুং কমদৌনা হাৎখিবনো হায়বা কনামত্তা খংহল্লোই। ঐনা মাগী মরমদা ব্রা ঙাংলিঙৈ মতম ফাওবদা ঐনা ইশাদ কিবা পোকই। মহাকপু হাৎত্রিফাওদি ঐ স্বর হোনবাফাও নিংথিনা হোনবা য়াদ্রে!" মহাক হৌগৎকে তৌরমই। এন্টোনিনা রানিবু চিংখৎনবা মখুৎ পাইরমই অদুগা হায়রকই - "হয়েং অয়ুক ফাওবদি মহাক অদুম লৈরশনু। শিফাইশিংসেঁ য়ু ঙাওদুনা লৈনরে। য়ু ঙাওনা ঙাওনা মী হাৎপা মওং তারোই। মসি মিনুংশিসু পোকই। মীনা তুমলিঙৈদা মখৌরি মেৎলগা হাৎপশি তৌবা পামদে!"

হয়েং অয়ুক য়ৌববদি উমাইবীদু পাইথোকখিবসু য়াই!" ক্লিওপত্রানা ব্রাখল অমা খল্লগা খুমলমই - "হাঁমাচিশ হায়রিবা নুপাশি মনাসু য়াম্না শিংবনি। মহাক্না মিকুপ্তা হৌগৎতুনা মঙোন্দা মতেং পাংলনবা হৌনা লাউনা কৌরকপসু য়াই। হৌজিকসু ঐনা ঙাংবশি মাগী পুক্লিংদা তাবস্না য়াই। মহাক্কী মনম অমসুং মাগী স্বর হোনবা ঐঙোন্দা ফাওই। ঐঙোন্দা কন্না পাইবক্কনু। ঐগী লুহুপ অসি নাবনা লোইরে, লৌথোকপিরো! ঐঙোন্দা অব্রাবা পিবিগনু!"

এন্টোনিনা রানিগী স্নাগী লুহুপ্তু লৌথোকপিরমই। অদুদগী রানিনা নাকন নাকন্দা তারক্লীবা শম ময়ামদু খোমগৎলগা মতুংলোমদা থাদোক্লমই।

"অমুক হন্না নঙগী লুহুপশি উপশিনবিবা য়াব্রা?" মহাক্না রানিদা হংলমই।

"নঙগী লুহুপশি ঐগী খুৎতগী নশানা লৌজৌ, ঐনা উপশিনবিবদি তৌরোই, অদুবু চেকশিন্না উপ্পবদি ঐ তৌগনি!" "করি হায়রিবনো ঐগী ইবুংঙো?" রানিনা এন্টোনিদা হংলকখি।

"ঐনা করি হায়রিবা? নহাক মফমশিদা করিগীদমক লাকলিবা? নঙোন্দা শিরিবা মরাল অদুগীদমক করি পাউখুম পিদৌরি? ইজিপকী নিংথিবী, নঙ মসিমসু খংঙু, হন্দক্কী মতাংশিদা নঙ নত্তনা অতোপ্পা ওইরন্নবদি রানি অমা ওইনা ইজিপ্তা হনখিবা য়ারোই। মসিগী মরমদি নঙোন্দা শিরিবা মরালশিংদু অশেংবমক অচুম্বা ঙাক্তনি।

অদুবু, নহাক্কী নশক নতৌ ফজবা পৃথিবীগী নুপা খুদিংমকপু শুমহৎপা ঙম্বী, পুম্নমকপু ঙাওহনবা ঙম্বী শবান মুর্ত্তি, মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীনা নঙোন্দগী হেন্না ফজবী অমত্তা পুথোকখিদ্রি, মতুংদসু ওইথোকলোই! নহাক্কী ফজবা নিংথিবা পুম্নমকশি য়েংলগা নহাক্কী নরাল পুম্বা ঐনা ঙাকপিরবনি কোকপিরবনি। অতোপ্পদা ঐনা কৈদৌনুংদা ঙাকপিরোইদৌবা অদু নহাক্কী ফজবদা শুমহৎলবা ঐহাক্না ঙাকপিরবনি। হৌজিক য়েংঙু, কয়াদ ফগ্নবা নুপি অমগী লৌশিং অমসুং নুংশিবা শক্তম! মদুনা নিংথৌ অমবু মাগী তৌগদবা মথৌপুম্বা লোইনা কাউহনবা ঙমহল্লি। মদুনা অচুম্বা বিচার তৌগদবদু মমিৎ তাংহল্লি অমসুং অরানবা লম্বীদা লমজিংবা ঙমই। নহাক্কী স্নাগী লুহুপ অসি অমুক হন্না লৌজরো, ও ইজিপকী নিংথিবী। হৌজিক্তি মসি লুমজরবসু ঐনা মসিবু চেকশিন্না ঙাকশেনবা ঐগী ইথৌনি!”

রানি ক্লিওপত্রানা খুমলকই - ‘পুকচেল চাওরবা এন্টোনি! হায়রিবশিংদু নিংথৌ ওইবগী ৱাহে-ৱাতা ঙাক্তনি। পৃথিবী জয় তৌবা ঙম্বা নুপা অমনা ঙাংথোরকপা মতিক চাববনি। ঐগী অবানবা কয়া লৈরবসু নুপি পুম্নমক্না লাইনি হায়না খংনবিবা নুপা অদুগী মথক্তা কবম্বা নুপিনা থাং হাইগৎপা ঙমগনি? নুপি ওইবিগী ইং তপচবা, ইকাইথিবী ওইবা অদুদগী মপান থোক্না ঐ করি অমুক হেন্না হায়বা ঙমগনি?

করি তৌরবগে? লুহুপ অসি অমুক্তা উপশিনবিয়ু মতিক মগুন লৈরবা এন্টোনি। নহাক্না পিবিবকপা খুদোলনি খন্না ঐ লৌজগে।

হৌজিক্তি, ঐশে নঙগী নখাদা লৈবা রানি অমনি। ঐ অমসুং ইজিপকী প্রাজা পুম্নমক এন্টোনি নঙোন্দা ইকাই খুমননা খুরুমজরি। নহাক্তি রোমগী নিংথৌবেলনি অদুগা ক্ষেম লৈবাক্কী মবুংঙোনি।”

হৌজিক এন্টোনিনা স্নাগী লুহুপ অদু ক্লিওপত্রাদা উপশিনবিরগা রানিবু মুন্না যেংলমই। এন্টোনি, অপাম নুংশি ৱাখলদা থুমহৎখিদুনা ক্লিওপত্রাবু মখুৎ অনিনা কোনশিল্লগা মঙোনলোমদা চিংশিল্লমই অদুগা অহুমলক হন্না চুপলমই। লোইবা খম্বা লৈতনা চুপ্পবা তুংদা মানা রানিদা হায়রকই - “ক্লিওপত্রা, ঐনা নঙবু নুংশি! নুংশিবী, ঐনা নঙবু মমাংদা অমুক্তা নুংশিখিদবগুম য়াম্না কল্লক মীহৌবগা লোইননা নুংশি!”

রানিনা তুংলোমদা খজিক্তং তেকথোক্তুনা খাংলগা, য়াম্না নুংশিনা নোকফেৎ তৌরমই। মহাক্না অদুম্না নোকপদুদা মাগী লুহুপ্তা য়াওবা স্নানা শাবা লিন অদু লৈমাইদা তারগা থরো থরো ওনশিনখিরমই।

ঐনা ফত্তবা ও মঙ্গল ওইবদু ইমিৎনা উরমই। ঐগী থম্মোইনুংদা মৈ চাকখৎলকপগুম তৌনা শাওনিংবদু খম থেংলমই। ঐনা মদু ফত্তবা শাক্কিনা পিবনি

হায়না খল্লমই। ক্লিওপত্রানা য়াম্না নুংশিনা হংলকই - “নঙনা ঐবু নুংশি হায়বা? নঙনা ঐবু নুংশি হায়বা ঐ করম্না খংগনি? নঙনা খ্বাইদগী নুংশিবা নুপিদি ফুলভিয়ানি - ফুলভিয়া নঙনা লুহোংদুনা লৌবা নহাক্কী নুপি!”

“নত্তে, ঐনা নুংশিবা ফুলভিয়া নত্তে! ঐনা নুংশিবদি ক্লিওপত্রা মথন্তনি। নুপি কয়া কয়ানি ঐবু পামদুনা য়েংঙিবা - ঐনা অঙাং নুপামচা ওইরিঙৈদগী ঙসি ফাওবদা অদুবু কনাদসু ঐনা নঙোন্দা অপাম নুংশি ফাওরিবা অসিগুম্বদি অমুক্তা থোকখিদ্রি! ও, নহাকশে পৃথিবীগী অঙকপশিংগী মরক্তা নঙসু অমনি। নঙগুম্না নিংথিবা ফজবদা নুপি কনাসু ওইখিদে তুংদসু ওইরকলোই - ক্লিওপত্রা! নঙ ঐবু নুংশিবা ঙমব্রা ঐহাক অকনবা নিংথৌ ওইরি হায়বগী নত্তবদা নৎত্রগা শক্তি য়াম্না লৈবা নুপানি হায়বগীদমক নত্তবা নৎত্রগা ঐনা নঙোন্দা পিরিবা ময়ামশিগীদমক নত্তবা? হায়রো নুংশিবী, ঐবু নুংশিবরা?

ওহ, নঙনা ঐবু নুংশিরবদি, ঐহাক রোমগী কেপিটোলদা পৃথিবী অপুনবগী মপু ওইবগী লুহুপ উপতুনা শিংহাসন্না ফম্বা অদুগা মান্ননা হরাওগনি।”

এন্টোনিনা ব্রা ঙাংলিঙৈদা ক্লিওপত্রানা মাবু নুংশিনা য়েংদুনা লৈরমই। রানিনা হায়রকই - “নঙনা ইচম চম্না ব্রা ঙাংলি। নহাক্না ঙাংখিবা পুম্নমক ঐঙোন্দা খোইথুম্নখি মরমদি করম্বা নুপিনা পৃথিবী জয় তৌবা ঙম্লবা মহাক অদুনা নুপি অদুগী মখোঙদা তুররবদা, নুংশিদবা ঙমগদগে? অদুবু এন্টোনি নঙগী ব্রাহৈশিংদুদগী হেন্না থুম্বা করি লৈরমগনি? ও, এন্টোনি, নহাক্না খংলোই, খংনবা হোৎনবসু ঙমলোই। কয়াদা নুংশিবা ঐগী পুন্সিনা ওইরকখিবদু ইহাং হাংখিবদু। নুংশিবতনা নুপি অমগী অচিকপদু থুগাইবা ঙমই। ঐনা নুংশিবা তৌখিদে নুংশিবা ওইরক্লবসু ঐ তৌখিদে নুংঙাইরবা ঙসি অহিংশি নত্তনা! এ, ঐবু চেৎনা কোনশিনবিয়ুঃ ঐখোয় অনি ব্রাশক্তুনা অচেৎপা নুংশিবা থম্লশি! অচেৎপা ব্রাশক অমুক থুগাইবা ঙম্লরোইদৌবা ঐখোয়না শংসারশিদা হিংলিবমখে। য়েংঙু এন্টোনি, ঐনা নমাংদা ব্রাশক্তুনা হায়রি মতম পুন্বগী ওইনা - পুন্সিগী ওইনা ঐশে নহাক্কীনি - নহাক নথন্তগীনি!”

অদুদগী চার্মিয়োন্না ঐগী খুৎ পাইরগা মফমদুদগী চিংথোক্লমই।

মহাক্না ঐঙোন্দা হংলমই - “নহাক মপুংফানা উরবরা?”

ঐনা খুমলমই - “হোই, উরে! ঐগী মীৎ অনি পাংলে।”

# চেপ্টর তরাতরুক শুবা

(চার্মিয়োনগী খুজিন থৌরাং, মহাক্না অশেংবা ব্রাফমদু হার্মাচিশতা লোইনা হায়দোকপা অমসুং হর্মাচিশকী পাউখুম)

মতম ঙহাক ঐ কোক লুকথরগা ফমলমই। ঐ খম থেংনা ইকাইবা নংবদু থম্মোইনুংদা খাংঙমদনা ফাওরমই। মসিনা অরোইবা হায়বদু ওইরশনু নিংলমই। মরমদি মসিনা ঐগী ব্রাশকসু নমথাক তৌবিরে। মসিগীদমক ঐনা পিরামিডকী অরোনবা কয়াদু হায়দোকখ্রবনি। মসিগীদমক ঐনা ঐগী লুহুপতু মাংহনখ্রবনি, ঐগী মিংচৎ পুম্ন মক, ঐগী অশা পুম্নমক মাংহনখ্রবনি। পাকচাওরবা পৃথিবী অসিদা ঐঙোন্দগী হেন্না ব্রাবা, ঐঙোন্দগী হেন্না ইকাইবা নঙবা মী অমা লৈরম্নরোই। ঐ কদাইদা চৎকনি? ঐ করি তৌবা ঙমগনি? ঐনা নিংবা কাইবগী অমসুং ইকাইবা নংবগী নোংনুংশিৎ মরক্তা কল্লকপা খন্নবনবগী খোল্লাও অমনা ঐবু হৌনা লাউনা কৌরকখি। মরমদি ঐনা নুপিশিবু নুংশিরমই। অদুগুম্বা নুপি অদুদা ঐগী লৈজবা পুম্বা লোইনা পিথোকখ্রবনি। এহ, ঐ মসি খল্লুরগা খাংবা ঙমলমদে। ঐহাক্কী হায়নিংঙাই লৈতনা ব্রারবা মতমদা মিৎতগী পি লেপ্পা লৈতনা তারকখি অমসুং পুক্লিং নুংশিনা কপ্লমই।

অদুদগী চার্মিয়োন্না ঐগী নাক্তা চংশিল্লকখি অদুগা মহাকসু পুক্লিং য়াম্না নুংশিনা কপথোরকখি। মহাক্না হিক হিক কপ্লগা ঐঙোন্দা হায়রকই - "কপকনু, হর্মাচিশ!" মহাক্না ঐগী নাক্তা নিঙ্গাংনা ফমথরগা হায়রকই - " ঐ নঙনা কপ্লদু য়েংবা ঙমজরোই। ওহ, করিগীনো নঙোন্দা হান্না খুদোংথিবা লৈরে খংহনদ্রিবা? তারো হর্মাচিশ! নঙসু তারবনি, কৈ অমোমগুম্বী নুপিদুনা হায়খিবদু - হয়েং নহাকপু মীহাৎপশিংগী মখুৎতা শিন্নগদৌরি!"

"মদু ফরে," ঐনা স্বর মতেক ওইনা খুমলমই।

"নত্তে, মসি করিসু ফত্তে! হর্মাচিশ, অরোইবা অসিদসু মহাক্না নঙবু ঙমহনগনু। নহাক্কী থব্রাইদু নত্তনা লোইনা মাংখ্রবনি। নহাক্কী থব্রাই হিংহৌরবদি তুংগী অশা লৈরি - মাংদে। মদুগী অশাদুনা মহাক্কী মথক্তা লমন খুন্বা ঙমগনি।"

"আ:" ঐনা হায়রমই, ঐগী ফমফমদগী হৌগৎলগা, "ঐদি অদুম্না খল্লুদে - এ, লমন খুম্বগী খুদোংচাবা অমা! লমন খুন্বা ঙল্লবদি য়াম্না ফৈ!"

চার্মিয়োন্না স্বর অশাংবা অমা হোন্দোক্লগা হায়রকই- "ঙসি অহিংশি নোংঙানগদবা ব্রাৎলিঙৈদা নঙ ঙস্বমখৈ থুনা য়াংনা মফমসিদগী চেঙ্খোক্কদবনি। মদুগী থৌরাংপুম্বা শিদা লোইনা লৈরে। ঙরাং জহাজ অমা অলেকজেন্দ্রিয়াদগী লাকপদু শিদা থুংলরে। মখোয় হয়েং নোংঙান্দ্রিঙৈদা চৎকদৌরি। জহাজদুগী কেপ্তেন্দু ঐগা মুন্না খংনৈ অদুবু নহাকপুদি খংলোই। হৌজিক ঐনা নঙবু শাইরিয়ানগী ললোনবা নুপা অমা ওইনা শেমদোক্কদৌরি। নঙনা শেৎক্কদবা ফি-রোল শিদা লৈরে। ঐনা জহাজদুগী কেপ্তেন অদুদা চিঠি অমা ইগনি। নঙনা মদু কেপ্তেন অদুদা পিয়ু। মানা নঙবু অলেকজেন্দ্রিয়াফাওবা পুবিগনি। কেপ্তেন অদুগী মফমদদি নহাকসে ললোনবা নুপা অমা ওইনা উহনগদবনি।

ঙসি অহিংসি ব্রেননুশ হায়বা নুপাদুনা গার্দ তৌগদবনি। হায়রিবা ব্রেননুশ অদুদি ঐগী মরুপ্পী অদুগা নহাক্কীসু ওই। মহাক্না নঙবু চেঙ্খোকখিবদা করিগুম্বা খর চিংনবসু য়াই। য়ামদ্রবদা নহাক শাইরিয়ান ললোনবনি। নঙ করি হায়নিংঙি?"

ঐনা অব্রাবা খোনফমদা খুমলমই - "য়াম্না ফরে, মসিগী মতাংদা ঐদি চেকশিন - খোৎচিনবা তৌরোই!"

"মফমশিদা পোত্থাদুনা লৈরো, হর্মাচিশ, ঐনা থৌরাংশিংসি শেম শারিঙৈদা। অদুগা হর্মাচিশ, হেনজিন্না পংব্রা ব্রাগনু! নঙোন্দগী হেন্না ব্রাবা মী কয়াসু লৈরিবনি।"

মানা ঐবু কাদুদা থনম্লগা চৎখিরবই। মহাক্না চৎখ্রবা তুংদা ঐগী কোক্তা অব্রাবা, নুংঙাইতবা, মীনা লাকচখিবা অমসুং হায়ফম খংদনা ইকাইবনা ফম্মুংদুদা হিপ্পদু মৈ মথক্তা হিপ্পগুম তৌরমই।

অহিং নোংয়াইদা সমুদ্রাগী ঈশিং ইমাইদা অমুক অমুক ঙানথোরকপগুম ঐগী লমন খুমনিংবগী অপান্বদু মম্লবা ঐগী পুক্লিংদা লাক্লগা অমুক অমুক ঙানথোক্লমই। থোঙজিন্দা ঐনা চার্মিয়োন হল্লকপগী খোঙথাং মখোল তারমই। ফি-রোল ঙাক্তা বোরা অমা পুরকপগী ব্রাবনা মহাক স্বর চাওনা হোল্লদুনা মনুং চংলকখি।

মহাক্লা হায়রমই - "মসি য়াম্না ফরে। মসিদা শেৎকদবা ফিজোলদু লৈরে, ফজনা শিলাইকা তৌরবনি। মনুংদা নহাক্কী দরকার ওইরক্কদবা খুদিংমক লোইনা য়াওরবনি। ঐনা ব্রেননুশসু উন্নরক্লবনি। ঐনা মঙোন্দা হায়রমই শাইরিয়ান ললোনবা নুপা অমখক নোংঙানগদবা খর ব্রাৎলিঙৈদা গেৎতগী থোকখিগনি। পাশ ব্রার্ড লৈরবদি য়াই হায়না মহাক্লা খুমলকই। জহাজগী কেপ্তেন অদুদা পিরুগদবা ঐনা ইবা চিঠিদু শিদা লৈরে। নহাক্লা কাখৎকদবা জহাজ ওন্ননা চংলুনু। নঙগী জহাজদুদি য়েৎথংবা তোর্বান্দা লৈবনি। জহাজদু অপিকপনি, অমুবা মচুগী রং তৈবনি। নহাক্লা মনুংদা হেক চংবগা হি হোনবশিংদু হোন্দোক্কদবগী ঙাইদুনা লৈরমগনি। নহাক্লা মীনাই ওইবগী ফি-রোলদু হোংদোক্লীঙৈদা ঐ মপান্দা ঙাইদুনা লৈগনি। মহাক্লা মপান্দা থোখ্রবা তুংদা ঐনা শেৎলকপা ফি-রোলদু লোইনা শেগাইরমই। মখোয়দু লৈমাইদা থন্নগা তিন শিৎচিল্লমই অদুগা খোঙনা হন্না হন্না নেৎল্লিমই। অদুদগী ললোনবা মীনা শেৎকদবা ফিজোলদু শেৎচিল্লমই অদুগা টেব্লেৎ অদুনা খ্বাংদা পুনশিল্লমই। খোঙদা তোংলিবা শেন্দলদুনা শউনগী মরিদু কন্না ফাজিল্লমই। ঐগী খ্বাংদা ছুরি অমসু হাপচিল্লমই।

ঐনা ফি-রোল শেৎপা লোইরবা মতমদা চার্মিয়োন মনুংদা চংলকখি। মানা ঐবু মুন্না য়েংলগা হায়রকই- 'নহাক হৌজিকসু নিংথৌমচা হর্মাচিশ অদুম মাল্লি, মসি য়াদে ওস্তোক্কদবনি!"

মহাক্লা মাগী তেবলদগী কাতি অমা লৌরগা ঐগী নাক্তা লাক্লমই। ঐনা ফমথরবা তুংদা মানা ছো ব্রাইখুগী মরিদু চপথৎলমই। ঐগী শমদসু ব্রাংখৎনা ককলমই। মানা মীৎতা শিজিন্নবা অমুবা কাজল অদুগা অতোপ্পা মচু অমগা য়ান্নরগা ঐগী মাইদা ফজনা তৈশিনবিরমই অদুগা ঐগী খুৎ অনিসু অমুবা তৈরমই। অদুগা ঐগী কোক্তা লৈবা অঙৌবা দাকফমদুসু অমুবা তৈশিল্লমই।

"হৌজিক নহাকসে পুরা অতোপ্পা মী অমা ওল্লে। মশক য়াম্না থিবা নুপা অমা ওইরে।" মহাক্লা নোক্লগা ঐঙোন্দা হায়রমই। "ঐ মক্লা নঙবু নশক খংবা ঙমদ্রে! অমুক্তা ঙাইখো, করিনো অম্মা ব্রাৎলি!" মহাক্লা মাগী ড্রোয়ার চিংথোক্লগা য়াম্না লুল্লবা স্না ঙাক্তা য়াওবা খাও অমা ঐগী নাক্তা পুরকখি। মানা হায়রকই - " মসি পাইশিল্লু, নঙনা পৈশা পামলকপা মতাং লাক্লগা মসি শিজিন্নৌ!"

"চার্মিয়োন, নহাক্কী স্নাশি ঐ লৌবা ঙমলোই!"

"হোই, মসি লৌশিল্লু! স্নাশিংসি শেপানা ঐঙোন্দা শিন্নরকপনি, ঐখোয়গী অরোনবা থৌরাং অদুগী মরমদা শিজিন্নবা য়ানব! মরমসিনা নহাক্লা মখোয়শিংসি শিজিন্নবা মতিক চাই। মসিগী মথক্তা, করিগুম্বা ঐনা পৈশা পাল্লবদি ঐগী মাষ্টর এন্টোনিদগী পৈশা লৌবা য়াই।

মফমদুদা মতম মাংহনগনু - ললোনবা নুপা অমা ওইনা চৎলগা, হর্মাচিশ!" মখা তানা অতে ব্রা হায়দনা ঐগী শউনগী বেগ অদুদা স্নাশিংদু মথং মথং নমশিল্লকখি। অদুদগী মানা য়াম্না থুনা য়াংনা অতে ফি-রোলশিংদু অচৌবা খাওদুদা নমশিল্লমই।

"ঐ চৎপগী মতম ওইরবরা?' ঐনা মঙোন্দা হংলমই। 'মতম খর ব্রাৎলি। অখাং কনবিয়ু, হর্মাচিশ। মতম ঙহাক ঐনা নমাংদা লেপলিবশি য়েংলগা ঙহাকসু খাংবিয়ু, অদুদগী মতমপুম্বগী ওইনা উনরোইদৌরিবনি!"

ঐনা ঙক হাইরদুনা ব্রা শাংনা ঙাংনবগী মতম নৎত্রে হায়না ইঙ্গিৎ তৌরমই।

"ঐনা থুনা থুনা ঙাংশকপগীদমক ঐবু ঙাকপিয়ু!" মহাক্লা হায়রমই। 'অদুবু থুমহিগী ইফুৎ অমনা গুহা অমগী ঈশিং পুম্বা ফত্তবা ওইহল্লি! অমুক্তা ফমথবিয়ু, হর্মাচিশ! ঐ নঙোন্দা অরুবা ব্রাফম হায়গদবা লৈরি নঙনা চৎত্রিঙৈ মমাংদা!"

'হায়রো চার্মিয়োন!' ঐনা খুমলমই। 'অদুবু, অরুবা ব্রানা হর্মাচিশ ঐবু চৎহনবা ঙমলরোই!'

মহাক্লা ঐগী মাংদা মখুৎ অনি লোন্নবগা লেপলমই। থাওমৈগী মৈঙান্না মহাক্কী ফজরবী মাইথোংদু ইঙান ঙানথোক্লমই। ঐনা ইতন তন্না মঙোন্দা য়েংলমই। অনিরক হন্না মাগী মাইথোংদু ব্রা খর হায়নবা থাঙ্গৎলকখি অদুবু মহাক রা ঙাংবা ঙমখিদে। অকোনবদা মাগী হোরো হোরো লাউবা খোঞ্জেলনা হায়রকখি। 'ঐনা নঙবু চৎলো হায়বা ঙমজদে!' মানা হায়রমই। 'ঐনা নঙবু চৎলো হায়বা ঙমজদে অচুম্বদু খংদনা হর্মাচিশ, ঐহাক্কি নঙবু নমথাক তৌখিবদু!' মহাক্লা ঐবু খুৎ পাইদুনা চিংলগা ফমথবিয়ু হায়জরমই। 'অমুক্তা ফমথবিয়ু অদুগা ঐনা হায়জবশি অমুক্তা তাবিয়ু। নহাক্কী থম্মোই পাল্লবদি নঙনা ঐঙোন্দা তৌনিংবা তৌবিয়ু। ঐনা হায়জবসি অমুক্তা তাবিয়ু। অদুগুম্বা ফৎত্রবা মিকুপ্পুদগী হৌনা নঙগী খুরা শেপাগী মমাংদা অমদি অনিরক শুবা ওইনা ঐনা নহাক্কী মাইথোংদা নুংশিনা কল্লক খমবল চাওনা য়েংখি অদুগা নঙবু নুংশিখি।

অদুবু নহাকতি ঐনা নঙবু কদাইফাওবা য়ৌনা নুংশিবগে অমসুং কল্লকখিবগে হায়বা করিসু খংখিদে। নঙনা ক্লিওপত্রবু নুংশিবদু নঙগী পুক্লিংদা অমুক্তা খন্থদুনা য়েংঙু। মদুদগী শরুক অনি হেন্না ঐনা নঙবু পামখি অমসুং নুংশিখি। ঐনা নঙবু নুংশিবদু নোংমা নোংমগী ব্রাংবা চাওবা হেল্লকখি। নঙবু নুংশিবদা ঙাওরবা নুপি অমা ওইনা হিংখি। নঙবু ঐতগীনি হায়না লাইনিং ওইখি।

অদুবু নহাক্তি ইংলবা উনগী চীংগী মতৌগুম ইংনা করিশু খংদনা লৈখি। নহাক্লা ঐবু লৈশাবী অমগুম উবা ঙমখিদে। নঙনা ঐবু থবক শিজিন্ননবা খুৎলাই অমগুম উখি।

অদুদগী ঐনা উরকখি মদুদি নঙগী অপাম্বা অনিংবনা নঙগী পুক্সিবু মচেৎ মচেৎ তানা থুগাইদৌরিবা তোঁবান্দ অদু তম্না চংশিল্লে হায়বা। মমৈথংদা অহিং অদু লাক্লমই অকিবগী মশক ওইরবা অহিংদো! কা অদুদা ঐনা রানি লাকলে খংলদুনা পর্দার মরুমদা লোৎতুনা লৈখি। মদুদা নহাক্লা ঐগী রুমালদু অহাংবা নুংশিৎতা লংথোকখি ঐগী য়েক্লবা লম্বা ওইরিবী ক্লিওপত্রাগী মমাংদা অদুগা নখোয় অনি নুংশিবা ৱাখল ফোংদোক্লদুনা অমম্বা অহিংদুদা হরাওনা নোকমিন্নখি। অদুগী অহিংদুদগী নিংবা কাইরবা য়েক্লবগী মাংদা চাং তারবা, অমসুং থৱাই চাক্লবা ঐহাক্লা থৌরাং পুন্নমক মনিং মমাং ওহ্নোক্তুনা নমথাক তৌবা হৌখি। অদুদগী নহাক্লা ঐবু করেম্নবা অমসুং লংনবগী মওংদা ঙাংখিবদু ঐদি কাউদে। মদু খল্লুরগা য়াম্না ইকাইজে। নঙনা পংবদগী ঐবু করেম্নখিবনি। মদুগী করেম্নবা ৱাহৈশিংদুনা ঐগী থম্মোইশি মচেৎ কয়ামুক থোক্লা কাইখি।

ঐখোয়না তৌবা প্লোৎ অদু পোখাইগদবা নুমিত্তু লাকখি। মদুনা মাইপাকপা ঙম্নন্নবদি নহাকপু ক্ষেম লৈবাক্কী ফারাওহ ওইরমগনি। অদুবু মদুগী প্লোৎ অদুসু ঐনা নাথৈদুনা থমখি - নমথাক তৌখি। অহিংদুদা ঐসু নঙগী নাকতা লাকখি অদুবু নহাক্লা ঐবু মী অমগুম ওইনা উখিদে - থৈদোক্তুনা থমখি। ঐনা ওইবা য়াবা ৱা ঙাংলুবদা নহাক্লা করিসু তাবিখিদে। মমল করিসু য়াওখিদে। মনুংদা করি লৈবা নঙনা করিসু খংদনা ক্লিওপত্রাবু নুংশিদুনা অদুম লৈখি। অদুগুম্বা নুপি অদুনি নঙনা হৌজিক হাৎকদবশি।

ঐহাক থৱাই চাকখিবনা অঙাওবী অমগুম তৌবকখি অমসুং ফত্তবী নুপি হায়বদু ওইরকখি। শাওনিংবা অমসুং ইকাইবদগী ঐ ইশানা ইশাবু লাকশিনবা ঙমখিদে মরমদি নঙনা ঐবু নুংশিবগী মহুৎতা থিনা থিনা চৈবিখি। ঐনা ইকাইখিবা অমসুং ৱানা খাংখিবা অদুনা ঐনা মসি তৌখিবনি। ঐনা ক্লিওপত্রাগী মনাক্তা চংলমই নঙ অমসুং নহাক্কী লোইনবশিংবু নমথাক তৌরম্লগা। ঐখোয় ময়ামগী ওইবা প্লোৎ অদুবুসু ঐনা নমথাক তৌখি। মদুনা মরম ওইরগা নহাক্লা লৈখা তাখিবনি।”

ঐনা স্বর অমা হোন্দোক্লগা তুমিন্না ফমদুনা লৈরমই। মহাক্লা ঐগী অৱাবা মাইথোংদু য়েংলগা অমুক মখা তারমই:-

‘রানি ক্লিওপত্রানা খংলকপা মতমদা মহাক মকোক য়াম্না শারমই, মথৱাই য়াম্না নুংঙাইরমদে। মহাক শাইস তান্না চেল্লমগনি অমসুং মদুদগী জহাজ লৌরগা শাইপ্রশ য়ৌনবা চেল্লমগনি অদুবু ঐনা মঙোন্দা হাংলবা লম্বীশিংদু উৎলমই। অদুদগী রানিনা ঐঙোন্দা হায়রমই মদুদি নঙোন্দা মরাল অমা পিশিল্লগা হাৎলগনি। মদু তাবদা ঐ হরাওরমই মরমদি নহাক শিবগী মোংফমদা ঐনা কপচবা ফংলগনি খনবনা।

মহাক্লা নঙবু অলেকজেন্দ্রীয়াদা হাৎপা কিজে মরমদি য়াম্না শাথিবা ময়ামগী ওইবা লালহৌ অমা থোকলকপা য়াই নিংবদগী। মহাক্লা নঙবু চৎথোকহন্দনা মনাক্তা থম্নবদি লালহৌবদু মরু ফংনা মাংহনবা য়াই।

নহাক্লা খংলিবনি, হর্মাচিশ, কমদৌনা ক্লিওপত্রানা নঙবু ঙমখিবগে হায়বা। ঐনা কাপখিবা লমন খুম্বগী তেন অদু ঐগী কোক্তা পাল্লরে। ঐনা নমথাক তৌখিবগী পোৎলুমদু মরাইবক থিবা পাউলুশকী মথক্তা তাখি। অসুম্না ঐখোয়গী প্লোৎ অদুগীদমক ব্রাশক তৌখ্রবী ঐনা মদু মাংহনখি। অদুগা ঐনা নুংশিজবা নুপাদু ইজিপকী য়েক্লবা ওইবী রানিদা পিথোকখি।"

ঐনা ব্রা অমত্তা ঙাংদনা লৈবদুদা চার্মিয়োন্না অমুক মখা তারমই -

'ঐনা তৌখিবা পাপ পুম্নমক ঐবু হায়হনবিয়ু হর্মাচিশ অদুগা অচুম্বা বিচারদু লাকশনু। হৌজিক য়েংঙু! ক্লিওপত্রানা তঙ্খাই অমা মানা নঙবু নুংশিখিবদু তমখ্রে। মানা মথন্তা খনজখি মহাক্লা নঙবু ময়াম মমাংদ মাগী মপুরোইবনি হায়না লাউথোকখ্রবদি করি ওইরকপা য়াবগে হায়না। মহাক্লা নঙবু তঙ্খাই নুংশিবা অদুনা নহাক্কী মী অমসুং নঙ গী তুংইনবা পুম্নমক থব্রাই কনখিবনি। মহাক্লা খনখি, করিগুম্বা মানা নঙবু লুহোংগনি হায়না লাং থাক্লবদি নহাক্লা ইজিপকী লন থুম পুম্নমক লৌথোকপা ঙমগনি। অদুনা মহাক্লা অমুক হন্না নঙবু লাংথাক্নুনা ফাখিবনি। অদুগা নঙনা পংবদগী ইজিপকী স্না অমসুং জেমশ পুম্নমক লৌথোক্নুনা মঙোন্দা শিন্নখিবনি। অদুগা ঙসিদি এন্টোনিনা স্না অমসুং জেমশশিং পুম্নমক মহাক্কী অকে অমৌদা শিজিন্নরি অমসং অরেম্বদা মাংহল্লি!

দেল্লিয়াশনা রানিগী পাউখুমগীদমক কোর্ট কারকপা মতমদা রানিনা ঐবু কৌরমই। মানা হংলমই মানা নঙবু লুহোংগদরা নৎত্রগা এন্টোনি হায়রকপদু ইনগদরা হায়না। মদু ঐনা নঙোন্দা তৌখিবা অচৌবা পাপ্নী। ঐনা নহাকপু কল্লকপা, পাম্বা অমসুং নুংশিবদগী রনিনা নঙবু লুহোংদুনা লৈখিবদু ঐদি খাংবা ঙমলোই মরমদুনা মহাক্লা নঙোন্দা নমথাক তৌবা তাহনখি অমসুং এন্টোনি মনাক্তা চৎনবা শিনখি। দেল্লিয়াশ অমসুং ঐনা মুন্না খংঙি মদুদি করিগুম্বা ক্লিওপত্রানা এন্টোনি মনাক্তা লাক্লবদি, মাদি ক্লিওপত্রাবু পাম্মনবদগী অমুনবা হৈনা কেল্লক্নুনা রানিগী মখোঙদা তারকপগুম থোক্কনি। অশেংবমক মদুমক থোক্লরে। ঐনা মদু অমম্বা কাদা পুশিন্দুনা উৎখিবদুনি। মখোয় অনি অমনা অমবু ঙমখৈ লৈতনা নুংশিনৈ অদুগা নঙনা করিসু ফংখিদবা।

ঐনা তৌখিবা ফত্তবা থবকশিং অদুগী ফলদু ঐনা ফংবা তাবনি। ঐনা নঙগী নফমদা লোইনা তমথোক্লগা মদুগী মতিক চাবা দন্দিদু ফংজরগে!

ব্রা অমত্তংগা, ঐনা নঙবু নুংশিবা অমদি কল্লক মিহৌচাওনা পাম্বদগী ঐনা নঙ শিন্নবা পাপকী থবক কয়া নঙোন্দা তৌখি। ঐনা নঙবু মাংননবা কয়া তৌবিখি। ঐনা ঐখোয়গী ক্ষেম লৈবাকপুসু মাংননবা তৌখি। অদুগা ঐ ইশাগী মাংনবসু ঐ মক্লা তৌখি। ঐনা ফংগদবা দন্দীদি শিবা হায়বদুনা ওইরগে। নঙনা ঐবু হাৎপিরো। ঐ

নঙগী থাংগী ময়াদা হরাওনা শিগনি। নঙনা ঐবু হাৎলম্লগা চৎপিখো নৎত্রবদি ঐ ইশানা ইশাবু হাত্তোকচগনি।

অদুদগী মহাক্লা ঐগী মাংদা খুরু খুদক কুম্লগা, ফজরবী মাগী থবাক্তু ঐঙোন্দা তম্না থাঙ্গৎলগা ঐগী থাংনা য়াম্ভরকপা ঙাইরম্মই।

ঐগী খমথেংনা শাওখিবনা থাংদুনা মাবু য়াম্ভরশিরা পুক্লিংদা খল্লকখি অদুবু কমদৌনা করম্বা মতমদা ঐবু লৈখা তাহনখি অমুক খম্ভরম্মই। মসিগী নুপিশিনা ঐগী ইকাইবা নংনবা শিনখি। অদুম ওইনমক ঐবু কল্লকপা পামজবা ফজরবী নুপি অমবু করম্না থাংনা য়াম্দুনা হাৎকনি? নুপা খুদিংমক্লা মসি ঙমফম থোক্তে। ঐনা নিংশিংলকখি - কমদৌনা নুপি অসিনা অনিরক হন্না ঐগী থব্রাই কনখিবদু।

"নুপি! ইকাই খংদবী নুপি নঙ' ঐনা মঙোন্দা হায়রম্মই। 'হৌগৎলু! ঐ নঙবু হাৎলোই! ঐশিবু নঙবু ফত্তবা তৌখিবশিংদু বিচার তৌগদবা মীনি খনবরা?"

"ঐবু হাৎপিয়ু, হর্মাচিশ' মানা নাহেবগুম তৌনা হায়রকখি - 'ঐবু হাৎপিয়ু নৎত্রবদি ঐ ইশানা শিজগনি! ঐগী পাপকী পোৎলুমশি লুম্মনখ্রে পুবা ঙম্লরোই! ইংথনা লৈবিরনু! ঐবু শাপ তৌবিবমউ অদুগা হাৎপিরমউ।"

"হৌজিক নঙনা হাযখিবদু কবিনো, চার্মিয়োন'? নঙনা তৌবনা নঙনা ফংবা অদুগা ঐনা তৌবনা ঐনা ফংবা! নশানা নশাবু হাত্তোকচবা অইন্না য়াদে। ঐসু নঙগা মান্ননা পাপ তৌরব মীশকনি। চার্মিয়োন নঙনা তৌখিবপুম্বা নহাক্লা লোইনা ফংগনি। ইকাই খংদবী নুপি! নঙগী তমথিরবা কল্লক খম্বনবনা ঐঙোন্দা অব্রাবা পুম্নমক পিরিবনি।"

হার্মাচিশ - 'চার্মিয়োন শিগনু, হিংদুনা লৈয়ু ! চহি খুদিং নঙনা তৌখিবা পাপশিংদুগী ফল নঙ ফংবা ওইয়ু। অহিং তুম্বদা শাওরবা লাইশিংদুনা লাক্লগা নঙোন্দা অব্রাবা পিবা ওইশনু। অয়ুক নুংথিলদসু ফত্তবা লাইশিংনা তোইনা লাকপা ওইশনু।'

'ওহ, অদুম্না হায়গনু হার্মাচিশ ! নহাক্কী ব্রাহৈশিংদু থাংগী ময়াদগী হেন্না থৌই। মখোয়শিংদুনা 'ঐবু তপ্না তপ্না হাৎলগনি!' মহাক্লা ঐগী ফুরিৎ অচোনবদুদা পাইরগা হায়রকই - 'নহাক্লা অচৌবা নিংথৌ ওইরগা নঙনা ঐবু লংথোরক্কনি। হৌজিকসু নঙনা ঐবু লংথোকপিরি। ক্লিওপত্রানা নঙবু লাইরবা ইকাই খংদবা অমগুম য়েংলি, নকোক্তা মোন অমত্তা য়াওদনা হিপহল্লি! ঐশে ফজবা লৈশাবী অমা নত্তবরা? ঐনা নহাকপু নুমিৎচুপ্পা ঈশ্বরগুম ইরাৎচরিবনি।

ঐ নঙগা লোইননা মফমশিদগী চেনথোক্লশি অদুগা ঐঙোন্দগী পুন্সিগী ওইনা অপেনবা নুংঙাইবা অমসুং নুংশিবদু ফংবিয়ু। নঙনা ঐবু নচল অমা ওইনা নৎত্রগা মীনাই অমাগুম থম্বীয়ু ঐনা নঙগী মাইথোংদুবু য়েংজবা ঙম্নবা।নঙগী অব্রাবা

খুদোংথিবদা শরুক য়াবা ঙমহনবিয়ু। ও, হার্মাচিশ ঐবু নঙগা লোইননা চৎহলবিয়ু। ঐনা পুম্নমক মাইয়োক্লগনি - থেংনগনি। নঙগী অৱাবা অমদি খুদোংথিবা পুম্নমক্তা ঐসু য়াওজগে।'

হার্মাচিশ - ' অনৌবা পাপ অমামুক তৌনবগীদমক ঐবু থেমলিবরা নুপি? ঐনা খাংপোকশং অমদা লোৎলগা, য়াম্না ৱানা খাঙদুনা নুমিৎ খুদিং নহাক্কী ফজবা নিংথিবদু য়েংদুনা লৈয়ু হায়বরা? নহাক্কী ফজরবী নচিনবান্দুনি ঐঙোন্দা নমথাক তৌখিবা! অসুম্না য়াম্না লাইনা নঙনা ঐবু পেলহনবা ঙমলোই। নহাক নথন্তা য়াম্না ৱানা নুমিৎ কয়ানিমুক খাঙদুনা লৈহৌগনি হায়বা ঐ খংঙি। অদুদগী লমন খুমনবগী তানজাদু লাকপা য়াই অদুগা নহাক্লা তৌগদবা থবক্তু তৌগনি। নহাক ক্লিওপত্রাগী কোঁত্তা লৈরিঙৈদা, ঐনা হিংলবদি মতম মতমগী ওইনা ঐ পাও পিরক্কে! নোংমদি শোয়দনা লাকপা য়াই ঐনা নঙবু পামলকপা অমসুং নঙগী থবক। হৌজিক্তি ঐবু চৎহলবিরো।'

চার্মিয়োন্না হায়রমই - 'ঐ ৱাশক্লি ! ঐনা নহাক্কী ৱাবু থাজদুনা পুক্সিচুপ্পা ঙাইরবসু ঙাইজরগে।'

হার্মাচিশনা হায়রকই - 'নঙগী ৱাশক্তু ঙাক্লা চৎপ্রা য়েংঙু - অনিরক হন্না ঐখোয় নমথাক তৌবদি ফত্তে! ঐ চৎলগা লাইবক য়েংলুরগে অদুগা নহাকসু নঙগী নথৌ তৌরুরো। অদুনা ঐখোয় অনি থৌরিদু অমত্তা ওইনা পুনশিন্দুনা লৈবা ওইরশনু। চার্মিয়োন, কনাদসু হায়রুদনা ঐতবু নুংশিখিবা, নহাক্কী কল্লক চাওনা নুংশিখিবদুনা ঐবু নমথাক তৌদুনা লৈখা তাহনখিবী, নঙবু ঐনা বিদাই তৌজরি!'

মহাক্লা ইঙাও ঙাওনা ঐগী মাইদা মুন্না য়েংলমই অদুগা মখুৎ অনি তিংথোক্তুনা ঐবু কোনশিনগে তৌরমই। অদুদগী মহাক্কী নিংবা কাইবগী অৱাবদা মশানা মশাবু লাকশিনবা ঙমদদুনা লৈমাইথক্তা ৱাস্থবগুম লেকথরমই।

অদুদগী ঐনা ফি-রোল য়াওবা বোরাদুগা চৈশুদুগা পাইখৎলগা কাদুদগী মপান্দা থোরক্লমই। ঐনা থোরকপদা ঐগী অরোইবা মিৎয়েং অমনা লৈমাইদা তুদুনা লৈহৌরবী চার্মিয়োনবু য়েংলমই। মহাক মখুৎ অনি শাংনা তিংথোক্লদুনা লৈমাইদা অদুম তুদুনা লৈহৌরমই। মাগী মখুৎ অনিদু মহাক্লা শেৎলিবা ফি অঙৌবদুদগী হেন্না ঙৌরমই। মাগী মুরবা শমলাংনা মশাপুন্বা কুপশিনবগুম তৌরমই। অদুগা মাগী নিংথিবী মাইথোংদু লৈমাইগী ইফুল্লক্তা লোৎতুনা লৈবগুম ঐনা উরমই।

অসুম্না ঐনা মাবু থনম্লগা, অমুক হন্না মাবু য়েংলমদনা থুনা য়াংনা লাকলমই। অসুম্না থমল্লম্বী নিংথিজবী মহাক্তু ঐগা মাগা চহি মাপল হৌখ্রবা মতম ফাওবা উনরমদে।

# বুক অহুমশুবা

## চেপ্টর অহানবা

**(হার্মাচিশনা লমন খুম্বা)**

*(টারগুসতগী হার্মচিশ নাম্বোরকপা, শাইপ্রশকী দ্বিপ অমদা কাখৎপা অমসুং মহাক অবুথিশতা হল্লকপা অমদি মাবু পোকপা অমেনেমহৎ শিবা)*

ঐনা অচৌবা য়ুমদুদগী থোরক্লগা শুমাংগুম্বা মফম অমদা লেপ্লমই। মতমদু নোংঙানগদবা পুং অমা ৱাৎলমই। মরমশিনা কনাসু মপান্দা থোকনরকখিদে। অহিংচুপ্পা হরাওনা য়ু ঙাওদুনা লাউ খোংলমই অদুগা তুমথনখিবা তানজানি। জগোই শাবী পুম্নমক ৱাবদগী তুমথনখ্রে। সহরপুম্বা ইচিক চিকলমই। ঐনা গেৎ ময়াদা চংশিল্লুবদা ওফিসার অমানা ঐবু থৎলগা হংলকখি - 'কনানো চৎলিবা ?' হংলকলিবা ওফিসারদু ৱেননুশকী খোঞ্জেলনি খংলমই।

'সার, লল্লোনবা নুপা অমনি, ইবেম্মা রানিগীদমক খুদোলপোৎ পুরকপনি অলেকজেন্দ্রিয়াদগী। লেদিগা উন্নরগা ঐনা লাকখিবা জহাজ অদু তম্মা চৎপনি!' ঐনা খুমলমই।

'হুম, রানিগী মনাই নুপিশিংনা লমদগী লাকপা মীবু য়াম্না থেংনা থমই। ফরে, হৌজিক হরাও কুম্মে তৌবা মতমনি। পাশৱার্ড, সার ললোনবা? পাশৱার্ড য়াওদনা নঙ হনগদরা?'

ঐনা খুমলমই - 'পাশয়ার্ড - এন্টোনি! অহ, ঐদি অথাপ্পা মফম কয়া চৎলুরে অদুবু মহাকতৌনা অফবা ওফিসার অমত্তসু উরকত্রি। অদুগা জেনেরেল কয়াসু থেংনরক্লবনি অদুবু এন্টোনিগুম্মা পুকচেল চাওবদি উখিদ্রি!' ঐখোয় অনিনা ব্না ঙাংনরিঙৈদা গেৎতা সনত্রি তৌরিবা নুপাদুনা হঙ্গৎ হন্দা চৎতুনা লৈরমই। মফমদুদা লৈবা গেৎ অদু হাংদোক্লগা ঐবু থোকখ্রো হায়না ইঙ্গিৎ তৌরকখি। মিকুপতুদা ওফিসার ব্রেননুশ ঐগী নাক্তা চংশিল্লক্লুনা হায়রকই- 'কাইনরশি মরুপ হর্মাচিশ, চৎপিরো! থিনথবা তৌবিরনু - ঐনা নঙবু নিংশিংদুনা লৈজগে অদুগা নঙনসু ঐবু কাউবিগনু - বীদাই তৌজরি পাখং !'

'বিদাই, ব্রেননুশ পুকচেল শেংলবা নুপা !' ঐনা খুমলমই অদুগা থোরক্লমই।

চার্মিয়োন্না হায়রকপা জহাজ অদুদা ঐনা য়ৌরকপা মতমদা জহাজ অদুদি চৎকদবগী হি হোনবশিংনা কেপ্তেনগী ইঙ্গিৎ ঙাইদুনা লৈরমলে। চার্মিয়োন্না ইরকপা চিঠিদু ঐনা কেপ্তেন্দুদা পিরমই। মহাক্না ঐবু মুন্না য়েংলমই অদুবু ব্নাদি অমত্তা হায়রকখিদে। অসুম্না ঐ জহাজদুদা য়াওরমই। অথিংবা অয়েৎপা অমত্তা পিদনা অমসুং অকনবা নুংশিৎ কী মতেংনা ঐখোয়গী জহাজদু য়াম্না নুংঙাইনা হোন্দুনা চৎলমই।

নোংঙাল্লমদাই মতমদুদা সমুদ্রাগী ইথকশিং য়াম্না শাওবগুম ব্নাংনা ব্নাংনা ইথক হৌরমই। অদুবু নোংঙাল্লকপা মতমদা অঙাওবা অকনবা নুংশিৎ অমানা জহাজগী মাষ্টুল অদু থুদেক্লগা হুমদোকখিরমই। অসুম্না ঐখোয়গী জহাজদু গাড়িগী হেন্দল য়াওদবগুম ইথকশিংগী মথক্তা মথোং খৎদনা অমদি মাইকৈ খঙদনা তাউদুনা চৎলমই।

অদুম্না চৎপদুদা হি হোনব নুপাশিংদু কিদুনা লাউবা খোংবা তৌরকখি। অদুবু ঐদি করিসু নাচুংদনা ঐগী ক্লোক অদুনা য়োমশিল্লগা তুমিন্না ফমদুনা লৈরমই। ঐনা করিসু নাচুংদনা লৈরিবদু হি হোনবশিংদুনা ঐবু মিত্রং হৈবা উইজার্টনি লাউনরমই। মখোয়না ঐঙোন্দা সমুদ্রানা ইথক ময়াম হৌরিবদু খামবিনবা হায়জরমই।

অদুবু অয়ুক ওইরকপা মতমদদি নুংশিৎ শিৎলম্বদু লেপখিরমই। ইংথনা লৈরুরবা নুংশিৎতু নুমিৎয়ুংবা মতমদা অকিবগী মশক ফংনা শিৎপা হৌরমই। নুংথিল পুং মরিমুক তারকপদা শাইপ্রশগী দ্বিপ্তা লৈবা নুঙঙাক্তা ওইবা তোর্বান্দু উবা ফংলমই। মদুগী তোর্বান্দু দিনারেতম হায়না ময়াম্না খঙনৈ। মদুদা য়াম্না ব্নাংবা ওলিমপশ কৌবা চীংজাও অমা লৈ । তোর্বান্দ তম্না ঐখোয়গী জহাজদু নুংশিৎনা তপ্না তপ্না পুশিল্লমই।

হি হোনবশিংদুনা অব্নাংবা অচৌবা চীংদুমদু উবদা অমসুং অব্নাংবা ইথকশিংনা শাফু কন্না চীংখোঙদুদা য়ৈশিনবদু উবদা অমুক লাউ খোংবা হৌরমই। ঐনা করিসু কিবা

তুজুংবা ফাওরমদে। মরমদি ঐ শিজখিবনা হেন্না ফরবা মীনি নিংলমই। ইমা আইশিস লাইরেম্বীগী মমাংদা চংগদবদু ঐনা য়াম্না কিরমই। ঐহাক্না ৱাখিবা অমসুং ইকাইবা নংখিবা ময়ামদুনা ঐবু ফারগা থাঙ্গৎতুনা সমুদ্রাগী ঈশিং ইথক মরক্তা লংথরমই।

ঐনা অরোইবা ওইনা ইমা আইশিসবু খুরুম্লগা শিনবগীদমক মিৎ উইশিল্লমই। অদুবু শিয়ু হায়বদি ঐগী লাইবক্তা তমলমদে। ঐনা ঈশিং মনুংদা লুপথরুরগা ফাওগৎলকপদা উপুগুম্বা অমা তাউদুনা লৈবা উরমই। মদুগী মতেংনা ইরোইদুনা তোর্বান্দ য়ৌনবা তৌরিঙৈদা ঈশিং ইথক অচৌবা অমানা ঐবু পুরগা তোর্বান্দুদা লংখৎলমই।

ঐনা তোর্বান্দগী য়েংথবদা ঐখোয়গী জহাজদু ঈশিং ইথক মরক্তা তপ্না তপ্না লুপথখিরমই। অসুম্না জহাজদুদা য়াওরকপা মী পুম্নমক লোইনা শিখিরমই।

ঐবু ফংনবা থিবা ক্লিওপত্রানা লেপ্পা নৈতনা হোৎনরমই। ঐবু থিনবগী শিফাইশিং তোংবা জহাজ অদুসু ঈশিংদা লুপখিদুনা লোইনা শিরমই।

ঐনা লম্বীদা চৎলিঙৈদা সমুদ্রাগী উচেকশিংনা ঐগী কোকথক্তা লাক্না লাক্না খোংলকখি। থুমহি ওইবা ঈশিংনা ঐগী হকচাংপুম্বা ইচোৎ চোৎলমই। ঐগী মাংলবা পুক্সিদা হিংনিংবগী অপাম্বা অমা পোল্লকখি। তোর্বান্দা খর কাখৎলগা মখাদা য়েংথরমই। মখাদা ইশং শংলবা সমুদ্রগী ঈশিং ইপাক্তা অচৌবা ইথক ইপোম্না থরো থরো ওল্লিবদু য়েংলগা ঐগী পুক্লিংদা মওল মওল খল্লকখি। অথাপ্পদগী ইথকশিংদুনা লাক্ল লাক্লগা নুঙ ঙাক্তা ওইবা তোর্বান্দা শাফু কন্না য়ৈশিন্দুনা কাইরিবদু য়েংবদা নুংঙাইবাপোক্লমই। অকনবা নুংশিৎ শিৎপগী অয়াকপা মখোলনা নাকোং অনিশি পোখাইগদৌবগুম তৌরমই।

ঐনা উপু মানবদু লৌখৎলুবদা স্নাগী খাওদুনা লুমথরক্লুনা ঐ মখাদা চিংথবগুম ওম্থুরমই অমসুং ঈশিংদা লুপথরমই। ঈশিং মনুংদা ইমম মমশিনবা হৌরকখি। অমম্বা মরক্তা ঐগী অঙাং ওইরিঙৈ শক্তম, থোকখিবা থৌদোক কয়া মথং মথং উরকখি। মদুদগী ঐগী নাকোংদা খোইনিং খোংবগী মখোল তারমই। সমুদ্রাগী ঈশিং ইরাও খোলগী অয়াকপা মখোল মরক্তা ক্লিওপত্রানা নোকপগী মখোলসু তারমই। অদুদগী ঐ তুমথখিবগুম তৌরমই।

অমুক হন্না ঐ হিংগৎলমই অদুবু হকচাংদা খাংঙমদনা নাবা ফাওরমই। ঐনা মিৎ পাংথোরকপদা থৌজাল হৈবা মাইথোং অমাখক উরমই। মহাক্না ঐঙোন্দা কোম্থুরদুনা য়েংবদু ঐনা উরমই।

"ঐ মফমশিদা কমদৌনা য়ৌরকপগে?" ঐনা হংলমই।

মহাক্লা গ্রিক লোনগী য়াম্না লুজদবা - খুনুংদা ঙাংনবা লোন্দাদা খুমলকই- 'শকখংদবা নহাকপু পোশৈদোন্না পুরকপনি!'

'ঐখোয়না নঙবু অৱাংবা সমুদ্রগী তোর্বান্দা থেংনরমই অশিবা দোলফিন অমাগুম। অদুদগী ঐখোয়না নহাকপু য়ুমশিদা পুশিল্লকপনি। অসিদা লৈরিবা ঐখোয়পুন্না ঙা ফাবা মী ঙাক্তনি। ঐনা খনবদা নহাক হিপথরগা লৈগদবনি মরমদি নঙগী ওইথংবা খোঙশি তেক্লে। মসি সমুদ্রগী অঙাওবা ইথক্তুনা থুদেকখিবনি।'

ঐনা কন্না হোৎনদুনা খোঙদু থাবা য়াব্রা য়েংলমই অদুবু খজিক্তংফাও লেংবা য়ারমদে।

'নহাক কনানো? নমিংনা করি কৌবগে?' খদাং কোই য়াম্না চোন্বা নুপাদুনা ঐঙোন্দা হংলকখি।

'ঐদি ইজিপকী লম্বী চৎপা নুপানি। ঐখোয়গী জহাজদু ঈশিংদা লুপখ্রে! ঐগী মিংদি ওলিমপশ হায়না খঙনৈ।' ঐনা খুমলমই মরমদি মফমশিদা লৈরিবা মীশিংনা অৱাংবা চীংবু ওলিমপশ হায়না কৌনৈ। মসিগী তুংদা ঐবু পুমনমক্লা ওলিমপশ হায়না কৌরমই।

ঐ মখোয়গী মরক্তা থা ৬ মুক লৈরমই। ঐনা মখোয়দা স্না খরসু পিরমই। ঐগী অতেকপা শরুদু শমজিন্নবা হোৎনবদা মতম য়াম্না চংলমই। ঐহাক চুম্না মরেপ ৱাংবা পাঙ্গল কনবা ওইরম্বদু হৌজিক্তি শাংবা মান্নদবা খোঙনা চোং চোংদুনা তপ্না চৎলমই। নাবা ফরবসু ঐ মখোয়গী মরক্তা ঙা ফাবা য়াওদুনা মতম শাংনা লৈরমই। মফমদুগী মী শিংনা ঐবু মিত্রং যাদু হৈবা সমুদ্রাগী ইথক্লা পুরকপা অমনি খন্দুনা কিবসু পোক্লরমই। ঐগী অৱাবা নিংবা কাইবা অমসুং ইকাইবা নংখিবা ময়ামদুনা ঐগী মাইথোংবু মপুংফানা ওস্থোক্লমই। ঐবু য়েংলগা ময়াম্না কিবা পোক্লরমই।

নোংমা নোংঙান্দ্রিবৈদা ঐ ফম্মুংদগী হৌগৎলমই। ঐগী ফম্মুংদু চরু অমসুং ঐগী ফুরিৎনা শেম্বনি। ঐনা মখোয়গা ৱাহং পাউখুম তৌনবা পামলমদে। অসুম্না য়াম্না নোল্লুক্লা চৎচবা ঐগী য়ুম্বুরেলবু তুমিন্না বিদাই পিরল্লগা মফমদুদগী থোরকলমই। তেবল মথক্তা স্না খর থল্লগা অসুম্না ইদুনা থমলমই 'ইজিপকী ওলিমপশনা পিজবা খুদোল, মহাক সমুদ্রাদা অমুক হনখ্রবা !'

নুমিৎ হুমনিশুবা নুমিৎতা ঐ শালামিশ হায়বা সহরদুদা থুংলমই। হায়রিবা সহর অসিসু সমুদ্রা মপান্দা লৈবনি। মফমদুদা ঙা ফাবা নুপা অমগী য়ুম অমদা লৈরমই। মফমদুদা লৈরিবৈদা অলেকজেন্দ্রিয়া য়ৌগদৌবা জহাজ অমা চৎকদৌবগী শেম শারমই।

জহাজদুগী কেপ্তেন্দুগী মমিং পাফোশ কৌরমই। ঐনা মাঙোন্দা ঙাংনরগা হি হোনবা অমা ওইনা শারগা চৎলমই। নুংশিৎকী মতেংগা লোইননা জহাজদু থুনা হোল্লমই। নুমিৎ মঙানিশুবা নুমিৎতা ঐ অলেকজিন্দ্রিয়াদা য়ৌরমই। ঐগী পুক্লিংদা অলেকজেন্দ্রিয়া সহরবু তুক্কচবা পোক্লমই। ঐনা পুক্লিংদা খল্লমই ঐশে শাপ ফংলবা তোঙান্না লৈগদবা মী অমা ওইরে অদুগা ময়াম্নসু নুংশিরোইদৌবা মীনি হায়না।

নুমিৎ তরুক্কী শুবদা ঐখোয় অবুথিশ য়ৌরকখি। তোংমিন্নরকপা মী ময়ামদু বিদাই তৌরম্লগা ঐ মখাদা কুমথরমই।

ঐনা ঐগী কাইরবা থম্মোইবু পুরগা ফজরবা অবুথিশকী লৌবুক মরক্তা চৎলমই। ঐগী শক ওন্থোক্তুনা লাকপা অমদি খোঙ য়াদদুনা চোং চোংদুনা চৎপদু লম্বীদা লাকপা মী অমত্তনা ঐবু মশক খঙলমদে।

নুমিৎ তারকপদা ঐনা লাইশঙ মনাক্তা লৈবা অহাংবা মফম অমদা লাক্লমই। ঐনা তেকথরবা য়ুম অমগী মনুংদা পোথারমই। ঐ অবুথিাতা করি তৌবা লাকলিবা নত্রগা করি তৌগদৌরিবা ঐ খঙলমদে।

মাংলবা অমদি চৎফম খঙদ্রবা ষণ লাবা অমগুম ঐনা অথাপ্পদগী ব্বানা লাক্লগা চঙফম খঙদনা লৈরমই। ঐনা ঐগী পোক্লফম লৌবুক লৈরিবা অদোমদা লাক্লমই। চৎন চৎনা পুক্লিংদা ইথন্তা হংজরমই - কবি তৌবা লাকলিবা। ঐগী ইপা অমেনেমহৎ হিংদুনা লৈরম্লবদি ঐবু উরগা মমাই লৈথোকখিনি। ইপানা লৈরমগদৌবা অদোমদা ঐনা খোঙ থাজিনবা ঙমলমদে। মবমসিনা ঐনা য়ুম অমগী অতেক অকাই মরক্তা লোৎতুনা লৈবমই।

ঐগী লোৎফম অদুদগী লাইশঙগী চঙফম অমসুং লাইশঙ মনাক্তা অহাংবা লম অদোমদা ঐনা ঙহাক লৈতনা য়েংথোক্লমই। ঐনা খঙবা কনাগুম্বা অমা লাক্কনি হায়বগী অশাদা। অদুবু কনাসু মফমদুদা লাক্লমদে, চঙফম গেৎতু ইহাং হাংদোক্তুনা থম্লবসু। ঐনা উরমই নুঙ মরক মরক্তা মনা মশিং ইশং শংনা হৌরিবদু। ঐনা ফজনা খংঙি মদুদি, মফম অদুদা মনা মশিং অমত্তা হৌখিদে। মাংদা উরিবা লাইশঙ অদু মী অমত্তা চঙনদ্রবা জাৎলা? নত্তে, করম্না লাইশিংদু খুরুম্বা লেপকনি? চহি লিশিং হেন্না নুতি নুমিৎ খুদিংগী লাইশিংদা পুজা কৎনরিবনি। অদু ওইরবদি ঐগী ইপা শিরবরা? মদু ওইবসু য়াই। অদুম ওইনমক অসুক য়াম্না চিকলিবা করিগীনো? পুরোহিৎশিংদুনা কদাইদা চৎখ্রবগে অদুগা লাইনিঙবা মীশিংদুনা কদাইদা লৈখ্রবগে?

ঐনা মখা তানা চিংনবা ঙমলমদে। অদুবু নুমিৎনা ইঙাং ঙাংনা লৈথরকপা মতমদা, ঐনা শাতানবনা তান্নরকপা কৈশাল অমাগুম, হাংদোক্তুনা লৈরিবা গেৎ

অদু তম্না পাকথ পাকথ চংলমই। মফমদুদা ঐনা ঙৈহাক লেপলমই অদুগা অকোইবদা কোইনা লৈনা য়েংলমই অদুবু করিগুম্বা অমত্তা উরমদে। ঐগী থবাক্তা মিহুন দং দং চোংদুনা থব্রাই ব্রানা অনিশুবা হোল অদুদা চংলমই। মদুগী হোলদু মখোঙ ৬৩০ য়ুংলগা য়াম্না চাওনা পাক্লা শাখিবা অচৌবা হোলনি। মদুগী অচৌবা হোলদুদনি ইজিপকী লুচিংবা পুমনমক তিল্লগা ঐবু ফারাওহ্ ওইবগী লুহুপ উপপিখিবা অমসুং শকথংখিবা।

ঐবু ক্ষেম লৈবাক অপুনবগী নিংথৌ ওইনা অমসুং মবুংঙোনি হায়না লাউথোকখ্রবনি। অদুদগী ঐগী খোঙথাংগী মখোল ফাওবা কিবা তুজুংবা পোক্লমই। ঐনা কিনা কিনা ফারাওহগী কা অদু লাম্হোক্লগা ঐগী ইপানা লৈবা কা অদু তম্না চংলমই। থোংজিন্দা পাদার অদুদি য়ান্দুনা হাইরদুনা লৈরমই। অদুবু মনুংদা করি লৈরিবা, কনা লৈরিবা নত্রগা ইহাং হাংবা জাৎলা? ঐনা পাদারদু পাইরগা থাঙ্গৎলমই। ঐনা মখোল থোকহন্দনা মনুংদা চংশিল্লমই। মনুংদা ইপাগী তেবল মনাক্তা লৈবা কাবেনগী চৌকিদা মাগী ঙৌরোক ঙৌররবা খদাং কোইদুনা তেবলদা থল্লগা ঐগী ইপা ফমদুনা লৈরমই। মহাক পুরোহিৎ ওইবগী ফিজোল শেৎলমই। অহানবদা ঐনা অশিবা হকচাংগুম নিংলমই। অদুবু তপ্ন তপ্না মহাক মমাই লৈথোরকখি, অদুবু মাগী মমিৎ অনিদু ইঙৌ ঙৌরমই। মাগী মাইথোংদু অশিব মীগী মমাইগুম তাইফেৎ তাইরমই। মহাক অহল ওইরকপগা অমদি অব্রাবা ব্রাখল ময়ামগা ফিভম অসি য়ৌনা শোকচিনখিবনি।

ঐনা তুমিন্না লেপ্তুনা লৈরিঙৈদা মমিৎ তাংলবা ঐগী ইপানা ঐবু কোইনা লৈনা য়েংলকখি। ঐহাক্লা ব্রা অমত্তসু হায়বা ঙমলমদে। ঐনা মঙোন্দা ব্রা ঙাংনবগী থৌনাদু লৈরমদে। ঐনা মফম অমদা চৎলগা লোৎতুনা লৈরুরগে খল্লমই।

ঐনা চৎলগে নিংদুনা পার্দারদু হাইদোক্লুবদা ঐগী ইপানা মাগী লুন্নবা অমসুং তপ্পবা খোঞ্জেলনা ব্রা ঙাংলকখি।

"শিদা চংলকউ, নঙ ঐগী ইচা ওইনা পোকখিবনি, অদুগা প্রজা পুমনমক্তা নমথাক তৌখিবা! সিদা চংলকউ, হার্মাচিশ নঙবু! নঙোন্দা ক্ষেম লৈবাক অসিনা অশা পুমনমক শাগৎখিবা অরেম্বদা নত্তে ! ঐনা নঙবু অথাপ্পদগী কৌবনি চিংশিনবনি। অরেম্বদা নত্তে, ঐনা হিংলিঙৈদা নঙগী খোঙথাং অহাংবা ওইরবা হোল অসিদা নহাক্লা পাকথ পাকথ চংলকপগী মখোলদু ঐনা তাখি। নহাক্কী খোঙথাংদু হুরানবা অমনা তৌবগুম ঐনা তাখি।"

ঐনা ইঙক ঙক্লা স্বর মতেক ওইবা মওংদা খুমলমই - 'ওহ, ঐবু পোকপা বাবা, নহাক মিৎ অনিমক তাংলগা নহাক্লা নচা লাকলে করম্না খংবিবগে?'

"ঐনা করম্না খংঙি নঙবু? ঐ নঙোন্দা হংলি কনানা ঐখোয়গী চৎন পথাপ অদু তমলকপগে? মসিনা য়ারে, ঐনা নঙবু খংঙি অমসুং ঐনা নঙবু মফমসিদা পুরকখিবনি - নত্রনে? ক্ষেম লৈবাক্কী অৱাবা ওইহনবা নহাকপু?"

'ওহ্, অদুম্না ঙাংবিরনু!' শোন্থাংননা ঐনা খুমলমই। 'ঐনা পুবা ঙম্বা পোলিমদগী হেন্না থোইনা পুখ্রবা নৎত্রা? ঐ ইশানা ইশাবু নমথাক তৌখিবরা? ঐবু নুংশিবিয়ু - চানবিয়ু!

"নঙোন্দা নুংশিবা পোকপা! নুংশিবা পোকপ! নহাক্না অতোপ্পদা নুংশিবা পোকখিবা নৎত্রা? নঙনা মীঙোন্দা নুংশিবা পোকলুবদুনা নঙগী খুরা - পুকচেল চাওরবা শেপা য়েক্লবগী মখুৎতা শিখিবা নৎত্রা?"

'মদু নত্তে, মদু নত্তে!' ঐনা লাউনা হায়রমই।

'এ নমথাক তৌবা - বিশ্বাসঘাতক! মহাক্না ৱানা ৱানা শিখিবা! মাগী অরোইবা স্বর হোনবদা নঙবু মীহাৎপা - নমথাক তৌবা হায়রমই। নঙোন্দা নুংশিব! নঙনা ক্ষেম লৈবাক্কী লন থুম পুমনমক ইকাই খঙদবী অদুদা মাগী খুৎলাই ওইনবা পিথোকখিবা, মদু খল্লু হার্মচিশ! নঙোন্দা নুংশিবা, নঙদি অবুথিশগী লাইশং পুমনমক্তগী য়েক্লবনা ম্না লুপা লোইনা লৌথোকহনখিবা অদুগা লৈবাক অসিসু মখোয়না খুদুম চলহনখিবা। মসিদা লৈজরম্বা পুরোহিৎ পুমনমক মথ্বাই হিংনবা লোইনা চেনথোক্লখিবা অদুগা ঐ ইথন্তা অহল ওইরে হায়না থম্বীরম্বা!

নঙনা ময়াম মমাংদ ৱাশকখিবগী মতুং ইন্না ইজিপকী লন থুম পুমনমক নঙোন্দা শিন্নরগা নঙনা ইকাই খঙদবী নুপিদুদা লোইনা কৎশিল্লুব! অদুগা হৌজিক ঐনা নঙোন্দা নুংশিবা। নহাক শাপ ফংলবা মী অমা ওইয়ু - ঐনা পোকচবা ইচা ওইদুনসু! ইকাইবনা নঙগী শরুক ওইরশনু! অরোইবদা নঙ অৱাবদা নঙ শরুক ওইশনু অমসুং নঙ নোরোক্তো তাবা ওইশনু! নঙ কদাইদা লৈ? ঐহাক পাওশিংসি তারগা কপ্পা-কপ্পা মিৎ তাংখিবনি। ইনাক্তা চংশিল্লকউ ঐনা নমাইদা তিন শিৎপা য়ানবা! নঙদি মীচেন্নী, নঙ শাগৈনসু ইনথোক্লবনি। নঙদি ময়ামগী তিন শিৎফমনি!'

অসি হায়না ঐবু থিনা চৈরবা তুংদা মহাক মাগী ফমফমদগী হৌগৎলমই অদুগা মোংফমদগী হৌগৎলকপা অশিবা অমগুম হাইরং তুরং খোঙথাং অমা অনি থাংলম্লগা মখুৎ অনিমক তিংথোক্লকখি। য়েংবদা অৱাবনি! মহাক তুথরগা মাগী অরোইবা স্বর হোল্লমই। মানা অমুক্তং লাউরম্লগা লৈমাইদা তুখিরমই। মচিন্দগী ঈ ওরো ওরো চেনথোরকখি। ঐনা মাবু কোনখৎতুনা থাঙ্গৎলমই অদুবু মচিন্দা কোঙ্গোল কারমই। মচিন্দা মুরুম মুরুম শোল্লদুনা হায়রকখি- 'মহাক

ঐগী ইচানি মমিৎ লংনা ফজবা ইচানুপানি অশা য়াম্না চাওনা অদুগা হৌজিক্তা, ওহ, মহাক শিজরন্নবদি ফগনি!' অদুদগী মিকুপ অমত্তং লেপ্পগা মখনাওদা গোরো গোরো তৌরমই।

'হার্মাচিশ! নঙ লৈরিবরা?'

'হোই, ঐ লৈরি বাবা!' ঐনা খুমলমই। 'হার্মাচিশ, অপেনবা ওইরো - লমন খুমগদবনি! ঐনা লোৎতুনা থমজবা স্না লৈহৌই- অটোৱানা নঙোন্দা তাকপা ঙমই। এহ, মসিগী নাবশে, বিদাই!' অদুদগী ইপানা ঐগী খুৎ অনিগী মরক্তা মুকথোক মুকশিন তৌরম্নগা স্বর লেপখিরমই। অসুম্না ঐগা ইপা অমেনেমহৎকা অরোইবা ওইনা উন্নরমই।

# চেপ্তর অনিশুবা

*(হার্মাচিশিকী অরোইবা ৱাবা, হোলি আইশিস লাইরেম্বীবু কৌজদুনা কপ্পা, অটৌৱা হার্মাচিশিকী মনাক্তা লাকপা অমসুং অটৌৱানা চৈবা)*

ঐগী অৱাবদু সর্গনা কিন্থরক্কুনা ঐগী কোকথক্তা তারকপগুম তৌরমই। ঐনা লৈমাইথক্তা তুথরগা লৈপাক্তা খুৎনা শুরু শুরু নৈদুনা কপলমই। ঐগী ইপাদু ঐঙোন্দা শাপ তৌনবগী ঐতবু ঙাইদুনা লৈরম্বনি। মাগী থৱাই য়াওদ্রবা হকচাংদু য়েংলগা ঐনা মখোল থোক্লা কপলমই। ঐনা পুক্লিং নুংশিনা কপলিঙৈদা অমম্বা অহিং ওইরকলমই। অমম্বা অহিংদুদা অহাংবা অচৌবা কা অদুদা ঐনা অশিবা ইপাগী মনাক্তা ওনথোইনা কপ্পুনা অদুম লৈরমই।

মিচিক মীরাওখোল তাদ্রবা মফম, চিক্লবা অমম্বা অহিং অমসুং নুংশিৎ ফাও বা শিৎলকত্রবা মফমদুদা ঐগা অশিবদুগা হিপমিন্নবগুম লেনখিবা কয়াগী মতিক ৱাখিবা হায়ফম খংখিদে।

ঐগী অৱাবদু করম্না ফোংদোক্কনি, ভাপ্পা শাবনদি মপুংফানা ফোংদোকপা ঙমলরোই অদুগা ৱাহৈনা মদু ফোংদোকপসু ওইথোকলোই। অমুকসু হন্না ঐহাক ইথন্তা শিরশিরা খনবা হৌরকখি। ঐঙোন্দা ছুরি অমদি য়াওরমই। মদুগী উপাইনা ঐগী অৱাবা পুম্বশি কোকপা ঙমগনি অদুগা ঐগী থৱাইশি নিংতম্না পাইথোকখিবা ঙমগনি।

অৱাবনি ঐ শিবা ঙমলমদে। ঐনা লৈমাইদা থরো থরো ওল্লগা লোইবা খম্বা লৈতনা কপতুনা লৈরমই। অদুবু ঐনা মতম শাংনা কপ্পুনা লৈরবসু অচিকপা মফমদুদগী পাউখুম অমত্তা লাকলমদে। করিগুম্বা অশাগী মঙাল অমত্তা ঐগী পুক্লিংদা লাকখিদে। ঐহাকশে লাইশিংনা ইনথোক্লবা মীনি অদুগা মী পুম্নমক্না তুক্কচরবা মীনি। চিক্লবা মতমদুদা ঐগী পুক্লিংদা অঙকপা অমসুং অকিবা অমা পোক্লকখি। মফমদুদগী ঐ চেম্থোক্লগে হায়না হৌগৎলমই। অদুবু মফমদুদগী ঐ করম্না চেম্থোকপা ঙমগনি?

অদুগা চেনথোকপা তারবসু ঐ মফম কদাইদা চৎকনি? মী কনানসু ঐবু চংজফম পিরকলোই। অমুকসু হন্না ঐ লৈমাইদা তুথরমই অদুগা অচৌবা অকিবা অমা পুক্লিংদা ফাওরকখি। অদুদগী অইংবা হুমাংনা লাইবক অমসুং চুবা অনিদা ইচোৎ চোৎলমই। ঐনা লানখিবা মরমদগী ইমা আইশিস লাইরেম্বীবু খুরুম্বা ঙমদবদু ঙসি অহিংদি থৌনা অমা লাক্নুনা ঐনা হৌনা লাউনা কৌদুনা কপ্লমই। 'ও, আইশিস হোলি ইমা! নহাক্কী অশাওবদু লৌথোকপিরো! ঐবু অমুক্তা থৌজানবিয়ু নুংশিবিয়ু। ঐনা কপচবা লাউজবা অমুক্তা তাবিয়ু! ঐ নহাক্কি নচানি - ননাইনি। ঐনা তৌরুবা পাপ অদুনা ঐ লৈখা তাখিবনি। নহাক্কী থৌজাল অদু অমুক্তা পিবিয়ু। ঐহাক্কী অবাবদা অমুক্তা নহাক্না য়েংথবিরক উ। ইমানা ঐবু ঙাকপিদুনা ঐগী অব্রাবদগী কনবিয়ু!'

ঐনা হৌগৎলগা খুৎ অনি তিংথোকলমই অদুগা ইমা আশিসবু হৌনা লাউনা কৌরমই। তপ্না ইংনা ইমাগী পাউখুম লাক্লমই। অচিকপা অহিংদুদা ইমাগী শিতার খোংবগী মখোল তারমই। ঐনা ইমা লাক্লে হায়বা খঙলমই।

কা অদুগী অরোইবা শরুক্তা য়াম্না শোনবা থাবল মঙাল অমা উরমই।

ঐনা ইমাবু খুরুম্বগী মওংদা খুরু খুদক কুন্থরমই। অদুদগী য়াম্না পিকপা থুল্লবা খোঞ্জেল অমনা হায়রকই!

'হার্মাচিশ, ঐগী ইচাসু ওইবা ইনাইসু ওইবা, ঐনা নঙগী খুকমদুনা হায়জবা লোইনা তারে অদুগা নহাক্না ঐবু কৌজবা অদুসু তারে। নঙনা ঐবু কৌবা ঙম্বগী থৌনা অমদি শক্তি লৈ! অদুবু নঙগা ঐগা মখা তানা নুংশিনবগী মরিদু থম্বা য়াররোই। মসিগী মরমদি নহাক্কী থবক মওংনা ঐবু থাপ্না ইন্থোক্নুনা থশ্বীরে। নহাক মতম কুইনা তুমিন্না লৈরুরগা হৌজিক লাকলিবনি, হার্মাচিশ! ঐনা অঙকপা মওংগী ফিজোল শেৎলগা লাকপনি অমসুং লমন খুমনবগী শেম শাদুনা লৈরে। আশিস লাইরেম্বীবু ইরাই লাইনা কৌথোকপা ঙমলোই!'

'য়াথং তৌবিরমউ লাইরেম্বী!' ঐনা খুমলমই।

লাইরেম্বীনা - 'নহাক্না পোৎলুমদু পুবা ঙমদ্রবদি মফমশিদা, পৃথিবী মথকশিদা, মসিদগী হেন্না লুম্বা হেন্না ৱাবা করম্না পুগনি মফমদুদা? নত্তে, হার্মাচিশ ঐনা নঙবু থৌদারোই মরমদি পুম্নমক্তা ঐনা শাওখিবা নত্তে। নঙনা ঐবু কৌবদা অৱাবা ৱাহে হায়খি ঐবু ননাক্তা লাকউ হায়না। ঐনা হার্মাচিশ নঙবু থাগৎপসু তৌখিদে চৈবসু তৌখিবা লৈতে। ঐশে দন্দিসু তৌবা অদুগা মনাসু পিবা লাইরেম্বীনি। ঐনা পিবা তারবদি ৱা ঙাংদনা তুমিন্না। মরমশিনা নঙগী অৱাবা পোৎলুম অদুদা ঐ অমুক হেন্নবা হাপচিল্লরোই। নঙনা পাপকী থবক তৌখিবগী অচৌবা দন্দি ফংগনি। ঐনা নঙোন্দা

হান্না তাকথ্রবনি। ঐনা নঙোন্দা হায়গদবদি নঙনা চৎকদবা লম্বীদু নিংঙম্মক্তবা লম্বীনি। নপুক্লিংদা নোম্লুকপগা লোইননা নঙ চৎকদবনি!

ঐনা হংলমই - 'অদু ওইরবদি হোলি ইমা, ঐগী অশা অমত্তা লৈত্রবরা?'

লাইরেম্বীনা খুমলমই - 'মদুদি লোইথ্রবনি, হার্মাচিশ'! মদু হোংদোকপা ঙমলোই। ক্ষেম হায়বা লৈবাক অসি অমুক হন্না নিংতম্বা ফংবা ঙমলরোই। মফমশিদা লৈরিবা লাইশংসিং লোইনা থুগাইদুনা মরুভূমিগী ইফুলগুম ওনদ্রি ফাওবা। শকখংদবা অঙকপা মীশিংনা লাক্লুনা ক্ষেম লৈবাকশিগী মপু শারনি। মখোয়দু যুগ যুগ খুদিংগী লাক্লুনা লৈরনি। অনৌ অনৌবা ধর্ম্মা কয়া থোরক্কনি। মসিগী মরমদি পৃথিবী অসিদা অনৌবা ধর্ম্ম, অনৌবা ফিজেৎ চাকচেৎ অমসুং অনৌবা চৎনবী কয়ানা শন্দোরক্কনি। মসি উ পাম্বীদুনি নঙনা লংখিবা মরু অদুদগী ওইখিবা, নঙনা তৌবা পাপ অদুনা পোকখিব।'

'অব্রাবনি, ঐ মাংলে!' ঐনা কন্না লাউরমই।

'হোই, নঙ মাংলে! ঐগী বিচারদা নঙ যাজগদবনি!

ঐনা খুদম পিরক্লবা মতমদা নঙ ক্লিওপত্রাগী মনাক্তা চৎলু অদুগা মাঙোন্দা লমন খুমগদবনি। ঐ নঙগা মাই মাই ওনশিন্ননা ঙাংনবা অমুক হন্না ঐৌবরোই। নিংশিংঙু - লব দিবাইন হায়বদি হৌবা, লোইবা অমসুং মুথৎপসু ঙমদবা হায়বনি। নঙ নিংঙমমক্তবা ওইয়ু, ইচা নুপা, নিংঙমদবা ওইয়ু। মতম লৈরিঙৈদা থবক ফজনা তৌরমউ। নঙ অমুক হন্না ঐগী নাক্তা লাকপা য়াই। অদুবু, হার্মাচিশ, নঙনা ঐবু উবা ঙমদ্রবসু ঐগী শক্তিদি মফম খুদিং লৈগনি।'

ইমাগী নৌরবা খোঞ্জেলদু তাখিদ্রবা মতমদা অরংবা লিন অদু অপাবা লৈচিন অদুদা লৈ লৈদুনা কাখৎখিরমই অদুগা অপাবা লৈচিন্দু চে কোনশিনবগুম কোনাশিল্লগা মাংখিরমই।

ঐনা ঐগী ফি'রোলনুংদা মাই লোৎলগা লৈরমই। ঐনা পুক্লিংদা অশা অমা লাক্লে নিংলমই। ঐনা খঙলমই ইমানা ঐবু পুরা লংথোকপদি নত্তে অদুগা ঐগী অশা পুম্বা মাংখিবা নত্তে হায়বা।

অদুদগী য়াম্লা ব্রাবা অমসুং চোকথবনা ঐবু তুমহল্লমই।

মথং নুমিৎকী অঙনবা অয়ুক্তা অরংবা নুমিৎকী মঙালনা ঐবু মিকপ থোকহল্লমই। ঐনা হৌগৎপদা পুক্লিংদা করি তৌগদগে খঙলমদে। মিকুপ খরগী তুংদা মী লাকপগী খোঙথাং মখোল তারমই।

'লা! লা! লা!' য়াম্না শোল্লবী অহল ওইরবী অটোব্রানা শোনথাংননা হায়রকই। মহাক্না হংলকই, 'করিগীনো মসিদা মমলিবা, অশিবগী য়ুমদৌনা? লাই ওইখ্রবা লাইশংসিবু শারম্বা অদুনা ঙাল্লিবা নুমিৎ মাবু পুজা তৌদুনা নিংজখি। হৌজিক পর্দারদুনা কদাইদা চৎপ্রে?'

য়াম্না থুনা পর্দারদু চিংথোকলমই অদুগা অটোব্রা চংলকলমই। মাগী মখুৎ নাম্না চৈশু অদুগা অতোপ্পা মখুৎনা থুমোক মচা অমা পাইরমই। মাগী মাইথোঙদু হান্নদগী হেন্না খুইরমই। মাগী অতেনবা শমদু হান্নদগী হেন্না ঙৌরমই। মানা লেপ্লগা কোইনা লৈনা য়েংলমই।

'হৌজিক মহাক কদাইদা লৈ?' মহাক্না হংলকখি। 'ওশিরি! নহাক্না থৌজানবীয়ু! মাদি অমম্বা অহিংদা কোইনা চৎপা ঙমদে, মহাক্তি মিৎতাংবনি! অব্রাবনি! ঐ মমদ্রিঙৈদা হল্লকপা ঙমখিদে। করি দশানো ঐখোয়দা তারিব? অবুথিশগী হাই প্রিয়েক্ট অমসুং গোবর্নর মফমসিবু থাদোক্তুনা চৎখ্রবদা! ও, হর্মাচিশ, ঐহাক্কি মরাইবক থিরবা অঙাং, নহাক্না য়ুমশিদা অব্রা অনা পিররে! করিগীনো, মসিনা করিনো? শোইদনা মহাক তুমলম্নরোই- করিগী লৈমাইদা? মহাক শিরবা ওইরমগনি১ নিংথৌমচা - হোলি ফাদর অমেনেমহৎ হৌগৎলো হৌগৎলো!' মহাক্না নোম্থরগা অশিবা ইপাবু পাইদুনা য়েংলমই। 'করিগীনো, কমদৌনা মসি ওইরিবনো?' মহাক্না হায়রমই।

মানা হংলকখি - মাগী মনাক্তা কনা তুম্বগে, মহাক শিরে মনাক্তা কনাসু লৈতনা মথন্তা শিরবা শিরবা!' মহাক্না কপ্পা লাউবা তৌরকখি।

'হুশ নুপি, তুমিন লৈয়ু!' ঐনা মরুম ওইবা মফমদগী থোরক্লগা অটোব্রাদা হায়রমই।

'ওহ, করিনো নহাকপু?' মহাকনা লাউরকখি, মাগী থুমোক মচাদু মখাদা থন্নগা 'ফত্তবা নুপা, নহাক্না হোলি প্রিয়েক্ট অসি হাৎলবরা, ইজিপ পুম্বগী অমত্তা ঙাইরবা হোলি অসিবু হাৎলবা? শোইদনা মসিগী অচৌবা পাপ অদু নকোক্তা তাগনি লাইশিংনা নঙোন্দা লমন খুমলগনি!'

'ঐঙোন্দা য়েংলকউ, অটোব্রা!' ঐনা লাউনা হায়রমই।

'য়েংলকউ হায়বা, ঐ য়েংলে- নহাক ফৎত্রবা কোইচৎ চৎপা, থৌনা লৈনা ফত্তবা তৌবা ঙম্বা! হার্মাচিশ, নঙদি নমথাক তৌবা লৈবাকশিগী মাংনবা তৌবা! নঙদি অথাপ্পা মফমদা মাংখ্রবনি। অমেনেমহৎ- নঙগী হেলি ফাদরবুসু হাৎপা ঙম্বা! হৌজিক্তি

ঐগী ইচা ইশু অমত্তা য়াওদনা হনুবী ইথন্তা ঙাইহৌরে। পুন্নমক ঐনা হার্মাচিশ নঙোন্দা পিখি! নমথাক তৌবা - বীশ্বাস ঘাতক ওইবা লাও ঐবুসু হাৎলোলাও!'

ঐনা খোঙকাপ অমা মাঙোনলোমদা চংশিল্লমই। অদুম তৌবদুদা ঐনা মাবু হাৎকদৌরে নিংদুনা পাখৎলমই অমসুং কিদুনা লাউরমই।

'নত্তে, অফবা ইবুংঙো, ঐবু হাৎপিগনু। ঐদি চহি য়ামলে - ৮৫ শুরবী অহলনি। অদুবু ঐ শিনিংদ্রি। ঐনা নুতিগী শেবা তৌজবা মরমনা ওশিরিজ লাইনা ঐবু চানবিবনি। ঐগী নাক্তা চংলক্কনু - কনা কনা লৈবগে? ঐবু তেংবাংবিয়ু।

'অপংবী নঙ তুমিন লৈয়ু! নঙ ঐবু খঙদ্রে?' ঐনা হায়রমই।

'ঐ নঙবু খংঙি! করিগী ঙকলিবা? নঙগী নশক হোংলে - অশোকপা দাকফম অমসুং চোং চোংদুনা চৎপা, মসি হার্মাচিশনি । ঐগী অঙাং, ঐনা অহল ওইরবা মতমসিদা নঙ লাক্লবরা ঐবু নুংঙাইহন্নবা? ঐদি নঙ শিখ্রে হায়না খনখি। ঐনা নঙবু অমুক্তা চুপহনবিয়ু!

নত্তে, হার্মাচিশ নমথাক তৌবা মীনি হায়বা ঐ কাউথোকলুরে অমসুং মীহাৎপনি হায়বসু কাউরুরে! নমথাক তৌবা হার্মাচিশনা হাৎখিবা অমেনেমহৎ মফমশিদা তাদুনা লৈরে। নঙ চৎখ্রো! ঐগী কনাসু লৈতে, নমথাক তৌবা মীসু লৈজদে। লমচৎ নাইদবী ইকাই খংদবী অদুগী মনাক্তা চৎখ্রো! নঙ নৎত্রনে ঐনা চাওনবা য়োল্লকখিবা অঙাংদো?

'তুমিন লৈয়ু নুপি! ঐ ইপাবু হাৎখিবা নত্তে, মহাক মথন্তা শিজখিবনি। অৱাবনি মহাক শিখ্রে ঐনা কোনশিল্লিবা মক্তদা!'

'এহ্, শোইদনা নঙবু শাপ তৌনা তৌনা! নঙনা মাবু শিহনবনি! লা! লা! ঐদি অহল ওইরবিনি, অল্লবা খুদোংথিবা কয়া থেংনরক্লবনি অদুবু ঙসিগী অসিনা খ্বাইদগী পোৎলুম চাওবা অৱাবনি! ঐদি অশিবা হকচাংশি য়েংবা পামজদে ! নঙ চৎখ্রো, ঐ নঙোন্দা খুরুমলি!'

"অহল ওইরবী নশ, ঐবু চৈগনু! ঐ খাংবা ঙমদ্রে!' 'এহ্, হোই হোই! ঐ কাউথোক্লগে! ফরে, নঙগী পাপতি করিনো? নুপী অমনা নঙোন্দা হুগুম্না অমাংবা ওইখি অদুগা নুপীদুনা নঙগী তুংদা! অদুগা করন্না নুপী - লা লা! ঐনা মাবু উখ্রে - মহাক অসুক্কী মতিক ফজে মদুদি মমাংদসু অমুক্তা ওইখিদ্রি মতুংদসু খক ওইরোই। ফত্তবা লাইশিংনা

তেনজৈ অমনা মাবু থিন্দুনা তাকই মাংহন তাকহন্নবগীদমক। নুপিদুনা নঙবু লাকশিনখি হায়বা কনানা ঙক্কবা ঙমগনি? লাকও হার্মাচিশ, ঐনা নঙবু অমুক্তা চুপহনবিয়ু।

মসি নুপী অমনা নুপা অমদা য়াম্না কনগদবা নত্তে মরমদি নুপাদুনা নুপিদুগী থোৎ নৌরবা হকচাংদুবু হেনজিন্না পান্নদগীনি। করিগীনো মদু মহৌশাগী ওইবনি। মহৌশা লাইরেম্বীনা মশাগী থবক্তি ফজনা খংই নৎত্রবদি মহাক্না ঐখোয়বু শেমলমলোই। অতোপ্পা মওংদা ওইরমগনি। মসিগী মেশেদোনিয়ান রাণি অসিনা নমদুনা লাইশংঙাক্তা ওইবা লমদমশি লৌশিনখি অমসুং মসিদা কারকপা খাজনা পুমনমক খোমগৎখি। মানা পুরোহিৎ পুমনমক তানখাইখি - হোলি অমেনেমহৎ নত্তনা। করিগী মহাকতমক থমলম্লীবনো ঐ খঙদে। অদুগা লমদমশিদা লাইনিং লাইশোন তৌবা য়ারোই হায়না মহাক্না থিংলমই।

হৌজিক অমেনেমহৎসু শিখ্রে। মহাক্তি ওশিরিজগীদমক য়াম্না ফবা মীনি। মহাক্না নঙগীদমক স্না লুপা লন থুম য়াম্না থনমই। তৌখিবা থৌরাংদু ফেল ওইরে হেক তাবগা মানা মাগী লৈজবা লন থুম পুমনমক খোমজিন তাশিল্লমই। পুমনমক মানা লোৎতুনা থমলমই। মখোয়শিংদু কদাইদা লৈ হায়বা ঐ খংঙি। মখোয়শিংদু নহাক্কীনি - নঙগী অধিকারনি!'

'ঐঙোন্দা লন থুমগী ৱা হায়রক্কনু, অটৌৱা!' ঐ কদাইদা চৎকনি অমসুং করম্না ঐগী অৱাবা - ইকাইবা লোৎকনি?'

'এহ, চুমই চুমই! মফমশিদদি নহাক লৈবা য়ারোই, মরমদি মখোয়না নঙবু হাৎখিনি। নত্তে, ঐনা নঙবু লোৎকনি হোলি অমেনেমহৎকী জৈগ্যা তৌবা লোইরগা। ঐখোয় মফম অমদা লোৎলুশি। কোন্না মফমশিদা অমুক হল্লকশি। লা! লা! সংসারশি অৱাবা খুদোংথিবনা পিক থল্লি, নাইল তুরেলগী লৈখোমগা উতেক ৱাতেক্কা তোৎনদুনা লৈবগুম। লাকও র্হমাচিশ লাকও!'

# চেপ্তুর অহুমশুবা

*(হার্মাচিশনা লাইরিক লাইশু হৈবা ওলিমপশ হায়না মমিং কৌরগা হারপরশিংগী মোংফম মনুংদা লৈবগী পুন্সি, মাগী পাউতাক রাণি ক্লিওপত্রাগী মফমদা য়ৌহনবা, চার্মিয়োনগী পাউজেল অমসুং মহাক্না অলেকজিন্দ্রিয়া য়ৌনা লাকপা)*

অহল ওইরবী অটোৱানা ঐবু নুমিৎ ৮০ নি চুপ্না লোৎতুনা থমলমই। ঐগী ইপা অমেনেমহৎপু লৈরোলনুংদা ফুমজিন্নবা শেম শাবা লোইরমই। লৈরোল চনবদা য়াম্না হে শিংলবা মী কৌরগা তৌহল্লমই। মদু লোইরবা তুংদা ঐগী লোৎফমদগী ঐ পাকথ পাকথ থোরক্লমই। ইপাদা কনা উহন্দনা ঐনা লৈশু কৎলমই। মাগী থবাক্তা ঐনা ফজরবা থম্বাল লৈ অমা থমলমই।

মথংগী নুমিৎতা ঐনা ওশিরিজ লাইশংদা পুরোহিৎ ময়াম উরমই অদুগা আইশিস লাইরেম্বীগী পুরোহিৎ ময়ামসু তিল্লমই। মখোয়না ইপাগী রং তৌরবা কু অদু পুদুনা চৎলমই। কু অদু শেংলবা পাৎ অদু তম্না পুরমই। মাগী কুদু মাগী নুপীগী (হার্মাচিশকী মমা) মনাক্তা থমলমই। কু অনিমক য়াম্না লুথরগা লৈবা মখাদা থমলমই। মখোয়দু ওশিরিজ লাইগী পোথাফম মনাক্তা থল্লমই। পুমনমকশি লোইরগা কুদু মখুম খুল্লগা শিল তৌশিল্লমই।

ইপানা থল্লম্বা লন থুম পুমনমক লৌথোক্লগা অতোপ্পা মফম অমদা (ঐনা খঙবা মফমদা) অমুক ঐনা লোৎশিল্লমই। ঐগা অটোৱাগা লোইননা নাইল তুরেলগী মথকলোমদা শক ওম্থোক্লগা লাক্লমই। ঐখোয়না লোৎপা য়াবা মফম অমা থিরমই। সহর অদুগী অৱাংদা নুঙ ঙাক্তা ওইবা চীং মচা খর লৈরমই। অদুগী মনাক্তা লৈঙোইলম মরুভুমী লৈ। মী চংনদবা চিক্লবা মফমসিদা লাই ওইখ্রবা ফারাওহশিং ঐগী ইপা ইপুশিংনা

লাউনা লাউনা হুৎতোক্তুনা মখোয়গী কুশিংদু লোৎতুনা থল্লমই। অদুবু হৌজিক্তি মসিগী শরুক অয়াম্বা মাংহন তাকহনখ্রে। মখোয়গী কু শিংদু অশুক্কী মতিক লুনা ফুমলমই মদুদি কনাসু কুশিংদু থেংনবা অমদি ফংবা ঙমলমদে। অদুবু খরদি হুরানবা পার্শিয়ান কাংবু কাংবু লাক্তুনা লন থুমশিংদু লৌথোকপিখ্রে।

অহিং অহিংদা ঐনা ঐগী লোৎফমদগী থোরক্লমই। চীংজাওশিংগী মতোন্দা কাখৎলগা নোংঙাল্লকপগী অহানবা মঙাল লাকপদা ঐনা ৱাবনা থল্লবা অশিবশিংগী লমদমশিদা কোইনা কোইনা চৎলমই।

নোংমদি চীংদুম অনিগী কারক্তা থোকফম অমগী চংফম অমা ঐনা থেংনরমই। অকোনবদা ঐনা মদু দিবাইন রামেশেসগী মোংফমনি হায়বা খঙলমই। নোংঙাল্লমদাই শজিক থবা থোকপা মতমদা ঐনা পাকথ পাকথ অহোবা শুরুংদুদা চংলমই। মনুংদা য়াম্না পাকচাওনা লৈবা মফম অমা থেংনরমই। মনুংদুদা কা কা থাইদোক্তুনা লৈরমই। ঐগা অটোৱাগা ঐখোয় অনি শারকোফেগুগী অচৌবা হোলমনুংদা চংলমই। অদুগুম্বা হোল অদুদা দিবাইন রামেশেসগী তুম্ফম কা ওইরমই। ৱাংলবা ফকলাংদা য়েক্লম্বদু লিন অমগী মওংনি।

য়াম্না শাংনা কুমথবদু লোইরগা ঐনা অতোপ্পা কা মখল কয়াসু থেংনরমই। শারকোফেগুগী হোলদা হায়নিংঙাই লৈতনা ফজরবা লাই কয়া উবা ফংলমই। অদুগুম্বা অশিবশিংগী লৈফম ওইবা, অকিবা তুজুংবনা থল্লবা মফমদা ঐগী লোৎফম-লৈফম ওইরমই। মফমদুদা ঐনা লোৎতুনা লৈবদু শাংলবা চহি ৮ হৌখিরমই। ঐনা য়াম্না ৱানা চহি ৮ লাই নিংদুনা ঐনা তৌখিবা পাপশিংদু কোক্লবা লৈরমই। অটোৱানা মঙাল খর ফংবা কা অমদা লৈরমই। নুমিৎ নিনি খুদিংগী অটোৱানা সহরদগী পুরকপা চিঞ্জাক ঐখোয় অনি চামিন্নে। অয়ুক অঙনবদা পুং অমা অদুগা নুমিৎ তাবদা পুং অমা ঐনা মপান্দা কোইনা চৎতুনা হকচাং ফনবা তৌরমই। অতে মতমদনা চীংজাওশিংগী মতোন্দা কাখৎতুনা থৱানমিচাকশিংগী খোঙচৎ য়েংলমই। অয়ুক নুংথিল খাক্তনা অমদি অথেংবা অহিংদসু লাই নিংলমই অমসুং ধ্যান তৌরমই ঐনা তৌখিবা পাপশিংদু কোক্লবা।

অসুম্না লেপ্পা লৈতনা ঐনা লাই নিংজবনা ঐগী থম্মোইনুংদা লৈবা পাপকী লৈচিল অদু হাইদোকখিরমই। অদুগা হৌজিক্তি ঐহাক য়াম্না শিংবদা অমসুং জ্ঞান লৈবদা মপা লৈতনা অশিংবা নুপা অমা ওইরকখি।

ঐনা অঙকপা থৌদোক ময়ামশিগী মরমদা লুপশিন্না ৱাখল খল্লমই। শংসারশিগী ৱাংমদা ঐনা লৈরগা লেপ্পা লৈতনা ঈশ্বরবু খুরুমজবা অমসুং ধ্যান তৌরমই। অদুবু মতম শাংনা ইথস্তা লৈবা অদুনা ঐগী হকচাং অসুম অসুম কংশিল্লমই।

শকউদবা ঈশ্বর মাগী থৌনাগা লোইননা ঐনা মীগী থম্মোই নৎত্রগা পুক্লিংদা করি লৈব - করি খল্লিবা খঙবা ঙমনবগী জ্ঞান অমসুং লৌশিং অদু তমলমই।

য়াম্না থুনা তোকঙা অমা সহরদুদা শন্দোরকখি মদুদি কনাগুম্বা লাইনিংবা নুপা অমা মমিং ওলিমপশ হায়না কৌবা অমা অশিবশিংগী লৈফম মোংফম মনুংদা লৈরে। মদুগী থাজবা অদুনা অনাবা মখল মখল ঐগী নাক্তা লায়েংবিনবা পুরকখি। ঐনা অনাবশিংদু লায়েংবিখি অমসুং নাবা ফহনখি। অটৌব্বানা তাকপগী মতুং ইন্না ঐনা ইচম চম্বা মওংদা পুক্লিং থিংজিনখি। মমাংঙৈগী চৎনবী অমসুং ঐগী অরুবা ব্বাখলনা অফবা হিদাক হায়বদু ওইরমই। মদুনা উপাই ওইদুনা অকনবা অনাবা কয়ামরুম ফহনবা ঙমখি।

অসুম্না, মতম্না অসুম হৌখিবনা ঐহাক্কী মীংচৎ সহরদুতা নত্তনা লৈবাক লান্না পাও তান্নরমই অমসুং ঐগী মীং পন্নরমই। মখোয়না ঙাংনরমই মদুদি ওঙিমপশ হায়রিবা নুপাশি অফাওবা মাইবা ওইবতা নত্তনা মিত্রং যাদুসু হৈবা, অশিবা মীগা ব্বারি তৌবা ঙম্বা মীনি। অদুদগী অটোব্বানা সহরদা চৎলগা চানবা চিঞ্জাক অমসুং থক্কবা ঈশিং লৌবা চৎপদু তোক্লমই। মরমদি ঐবু নিংজবা অমসুং থাজবা মীশিংনা চানথক্কবা চিঞ্জাক কয়া মরাং কাইনা পুরক্লমই। ঐনা মখোয়দগী লায়েংবগী পৈশা অমত্তা লৌরমদে। মখোয়না ঐবু খল্লমই মুণি ওলিমপশনা মাংখ্রবা হঁামাচিশ মফম কদাইদা লৈরম্বা য়াই খংলমগনি।

ঐবু উনবা লাকপা মীশিংদু ঐনা মনুং অমম্বদা কৌশিল্লগা উনরমই। অদুবু ঐনা অকোনবদা খংলমই মদুদি লৈবাক শিনবা থুংনা হঁামাচিশ অশেংবমক লৈত্রে - শিখ্রে হায়না ঙাংনবদু তারমই।

ঐনা মদু খংলদুনা ঐ মপান্দা থোক্লমই অদুগা মোংফমদুগী চংফম মচিন্দা ফমলমই। ঐনা মপান্দা ফমলগা অনাবশিংদা পাউতাক পিরমই। অসুম্না ঐহাক্কী মিংচৎ অসুম অসুম ব্বাংখৎলমই অমসুং ঐবু পাকশন্না খংনরমই।

অদুদগী মী শঙ্খু শঙ্খু মেমফিজ লৈবাক্তগী অমসুং অলেকজেন্দ্রিয়াদগী ঐবু উনবা মথং মথং লাক্লখি। মখোয়দগী ঐনা তারমই কমদৌনা এন্টোনিনা ক্লিওপত্রাবু থাদোকখি হায়বা। এন্টোনিগী নুপী ফুলভিয়া শিখ্রবা তুংদা মহাক্লা ওক্তাভিয়া লুহোংদুনা লৌখ্রে হায়বসু ঐনা তারমই। ওক্তাভিয়াদি শিজরগী মচননুপিনি। ঐহাক্লা অতৈ পাও কয়াসু তারমই।

ঐনা অটৌব্বাবু উহৈ ব্বাহে য়োনবী শারগা অলেকজিন্দ্রিয়া য়ৌনবা থারমই। মাঙোন্দা চার্মিয়োন উনরক্কবা শিন্নরমই। করিগুম্বা মহাক্লা চার্মিয়োন উনরবদি

মঙোন্দা হার্মাচিশনা লোন্না লৈরিবা ৱারিদু হায়রম্লবা। থা ৫ গী তুংদা অটোৱা চার্মিয়োনগী হরাও নুংঙাইবগী পাউজেলগা লোইননা ঐগী নাক্তা হল্লকখি। মহাক্লা ঐঙোন্দা পাউ তমলমই - কমদৌনা চার্মিয়োন্না হরাও মনখিদুনা কপখিবা ৱারিদু। অহল ওইরবী অটোৱাদি য়াম্না শিংবী মীগী থম্মোইদা করি লৈবা, করি খল্লিবা মুন্না খংবী নুপীনি। মানা চার্মিয়োন্দা হার্মাচিশ হৌজিকফাও হিংলি হায়বদা মহাক্লা হরাওখিবনা হৌনা লাউনা পংকপ কপখি হায়রমই। চার্মিয়োন্না হরাওমনখিদুনা অহল ওইরবী অটোৱাবু হন্না হন্না চুপপিখি অমসুং মমল য়াম্লবা খুদোল কয়া পিরকখি।

চার্মিয়োন্না হায়রকখি মদুদি মাগী ৱাশক্তু ঙাকচরি, হার্মাচিশবু ঙাইদুনা লৈজরি, মহাক্লা লাক্লগা লমন খুম্লগদবা নুমিৎতু ঙাইদুনা লৈরি। অরোনবা কয়ামুক খংজিল্লবা তুংদা অটৌৱা ঐগী নাক্তা হল্লকখিবনি।

মথংগী চহিদা ক্লিওপত্রানা পাওপুবা মী থারক খি। মাগী মীশিংদুনা পুরকপদু শিল তৌরবা পাপিরশ মকোল অমনি অমসুং অচৌবা খুদোল অমগা য়াওরকখি। মদুগী ৱারোলদি অসিনি:-

'ক্লিওপত্রাদগী ওলিমপশতা, লাইরিক হৈবা মোংফমদা লৈবা নহাক্কী লাইরিক হৈবা, নঙগী মিংচৎ অমদি তৌবা ঙম্বা পুমনমক ঐখোয় লোইনা তাজরে। নহাক্লা মফমশিদা লাকপিদুনা অচুম্বা লাইফাও তৌবিরবদি নহাক্কী মিংচৎ অমুক হেনগনি। ইজিপ্তা ফংবা লন থুম অদুদগী হেন্না ফংবিগনি। ৱাহং অমত্তং - কমদৌনা ঐখোয়না পুকচেল চাওরবা এন্টোনিগী নুংশিবা অমুক হন্না ফংগদগে? মহাকপু মপুক ফত্তবা ওক্তাভিয়ানা শুমদুনা পুবিখ্রে।'

চিঠিদু ইরকপা মীদু চার্মিয়োনগী খুৎইনি খংলমই। মহাক্লা ঐগী মিংচৎ অমসুং তৌবা ঙম্বা পুম্নমক রানি ক্লিওপত্রাদা হায়রমগনি।

অহিংচুপ্পা ঐনা মসিগী মতাংদা হন্না হন্না খল্লমই। মথংগী নুমিৎতা ঐনা ঐগী পাউখুম অদু ইরমই, পুক্লিংদা ক্লিওপত্রা অমসুং এন্টোনি অনিমক লোইশিল্লগে খল্লদুনা।

ইজিপকী ওলিমপশনা রানি ক্লিওপত্রাদা, শাইরিয়াদা চৎলু নহাকপু লমজিংবা ঙমগদবা মী অমগা লোইননা। অদুম্না চৎলগা নহাক মাগী নুংশিবদু অমুক হন্না ফংগনি। মহাকপু নঙগী নখুৎ অনিনা কোনশিনজবা ঙমগনি। অদুগা মহাক্কী মফমদগী নঙনা নিংলম্বা খুদোল কয়াসু ফংগনি।'

ঐগী চিঠি অদুগা লোইননা চিঠি পুরকপা নুপাদু থাখিরমই। ক্লিওপত্রানা পিরকপা খুদোলশিংদু ঐনা মখোয়দা লোইনা পিথোক্লমই। মখোয় ঐবু য়েংলগা ইঙক ঙকলমই।

ঐনা তাকখিবা পাউতাক্তু লৌরগা, মাগী অপাম নুংশিনা লাকশিন্দুনা ক্লিওপত্রা অলেকজেন্দ্রিয়া থাদোক্লন্নগা ফোনটিয়াউশ কেপিতোগা লোইননা শাইরিয়া য়ৌখিরমই।

ঐহাক্লা লাইফাও তৌখিবগুম মফমদুদাহেক য়ৌবগা এন্টোনিগী থম্মোইবু মহাক্লা জয় তৌরমই। এন্টোনিনা মঙোন্দা শিলিসিয়াগী অয়াম্বা শরুক পিথোক্লমই। মদুদা নত্তনা মহাক্লা ক্লিওপত্রাদা অরাবিয়া - নাবাথগী সমুদ্রা মপান মখৈ, জুথকী প্রোভিনশ, ফানিশিয়ানগী প্রোভিনশ, শাইরিয়াগী প্রোভিশ, খোনি য়াম্না লৈবা শাইপ্রশকী দ্বিপ অমসুং পারাগা মুশগী লাইব্রেরি পুমনমক পিরমই।

ক্লিওপত্রানা এন্টোনিদা মচানুপা অনি পোক্লমই পটোলেম্মী অমসুং অলেকজেন্দর হেলিওজ। এন্টোনিনা মখোয় অনিদা অনৌবা মমিং থোল্লমই- অহানবদা নিংথৌ, নিংথৌগী অঙাং' অদুকা অনিশুবদা গ্রিক্কী মমিং 'নুমিৎ' হায়না থোল্লমই। থৌদোকশিংসি মথং মথং হৌখিরমই।

হৌজিক ক্লিওপত্রানা অলেকজেন্দ্রিয়াদা হল্লকপদা খুদোনপোৎ কয়ামরুম ঐঙোন্দা থারকখি অদুবু ঐদি অমত্তা লৌরমদে। মহাক্লা মী থারক্তুনা ঐবু অলেকজেন্দ্রিয়াদা লাকপিনবা হায়জরকখি অদুবু ঐ চৎলমদে। মতুংদা ক্লিওপত্রা অমসুং এন্টোনি মখোয় অনিনা ঐবু লাইফাও তৌবিয়ু হায়না হন্না হন্না হায়জরকখি। মদুদা ঐনা মখোয়দা মাংনবগী মতম লাকলে হায়না লাইফাও তৌরমই। মদুগী লাইফাওদুসু অচুম্বা ওইখি।

অসুম্না শাংলবা চহিশিংদু মথং মথং হৌখিরমই। ঐহাক লাইনিংবা মুনি ওলিমপশ, মোংফমদা লৈবা তলচাবা ঈশিং থকপা অমা ওইনা লৌশিং কয়ামরুম ফংলমই। অদুগী লৌশিং অমদি জ্ঞাণ অদুনা লমন খুম্নবগী শক্তিদু ঐঙোন্দা ঈশ্বরনা পিবিরমই। মরমশিনা ঐহাক অমুক হন্না ক্ষেম লৈবাকসিদা অচৌবা শক্তি লৈবা নুপা অমা ওইরকখি। ঐহাক অসুম অসুম শিংবা অমদি জ্ঞান লৈবা হেনগৎলকখি। মসিগী মরমদি হকচাংগা হকচাংগা তিন্নবগী অপাম্বদু ঐনা খোঙনা নেথৎলগা লংথোক্তুনা ঐগী মীৎনা সর্গ তম্না য়েংখৎতুনা লৈবদগীনি।

অকোনবদা শাংলবা চহি নিপাল মপুং ফারমই। পর্থিয়ান কাংবু লান তৌনখিবদুসু লোইখিরমই। অমেনিয়াগী নিংথৌনা অলেকজেন্দ্রিয়া ফাওদুনা লানঙমখি। রানি ক্লিওপত্রানা শামোশ অমসুং এথেন্দা কোইবা চৎলমই। মাগী থৌইনশিন্না এন্টানিনা ওক্তাভিয়াবু তাম্ভোকলমই। অদুবু এন্টোনিদি মাগী ক্লিওপত্রাদা থব্বাই লুপখিদুনা মরম খুদিংদা লৈখা তাবা ওইরমই। অকোনবদদি মাগী নুপী ওক্তাভিয়ানা মপুরোইবগী মথক্তা লান তারমই।

নোংমা ঐনা তুম্বদা মঙদা ঐগী ইপা অমেনেমহৎ লাক্লমই। মহাক্লা মাগী চৈশুদা ঙাথদুনা লেপ্লগা ব্রা ঙাংলমই:-

'মাংদা য়েংঙু ঐগী ইচানুপা!' অদুদগী ঐনা মাংলোমদা য়েংলমই। ঐগী মংদুদা পাক্লবা সমুদ্রা অমসুং জহাজ কাংবু কাংবু লৈবদু উরমই। জহাজ কাংবু অনিদু চীংদুমগুম্বা অমগী মনাক্তা লান থেংনরমই। মথক্তা এমব্লেম থেৎপদুনা ওক্তাভিয়াগী ওইরমই অদুগা অমাদুনা রানি ক্লিওপত্রা অমসুং এন্টোনি অনিগী ওইরমই। এন্টোনি অমসুং ক্লিওপত্রাগী জহাজশিংদু মখাদা থৌথখিরমই অদুবু লান্দু এন্টোনিনা ঙমগদৌবা মওং তৌরমই।

ঐনা অমুক হন্না য়েংবদা স্না ঙাক্তনা লৈতেং তৌরবা জহাজ অমদা ক্লিওপত্রা ফজনা ফমদুনা লৈরমই। মহাক্লা লান শোক্লরিবা - থাং য়ান্নরিবা অদু মুন্না য়েংদুনা লৈরমই। ঐহাক্লা মিত্রংগী শক্তিনা ক্লিওপত্রাবু য়েংলমই মাগী নাকোংদা শিথ্রবা হার্মাচিশনা ঙাংবা চৈবদু তাবা ঙমজনবা।

'চেল্লো ক্লিওপত্রা নৎত্রগা মাংবা তুম্বদু ওইরো!'

মহাক্লা ইঙাও ঙাওনা মথক্তা য়েংখৎলমই। অদুগা অমুকসু হন্না মানা তারমই - 'চেল্লো ক্লিওপত্রা নৎত্রগা তুম্না মাংবদু ওইরো!'

হৌজিক অচৌবা অকিবা অমনা মাবু লাকশিনবগুম তৌরমই। মহাক্লা হৌনা লাউনা হি হোনবশিংদা শেলশিংদু চিংখৎলু হায়না থৌদারমই। অদুদগী মহাক্লা অতৈ জহাজশিংদা থৈদোক্তুনা লৈনবা খংহল্লমই। মখোয়সু ইঙক ঙক্লা রানিগী য়াথংদু ইল্লমই। অদুদগী মহাক অমদি অতৈ জহাজশিং য়াম্না থুনা চেনখিরমই।

অদুগী তুংদা য়েক্লবগী মীশিংনা লাউরমই 'ক্লিওপত্রা চেনখ্রে - ক্লিওপত্রা চেনখ্রে।'

অদুগী তুংদা ঐনা এন্টোনিগী জহাজশিংদু ঈশিংদা লুপথখিবদু উরমই।

নুমিৎ খর হৌথ্রবা তুংদা ঐগী মংদা ইপাগী শক্তমদু অমুক হন্না উরমই। মহাক্লা ঐঙোন্দা হায়রমই :- "হৌগৎলো ইচানুপা, লমন খুম্লবগী পুংফম তাঞ্জাদু লাকলে! নঙনা তৌখিবা খুজিন থৌরাংদু ফেল ওইখিদে। নহাক্লা লাই খুরুমজবা পুমনমক ঈশ্বরনা তাবিরে। ঈশ্বরগী য়াথং মতুং ইন্না নহাক্লা জহাজদা ফমলিঙৈদা, ক্লিওপত্রাগী থম্মোইশি অব্রাবা অমসুং কিজবনা পিক থল্লমই। মানা নঙগী খোঞ্জেল তাবদা মহাক্লা মাগী জহাজশিংগা লোইননা চেনখ্রে। অদুগা হৌজিক সমুদ্রাদা এন্টোনিগী থৌনা পাঙ্গল পুমনমক লোইনা কাইখ্রে। মাংলোমদা চংশিল্লো অদুগা পুক্লিংদা লাকপা ব্রাখলদু থবক ওইনা ওন্থোকলো।"

মথং নুমিৎকী অয়ুক্তা ঐনা হিপফমদগী হৌগৎলগা মোংফমদুগী মথক চংফমদু য়ৌনা কাখৎলমই। মিকুপ খরগী তুংদা ক্লিওপত্রানা থারকপা পাওপিবা মীশিংদু ঐগী নাক তম্না চংলকপদু উরমই। মখোয়গী তুংদা গার্দ তৌবা রোমানগী শিফাই, অমসু উরমই।

'হৌজিক ঐঙোন্দা করি পাও হায়গদবা লৈ?' ঐনা শাওরম্লনা মখোয়দা হংলমই।'

'মসি ক্লিওপত্রা অমসুং মতিক মগুণ লৈরবা এন্টোনিগী পাওনি!' কেপ্তেন অদুনা মকোক নোম্না খুরুম্লগা হায়রকই। মরমদি নুপা পুম্নমক্না ঐবু কিরমই। কেপ্তেন দুনা মখা তারমই 'রানি ক্লিওপত্রানা নহাকপু অলেকজিন্দ্রিয়াদা লাকপিয়ু হায়জরকই। কয়ারক হন্না রানিনা নঙবু লাকপিয়ু হায়জখ্রে অদুবু নহাক্তি লাকখিদে। হৌজিক রানিনা নহাক মফমদুদা লাকনবা য়াথং তৌরকলি- খর থুনা লাকপিনবা মরমদি রানিনা নহাক্কী পাউতাক পিবিনবা ঙাইদুনা লৈহৌরি!'

'অদুগা ঐনা করিগুম্বা চৎপা ঙমলোই হায়রবদি শিফাইশিং নখোয় করি তৌগে হায়রিবা?'

'মখোয়শিংসে ঐহাক্কী ওর্দরনি, খ্বাইদগী শেংলবা ওলিমপশ, মদুদি ঐনা নঙবু ফারগা নমদুনা পুগনি!'

ঐনা য়াম্না হৌনা লাউনা নোক্লমই। 'নমদুনা ঐবু ফারগা পুগনি হায়বা? অপংবা বুধু! অদুগুম্বা ৱাহে ৱাতা ঐঙোন্দা হায়রক্নু! ঐনা নঙবু লেপ্পিবা মফমদুদা হাভোকপা ঙমই। নঙ মসি খংঙু ঐহাক মী হাৎতোকপসু ঙমই অদুগা হিংহনবসু ঙম্বা মীনি!'

'ঐহাকপু অমুক্তা ঙাকপিয়ু হায়না নিজরি!' কেপ্তেন্দুনা খুমলমই। ঐনা হায়জখিবশিংদু ঐঙোন্দা য়াথং তৌরকপদু ঙাক্তনি!'

"ফরে, ঐ মদু খংঙি, কেপ্তেন, কিরুনু! ঐ লাক্কে!" ঐখোয়না হায়নরিবা নুমিৎ অদুমক্তদা ঐনা অটোৱাগা লোইননা কনাদসু তাক্লমদনা তুমিন্না চৎলমই। ইপানা থম্বীরম্বা লন থুম পুম্নমক ইশানা পুদুনা চৎলমই।

ঐনা চৎনা চৎনা পাও অমসু তারমই মদুদি এন্টোনিনা ক্লিওপত্রাগী মতুং ইন্নবগীদমক এক্তিউম থাদোক্তুনা চেনখিরমই। পুক্নিংদা ঐনা খল্লমই দ্রামাগী অরোইবা শিন অদু থাদগদৌবা কুইদ্রে - নকশিল্লক্লে।

হন্দক ঐনা অলেকজিন্দ্রিয়াদা লাকপদা কোনুংগী চংফম মনাক্তা ঐগীদমক শেম শাদুনা থল্লম্লবা য়ুম অমদা চংলমই।

অহিং অদুমক্তদা চার্মিয়োন্না ঐগী নাক্তা লাক্লমই। ঐনা মাবু উনখিদ্রবা চহি ৯ শুরবনি নিংলমই।

# চেপ্টর মরিশুবা

*(লাইরিক লাইশু য়াম্না হৈরবা ওলিমপশকা চার্মিয়োনগা উনবা, মহাক্না ওলিমপশতা মতম কুইনা কাইনরবা তুংদা রারি শাবা, মহাক্না রানি ক্লিওপত্রাগী মাংদা পুশিনবা অমসুং রানিগী য়াথং)*

ঐ ইচম চম্বা অমুবা মচুগী ফিজোল শেৎলদুনা গেৎ মনাক্কী য়ুম মনুংদা ফমদুনা লৈরমই। য়ুমদু ঐগীদমক শেম শাদুনা ফজনা থম্লম্বনি। ঐনা ফম্লীবা চৌকিদু নোংশা মখোঙ পানবা ফজবা ফমফম্নী। ঐগী মাংদা থাল্লিবা লেমপ অদুদা ঐনা য়েংদুনা লৈরমই। য়ুমদুগী মনুংদা তৌরিবা লৈতেংশিং অমসুং অকে অমৌগী পোৎলম ময়ামদু য়েংলগা ঐগী মল্লবা মোংফম মনুংদা লৈবদুগা চাংদম্লরমই।

পোক্লা ইঙৌ ঙৌরবী অটৌৱাদু মনুংদা হিপ্তুনা লৈরমই। নুপা নুপী পুম্নমক্লা ঐবু থাদোক্তুনা চেন্নখ্রবদা অটৌৱা মথন্তনা ঐগী নাক্তগী হেন্দোক্তনা লৈরক্লবীনি। মহাক্লা ঐবু অশুক্কী মতিক নুংশিখি মদুদি ঐনা ফত্তবা পাপকী থবক তৌরুবা পুম্বা মানা লোইনা কাউথোক্লমই।

ঐনা পুক্লিংদা খল্লকই- অহানবদা মাইপাকপা ঙমখিদ্রবসু অনিরকশুবা ওইনা লাকপাশিদদি মঙ্গল ওইদবা য়াদে খল্লমই।

অদুবু কয়াম শাথিনা অহোংবা কয়া ঐগী পুন্সিদা থেংনরিবা অমসুং অৱাবা কয়া থেংনরিবা। ঐ অমুক হন্না ইজিপ্ত নিংতমহনগনি হায়বা অশাদু তৌখিদ্রে। অদুগা ইজিপ্ত অচৌবা মতিক মগুন লৈবা লৈবাক অমা ওইহন্দুনা ঐগী ফংফম থোকপা নিংথৌগী শিংহাসন্দা ফমগনি হায়বগী অশাদুসু মাংখিরমই। হার্মাচিশ হায়বা ঐহাকসু মাংখ্রবনি। অমুবা ফি অমানা ঐগী ইপা ইপুশিংগী ইতিহাস পুমনমক খনজিন্দুনা থমখ্রে।

অদুগা থাইনগী ইপা ইপুশিংনা নিংলম্বা লাই অমদি লাইশং পুম্নমক নিংখাইদুনা মাংগদবগী থরাক থরাক য়ান্দুনা লৈরে। ঐনা হৌগৎলগা অটোৱাবু মিংশেল অমা থিরুনবা হায়রমই। মিংশেলদা ঐনা উরমই - খজাই অনিমক লুপথখ্রগা মাইথোংদু ইচোক চোকথবা ইকং কংবা মাই ওইনা। মাইথোংদুদা করিগুম্বা নোকপা খোৎপগী নৎত্রগা হরাওবগী মমি তারমদে।

ঐগী মাইথোংদু অশাউবা, নিংবা কাইবা অমসুং লমন খুমনিংবগী ৱাখলগী মমি চাওনা তারমই। ঐগী অমুবা মীৎ অনিদু লুকোকপা লাইবক্তগী চংখিদুনা শরু পোলাংগী মকোক্তুগা মান্নরে নিংলমই। মদু য়েংলুরগা ইশানা ইশাবু কিবা পোক্লমই। ৱাউথাংনবা ঐগী খদাং কোইদুসু য়াম্না শাংলমই। ঐগী খুৎ অনিমক অশংবা শিংলি ওইদুনা উনাগুম ইপা পারমই। নম পোল্লবা লেংবান অনি অমসুং অতে হকচাংগী শরুক ইকং কংলমই, ইপা পারমই।

অশেংবমক খাংঙমদনা ৱারবা শাংলবা মতম মহাক্না ঐগী ফিভম অসি ওইহনখিবনি। ঐ ইশানা ইশাবু নিংথৌমচা হার্মাচিশনি হায়বা থাজরমদে। ঐগী পাখং ওইবগী ফজবা শবান মুর্তি, মাইথোং ফজবা অমসুং কুচ্চু কুমেন ফজবা পুমনমক নুংশিৎতা পাইথোকখিবগুম মাংখিরমই।

অদুবু মতম ফন শাংদুনসু মীওইবগী থৱাইবুদি হোংদোক হোংজিন তৌবা ঙম্বা নত্তে। খ্রিতু পুমনমক লাক্কনি অদুগা অমুক চৎখিনি, মীওইবগী অশাসু উচেক্তুম পাইথোকখিবা য়াই, অপাম নুংশিগী ৱাখলসু মশা কেন্দুনা অরেম্বদা মাংখিবা য়াই নৎত্রগা য়োৎকী বারদা য়ৈশিন্দুনা তেকখিবা য়াই। মীওইবগী লাইবক অমসুং ভাগ্না শাবা অশা তেক্তুনা তারকপা য়াই নুমিৎকী মশেক্না পাইদুনা লৈজবা লৈচিনশিং মাংহনবগুম। মীওইবগী থাজবা হায়বশি অচেনবা ঈশিংগী মতৌগুম ঐখোয়গী খোঙদগী নাম্থহৌবা য়াই। অচিকপা হায়বা অসিনা ঐখোয়গী অকোইবদা শন্দোরকপা য়াই ওনবা ঙমদবা মরুভুমীগী মতৌগুম। চহি য়ামশিল্লকপা অহলশিংবু অসুম অসুম কোনশিল্লকপা য়াই খংহৌদনা অহিংনা অসুম্ব অসুম থেংজিল্লকপগুম। পুক্সিদা ঐখোয়না তাঞ্জা চাবা খুদিংমক মহাও তংবা য়াই। হৌজিক নিংথৌগুম্না শাসন তৌবা, হৌজিক মীনাইগুম থবক তৌবা, হৌজিক অপাম নুংশিদা লুপচবা, হৌজিক তুক্কচবা, হৌজিক নুংঙাই য়াইফবা অমসুং হৌজিক তুম্না মাংবা। অদুবু মখোয় পুমনমক চপ মান্নে মরমদি মসি মশক তাকপগী অঙকপা থৌওংনি।

ঐনা ফম্না ফম্না থৱাই নুংঙাইতনা মখোয়শিং অসিগী মরমদা খল্লিঙৈদা থোঙদা মী লাকপগী দোং দোং থিল্লকখি, ঐনা হায়রমই - 'অটোৱা, থোঙ হাংঙু!' মহাক্না

থোঙ হাংলুবদা গ্রেশিয়ানগী ফিজোল শেৎপী নুপী অমা চংলকখি। নুপিদু অতৈ নত্তে চার্মিয়োন ওইরমই। মাদি খজিক্তং অহল ওইজরবসু অদুম মশক ফজরমই। অদুবু মাগী মাইথোংদি অৱাবা শক্তম ওইরমই। অদু ওইনমক ঐনা য়েংবদা য়াম্না নুংশিরমই। মাগী মাইথোংদুদা করিগুম্বা অৱাবা মৈচাক অমা লৈবা উরমই।

মহাক কনাগুম্বা নুপী অমত্তা লোইনদনা মথন্তা ঐগী নাক্তা লাকপনি। মহাক ৱা লাং অমত্তা ঙাংলকখিদে। মঙোন্দা অটৌৱানা খুদোম্বী থিল্লদুনা তাকলমই। মহাক্না ঐঙোন্দা হায়রকই - 'অহল ওইরবা নুপা ! ঐবু লাইরিক হৈবা ওলিমপশগী মনাক্তা চংহনবিয়ু। ঐহাক রানি ক্লিওপত্রানা য়াথং তৌরকপা অদুগীদমক ঐ মফমসিদা লাকচবনি!' ঐনা হৌগৎলগা নুপীদুদা য়েংলমই। মহাক্না কোইনা য়েংলুরগা তুমিন্না হায়রকই - 'শোইদনমক নহাক নত্তে!' অদুদগী মহাক তুমিন লৈখিরমই। 'অদুগুম্বা হামাচিশ, নঙগী পংলবা থম্মোইনা নুংশিখিবা অদু ঐহাক্কি! খ্বাইদগী নিংথিবী ইবেম্মা! নহাক্কী মাংদা উরিবা ঐহাকশি নহাক্কী মাংখ্রবা হার্মাচিশ অদুনি। ইজিপকী য়াম্না শিংলবা ওলিমপশ ওইনা লেপ্লগা নহাক্কী ৱা তাগদবগী ঙাইদুনা লৈজরি!' 'ৱা ঙাংবা লেপ্পিখো!' মানা হায়রকখি। 'নহাক্না লৌশিং য়াম্না শিংদুনসু নুপী অমগী অশেংবা থম্মোইবু খংবা ঙমব্রা? অশেংবদি নুংশিবা অমত্তানা মাগী নুংশিববু মাগী অরোইবা নুমিৎ -মোংফম য়ৌরবফাও হোংবা ঙমদে। লাইরিক হৈবা মাইবা, ঐহাক্তি অদুগুম্বা নুপীদুনি, মহাক্না অমুক্তং নুংশিখিবা নুপাদু অদুম নুংশিদুনা লৈগনি। নঙনা ঐবু নুংশিবিদ্রাগা শিবাফাও লৈশাবী ওইদুনা লৈগনি।'

হায়নিংঙাই লৈত্রদুনা মহাক ৱা ঙাংবা লেপ্লমই। পাউখুম ওইনা ঐনা খ্বাং কোন্থরমই। অশেংবা হায়রবদা, অপাম নুংশিগী অরানবা ৱাখ লদুনা ঐখোয়গী থৌরাং পুমনমক অরেম্বা তাখ্রবসু, ঐনা হায়দোকপদি নত্তবা ঐনা মাবু হন্না হন্না থাগৎলমই। ময়াম্না ইস্থোক্লবা ঐবু মহাক্না মতম অসুক কুইরবাফাও নুংশিদুনা অৱাবা খাংলমই। নুপীগী থম্মোইনুংদা তশেংনা নুংশিজবা, স্না লুপানা লৈবা য়ারোইদৌবা অদু লৈথোক্তুনা চৎপা করম্বা নুপানা ঙমগদগে?"

'নহাক্কী পাউখুম পিরক্তে মদুগীদমক ঐনা থাগৎচৈ।' চার্মিয়োন্না হায়রকই। 'মতমদুদা নঙনা অকনবা ৱাহৈ কয়া হায়রকখিবা ময়ামদু লোইনা মাংখ্রে টারশুসতা। মদু ওইরশনু। য়েংবিয়ু, ঐগী ঙাওরবা অপাম নুংশি!" মানা মখুৎ অনি শাংনা তিংথোক্লদুনা ঐঙোন্দা য়েংদুনা লৈরমই।

চার্মিয়োন্না হায়রকই - "ঐনা মদু কাউবা ঙমদ্রবসু ঐগী নুংশিবনা নঙোন্দা অমুক হন্না ওৎপা নৈবা তৌজররোই। চহি কয়াগী তুংদাঐনা নঙবু অমুক উজবা অসিনা

মতিক চারে। মসি নিংশিংবিয়ু অমদি নঙগী নখুৎতা কমদৌনা অমদি করম্বা মতমদা ঐ শিখিবগে হায়বা। নঙনা ঐবু হাৎলোই, অদুবু হিংদুনা লৈয়ু হায়রক্কনি, ফত্তবা তৌখিবগী মহৈদু চাদুনা লৈয়ু হায়রক্কনি।”

‘এহ্, চার্মিয়োন ঐ ফজনা নিংশিংলি।’

চার্মিয়োন - ‘ওহ্, ঐগী থম্মোইনুংদা লৈরিবশি নঙবু খংদ্রা? মসিসু খংজিনবীয়ু ঐনা কয়া য়াম্না অৱাবা তাখিবা অমসুং খুদোংথিবা কয়া মাইয়োক্লখিবা নোক্লা-নোক্লা অৱাবশিংদু খাংখিবা! অশেংবমক মাগী অচুম্বা বিচার তৌরক্লগা পেনগান১’

‘অদুগা, অদুম ওইনমক, থাঙ্গৎলক্লীবা ৱাফম অদুনা চুম্লবদি, চার্মিয়োন ময়ামদগী নহাক্লা ইহান হান্না কোর্ট অদুগী খ্বাইদগী শক্তি লৈবী অমসুং নুংশিজরবী ওইগনি। ওক্তাভিয়ান্না হায়রক্তা মানা লান তৌরিবশি এন্টোনিগী মথক্তা নত্তে, মাগী নুপী ক্লিওপত্রগী মথক্তা লান তৌবসু নত্তে। মানা লান তৌরিবদি চার্মিয়োন অমসুং ইরাশগী মথক্তা তৌবা লান্নি!’

‘হোয়, হার্মাচিশ! ঐগী ইথক্তা লান তৌখিবনি মরমদি ঐনা নঙোন্দা ৱাশকখিবদুনি, নমদুনা তল অদো চাগদবা অমসুং থবক অদু পাংথোক্কদবা। ঐনা য়াম্না তুক্কচবা অদুগা নহাকপু ঐঙোন্দগী লৌথোকখিবা। অদুগা মহাক্লা নঙবু ইকাইবা পিখিবা অমসুং ইজিপ পুম্বা লোইনা লৈখা তাখিবা!’

চার্মিয়োন্না - “ঐঙোন্দগী হেন্না লৈখা তাখিবা কনা লৈরমগনি? ওহ্, য়াম্না তোইনা ঐনা কপ্পুনা লেনখি, কপমনখিদুনা মীৎ উরক্তবফাও। মতম তাঞ্জা লাক্লগা ঐ হৌরক্কদবনি অমসুং নোক্লা নোক্লা রানিগী থৌদাং পাংথোক্কনি অমদি এন্টোনিগীসু। ঐঙোন্দা ঈশ্বরনা থৌজাল পিবিশনু মখোয় অনিমক শিবদু য়েংনবা, অদুদগী ঐহাক পুক্লিং পেন্না শিজখিগে। নহাক্কী থবকসি য়াম্না কনমল্লি, হার্মাচিশ অদুবু হৌজিক নহাক্তি নিংতম্না থবক তৌবা য়ারে। নহাক্লা নংগী শুরুং মোংফমদু থাদোক্তুনা শিদ লাকপা ঐ ওম্থোক্লা নুংঙাইজে।”

ওলিমপশ - ‘ঐনা নিংঙি, নংনা ৱাশক্তু কাউথোক্তনা লৈরি হায়না। ফরে, হৌজিক লমন খুমনবগী তাঞ্জা পুংফমদু য়ৌরক্লে।

চার্মিয়োন্না হারকই - ‘ ঐনা ঐগী ৱাশক্তু নিংশিংদুনা লৈ। ঐনা তুমিন্না নংগীদমক থবক তৌদুনা লৈ অমসুং রানি ক্লিওপত্রাগী মাংনবা শিল্লি। অদুগা ঐনা রোমানশিংগী মাংনবসু শিল্লি। ঐনা মখোয় অনিবু ফত্তবা থবক ঙাক্তা তৌনবা ইনশিল্লি। মখোয় অনিগী অরোনবা পুমনমক শিরিওনগী মনাকোং য়ৌনবা তৌরি।

নং খংত্রা এক্তিউমদা হৌজিক চৎথরিবা লান অদু? মফমদুদা এন্টোনিনা হায়বা ইন্দনা ক্লিওপত্রানা মাগী জহাজশিংগা লোইননা চৎলমই। অদুবু নংনা পাও থারকপগী মতুং ইন্না ঐনা ওন্টোনিদা রানিবু থিরুনবা তকশিল্লমই। মঙোন্দা ঐনা মিৎতগী পি তানা ৱাশকলমই - করিগুম্বা এন্টোনি নহাক্লা রানি য়াওদনা হল্লক্লবদি ঐ ৱাবনা শিগনি। মহাক্লা ঐগী ৱাশক্তু থাজরমই। করি মরমগীনো হায়বদি ঐ খংদে, লান কন্না য়ান্নরিঙৈ মতাংদা রানি ক্লিওপত্রানা মাগী কেপ্তেন অমসুং হি হেনবশিংদা চেনথোক্লবা ইঙ্গিৎ পীরম্লগা লানফমদগী চেনথোরকখি অদুগা পেলোপোনেশুস য়ৌনবা চেল্লকখি।

এন্টোনিনা ক্লিওপত্রা লানফমদগী চেনখ্রে হায়বা খংলকপা মতমদা মাসু জহাজ অমা তোংলগা লানমী পুম্নমক থনম্লগা রানি ক্লিওপত্রাবু ফংনবা তান্নরমই। মাগী তুংদা মাগী লানমী থন্না তোংবা জহাজশিং ঈশিংদা লোইনা লুপখি অদুগা অতৈনা ইচাই চাইরমই। মাগী গ্রিক্তগী পুরকপা লানমি লিজেন কুন, সগোল লিশিং ১২ পুম্নমক লুচিংবা অমত্তা য়াওদনা ইচাই চাইরকই। এন্টোনি য়াম্না থিনা ইকাইবা নংখি। মহাক্কী লানমি পুম্নমক থাদোক্তুনা চৎখিবনা লানমী পুম্নমক লোইনা মাংলে। মাগী অচৌবা লানমীশিংদু শিরিওন্দা চংজখি।'

ঐনা চার্মিয়োন্দা হংলমই - ' অদু ওইরবদি এন্টোনি কদাইদা চৎখ্রে?'

চার্মিয়োন্না মখা তারম ই - ' মহাক গ্রেৎ হারবরদা লৈবা দ্বিপ মচা অমদা কাখৎতুনা লৈখ্রে। হায়রিবা দ্বিপ মচাদুগী মমিং টিমোনিউম কৌই। মহাক মফমদুদা লাইহৌ তৌদুনা নাদুনা লৈরি। মদু মাগী ৱাখলদগী ওইবনি হায়নরি। নহাক মফমদুদা নোং ঙানফাৎত্রিঙৈদা চৎকদবনি। মদু রানিগী অপাম্বনি। নহাক্লা মফমদুদা চৎলগা মাগী অনাবদু থুনা ফনবা তৌবনি।

মহাকপু য়ারিবমখে থুনা রানিগী নাক্তা পুরক্লবা শিনগনি। মসিগী মরমদি মহাক্লা রানিবু অমুক হন্না উবা ফংলরোই অমসুং রানিনা মাগী অৱাবা ময়ামদু খংবিদে খল্লি। অদুবু ঐনা হায়জরিবদি ঐনা নহাকপু রানিগী মনাক্তা পুশিনবা অদুগা নহাক্লা মাঙোন্দা করি তৌবা য়াবগে হায়বদু পাউতাকপিবা অসিনি।'

'ঐ চৎকে !' ঐনা খুমলমই হৌগৎলগা, ' নহাক্লা খর লমজিংঙু! '

অসুম্না ঐখোয় অনি কোনুংগী চংফমশিংদু মথং মথং লাম্থোক্তুনা অলাবশ্ট্রের হোলদু য়ৌরমই। চার্মিয়োন্না ক্লিওপত্রাগী কা মনুংদা চংলুরগা ঐগী নাক্তা অমুক লাক্লগা ঐবু মনুংদা কৌশিল্লমই। চার্মিয়োন্না ঐগী নাকোং ময়াদা তুমিন্না হায়রকখি " থম্মোইদু চাউথোকউ, থৌনা লৈবিয়ু। রানি ক্লিওপত্রগী মমিৎ মনা উরগা নশাবু নমথাক তৌরব্নু। চংঙো!"

"য়াম্না হে শিংবা মিৎয়েং ওইবিগদবনি হাঁমাচিশবু ফংনবা লাইরিক হৈবা ওলিমপশগী শক্তমদা!" " ঐনা মদু পামদ্রাগদি - - নংনা ঐবু খংদে চার্মিয়োন !" ঐনা খুমলমই।

ঐনা কোক নোল্লগা ক্লিওপত্রাগী কাদুদা চংলমই অদুগা রানিগী ফম্মুং মমাংদা লেপ্তুনা লৈরমই। রানিগী ফম্মুং কাংথোলদু ম্লানা য়োল্লগা শাবনি। অদুগী ফম্মুং অদুদা মহাক্লা ফল্লগা ঐবু পংথহনখিবা অমসুং মানা ঐবু অহিংদুদা লাকশিন্দুনা জয় তৌখিবা! অদুদগী ঐনা থৌনা পুম্বা খোমজিন্দুনা মাঙোন্দা য়েংখৎলমই। মস্‌াকসু অহল ওইশিল্লকপগী খুদম মমি তারমই।

ওহ, মতম কৌবী নহাক্লা অহোংবা কয়ামুক পিরিবা! ঐগা চার্মিয়োনগা অহোবা মখুন অদুদা উখিবা এন্টোনিনা ক্লিওপত্রাবু কোনশিখিবা মতমদা মহাক্লা ফজখিবা অমদি নিংথিখিবা পুম্বা মাংখ্রগা হৌজিক্লা ভ্তান তারবী অহল অমগুম ফমদুনা লৈরি!

মহাক্কী ফজবদু হৌজিকসু অপাবা ফি অমনা য়োমশিনবগুম খরমখৈদি লৈরমই। মাগী মমিৎ অনিদু সমুদ্রাগী ঈশিং মচুগুম য়াম্না নিংথি জরমই অদুগা মাগী মাইথোংদু নিংথিবা ফজবনা পিক থল্লমই। অদুবু অৱাবা নুংঙাইতবা খরগী মমি মাইথোংদুদা তারমই। এন্টোনিগা উননিংবগী মৈচাক অমদি অপাম নুংশিগী ৱাখলদু লাইবক্তা ময়েক লানা ইদুনা থমলম্বগুম ঐনা খংলমই। অদুবু মাগী মমিৎতদি অৱাবা নুংঙাইতবগী মঙাল অমা ঐনা উরমই।

ঐহাক্লা ইজিপকী রানিদা খুরুমলমই কোক নোম্বরগা, মতম অমদা ঐগী নুংশিবী অমসুং ঐগী লৈজবা পুম্বা মাংহনখিবী নুপীদুদা অদুবু মহাক্লদি ঐবু করিসু খংলমদে। মহাক্লা অৱাবা মাইথোংনা ঐঙোন্দা য়েংথোরকখি অদুগা য়াম্না তপ্পা ৱা ঙাংলকখি।

রানি - " অকোনবদা নহাক মফমশিদা য়ৌবিরক্লে, মাইবা! নহাকপু করি হায়না ময়াম্না খংনবগে? ওলিমপশ, নঙগী মিং অসিদি ৱাশক অমনি। মসিগী মরমদি ইজিপকী লাইশিংনা ঐখোয়বু থাদোক্তুনা চৎখ্রে। ঐখোয়না মতেং ফংলিবদি ওলিমপশতগীনি। ফরেৎনহাক্তি লাইরিক লাইশু য়াম্না হৈবা মী মাল্লি মরমদি লাইরিক য়াম্না হৈবা মীদি ফজবা নিংথিবা তৌদে। অঙকপা অমসু উবা ফংঙি নঙোন্দা। অঙকপা অদুনা ঐনদি হায়ফম খংদবা অমা নিংশিংহল্লি। অমুক্তা হায়য়ু, ওলিমপশ, মমাংদা ঐখোয় অনি উনখ্রবরা?"

'ও রানি, ঐ অমুক্তা রানিবু উখিবা লৈতে!' ঐনা খুমলমই তৌশিন্নবা খোঞ্জেলদা। 'ঐনা চিক্লবা ঐগী লৈফমদগী লাক্লগা রানিগা উনরিবা অসি নত্তবা মমাংদা ঐ রানিবু অমুক্তা উখিদ্রি!'

অঙকপা অমনি! নঙগী খোঞ্জেল তারগা নিংশিংবা অমা ঐগী পুক্লিংদা লাকই অদুবু ঐনা নিংশিংবদি ঙমদ্রবা, ঐনা নঙবু মঙ অমদা উখি!'

ওলিমপশ - 'এ, ও রানি, ঐখোয় অনি মঙদা উনখি!'

'নহাক অঙকপা মী অমনি। নহাক্না পিবিখিবা পাউতাক ঐ হৌজিকসু কাউদ্রি। নহাক্না ঐঙোন্দা তাকপিখি ঐবু এন্টোনিগী মনাক্তা চৎলগা মাগীদা য়াওশিন্নবা। অদুম তৌরুবদা ঐহাক কান্নবা কয়ামুক ফংলকখি। চহি খরগী মমাংদা নহাক্কুম্বা নুপা পাখং অমা মমিংনা হার্মাচিশ কৌবা অমা লৈরমই। মহাক শিখি বা কুইরে। ঐহাক মাগীদমক য়াম্না নুংঙাইজদে!'

অসি হায়রগা রানিদু স্বর অশাংবা অমা হোন্দোকলমই অদুগা মিকুপ খর তুমিন্না লৈরমই। মহাক্না অদুম তৌরিঙৈদা ঐনা মাই লুকথরগা তুমিন্না লৈরমই।

'ওলিমপশ! ঐঙোন্দা মসিগী অর্থ হায়বিয়ু। এক্তিউমগী লানফমদা, লান কন্না তৌরিঙৈ অমসুং লান অদু ঐখোয়না ঙমগদৌরবা মতাংদা অঙকপা খোল্লাও অমা তারমই অদুগা ঐগী মিৎ অনিমক ইমম মমশিল্লকখি। মতম কুইনা শিখ্রবা পাখং হার্মাচিশগী খোঞ্জেলনা লাউরকখি - 'চেল্লো - চেল্লো নৎত্রগা তুম্না মাংলো!' অদুদগী ঐ চেল্লমই। এন্টোনিনা ঐগী তুং ইন্নরকখি। অসুম্না লান্দুদা ঐখোয় মাইথিরমই। হৌজিক ঐঙোন্দা হায়বিয়ু করম্বা লাইনা ফত্তবা থবকসি পুরকখিবগে?'

'নত্তে, রানি!' ঐনা খুমলমই। 'মদু লাই নত্তে মরমদি নহাক্না ইজিপকী লাইশিংদা রানিনা তৌখিবা অমদগী তৌরকপনি। মখোয় শাওনবা রানিনা তৌখিবা লৈব্রা? রানিনা মখোয়গী লাইশংদগী স্না লুপা-লন থুম লৌথোকলুব্রা? নহাক্না মখোয়গী থাজববু নমথাক তৌরুব্রা? রানিনা হায়রিবশিংসি অমত্তা তৌরুদ্রগা ইজিপকী লাইশিংনা রানিগী মথক্তা করম্না শাওবা ঙমগনি?'

'কিবিরুনু রানি! মদু করিসু নত্তে, চুম্না শুম ব্রাখলদগী থোকখিবনি। অদুনা হৌজিক তপথনা থবক তৌবিয়ু শান্তি ওইনা লৈবিয়ু। রানিনা চৎপিরুবা মফম এন্টোনিনা নাদুনা লৈরিবা মফমদু কদাইদনো?'

ঐনা ব্রাহৈশিংসি হায়রিঙৈদা রানি ক্লিওপত্রাদু তাইফেৎ তাইরদুনা মশা থক থক নিকলমই অমসুং মহাক্কী লাইবক্তা হুমাংনা ইচোৎ চোৎলমই ঐঙোন্দা য়েংল য়েংলগা অদুবু ঐদি মদু ফজনা খংলমই - লাইশিংনা লমন খুমলকপনি, ঐবু মখোয়না খুৎলাই ওইনা লৌরগা লমন খুমলকপনি।

রানিনা ঐগী ব্রাহংশিংদুগী পাউখুমদি পিদনা হায়রকই- 'লাইরিক হৈরবা ওলিমপশ, ঐগী ইবুংঙো এন্টোনি নাদুনা লৈরি অমসুং মহাক ব্রামন্দুনা অঙাওবগুম তৌরে। মহাক হৌজিক ময়াম্না তান্নবিরক্লবা মীনাই অমগুম লোৎতুনা লৈ-য়ুমথক্তা লৈবা টাউব্রার অমদা। মী কনাসু মাগা উনবা য়াদে, ঐ ফাওবা মনাক্তা চংলুবা য়াদে। মরমদি মাগী থম্মোইদা অব্রাবা কয়া মরুম হায়দোক্তনা ব্রানা খাংদুনা লৈরি। হৌজিক ঐনা নঙোন্দা য়াথং তৌরি মদুদি হয়েং অয়ুক অঙনবদা, উচেক অহানবা খোংলকপদা নহাক্লা চার্মিয়োনগা হি অমা তোংলগা মফমদুদা চৎপিয়ু। মফমদু হেক য়ৌবগা নহাক্লা লানমিশিংদগী অরুবা পাউ অমা পুরকই হায়না চংবা য়ানবা তৌবিয়ু। পাওদুগী ওইরবদি এন্টোনিনা নখোয়বু শোইদনা মনুংদা চংহল্লগনি। মাগী মনাক চংলবা মতমদা কেনিদিউশনা অব্রাবা খাংলিবা ময়ামশি মঙোন্দা খংহল্লু। মাগী অব্রাবদু খরদং কোল্লবা মতমদা ওলিমপশ নহাক্লা মাগী লাইহৌ তৌরিবা হকচাংদু নঙগী মমল য়াল্লবা হিদাক্তু তৈবিরমউ। অদুগা মঙোন্দা তাবদা নুংঙাইগদবা পাউসু তশ্বীরমউ। অদুম্না তৌরবা তুংদা ঐগী নাক্তা মাবু পুবিরকউ। নহাক্লা মসি তৌবিগদ্রা? অদুম্না তৌবিরবদি ঐনা নঙোন্দা মশিং থিঙমদনা মনা মথুম য়াম্না পিজগনি। ঐ রানি অমা ওইনা ঐনা হায়জবদা য়াবিবগী অমদি ঐগী পুক্লিং পেন্না থবক তৌবিবগী ঐনা মনা মথুম মতিক চানা পিজবা ঙমই।'

'ও রানি, কিবিগনু!' ঐনা খুমলমই। 'থবক অসি তৌগনি অদুবু মসিগীদমক মনা মথুম পিয়ু হায়বদি ঐ হায়জরোই। ইবেম্মা রানিনা য়াথং তৌবদু তৌজগে হায়দুনা ঐ অথাপ্পদগী লাকচবনি থব্রাই মাংবা কিদনা!'

অদুদগী ঐ রানিবু খুরুম্নগা মাগী কাদুদগী থোরক্লমই। ঐ মথং নুমিৎকী অঙনবা অয়ুক্তা চৎননবা শেম শারমই।

# চেপ্তুর মঙা শুবা

*(এন্টোনিবু টিমোনিউমদগী পুখোরকপা, ক্লিওপত্রাগী মনাক্তা পুরকপা, ক্লিওপত্রানা অচৌবা চাকলেন অমা শিল লাংলমই অমসুং ইউদোশিউশনা শিবগী মওং)*

নোং ঙানগদবা খর ব্রাৎলিঙৈদা চার্মিয়োনগা ঐগা উনরমই অদুগা হি অমা লৌরগা দ্বিপ অদু য়ৌনবা চৎলমই। দ্বিপ অদুদা অব্রাংবা অমা কাখৎলমই অদুগা টিমোনিউম হায়বা টব্রার অদু ফংলমই। মদু পিকতক তৌরগা ইকোই কোইরমই। মদুগী থোং অদুদা ঐখোয়না থিল্লুবদা মখুন অমদা অহল ওইরবা নুপা অমনা য়েংথোরকখি। মানা করি তৌবা লাকপনো হংলকখি। মদুদা চার্মিয়োন্না খুমলমই- "ঐখোয় লোর্ড এন্টোনি উনগে লাকপনি!"

নুপাদুনা খুমলকখি- 'অদু ওইরবদি কান্নরোই চৎখ্রো! ঐখোয়গী মাষ্টর এন্টোনিনা নুপা নৎত্রগা নুপী ওইরবসু অমত্তা চংহল্লক্কনু হায়!'

চার্মিয়োন: 'অদু ওইদুনসু মানা ঐখোয়বু য়েংলোইদ্রা? ঐখোয় মাগী মফমদা অরুবা পাউ পুরকই। নঙ চৎলগা হংলুচো লেদি চার্মিয়োন্না লানমিগী ওইবা পাও পুরকই হায়য়ু।'

নুপাদু মনুংদা চংখিরমই অদুগা অমুক থুনা হল্লকখি অদুগা হায়রকই - 'লোর্ড এন্টোনিনা পাউদু অফবরা ফত্তবরা মানা খংগনি মরমদি পাওদুনা ফত্তবা ওইরবদি মদু মানা লৌরোই, ফত্তবা পাও ঙাক্তা মাঙোন্দা থন্না লৈরে।'

'করিগী - করিগী, মসি পাউশি অফবসু ফত্তবসু য়াওরে! থোং হাংদোকউ মীনাই! ঐ ইশামক্লা নখোয়গী নবুংঙোদা পাউখুম পিগে!' মহাক্লা স্না য়াওবা খাওমচা অমা অহোবদুদা নমশিখিরমই।

মীনাই অদুনা মুরুম মুরুম শোল্লগা স্নাগী খাও মচাদু লৌশিনখিরমই অদুগা মচিন্দা - 'ফরে ফরে! হায়রমই। 'মতম অসি য়াম্না ফৎত্রে অমসুং অমুক্কা হেন্না ফৎলোইদবা মাল্লি মরমদি নোংশানা কুমথরক্লবা মতমদা কনানা কৈশালবু চাবা ঙমগদগে? পাউদু নখোয় নশানা হায়জরুরো। মদুনা নোবল এন্টোনিবু হোল অসিদগী পুথোকপা ঙমলবদি ঐ করিসু থৌশাবিদে। হৌজিক কোনুংগী থোঙশি হাংদোক্লে, মহাক লৈবা কা অদু য়ৌবা লম্বী অসিদা লৈরে।'

ঐখোয় অনি মনুংদা চংশিনবদা পার্দার খনবা কা অমা থেংনরমই। কা অদুগী অরোইবা মফমদা য়ুবী মকুনা শেম্বা ফম্মুং অমদা এন্টোনিনা ওনথোইনা হিপ্তুনা লৈবদু উরমই। মহাক্না মমাই লোৎশিন্দুনা অৱাবা খাংদুনা লৈরমই।

মনাক্তা চংশিল্লগা চার্মিয়োন্না হায়রমই - 'খ্বাইদগী পুকচেল চাওবা এন্টোনি! মাইদা খুমজিল্লিবা অদু লৌথোকপিয়ু অদুগা ঐনা পুজরকপা পাউশি অমুক্তা তাবিয়ু!'

অদুদগী মহাক্না মমাই থাঙ্গৎলমই। মাগী মাইথোংদু অৱাবা নিংবা কাইবনা থল্লবা মাইথোংনি। মাগী শমদু পোক খব খব যাওবগা শুরু শুরু নৈশিল্লগা মথোং খংদনা ফৈবেং তুবেং য়ুংখৎলমই অদুগা কুৎশিল্লবা মমিৎ অনিদু যান্থদুনা থম্বগুম তৌবমই। পোক্না ঙৌরবা খদাং কোইদু ননশিন্দুনা থম্বগী পৈথদুনা লৈবমই। মাগী শেৎলিবা ফিবোলশিংদু ইমোৎ মোৎলমই। মহাক অসুক্কী মতিক ফিভম থিনা লৈবমই মদুদি মহাক্না খ্বাইদগী লাইরবা চাকনিবা অমদগী হেন্না ফিভম শোক্লমই। অসিগুম্বা নুপা অসিদা ক্লিওপত্রাগী নুংশিবনা পৃথিবীদা মমিং চৎলবা, কনবদা মপা লৈত্রবা, পৃথিবী তঙ্খায় অমগী মপু ওইখ্রবা নুপা অসিবু পুরকপা ঙমলমগদ্রা?

''ঐঙোন্দা করি হায়গদবা, ইবেম্মা?' এন্টোনিনা হংলকই। 'অচিকপা মফমশিদা কনানা ঐবু মাংহনগদৌরি? অদুগা নুপা অসিনা কনানো? নিংবা পুমনমক কাইরবা অমদি লৈখা তারবা এন্টোনিবু য়েংলরিব্রা?'' মহাক্না হংলকই।

'মহাকসি মাইবা ওলিমপশনি, পুকচেল চাউববা এন্টোনি। মাদি লাইরিক য়াম্না হৈরবা অমসুং য়াম্না খংহৈরবা মাইবনি। মহাক্না তুংগী পুন্সিদা থোক্কদবশিং হায়বা ঙম্বা মীনি। মহাক্কী মরমদা নহাকসু য়াম্না তাখ্রবনি। রানি ক্লিওপত্রানা নহাক্কী য়াইফনবতা খন্দুনা লৈ অদুবু নহাক্নদি মাবু নিংশিংবফাও নিংশিংবিদে। রানি ক্লিওপত্রানা নহাক্কী অনাবদু য়েংনবা মাইবা ওলিমপশবু থারকপনি।'

এন্টোনিনা হংলকই - 'নহাক্কী মাইবা অসিনা ঐগী অৱাবশি য়েংবা অমসুং পাউতাক পিবা ঙমগদ্রা? মাগী হিদাক্না ঐহাক্কী মাংখ্রবা জহাজশিং অমুক হল্লকপা ঙমগদ্রা? নত্তে, মদু ঙমলোই। মাইবশি পুবগা নঙ চৎখ্রো। নহাক্কী পাউ হায়বদু করিনো

- থুনা হায়য়ু অদুগা মপান্দা চৎখ্রো! কানিদিউশনা শিরিয়োনবু জয় তৌব্রা? ঐঙোন্দা মদুতমক হায়য়ু। করিগুম্বা ওক্তাভিয়ান শিরবদি নহাক শেসতেরিয়া লিশিং কুন ফংগনি। হায়য়ু - নত্তে - হায়গনু! সংসারশিংদা ঐনা কিখিবা লৈখিদে অদুবু নঙ ব্রা ঙাংনবগী নচিন কাথোকপদু ঐ য়াম্মা কি! শোইদনমক্কি ঐগী লাইবক ফবগী মতমদু লোইখরে। কানিদিউশনা লান ঙমখ্রে - ঙমদ্রনে? ঐ মখা তানা ব্রা হায়বা ঙমদ্রে। চৎখ্রো মপান্দা!'

"ও, পুকচেল চাওরবা এন্টোনি,' চার্মিয়োন্না হায়রকই 'নহাক্কী থম্মোই য়োৎকুম্না কল্লি, ঐনা হায়জবশি নঙনা তাবিনিংদে। কানিদি উশতি অলেকজেন্দ্রিয়াদা লৈহৌই। মাদি য়াম্না থুনা অথাপ্পদা চেনখ্রনি অমসুং মসি মানা পিরকপা পাউজেলনি। নুমিৎ তরেৎনি চুপ্পা নহাক্কী লেজন শিফাইশিংদুনা এন্টোনিবু হল্লক্কুনা মখোয়বু লমজিংলগা লান জয় তৌনবগী ঙাইদুনা লৈখি। মমাংদা তৌখিবগুম মখোয়না শিরিয়োনগী এনভোইনা ওফর তৌরকপদু লৌদনা লৈখি। অদুবু এন্টোনি লাকলমদে অদুদগী তোকঙা অমা শন্দোরককি - এন্টোনি টাউরুশ য়ৌনবা চেনখ্রে হায়না। রানি ক্লিওপত্রানা এন্টোনিবু চিংদুনা পুবিখ্রে হায়না ঙাংনরমই। শিফাইশিংগী কেমপ অদুদা পাউ অসি ইহান হান্না তমলুবা নুপাদু ময়াম চংদুনা ফুবদা শিখিরমই। অদুদগী শিফাইশিংনা লাউরমই ইকাইজৈ- ইকাইজৈ!' ও, এন্টোনি নঙগী অচৌবা লুচিংবা ওফিসারশিং পুমনমক অমমম ওইনা শিরিয়োনগী মনাক্তা চংজখি। ওফিসারশিংদুনা চংজখ্রবা তুংদা অতৈ শিফাই পুমনমক মতুং ইন্নখি।'

'নঙগী হঙোই মখোলগুম্না ঙাংবদু লোইরব্রা? ক্বাক নঙনা ব্রাহোংগী ফিজেৎ শেৎলগা লাকপা, হায়গদবা অতৈ লৈরিব্রা?' অনাবা এন্টোনিনা হংলকই, মাগী ঙৌরবা - থক থক নিক্লবা মমাইদু থাঙ্গৎলদুনা। 'খরগা হেন্না হায়য়ু মদুদি ইজিপকী ফজবীদু শিরে। ওক্তাভিয়াননা কেনোপিক গেৎতা চংজখ্রে। শিখ্রবা শিসেরোনা মকোক থংলগা নোরোক্তগী লাকপা ভুৎ ময়াম্না হৌনা লাউনা 'এন্টোনি লৈখা তারে!' লাউখি। অদুগা নহাক্লা পুকচেল চাওবা এন্টোনি হায়রি!'

চার্মিয়োন - 'নত্তে, ইবুংঙো, ঐ তৌখ্রে!' 'এ, অদুগা ঐসু তৌখ্রে - অশেংবা তৌখ্রবনি লোইখ্রবনি!' মহাক্কী হিপফমদুদগী থাংশাং অমা শৎতোক্লগা মশানা মশাবু থাংনা থিনজদুনা শিরমগনি করিগুম্বা ঐনা চোংশিন্দুনা খামলমদ্রবদি। মহাক শিগদবনি হায়বশি ঐগী থবক নৎলমদে। মহাক্লা শিখিবা থোক্লবদি নুমিৎ অদুমক্তদা ক্লিওপত্রানা শিরিওনগা শান্তিগী শহি তৌখ্রনি। শিরিওন্দী এন্টোনি শিখিবনা হেন্না পান্নবনি ইজিপ মাংবদগী হেন্না।

চার্মিয়োনা লাউনা হায়রকই 'এন্টোনি, নঙ ঙাওরে! অশেংবমক নহাক পাংদবনি!' 'মদুদি নহাক্লা অৱাবশিং অসিদগী নাম্ভোকখ্রনি অদুগা নহাক্কী পার্টনরনা মথন্তা অৱাবা পুমনমকশি মাইয়োক্লগনি!'

"করিগী ওইরোইদৌরিবা - করিগী? মহাক মথন্তা লৈরোই। শিরিওন্না মহাক্কা লৈনবা শিনগনি। ওক্তাভিয়া নশতি নুপী ফজবা য়াম্না পাম্বনি। অদুগা হৌজিকসু ক্লিলপত্রা মশক মতৌ য়াম্না ফজরি! ওলিমপশ, নহাক শিদা লাও, ঐনা শিগদবগী হোৎনবদা নহাক্লা ঐগী খুৎ পাইদুনা খামখি। নঙগী লৌশিংনা ঐঙোন্দা পাউতাক পিরমউ। ঐবু শিরিওন্দা চংজগদ্রা? ঐ ত্রিউমভিরনি, রোম শমরাইয্যগী অনিশুবা কোনশুলনি অদুগা নোংপোক মাইকৈগী নিংতম্বা নিংথৌরেলসু ওইরমই। ঐনা ঙমদ্রিফাওবা খাংদুনা অদুম লৈশিরা? ঐনা লান ঙমখিবা মফমশিংদা ঐবু অদুম চাওনা লৈখিগদরা?"

'নত্তে, ইবুংঙো,' ঐনা খুমলমই, 'নঙনা পুথোক্লবদি নঙ মাইথিবা ফংগনি। ঙরাং অহিংচুপ্পা নহাক্কী লাইবক ফবা অমসুং লাইবক থিবগা মরি লৈননা ঐনা ৱাহং কয়ামরুম হংখি। ঐনা মসি উখি মদুদি নঙগী থৱানমিচাক্লা শিরিওনগী থৱানমিচাক্তা নকশিল্লুবদা নহাক্কীদু তাইফেৎ তাইরকখি অমসুং মদু য়োৎশিনখি। অদুবু মদুনা হেন্দোক্লুনা চৎলগা মদু অরংবা মঙালগা লোইননা চাওথোরকখি অদুগা মদু ঙাম্ভোরকখি।

অদুনা নহাক্কী পুমনমক মাংখিবদি নত্তে। শরুক খর লৈহৌরবসু পুমনমক অমুক হন্না ফংলবা য়াই। ইজিপ লৌবা ঙমগনি, লানমি মশিং হেনগৎপা ঙমগনি। শিরিওন মশা মক হন্দোকখ্রে, মহাক অলেকজেন্দ্রিয়াগী গেৎ ময়ামক্তি য়ৌদ্রি। অদুনা শন্তি তৌনবগী সহি তৌনরম্বসু য়াই। নহাক্কী লাইহৌ অসিনা নশাপুম্বা মৈগুম শাগৎহল্লে। নহাক্তি নাবদুনা অচুম অরানগী বিচার তৌবা ঙমদ্রে। শিদা য়েংলকউ, ঐনা পুরকপা হিদাকসিনা অনাবদু ফহনবা ঙমগনি। ঐহাক হিদাক লাংথক্কী মরমদা য়াম্না হৈশিংবা মীনি। ঐনা হিদাক্তু মাঙোন্দা পিরমই।

মহাক্লা লাউরকই - 'হিদাক লিকলি অমা! মসিদি হু হাপ্পা মহি মাল্লি অদুগা নহাক্লা মীহাৎপী ইজিপকী নুপিদুনা থারকপা! মহাক্তি ঐনা হায়বা ইন্দৰী নুপিনি। ঐ মাগী মনাক্তা অমুক হন্না চৎলরোই - মরি লৈনদ্রে! এন্টোনিগী ৱাখলদি মহাক্লা শিরিওন দা শান্তি ওইনরশি হায়রুবা অসিনি। নুপি মাগীদমক্তি ঐগী লৈজবা পুম্বা মাংখ্রিবা। নহাক্কী থক্লবা হিদাক্তু পিরকউ। ঐ মদু থক্কনি থুনা শিনবা হু ওইরবসু।'

'নত্তে, পুকচেল চাওবা এন্টোনি, মসি হু নত্তে অদুগা ঐসু মীহাৎপা নত্তে। য়েংবিয়ু, ঐ হান্না থক্তুনা য়েংগে, নহাক্লা পামবিরবদি'।

ঐনা মসি হায়রগা লিক্লিদু পাইরগা থাঙ্গৎলমই। 'মাইবা! লিক্লিদু ঐঙোন্দা পিরকউ! ঙাংনবা ঙমদবা নুপাশিংসে থৌনা ফবা ঙাক্তনি। মফমদুদা - করিগীনো, মসি করিনো? নংগী হিদাকশি মিত্রংগী ওইবা মহিনি। ঐহাক্কী অৱাবা নুংঙাইতবা পুম্ন মক ঐগী কোক্তগী লোইনা থোকখিবগুম তৌই, অমুবা লৈচিনশিংনা নুমিৎকী মঙালদা হাইদোকখিবগুম।

অদুগা ঐগী লৈকংলাগুম্নবা থম্মোইদা অশাগী লৈরাং কয়া তগৎ তগৎ তেক্লা শাংকাইরকপগুম তৌরকই। অমুক হন্না ঐ হৌজিক এন্টোনি ওইরে। ঐগী লানমী ময়ামগী অরংবা তা পাইবদু মীৎতা উরে। ঐগী লানমী ময়াম্না ঐবু থৌনা লৈবা এন্টোনি অমা ওইনা লাকপিনবা কৌবদু ঐ তারে। মখোয়না লাউরি - অশা লৈরি - ঐখোয়না লান ঙমলগনি। ঐনা শিরিওন্না মাইথিবগী শুকথবা, কপ্লীং কপ্লীং তৌবদু উবা য়াই।"

"এহ; মদুদা হৌজিকসু অশা লৈরি, নহাক্না নুপা অমাগুম লান চংলবদি। ও, ইবুংঙো, ঐখোয়গা লোইননা চৎলশি। চৎলশি নহাক্কী নুংশিজরবী ক্লিওপত্রাগী মনাক্তা। মাদী অহিংচুপ্পা ফম্মুংদা হিপ্লগা মচিন্দা - এন্টোনি - এন্টোনি কৌরদুনা ৱানা লৈহৌই। মানা নংগীদমক ৱাবনা চাব থকপা তৌখিদ্রে।"

'ঐসু য়াওনা চৎলশি, অদুবু ওন্থোক্লা ইকাইজে- ঐনা মাবু চিংনরুবা! মীনাই ঈশিং পুরকউ অদুগা ঐগী ফিরোলশিংসু পুরকউ। হৌজিকমক চৎলশি।'

ঐখোয় অনিনা এন্টোনিবু অলাবষ্টর হোলদা ক্লিওপত্রগী মনাক তম্না পুশিল্লকখি। মফমদুদা রানি হিপ্তুনা লৈরমই। মাগী শাংলবা অমুবা শমশিংদুনা মমাই ইখুম খুমজিল্লমই অদুগা মাগী নিংথিবী থবাক্তুসু শম্না খুমজিল্লমই। মহাক্কী মমিৎ অনিদগী চেম্থরকপা পিনা খজাইদু ইচোৎ চোৎলমই।

'ও, ইজিপকী রানি! নহাক্কী নখোঙদা ঐ লৈরিবশি অমুক্তা য়েংলকউ!' এন্টোনিনা লাওনা হায়রকখি।

রানি ক্লিওপত্রানা স্প্রীং কাপথোরকপগুম মাগী ফম্মুংদগী চোংথোরকখি অদুগা হায়রকই - 'ঐগী নুংশিথোইরবা, নহাকসি য়ৌরক্লব্রা?' "অমুক হন্না ইফ ফরনি! ইনাক্তা চংশিনবিরকউ! ঐনা কোল্লগা নংগী অৱাবা পুম্নমক কোক্কনি! ঐখোয় অনিগী নুংশিবনা মাংখিবা পুম্নমক অমুক ফংবগা মান্নগনি।"

ক্লিওপত্রানা এন্টোনিগী থবাক্তা নপশিল্লগা চু প্লম্মই। নুমিৎ অদুমক্তদা চার্মিয়োন্না ঐগী নাক্তা লাক্লগা অকনবা হু, মী হেক্তা শিহনবা ঙম্বা অমা শেম্নবা হয়রমই। ঐনা মসি অহানবদা তৌবা ফত্তে খল্লম্মই মরমদি ক্লিওপত্রানা এন্টোনিবু হাৎখিগনি

মাগী শিগদবা মতম য়ৌদ্রিঙৈনা। অদুবু চার্মিয়োন্না ঐঙোন্দা উৎলমই মদু তৌরোই হায়না। মরমশিনা ঐনা অটৌৱাবু কৌরমই।

নুংথিলচুপ্পা ঐখোয় থবক তৌদুনা হু অদু শেমলমই। মদু লোইরবা মতমদা চার্মিয়োন্না অমুক হন্না লাক্লমই। মানা হেকলকপদা ঙাইরিবা গুলাপ লৈ চবুন অমা পাইরকখি। মানা ঐঙোন্দা লৈশিংদু হু অদুদা লুপশিন্নবা হায়রমই। মানা হায়বদুমক ঐনা তৌরমই।

নুমিৎতুগী অহিংদা ক্লিওপত্রানা চাকলেন অমা শিল্লমই। চাকলেন্দুদা ঐ এন্টোনিগী মনাক্তা ফল্লমই অদুগা ক্লিওপত্রানা এন্টোনিগী মনাক নক্লা ফমলকই। চাবা হৌনরকপদা য়ু থকপা তৌরমই। রানিনা মাগী তৌগদবা প্লান ময়ামদু এন্টোনিদা মথং মথং হায়রমই। মহাক্লা কমদৌনা মাগী জহাজশিংদু কেনেল লৈবা অদোমদা হোন্দোরকখিবগে হায়রমই। হৌজিক হায়গদবশিংদু লোইরদুনা মহাক্লা এন্টোনিদা য়ু কপ অমা মাগা থকমিন্নশি হায়রমই। হায়খিবগী মতুং ইন্না রানিদি মাগী য়ু কপ অদু থকলমই অদুবু এন্টোনিদা চার্মিযোন্না পুরকপা গুলাপশিংদু মাগী য়ু অদুদা লুপশিন্নবা হায়রমই। য়ুদা লৈ গুলাপ্পু লুপ্লবদি হেন্না থুমগনি অমসুং হাওগনি হায়রমই। এন্টানিনা রানিনা হায়বদুমক তৌরমই।

হৌজিক রানিগী মীনাইশিংগী মরক্তা ইউদোশিউশ কৌবা অমা য়াওরমই। মহাক্লা থাজরমই রানিগী মরাইবক লোইরে। মরমসিনা মহাক চেস্থোকখিনবা থৌরাং তৌরমই। অহিংদুদা মহাক শিরিওনগী মনাক য়ৌগে নিংলমই। মানা কোনুংগী লন থুম পুন্নমক পুরগা চেনগে থৌরাংলমই। মদু পুন্নমক রানিনা খংলদুনা লমন খুমগে লেপলমই।

রানিনা মনাক্তা লেপ্লীবা ইউদোশিউশপু কৌরকই ইউদোশিউশ, শিদা লাও - ঐনা থাজবা মীনাই! য়েংঙু মসি নুপাশি, ঐখোয়গী অৱাবা খুদোংথিবা কয়াদা মহাক ঐগী নাক্তা লৈরক্লবনি। হৌজিক মহাক য়াম্না ফজনা থবক তৌবগী মনা পিগনি।' রানিনা এন্টোনিদা ঙসাইগী য়ু কপ্পু ইউদোশিউশতা মখুৎমক্লা পিবিয়ু হায়রকখি। 'মাবু মদু থকহল্লু ঐখোয়না লান ঙম্লকপগী খুদম ওইনা রানিনা হায়রমই।

এন্টোনিনা কপ অদু নুপাদুদা ইঙক ঙক্লা পিরমই। অদুবু মহাক্তি অরানবা তৌরুবগীদমক মশা থক থক নিক্তুনা লৈরমই। মানা য়ু অদু থক্তনা সেপ্পুনা অদুম লৈরমই।

'থকউ মীনাই নং থকউ!' ক্লিওপত্রানা লাউরমই। মাগী ফমফমদগী তঙ্খাই অমা হৌগৎলগা নুপাদুগী মমাইদা শাওনা য়েংলমই। "করিগীনো, মসিবু করিনো

ইউদোশিউশ? মসিগী য়ু অসি অরানবা তৌবা মীবু হাৎপা ঙমই অদুগা পুকচেল শেংবা মীদদি পাঙ্গল হাপ্লি। নখোয় কন্যানো চৎলগা মাগী কাদা য়েংলুচো! ঐনা খনবদা মাসিগী নুপাসি নমথাক তৌবা অমনি।'

তানজাদুদা নুপাদু মশা নিক্লমই অদুগা লৈমাইদা তুথখিরমই। মাগী থবাক্তা মৈ চাকপগুম তৌবগী মৈচাক খাংলমই। রানিনা শিগদৌরবা নুপাদু য়েংলগা নোক্লমই অদুগা হায়রকই - 'নমথাক তৌবা নুপা, নঙ হৌজিক মদুগী ফল ফংলবনি!' শিরমদাইদা নুপাদুনা লাউরকই - 'লমচৎ নাইদবী নুপী ! নহাক্লা ঐবু হু পিথক্লে! অসিগুম্না নহাকসু শিবা ওইয়ু!' শিরমদাইদা নুপাদুনা মখুৎ নাম্মানা রানিরোমদা হাইদোরক্কুনা রানিদা শাওনা য়েংলমই। রানিনা মাগী মওংদু খংলদুনা, ফৎলাউনা হাইদোকখিরমই। অদুবু নুপাদুদি লৈমাইদা ওনথোইনা লৈরম্লগা শিখিরমই।

রানি ক্লিওপত্রানা হায়রকই - 'পুকচেল চাওরবা এন্টোনি, ঙসি অহিংসিমক নুপা অসিনা ওক্তাভিয়ানশকী মনাক্তা চেনশিনগদৌরি। মানা ঐগী সনা লুপা ময়াম অমা পুরগা চেনগদৌরিবনি। পাও অসি ঐনা খংলকপনি। য়েংবিয়ু ইবুংঙো, ঐনা ইবুংঙোবু হাৎকে নিংলবদি য়াম্না লাইবা মওংনি। অদুগী গুলাপশিংদু নহাক্লা য়ুদা লুপখিবদু য়াম্না কনবা হু য়াওরবনি। মতুংদা ঐবু ফজনা থাজবিয়ু, লুনা নিংবিয়ু!'

'ইজিপকী রানি, ঐখোয়না মখোয়শিংসি খংঙি! মাগী কাদা পুমনমক শেম শাদুনা চেনগদবগী তৌরমলে। মাগী খাওদা সনা ময়ামসু য়াওরমই।'

'নখোয় তারে? মসিদা থবক তৌরিব নখোয়বু ঐনা থাগৎলি। ঐদি নমথাক তৌবা মীবু করি দন্দী পিখিবগে খংজিল্লু।' এন্টোনিনা হাইফেৎ নোক্লগা হায়রমই।

মফমদুদা ফমলিবা পুমনমক তুমিন তুমিন লৈরমই। এন্টোনিসু ৱা অমত্তা ঙাংদনা লৈরমই।

# চেপ্টর তরুক শুবা

*( লাইরিক লাইশু হৈরবা ওলিমপশনা মেমফিশতা ক্লিওপত্রবু হু পিথক্লবা কন্না হোৎনবা, অদুগা এন্টোনিনা মাগী কেপ্তেনশিংদা ফজন ব্রা ঙাংবা অমসুং ক্ষেম লৈবাক্তগী আইশিস লাইরেম্বী চৎখিবা)*

মরুভুমিগী অঙাওবা নুংশিৎনা য়াম্না ব্রাংনা শিৎলকপা মতমদা ক্লিওপত্রা অমদি এন্টোনি অকে অমৌদা মতম লেল্লমই। অহিং খুদিং চাক চানবা,য়ু অহাওবা মরাং কাইনা থক্লমই। মখোয় অনিনা রাজদুট থাদুনা শিরিওন্দগী পাও ফাওদোক্লবা তৌরমই। অদুবু শিরিওন্নদি য়ারমদে।

মরমসিনা মখোয় অনিনা অলেকজেন্দ্রীয়াবু ঙাকথোকপা ঙম্নবা তৌবা তারমই। লাম্মী মশিং হেনগৎলমই, জহাজ কয়ামুক শাগৎলমই। অচৌবা লাম্মী ময়াম খোমজিন্দুনা শিরিওন্না লান্দারকপা ঙাইরমই।

ঐহাকসু চার্মিয়োন্না তেংবাল্লদুনা ঐগী অরোইবা লমন শিংনবগী থবক কন্না পাইখৎলমই। ক্লিওপত্রাগী কোনুং ওইরিবা মফম, মসিগী মনুং অমসুং মপান্দা লৈবা অরোন অথুপ পুম্নমক খংদোক্লমই। ঐহাক্না রানিদা এন্টোনিবু নুংঙাইনা থম্বীনবা হায়রমই। ঐনা হায়রমই - এন্টোনিদি অৱাবা ৱাখল অমদি মপুক্লিং নুংঙাইতবা তৌহনবা য়াদে। মাবু অৱাবা দৃশ্যা উহনবা য়াদে। ঐনা নুতিগী ওইনা এন্টোনিদা থক্কদবা হিদাক্তু পিরমই। অকোনবদদি ঐগী অয়াবা য়াওদ্রবদি মহাক থবক অমত্তা তৌরমদে। ক্লিওপত্রাসু পংনা থাজবা অদুদা য়াওশিল্লমই। মানা ঐঙোন্দা কন্না থাজবা হৌরকখি। ঐগী মিং অমদি মিংচৎ ইজিপ শিনবা থুংনা খংনরমই। মরমশিনা তোঙান তোঙানবা মফমদগী মী মখল কয়া ঐবু উনবা লাকলমই।

ক্লিওপত্রানা ঐবু মেমফিশতা চৎনবা য়াথং তৌরমই। মফমদুদা লৈরিবা গোর্বনরশিং অমদি পুরোহিৎশিং অলেকজেন্দ্রিয়াবু ঙাক শেন্নবগীদমক লাম্মী ওইনবা মী খোমজিল্লু হায়রুনবনি।

ঐনা মেমফিশতা চৎলগা পুরোহিৎশিংদুদা ব্রা ঙাংলমই। মখোয় ঐবু অসুক্কী মতিক থাজরমই মদুদি মখোয় অমত্তা ওইনা পুনশিন্দুনা মী খোম্বা হৌরমই।

অকোনবদা মখোয়না ঐবু তুমিন্না থিরকখি। ঐনা মখোয়দা ঐ কনানো হংলক্কনু হায়রমই। ঐনা মখোয়দা ক্লিওপত্রাদা মতেং অমত্তা পিরক্কনু হায়রমই। মদুগী মহুৎতা মখোয় শিরিওনগা উনদুনা মরুপ মপাং ওইবগী লম্বী অমা শেম্মবা হায়রমই। মখোয় ময়াম খন্নরগা মপান থোংদা ক্লিওপত্রাদা মতেং পিবা অদুগা তুমিন্না শিরিওনগী মনাক্তা এমবেশি অমা থাবা লেপ্পরমই।

ঐনা মেমফিশতগী অমুক অলেকজেন্দ্রিয়াদা হল্লকলমই অদুগা ঐনা চৎলুবগী মরিক চুম্বা পাও অদু রানিদা পিশিল্লমই। অদুগী তুংদা ঐনা ঐগী অরোনবা থবকশিংদু অমুক পাইখৎলমই।

অলেকজেন্দ্রিয়া প্রাজাশিংদি পুন্না লান চংহনবা ঙমলোই মখোয়না কৈথেলদা ঙাংনবগুম - গধানা পোৎলুমদা হান্না য়েংগনি অদুবু মাগী মাষ্টরদদি য়েংলকলোই।

রানি ক্লিওপত্রানা মাগী প্রাজশিংবু অসুক্কী মতিক ওৎ নৈরমই মদুদি প্রাজাশিংনা রোমানশিংবু মরুপ ওইরবগুম লুনা চান্না তৌগনি।

অহিং খুদিং ক্লিওপত্রানা মাগী মরুপশিংগা ব্রা তান্নরমই অদুবু মাগী মরুপশিংদু নোংমা নোংমগী মশিং তাথরমই। মসিগী মরমদি ব্রারবা ফৎত্রবা মতমদা মাগীনি হায়রম্বা মীশিংদু মহে মহে ফৎ ফৎ পাইথোক্লরমই শেম্বাং শিংনা উন তারকত্রিঙৈ মমাংদা পাইথোকখিবগুম। অদুম ওইনমক রানিনা এন্টোনিবুদি কৈদৌনুংদা থাদোকলমদে।

অদুদগী শিরিওন্না মী থারক্তুনা রানিদা খংহল্লকখি মদুদি মখোয়না মাগীদমক অমসুং মাগী মচাশিংগীদমক য়েংদুনা মাগী লৈবাকশিং শোকলোই হায়না ব্রাশক্লমই। মখোয়না মসিমসু হায়রমই মদুদি, মখোয়না রানিগী লৈবাকশিংদু লেংদনা থমগনি করিগুম্বা রানিনা এন্টোনিবু হাৎপা ঙম্লবদি নৎত্রগা মঙোন্দা নমথাক তৌবা ঙম্লবদি। অদুবু রানি ক্লিওপত্রানা মখোয়গী ব্রাদু য়ারমদে।

মদুগীসু মথক্তা ঐখোয় মদু য়াদনবা কন্না হায়জিল্লমই। এন্টোনিদি শোনজরবসু থৌনা লৈবা মরিংজেন লৈবা অথৌবা নুপানি।

অদুবু মিনুংশি হায়বা ৱাহৈশি রাজনিতিগী দিক্সনারিদা য়াওদে। মদুগী মথক্তা কনানসু ঐবু লমন খুম্নবা চংশিল্লিবা লম্বীশিদগী লৈথোকহনবা ঙমলোই। মদু ধর্ম্মগী মতুং ইন্না য়ারবনি মদুদি ঐনা শিরিওনগী লানমমীশিং তকখাইগদবনি।

চার্মিয়োন্না পাও অদু পুরক্লমই এন্টোনি অমসুং রানি নুংশা শারবা মতমদা তুমদুনা লৈরিঙৈদা। ঐসু মহাক্কা লোইননা মফমদুদা লাক্লমই।

মহাক্লা হায়রমই - 'মিকপ থোকলো, হৌগৎলো! হৌগৎলো তুমদুদা লৈবগী মতম নৎত্রে! শেলেকাউশ, পেলুশিউম অমসুং শিরিওন মখোয় চুমদ্রিংনা অলেকজেন্দ্রিয়া তম্না লাকলে।'

অচৌবা ৱাশক অমগা লোইননা এন্টোনি স্প্রিং কাপথোরকপগুম চোংথোরকখি অদুগা ক্লিওপত্রাবু মপান্থোম পাইরগা চিংলমই।

'ঐহাক ৱাশক্কুনা হায়রি নহাক্লা ঐঙোন্দা নমথাক তৌরে! হৌজিক মদুগী ফলদু নঙনা ফংগনি!' মহাক্লা মাগী থাংদু শৎলগা চিংলমই।

'নহাক্কী নখুৎতু অমুক্তা ঙাইবিখো, এন্টোনি!' রানিনা লাউরমই। 'মসি অরানবা ৱানি - মসিগী মরম ঐ খংদে!' রানিনা এন্টোনিদা স্প্রিংগুম চোংশিল্লমই অদুগা এন্টোনিগী ঙকশমদা কপ্পা কপ্পা কন্না য়াল্লমই। ইবুংঙো, ঐ অশেংবা খংদে। ঐনা ঙাক শেনবিনি হায়না থম্বা শেলেকাউশগী নুপি অমসুং মাগী পিকলিবা মচাশিং নহাক্লা লৌশিনবীয়ু, ও এন্টোনি ও, এন্টোনি, করিগীনো নহাক্লা ঐবু চিংনরিবা?'

অদুবু চার্মিয়োন্দী মোমোন নোক্লমই মরমদি মহাক্লি শেলেকাউশতা লোন্না পাও থাখিবদু। শেলেকাউশতি চার্মিয়োনগী মরুপ্পী। মহাক্লা শেলেকাউশতা শরেন্দর তৌরে হায়রক্লবা পাউজেল তৌরমই অদুগা অলেকজেন্দ্রিয়াদা লান অমুক তৌরোই হায়রক্লবা। মদুগী অহিংদুদা রানি ক্লিওপত্রানা মাগী অরোনবা লনগৈদা থমজবা পির্য়ালশ অমদি ইস্মারেল পুম্নমক লৌথোক্লমই অদুগা মাওশোলিউমদা থমজিল্লমই। মহাক্লা ইজিপকী ফেশন্দা চিংদুম অমগী মথক্তা হোলি আইশিসকী লাইশং মনাক্তা মহাক্কী মাওশেলিউম অদু শাখিবনি। এন্টোনিদগী থপ্তোক্লা মানা শাজবা মোংফম অদুদা রানি তুমলমহ।

অদুবু ঙহাক লৈরগা শিরিওন্না মাগী লাম্মীগা লোইননা কেনোপিক, নাইল তুরেল মচিন্দু লাম্থোকলমই অদুগা য়াম্না ৱানা অলেকজেন্দ্রীয়া য়ৌরকখি।

ওলিমপশ ঐহাক্তি ক্লিওপত্রানা কৌবগী মতুং ইন্না কোনুংদা য়ৌরকখি। অলাবষ্টর হোলদা ঐনা রানিগা উনরমই। মহাক রানি অমগুম ফজবা ফি-রোল শেৎ-

চারমই। অদুবু মাগী মমিৎ অনিমক অঙাওবীগুম তৌরমই। মাগী মনাক্তা ইরাশ অমসুং চার্মিয়োন লেপ্তুনা লৈরমই। মার্বল ঙাক্তগী ওইবা লৈমাইদা নুপাগী অশিবা হকচাং ময়াম তাদুনা লৈবা উরমই। অশিবশিংগী মরক্তা খজিক খজিক হিংলিবা শিবদি শিরগদবা অমা য়াওরমই। রানিনা হায়রকই - 'তরাম্না ওকচরি, ওলিমপশ! মাইবা অমনা উবদা নুংঙাইগদবা নুপাগী অশিবা হকচাংশিং, অনাবা শিগদৌরবা মফমশিদা য়াম্না লৈরে!'

ঐহাক্না কিনা খুমলমই - "করিনো রানিনা তৌবিরিবশি?" রানিনা - ঐ করি তৌরবা? ঐনা মখোয়শিংসিদা লমন খুম্বা ওইনা দন্দী তৌবনি! ওলিমপশ, শিহন্নবগী লম্বীশিংদো ঐ খংলে। ঐনা তোঙান তোঙানবা হু মখল তরুক থমই মীনাইশিংদা পিথক্লবা। পিথক্লবা তুংদা মখোয়না ওইরকপশিংদু ঐ য়েংলিবনি। মদুগী নুপাদু -' মানা খুদোম্বীনা নুবিয়ান নুপা অমদা থিল্লগা তাক্লমই। রানিনা ঐগী নাক্তা চংশিল্লক্লগা হায়রকই - 'ওলিমপশ, নহাক্কী লাইফাও তৌখিবদা অরোইবা মতাংদু য়ৌরে, শিরিওন্না লান জয় তৌখ্রনি। ঐ অমসুং ঐগী ইবুংঙো এন্টোনি মাংখ্রনি। মরমসিনা হৌজিক দ্রামাদু ফজনা তৌখি। ঐ হৌজিক পৃথিবীগী দ্রমাগী ষ্টেজ অসি থাদোক্কদবনি। ঐনা শংসারশি থাদোকপদু রানি অমা ওইনা চৎকদবনি! মরমশিনা ঐনা হুশিংগী চাংয়েং তৌথোকপনি!

ঐ ইশাসু হু থকপগী অৱাবদু খাংগদবনি, মখোয়না তৌখিবগুম ঐসু অৱাবদু খাংগনি। হৌজিক, ওলিমপশ নহাক্না অসিগুম্বা হিদাক অমত্তং ঐগীদমক শেম্বীয়ু। ঐহাক মদুগী হিদাক্তুনা অৱা অনা য়াওদবা থৱাইশি থুনা চৎখিবা ওইজগে!'

মহাক্না ঙাংলিবশিংদু তানা তানা ঐনা ঙমলে হায়বগী ৱাখলনা ঐগী চাক্লবা থম্মোইবু ইংথহল্লমই। মরমদি ঐনা খংলমই ঐ ইশামক্কী খুৎনা লৈবাকশিগী মাং তাকনিংঙাই ওইবা নুপিশিবু হাৎপনি। অদুম তৌবদুনা লাইগী অচুম্বা বিচার তৌরবনি।

ঐনা রানিদা হায়রমই - 'ও ক্লিওপত্রা, শিরগা নঙগী অনাবা পুম্বা কোক্কনি। ঐনা নঙগীদমক অসিগুম্বা য়ু অমা শেমগনি, মদুনা নঙবু খংহৌদনা থেংনবা মরুপ অমনা নঙবু পুগনি অদুগা মতম পুম্বগী ওইনা সমুদ্রাগী ইপাক্তা লুপখিবগুম তুমগনি।

ওহ, শিবা হায়বদু কিরুনু! শিবনা নঙগী অমত্তা ঙাইরবা উপাইনি। শিবনা নঙগী পাপ ময়ামদু কোক্কনি। শিরগা লাইশিংগী মনাক য়ৌগনি।'

ক্লিওপত্রা মশাদু থক থক নিক্লমই অদুগা হায়রকই 'ঐদি লাইশিংবু কিদে, মরমদি নোরোক্কী লাইশিংদুনা মী ঙাক্তা ওইরন্নবদি ঐ অমুক ৱানি ওইরুগনি। অমুক্তং নিংথৌমচানুপি ওইনা পোকখিবশি মথং মপোক খুদিংদা নিংথৌ মচানুপি ওইনা অদুম পোক্কনি!' মহাক্না অসুম্না ঙাংলিঙৈদা কোনুংগী গেৎলোমদা লান ঙম্বগী খোলাও, নুংঙাইবা ফোংদোকপগী লাউবা খোংবা তারমই।

'করিনো, মসি করিনো?' মাগী হিপফমদগী ফ্রং চোংথোক্লগা 'এন্টোনি! এন্টোনি!' কন্না লাউরকখি, এন্টোনিনা লান জয় তৌরে!'

ক্লিওপত্রানা মমাই শৎ লৈরগা গেৎ তম্না চেল্হোকখিরমই। নুংশিৎতা মাগী শাংলবা শমদু তুংদা ব্রাই ব্রাই হাইদোকলমই। ঐসু মাগী তুংদা চেন্না চেন্না তান্নরমই। গেৎ মনাক্তা মাগা এন্টোনিগা থেংনরমই।

তিল্লিবা মীয়ামদু হাইদোক হাইদোক্তুনা এন্টোনি মমাই ঙাংলপ তৌনা মোমোন নোক্লদুনা, রোমান ওফিসার অমনা শেৎকদবা ফিজোল শেৎলদুনা চংলকলমই। মানা ক্লিওপত্রাবু উবা মতমদা সগোলদগী চোংথরমই অদুগা রানি ক্লিওপত্রাবু মাগী থবাক্তা কোনশিল্লমই।

'মসি করিনো? শিরিওন মাইথিরবরা?'

'নত্তে, মহাক পুরা মাইথিবদি নৎত্রি! ঐখোয়না মাগী সগোল লানমিশিংদু তানখাইদুনা মাইথিবা পিবনি। অহৌবা মানবগুম অরোইবসু মান্নগনি মরমদি মখোয়না অসুম্না হায়নৈ- মকোক্লা চৎপা মাইকৈদা মমৈসু চৎকনি!'

অসিগী মথক্তা শিবিওন্না ঐগা লাম্বা তৌনরগা য়ানশি হাযখিবদু মহাক য়ারে। মহাক্লা ঐগা খুৎকা খুৎকা, থাংগা থাংগা য়ান্নরবদি পৃথিবী পুম্বনা য়েংহৌগনি করম্বা নুপানা হেন্না ফবগে, হেন্না কনবগে এন্টোনি নৎত্রেগা ওক্তাভিয়ানলা!'

মহাক্লা অদুম্না ঙাংলিঙৈদা মী ময়াম চংলক্তুনা লান ঙম্বগী লাউবা খোংবা তৌরমই। অদুদগী পাও পিবা নুপা অমা শিরিওন্দগী পাও পুরক্তুনা চংলকখি।

পাও পিবা নুপাদুনা চংলক্লগা এন্টোনিদা মকোক নোন্দুনা খুরুমলমই অদুগা শিরিওন্না ইরকপা চিঠি অমা এন্টোনিদা পিশিল্লমই।

চিঠিদুগী মকোক্তা - "শিরিওন্না এন্টোনিবু তরাম্না ওকচবা-"

'নহাক্লা চেলেঞ্জ তৌরকপদুগী পাউখুম মসিনা পিবি। শিরিওন ঐগী থাংগী ময়াদা শিবদগী হেন্না ফবা শিনবগী লম্বী অমা এন্টোনি নহাক ফংবা ঙমলোইদ্রা?'

অদুগী তুংদা মখোয় হরাওবা লাংবা খোৎপদু লেপখিরমই। নুমিৎ তাখ্রদুনা মমশিল্লমই। অহিং নোংয়াই য়ৌদ্রিঙৈ মমাংদা এন্টোনিনা মাগী মরুপশিংগা লোইননা চাক চামিন্নরমই। মাগী মরুপশিংদু ঙসি অহিংদনা এন্টোনিগী অৱাবদা শরুক য়াবা অদুগা হয়েংনা মঙোন্দা নমথাক তৌরগদবা ঙাক্তনি। লৈবাক্তুগী কেপ্তেন ময়াম পুন্না ফমলিবদুগী মাংদা এন্টোনি ফমলমই। মদুদা জহাজশিংগী কেপ্তেনশিং অমসুং

খোঙমীশিংগী কেপ্তেনলোইনা শুনা তিল্লমই। মখোয় কেপ্তেনশিংগী মরক্তা ঐসু ফমলমই। লাম্মীগী মীওইশিংতা নত্তনা অতৈ লুচিংবা কয়াসু মদুদা য়াওরমই। পুন্নমক তিল্লবা মতমদা এন্টোনিনা ময়ামদা ব্রা ঙাংলমই, মহাক্না ব্রা ঙাংবদু মখোঙনা লৈপাক্তা লেপ্পগা মকোক্তা টুপ্পি উপ্তনা য়াম্না পুকচেল চাওবগী মওংদা ব্রা ঙাংলমই।

'খুৎলাই পাইবা মরুপশিং অমসুং লুচিংবশিং পুন্নমক হৌজিকফাওবদা ঐগী মীচংদা লৈবিরিবা পুন্নমক, মখোয়দু ঐনা লুচিংদুনা কয়ারক হন্না লান্দা মাই পাকখ্রবা ঙাক্তনি। ঐনা হায়বশি তাবিয়ু। হয়েংদি ঐখোয় মাইথিবা অমদি ইকাইবা নংবসু য়াই অদুবু ঐখোয় ঙাইদুনা লৈগনুশি। ঐখোয় য়াবা মখৈ থুনা য়াংনা চেনশিন্দুনা মখোয়গী মথক্তা লান্দাগদবনি অদুগা ঐখোয় লান ঙম্বগী লুহুপ অদু লৌগদবনি অদু নৎত্রগা ঐখোয় ঈশিংদা চোংথদুনা শিবা! ঐঙোন্দা অচুম্বদু তৌবিয়ু। ঐখোয় কন্না হোৎনদুনা লান ঙন্নবদি রোমগী কেপিতোলদা ঐগী য়েৎতা ফন্নগা খ্বাইদগী চাওথোকচবা মীশক্তু ওইবিয়ু। হয়েংগী লানফমশিং থব্রাই খুবাক্তা হাপ্পগা শোক্নগদবনি নৎত্রগদি ঐখোয় লোইনা থব্রাই মাংবা তাগনি। নুমিৎ তাদ্রিঁঙে মমাংদা ঐখোয়না য়েক্নবশিংবু তানখাইগদবনি। ঐখোয়না করিবু কিগনি? ঐখোয়গী মিচংদা লৈরম্বা লানমীশিংনা চেনখ্রবসু ঐখোয়গী কল্লবা লানমী শিরিওন্দগী হেন্না লৈরি। মসিনা ঐখোয় চাওথোক্না অমসুং থৌনা লৈনা থবক তৌবা য়াই। করিগী, ঐ নখোয় ময়াম মমাংদা ব্রাশক্লি নিংথৌমচা অমা ওইনা, হয়েং ঐ মাংদা লৈরিবা কেনোপিকগেৎ মমাংদা ওক্তাভিয়ানগী মকোক অমসুং মাগী পেপ্তেনশিংগী মকোক কক্কনি!'

'এহ, হরাওরো লাংলো অমুক হন্না। লান ঙম্বগী যন্ত্রা খোঙবা অদু ঐদি য়াম্না নুংশি। করিগুম্বা হয়েং লাইবক থিরবা ঐদি শিফাই অমনা শিবগুম শিগনি। মসি ঐগী অনিংবা অপাম্বনি। নখোয় খংঙি ঐগী লন থুম পুন্নমক কদাইদা থমই হায়বা। ঐগী খ্বাইদগী নুংশিরবা মরুপশিং নখোয় স্না লুপাশিংদু লোইনা লৌ। ঐবু নিংশিলগা লন থুমশিংদু নখোয় য়েন্থোকনৌ।

নত্তে, ঐগী পি তাহল্লগনু! নুপা পুন্নমক শিগদবনি। ঐবু লৈখা তারগদ্রা? ঐনা ঐগী ইচাশিং থমলমই, নখোয়না থোৎনা নৌনা তৌবিরক্কনি নিংদুনা।

থৌনা লৈরবা শিফাইশিং হয়েং নোং হেক ঙানবগা ঐখোয় পুন্নমক শিরিওনগী কেমপ্তা খংহৌদনা লান্দাশিনগদবনি। মসি মতম অমত্তাদা ঈশিংদসু কংফালদসু লান্দাগদবনি। ঐনা ব্রাশক্লি, নখোয় পুন্নমক ঐগীদা লৈগনি অরোইবা মতাং ফাওবা।'

মখোয় ময়াম্না হৌনা লাউরমই - 'ঐখোয় ব্রাশক্লী!' 'পুকচেল চাওরবা এন্টোনি, ঐখোয় ব্রাশক্লি!' মসি য়াম্না ফরে! অমুক হন্না হয়েং ঐগী থব্রানমিচাক লংবা

অমসুং ঙানবা হেনগৎলে। থৱানমিচাকশিংদু খ্বাইদগী ৱাংবা সর্গদা ঙান্দুনা লৈরে। অদুবু শিরিওনগীদি মঙাল অমত্তা য়াওদে! বিদাই!'

মহাক্না চৎননবা লৈথোরকপদা মখোয় ময়াম্মা মাগী মখুৎ ফারগা হন্না হন্না চুপলমই।

এন্টোনিগী ৱাঙাংদুনা মদুদা তিল্লিবা ময়ামদু অসুক্কী মতিক থম্মোই শোক্লমই মদুদি মখোয় কয়ামুক অঙাং মচাগুম কপ্লমই। অদুগা এন্টোনিসু মহাক্কী অৱাবা নুংঙাইতবদু ফাজিনবা ঙমদদুনা মমিৎতগী মপি ওরো ওরো তারমই।

পুমনমকশি উরুরুগা ঐগী পুক্নিংদা নুংঙাইরমদে মরমদি ঐনা খংলমই - মখোয়শিংদুনা এন্টোনিগীদমক লেপ্লবদি মখোয় লান ঙমলকপা য়াই। মহাক্না লৈখা তারকপদা হু পাম্বীগুন্নবী নুপিশিসু লৈখা তাগদবনি।

মরমশিনা এন্টোনি চৎখ্রবা তুংদা ঐসু চৎথোক্লমই। ঐনা মরুম অমদা লৈশিল্লগা কেপ্তেনশিং অমসুং লোর্ডশিংদু চুংশিন্নরগা তুমিন্না ৱারি শাবদু তারমই।

'অদুদগী মসি য়ানরে!' মহাক্না হায়রমই। ''মহাক্না জহাজ ময়ামদুগী লুচিংগদৌরিবনি। মসি ঐখোয়না ৱাশকখ্রবনি লান লোইবফাও শিরবসু চংলবসু ঐখোয় এন্টোনিগীদমক লেপ্পা অসিনি।'' 'এ, এ,' মখোয়না খুমলমই।

ঐনা লেপলিবা মরুমদুদগী ঐসু খুমলমই - 'এ, এ! মঙোন্দা নপশিনবা নৎত্রগা শিবা!'

মখোয়না শাওনা লৈথোরক্লমই অদুগা ঐবু ফারমই। মখোয়গী মরক্তগী অমনা হংলকই - 'মহাকসিবু কাননো?' অতোপ্পা অমনা খুমলকখি - 'মহাকশি মমাই মুবা হুই ওলিমপশ অদুনি!'

অমনা অমুক হায়রকখি - 'নমথাক তৌবা ওলিমপশ! মহাকশি লোইশিল্লু মাগী মেজিক্কা লোইননা!' অসি হায়রগা মাগী থাংদু শত্তোরকখি।

'এহ্! মাবু হাৎতোকপা! মহাক্না লোর্ড এন্টোনিবু নমথাক তৌবিগনি। মাবু পৈশা পিহল্লি অনা লায়েংবিবগী।' মিকুপ অমত্তা ঙাইখো!' ঐনা হায়রমই তপ্না অমসুং লাইশোন তৌবগী খোঞ্জেলদা - 'চেকশিল্লু কমদৌনা নখোয়না লাইগী মনাই ওইবা ঐবু হাৎকে তৌরিবা? ঐ নমথাক তৌবা মী নত্তে। ঐদি অলেকজেন্দ্রিয়াগী লাইশংদা লৈবা মীনি। ঐনা নখোয়দা হায়রি - চেনখ্রো শিরিওনগী মনাক্তা। ঐদি এন্টোনি অমসুং ক্লিওপত্রাগী থবক তৌবিরি পুকচেল শেংনা। মদুগী মথক্তা ঐদি লাইগী শোবাসু তৌরি। ঐনা ফজনা খংঙি মদুদি হয়েং এন্টোনি লৈখা তাগনি অমসুং ক্লিওপত্রাসু লৈখা তাগনি। শিরিওন্না লান ঙমগনি।

মরমসিনা ঐনা নখোয়বু ইকাই খুমজে, ব্যাভহার তৌজে। পুকচেল চাওরবা থৌনাফবশিং - নখোয় নখোয়গী য়ুমদা লৈহৌবী নুপিশিংবু মিনুংশি পোকপিয়ু, মখোয় অরেম্বদা লুখ্রাবী ওইরগনি। নখোয়না থমলম্বা অঙাংশিং মপা লৈতবা অঙাং ওইহৌরনি নখোয়না এন্টোনিগা মিচং ওইদুনা লৈরবদি। মরমসিনা ঐনা নখোয়দা হায়রি - এন্টোনিগী মী ওইদুনা লৈয়ু নঙনা পাম্লবদি অদুগা শিয়ু। অদু নৎত্রগা শিরিওনগী মনাক্তা চেনশিল্লু নথ্বাই হিংহল্লু। ঐনা হায়রিবসি লাইনা য়ারবা অমসুং মাগী য়াথংনি!'

'লাইশিং!' মখোয়না হায়রমই - 'করম্বা লাইশিং? নমথাক তৌবা মসিগী মখনাওশি থাংনা লেনথৎলু অদুগা মহাক্কী ও মঙ্গলগী ব্রা ঙাংলিবশি লেপহল্লু!'

'মাগী লাইশিংদুদগী খুদম উৎহল্লু নৎত্রগা মহাক শিরসনু। ঐদি মসিগী নুপাশি থাজদে!' অতোপ্পা অমনা হায়রকখি।

'হন্দোক্নুনা লেপ্পু, অপংবা ময়াম!' ঐনা লাউরমই। 'হন্দোক্নুনা লেপ্পু! ঐগী খুৎশি থাদোকউ, ঐ নখোয়দা খুদম অমা উৎকে!'

অদুদগী ঐনা খুৎ অনি ব্রাংনা থাঙ্গৎলমই। ঐনা ইমা আইশিসবু থব্রাই শোক্লা কৌরমই। অঙকপা হোল্লি লাইরেম্বীনা পাউখুম পিরকখি। মফম অদুগী অকোইবদু ইচিক চিক্লমই। অথাপ্পদগী খুৎনা খোংবা শিতারগী মখোল অমা তারমই। অহানবদা মখোলদু শোল্লমই অদুবু তপ্পা তপ্পা অসুম অসুম মখোলদু কনখৎলকখি। মদুগী হৌরবা মখোলদুনা নাকোং পোখাইগদৌরমই।

ঐনা ব্রাদি ঙাংদনা অহাংবা অতিয়াদা খুৎ থিল্লমই। মাইখুম ফি য়াওনা মুর্তি অমা অহাংবদা উবা ফংলমই। মুর্তি অদু ঐখোয়গী কোক্তোন্দা লৈবদু মখোয় ময়াম্মা য়াম্না ঙক্লা য়েংনরমই। মুর্তি অদু শিরিওনগী কেমপ লৈরিবা অদোমদা চৎখিরমই। অদুগা লোইননা মখোলদু তাখিরমদে অদুগা উরম্বা মুর্তিদুসু খংহৌদনা মাংখিরমই।

মখোয় ময়ামগী মরক্তগী অমনা লাউরকখি - 'মসি বাকচুশনি!' বাকচুশনা এন্টোনিবু থাদোক্নুনা চৎখ্রে!' ময়াম অদু অমুক ল্যাংবা নিনবা হৌরকখি।

অদুবু ঐদি খংলমই মদু বাকচুশ (গ্রীক্কী লাই) নত্তে আইশিস লাইরেম্বীনি হায়বা। আইশিস লাইরেম্বীনা ক্ষেম লৈবাক থাদোক্নুনা চৎখ্রে অদুগা মাগী লৈফম অমা থিবা চৎখ্রবনি। ঐনা মাই খুমজিল্লগা ইমা আইশিসবু খুরুমলমই। ঐনা মিৎ পাংথোরকপদা মফমদুদা তিল্লম্বা ময়ামদু কাইদুনা চেন্নখিরমই।

# চেপ্টর তরেৎশুবা

*(খোংমী লাম্মী পুম্নমক অমসুং এন্টোনিগী জহাজশিং লাম্মী শিরিওনগী গেং মনাক্তা শরেন্দর তৌবা (চংজবা) অমসুং এন্টোনিগী অরোইবা নুমিৎ)*

মথং নুমিৎকী অয়ুক অঙনবদা এন্টোনি থোরক্লগা য়াথং তৌবমই মাগী জহাজশিংদু শিরিওনগী জহাজশিংগী মথক্তা লান তাশিল্লু হায়না। মহাক্কী খোঙমি অমসুং শগোল লাম্মী পুম্নমক শিরিওনগী কংফাল লানমিদা লান্দাশিল্লু হায়না য়াথং তৌরমই।

মাগী য়াথং মতুং ইন্না জহাজশিংদু পরেং অহুম থোক্লা য়েক্লবগী মাইকৈদা চংশিল্লমই। অদুগা শিরিওনগী জহাজশিংসু লান থেংননবগীদমক থোরক্লমই।

অদুবু মাইকৈ অনিমক্কী জহাজশিংদু থেংনবা মতমদা এন্টোনিগী জহাজশিংদু হি হোন্নবা নৌ ময়ামদু য়েক্লবশিংবু হরাওনা ওকপা ওইনা চপ মান্ননা থাঙ্গৎলমই। মখোয়না শিরিওনগী জহাজশিংদু হেন্দোক্লুনা চৎলমই। কাংবু অনিমক অমত্তা ওইনা পুনশিল্লগা চৎমিন্নরমই।

খোঙমী অমসুং শগোল লাম্মীশিংদুনা শিরিওনগী লানমীশিংগা থেংনবদা মখোয় চপ মান্ননা মখোয় মখোয়গী থাংদু মখাদা লুকথরমই অদুগা লানমি কাংবু অনিমক অমত্তা ওইনা পুনশিল্লমই।

হৌজিক এন্টোনি শাওবনা মৈ হৌরমই। মহাক্কী অশাওবগী শক্তমদু অতৈনা য়েংবদা অঙকপা অমদি অকিবা পোক্লমই। মহাকনা কন্না লাউরমই - 'চুম্না লেপ্তুনা য়েক্লববু থেংননবা ঙাইয়ু!'

ঙরাং অহিং ঐবু হাৎকে তৌখিবা শিফাই ওফিসারদু ঙসি চেনগদৌবগী থোরকপদা এন্টোনিনা মাবু ফারমই। মহাক্লা ওফিসারদু লৈপাক্তা লংথরমই।

এন্টোনিনা থাং শৎলগা হাইগৎলমই অদুবু নুপাদুদি মমাই খুমজিল্লগা শিবগী মিকুপ্তু ঙাইদুনা লৈরমই। এন্টোনিনা থাংদু থাদরগা নুপাদু হৌগৎলু হায়রমই। মহাক্না মখা তানা হায়রমই - 'চৎলো শিরিওনগী নাক্তা অদুগা নুংঙাইনা লৈরু! ঐনা নঙবু খংদবদগী নুংশিরুরে। করিনো, অসুক য়াম্না মীনা ঐঙোন্দা নমথাক তৌরিবা?'

নুপাদু হৌগৎলগা এন্টোনিবু নিংবা কাইনা য়েংলমই। অদুদগী মহাক ইকাইবনা লাকহৎখিদুনা য়াম্না কন্না লাউরল্লগা মাগী মফি ফুরিৎতু শেগাইরমই। অদুগা মহাক মশামক্কী থাংনা থিন্দুনা শিজরমই। এন্টোনি ব্রা ঙাংদনা নুপাদুনা শিবদু য়েংদুনা লৈরমই।

তানজা অসিদা শিরিওনগী লান্মী মপৈদু অরেপ্পা লৈতনা চংশিল্লকখি। মখোয়না তা লংলকপদা এন্টোনিগী লানমীশিংদু চেল্লমই অদুগা শিরিওনগী লান্মীশিংনা নোক্তুনা য়েংলমই। মখোয়না মী অমাফাও হাৎলমদে মরমদি মখোয়না চেল্লিবশিংদু তান্নবিরমদে।

ঐগী নাক্তা লেপ্লীবা ইরোশনা কন্না লাউরমই - 'চেল্লো লোর্ড এন্টোনি! চেল্লো! নঙবু ফাদুনা চিংথোকত্রিঙৈ মমাংদা চেল্লো নৎত্রবদি শিরিওনগী বন্দী ওইরনিঃ'

মরম অসিদগী এন্টোনি মমাই লৈদুনা চেল্লমই। ঐসু মাগা লোইননা চেল্লমই। ঐখোয় অনিনা কেনোপিক গেৎ ফাওদুনা চেল্লকপদা শিফাই কয়ামরুম য়াম্না ঙক্না এন্টোনিবু য়েংদুনা লৈহৌই।

"ওলিমপশ, নঙ রানিগী মানাক্তা চৎলগা হায়রুচো এন্টোনিনা গ্রিতিং থারকই মঙোন্দা নমথাক তৌবিখিবা রানি! ক্লিওপত্রাদা এন্টোনিগী গ্রিতিং অমসুং বিদাই!"

অদুদগী রানি ক্লিওপত্রাগী মনাক, মোংফম লৈরিবা মফমদুদা ঐ লাকলমই। অদুবু-এন্টোনিদি কোনুং তম্না চেনশিনখিরমই। ঐনা মোংফমদু য়ৌরকপদা থোঙহাংদোক্লবা থোঙদা থিল্লমই অদুবু চার্মিয়োন্না মিহুৎথোংদা য়েংথোরকখি। ঐনা থোঙ হাংঙু হায়রুবদা চার্মিয়োন্না থোঙ হাংদোরকখি। মহাক্না তুমিন্না - 'করি পাও - হর্মাচিশ?' 'চার্মিয়োন!' ঐনা হায়রমই, 'হৌজিক লোইরে, এন্টোনি চেনখ্রে!'

'অদু ফরে!' চার্মিয়োন্না খুমলমই। 'ঐ ব্রাবনা লোইরবনি!'

মফমদুদা স্নাগী ফম্মুং মথক্তা রানি ক্লিওপত্রা ফমদুনা লৈরমই। 'হায়য়ু নুপা!' রানিনা লাউরকখি। 'এন্টোনি চেনখ্রে, মাগী লানমিপুম্বা চেনখ্রে, শিরিওন য়ৌশিল্লকলে! ক্লিওপত্রাদা এন্টোনিনা অরোইবা পাউজেল পিরকলি - বিদাই! এন্টোনিনা ক্লিওপত্রাদা অরোইবা পাউজেল পিজরি, এন্টোনিদা রানিনা নমথাক তৌবিখ্রবা - বিদাই!' 'মসি

ওইদবা ৱানি' রানিনা লাউনা হায়রকই, 'ঐনা মঙোন্দা নমথাক করিসু তৌখিদে! ওলিমপশ, নহাক থুনা মাগী নাক্তা চৎলো অদুগা অসুম্না পাউখুম পিরমউ - নমথাক তৌখিদবা ক্লিওপত্রানা এন্টোনিদা অরোইবা পাউজেল - বিদাই , ক্লিওপত্রা লৈত্রে!'

মরমশিনা ঐ মখোয় থনম্লগা অমুক লাকলমই। অলাবষ্টর হোল মনুংদা ঐনা এন্টোনিগা থেংনরমই। মহাক ৱাখল খন্দুনা লৈবগী মওংদা হঙ্গৎ হন্দা চৎতুনা লৈরমই। অদুগা মহাক্না মখুৎতু মথক্তা হাই হাইরদুনা লৈরমই। মাগী নাক্তা ইরোশ লৈরমই।

ঐনা হায়রমই-'লোর্ড এন্টোনি! ইজিপ্তা ইবুংঙোদা বিদাই পিরকলি। মশা মথন্তগী মখুৎতা রানি ক্লিওপত্রা লৈত্রে - শিরে!'

'শিরবা! শিরবা! মহাক্না তপ্না হায়রকখি, 'অদুগা ইজিপ্তু শিববরা? মদু মিংচৎ ফজবগী মওং অমরা? কবস্না নুপিনো মহাকপু? হৌজিকফা ওবা ঐগী থম্মোইনা মাবু কৌরি! অদুগা মানা ঐবু ইন্থোরকদ্রা অবোইবশিদা? পৃথিবী অপুনবদা অসুক চাওখ্রবা অশুক মিংচৎ লৈখ্রবা ঐহাক্না নুপি অমগী হাক্তক অসিদা অশুক্কী মতিক পিক্লবা। নুপি অমনা ঐগী থৌনা পাঙ্গল মযামসিগী মথক থোংবা ঙমলবা! ইরোশ, নঙনা অঙাংনুপা মচা ওইরিঙৈদগী হৌনা ঐহাকপু নুংশিরকপা। নঙ নিংশিঙ্গু ঐনা নঙবু করম্না ফংখিবা! নঙনা চাবা হেন্দুনা মরুভুমিদা কোইনা চৎতুনা লৈরিঙৈদা ঐনা নঙবু থেংনখি। অদুদগী ঐনা নঙবু ইনাক খুনবা মী অমা ওইহল্লকখি - চুমদ্রা? লাকও, ঐনা তৌবিখিবশিংদু লমন শিংলো লাও! নশাদা য়াওবিবা থাং অদু শৎতোক্লগা ঐগী থবাক্তা থুম্না থিংজিল্লকউ!'

'ওহ, সার,' গ্রিক নুপাদুনা লাউরকই, 'ঐ মদু ঙমজবোই! ঐগীদমক্তি নহাকশি ঈশ্বরগা মান্নরবা অমনি। এন্টোনি নহাকপু ঐনা করম্না হাৎপা ঙমগনি?'

'ঐঙোন্দা পাউখুম পিরক্কনু ইবোশ! ঐগী অরোইবা মিকুপ্তা ঐনা থবক অসি নঙোন্দা শিন্নরিবনি। ঐনা থৌদাবিবশি তৌ নৎত্রগা চৎখ্রো ঐ ইথন্তা থমলমউ। ঐ অমুক হন্না নশক্তু য়েংলবোই হায়বা ইন্দ্রবা মীনাই!'

অদুদগী ইরোশনা মাগী থাংদু শৎতোক্লমই অদুগা মাগী মাংদা এন্টোনিনা কুনথরগা লৈরমই থবাক্তু হাংদোক্লমই, মমিৎ অনিমক মথক্তা য়েংখৎলমই। অদুবু ইরোশ কন্না লাওরমই - 'ঐ ঙমজরোই, ওহ, ঐ ঙমলোই!' মানা মশামক্কী থবাক্তা থিনজরমই অদুগা লৈমাইদা ওন থোইনা তাদুনা শিরমই।

এন্টোনি হৌগৎলগা মাগী ইরোশগী মাইথোংদা নুংশিনা য়েংলমই। 'করিনো ইরোশ মদু পুকচেল চাওবা থবক তৌখি।' মহাক্না হায়রমই। 'নহাক্না ঐঙোন্দগী চাউবা

হেনখ্রে অদুবু ঐ নঙোন্দগী পারা অমা তমহৌরে!' মহাক্লা নোন্থরগা মাগী ইরোশতা চুপ্পিরমই।

অদুদগী, খংহৌদনা হৌগৎলগা মহাক্লা ইরোশগী থবাক্তগী থাংদু শৎতোক্লমই অদুগা থাংদুনা মাগী মপুক্তা থিংজিল্লমই অদুগা লৈমাইদা তুথরগা মৈচাক খাংলমই। 'ও, ওলিমপশ, নহাক!' মহাক্লা লাউরকই, ''মসিগী নাবশি ঐ খাংবা ঙমলরোই, ঐবু অমুক্তা লোইশিনবিয়ু, ওলিমপশ!''

অদুবু মিনুংশি অদুনা ঐ খুৎ তিংথোকপা ঙমলমদে অমসুং অসিগুম্বা থবক অসি ঐ তৌনিংলমদে। মরমশিনা ঐনা মাগী মপুক্তগী থাংদু শৎতোক্লমই অদুগা ঈদুসু খক্লবা তৌরমই। এন্টোনি শিবা য়েংবা চংলকপা মীয়ামদু ঐনা মখোয় অমা কৌরগা গেৎ ময়াদা লৈহৌবা অটৌৱাবু কৌরুনবা হায়রমই।

মহাক য়াম্না থুনা হিদাক নোমুনা ময়ামদু পুরগা লাক্লমই। অমুক হিঙ্গৎনবা হিদাক্তু ঐনা এন্টোনিদা পিরমই। ঐনা অটৌৱাদা থুনা চৎলগা মাগী মোংফমদা লৈবা রানি ক্লিওপত্রাবু কৌরুনবা থারমই।

অটৌৱা অমুক হল্লক্তুনা হায়রমই - এন্টোনিবু মাগী নাক্তা পুবিরকউ অমসুং মানা কোল্লগা শিহনসি!' রানিনা হায়রকই। মহাক্তা লোইননা দাইওমেদিশসু লাকলমই। এন্টোনিনা মসি তাবদা মাগী থৌনা অমসুং মপাঙ্গল অমুক হনজিল্লকপগুম তৌরকখি। অদুবু মহাক্লা ক্লিওপত্রাগী মাইথোংদু য়েংলরোই হায়রমই। মরমশিনা ঐনা মীনাইশিংবু কৌরমই। মখোয় মীনাইশিংদুনা, চাওখ্রবা - মতিক মগুন লৈখ্রবা নুপা অসিনা শিবদু য়েংনিংদুনা খরনা উখোঙ মরুমদগী, খরনা পার্দার মরুমদগী অদুগা খরনা অহোবা মখুলদগী মুনা মুনা য়েংনরমই।

ঐখোয় ময়াম চংদুনা এন্টোনিবু মাওশোলিউম চীংখোঙ তম্না পুরকখি।

অদুবু ক্লিওপত্রাদি মহাক্লা নমথাক তৌখিবদুনা কিরদুনা মাগী থোঙদু লাউনা হাংদোরকখিদে। মরমশিনা মিহুৎথোংদগী থৌরি অমা থাদরক্তুনা ঐখোয়না মদুদা পুনশিল্লমই এন্টোনিগী মখুৎ অনিদা। মদুদা ক্লিওপত্রা মপুক্লিং য়াম্না নুংশিনা মখোল থোক্লা কপলমই। চার্মিয়োনসু মখোল থোক্লা কপ্পমই। গ্রিক্কী ইরাশ অমসুং অতৈ মী খরগা থৌরিদু কন্না চিংখৎলমই অদুগা ঐখোয় ময়াম্না হকচাংদু থাংগৎলমই। শিরমদাই ওইরবা এন্টোনি অহাংবদা য়ান্দুনা লৈরমই অদুগা মাগী অশোকপা মফমদগী ঈ মরি মরি চেন্থরকখি। অনিরক হন্না এন্টোনি লৈমাইদা তারকখি। ক্লিওপত্রানা নুংশিবা অমদি নিংবা কাইবনা অশিবা এন্টোনিবু কন্না কোনশিন্দুনা মখোল হৌনা কপলমই। মদু উখিবা মী পুম্নমক হৌনা লাউনা কপ্পখি। মখোয়না থবাক্তা খুৎনা শুরগা কপ্পদু ঐগা চার্মিয়োনগদি য়াওরমদে।

চার্মিয়োনগী মতেংনা ঐসু মনুং চংলমই। মনুংদা এন্টোনিবু ক্লিওপত্রাগী স্নাগী ফম্মুংদুদা হিপহল্লমই। অদুগা ক্লিওপত্রানা মাগী থবাক ইহাং হাংদোক্লগা মমাই মমিৎ পিনা ইচোৎ চোৎলগা অঙাওবীগুম হৌনা লাউনা কপলমই। রানিগী শম ময়ামদুনা এন্টোনিগী মশা পুম্বা খুমজিল্লদুনা লৈরমই। মহাক্লা নোম্বুরগা এন্টোনিবু নুংশিনা চুপ্পমই।

মহাক্কী শেংলিবা ফি অমসুং মাগী মশম্মা এন্টোনিগী ঈ থোকলিবা মফমদু তৈথোকপিরমই। ঐনা ক্লিওপত্রাবু য়েংলুরগা মমাংঙৈগী নুংশিবা ৱাখলদু পুক্লিংদা ফাওরকখি। ঐনা মখোয় অনিশিবু মাংহনবা ঙম্লবসু ঐনা মখোয় অনিগী নুংশিনবদুদি মাংহনবা ঙমলমদে।

‘ও এন্তোনি, ঐহাক্কী নুংশি থোইরবা, ঐগী ইপুরোইবা অমসুং ঐগী ঈশ্বর!’ মানা কপ্পা কপ্পা লাউরকখি। তমথিরবা এন্টোনি, নঙবু শিবা ঙম্লবগী থম্মোইদু লৈরবরা অদুগা ঐবু ইথন্তা হুন্দোক্লম্বগী থৌনাদু লৈরবরা? ঐহাকসু নঙগী নতুং ইনগনি! এন্টোনি, হৌগৎলো - হৌগৎলো!’

মহাক্লা মকোক হাইগৎলগা য়ু পিরকউ হায়রকখি। ঐনা য়ুদু মঙোন্দা পিরমই। মহাক্কী য়ুদুদা অনাবা ফন্নবা হিদাক অমা ঐনা য়ানশিল্লমই। এন্টোনিনা মহিদু থক্লবা তুংদা ক্লিওপত্রাবু মাগী নাকন্দা হিপথরকউ হায়রমই অদুগা রানিগী মখুৎনা মাবু কোনশিল্লকউ হায়রমই। রানিসু মাগী এন্টোনিনা হায়বদুমক তৌরমই। এন্টোনি মাগী চৈনাখোল পুম্বা কাউথোক্তুনা রানি ক্লিওপত্রাদা ফজনা তেক্তা কাইদনা লৈহৌনবা পাউতাক কয়া হায়রমই অদুবু ক্লিওপত্রানদি করিসু তারমদে। ‘মতমশি য়াম্মা তেল্লে’ মানা হায়রমই, ‘ঐখোয় অনিগী শিবা লৈররোইদৌবা নুংশিবা অদুগী মরমদা ৱারি শাসি। নহাক নিংশিংদরা অদুগুম্বা অহিংদো, নহাক্লা ঐবু কোনশিল্লগা অহানবা ওইনা নঙনা ঐবু নুংশিবী হায়খিবদু, ওহ, নুংঙাইরবা অহিংদো! ঙসি, চিরবা মতম, পুন্সিগী থাওমৈনা মুৎলমদাই মতম য়ৌরবা ফাও অহিংদু নিংশিংলি!’ রানিনা হায়রমই।

‘এহ, ইজিপকী রানি, ঐ ফজনা নিংশিংলি! অহিংদুদগী হৌনা ঐগী লাইবক ঐঙোন্দগী লৈথোক্তুনা চৎখি - ঐগী নুংশিবদা লুপ্তুনা লৈখি। নঙগী ফজবদু ঐগী পুক্লিংদা ময়েক লানা অদুম লৈখি!’ স্বর তৎনিং তৎনিং তৌনা মহাক্লা হায়রমই। মানা মখা তারকখি - ‘অদুদগী নহাক্লা পির্য়ালশ অদু থকখিবা নৎত্রা? অদুগা নহাক্কী পাঞ্জি অদুনা হায়রকখি পুংফমদু য়ৌরে - মেনকৌরাগী শাপ অদু লাকপগী পুংফমদু য়ৌরকলে হায়খিবা নৎত্রা? অসুক কুইরবা মতম অসিদা মহাক্লা হায়খিবশিংদু ঐগী পুক্লিংদা অদুম নিংশিংদুনা লৈরি। অদুনা ঐগী অরোইবা পুংফম ফাওবদা ৱাহৈশিংদু কাউবা ঙমদে, নাকোংদা ঙংদুনা লৈরি!’

'মহাক্তি শিখিবা মতম কুইরে! ঐগী নুংশিথোইরবা!' রানি ক্লিওপত্রানা তুমিন্না হায়রমই।

'মহাক্তু শিখ্রবদি, অদুনদি ঐসু মাগী মনাক য়ৌরে। মহাক্না হায়খিবদু করি হায়রিবনো?' এন্টোনিনা হংলমই।

'মহাক শিখ্রে, শাপ ফংলবা নুপাদো - মহাক্কী ৱা অমুক হায়বিরক্কনু। ওহ, ওনশিল্লকও, ঐবু চুপ্পিয়ু মরমদি নহাক্কী মাইথোংশি তাইফেৎ তাইশিল্লকলে। পুন্সি লোইগদৌরে!' এন্টোনিনা রানিগী মচিন্দা চুপ্লমই। অসুম্না লুহোংবদা ঙাইরিবা নুপা নুপীগুম মথোয় অনি নুংঙাইনা নুংশিনা মিকুপ খরদু লৈমিন্নরমই। ঐনা য়েংবদা কল্লকপনা পুক্লিংদা অৱাবা ওইরমই। য়াম্না থুনা এন্টোনি স্বর হোনবা লেপখিরমই। মাগী মকোক্তু লৈথোরকলমই।

'বিদাই - ইজিপ বিদাই - ঐ শিরে!'

ক্লিওপত্রা মখুৎনা শৌরগা হৌগৎলকখি অদুগা ইঙাও ঙাওনা অশিবা হকচাংদুদা য়েংলমই অদুদগী কন্না লাউরল্লগা ৱান্থখিরমই। অদুবু এন্টোনি, ৱা ঙাংবা ঙমদ্রবসু অদুম হিংলমই।

অদুদগী ঐ মনাক্তা চংশিল্লমই অদুগা খুঁউনা ফমথরগা পাউতাক পিবগুম তৌশিন্নরমই। ঐনা মাগী নাকোং ময়াদা তুমিন্না হায়রমই - 'এন্টোনি! ক্লিওপত্রা হায়বশি ঐহাক্কী চান্নথোইবী নুংশিবী ওইরমই নহাক্কী নাক্তা লাকত্রিঙৈ মমাংদা। ঐহাকশে হাঁমাচিশনি-অদুগুম্বা রানিগী পাঞ্জিদুনি, নহাক্কী ফম্মুংগী মতুংদা লেপ্তুনা লৈখিবা তারশুস হায়বা মফমদা। ঐনা নঙগী মাংননবা তৌবদা ঐনা মরুওইবা মীশক ওইখি। শিরো এন্টোনি - মেনকাউ-রাগী শাপতু নকোক্তা তারবনি!'

মহাক্না মমাই খরদং থাঙ্গৎলগা ঐঙোন্দা য়েংলকখি। মহাক ৱা ঙাংবদি ঙমখিদে অদুবু মচিন্দী খর খর লেংখি। অদুদগী মাগী থৱাইনা হকচাংদু থাদোক্তুনা চৎখিরমই।

অসুম্না ঐনা রোমান এন্টোনিগী মথক্তা লমন খুম্বদু মপুং ফারমই।

অদুগী তুংদা ক্লিওপত্রাদু ৱান্থরুবদগী জ্ঞান তারকখি। মানা শিরিওনগী অয়াবা লৌরগা ঐগা অটৌৱাগা এন্টোনিগী অশিবা হকচাংদু য়াম্না চেকশিন্না - ফজনা মোংফমদুগী মনুংদা থম্লবা তৌরমই। ইজিপকী চৎনবী মতুং ইন্না মদু তৌরমই। মাগী মাইদু ম্নাগী মাইখুম অমনা কুপশিল্লমই। মাগী থবাক্তা ঐনা মাগী মমিং ফজনা ইবিরমই। মহাক করি ওইরম্বা - পোকপা অমসুং শিবগী মতমসু থারমই। মাগী পোকফম অমদি মমা মপাগী মমিং লোইনা ইরমই। অদুদগী ক্লিওপত্রানা হান্না শেমদুনা থল্লবা মোংফম

মনুংদা থমলমই। মনুংদা য়াম্না লাওনা পাক্লা শেমলমই মদুদি এন্টোনিগী কু মনাক্তা ক্লিওপত্রাগী কুসু থম্বা য়ানবা তৌরমই। মসিগী তুংদা ঐনা পাও অমা তারমই মদুদি রোমান নুপা অমনা শিরিওনগী মনাক্তা ঙাইদুনা লৈরি হায়বা। নুমিৎ হুমনিগী মনুংদা ক্লিওপত্রাদু রোম য়ৌনবা থাখ্রনি হায়বসু খংলমই। মনুংদা ফমদুনা লৈরিবা ক্লিওপত্রানা ঐগী মাইথোংদা য়েংলগা হংলকই - 'ওলিমপশ, নঙগী মিৎতা ফত্তবা পাও পুবকপগী মমি তাই! করি পাউনো ঐঙোন্দা হায়যু!'

ঐনা হায়বমই - 'মসি ফত্তবা পাউনি, ও রানি! পাউ অসি দোলাবেল্লানা শিরিওনগী সেক্রেটবিদগী ফংলকপা পাউনি। ঙসিদগী পারগা নুমিৎ হুমনি শুবদা শিরিওন্না রানি নহাকপু নিংথৌমচা পটৌলেমি অমসুং অলেকজেন্দরগা লোইননা বোম সহরদা থারগনি হায়রকই। মফমদুদা রোমগী প্রাজাশিংনা মমিৎ পেন্না য়েংজনবা নহাক্লা নখোঙদা য়োৎলিনা পুল্লগা চৎপদু।' বানিনা চপ লেপখৎলগা লাউবকই - 'মদু ওইবা য়ারোই! কৈদৌনুংদা ঐ চৎলোই - খোঙদা য়োৎহ্লিং থাংলগা চৎপদু!' বানিনা চার্মিয়োন দা ওনশিল্লগা হংলকই - 'ঐ করি তৌগনি চার্মিয়োন? ঐনা কবি তৌবা ঙমই হাযবদু ঐঙোন্দা অমুক্তা হাযযু!'

চার্মিযোন্না বানিগী মাংদা মিকুপ অমা অনিবোম লেপ্তুনা লৈবমই। মানা বানিদা য়েংলগা হায়রকই - 'ইবেম্মা বানি, নঙ শিবা ঙমই!'

বানিনা খুমলকই - 'এ, অচুম্বনি, ঐ কাউথোকলুরে, ঐ শিবা ঙমই! ওলিমপশ, নহাক্কী শিবা ঙন্নবা হিদাক্তু লৈবিব্রা?'

ঐনা খুমলমই - 'নত্তে, অদুবু রানিনা পাম্বীরবদি, হয়েং অযুক ঐ মদুগী হিদাক্তু শেমজগে। মদু অসুক্কী মতিক কনবনি মদুদি মসি থকখ্রবা তুংদা লাইফাওবনা মাবু হিঙ্গৎপা ঙমলোই। বানিনা - 'হিদাক্তু শেমদুনা থমলো, নঙদি অশিবগী ওঝানি! ঐনা রানিদা খুকন্নগা হন্দোরক্লমই। অদুগা অহিং চুপ্পা ঐগা অটোৱাগা ঐখোয় অনি চংনা হিদাক মহিদু শেমলমই। মদুগী মহিদু অরুবা ঈশিংগুম ঙৌরোক ঙৌবমই। অটোৱানা হায়রকখি - 'অহ, ঐসু মফমদুদা লৈরগা মানা ৱানা শিবদু য়েংগনি! লা - লা! য়েংবদা য়াম্না নুংঙাইগনি!'

# চেপ্টর নিপালশুবা

*(রানি ক্লিওপত্রানা অরোইবা নুংদাংগী চারা চাবা, চার্মিয়োন্না রানিগীদমক ঈশৈ শকপা, রানিনা হু মহিদু থকপা, হাঁমাচিশনা মশক তাকপা, হাঁমাচিশনা লাইরেম্বী কৌজবা অমসুং রানি ক্লিওপত্রা শিবা)*

মথংগী নুমিৎতা ক্লিওপত্রানা শিরিওন্দগী ছুটি লৌরগা এন্টোনিগী মোংফমদা লাক্লমই। মহাক্না মফমদুদা কপ্না কপ্না হায়রকই - "ইজিপকী লাইশিংনা মাবু থাদোকপিরম্লে। মহাক্না এন্টোনিগী কু অদু চুপ্লবা তুংদা হেকপদা ওাইরিবা থম্বালশিংনা কু অদু য়োমশিল্লমই।

মহাক্না মদুদগী হল্লক্লগা ফজনা ইরুথোক্লমই, মনম নুংশিবা থাও তৈশিল্লমই। মানা খ্বাইদগী ফজবা ফি-রোল শেৎলগা নুংদাংগী চারা চাবা থোরক্লমই। মহাক্না চার্মিয়োন অমসুং ইরাশকা লোইনরমই। ঐসু মখোয়গী তুংদা য়াওরমই। মহাক্না চানা চানা কন্না হৌনা নোক্লমই। মহাক্না ঐখোয়দা হৌপ্লবা মতমদা চাক চানবা কয়া অদুগী মতাংদা ৱারি কয়া হায়রমই। মহাক্না এন্টোনিগা চামিন্নবা কয়াগী মতাংসু হায়রমই। মহাক্কী অরোইবা চাক চাবদুদা ক্লিওপত্রানা অদুক ফজখিবা অদুক নিংথিখিবা ঐ অমুক্তসু উখিদ্রি। অহিংদু ঐনা লমন খুম্বগী অহিংনি। মাগী মপুক্লিংদা তারশুসকী মফমদা চাক চানবগী অহিংদু নিংশিংলকখি, মানা য়ুদা পির্য়ালশ হাপ্লগা থকখিবদু মমিৎতা উরকখি।

মহাক্না হায়রমই - 'অঙকপনি, এন্টোনিনা চাক চানবা অহিংদুদা হাঁমাচিশনা হায়খিবদু কাউঙমদে হায়রমই। চার্মিয়োন, নঙ হাঁমাচিশবু নিংশিংলিবরা? ইজিপকী নুপাদো!'

চার্মিয়োন্না খুমলমই - 'ও, রানি ফজনা নিংশিলি!'

ঐনা খংদবা শানা রানিদা হংলমই - 'হাঁমাচিশ হায়ববু কনানো?'

রানিনা হায়রমই - 'মসি অঙকপা ব্বারি অমনি, হৌজিক্তি পুম্নমক হৌখ্রবা ঙাক্তনি। হ্ৰাঁমাচিশ হায়রিবশি থাইনগী ফারাওহ্‌শিংগী মচা মশুনি। ইজিপকী মীয়াম্না মাবু ফারাওহ্‌গী লুহুপ উপখ্রবনি। মহাকপু অলেকজেন্দ্রিয়াদা থারকখি। অরোনবা খুজিন থৌরাং অমনা ঐবু হাৎলগা শিংহাসন অসি লৌনবা তৌরমই। মহাক ঐগী কোত্তা পাঞ্জি অমা ওইনা থবক তৌরমই। মহাক্তি য়েংবদা য়াম্না ফজবা নুপানি। মাগী তুংদা ইজিপকী প্রাজা পুম্নমক লৈখি অদুবু ঐগীদি কনাসু লৈরমদে। হায়রিবা অহিংদুদা চার্মিয়োন্না মখোয়গী অরোনবা খুজিন থৌরাং পুম্বা ঐঙোন্দা লোইনা হায়দোক্লমই। চার্মিয়োন্না হ্ৰাঁমাচিশবু নুংশিরুরগা মানা থিনা চৈবিরকপদগী মান ব্বাফমশি ঐঙোন্দা হায়দোরকপনি। লাকও, চার্মিয়োন মখাদু হায়রোলাও লোইশিনবা ব্বা ওইনা।'

চার্মিয়োন্দু মশা থক থক নিকলমই অদুগা মহাক্লা খুমলমই - 'মসি অচুম্বনি, ও রানি, ঐসু খুজিন থৌরাংদুদা য়াওবা নুপিনি। অদুবু হ্ৰাঁমাচিশনা ঐবু থিনা চৈখি মরমদুনা ঐনা মঙোন্দা নমথাক তৌখিবনি। ঐনা মাবু য়াম্না নুংশিবা মরমনা ঐ কনাদসু লুহোংদনা লৈরিবশিনি!'

চার্মিয়োন্না ঐঙোন্দা য়েংখৎলকখি অদুগা ঐখোয় অনি মিৎচানরমই অদুদগী মাগী অমুবা মাইখুমফিদু চিংথরগা মমিৎ খুমজিনখিরমই।

ঐনা পুক্লিংদা খল্লমই - নুপিশিংগী অনিংবশি অঙকপনি। হ্ৰাঁমাচিশনা নঙবু থাগৎলমগনি নঙগী নুংশিবা অদুগীদমক।

রানিনা ঐঙোন্দা হংলকখি - 'ওলিমপশ, নঙ করি হায়নিংঙি? অহ্, মরমশিনা চার্মিয়োন, নঙসু নমথাক তৌবা অমনি!' মানা মখা তারমই - 'কয়াদ খুদোং থিনিঙাই ওইবা লম্বীনো নিংথৌ ওইবশিংনা চৎকদবা লম্বী! ফরে ঐনা নঙবু ঙাকপিরবনি মরমদি নহাক্লা পুকচেল শেংনা ঐনা হায়বা ইন্না থবক তৌরকপগীদমক নুমিৎতুদগী হৌনা।'

অদুবু ঐগী ব্বারিদা ঐনা হ্ৰাঁমাচিশবু হাৎপা ঙমখিদে। মরমদি মাগী কাংবু ময়ামদুনা লান তৌরক্কনি কিরমই। হ্ৰাঁমাচিশ হায়বসিনা ঐবু হাৎনবা তৌরবসু কনা খংহন্দনা মহাক্লা ঐবু লোন্না নুংশিখি। ঐনসু মাবু অশেংবা নুংশিখি। মহাক্লা ফিনুংদা থাং য়াওরগা ঐ হাৎনবা চংলকপা মতমদা ঐনা ঐহাক্কী ফজবা পুম্বা পুথোক্তুনা মাবু পেলহন্দুনা শুমহৎনবা ফানবা হোৎনখি। চিক্লবা অহিংনি, ঐগী অরোনবা কানি, নুপা অমগা নুপি অমগা করম্না ঐনা মাবু ঙমখিবা হায়দ্রবসু য়ারে। ওহ্, কৈদৌঙৈদসু ঐনা কাউবা ঙমলরোই অদুগুম্বা লৈখা তারবা নিংথৌমচাদুগী মিৎয়েংদু! ঐনা য়ুদা কানিগুম্বা অমা য়ানশিনবা মহিদু পিথকপা মতমদা মহাক অশিবগুম তুমথরমই। মহাক্লা মিকপ থোরকপা মতমদা ময়াম্না ইকাই খুম্নবা হ্ৰাঁমাচিশ অদু অমুক ওইখিদ্রে, ইকাই খংদবা বন্দী অমা ওইখ্রে।

অদুগী তুংদা ঐনা মাগীদমক য়াম্না ৱাজখি - মাগী অৱাবা মাইথোং অমদি ইকাইবা নংখিবা শক্তম। ঐনা মাবু চেং শিন্না থমখি নুংশিবগী নংত্রবসু। অদুবু মহাক্না ঐবু লোন্না নুংশিজবা বন্দি অমা ওইনা লৈখি।

ঐনা মাবু লুহোংগনি হায়বা মহাক্কী মংলান্দা মোংফমদা লোৎতুনা থম্বা লন-থুম পুম্নমক লৌথোক্তুনা ঐঙোন্দা শিন্নরমই। অমুক্তা য়েংঙু, মসিগী ইস্মারেলশি মসি ঐখোয়না লৌথোরকপশিংগী মরক্তা অমনি।

মোংফম মনুংদা ইরম্বশিং অদুগা মনুংদা ঐখোয়না উরকখিবশিং অদুনা ঐঙোন্দা নিংশিংদুনা লৈরে। ইজিপকী পাখং অদুনা ঐবু নুংশিবদু হৌজিকসু মদু নিংশিংদুনা লৈ। মাগী মতেংনা ইজিপ্টু রোমানশিংগী মখুৎতগী কলহৌবা য়াবনি! অদুবু তাঞ্জাশিদা দেল্লিয়াশ লাক্তুনা ঐবু এন্টোনিগী মনাক্তা লাক্লবা কৌরমই। মদুদা ঐ ৱাখল য়াম্না খল্লমই। ঐনা দেল্লিয়াশতা চৎপা ঙমলোই হায়রগা মহাক চৎহনখিবা য়ারম্বনি। অদুবু অয়ুক্তুদা চার্মিয়োন ঐগী নাক্তা লাকলমই। ঐনা মঙোন্দা হংলমই করম তৌশিগে হায়না। ওলিমপশ, মসিসু খংজিল্লু অপাম নুংশিগী কল্লক মীহৌবনা তৌবা ঙম্বা শক্তিদু মসিনা তাকচরে! চার্মিয়োন্না ফন শিংবী ওইদুনসু মসি মহাক্না খাংবা ঙমলোই। মহাক্না নুংশিজবা নুপা অমবু রানি ঐগী নুপা ওইনা পিগদবনি হায়বশি মহাক কৈদৌনুংদা য়ারকলোই। মরমসিনা মহাক্না য়াম্না হৈশিংবা অমসুং পাইরক্কি লৌশিং শিজিন্নদুনা ঐবু এন্টোনিগী মনাক্তা চৎকদবনি হায়রমই।

মদুগীদমক ঐনা চার্মিয়োনবু থাগৎলি। হৌজিক পুম্নমক হৌখ্রে। চার্মিয়োনগী ৱাহে অমখক্না ঐগী পুন্সিগী লম্বীদু মাইকৈ অমদা চৎখি। ঐনা মতিক মগুন লৈবা অচৌবা গাড়ি ওইজরবসু ষ্টারিং পাইরিবীদি মশক মতৌ ফজবী চার্মিয়োন্নী। অসুম্না ঐনা হ্য়ামাচিশবু নুংশিবগী শের ফালাদু চার্মিয়োনগী ৱাহে অমখক্না মখাদা হাইথখিরমই। ঐনা শিতারগী তারাদু ওইরগা নুংশিবা ঈশৈ থোকহনবদি হ্য়ামাচিশনি।

মরম অসিদগী ওক্তাভিয়ান্না অলেকজেন্দ্রিয়াদা নিংথৌ ওইনা ফমলরে অদুগা মরম অসিদগী এন্টোনিবু লুহুপ লৌথোকপিরে - শিহল্লে মফমশিদা। হায়রিবা মরম অসিগীদমক ঐসু ঙসি অহিং শিরগনি! অহ, চার্মিয়োন, নহাক্না খুমগদবা পাউখুম য়াম্না লৈ মরমদি নহাক্না পৃথিবীগী ৱারি পুমনমক ওম্থোকহনখ্রে!'

ক্লিওপত্রা মিকুপ খর তুমিন্না লৈরুরগা মখুৎ অনিনা মমাই খুমজিল্লগা মমিৎতগী পি ওরো ওরো তানা কপলমই। চার্মিয়োনসু মাগী খজাই অনিদু পিনা ইচোৎ চোৎলমই। ঐনা রানিদা হংলমই - 'হৌজিক হ্য়ামাচিশ হায়রিবদু কদাইদা লৈখ্রবগে?' রানিনা

খুমলকই - 'হাঁমাচিশনা কল্লকপদগী ওমঙ্গল ওইবা ব্রা খর ঙাংলুবগী ঐনা মাবু হাৎনবা তৌবদা মহাক অহিং অদু মক্তদা তারশুস হায়বা মফমদুদগী মাংখিরমই নৎত্রবদি ঐনা মাবু হাৎলমগনি।'

ঐনা খুমলমই - 'নত্তে, ও রানি, মহাক শিখ্রবা ওইরবদি মহাক মফম খুদিং কোইনা পাইদুনা লৈরে। ফরে, অসিগুম্বা মতমদদি নশামক শিবগী মতম ওইরে - মহাক্কী থৱাইনা চংশিল্লক্তুনা নহাকপু হরাও হরাও কৌশিনবা ওইশনু!'

রানিনা - 'অদুম্মা হায়গনু, ওলিমপশ! ঐ অমুক হন্না হাঁমাচিশবু য়েংলরোই। ঐনা লিখিবা ব্রারিদুনা ঐঙোন্দা খ্বাইদগী লুম্বা পোৎলুম অমা কোক্তা থাঙ্গৎলকপগুম তৌরে! চার্মিয়োন ঈশৈ শকউ! নঙগী খোঞ্জেলদি য়াম্না নুংশি। নঙগী ঈশৈদুনা ঐ তুমথবা ওইজরগে। নহাক্কী নুংশিরবা অরোইবা ঈশৈদু শকও!'

চার্মিয়োন - ''ও রানি, হৌজিক অৱাবা পুংফম্মী, ঈশৈ শকপগী মতম নত্তে, অদু ওইনমক ----!' মহাক্না শিতার মানবা অদু পাইখৎলগা ঈশৈ শকপা হৌরমই। ঈশৈদু য়াম্না থোৎনা ইংনা শকলমই।

'মিৎতগী পিরাংশিং ঐ ইবেম্মা শিবগী
হেলিওদোর!
ফুং ফুং শাবা পিরাং শিং
অঙকপা ওইনা শিন্থবকপা
তাবো পিবাংশিং নেম্না তেংথাবা
মাগী মোংফমদগী চৎখিবা
ঐগী ইবেম্মানা চৎখিবা মাইকৈ
অৱাবদা নোম্থরগা
অৱাবা স্বর ঐগী ইবেম্মা শিবগী
পিরাংশিং শিন্থরকপা ঐঙোন্দগী
মতম শাংনা নুংশিজবদু নিংশ্রিংলি
ঐগী মবেম্মা - চান্নথোইবী মরুপ
অৱাবনি ঐখোয়না শকলিবা ঈশৈ
পিরাং তারকখিবা মিৎতগী
অহাংবনি তারকখিবা মিৎতগী
অহাংবনি ঐখোয়না পিজবা খুদোল
খুদোল অশিবদা পিজবা!'

মহাক্কী অৱাবা ঈশৈদু লোইখিরমই অদুবু ঈশৈদু অসুক্কী মতিক থোৎ নৌরমই অমসুং অৱাবা নুংশিবনা থল্লমই মদুদি ইরাশ অদু থৱাই শোক্লা কপলমই অদুগা ক্লিওপত্রাসু কপলমই। মদুদা কপখিদবশি ঐ ইথস্তনি।

ক্লিওপত্রানা হায়রকই - 'চার্মিয়োন নঙগী ঈশৈদু ঐগী অৱাবা পুংফমসিদা মতাং চাই। ঐনা শিদুনা লৈরবা মতমদা নঙগী ঈশৈদু অমুক হন্না শকলকউ।'

মহাক্লা ঐঙোন্দা ওনশিল্লগা হায়রকই - 'ওলিমপশ, নহাক্লা ইশিনবদা চংগদবা পোৎলমশিং পাইখৎলু অদুগা ঐনা হায়রকপশিং ইশিল্লু।'

ঐনা ইননবা শিংনাং মখোক্তুগা য়াও মউন্দুগা লৌখৎলগা ইননবা শেম শারমই। ইগদবদু রোমানগী লোন্দা ইগদবনি।

'মসি ঐগী পুন্সিগী মওং মতৌ অদুনি। অকোনবদা অদুগুম্বা পুংফম অদু লাকলে। অৱাবা পোৎলুমশি অৱাবা খাংদুনা লৈগদৌবগী শরুক ঐখোয়গী হকচাংশি থাদোক্তুনা ইশা পাল্লগা পুন্নমক কাউথোকপা ঙম্বা অমম্বদা পাইশিল্লগনি।

শিরিওন, নহাক্লা লান ঙমখ্রে, ইজিপকী লৈজবা পুম্বা নহাক্কী ওইরে। অদুবু নঙনা লান ঙম্বদা ক্লিওপত্রাদি চৎপা ফাও ঙমদ্রে। পুন্নমক মাংখ্রবা মতমদা ঐখোয় মাংখিবদু ফংনবা থিবা চৎকদবনি। অসুম্না নিংবা কাইবগী মরুভূমিদা থৌনাফবদুনা তৌগদবদু লেপথোকপা ঙমই।

ক্লিওপত্রা রানি ওইনা য়াম্না চাওনা পাল্লমই, এন্টোনিনা চাওরম্বগুম। মহাক্কী মিংচৎ কৈদৌনুংদা মুৎপা লৈররোই। মিনাই ওইবশিংনা মখোয়গী অৱাবদু অদুম খাংঙি অদুবু নিংথৌমচাশিংদি অচেৎপা খোঙথাংনা নেৎখাইদুনা অরানবগী থোঙ্গান ফাও চংশিল্লি অদুগা নিংথৌগী লৈফম শিবগী মোংফম য়ৌনা।

বিদাই!

ঐনা ইবা লোইরদুনা শিল তৌশিল্লমই। রানিনা ঐঙোন্দা চিঠিদু মীনাই অমা কৌরগা শিরিওনগী মখুৎতা য়ৌহনখো হায়রমই।

ঐনা অদুগী চিঠিদু শিফাই অমা কৌরগা শিরিওনগী মখুৎতা য়ৌনবা হায়রমই। অদুদগী ঐনা অঙৌবা মহি য়াওবা লিক্লিদু লৌথোক্লমই অদুগা মথক্তা থমলমই।

রানি ক্লিওপত্রানা লিক্লিদু লৌরগা মুন্না য়েংলমই অদুগা হায়রকখি - 'কয়াদ ইচম চম্বা মহি মাল্লিবনো!'

ঐনা হায়রমই - 'য়াম্না কুইনা য়েংদুনা লৈবা কান্নদে।'

রানিনা হায়রকই - 'ঐ কিজে। মসিনা ঐবু হেক্তা থুনা শিহনবা ঙমগনি হায়বা ঐ করম্না খংগনি? ঐনা হু পিথক্তুনা মী কয়ামুক শিহনখি।'

ঐনা খুমলমই - 'ঐদি অসিগুম্বা হিদাক শেম্বদা মাষ্টর তৌরবনি। রানিনা কিবিরবদি, হিদাক অসি হৈদোক্তুনা থম্বীয়ু অদুগা নুংঙাইনা রোমদা লৈবিরু। নহাক মফমদুদা নুংঙাইনা লৈবিবনা ফগনি। রোম সহরদা শিরিওন্না লান ঙম্বগী হরাওবা নুংঙাইবদা নহাক্কী নখোঙ নখুৎ য়োৎহ্লিং পুল্লগা চৎপদু লেতিন নুপিশিংনা য়েংলগা হৌনা য়াক্লা নোকপদু নুংঙাইগনি খল্লবদি।'

'নত্তে, ঐ শিগনি, ওলিমপশ! ওহ, কনাগুম্বা অমনা মওংদু তাক্লবদি!' রানিনা হায়রকই।

অদুদগী ইরাশনা মাগী মখুৎতু থাদোক্লগা মাংদা চংশিল্লকখি অদুগা হায়রকই "হিদাক মহিদু ঐঙোন্দা পিরকউ- মাইবা! রানিগীদমক ঐ শেম শারে!'

ঐনা লিক্লিদুদগী অতোপ্পা পাত্রা অমদা খরদং হৈরমই। ইরাশনা মদু থাঙ্গৎলগা ক্লিওপত্রাগী নাক্তা চংশিল্লমই অদুগা বানিগী লাইবক্তা চুপ্পীরমই অদুগা চার্মিয়োনসু চংশি দুনা রানিবু চুপ্পিরমই। মসিগী তুংদা ইরাশনা লাইশোনবা অমত্তা তৌদনা ইচং থৌনা মদু থকচিল্লমই। মহাক্লা মখুৎনা মকোক্তা পাইরগা তুথরমই। মহাক খুদক্তা শিরমই।

অদুগী তুংদা ভুমিন তুমিন লৈবদু ঐনা থুগাইরগা হায়রমই - 'নখোয় উরে! মসি য়াম্না থুনা শিহনবা ঙমই।'

রানিনা হায়রকই - 'লাকও, ওলিমপশ, হৌজিক ঐনা পুকনুং য়ৌনবা থক্কনি নৎত্রবদি ঐগী ইরাশনা কুইনা গেৎতা ঙাইদুনা লৈরমগনি!'

ঐনা লিকলিদুদগী ইরাশনা তৌরম্বা পাত্রা অদুদা নৌনা অমুক হৈজিল্লমই অদুবু হন্দক্তি, পাত্রাদু নিকপা শাশিন্নরগা ঈশিং খজিক্তুং য়ানশিল্লমই। মদুগী মরমদি মানা ঐবু খংদ্রিঙে মমাংদা মহাক শিগদবনি।

অসুম্না নিংথৌ মচানুপি ক্লিওপত্রা কপ অদু লৌরগা মমিৎনা মথক্তা য়েংখৎলগা মচিন্দা মহিদু হৈজিল্লমই অদুগা কন্না লাউরকখি। 'ও, ইজিপকী লাইশিং ঐবু থাদোক্তুনা চৎখ্রবা, নঙোন্দা ঐ অমুক খুরুম্লরোই মরমদি লাই নখোয় পুম্নমক নাকোং মেন্দুনা লৈখি ঐনা কপ্পা কপ্পা লাউজবা - কপচবা মতমদা। অদুগা নখোয় পুম্নমক ঐগী অন্নাবদা মিৎ তাংশিন্নে।'

রানিনা মথক্তা অমুক্তুং য়েংখৎলম্লগা কপ্তা য়াওরিবা মহিদু থকচিল্লমই।

মেনকাউরাগী অকনবা শাপ অদু মকোক্তা তারকখি।

'মসিদি করিনো?' রানিনা লাউরকই। 'ঐগী হকচাংশি ইংথরে অদুগা শিবদি শিদ্রে! মুশিন মুবা মাইবা! নঙনা ঐঙোন্দা নমথাক তৌবিরে!'

'তপথখো - ইংথখো ক্লিওপত্রা! নঙ য়াম্না থুনা শিরগনি অদুগা লাইশিংনা নঙবু শাওরিবদু খংলগনি! মেনকাউ-রাগী অকনবা শাপ অদু নঙোন্দা তারকখ্রে! মসি লোইরে! ঐঙোন্দা য়েংখৎলকউ-নুপি! দাকফম লৈবা মাইশিদা য়েংলকউ! খোঙ লৈথোকখ্রবা অসিদা য়েংলকউ! অব্রাবা চৈনাখোল কয়া ফংলবা ঐগী মাইদা য়েংলকউ! ঐশিবু কন্নানো?'

রানিনা মমিৎ ইঙাও ঙাওনা ঐঙোন্দা য়েংলকখি। 'ওহ, ওহ, অকোনবদা ঐ নঙবু মশক খংলে! হে ঈশ্বর, নহাক হাঁমাচিশানি। নঙবু চিংদুনা পুরগা অশি লৈবাক্তা ঐ চৎকনি!'

ঐনা হায়রমই - "য়েংঙু, ক্লিওপত্রা নঙ, ঐনা নঙবু মাংহনখি, নঙনা ঐবু মাংহনখিবগুম! ঐনা অমম্বা মোংফম মনুংদা কন্না হোৎনদুনা শাওদুনা লৈরিবা লাইশিংবু মতেং পাংখি, নঙগী থব্রাইবু অব্রাবা নংনবা ঐনা থবক তৌখি। ঐনা নঙগী থম্মোইদা অকিবনা পিক থলহনখি অক্তিউম হায়বা মফমদুদা ঐনা ইজিপকী মীশিংবু নঙোন্দগী মতেং লৌদনবা তৌখি। ঐনা এন্টোনিগী মপাঙ্গল মথৌনা পুম্বা লোইনা লৌথোকখি। ঐনা নখোয়গী কেপ্তেনশিংদা ফত্তবা ওমঙ্গল লাকলে হায়বা উৎখি। নঙ হৌজিক ঐগী খুৎতা শিরবনি! ঐহাকসু মাংনবা তৌখিবা অদুগীদমক ঐনা নঙবু তুম্না মাংনবা শিনবনি। নমথাক তৌরকপগীদমক নমথাক তৌবা ওইনা লমন শিংবনি।

চার্মিয়য়োন শিদ লাও, ঐগী প্লোৎকী পার্টনর! ঐবু নমথাক তৌখ্রগা অকোনবদা নিংঙমলক্কবী, লাও, ওক্তবী নুপি অসিনা লৈখা তাদুনা শিবসি য়েংলোলাও!'

ক্লিওপত্রানা পুম্নমকশি লোইনা তারমই অদুগা মাগী স্নাগী ফম্মুংদুদা মমিৎ উইশিন্দুনা ৱানা খাংলমই। মহাক্না অরোইবা ওইনা হায়রকই - 'নহাক্না অমসুং তাৎ তৌবী নহাক্কী নুংশিবী, ঐগা নঙগবু নমথাক তৌখিবী অসিসু য়াওনা শিগনি!'

অদুদগী মাগী মখুৎ অনি চংনা রানি ওইবগী ফজবা ফি রোলশিংদু লৌথোক্লগা হায়রকই - 'য়েংঙু ঐগী থবাক ফজবশি অহিং অহিংদা নঙগী নকোক্না মোন খাংখিবা, ঐগী খুৎ অনিনা কোনশিল্লগা নহাক তুমখিবা নৎত্রা? নঙনা ঙম্লবদি পুম্নমক্তু কাউথোকখ্রো। নঙগী মিৎতগী খংবা ঙমই মদুদি নঙ কাউবা ঙমলোই।' মহাক্না মখা তারমই- 'হাঁমাচিশ, মীনাইশিংগী মীনাই - ঐনা নঙোন্দা তিন শিৎলি নঙনা হায়বা ঐনা তাররোই!' মহাক্না অমুকসু মখা তারমই - 'ও এন্টোনি, ঐ লাকলে, ঐ ননাক্তা লাকলে! ঐনা নঙবু কোনজবা ফংলনি। মুৎপা লৈরোইদৌবা নুংশিবনা ঐবু চেৎনা কোনশিনবিগনি। অহাংবা অতিয়াদা ঐখোয় অনি পুন্না পাইদুনা চৎকনি। ঐখোয় অনি মিৎকা মিৎকা, চিনবানগা চিনবানগা শোকনরগা অপাম্বা নুংশিবগী ইহৌদু পুক্লিং পেন্না থকমিন্নদুনা চৎকনি। এন্টোনি, ওহ ঐ শিরে, লাকও এন্টোনি ঐবু শক্তি ফংহল্লু!'

ঐনা মাবু ঙসি নুংশিরিবা অসিগুম্না মমাংদা ঐ অমুক্তা নুংশিখিদ্রি।

ঐনা লাউরমই - 'শান্তি' নহাক্কীদমক করম্বা শান্তি? ওহ এ, শেংলবা লাই অহুম ঐনা শোনজবা লাইশোল মখোয়না তাবিরে। ওশিরিজ কোমথোরক্লে, নোরোক্কী মপু ওইবা নহাকপু খুরুমজে, ঐনা কৌজবা মখোয়দু থাবিরকলো। লাকও পতোলেম্মী, নহাক্কী নচেনা হু পিথক্কুনা শিখিবা, লাকও অরশিনো অশেংবা মফমদা নচে ক্লিওপত্রানা হাৎখিবা, লাকও খুরা শেপা ক্লিওপত্রাগী য়াথংনা ওৎ নৈবিদুনা হাৎখিবা, পুম্নমক লাকলো মাগী মখুৎতা শিখিবা, লাকও দিবাইন মেনকাউ-রা নহাক্কী হকচাং ক্লিওপত্রানা শেগাইখিবা! পুম্নমক ঐনা কৌথোকচরি!"

অসুম্না ঐনা মখোয় ময়াম্বু কৌথোকলিঙৈদা চার্মিয়োন্না কিমনখিদুনা ঐঙোন্দা কন্না নপশিল্লকখি। শিরমদাই মিকুপ্তা ক্লিওপত্রা মখুৎতা মোন খাংলগা তুং মাং খপ খপ হাইরমই অদুগা মমিৎনা অহাংবদা য়েংদুনা লৈরমই।

অদুদগী পাউখুম লাক্লমই। মেনকাউ-রাগী মোংফমদা পাইরকখিবা অচৌবা অঙৌবা শেকপিদু, মশা অপাকপদু খপ্লদুনা মফমদুদা পাইশিল্লকখি। মদুনা অহুমলক কোইনা কোইনা পাইরগা ইরাশগী অশিবা হকচাংদা মাগী মশাদুনা হুমদোকপগুম তৌরমই। অদুদগী ক্লিওপত্রানা লৈরিবা অদু তম্না পাইশিল্লগা মাগী থবাক্তা শেকপিদুনা ফমদুনা লৈবগুম তৌরমই। রানিগী থবাক্তা লৈরিবা ইস্মারে, অদু মচিন্না চিক্লগা চিংলমই। অঙৌবা শেকপিদুনা অহুমলক হন্না য়াম্না য়াক্লা খোংলমই অদুগা অহুমলক হন্না মশানা মশাদা ফুজিল্লমই। মদুদগী মহাক পাইথোকখিরমই।

অদুদগী খংহৌদনা অশিবা ক্লিওপত্রাগী মনাক্তা অশিবা মীগী শকওং শক্তম ঙাক্তা ফন ফন চোংথোরকখি। মশক ফজরবী অরশিনো, থাংনা য়ানবিদুনা শকওং কাইখ্রবী অদু ফাওবা মহাক ফজরমই। মহাক লেপ্তুনা অদুম লৈরমই। নহা ওইরিবা পতোলেম্মী, মাগী মখোঙ মখুৎ পুম্নমক হু পিথকপদগী লৈথোক্লবা - চিংথেক্লবা অমসুং য়াম্না চীংলেম্না মেনকাউ-রা ফজরবা লুহুপ উপ্লদুনা লেপ্তুনা লৈরমই। মথংদা অব্রাবা শক্তম ওইবা শেপা, মাগী উনশা মতোং পুম্নমক শেৎতোকপিখ্রবা অকিবা শক্তম অদুগা রানিনা হু পিথক্কুনা হাৎখ্রবা মীনাই কয়ামরুম কা অদুদা পিক থন্না লেপ্তুনা লৈরমই। মখোয় পুম্নমক ব্র ঙাংদনা ক্লিওপত্রাদা মুন্না য়েংদুনা লৈরমই।

ঐনা হায়রমই - 'য়েংঙু ক্লিওপত্রা, নহাক্কী শান্তি অদুগা শিরো!' ক্লিওপত্রানা অব্রাবগী মশক ওইরবা মুর্ত্তিশিংদুগা লোইননা চৎখিরমই। অসুম্না ঐনা লমন খুম্বগী অপেনবদু হকচাংদা ফাওরমই।

# চেপ্টর মাপল শুবা

(চার্মিয়োন্না অরোইবা বীদাই তৌবা, চার্মিয়োন শিবা অমদি অটৌব্রা শিবা, হ্রাঁমাচিশনা অবুথিশতা হল্লকপা, মহাক্না অচৌবা হোলদা মখোঙ ৬৩০ য়ুংবা হোলদা চংলগা ঈশ্বরদা চংজবা অমসুং হ্রাঁমাচিশনা লৈখা তাবা অদু লাউথোকপা)

চার্মিয়োন্না কিবদগী হ্রাঁমাচিশকী মখুৎতা পাইদুনা য়ান্নরুবদু থাদোক্লমই। মহাক্না হায়রমই - 'অমুবা হ্রাঁমাচিশ! নহাক্কী লমন খুন্বা মওংশি য়েংবদা অকিবনি! ওহ, মাংলবা ইজিপ নহাক পাপ ময়ামশি তৌরবসু অশেংবমক মহাক রানি অমনি!'

'লাকও ঐঙোন্দা তেংবাংবিয়ু, নিংথৌমচা! ঐখোয় অনি ফম্মুং অসিদা অমুক্তা তিংথোক্নুনা পোথাশি!' চার্মিয়োন্না হ্রাঁমাচিশতা হায়রকই। ঐদি ব্রা অমত্তা ঙাংলমদে মরমদি তৌখিবা থবকশিংদুনা ঐগী পুক্লিং অমসুং ব্রাখল ইরুম লুমথবগুম তৌরমই। তৌগদবা পুন্নমক লোইরদুনা ঐ য়াম্না চোকথরমই। ঐখোয় অনি চংদুনা রানিগী অশিবা হকচাংদু রানিগী স্নাগী ফম্মুংদুদা থাঙ্গৎলমই। চার্মিয়োন্না রানিগী ঙৌরবা লাইবক্তা স্নাগী লুহুপতু উপশিনবিরমই অদুগা রানিগী অমুবা শমদু শমজেৎ হাৎপিরমই। মানা রানিগী মমিৎ অনিদু খুমজিনবিরমই। মানা য়াম্থদুনা লৈরিবা মখুৎ অনিমক লৌখৎলগা মাগী থব্রাক্তা ফজনা থম্বীরমই। অদুগা কোনশিন্দুনা লৈরম্বা মখোঙ অনিদুসু ফজনা তিংথোকপিরমই। অদুগা মাগী মকোক্তা লৈ ময়াম অমা থম্বীরমই। হান্নদগী হেন্না ফজনা ক্লিওপত্রা লোংনা য়াম্না চীংলেম্না থম্বীরমই।

চার্মিয়োন্না হায়রকই - 'মসি লোইরে - ঐখোয় লমন শিংখ্রে! হৌজিক, হ্রাঁমাচিশ, চপ মান্নবা লম্বীদা চংনবা তৌ-তৌগেরা? মহাক্না মঙক নোম্লগা হুগী লিক্লি লৈবদুদা তাকলমই। 'নত্তে, চার্মিয়োন, ঐদি মসিদগী হেন্না ব্রাবা শিবগী লম্বীদা চংকনি। অসিগুম্বা অরাইবা লম্বীদা শিবা নত্তবা!'

চার্মিয়োন্না হায়রকই - ‘মদু ওইশনু, হ্র্মাচিশ! ঐসু নঙগুম্না পাইগনি। ঐগী থবক্তি তৌখ্রে। ঐশে কয়াদ লাইবক থিরকপনো! ঐনা খ্বাইদগী নুংশিজবা মীদা কয়াদ অৱাবা খুদোংথিবা পিখ্রবনো! অরোইবদা ঐবু কনানসু নুংশিবিদনা শিবা। নঙোন্দা ঐনা পেন্নবা থবক তৌখ্রে, ঐবু শাওরিবা লাইশিংদসু পেলহনখ্রে। হৌজিক ঐসু চংকনি রানি ক্লিওপত্রানা লৈবা নোরোক্কী মফমদা। রানিনা থকখিবা কপ অমদি ইরাশনা থকখিবা কপ ঐসু শোইদনা থক্কনি।’

অদুদগী মহাক্না লিক্লিদু লৌথরগা য়াম্না তপ্না কপ অদুদা লেমহৌবা খরদু হৈজিল্লমই।

‘নঙ অমুক্তা খন্থখো চার্মিয়োন!’ ঐনা মঙোন্দা হায়রমই, ‘অদুম ওইনমক নঙদি চহি য়াম্না শাংনা লৈবা য়াই, অসিগুম্বা অৱাবা থৌদোকশিংসি লোৎতুনা থল্লগা!’

‘হোই, ঐ লৈবা য়াই অদুবু ঐ মদু তৌরোই। অদুক য়াম্বা অৱাবা থৌদোকশিং, কাউবা ঙল্লরোইদৌবা ইকাইবা কয়া, অহিং কয়া ৱাখল অদুদা তুম্বা য়াদনা লেনখিবা পুম্নমক্তু নিংশিংদুনা হিংবা ঙমলোই। নোং নুংশিৎনা ফুদৎখ্রবা উপাস্বীগুম ঐ ইথন্তা লেপ্তুনা লৈবা ঙমলোই। নত্তে হ্র্মাচিশ ঐদি শিখিবা কুইরে অদুবু ঐ নঙগী শেবা তৌনবগী ঙসি ফাওবা হিংলিবনি। হৌজিক্তি নঙনা ঐবু ননাক্তা লৈহন্নিংদ্রে। ঐ চৎলগনি। ওহ, নঙোন্দা ঐনা বিদাই পিজরি; মতম পুম্বগী ওইনা বিদাই পিজরি। মরমদি ঐনা অমুক হন্না নঙগী মাইথোংদা য়েংলরোই। নঙনা চৎত্রিবা মফমদুদা ঐ চৎলগনি মরমদি নহাক্না ঐবু নুংশিবিদে। নহাক্না রানি ক্লিওপত্রাবু নুংশিখি, মানদি নঙবু নুংশিখিদে। অদুগী মতৌগুম ঐনা নঙবু নুংশি অদুবু নহাক্নদি ঐবু নুংশিবিদে। মসি লাইবক্তা তমলকপা ফৎত্রবা অমনি।’

‘য়েংঙু, হ্র্মাচিশ ঐনা নঙোন্দগী বর অমত্তা নিজরি - নহাক্না ঐবু ঙাকপিরে হায়না অমুক্তা হায়বিয়ু। নহাক্না ঐবু ঙাকপিরে হায়বা খংনবা ঐবু অমুক্তা চুপ্পিয়ু। অদুগা ঐবু শান্তি ওইনা চৎলো হায়বিয়ু।’’

মহাক্না মখুৎ অনি থাঙ্গৎলগা ঐগী নাক্তা চংশিল্লকখি। মহাক্না মশা থক থক নিক্লদুনা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলকখি।

‘চার্মিয়োন, ঐখোয় অনি নিংতম্না অফবা ওইরবসু ফত্তবা ওইরবসু তৌবা য়াই। অদুবু ঐখোয় অনিগী লাইবক্তা তমলকপদু ঐখোয়না খেৎতোকপা ঙমদে। অঙকপা তোর্বান অমদগী শিৎলকপা অকনবা নুংশিৎনা ঐখোয়গী নৌদু হুমদোক্তুনা মাইকৈ অমদা পুখিবা ঙমই। ঐনা নঙবু ঙাকপিরে, চার্মিয়োন! ঐনা নঙোন্দা চুপলিবশিনা অহানবা অমসুং অরোইবা ওইরবনি!’

মহাক্লা ৱা ঙাংদনা ঐবু মুন্না য়েংদুনা লৈরমই। মাগী মিৎয়েংদু অৱাবা নিংব কাইবগী অরোইবা মিৎয়েংনি।

নিংথৌ মচা হাঁমাচিশ, হু য়াওবা কপ অসি ঐনা হংজরি, নঙোন্দা অমুক য়েংলমদনা মসি থক্কদরা? ফারাওহ, নঙগী পাপশিংদু কোক্লগা শংসারশিগী মপু ওইনা শান্তি লৈনা পাল্লখিনি! ঐনা অরোইবা বিদাই তৌজরি!'

মহাক্লা কপ অদুদা য়াওবদু থক্লগা মিকুপ অমা অনিরোম লেপ্তুনা লৈরমই। অদুদগী ইজিপকী লৈশাবী চার্মিয়োন লৈমাইদা তুথরমই অদুগা শিরমই।

ঐবু য়েংলক্কদবা কনাসু লৈত্রে নিংদুনা ঐনা ক্লিওপত্রাগী নাক্তা চংশিল্লগা ফমথরমই। মাগী মকোক্তু ঐগী ফৈগন্দা থাঙ্গৎলমই। অহিংদা পিরামিড মখোঙদা মহাক্লা ঐগী তম্পাক্তা হিপখিবদু নিংশিংলকখি অদুগা মাগী খদাংদা ঐনা চুপলমই। অদুদগী ঐ মফমদুদগী থুনা থোরকলমই।

র্গাদ তারিবা ওফিশারদুনা ঐঙোন্দা হংলকখি - 'মাইবা, মোনুমেন্ট অসিগী মনুংদা করি করি থোকখ্রবগে?'

ঐনা খুমলমই - 'করিসু থোক্তে, পুম্নমক লানথোকখ্রে!' থুনা য়াংনা ঐগী লৈফমদা চংলকপদা ঐনা অটোৱা উরমই। মহাক্লা ঐবু অচিকপা কা অমদা পুশিল্লগা, কা অদুগী থোঙদু থিংজিল্লমই। মহাক্লা হংলকই - 'মদু লোইরব্রা?' অসুম্না হংলগা মাগী খুইরবা মাইথোংদুনা ঐঙোন্দা ওনশিল্লকখি। থাওমৈগী অরংবা মঙালদুনা মাগী ঙৌরবা শমদু অমুক্কা হেন্না লংখৎলমই।

ঐনা খুমলমই - 'এ, মদু তৌখ্রে -মদু ফজনা তৌখ্রে, অহল ওইরবী নুপি! লোইনমক শিরে - ক্লিওপত্রা, ইরাশ অমসুং চার্মিয়োন!'

অহল ওইরবী অটোৱানা মখ্বাং কোন্থরম্বদু তিংখৎলগা লেপখৎলকই অদুগা হায়রকই - 'হৌজিক ঐবু শান্তি ওইনা চৎহলবিরো মরমদি নঙগী য়েক্লবশিংনা মথং মথং শিখিবদুনা ঐগী অনিংবা অপাম্বদু ফংলে। ক্ষেম লৈবাক্কী ইকাইবদু নেমথরক্তুনা ইফুল্লক্তা তিনখরে। অহ, ওক্তবী নুপিদুনা শিবদু ঐনা উজরম্লবদি পেনগনি!'

'তোকও নুপি! তোকও! অশিবশিংদু মোংফমদা লোইনা লৈহৌরে! ওশিরিজনা মখোয়বু অহানবদা পাইখি। ঐখোয় অনি অবুথিশ য়ৌনবা চেল্লশি তৌগদবা পুম্নমক লোইশিনবা য়ানব!'

নহাক থুনা চেল্লো, হাঁমাচিশ! হাঁমাচিশ ঐদি চেল্লোই। মসি লোইশিন্নবগী ঐ হৌজিকফাও হিংদুনা লৈরিবনি। হৌজিক, পুন্সিগী কিশিদু কোমথোক্লনি অদুগা ঐগী

থৱাইশি নিংতম্না পাইথোকহনগনি। নিংথৌমচা হৗমাচিশ - বীদাই! তির্থ চৎপা লোইবে! হৗমাচিশ নঙবু ঐনা পিক্লিঙৈদগী নুংশি চান্না য়োক্লকপনি। হৌজিকসু ঐনা নঙবু নুংশিরি। অদুবু মখা তানা ঐনা নঙ গী অৱাবদা শরুক য়াবা ঙম্লরোই। ঐ লোইবে, ওশিবিজ নঙ না ঐগী থৱাইবু লৌশিনবিয়ু!' মাগী থক থক নিকপা মখুউ অনিদু তিংথোক্লগা লৈমাইদা তুথরমই। ঐনা মাগী মশাদা পাইদুনা য়েংলুবদা মহাক শিদুনা লৈরমলে।

অসুম্না পাকচাওরবা শংসার অসিদা থেমজিনবিনবা কনাসু য়াওদনা ঐ ইথন্তা লেপ্তুনা লৈরমই। ঐনা লম্বীদা থোরকপদা কনাসু ঐঙোন্দা হংবা খোৎপা ৱা ঙাংবা অমত্তা তৌরকখিদে। মরমদি অলেকজেন্দ্রিয়া সহরশি মী ময়াম ইবাং লাংলমই। মী পুম্ন মক কোইচেন চেন্নরমই।

ঐ অফংবা জহাজ অমদা তোংলগা অলেকজেন্দ্রিযা থাদোক্লমই। নুমিৎ নিপান্নি শুবা নুমিৎতা ঐ অবুথিশতা থুংলমই। ঐনা খোঙনা লৌবুক লমহাং ফাওদুনা অবুশিশগী হোলি শ্রাইন য়ৌনবা লাকলমই।

মফমশিদা, হান্না ঐনা খংলবগুম লাইনিংবগী থবক থৌরম পুম্নমক দিবাইন শেথিগী লাইশংদা তৌবা তাবমই। লাইশংদু ফজনা শেংদোক খোতোক তৌববা তুংদা আইশিস লাইরেম্বীগী উশব কৎপা মতমদা ইজিপকী থাইনগী লাইশংদা হাই প্রিযেক্ট ওইবা পুম্নমক লাকলমই। লাইরেম্বী আইশিসগী তরেৎনিশুবা চাক পিজবা নুমিৎতা ঐ সহর অদুদা য়ৌরকখি। ময়াম তিল্লিবা মরক্তা ঐসু য়াওরমই। ঐ পুক্লিং য়াম্না নুংশিরমই মরমদি মীয়াম অদুনা ঐবু খংবা কনাসু য়াওরমদে, ইমা ইপা লৈত্রবা, মরি মতা কনাসু য়াওদ্রবা অমসুং মরুপ মপাং কনাসু য়াওদ্রবা মফম ওইরমই। ঐগী খোঞ্জেলসু ময়াম ঈশৈ শকপদুদা য়াওশিল্লমই। ইমা আইশিসগী মফমদা শেংলবা ৱাহৈশিংনা ঈশৈ ওইনা শকখিবদু মখাদা ইজরি -

থোৎনা নৌনা ঐখোয়গী খোঙ<br>লাইনিং লাইশোন তৌফম মনুংদা<br>থোৎনা নৌনা অশিববু কৌই ঐখোযনা<br>হনবিরক্লো, ওশিরিজ, নহাক্কী ইংলবা লৈবাক্তগী<br>হনবিখ্রো থৱাইশিং নঙবু পুজা তৌজবা মখোয়দা

অদুদগী, শেংলবা ইমাগী লাইশোল ঈশৈদু লেপখ্রবা মতমদা, মমাংদা তৌখিবগুম, হাই প্রিয়েষ্টনা অহিংবা লাইগী মুর্তিদু ৱাংনা থাঙ্গৎলমই ময়ামগী মাংদা। ময়াম পুন্না খোল্লাও অমত্তা ওইনা হৌনা লাউরমই -

'ওশিরিজ! ঐখোয়গী অশা, ওশিরিজ - ওশিরিজ!' মদুদা তিল্লিবা মী পুম্নমক মখোয়গী মাংদা য়াল্লিবা অমুবা ফিদু শোগাইদুনা লৌথোক্লমই অদুগা মনুংগী অঙৌবা ফিদু উৎলমই।

অদুদগী মীয়ামদু চাবা থকপা তৌরমই। অদুবু ঐহাক্তি লাইশংদুগী অহাংবা মফম অমদা লেপ্তুনা অদুম লৈরমই।

য়াম্না থুনা পুরোহিৎ অমনা ঐগী নাক্তা চংশিল্লক্লগা ঐঙোন্দা হংলমই - 'করি থবক্কী মফমসিদা লাকপনো?'

ঐনা মঙোন্দা খুমলমই - 'ঐ অলেকজেন্দ্রিয়াদগী লাকপনি। ঐবু হাই প্রিয়েষ্টশিংগী কাউনশিলদুগী মমাংদা লমজিংবিয়ু। ঐ খংঙি, হাই প্রিয়েষ্টশিংগী কাউনশিল অসিনা অলেকজেন্দ্রিয়াগী পাউগী মরমদা খন্না নৈনগদৌরি হায়বা।'

মতম ঙৈহাক লৈরগা ঐবু হাইপ্রিয়েষ্টশিংগী মাংদা পুশিল্লমই। মতমদু নুমিৎ তাখিদুনা মমশিল্লমই। চাওরবা উখোঙশিংগী মরক মরক্তা থাওমৈ ঙান্না থাল্লমই। অদুগুম্বা অহিংদুদনি ঐহাকপু ফারাওহ ওইবগী লুহুপ উপ্লিখিবা।

ঙসিগী অহিং অসিদসু অঙম অথৌ কয়া, প্রিয়েষ্ট কয়া পরেং পরেং ওইনা কারবেন চৌক্নিদা চিংলেম্না ফমলমই। হৌখ্রবা মতমগী অহিংদুগা ইমান ইমান মান্নরমই। মদুদা তিলিবা ময়ামদুগী মরক্তা ঐনা মশক খংবা নুপা ৫ খক য়াওরমই। মখোয় মঙামক ঐখোয়গী খুজিন থৌরাং তৌখিবদুদা য়াওখিবা ঙাক্তনি। মখোয় মঙাদু অচৌবা লুচিংবসু ওইরমই। মখোয়না ঐবু অমুক হন্না ফারাওহগী লুহুপ উপকদ্রা হায়না মুন্না য়েংদুনা লৈরমই। হৌখিবদা ঐবু লুহুপ উপ্লিখিবা মফমদুদা ঐহাক লেপ্তুনা লৈরমই। অরোইবা ইকাইবা নংনবা ময়াম মমাংদা ঐ শেম শাদুনা লৈরমই। মখোয় ময়ামগী মরক্তগী অমনা লাউরকখি 'করিনো, মসিদি মাইবা ওলিমপশনি - নংত্রনে? মোংফম মনুংদা লৈবা মুনিদু নংত্রনে অসিবু?' অতোপ্পা অমনা অমুক হায়রকখি - 'মাইবা, রানি ক্লিওপত্রাদু মখুৎমক্লা থাংনা থিনজদুনা শিখ্রে হায়বশি চুন্না?' 'হোই, হোলি সার, ঐহাক মাইবা ওইবা অদুনি। অদুবু রানি ক্লিওপত্রা মশানা শিজখিবা নত্তে ঐনা হাৎখিবনি!'

'নঙগী নখুৎনা? করিগী কমদৌনা মাবু হাৎখিবনো? অদু ওইরবসু ফরে, ওক্তবী নুপিদু শিখ্রে হায়বা য়াম্না ফরে!' 'ঐবু ঙাকপিয়ু ইবুংঙো পুমনমক। ঐ ব্বারিদু লোইনা হায়জখিগে। ময়ামদা মসি হায়জগে নিংদুনা ঐ মফমশি য়ৌনা লাকচবনি। ময়ামশিগী মরক্তা মী খর য়াওরমগনি ঐনা খল্লি। ঐনা মী খর উবা ফংঙি, মখোয়দুনা চহি ১১ গী মমাংদা মখোয় ময়াম তিল্লমই মসিগী হোল অসিমক্তদা। মখোয়না ঐবু ক্ষেম লৈবাক্কী ফারাওহ ওইরবনি হায়না লাউথোকখি।

'মদু অচুম্বনি!' মখোয়না হায়রমই। 'অদুবু নহাক করম্না খংবগে ময়ামসি? ওলিমপশ নহাকনা করম্না খংবগে?' 'লেমহৌবা ৭৩০ নোবলশ!' ঐনা পাউখুমদি পিদনা, 'মী ২৩০ মফম খংদনা মাংখি। মখোয় খর অমনা শিখ্রে অমেনেমহৎ শিখ্রবনিনা, মখোয় খর অমনা হাৎতোকপিখ্রে অদুগা মখোয় খরনা ফারগা মীনাই ওইনা শিজিন্নখ্রে নৎত্রগা অথাপ্পা মফমদা থাদোকখ্রে লমন খুমলক্কনি কিবদগী।'

অদুম্না তৌরবা---' মখোয়না খুমলকখি।

'অৱাবনি! অদুম্না ওইখ্রে! র্হামাচিশ শাপ ফংখ্রবা প্লোট অদুবু নমথাক তৌখিবদু, মশানা মশাবু লমচৎ নাইদবী রানি ক্লিওপত্রাদা য়োনথোকচখি।'

ঐনা মখা তারমই - 'মদু অসুম্না থোকখ্রে,' 'র্হামাচিশনা ময়ামগী প্লোৎ অদুবু নমথাক তৌখি অদুগা মশামক ক্লিওপত্রাদা য়োন্থোকচখি। হোলি ওইবা ইবুংঙোশিং, অদুগুম্বা র্হামাচিশ হায়বদু নখোয়গী মাংদা লেপলিবা ঐহাকনি!'

পুরোহিটশিং অমদি অচৌ অশাং পুম্নমক ইঙক ঙক্না ঐঙোন্দা লোইনা য়েংলকখি। মখোয় খর অমনা হৌগৎলগা ৱা ঙাংলকখি অদুগা খর অমনা তুমিন্না অদুম লৈরমই।

'ঐহাক অদুগুম্বা র্হামাচিশ অদুনি, ঐনা নমথাক তৌখিবনি, মী হাৎপদা চেন্নরবা মীনি। ঐহাক্কী লাইশিংদা নমথাক তৌখ্রবনি, ইরৈবাক্তা নমথাক তৌখ্রবনি, ঐগী ৱাশক্তসু নমথাক তৌখ্রবনি। ময়ামদা মসি হায়নবগীদমক ঐ মফমশিদা লাকচবনি। ঐনা লাইশিংনা লমন খুম্নবা হায়বদু ঐনা পাংথোকপনি, নুপি ওক্তবী অদুগী মথক্তা লমন খুমবনি। মহাক্না ঐগী পুন্সিবু মাংহন্নখি। মহাক্না ইজিপ্তু রোমানশিংদা পিথোকখি। ঐনা মাবু হাৎনবা অমদি লমন খুম্নবা চহি কয়া চংনা ঙাইদুনা লৈবকখি। ঐনা য়াম্না কন্না হোৎনদুনা মাবু হাৎকে নিংদুনা তাঞ্জা ঙাইদুনা লৈরকখি। মসি পুম্বা পাংথোকখিবা অসি ঐগী লৌশিংননি।

ঐহাক্না নমথাক তৌখিবশিংদুগীদমক মতিক চাবা দন্দী ময়াম্না পিবিয়ু হায়বা লাকচবনি।

অহানবদা ৱা ঙাংখিবা নুপাদুনা হায়রকখি - 'মহাক্না লৈখা তাখিবা অদু নিংশিংঙু, থুগাইরোইদৌবা ৱাশকপু মানা থুগাইখিবা!'

ঐনা খুমলমই - 'ঐ মদু ফজনা খংঙি!'

'খর হেন্না ঐখোয়দা হায়য়ু, র্হামাচিশ ওইরবদি।'

মরমশিনা, ইংনা তপ্না অশেংবা ৱাহৈ-ৱাতাদা ঐনা ইকাইবা নংখিবা পুম্বা মনুং মপান খাইদনা হায়দোকপা তারমই। ঐনা অসুম ঙাংলিঙৈদা মখোয়গী মাইথোংদু হেন্না শাওবগী মওং তৌরকখি। ঐনা খংলমই মদুদি মখোয় কনানসু ঐবু ঙাকপিরোই। অদুগা ঐনসু ঙাকপিয়ু হায়জবা তৌরোই। মরমসিনা ঐনা তৌখিবা ইকাইবা কয়াদু তশেং তশেংনা ময়াম মমাংদা থমলমই করিসু তুংদা লোৎশিনবা তৌদনা। অকোনবদা ঐনা পুম্নমক হায়দোক্লবা তুংদা মখোয়না ঐবু থৈদোক্তুনা থম্লগা ৱা খন্নরমই। অদুদগী মখোয়না ঐবু মখোয় ময়ামগী মাংদা পুথোক্লগা লেপহল্লমই। মখোয়গী মরক্তগী খ্বাইদগী অহল ওইরবা, দিবাইন হাৎশেপুগী লাইশংদা পুরোহিট ওইবা অদুনা য়াম্না ইংনা তপ্না ৱা ঙাংলমই-

'হাঁমাচিশ নহাক্কী মতাংদা ঐখোয় ময়াম ৱা খন্নরে। নহাক্না অচৌবা পাপ অহুমখক তৌখ্রে। নঙগী নকোক্তা ক্ষেম লৈবাক্কী অৱাবা পোৎলুপ তাদুনা লৈরি। আইশিস লাইরেম্বী ইমাদা নহাক্না শিবা য়াবা ইকাইবা পিখি অদুগা নহাক্না লাইরেম্বী মাংদা ৱাশকখিবা অদু ঙাক্না চৎখিদ্রে - থুগাইখ্রে অদুবু মনা অমখক্তং মদু নঙগীনি। মদু নঙনা ফংবা য়াই।

ঐখোয়গী বিচার তৌবগী ফালাদা করিগুম্বা অমত্তগা ফালাদা হাপ্পুনা ওনবা য়ারোই নহাক্না নুপিদু হাৎখিবদুগা। নুপিদুনা নঙবু লৈখা তানবা, ইকাইবা নংনবা অমদি নহাক শিননবা তৌখিবা ময়ামদু নঙনা লমন শিংখ্রে। নহাক্কী নকোক্তা মেনকাউ-রাগী অচৌবা শাপ অদুসু তাগনি - নঙনা তৌশিন্নবা পুরোহিট অমা ওইনা। নঙদি লৈবাকনিংবা অমা ওইনা ৱাশক লৌখ্রবনি। ইকাই খংদবা ক্ষেম লৈবাক্কী ফারাওহ - লুহুপ য়াওদবা, ঐখোয়না নঙবু ফারাওহ ওইবগী অনিরক হন্না লুহুপ উপকদ্রা? চৎলো নঙগী মোংফম মনুংদা লৈবা নয়ুম অদুদা, অদুগা মফমদুদা পাপকী চৈথেং লাকপদু ঙাইরুচো! চৎলো, নহাক করি ওইরকপা য়াই অদুগা হৌজিক করি ওইরিবা! নঙনা ফত্তবা তৌখিবশিংদুনা মফমসিদা লৈরিবা লাইশিংবু পুজা অমত্তা তৌখিদ্রে, লাইনিং লাইশোল অমত্তা তৌখিদ্রে। লাইশিং অসিনা ঐখোয়না য়ানিংদ্রবসু, নঙবু অমুক থৌজানবিগে থৌজানবিরশনু! নহাকপু মাংলোমদা পুথোকখো!'

অদুদগী মখোয়না ঐবু মাংলোমদা লমজিংদুনা পুথোক্লমই। ঐনা কোক নোম্থরগা মফমদুদগী থোরক্লমই। মখোয় ময়ামগী অখাবা মিৎয়েংশিংদুনা ঐগী মাইশি ইশা শাবগুম তৌরমই। ওহ, ইকাইবা পম্নমক্তগী ঙসিগী ইকাইবনা খ্বাইদগী হকচিন্না ইকাইবা অমনি।

# চেপ্টর তরাশুবা

*(নিংথৌমচা হাংমাচিশ অরোইবদা ইরম্বশিং)*

মখোয়না ঐবু অৱাংবা টৌৱার অমদা জেলগী কা অমদা পুশিল্লমই। মফমসিদা ঐনা লৈখা তাগদবা নুমিৎতু ঙাইদুনা লৈরমই। ঐগী লাইবক্তা করি তমলক্কদগে ঐ খংলমদে। মফমদুদা থা অমদগী থা অমা মথং মথং হৌখিরমই। দন্দী অদু ঐ শোইদনা ফংগনি অদুবু করম্বা মতমদনো হায়বদি ঐ খংলমদে। মরমশিনা চিক্লবা অহিং নোংয়াইদা নাকোং থাঙ্গৎতুনা তারমই মীহাৎপাশিংনা চৎপগী খোঙথাং মখোলদু। অদুগুম্বা শিবগী পুংফমদু লাক্লশনু ঐনা নিংলমই।

পুন্নমক ইরবনি, ঐনা হায়দোক্কুনা করিসু থমদ্রে। ঐনা লমন খুমগদৌবদু লোইখ্রে। হৌজিক পুন্নমক অমম্বদা লোইশিল্লে। ঐহাক সংশারসি থাদোক্কুনা চৎকদবা অদুগীদমক শেম শাবা লোইরমই। ঐনা ইমা আইশিসবু নুতিগী নিংজবা তোকলমদে। ইমানা ঐগী ইরাল পুন্নমক ঙাকপিগনি। ইমানা ঐগী অৱাবা পোৎলুমশি লৌথোকপিগনি। অদুম তৌবিরবদি ঐ শান্তি ওইনা হিংবা ঙমগনি।

ওহ, নুংশিরবা ক্ষেম লৈবাক, মংদা তৌবগুম ঐনা নঙবু উরে। জাতি অমগী মথংদা জাতি অমা, ধর্ম্ম মখল কয়া কয়া থোরক্কুনা লৈবাক অসিদা লৈহৌরগনি। ঐনা ঐগী মিৎতা লাইশংশিং নিংখাইদুনা ইফুল্লক্তা তিনখিবদু উরি। পোকত্রিবা অঙাংশিং চাওরগা ইফুলশিংসি অঙকপা ওইনা উহৌরনি। মমাংঙৈগী লৌশিং জ্ঞান পুন্নমক মরুভুমিদা ঈশিং কংখিবগুম অরেম্বদা মাংখ্রনি, অহাংবদা তিনখ্রনি।

ঐনা রোমান সমরাইয্যনা নিংখাইখিবদুসু উরে। অকোনবদা ঐনা নহাক্কী নগুন অমসুং তৌবা ঙম্বা শক্তি পুন্নমক উরে। অমুক হন্না ইমানা অমসুং ইজিপকী লাই পুন্নমক মাইথোং মকা লাম্না নিংতম্না লৈবদু ঐ উরে। নুমিৎনা অবুথিশ লমদমশিদা লৈথরমই। মাগী অরংবা অঙাংবা মঙালনা লাইশংশিংগী মতোনশিংদা ইঙাং ঙাংনা শন্দোরকলি। মাগী ফজবা মঙাল অদুনা পাকচাওরবা অশংবা লৌবুকশিং, অশংবা উপাল ৱাপালশিং অমসুং শিহোর তুরেলগী ঈশিং ইপাক্তা ঙানথোকলমই।

ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা নুমিৎনা শিহোর তুরেলগী ঈশিং ইপাক্তা লুপখিবদু নিংশিংখি। পুন্নমক অহোঙবা লৈতে, ঐ ঐতমক অহোঙবা ওইবনি।

ওহ, ক্লিওপত্রা! ক্লিওপত্রা! ঐবু মাংহন তাকহনখিবী, ঐনা ঐগী পুক্রিংদা তারিবা নঙগী শক্তমসি লৌথোকপা, শেৎতৎপা ঙমলবদি! ঐগী অৱাবা পুন্নমক্তগী মসিনা খ্বাইদগী হেন্না অৱাবা ওইরে! হৌজিকমকসু লিনগুল্লবী নঙগী শক্তমবু ঐগী থম্মোইনুংদা অদুম থমখিশিরা? অদুগুম্বা, ঐনা নঙবু ঙমলে হায়খিবদু ঐগী নাকোংদা অসুম তাখিশিরা? ঈশিং পেরেদগী ঈশিং তারকপগী মখোল অমদি খোইনিংশিং খোংবগী মখোল মরক্তা মাগী খোঞ্জেলদুসু অদুম তাখিগদ্রা?

মতাংশিদা মাগী অহুমশুবা পাপিরশ মকোলদু খংহৌদনা খংলোই লোইশিল্লি। মসিনা তাক্লিবদি মীহাৎপাশিংদুনা মাগী কাদা খংহৌদনা চংলক্লগা মহাকপু অরোইবা দন্দী পিনবা মফম অমদা পুথোকখি হায়বনি।

- লোইরবা -



M. Ibochouba Singh, popularly known M. I. Singh, was born at Lalambung Makhong, in 1939. He passed Matriculation Examination in 1956 from Gauhati University and also I.A. and B.A.from Gauhati University but his B. ED. from Utkal University (Orissa). He was retired from Ibotonsana Girls' Higher Secondary as English teacher on 2nd April 1997.

## অইবশিনা পুথোকখ্রবা লাইরিকশিং

| | | |
|---|---|---|
| ১/ | তংলবা য়োংহ্লিংলক্ত শমজিন্নবা | (অনুবাদ) |
| ২/ | ঙমকৈ লাম্মী তেঙ্গোলগী বন্দীনি | (অনুবাদ) |
| ৩/ | তুরেলদুগী ঈথক ইপোমশিং | (অনুবাদ) |
| ৪/ | ক্লিওপত্রা | (অনুবাদ) |
| ৫/ | নুপাগা নুপিগা কনানা হেন্না শিংবগে? | (মশানা ইজবা) |
| ৬/ | লম্ফেল | (মশানা ইজবা) |
| ৭/ | অমম্বদগী অঙানবদা | (মশানা ইজবা) |
| ৮/ | খরুং মফম চাদবা | (মশানা ইজবা) |
| ৯/ | লৈরাং লৈচল খরা (শৈরেং) | (মশানা ইজবা) |

